*Publisher* ;— **O. Bhogeshwor,**

( A detailed history of Moirang Kings of the 2nd part. )



অহানবা নম্বা ১৯৮৮

কপি মশীং ১০০০

মমল লুপা ৪৫.০০

*Printed*— at the R B Printing House
Naga Mapal Imphal

# মাহয় থরদং

মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা "অহানব শন্ধক" অনীশুবা অসিগী মাওঙা লৈপাক্তা লাঙ্হোকচঞ্জে। ১নবা শরুক্তা নিংথৌ মথং মথং ৩২ কাওবা ফোঙজখি। মখোয়দস্তু রারী অসিগী মুংশিনবিবু, অমদি সম্পাদক ওইজবা ঐগী অরাবা মতৌ উবিদুনা ভদ্রলোক কয়ানা য়ান্না মতেং পাংবিখি। মতৌ অদুগুম্না অনীশুবা শরুক অসিদস্তু শ্রীমতী বসমণী দেবী লেকচরর এন জি কলেজ, শ্রীনিপামচা কণ্ট্রেক্টর, থাগেম্বা পল্লী, শ্রীযুক্ত এলাংবম বিনয় সিংহ সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট ইঞ্জিনিয়ারনচিংবশিংনা মতেং পিবিবগী মথক্তা এডুকেসন বিভাগনা অচৌবা শেলগী মতেং পিবিবদগী মসিমস্তু যোঙবা ঙমজবনি নংবদি টাবুদুংদা। অদুম লৈবা তাখি। অসিগুম্বা তেংবাংবিখিবশিংগী মফমদা শিংঙমজবা লম্মন তোনশিনখি। অসিগী মথক্তা অকুপ্পা অথ থক-খা চাননবা হোংনদুনা যেংশিনবিখিবা ইয়াম্বা শ্রীথৌমমলম রাসবিহারী সিংহ প্রোপ্রাইটর আর বি প্রিন্টিং হাউস, নাগ মপাল অমসুং মাগী ষ্টাফনা থবায য়াওনা হোংনখিবনা লাইরিক অ'স নিঙথিন। পুথোকপা ঙমজখি মসিগীদমকস্তু ঙমথৈ লৈতনা থাগচ্চরি।

ও ভোগেশ্বর

সাহিত্য ভৱন

# য়াওফম তাকপা

কেকে থুনফংথো। মোইরাং লাইফাংথো। অথৌ লিচা হেপপা। থয়াঙ কোনতাই লোনপাসিংরো যিরোয় লোইপিরেন। থারম তুসেন মনিন নাইপানা। সেনপী কনতৌ যোৎকুম। কতৌপা নুংকননরকপানো। লোইপী মপুং তাকনা পনথেংসে। হায়না রাহমখোনকী। ঙাঙোই অথৌলিচা হেপপা পূমনামাপু ঙাইরোইননা। হুযেল লানতাখিয়ে। লোইপী চৌংমুখাং। হেমপা চোংতাইয়ান। লোইপী মৌসিনপুংতা। থারম মচীংকা। কেকে মপিনাই। চুঙলেপ থাকুপহৌ। তিমেন খেরাং থাংনা পনথেংখাপাতি। লোইপী মপুং তাকলে। তুসেন যাকা চায়রে। য়িরাং মৈন রোংনা খৌসাথপাতি। থারম তুসেন মনিংথৌ। সরা চেকমিংনপা। হুযেল লাংচেংপাপু কাফনা হুললে। পুরিকলাই মচুংসেনতি অতুম্বং মতোমতে। তাওরৈ নোংপোকলা পাংপালমতা খৌসাপানে। য়োইমযাইনা খেনকাপা। অঙানপানা খেনচোংবা লম। সেনপী মুংখোংলম। কপো চুমপংযাং চযনে। মৈতিংঙু সেনপী কিযাম্পা

অকনবা মোইরাংগী অখোবশিং মগাগা মচুগী মগুা ঙাক্লকবশিং অমদ হেক লোয়ন-চান্না ওইনিবা পুম্নমকপু কৌরগা হয়রকখি। হে অখোবশা! থারম হাও তুশেন থুঙ্গ অসিং মপাবছেনা অতু য়োৎকুম কন্দুনা কবিগী মপুক অংক থোযরবনো। অতুমা মথকা লাল াবা তারে, লান্দা তক্লা মাঙনবা কৌরসি হাযনা লনা যাথং হাংনবকদগী কেচেগা অখোবশিং মোইরাংগী অকনবাশিং পুম্নমক্কা লে যনন৷ হুযেল লালহৌবরে। চৌংমুখাং চোংতাই শনক্কুনা লোইবী মৌশিংপুংদা কারগা থারম চৌং কাবগুনা মোইরাং লাম্মাশিংনা শারাউ-লালাউগা লোযননা মথুম মরাং হেৎচুনা চঙ পায়বা তা পাযবা অমদি থাংশাং পায়বাশিংনা মথুম মরং হৌনা লান্দাখিবদা থারম থুঙ্গং কায়চুনা চেন্নবে। মফমতুদা মোইরাং নিংথৌনা কহি হৌনা লান্দাগিবদা থারম তুশেনগী নিংথৌ শরা চেকমিংনবা কৌবা লান্দ মিংলম মাবরম থঙবু লানঙাকখি। অতুম্বা মোইরাং নিংথৌগী মাঙ্কিক মথোনাদি অজিনস্ত লোইবা মনে। নোংপোক মায়কৈ খোমদম্ব লান্দাখি। কোযোহনবা তুমিৎনা হেক থোক্লকপদা উবা লম তুমিৎকী মঙান্না হেক অহানবা য়ৈবা লম ওইবা মুংখোং লমগী চুমবংরাংগী লমদমদনি। মৈতৈ নিংথৌ

হায়না পাউহংপাপ্পু। চকপা কয়থোক্ত হাউপাখং। পামেল্ল বুমৈ তুপপাসিংনা পাউথুমলকয়ে। য়িরুবা চীংখোঙ্গ পোইরৈতোনবো। মৈথু নোংলোন বাপা অসিতি। য়িয়িম হেমচেং চকপ। নুপী ফয়িকমৈ। চেকাই কাকুপ মৈ। চক্ক তাংসোইমৈ। লোইমোম য়াথেন মৈস্কং নংতে। চকপা থানপোক লৈমা। ফানলো ডমপী মপারী সাংফবাপু। থারা খুৎয়োনথানা নোংমললে। অতুনোংকিপু য়িয়িম চকপা মীযীক-মৈ। হেমচেং মীরৌ মৈনে। হাযনা পাউথুমলাপতা। তৌযিকিতি সাপী য়িতৈ লৈমা। লৈমা লৈনাউতাপীরো য়িপিংঙানা সেনপী সিতাপা। কাপো নাত্তাপাপু থুনথিবকপাতি। সেনপী মীসিবলাই। হেমচেং চকপা মীরৌ লাইপু। লাইকারকানে হায়না। থেংনা কোই-না সমু মথুতোনপু যাংনা সোইনা চংথিএ। অতুনোংকিপু লেংয়াবে, ভৌনা কৈএ। য়াংলৈ তাউপা মাক্তইচাপু। অর চাকতম ভনমা থাক-লমএ। তবা চাকস্তুং ভৌতুম ভৌনা তাবমএ। অতুনোংবিবু তাউপা হুইথাকথেন। থেংয়াং চাভৌথোবরো ভৌনা কৈএ। মরোকচাঙ্গ

ভৌবক্তনা চাক্রকপা মৈবা? চক ভংদগা ভৌবা মৈবা? নাপা শী বী অপৎ-পনা কংবরু ওম্বদগা হৌবদ্, মৈবা? মানবে খোল্লা চাকপা অইখং কৎ মৈনো হায়না পাউথুবদা চকপা কয়থোক্ত হাউপাখং উমানশিংনা থুরকি। হে ইপুরা চীংখোং পোইরৈতোন ও! কাবিবা মৈথু অসিদি চকপশিংনা চক মৈ ঙকপগী মৈস্ক নংত্রে, চেগ ক লাক্রপ পাবা মৈস্ক, চকইনুগী মৈ ফোহাম পৈবগী থৌবা মৈস্ক অমত্তা নংত্রে। চকপা থানপোক লৈমা ফানলো-ভম্বগী মচালিপ। শাম্বুবা কৌবদো থংহোনদা শিত্রে। মমু পোৎলোঙবগী ওইবনা মযিম চকপা মীঙবমৈ হেমচেং মী তৌবা মৈনে অস্তম্ম পাউথুবদা অক্ত ওইরবদি হৈকৈমা ইবেম লৈনাউতাবী কৌনিও! ঐখোয় অনীন, শিরোই নারোইদবা থুন্দাবা য়াবা মফম থিংকলদি মায়িক মীরোলাতত্তম থেংনবগনি কোইনা চৎলসি হাদিডুন, বাম্না ফম্না শউম পীরা মথোঙ্গ যাংনা য়াংনা থাংতুমা চৎলমলে। কোয়েী ভূমিং অতুদগী মফম অত্তবু থেংয়া হায়না কৌনথি। অতুগা মাগা লোয়নরকপা হুইদা তরা চাক ভুন্দুনা পাজরম্মী। তারা চাক

থাকলমএ। অতুনোংকিপু কিয়াং রোকথকথেনরো তৌনা কৌএ। সেনপী লৌথেংয়াং। থেংয়াং চাঙৌরোকপু নাতৈনানা। সেনপী কিয়ামপাকা। পোং নিংথৌ খিথোমপাকা। থারি লোইথাইনাপালম। কেংতু কেংসেন মনিন নাইপা। চকপা অমফে মপুংয়ায়তা। হুয়েল লানতারকপতি। অকা খুনকং মণ্ডা চায়রে। অকুম খুনকং মণ্ডা নেংলে। চকপা অমফে মপুংয়ায়পু। সেনপী কাঙচাই থোঙচাউহ্নাং মৈপী তাংকোই পাই। মৈথু নোংলোনকা। সরীক লাইথন থুম। খারা থেনচঙ কৌনলে। পুম্বিকলাই মথিনাই। য়িরাং মৈনা রোংনা থৌসাথপাতি। হুয়েল লাননিকিতি। অমে থাঙসাপাপু কায়না হুললে হায়তাপারা। নয়ু নিংথৌ চকপা অমফে কৈথেলচায়পা। অমে থাঙসাপাপু কায়না লনপা। ভাঙোই তেলকৈপানা। তাউচিং খোঙনেমপা। হয়রাং নানৌপাপু। কেকেনা তেংথানা। মোইরাংনা মীকৌনপাতি। সীংচৎপু হাইপীরো কৌএ। সীংচঙ হাইপী মরাইলোং। পামেল রুরাইহকতা।

---

অতুনা হৈচৌ-ঙৌনা পালম্মী। কোরৌ অতু চামিত্তগী মফম অতুবু তাউবা হুইথাপথেন থেংয়াং চাঙৌবোক হায়না কৌনথি। অতুগা মাগী মওক অতুবুম্ব থারম্মি হায়বগা মফম অতুবু কিয়াং ওকথাকথেন হায়না থঙনথি। অসিগুম্বা শেনবী থেংগাং চাঙৌরোক কৌবা মফম্বু গাহোক্লগা শেনবী খিয়াম্নগা পোং নিংথৌ খিথোম্নগা অনীগী লমথৈ যেন্নরম্বা লম কেতু কেংসেন কৌবা নমকেৎ নমহাইনা লৈবা চকপা অমফে খুনগা খুঙ্গং ময়াযদা হুয়েল লাম্নাকবদি কাথৎপদা খুঙ্গং মণ্ডা কুমথবদা খুঙ্গং মণ্ডা মাথিবা পীথি। চকপা অমফে খুঙ্গংদা লৈবা শেনবী কাঙজাই থোঙজাউ তাংলগা মৈ থাবনা মৈথুনা কোয়ৌ নোংমদোমবু পুম্নম ময়া কাংমথৈ মৈ থারবদা খারা তেকথবগুম পুম্মৎ মৎনা থুগায়রে। কেগে পুরকাই মোইরাং নিংথৌনা মথম্মোয়দা মৈ থোক্লা শাউবগা লোয়নন্না হুয়েন লান্দাথিবসিগী লানফম অসিদা অমে কৌবা থাঙ শাকপু মায়খিবা পীরকথি। অতুনা কেগে নিংথৌবু চকপা অমফে কৈথেল চায়বা অমে থাঙশাববু কায়না হুনবা কৌবা চৌংখু তেলহৈবনা লমথৈ য়াৎলম্বদি—হৈয়াং পাম্বী মথোঙ নেম্বা মনানঙি ইনৌক নোবা হয়বু—মোইরাংনা শীংঙবু হাইবী হায়না কৌনৈ। অসিগুম্বা শীংঙ অতুনা ময়া লোংনা হাইগৎলগা

তাউচিং হয়কনপা লমপু। কেকে থয়াঙ মথৌমন। ঙাঙোই চুঙসেল মরানবোলনা। কোনপী মচীঙলম। সাপল লৈরি হৌপালমন্তা। হয়রাং নানৌপা তাউচিং খোঙনেমপা অসিনাপু। খৈরাপানে হায়না লমকললমএ। অতু নোংকিপু কেকে মোইরাংনিংথৌ। চিংখু তৈলহৈপা। সীংচঙ হায়পী মরাইলোং। পামেল বুরাইহক। হয়রাং চানাতানা। তাউচিং হেকনাতানা লমকনথোপা। কেকে মোইরাং পুরিকলাই। চকপা অমকে ঙমপা। য়িরাং চিংখু তেলহৈপাতি। নোংপোক লয়মাঙনকী থিংলৌ নিঙনা তেনা। রায়রং লং সাঙ য়িংনা হলরাইরকলে। কেকে মপুংয়ায়তা। সুংঙাই মরাং কায়না রায়থংলরে হায়তাপারা।

য়িরাং পুরিকলাই। নয়ু নিংথৌ। কেকে লয়মাপানা। ঙাঙোই লয়পাক ঙাকলাঙৈ। কোরৌ কুমকাং থাক। য়ামচেং নীকনা লেন। নোংলেন লাইচা য়িতাতারাপাকী। তোইপী লাইচিং চন্নু মোমন্নু অকোংচামপীকা। চুপচি লয়কোয়পা চন্নুকা খোয়নৌ মতা

হয় পাম্বৌদা হক্কুনা লমগী লমথৈ থঙনবা খুদম তৌরমতুনা মোইরাং নিংথৌগা মতৌক মথৌনানা লমথৈ খোপ্পম্বা লমগী লমশাং শাবন মথক্তা লৈরি হৌবা লমদা মনা অনৌবা মথোঙ নেম্বা হয়বাং পাম্বা অসিনা লমথৈ ওইরবনে হায়না লম কল্লমএ। কোরৌ নোংজা অতুদগী চৌনা মোইরাংনিংথৌ চিংখু তেলহৈবা শাংজঙ হাইবীনা মরাই লোংনা পামেলদা শীংজঙগী মযানা খুদম হক্লম্বা হৈবাং পাম্বাগী হৈতু চানদনা হেক্নদনা লম কল্লম্বা, মোইরাং নিংথৌ চকপা অমফে ঙম্বা, ইরাং চিংখু তেলহৈবা কৌবদি নোংপোক মাথৈকেদগী চনিঙ তানা রায়বং লমশাং মতুংইন্না হল্লে। অতুগা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা হয়াউ তথাম্না চৎঙাইনা ঈংনা হল্লকথি।

মোইরাংনিংথৌ পুরিক্লাই কেগে লয়মাবনা মোহরাং লৈবাক ঙাক্লিতৈ মতমদা মোইরাংদা কুম কাংতুনা লৈবাক্তা নোং তাদবদগী অরা অনা ওইখি। মতুদা লাইগী মাইবী ওইবী অকোংজাম্বী কৌবীগা চুপচি লয়কোয়বা চন্নুগা মতারোয় মমান্নবী মথোয় অনীমক্লা অহিং অতু লোইরকপদা মোইরাং নিংথৌগী মফমদা হক্লচথি। হে ইনিংথৌ কেগে লয়মাবা ঙাঙোই উম্না

অনীমানা। য়িন্নুং কৌপা শোয়রপাত্তা য়াহৌখিএ। কেকে য়িনিংথৌ ঙাঙোই ৰূরা লাইচিংখূ। মোইরাং চিংখূ তেলহৈপা। অমফে কৈখেল চায়পা। অকা খুনকং মঙা নেৎপা। অকূম খুনকং মঙা চায়পা। অমে থাঙসাপাপু কায়না হুনপরো। থোমলেন করিকী তূমকন্পানোকো। য়িনূং ?কৌপা সোয়রকলে য়াহৌরো। নতাইলেম লৌৰাই লৌতাউ-থোং। মোইরাং তাউথোং লৌরেনপা। লৈরাং চাহুইপোক। কালেন নোংকাংলৌতা। মোমনু তরা চাকতানপী। লোইমোম নাউয়োক-লোইসিংনা। কোরৌ হন্না কাং। নোংসা তরং হৌরপাকীপু। কুমসি লোইতাম য়িঙা কুমতমপাতি। থোইয়ম কনানা কুমতমপানো। থাংয়ি মপাল ফাতরে। লোইমোম নৌচোংতরে হায়না ৰাৰোইরৈএ লমলেন মতাইমা। তরা চাঙনপী। ৰাংলৈ য়ুকংপী। ৰাংথা লমন্নুংসিরো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। লুৰাং লোইনাই। যাঙসা তানশানা। লাপা থুমন পুনা। যাংতৌ সারম লীরকপাত্তা। তরা মচাকথাকপু। চকপা লে-হাওরা। ঙানথোংকোকত্তা ঙাননা চাঙমএ। তবা চাঙমপারো তৌনা

---

লাইজংথু মোইরাং চিংখু তেলহৈপা অমফে কৈখেল চায়পা অকাবদা খুঙং ৫ লাকশিনবা অকুমদা খুঙং মঙাবু চায়শিনবা অমে কৌবা থাঙ শাববু মায়থিবা পীঙরকপা ইবুংঙো। কবিগীদমক তুমতুনা তুমিন্না লৈথোকপিবনো? লেঙথৎপিরো নোং ঙাংরে। নচা ননাই শইবাশিংনা লৌতান লৌরুম তৌজবশিংনা অমদি কুম কাংলতুনা তবা চাক্তাঙবী লৈরাং চাউহুই মাল্লবী-শিংনা লৌ পান্দোংমাবু করম শোয়খিগদগে হায়না শোন্নজবী নাহা কুপীশিংনা অৰাংবা কোন্নৌ নোংমদোনবু য়েংনা য়েংনা হেন্নতম হুংশাগী মৈশা হেঙ্গৎ-লক্লবগীদমক কুমশিংসিবু ইঙা কুমদম্ববু করম্বা চৌংঙ লাই ওইরিগবনো। লোইমোম পান্দোং মপুং ফাঙমদ্রে। অনৌবা ফৌনা ফৌয়োন চোংঙমদরে হায়না মপূক থোয়য়াংনরে। অতুগা ঙন্না তরা চাক থোংজবী ৰাংলৈ য়ুক্তংজবী কয়াম্ব ৰানরে। ৰাংথা লমতুংশি হায়না কৌনবদি করিদগীনো? লুৰাং লোইনাই যাঙশা তানবনা মাগী চয়োম পুরগা য়ারৌ শাগী শারম য়েংনা থোঙ্গুল লারকপদা চয়োম তরা মচাকপু চকপা লৈহৌরাত্তা ঙাম্দুনা চাঙমএ। তরা চাঙমবা হায়না কৌনথি। অতুগা ৰাংলৈ য়ুম্থ মনিঙ নিঙথিনা

কৌএ। রাংলৈ য়ুনিংথাকপু। চয়রেনহৌতা মুনতারিবৈঙেনা। থামপী মৈরোয়ননা লুমলমএ। রাংথারো তৌনা কৌএ। রাংথা লমহুংসিতা। থানলৈ লৌতাপী মরোয়সিংনা। মোমন্নু চূপলৌ তাইকা মেন। রায়সেন লমমাহনতা। চিঙচুম মানলৌ থনতরে। হায়না কোরৌ থোয়না য়েং। রাংপন রাংনা য়েংনা নোংথোইরে। নতাইলেম কেকে লৌরাইচাউ। মোইরাং ফ্পালরাতা। তরা চাকতানপা লোইসিংনা। কোরৌ থোয়না য়েং। রাংপল পাংনা য়েংনা নোংথোইরে। কেকে নাইথূয়ি নাইহনয়ি। নানপা সনথেলয়ি। কুরেক কোকসোকয়িপ্পু। লাইচা ময়েংতা। য়িন্ থকরাংনারাপাকী। লয়কূ মকোইফোং। হিথেল থোঙরাই কংনা। সোয়থোঙ পরৌরে। নতাইলেম ময়িম কেকে নমপুজম নিংঙোনপী। হাওথা লোইনাই তোনপীনা চবগোম মৈপূল য়াতাচীক। লোকতাক ফিয়িন থানন। চাওনা তনতুম হৌ। থকতনা য়ুসৌ কানা। তৌম্ কুমসাতা। কারাং কাপথাইতানা নোংমননারে। কেকে য়িনিংথৌ। ঙাঙোই লয়মাপারো। নয়ূ থোইমোম

ফমংরিইঙদা মৈদা হেক থাঙৎতুনা শাহংমে। তচুগীসংক রাংথ হাইনা কৌনখি। অসিগুম্বা রাংথা নোবা নমদম অসিদা লৌকুম নৌপাজবী মনাম্বোং ময়াম্না খাংশেং কন্না শেং থবাক খিকলেন কন্না শেংলতুনা লোইবী চৌংগী চৌংতম ফাওবা ফাওরক্কে, হায়তুনা অরাংবা কোৎৌ নোংমদোন্দা য়েং অহাঙবা অহিংগা থক্তা য়েংনা য়েংনা মতম লেন্নরে। কেগে মোইরাং লৈবাক্কী মনাইশিংফ বালাদা তরা চাক্তাঙবশিংনস্মু অরাংবা কোখৌ নোংমদোন্দা নোং থাক্কদরা হায়না য়েংনা য়েংনা মতম লেন্নবে। কেগে নগামমদিগী লোক মচা অচৌবা ঈশিং লৈবা নানবা শনথেনখি কুরেক কোকশোকয়ি পূন্নমক্কী ঈশিংস্মু ময়েং তাঞ্জে। অতনা থক্কবা ঈশিং ফাওবা রাংপাংগী ঈশিং শোৎরনম ওইবা হিংদল থোঙদানবা মতম পূম্বা কংলতুনা অহিং য়াবেক্ররে। অতুগা ননাই ওইবী কেগেগী নম্বুতম ওইবী হাওথা লোইনাই তোনবীনা মৈবুল ময়াদা চীন্না লোক্তাক ফিয়িন থাননা লৈননা চাদনা পূকথনবা থক্তনা য়ুম্নাই হৌতনা তৌম্ কুমশাদনা য়াইবী মথরাই থাথরে। হে কেগে ঈনিংথৌ ঙাঙোই লয়মাবাও! নবূথৌ চৌংতু থাংজিং লাইগী সনা মখোঙ থাদা

লাইয়িংথৌ। সনা মখোঙ থাতা। কৌপা লাকখোঙকা। থাংচিং য়িপু য়িনিসে। থাংচিং চীংজাউযি। চীংয়া-যি কোয়বেন যি। লাংপন চীংচাউযি। চীংঙু লৈতম য়িপু। লাইচা যিনিসে। মরোংখোংচি নোং। খোংচি নাথেৎনোং। ভানপা নোংচাই নোং। অরোন নুংয়ৈ নোংপু। লাইচা যি নরো। কৌবা কৌন্নু নোং। য়িরেম যিথমনোং। কোযবেন থুনভমনো। মান তক ফেনথনোংপু। লাইচা য়িনিরো হায়না। মতাই-রেম তোইপী লাহচিংচন্নু। মোমনু অকোংচামপীকা। চুপচি লযকোযবা চন্নুকানা। যাহৌখোনকী। নযু কেকে লয়মাপা। পুরিকলাই চিংগু ভেলহৈপানা। খোইয়ম কৌপা লাকখোংকা। চীংঙু খোঙপান বায়-রাপাকা। কেকে লযমাপানা রাহমলকএ। কেকে য়িমাইপা। হযু পন নাউ নঙতি। যিসু খোইযম লাইয়িংথৌ। সেলোই চীংমাপা। ল মাই নাংপা। সনা মখোঙ থাতা। লাইচা য়িনিকরো। হায়না থৌসাখোনবী। কেকে মমাইপা। হযু পনমনাউনা। নোংপোক মালং হুমরোইপা। সনা মখোঙ থাপু যিনজাললহপাঙ। মেনাং তনপা

---

লাখোং নোং। চঙদনা তথেনাপাৎ ভমজবা কৎনাপা থাংজিং মাগী খোজালদগী লাইন্দা ঈশিংদুম নিজসি। থাংজি চীংজাউগী ঈশিং চীংয়া কোযনা চেনবা ঈশিং লংবল থাদস্ত চীংজাউ মমা কোবা ঈশি চীঙু মখোযনা লৈতম ফেন্না চুহ পাপী ধবা ঈশিংব নিজসি। মরোংখে এক থনবা নোং খোংচি হদিং চোনবা নাং ভাম্না ভান্না চুবা নোং থঙ্কোদনা তারকপা নোংগী ঈশিংবু নিনিযু। কৌ কৌন্দনা অন্ধা নোং লাইবং মপুনা মনম নাইনা পিবা নোং কোমদোং হঙ থুম্বা অংদি মাস্তক চাওখন্দা যেন্না অবা নোংবু চুপনবিরো হায়না ঈ নবিযু হায়দুনা মদাইরেম অচানবী লাইগী মাইবী লোইবী অকোংজন্দগী চুপচি লাকোনবা চঙ্গা অনীমক্কা হঙচবন্দা মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাই চিংথ তেনাংহবনা খোইয়ম মবুথৌ পাংজিগী সনা মখোঙ থাদা চনা অথেনপোৎপু কচ্চংগা কেগে মমাইবা পনমনাউদা নিংথৌনা হায়রকখি। হে ইপু পনমনাউ নহাক্না ইবুধৌ খোইযম লাইনিংথৌ শেলোই চীংগী মপু ওইবা লংমাই নিংথৌ সনা মখোঙ থাদা লাইজা ঈনিরবো হায়না থৌশীখি। অদুনা কেগেগী মাইবা পনমনাউনা চীংঙ মালং নোংপোক হুমওইবা সনা

সানামুং। মানপী তুরেংকাই অঙৌপাপু। কোরৌ মখোয় ফংতাপানা খোইয়ম লাইনা য়াচতরকএ হায়পাকী। মেনাং তনপা তুরেংকাইপু। লাইচা য়িতা চামলমএ। অতুনোংকিপু লংমাই চীংখোং সাচামপাংরো তৌনা কৌএ। কেকে মমাইপা। হয়ু পনম নাউনা। লংমাই চীংখোঙ সাচামপাংপু থোইনা হুনখংখিরে। সেলোই সনা খূংলামখাগ। চাথা নোংমিংনাপাতি নোংসিঙলোক। থানলৈ য়িথেমপাতি য়িথেমবাই। লংমাই থমপা অথিংপা লীচিংলোক। খোয়নৌ লাংমৈ চোইকেনচীং। কোনথাঙ চন্নু ফানামপী। সনা খোমহাললম। অঙৌপা পুরৈরোমপানা। য়িনিঙ কারেন থ না রামতেনপাচীং। লুরাং লংনাইপানা। য়িমাঙ কারেন থংনা রাহমপাচীং। চীংঙু লংপা অপানপা নিংথৌ সনা তবেংপানা। য়িমলেন কারেনয়ায়তা। সমু খূংতা থুমনা। মতোম থোথা চীং। লংমাই চীংকা য়িসোকথেনপু। থয়না হুনখংখিরে। সেলোই লৌচিন-ফূচিন অচনপা। নোংখন চীংমাতোন। চীংঙু লাইকোননুংতা। হয়ু পনম নাউনা। মূকমু লৈতোন কোন। মানপী

---

নখোঙ খাবু য়োনবা লাকপদা হামেঙ অঙৌবা মচা অমবু কচ্চবদা চীংঙু মানা পূকনিং তাবিদবা মরমদগী চীংঙূ নোংপোক মালং হমওইবনা গাবিরক্তলে হাযদুনা হামেঙ মচা অঙৌবদুবু লাইজা ঈশিংদা পুথদুনা চামলমএ অদু হুমিত্তগী হৌদুনা মফম অদুবু লংমাই চীংখোঙ সাজামপাং হায়না কৌনখি। কেগেগী মাইবা পনমনাউনা অসিগুম্বা লংমাই চীংখোং সাজামপাংকী লমদম্বু লানথংগ্রগা সেলোই চীং অহানবা নোংমাইচীং কৌবা নোংগী হৌরকফম নোংশিংলোক অদুদা মোং তাননবা নোংনিংথৌদা ঈশিং নিবা মতম লংমাই থম্বনা লোক থিঙ্জিনা ঈশিং চিংলম্বা লোক কোনথাং চন্নু ফানাম্বানা মশাবীগীদমকপু চেংজেল চযোম য়োমদুনা থম্বনা অৱা পোথারম্বা মফমদা অঙৌবা পুরৈরোম্বনা তুং থংবা থেন্দা রারক রাত্তেম্বা অদুগা লুরাং লংমাইবনা মমাং থংবা থেন্দা লৈদুনা অদুগা চীংঙু লংবা অপামবা সনা তরেংবা নিংথৌনা ময়ায়থংবা থেন্দা লৈদুনা থোদা রাযেন্নুনা লৈবা চীংগী চীঙ্গারমদা লৈবা য়িসোকথেম্নু লানথংখ্রে। অসিগুম্বা শেলোই চীংগী অগুকপা অঙম্বা কোরৌ নোংবু থম্না রাংবা চীংগী চীংদোন্দা লৈবা চীংঙু লাইগী লাইকোননুংদা

খুত্তকনানা। মেননাং তনপা সানামুং। কোরৌ ফানা সানা। রাংপল পাউফারা। কোরৌ লনসারাপাতা। খোইয়ম লাইয়িংথৌ। সেলোই চীংমাপা। নোংপোক মালং হুমরোইপানা। লাইচা য়িথাপিরকলাপাকী। কেকে চাউপাপুংপু। লৈরক সিনম্নু মরিন থন। থানলৈ লৌপাক মনসিনা। রাহী মুম্নু ককচেং খোইয়া থাকতানা তাউথোকলে। অতুনোংবিপু কেকে লৌরাইলৌ। তাউথোং লৌরেনপারো তৌনা কৌএ হায়তাপারা। কেকে মপুংয়ায়সুং। থাঙয়ি মপান ফা। লোইমোম নৌচোং ফানা। চাহয় চারোং ফানা। চাকয় চারোং চুম। বুম্বিং সোইপোন নিঙদা। থেথেং থৈঙানানা পাললাপাকী। কয়রেন হাপচাকোং লোইগোম কোংথনলেম। তরা চাকফা হোঙ। লৈপাক মনিননাই। নুংঙাই মরাং কায়না পাললে হায়তাপারা। নযু নিংথৌ চিংথূ তেলহৈপা। নোংপোক মতাইমা। চকপা অমফে মপুংযায়তা। হুয়েল লানতান থোপা। হয়রাং নানৌপাপু। সীংচঙ হাইপী মরাইলোং। পামেল বূবাইহক। হয়রাং চানাতা। তাউচিং

হয়ু পনম নাউনা থুরু থুদক শনশানা নোঙ্গরডুনা হামেঙ অঙোবতুবু কোরৌ মোংমদোন্দা লৈবা চৌংঙ, খোইযম লাইনিংথৌগী মফমদা পুবন্সি চপ ঝুংনা কচ্চরগা অম্প্পা অমেঙবা রাহৈগা লোযননা লাইনিঙ পংগ চেৎনা নীংদুনা কচ্চরবদা চৌংঙ নোংপোক মাংং হুমমোইবনা পেনবিরদুনা লাইজা ঈশিং পিবিনবদা কেগে মোইরাং লৈবাক্সী থবক ইনথাং শ নোম্নরিবা লৌউ শিংউ তৌরিবা পুম্নমক্ক মনিঙ থুংনা নোং মরাং কায়না তাহনাবরে। ঈশিংনা রাহী মুম্নু ককচেং খোইযা পুম্বা তাউথবে। অঙ নুমিকুগী হোনা কেগে লরাইলৌ তাউথোং লৌবেনবা হাযনা বৌনখি। কেগে মোইরাং লৈবাক ওসিদা যৌপাল মপুং ফারমদবনা পান্দাং মপুং ফা অনৌবা যোল চোংদুনা মহৈ মরোং চূম্না পান্নবদা উরিং শোইবানচিংবা উচেকশিংনা মনিং থুং অমগা অমগা তেংবাংনদুনা ফৌগৈ চোম্না চোম্না কোৎ মপুক থন্না থন্না থিন চাকহোঙ-ঙাহোঙনচ। লৈথাক ঙুংঙাইনা মরাং কায়না পানখি। কেগে মোইরাং নিংথৌ চিংথু তেলহৈবা নোংপোক লমগী চকপা অমফে লমদা লাঙ্গুং থোবা হয়রাং মনা অনৌবা তাউজিং হেক্লুদবা উপাল অনেম্বদা লমথৈ থঙনবা শীংজংনা উবাইহকপা রাসং ৮মদম

হেকনাত্তানা। রায়রং লমচনপা পুরিকলাই চৌংথু তেলহৈপাতি। চোয়নৌ সনা মিংহুনকিপু চূনপানে।

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। হয়রেম লাইফা চন্নু। মপাম হয়রেম তাউস্নমাঙ। খুনচান মুংপিতু পু। অসৈনপা চন্নু। পায়মা সনা রুনকোইন্নুংকী।

## ৩৪। পুরিকলাই নিংথৌ পুর্নসিবা

নযূ পুরিকলাই। নিংথৌ পুনসিপাবো তৌনা কৌএ। য়িরাং পুরিকলাই পুনসিপাতি। হাওরৈ থানা পাংপালমতা থৌশাপানে। লমলেন মহৌ ফাইপোকচীং। নোইপী নোইতমচীং। পুইতিংঙা ত কা চন্নু সানরোনচীং। কোনতে খূৎচুম মাই। তুপি লাইকোনচীং। য়ো ন্ন সারনচীং। লোইপী মহৌ মপুংয়ায়তা কেকে অথৌলিচ হেপপা ঙাত্তোই থয়াঙ কোনতাইলোনপা পুমনামাবা। চূঙলেন থাকূপ হৌ, থংনং লয়তম ফেননা পনথেংথাপাতি। লোইপী মপুং তাকলে। হেমপা

---

য়োনা খোপলম্বা পুরিক্লাই চিংথু তেলহৈবগী কোলোয মিংলেন্দি ম দোঙলবা সনাগুম মিংলেন অাস চূনবনি।

লবেঙ্কৌ মোইরাং লৈমা ওইবীদি হৈবেম লাইকা চন্নু হাযনা থঙনবান্দি। মপাম লমদম হৈবেম হুঙং থুংনা খুঙ্গান মপুং থুংনা লৈমা মাগী নিঙথিবা মতৌব্নু শৈথানবা চন্নুনি। লৈমন্দিগী শেংলবা পায়মা শিয়োমকুংদগী

## ৩৪। পুরিকলাই নিংথৌ পুনসিবা

কেগে মোইরাং নিংথৌ পু বরাইগী কোলোয় মিংলেন্দি নিংথৌ পুনশিংবা হায়না মিংলেন্নে। ইরাং পুবিরাই পুনশিবগী মতিক মথৌনাদি থাওরব, মায়কৈরোমদা লৈবা মহৌ ফাইবোকচাং কৌবা নোইবী নোয়তম চীং হায়না থঙনবা মথমদা পুইতিংঙা তংকা চন্নুমা শাইওন তৌদুনা ওইবা পাম্হোইবীনা কোন্দে খূৎচম মাইনা পাকদিবা জংগোয়বু শাথিবা তুবি লাইকোনচীং হায়নম্ব থঙনা য়োংমু য়োংনাউ ময়ামগী লৈযম ওইবা

থারংপা চন্নুকানা তরাচাকরোক্কে হায়না। মরান থৌচৎলকপাতা ঙানপা থাংলোকোইপু। য়াংলৌ লমমাথাঙমাতা লমঙক্‌পারে। কাইমু য়িমকা পামবা। মোমন্নু তালোই মলুমগী রাংন্নু অকোংচন্নুনা পাউহংলকএ। হে য়িতু নিংথৌ: ঙানপা থাংলোকোই। নঙতি নরান রোনতেরবলাপাম্না। হায়না পাউহংপাপু। ঙানপা থাংলোকোইনা পাউথুমলবয়ে। হোয়তা য়িমোমরো। নতু নিংথৌ ঐতি। কেক্কে য়িমলক্কচঙ। মোইরাং পনতোল লোমনানাপাপু। চৈরৈ ফিচেনকে হায়না য়িনতাললবএ। হে য়িমোম থমকোই থারংপা চন্নু। নঙতি তরা কাতৌপাপু চাকরোকপা লাক-পানো। নথংলেন খুয়োল সামু নাউসা থিপাতি। কপো সৌরাই-তাঙনা ঙমপললোরে। অমন য়ারাপুকা রোই। অবেগ চকমোম লাংকা রোইনা নোংমললে। হায়না পাউমেনপাপু। থমকোই থারংপা চন্নুনা। হে য়িতু নিংথৌ। ঙানপা থাংলোকোই। মোইরাং রুরা হামচৌন্থ সাফা-পারো। যিথংলেনপু কপো সৌরাইতাংনা। করিকী ঙমপললুকাপানো। মঙখোয়না লাংকোই সাক্তীকনারাপানারিঙৈনে। থংলেনপু সেনপী

মকপ ঙানবা থাংলোকোই মোইরাং উবা হামজাউস্নবু কেগে মোইরাংগী য়ুম্বক চঙ মোইরাংগী খন্দোল যৌশিল্লরবদা কাইমু য়িমকা পাম্বগী মতাংলোয় রাংন্থ অকোং চন্থগা খুয়োল নাউশা থিবগী মতাংলোয় থমকোই থারংবচন্থগা অমানা লমথাংদা চরা বম্রনবা চযোম পুংগা ঙকলুগে হায়না থোল্লকপদা ঙানবা থাংলোকোই খোববু লমথাঙদা কাইমু য়িমকা পাম্বগী মতাংলোয় ওইবী রাংন্থ অকোং চন্থগা উনবদগী অকোং চন্থনা হংজখি। হে ইবুংঙো ঙানবা থাংলোকোই নিংথৌবা নঙদি নয়ুম হল্লক্লবরা হায়না হংবদা ঙানবা থাংলোকোইনা হংলকখি। হোয়দা ইমোমঙ। ঐদি কেগে য়ুম্লক চঙ মোইরাং খুন্দোল য়োৌরববু চৈরৈ ফি লৌথিগে হায়দুনা য়োৌরক্লবনি। হে থমকোই থারংবা চন্থ নহাক্কি করিগী চযোম পুত্রনা লাক্লবনো? নথংলেন খুয়োল শামু নৌসা থিবদি কবোগী লমদমদা রা য়ানখিবগী রাথোক পত্নুম্না লেংদুনা মপুন্নসি লোম্বা ওইনা মথরাই শিনা নোঙ্গাখরে। অদুম হায়না পাউদন্নবদা থমকোই থারংবচন্থনা হে ইবু নিংথৌ ঙানবা থাংলোকোম মোইরাং উরা হামজৌন্থ শাফবও! ঐগী ইথংলেন ইপুরোইববু কবোগী রা য়াম্থেকখিবগী

মপুংযায়ত। ঙারাতুকুমপাপু তেরাননানা নোংইম্নুতুকু পাপু য়েন-পংনারমলাপানারিঙৈনে। হায়না নীকপপাতি। কেকেনা তেংথানা। মোইরাংনা মীবৌনপতি। লেংপানপু লাউরো কৌএ। সমু মরেং-পানপু পায়না কোননা। কনপু খুংপু সংনা মীকপথিএ অতুনোং-কিপু লমলেন লাউরেংপাই। লেংপায লমমাহল। কনসোই লৌতাইচাংরো তৌনা কৌএ হাযতাপারা। কেকে কাইমু য়িমকা পামপাতি। লাংকোই লুরাংপাপু মাঙরোইননা মরান রোনতেয়কলে। যোইময়াই তাউতনপানা। খুমিং পোঙলেন খদলাপ কী। লাংকোই লুরাংপাপু লেকলমযে। অতুনোংকিপু সারেকারো কৌপাপু। বেকেতা ফাথিপানা। ঙাঙোই হায়মন তানপানা সারিকরো তৌনা কৌএ হায়তাপারা। কেকে কাইমু যিমকা পামপাতি। মালেম লযনেদবাও। সচি তোননা পাংপা। সায়া তোননা নৌপাপু। লাংকোই মরাং কাযনা। নযু নিংথৌ সনা ১থোঙ থাতা রাযথুংলরে হাযন্তাপাবা। নযু নিংথৌ যিরাং পুবিবলাই। ঙাঙোই পোংলেনহনপা। লোইপী

---

হুন্দেম শাবা রাথোকনা শোঙ নযু কংমা শিয়গদগে। নথোযনা শমু লৈবদা শামুগী মমল ওইনডুম শিন্নবখ্‌তুম লই ময়নি। ইথং৮০ অতুবু কবোনা লমদা ঙারা এশ্বিন যোনবগুম ভমদি থমগা সোংশাংসা ওন্নবদুংতুম ওন্নখ্‌তুম ওইবগনি হায়না পিবাং ১৯৯ কপচবদি কেগে মোইরাংগী রাইদনা চেংবানবু লাউ কোনে। মকেংবান পাযনা কোঙবগা ৩রাই শোয়া কপচখি। কোরো হুমিং অতদগী মফম অংবু লমলেল লাউরেংপাই লেংপাই লম্মহল কনসোই লৌতাইচাং হায়না কৌনখি। কেংগ কাইমু যিমকা পায়দি মাথোযনা অয়ম তৌনা ডাঙংবিংডদা মানা লৈদবা শামু অচৌবা অরাংবত্ত পুরদুনা মাঙথানা লাবপনা ময়ুম লোংমদা হল্লকংগ। অতুবু কোবাংদংপা হুমিংনা ময়ুম চঙতুনা মমশিনথিবদগী লমথাঙদা লেয়মযে কোনপী লোংঙা অতুদগী মফম অতুবু শারেক হায়না কৌনববু কেগে মোইরাং অশৈনশিংনা সাবীক হাযমা কৌনখি। কেগে কাইমু য়ুমকা পাম্বনা লৈরকনা ময়া মংগোল ঙৌবা থায়া থিদোক্তরিবা শামুদুবু কেগে মোইরাং নিংথৌগী সনা মথোঙ থাদা কংচখি। কেগে পুরিক্লাই ঙাংঙোই পোংলেন হনবা লোইবী মহৌ

মহৌ ঙমপাতি। চোয়নৌ সনা মিংছুনকিপু চূনাপামে।০। নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। নোংপাললোন লৈমা লাইরোকলেমপী। অঙৌপা চনু। মপাম হুয়েল লাননিকিতি। তাংখুল খুনপী মরয়মা। পিয়াইরেন খোঙফাঙপিপু। চীংনুং নোংথাং কুপকুমপী। মোল-মোল কাংহৈনুপু। অহোঙ লালু তয়না সুংপা চনু। নোংপাললোল লাইরোং লেমপী। পায়মা সনা বুনকোয়নুংকী।

## ৩৫। পুরিকলাই নুরা খোঙচোমপা।

নয়ু পুরিকলাইতি নুরা খোঙচোমপারো তৌনা কৌএ। নয়ু নিংথৌ নুরা খোঙচোমপাতি। হাঙরৈ নোংনেম পাংপালমতা থৌসা-পানে। চীংথোং পোইরৈতোননা। লোইপী মখিম সিতাপা। হেমপা নাতাপাপ, খুনখিরকপাতা হয়কোয় বুনথম চললাপাকী। লোইপী মখিমনাকপু যিনতাললকপাতা। থামপী মৈপু লিংনা। লয়নুং

ঙম্বা হায়না কোলোযনবা নিংথৌ পুনাসবা কৌবদি ফূদোঙলবা সনাগুম মিংলেন অশি চূনবান।০। নবেঙ্কৌ কেগে মোইরাং লৈমা নোংবাললোন (অঙোম য়েকওইবা) গী কোলোয় মিংলেন্দি লৈমা লাইরোংলেম্বী হায়না মিঙ্গৌই। মপাম অঙোম ওইবা মপলগী মতিক মথৌনাদি তাংখুল খুনবাগী খুল্লাকপী পিয়াইরেন খোংথাংবী কৌবী চীংজুংদা নোংথাং কুপবুম্না নিঙথি ফরেংবী কুচু ওইবী মোলমোল কাংহৈজবু লালু লৌনা লানঙন্নকপগী মযোম নোংবাললোন লাইরোং লেম্বী হায়না কোলোয মিংলেন্নবাগী শেংলবা পায়মা শিয়োমজুংদগী।

## ৩৫। পুরিকলাই উরা খোঙজোম্বা।

নবুথৌ কেগে মোইরাং পুরিক্লাইগী কোলোয় মিংলেন্দি উরা খোঙজোম্বা হায়না মিংলেন্নি। পুরিল্লাই উরা খোঙজোম্বনা নোংপোক মায়কৈরোমদা মতিক মথৌনা উংখি। ইন্নুরা চীংথোঙ পোইরৈজোন্না অনা অয়েক শিরোই

খোমফাং অতোনপাপ্, লমরোকঙময়ে। অতুনোংকিপ্, থামপী মৈরিংচীংরো কৌপাপু। পোইরৈতা কাংথিপা। রাংঙম হায়মন তানপানা মরিংরো তৌনা কৌএ। চীংখোং পোইরৈতোনকী। মরল মথুম্পু। ময়িম লোইপী মরেমনা। থাননা লৌয়ে। অতুনোংকীপ্ মরিং থুনতোনয়া। চাথা য়াপিরোকরো তৌনা কৌএ। থামপী মৈরীংচীং চাথা খোঙচোমপা মপূংয়ায়তা। কেকে অথৌলিচা হেপপা। ঙাংঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা। পূমনা হৌনা। থংনং লাইতং লেংনা পনথেংথাপাতি। মরিং য়াকা চায়রে। খোঙচোন মপূং তাকলে। য়িরাং মরাংহৌ। পুরিকলাই মৈনা রোংনা খৌসাথাপাতি। মরিং অমে লৈথমপাপ্। কান্নানা হুললে হায়তাপারা। নয়ু নিংথৌ চাথা মরিং ঙমপা। পুরিকলাই খোঙচোমপাতি। চোয়নৌ সনা মিংহুনকিপ্ চুনাপানো।

নয়োম্স কেকে। মোইরাং লৈমা তমপা রাংঙমলোন ময়ামপী। লাইরেল মপা মৈতিংঙু। নোংচুপ কোংয়াং ঙমপা। হুয়েল

নাকোইদৌবা থন্দাবা সাবা মফম থিরকপদা অকম লাইহৌনা নিংথম চল্লকবদা লোইবী চীংগী চীংমীশিংগী ময়ুমনাক য়োনবা লাকপদা মৈ হৌতুনা লয়নুং খোমফাং অতোনবা পোইরৈতোনবু ঙক্নখী। কোরৌ অতু হুমিত্তুগী হৌনা মফম অতুবু থাম্পী মৈরিং চাং হায়না কৌনববু কংলৈগী অশৈবা মৈতৈ শৈথারশিংনা মরিং হায়মা কৌনথি। চীংখোং পোইরৈতোনগী মরল মথুম পূম্নমকপু লোইবী চীংমাশি না তেংবাংবিবগীদমক লৌথ। অতুগী হুমিত্তুগী হৌনা মফম অত্তবু মরিং থুন্দোনয়া চাথা যাবিরোক হায়না কৌনথি। অসিগুম্বা থাম্পী মৈরিংচীং চাথা খোঙজোম্বা কৌবা থুম্বংগী ময়ামমক্তদা কেগেগী অথৌবশিং মোইরাংগী অকনবা লাল্লোই পূম্নমক হৌতুনা মথৎ মথৎতা টাশাং ফেম্না পায়তুনা লান্দাথিবদা মরিং থুম্বং কাগথি। খোঙজোন থুম্বং মাঙতাকখি। মসিদা মোইরাংনা কম্থি খোল্লা পুরিক্লাইনা অশাউ থাম্বী মৈহৌনানা লান্দাখিবদা মরিং অমে লৈথম্বা কৌববু লান্দা মায়থিবা পীরম্মী। অসিগুম্বা নবুধৌ মোইরাং নিংথৌবু চাথা মরিং ঙম্বা পুরিক্লাই খোঙজোম্বা হায়না কোলোয় মিংথোনবদি ফুদোঙলবা সমাগুম কোলোয় মিংলেন অসি চনবনে।

কোংকোয়পী কোংকোযপাপু কায়না হুনপানা। হাওরৈ লাইনা পাংগালম। য়োয়কমলোন কোয়ৌ খোংচোনম্বুপী। খোয়নৌ মতা তরুকমানা। কোয়ৌ নোংকারবওঁ। মপাম পোইরৈ মৈতৈ লমপু। খুংপাক লাইথনসা। চেংলৌ মিংপু লুমনা লমযেংলমএ। অতুনোংকিপু নুংপাল লময়েংচৌংয়ো তৌনা কৌপাপু। পোই-রৈতা ফাথিপা। ৱাংঙম হাযমনতানপানা। খোয়নৌ য়িঙেলচৌংও তৌনা কৌএ। কৌপা নুংপাল য়িঙেলচৌং। হংকেন চাখূনলোকতা খৌসাপা। হুয়েল লাননিকিতি ময়াং মাইপা সরালোইপা। অফে-রাচা থাঙয়ানকনপা। অরিং অবাংতাউ লাকাস্থ লাকাতাউপু কায়না হুনপা। মমোম ৱাঙমলোন ময়ামপী। পাযমা সনা ৱুনকোই-মুংকী।

---

নবেঙ্কো মোইরাং নৈমদি তমপা ৱাংঙমলোন নৈমা ময়ামপী হায়না কোলোয় মিংলেন্নৈ। মপাবুং মৈতৈ নিংথৌ নোংচুপ কোংয়াং ঙম্বা নিংথৌ-রেন্না লান্দা কোংকোয়বী কোংকোযবা কৌববু লান্দা মাযথিবা পীবকখিবনং অয়াং মায়কৈবোমদা হাযবদি লুৱাং চম্ব খোংজোমনবী মতা ৬ নরা অৱাং কোয়ৌ মোংফংবা কৌএ চাংদোন কাপ্ৰগে হায়না অঙম। চৌংলেন কারকপদা মপাম লমদম মৈতৈ লমু খুবাক লাইথল শারুনা চেংলৌ মমিংপু চুমিং মঙাল থলগা যেংলম্মী। চুমিতুদগী মফম অতুবু নুংবাল লময়েংচৌং হায়না কৌনববু পোইরৈ অশৈবা ৱাংঙম তেংথা হৈবশিংনা খোযনৌ ইংঙেলচৌং হায়না কৌনৈ। অতুম্না মিংথোন্নবা ইংঙেলচৌংগী হন্ঙেল চাখুন লোক বৌবা মফমদা লান্দাথিবদা লানফম অতুদা মযাং মাইবা সরালোইবা অফেরা-চা থাঙয়ান কনবা, অরিং অবাংতাউ লাকাস্থ লাকাতাউ কৌববু লান্দা মাযথিবা পীরম্মী। অদিগুম্বা নিংথৌরেনগী মচাইবেম্মা ৱাংঙমলোম ময়াম্মী কৌবীগী শেংদবা পায়না শিয়োমহৃংদগী।

## ৩৬। য়িরাং পুরিকলাই য়োইরেনপা।

য়িরাং পুরিকলাই য়োইরেনপাবো তৌনা কোঅ। য়িরাং পুরিকলই য়োইরেনপাতি। হাওরৈ নোংচুপলা পাংপালমতা খৌ-সাপানে। ফমপী লয়শোকপুং। খোইরোই মচৈংসাং। খোংয়াং লমথোনপানতা। কেকে অথৌলিচা হেপপা। ভাংডোই থয়াঙ কোনতাই লোনপাসিংকা। হুয়েল লানতাখিয়ে। লোইপী খারম মচীং কানা পনথেংথাপাতি। খোইরোই য়াকা চাথরে। খোংয়াং মপুং তাকলে। খারম পামতাননারে। হুয়েল লানানকিতি। খারম সাইচুমলেং অথৌপাপু কায়না হুললে হায়ভাপারা। নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমা অঙনপী: মোইরাং সনকোন অরেমপা। নাইখু কোমপা। থমপাল লৈকুমপীসিংনা। খোয়মা মায়য়োকননা। য়ামচেং থাযংননা। য়োয়নৈঅ হায়পাবীপু। কোলোই মিংথোংফাপা য়োইরেনপাতি। চোয়নৌ সনা মিংহুনকিপু চনপানে ০।

---

## ৩৬। ইরাং পুরিক্লাই য়োইরেনবা।

মোইরাং নিংথৌ পুবিক্লাইগী কোলোয মিংলেন্দি ইরা' পুবিক্লাই যোই-রেনবা হাযনা কোলোয মিংলেম্নৈ। পুবিক্লাই য়োইবেনবনা নোংচপ মায-কৈরোমদা মভিক মথৌনাগা লোযননা লান্দাখি। ফমী লযশোকপুংগী খোইবোই চীংশাংদা। তাবা খো'যাং খুনগী খুনয়াদা কেগোগী অথৌবা মোইবাং অকনবা লান্নীশি' শাদা লান্দা থৌবশিং পুংমকা লোযননা হুয়েল লান্দাখি। লোইবী খারম চীংজাউ কারগা শে'নখিবা কান্দমদ খোইয়োই কোবা খুঙ্গ' চাইখাইখি। অতুদ-নতুনা খুঙ্গং অতু মাঙ তাকখি, খারমগী মীশিংমু কোয়চেন চেম্নবে। লানফম অতুদা খারমগী সাইচমলে' কোবা লান্দা থৌবমু মাযথিবা পীরম্মী। নবুথৌ যোইরাং নিংথৌ অসিন' অনম্বা লান্দা মায শাক্লকপগী খোঙকমদা মোইরাং লৈমমচি'বী য়োইবু-হোইহৈ ওইবী, খুঙ্গ' খুংন' লৈরিবী হুপি, লৈরাং থম্বালগুম নিঙথিরবী পুন্নমরা নিংথৌবু হরাউ

নঙোল কেকে মোইরাংনৈমা। থোঙলেন রাংথৈম্যাকপম চম্বু। মফৌ সায়া চেনপানা য়েনশী। লমলেন মতাইমা। ফনাল তেলহৈপা মচী সাং। লনলেন পোইরৌতাপা। রুরুপ লমমাইজ। ঙানপ চাচনরাই। থাঙজা য়োরুমমেন। রাংথৈ লিকখৎপুং। য়াঙরৌ সাকালমপু লংথোনপা। মফৌ সায়াই চেনপাপু। রাংথৈ লাই-কোক পামপারে কৌপাতি থরৌনোংকিনো। য়িনু সোয়য়ায়মাতা। থোইয়ম লাইনা। রুপল চয়রোঙ ফান্। থাঙয়ি লনপানতোংনা। লোইমোম ফৌঙমপা। নাহা লাইখৎপা বৌপাপু। পোইরৈতা ফাথিপা। রাঙম হায়মন তানপানা। রাংথৈ লাইকোকপামপা চম্বু। মফৌ সায়া চেনপানা য়েনশি। রাংঙমলোন চীংসোমশী পায়মা সনা রুনবোইম্বুংকী।

---

---

তরাম্না লমঙবচরম্মী হায়বগাদবক পুংরই মোংরেমনা হায়না কোজোম্ব মিংথোনবদি ফংদোঙলবা সনাগুম মিংলোন অসি চুনংনি।

নবেঙ্কৌ মোইরাং নৈমদি রাংথৈ লৈকাম চং হইনা যৌগৈ চেঙ্গেনা কয়রেন থম্না হাপচবা রাংথৈরাকপানা পোকংবীগী মপাম লমদমান সুনাহা তেলহৈবগী চীংশাংনা বোনবা পোইরৌ হুম্না তানিনা উরুপ কোবা লমদম লেমনৈ ঙানপ যাম্না মৈবা লম থাংরুংরেমগা রাংথৈ লমদমদু হেনগংবা লোম্নবা য়াঙরৌ শাগাইয় হানবা মিংথেম্নবা থাংয়ি ফৌম্ব মপুং ফানা থোকপা লম্বু রাংথৈ লাইকোক পাম্বা হায়না কৌনবদ করিদগীনো? অহিং অথেঙবা চৎমদাং অমদা থোইয়ম লাইনা উপম্না শাবা নৌ মৈনবা চয়রোঙ মপুক্তা পাগরজুনা ফৌ নৈবগা পুখিংগী ফৌরম্বু নাহানা উরুবদা থঙথিবা অদুবু মৈতৈগী অশৈবনিং কংলৈগী শৈশম্নবশিংনা রাংথৈ লাইকোকপাম্বা হায়না থঙনখিবা লমদমদা পাংখ্বা রাংথৈরাকপগী মচাকুগী মপাম লমদমদা লৌনা কয়পুম্বা মসায় চোম্না-চোম্না থম্না থাম্নবা ইমুংগী মমোম ওইবী রাং-ঙমলোম চীংশোম্বী হায়না কৌবীগী শেংলবা শিংমোমশংদগী।

## ৩৭। য়িরাং পুরিকলাই পুনসিপা।

( পুনসি থুরেন চনবা )

নয়ু নিংথৌ য়িরাং পুরিকলাই পুনসিপারো তৌনা কৌএ। পুরিকলাই ভাঙোই পুমসিপাতি। হাওরৈ নোংপোকলা পাংপালমতা খৌসাপানে। চকপা অ কোয়ি। য়িংথি য়িয়াচাউপু কৈনা সমনা খৌসাপানে। চকপা অংকোয়ি। য়িংথি য়িয়াচাউরো কৌপাতি কতৌনোংবিনো। কপো সামপা লায়রপানা। কোরৌ নুমিৎমাতি। পাংকা কৈথেল লেনতা। কামপা চোংতাই য়োননা। নোইমু মচেৎ অমকী। লোইপী চীংবাকলেন। কাকলেন মিঙমপাপু লৈরবয়ে। কোবৌ নুমিৎ অনতা। সেকমু কৈথেল লেনকী। কামপা চোংতাই যোননা। মপল নোংপাল যৌয়েংপি চা। চীংয়াইথু য়োংনাউপু সাতিকলবয়ে। কোবৌ নুমিং অগাতি। সনলম কৈথেললেনকী। কামপা চোংতাই যোননা। নোইমু মচেৎমাকী। খোংপাল য়াঙনম পাংযায় লুমাইপা। খোংপাল ভারোকপাপু থাংললবএ। কপো

---

৩৭। ইরাং পুরিক্লাই পুনসিবা।

নমুথৌ ইরাং পুরিক্লাইগী কোলোয় মিংলেন্দ পুরিক্লাই পুনশিবা হায়না বোলোয় মিংলেন্নৈ। পুরিক্লাই অমগী মতিক মথোংগি নোংপোক মায়কৈ পাংবলমদা হুবেদা লান্দাথি। চকপা অঙ্গোচৈংগী চেম্বুরকপা নিংথি কৌবা উপাক চাউবা চেনবা তুমেলবু তুবং বৈনা শমজুনা লান্দাখিবনি। অসিগুম্বা চকপা অঙ্গোংবু য়িংথি য়িয়াচাউ হায়না কৌনখিবদি কনিগীনো? কবো শাম্বা লায়রবনা কোরৌ নোংজা তুমিৎ অমদা পাংগা কৌবা কৈথেন্দা কাম্বা কৌবা চোং ফনবা শা অতু থুম থরগা ওন্নদুনা কাকয়েন কৌবা চীংদদা লৈগনবা উচেক অমগা লৈমকথি। কোরৌ নোংজা তুমিৎ অমদনা শেকমু কৌবা কৈথেল অতুদা কাম্বা কৌবা শা অতু য়োনবদা উথক্তদা লৈবা য়োংনাউ মচা অমবু লৈনকথি। কোরৌ তুমিং অমদনা শনলম কৌবা কৈথেল্দা কাম্বা কৌবা শা অতু য়োনবদা থুম লৈরগা থুম অতুনা অমুক ঈশিং লৈবা খোংবালদা

সামপা লায়রাপা মতাইরেম। মপাল নোংপাল য়োয়েংপিচা। চীংয়াইথু য়োংনাউপা। লোকমুং হুরাউপানা। হয়রাং অসংয়েং। তাউচিং অমুন থননা। কপো সামপা লায়রপাতা হাইথুংলৈএ। মতাইলেম লোইপী চীংকাকলেন। কোরৌ নোংসা য়াইপনা। থুমনাউ চঙনা হাই। য়েননাউ পুমনা চেননা হাইথুংলৈএ। খোংপাল য়াংনম। সানম ঙাইপা। খোংপাল ঙারোকপানা। লেংলৈ ঙাতেক লাংনা হাইথুংলরাপাকী। কপো সামপা লায়রাপ শুং। কোরৌ নোংতামতা। থপী নোংলেপতানা নাউয়োকখিএ। চীংয়াইথু য়োংনাউকা। লোইপী চীংকাকলেনকা। খোংপাল য়াংসনমকা। মতাইলেম অহুমানা হাতানাখিএ। য়িপুংঙু কপো সামপা লায়রপাকিতমকপু। তালোই তুথিপিসে। হায়না পাউমেননারাপাকী। কপো পাংকা মনিংথৌনা। তোংচেং থারা পানথকজা। মোলাং সনম ঙাইখাং য়ৈপাপু। তোংচেং লুখাং থোংনা। মালং নোংসা য়াইপাতা। লোইপী চীংকাকলেননা। মোলাং পাতা পমমা

লু থুবদা ঙা হেক হেক চানা সনম্বা কৌঘা ঈপিং কফাল অনীমক্তা লৈবা শা অদু লৈরকখি। কবো শাম্বা লায়রবগী মনাই অচানবা ওইনা লৈরবা য়োংনাউ লোকচংদা উরাউথরাউবা য়োংচুনা হৈ অশংবা অমুনবা থল্লহুনা হেক্রুরগা কবো শাম্বা লায়রবগী মথুক্তা পীরম্মে। মহুদা মনাই ওইনা লৈবা কাকলেন অহুনা কোরৌ চুংশা য়াইহুনা লৈবা য়েন্নাউ মচাশিংবু মচিন্না চেল্লগা পুরকখি। অদুগা শনম্বা কৌবা খোংবান্দা লৈবা লেমলৈ ঙাচাবা অদুনা লেমলৈ ঙা অতেকপা চেল্লরুগা থুংলরবদা কবো সাম্বা লায়রবসু কোরৌ নোংজা হুমিৎ অমত্তবু লেপ্পা লৈতনা মথোয়মশিংলিবু য়োকচখি। য়োংনাউ অসিগা কাকয়েন অসিগা শনম্বা কৌবা শা অসিগা মনাই ওইনা য়োকচনবা মথোয় অহমসিনা চীক্না হা তান্নখি। ঐখোয়গী ইবুংঙো কবো শাম্বা লায়রবা অসিগীদমক মতালোয় অমা থিবিরসি অসুম হায়না থম্বদগী কবোগী পাংকা নিংথৌনা শঙ্গায় মথোল অরাংবদা মোন থাঙলগা চুংশা য়াইহুনা হিম্প্রিচৈদা লোইবী চীং কাকয়েনসিনা মোন অহুবু কাকয়েনগী মখাদা কোল্লহুনা চেক্সুনা পুখি। অহুগা অরাংবা উজাউ শিং নানবা

রাইথংথিয়ে। পামেল বুনামতাম কোরৌ ঙমথংবু। রাংপল ঙমলোননাপা। পামেল বুতোল অরাংপাতা থমল্লুরে। কপো পাংকা মনিংথৌনা। মোলাং মঙাইথাং য়াইরোইপাপু। পামগূপাকী সেনপী য়িপাচা। কপো য়িয়েলল্লুসিংরো। তলা অঙনপা। পামেল অরেমপা অসিপু। তলা থাংরাই কানা। পামেল কয়ম কানা পম্সিংথিপনো তনবা কনা ঙমকা কাকাপানো হায়না পাউহংপাপু। কোরৌ ঙমথংপা। রাংপল ঙমলোননাপানিকিনা। পামেল থাংরাই কাঙমতানা লৈরববু। কপো সামবা লায়রপানা। সেনপী লয়মাপা। পাংকা য়িনিংথৌরো। নতাইলেম ঐকী চীংয়াইখু য়োংনাউ। মপল নোংপাল য়ৌয়েংপিচাপূ। লৈয়ে হায়না পাউতাকলাপাতা। চীংয়াইখু য়োংনাউনা। তলা চেনকানখিরে। পামেল বুতোলথককী। মোলাং থাতা পমনা। পামেল চেনকূমলাপাতা। তলা থাংতপমাকী। মোলাং খুয়োনথানা। চকপা অংকোয়িকী। লাইচা য়িরেনপুংতাপু লূপখিরে। পাংকা মনিংথৌনা। মোলাং য়াইরোইপা অসিপু। লাইচা য়িরোনল্লুংকী।

---

অতিয়া পক্লা রাংশ্রবা উগী উতোন অরাংবদা থল্লুরে। অদুদা পাংকাগী নিংথৌমা মাগী মোলাং (মোন) মমল অয়াম্ববু পাম্ববদগীদমক কবো ইপাচা নিংথৌ ঐগী ঈরী ওহবশিং! পামেল অচৌবা উজাউ অসিবু কারগা কয়য়বু মোন অসিবু থল্লুরবনো? নিপা থোকপা কনানা কাদুনা লৌথরবা ঙমগদগে হাগনা হংলক্লবদা উজাউ অসিনদি য়াম্না রাংনা হৌথিবা ওইবগী মতোলদা মোন অতুনা লৌথিবা মংম্না কনামত্তনা কাবা ঙমদদুনা লৈরবদা কবো শাম্বা লায়রবনা হায়ংকথি। হে সেনবী কবো ইনিংথৌ! ননাই ঐগী য়োংনাউ মচা অমা লৈজে। অদুম্না হঙ্গৎলম্লগা য়োংনাউ অদুবু কাহলগা মোন অদু পমদুনা উতোন্দগী মথং মথং প্রপ প্রপ কুমথরকপদা উজাউদুগী ময়াই যৌরকপদা য়োংগী মথুন্তগী মোন অদু মাম্নোংকখিদুনা চকপা অঙ্গোয়িগী ঈশিং ঈয়ায়দা তাখিদুনা লূপথরে। মদুদা কবো পাংকা নিংথৌনা মাগী মোন য়াইওইবা অদুবু ঈশিং মঙংদা অমুক কনাবু থিহনসিগে হায়না হায়ম্লক্লবদা কবো শাম্বা লায়ম্বনা হঙ্গচ্চরকথি। ননাই ঐগী শনম্বা কৌবা ঙা কাবা হৈবা শা মচা অমা লৈজে হায়না

য়িরাচাউপু কান্না চোং। সেনপী চোংতাই নমসাং য়িন্না। হুয়েল লানত্তাখিত্র। চকপা মেনখোম মপূংয়াইতা। কেকে অখৌলিচা হেপপা। ঙাংঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা পূমনামানা। চুঙলেন থাকূপ হৌ। থংনং লাইতং লেং। সেনপি কাংচম থোঙচাউ হাংনা পনথেংথাপাতি। মেনখোম মপূং তাকলে। সরীক লাইথন থুম। চকপা খারা খেনচঙকিন। মৈপী তাংকোই পাইনা পনথেংলে। পুরিকলাই মথি-নাই। য়িরাং মরাং হৌনা খৌসারে। হুয়েল লাননিবিতি। চকপা মেন-খোম মেলাংপা। থামূং মিংনাইপাপু কায়না হুললকত্র। তিমেন তাচেন-থাক। মেনখোম পূমনামাকী। নাহা রূপী হন্থ হনপা। থাকত্তানা কাঙ-রেন সনকু হোইকুম খোমলকয়ে। মেনখোম চন্থরা। চেংলৌ সকনা চেনপী। সমলাং পোপতেক্ক লয়পী। লুপা থাংকোই থেংনা হেনমোইপীপূ। কেকে নৈমা অঙনপী। মোইরাং সনকোল অরেমপী। রোয়হৈ লুমঙ্গাং অপামপীলকতা। য়াংকোইহললে হায়তাপারা। চকপা মেনখোম পূমনামাতি। কেকে লমলেন মতাইমা। সিঙচা ক্বাক্কত্তা লমমাহল

---

হুয়েল লান্দা থবদা চকপা মেনখোম থুঙ্গং মঙ্গংদা কেগেগা অখোবশিং মোইরাংগী অকনবা লাম্নীশিংনা চুঙ টা পাম্বদুনা কবোগী পল্হোং পূম্বা লানশিন্দুনা লান্দা খিবদা মেনখোম থুঙ্গং অদু তক্কা থুগায়খি। মরোল মরান তাকখি। মৈ থাদুনা মৈরীনা কোরৌদা কাবগা লোয়ননা তাঙ্গোইনা পূম্নম মন্না পাইখি। লানফম অসিদা মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাইনা কঙ্খি কঙ্গাউ থোক্না লান্দা খিবসিগী লানফম অসিদা চকপা মেনখোমগী মপু ওইবা থামুং কৌবা মমিং চৎপত্ব লান্দা মাম্নথীবা পীরকখি। লানফম অসিদা অশোক অপন য়াওখিবা টানা তেন্না শোকপদা শিখিবশিংদগী লেমহৌবা মেনখোম পুম্নমক অসিগী নাহা রূপী হন্থ হনা পূম্নমক অমত্তা থারূম্বা লৈতনা লোইনা থোমদুনা পুরকপ দি শল হোইবগুম হোইবগা অম্ন্বা ওইখি। মতুদা য়াওরকপা মেনখোম লমগী রূপীশিং মশক মতৌ য়েংবদা পুকনিং হুম্বীশিংদুনা অমুবা অচৌবা শম্বুম্না পোপ্তেক লৈনা লুথোংনবীশিংদুনা মথ্বাং মথ্বাংদা অঙৌবা লুপাগী মরীনা থ্বাংলি ওইরবীশিং অদুবু মোইরাংগী কংলা মঙ্গংদা লৈরিবী মোইরাং লৈমরোল অপাম্বীশিংগী মরক্তা লৈমিন্নহনখি। অদুগা চকপা মেনখোমগী

মাইরাং লাইথা চারংলৌতা। পম্বিং লাংসঙহুন। লৌরুম খানলৈ তৌহননা। খানলৈ লৌতাহললএ হায়ন্তাপারা। কেকে লমলেন মতাইমাপু। সিঙচা কাকতারো কৌপাত্তি বতৌনোংকিনো। হাওম্নু কোনতে লৌঙাকপী। তাইকোন লৌসঙপীনা। থাঙয়ি লিহয়ঙাক। লোইমোম লিহয় সঙপাতা। পানবা নাথূপপা। কৈরেন বুমপিচানা। লৌসঙ সকাইখাত্তা চঙনা। চকমোম মৈনিল তারাপাকী। পানপা মগ্নাকা। কৈরেননা বুইরুম চঙলিঙৈ। হাওম্নু কোনতে লৌঙাক-পীনা। মুরা কোনলোই মথূত্তোপপু। চকমোম খামপী মুংতা য়ীকলে। পানপা ময়া তমনা ছুমসিনখিপাপু। পানপা কৈরেল অথৌপাত্তি। কৈরেল মরৈ পোকনা। পানপা মরৈ থারে। সারেন খোংতুম খোং। পানপা লাউতুম লাউনা চেনখিরে। অতুমোংকিপু হাওম্নু কোনতে লৌঙাকপী। তাইকোন লৌসঙপী। কোনথাং মনসিনা। মোমম্নু খ্বা য়োংহোইলৌ। মুরা কোনতে মথূত্তোপনা পানপা তানহোইলৌ। পানপা লাইথা চারংলৌরো তৌনা

নিপ। পূম্নমক অতুবুনা মোইরাংগী শিঙজা কাক্তা লমদমগী মনুং চনবা লাইথা চারংলৌদা পরিং খাৎতুনা লৌগী লোথো' তৌহল্লগা লৌতাতুনা লৈহনখি। অসিগুম্বা মফম্দু শিঙজা কাক্তা হায়না কৌখিবদি করিদগীনো? হাওম্ন কোন্দে কৌবীনা লৌফমগী মহয় মবোংবু ঙাক শেন্দুনা লৈবা মতমদা পানবা কৈবেন নাণ্‌থ্রা অচৌবা কৈজাউ শা মকোক উমতুনা চাবনা লৌশঙ অতুগী শগাই থাদা চঙলক্লগা। থারিবা মৈ অতু য়াইতুনা লৈরবদা কৈজাউ অতুনা মগ্না কানা উইরুম উইরুম তৌরিডৈদা হাওম্ন কোন্দে লৌঙাকপীনা মাগী থূদোপ অতু মৈদা ঙাওনা ঈরুগা কৈজাউ অতুগী কাদিবা ময়াতুগী মমুংদা ছুক্তিনখিবদা কৈজাউ অতুগী মরৈ অতু মৈনা পোকপদগী কৈগী মরৈতু শরে। অতুদগী কৈজাউ অতুনা খোংবা লাউনা চোংতুনা চেনথ্রে। তুমিং অতুদগী মফম অতুবু হাওম্ন কোন্দে লৌঙাবপী তাইকোল লৌশঙবীনা মমাদা কোনথাং শিরগা য়োংবু তানখিবা লৌ অমদি মাগী থূদোপ্পা পানবা অথৌববু তানখিবা লৌ ওই হায়বদগী পানবা লাইথা চারংলৌ হ'য়না কৌনখি। ছুমিং ৫ নি ভুরগা কৈদুম্ব তুরেৃ কৈরেন্দুনা থাঙেন্দুনা লৈরবদা কাক ময়াম

কৌএ। কোরৌ মুমিং মঙানি সুরপাতা। পানবা কৈন্সুং তুরে। পানপা কৈরেননা থাঙলেললাপাকী। কেকেনা তেংথানা। ঙা-ঙোইনা মীকৌনাপাতি। কাকপু সিঙচারো তৌনা কৌয়ে। পোনপী সিঙচানা য়োনতম পৈরাপাকী। সিঙচা অমুপী অসিতি। করম য়ামনাপু তাপানো হায়নথিয়ে। অতুনোংকিপু কেকে সিঙচা কাকতারো তৌনা কৌএ।

য়িরাং পুরিকলাই। নয়ু নিংথৌ পুনসি খুরেনচনপা। য়িরাং থয়াঙ মথৌমন। পুরিকলাই চুঙসেন মরানরোনতি অতুসুং মতোমতে। হাওরৈ নোংচুপলা পাংপালমতা থৌসাপানে। থাঙসা মনিজনাই। ঙাইখোংতানা তাপা। কুরেক চয়নীলোঙপা। খোমলাং পিসিন-তোনপা। য়াইখোম মক্কমপানকী। চীংসাং নাকপক থননা। রায়থৌ থমচেৎ পানকুমপা পুংতা। মতাইলেম অথৌলিচা তেপপা। ঙাঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা। পূমনামাপু ঙাইরোইনানা। হুয়েল লানতাখিয়ে। লোইপী মচীংকা। হেমপা পনথোং হাং।

ইনথি। মোইরাংনা কাকপু শীংজা কৌই। অসুন্না পোনবী শিঙজা ( কাক্রা ) চবুল ( শঙ্খ ) ওইনা পৈদুনা লৈবরু শিঙজা অগ্নবাশিং অসিদি করম তৌদ্রনবু অসক য়াম্বনো হায়নথি। অদুগী মফমদুবু কেগে শীংজা কাকতা হায়না কৌনখি।

ইরাং পুরিক্লাই নিংথৌ পুনশিবা খুবেন চমবগী মতিক মথৌনাদি অসিনসু লোয়বা নত্রি। নোংচুপ মায়কৈরোমদসু হুয়েল লান্দাখিদুনা মতিক মথৌনা উৎথি। ঙাইখোং কাংবুতনা খুন্দাবা থাঙ শাডুনা মশিল অথোইবা ওইবা ঈশিং থোংলম অমী চেনবনা অচাঅথক রাক্ত-পাদনা লৈবা অদুগা। ঙাইখোং কাঙবুত্তনা রাইথৌ পাত্তা হৌবা থম্বালগী থমচেৎ মক্কাদুক য়াম্বা মীশিংনা ক্রক ক্রক ঈমনা লৈবা খুঙ্গংদা মোইরাং অকনবা কেগেগী অথোবা লান্মী মনাই মরাম্মক্কা লোয়ননা হুয়েল লান্দাখি। চী জাউগী অঙম্বা কারগা পম্থোং হাংলদুনা সৌ ময়াম্রা মাঙদা উৎলগা মখুৎ-মখুত্তা চুঙ অমদি থাঙশাং পায়রগা অমদি টা পাযবা লান্মীশিংনা মথুম মরাঙ হোৌনা টাদু উরু উরু লৈরদুনা হুয়েল লান্দাখিরগা ঙাইথোং খুঙ্গংদুবু মৈ থাদুনা মরোল মরান

সোইপোন মাঙলম থীন। চুঙলেন থাকুপহৌ। থাঙলেন খেরাংথাং তিমেন হুংসোল লয়না পনথেংথাপাতি। ঙাইখোং থামপী মৈমাঙচন। হুয়েল য়াইসিং মৃংনা পনথেংথাপাতা। থাঙসা মপুং মৃংলে। পুরিকলাই মথিনাই। যিরাং মরাংহৌমা খৌসারে। ঙাইখোং হাউ-পাথং। লোকসাং লানথোয়াঙপু বায়না হুললে। লোইপী মপুং-য়ায়তা য়োনতেরকলে হায়তাপারা। নয়ু নিংথৌ চকপা মেনখোম ঙমপা। থয়াঙ মথোমল। চুংসেল মরানরোল। হুয়েল মরান-হৌতি অতুম্নং মতোমতে। হাওরৈ নোংচূপলা পাংপালমতা খৌ-সাপানে। লমলেন লোনলোই নৈমতাকতা। হোইতোম চন্নু লাংহৈ থোইপী। অসেম খোইনা নাকোয় কাঙপী। অসা থোইনা চেংলৌ মিংথোঙলোনপীপু। খোইরীথুনপা নিংঙোলম্নুচা। লমপূ অমনপা। চয়ম্বূ পালোইথারাপানা। সমু খূংপুথিন। চীংলেন মতম য়েংনা পাউতাকরাই। লোনলোই নৈমতাকপু নাতৈনানা। লোইপী খোঁপুম মনিন নাইপা। সোঙপুতানা তাপা। চীংলেন নাপোম থনপা।

---

তাক্লবা লান্দাথিবদা থাঙসা পৃম্বা কনখরে। মোইবাং নিংথৌনম্ব কাম্ব কঙ্গাউ খোক্লা লান্দাথি। মতুদা ঙাইখোংগী হাও পাথং লোকশাং কৌবা লান্দা খৌবনু মাযথিবা পীথি, অতুগা লোইবী চংখাংদা শেম্বা লামশঙদা হল্লকথি। কেগে মোইরাং নিংথৌ চকপা মেনখোম ঙম্বা কৌবগী মংিক মথোনাংদি অসিনম্নং লোইবা নত্রি। নোংচুপ মাংকৈয়োমদম্ব অমুক হুয়েল লান্দাথিবনি। নোংচুপ মাযবৈয়োমদা নৈবা লোনলোই নৈমতাক হাগবাসদি হোইদোম চন্নু নাংহৈ থোইবী কৌবী খোইনীথুমগী নিংঙোলগী মঙ্গু ওইবী শেম শাবা অকে-অমৌগী খৌরমদা চঙখোনবীদা থায়না হান্না লম্বু ওইরম্বা অহল ওইরক্লদুনা চৈশূ শীজিন্নরক্লবা অতুনা চীংগী লমদাং য়েংলগা মথূং থিল্লদুনা তাক্লম্মী হংনবগী নৈমতাক হায়না থঙনবা ক্ষমদম অতু লাম্বোক্লগা নৈবা খোঁবুম খুনগী মংতক মথোনা নৈরবা শোঙবু হাওতনা খুন্দাবনা চীংগী চীংমায নাপোম থম্না তাবদি য়াইথোদা হোবা থম্বালগী থমচেৎনা মক কুংনা ক্রূকক্রূক ঊম্মনা পানবগুম্না খুন্দাবা খুঙ্গংদা কেগেগী অখোবা মোইরাংগী অকনবা লান্মীশিংনা মথূৎতা টাশাং থূৎক্তুম চেৎনা চেৎনা

রায়থৌ থমচেৎ পানকুনপা পুংতা। কেকে অথৌলিচা হেপপা। ঙাঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনামাকা। খুৎপাক তিললাই-মেন। তিমেন হুংসোল লয়। থংনং লাইচুম ফেননা। কুরাউ পনতাই সৎ। হেমপা পনথোঙ হাংনা পনথেংথাপাতি। খৌপুম য়াকা চায়রে। লোইপী মপুং তাকলে। সোঙপু পামতাননারে। হেমপা খুনয়ায় চঙনা। লোইপী থেনপুংথকতা। পুরিকলাই থিংকু মথিনাই। য়িরাং মরাং হৌনা খোসারে। হুয়েল লামনিকিতি। লোইপী হাউপাথং। খৌপুম থমপা লানথৌয়াঙপু কায়না হললে। লোইপী মপুংয়ায়কী। থিংলৌ নিঙনা তেনা হলরাইরকলাপাকা। কেকে মরয়পাকতা মুঙাই মরাঙ কায়না রায়থুংলারে হায়তাপারা। য়িরাং পুরিকলাই। নয়ু নিংথৌ লোইপী খৌপুম লানথাপা। চুঙসেন মরানরোনতি অতুমুং মতোমংতে। হাউরৈ নোংচুপলা পাংপালমতা খোসাপানে। কপুই য়িংথি সারেনচীংতা। কেকে অথৌলিচা হেপ-পাসিংকা। লোইপী মচীং কানা। চুঙলেপ ৬০ চোং। কাওরেন

পায়নগা উক উফ লৈ হুন। ফেল্লপ-ফেল্লপ্পা চক্রশিলগা খুঙ্গবু খাজিল্লিবা শম্বলশিং নমথেক্না পম্বোঙ হাংলগ হুয়েল লান্দাখিহুন। খৌবুম খুঙ্গং থুগায়খি। খুঙ্গগী মীয়াম কোযচেন চেম্মণ্ড্রববু শাম্নহুনা খুঙ্গং মযায়দা চঙলগা মোইরাং নিংথৌনা কংগু কম্রাউ থোক্লা খুঙ্গগী অতোঙবা থেন মথক্তা অমুকা লান্দাখবদা লোইবী হাওপাথং খৌবুম হুনগী খম্বা কৌবা লান্দা খৌববু মাযথিবা পীরকখি। অসিগুম্বা চংনাঙ মথক্তগী পুরিং ঈচনা চনিঙ তানা থরাম হুংচাইনা হল্লগ কেগে মোইবাং নৈবাক্তা হুংঙাই নাইকন। মরাঙ কায়না হল্লকখি। ইরাং পুরিকলাই মোইরাং নিংথৌ লোইবী খৌবুম লাম্বগী মতিক মথৌনাদি অসিনম্ম লোইদ্রি। অমুকম্ম নোংচুপ মায়কৈ-রোমদা লান্দাগি। কবুই কাঙবুনা খুন্দাবা লিংথি শারেনচীংদা কেগেগী অথৌবা মোইরাংগী অকনবা লাম্মীশিংগা লোয়ননা অঙম্বা চীংজাউ কাংগা চুঙগী মরেপ অরাংববু ৬০ রক চোংদগা মশা থিঙনা অমদি শনগী মরেপ অরাংববু ১০ রক হেক চোংল-চোংলহুনা মথৎ মথৎকী টাশিং অহুনা ফেম্না ফেম্না পায়হুনা লান্দাখিবদা য়িংথি খুঙ্গং মরোল মরাল তাকখি।

সনখাঙ ১০ লাননা। থংনং লয়চুম ফেননা পনথেংথাপাতি। লোইপী মপুং তাবলে। য়িংথি য়াকা চায়রে। কপুই পামতাননারে। য়িরাং মৈনা রোৎনা খৌসাথারাপাতা। য়িংথি থমপা লানখৌয়াঙপু কায়না হুললে। য়িংথি সারেনচৌংকী। থিংলৌ নিঙনা তেনা হলরাই-রকলাপাকা। কেকে মপুংয়ায়তা রাইথুংলারে হায়তাপারা। নয়ু নিংথৌ কপুই নিংথি ঙমপা। পুরিকলাই থয়াঙ মথৌমন। চুঙ-সেন মরানরোনতি। কোনপী মচিলুলম। সাপন লৈরি মহেকলমকী। রায়রা সাসিঙ য়াম। হুয়েল লানপুম পানা। পুরিকলাই খোক-লাং মথুৎস্নুনা। মেনখু মসিঙসু। য়াইথু মফম-ফা। খুরেন য়াইথু মফমতাউ। য়াংনম সিঙনিং লোননা। খোকলাং য়াইথুরপাকীপু। পুনসিপা খুরেনচনপারো তৌনা কৌএ। কেকে মপুংয়ায়তা। হরাউ মথোইতোং। মুংঙাই মরাঙ কায়না পাললাপাতা। নয়ু নিংথৌ পুন-সিপা খুরেন চনপানা। মকুন কুমচা কুমকাউতা। য়াইপী থরাই নিনফ-তাপারাকী। পোইরৈ মনুংরোইনা। লাংহৈ কুমসিং রোললকলাপাকী।

খুঙং পুমচাই চাইথি। খিংথিগী মী পুম্বা কোয়তান তান্নথি। মোইরাং অথোবশিংনা মথুম মরাং হোনা লান্দাথিবদা থম্বা কোবা লান্দা খোবমু লানঙম্নকথি। অসিগুম্বা য়িংথি শারেনচৌংদগী চনিঙ তানা হল্লক্লগা কেগে মোইরাং মরৈবাক্তা খুংলরে। খোঙফম অসিদা মোইরাং নিংথৌবু কবুই নিংথিঙম্বা হায়না কোলোয় মিংথোনথি। অসিগুম্বা থোনা ফরবা মোইরাং নিং-থৌগী মতিক মথোনাদি মোইরাং কংলাগী মায়কৈ অকোয়বদা লৈবা পুম্নমকপু থুহুম চন্দুনা লাকশিল্লকপা মরম্না অমদি শাফা লানফা মশীং য়াম্বনা পুরিক্লাই মাগী মপাম্বোমগী পাঙল্না থৎস্ত টাগী লম্বুগী হৈশিংবনা মেনখু মশীং য়াম্বা য়াইথু মফম কয়া লাকশিনবা মরমদগী অমদি খুরেন য়াইথু মফম কয়া তৌদুনা মশীং য়াম্না ফংবা মরম্না মোইরাং নিংথৌ অসিবু পুনশি খুরেন চনবা হায়না কৌনথি। অসিগুম্বা নিংথৌনা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিদা ফংঙাই য়াইফনা হরাউ তয়াম্না পাল্লরুবদা মোইরাং নিংথৌ পুনশি খুরেন চনবমা কুম থুদিং তৌরকপা চৎনবীবু কাউথোকপা লৈত্তনা তৌগদবা অদু তৌদবদগী কুমশিং অদু য়োরক্লবদা লাইনিংথৌ সরারেনপাথং য়োইরেনবনা কুমমৈ লোমহল্লগে

চীংঙু নোংনিংথৌ সরারেন। অবাং পাথং য়োইরেনপানা। য়িমু থনরোললাকে। য়িঙৌ চাইচি থমকে হায়রকলাপাকী। য়াঙরৌ লাংপলকা। কুমচা লোনলৈ তাকনা। লাংপস চিংচিল লৌতা লোমলাপাকী। য়িমু য়িঙৌপাল থমলা লেরাপানকী। কেকে মোইরাং নমপুচম নিংঙোনপী। হাউকু লাইরুম তোনপীনা। চক-যোম মৈপুল য়াতা চীক। লোকতাক ফিয়িন থামনা। চাতানা ভনতুম হো। থকতনা য়ুপিংকা। তৌমু কুমসাপা। কারাং কুম-থাইপাপু। য়িতা কুমমৈহৌপী মকুমসাপু। লোইতাম কুমসাখিল্ল-পাতা। কেকে পুমন-হো। ভাঙোই পাকনা তাইনা। কেকে থেনকাকে। মোইরাং থেনতমকে হায়পাবী। নয়ু নিংথৌ কেকে লয়মাপা পুনসিপা থুরেন চনপাকা। মতাইলেম কেকে থুনফাং-থৌ। মোইরাং নাইফাংথৌ। অথম মীপোবপা। অথৌ লাং-কোনপা। থুপোম য়াইসিলোমপা। থুতাং য়াইচাউ থুপা। য়াম-চেং থেনমাইংোই। ফিরান নানপা হেনপা বুরা পামতু চিনপা!

---

ঈশিং তাবা লোইহল্লগে হাযতুনা লাংবনগী কুমদা কুম লোইবগী থুদম তৌবা অতগা চিংঙ্গিল মতমদা তাবা হৌনবা নোং অতু শল্লবগী ঈশিং ইমু ইঙৌ থল্লতুনা থমনা থম্বালশিংনা মতম লোইঙ্গবদা মোইবাংগী নম্বুঙম নিংঙোল হাউকু লাইরুম তোনবীনা মৈপুল মযাদা চীক্লগা লোক্তাক মরায়দা ফি থল্লগা চরা হেল্লগা •চনিঙ চমাং শম্নদতুনা য়ু ভাঙবগুম্না কুমগী কুমহৌ ওইননবা মকুমশাগী ঈবাং পুবল্লবদা কেগে মোইরাংগী মীয়াম্না হৌবরুতুনা কেগে খেন কাগে মোইরাং থেন্দমগে হায়বগীদমক কেগে লয়মাবা পুনশিবা থুরেন চনবগা মনাইশিং অঙম অথৌ পানাগী মীয়াম মপা মপুগী চাঙক্তগী হৌদা মঙম ভাক্লরুবা চঙজবরুবশিংবু ফনবিবদা মথল্লাই পাম্বা লৈত্রবশিং থুবোম য়াইশি লোনবা থুদাংদা য়াইচাউ শিবশিংনা নিঙথিনা ফিরাম মানবা অতুনা মাগী মাগী কোকয়েৎতা থেৎলতুনা অমদি উরেকশেক হাপ্পবা নিঙথিবা কোকয়েৎ য়েত্তুনা ফি তোংলগা মথৃৎ মথৃৎতা নৌ চৈঙ'ক পায়নরতুনা থাঙগগী লমদমদা খেনগাবা অমদি কারাং লমদমদা থেন্দমলুবদা থোইরম লাইয়িংথৌ চীংঙু থাংজিং কোয়রেন কোবা লাই মোইরাং লমদমগী কাশা

পুমনামাকা। রাকয়ৈ খোঙরোইনানা। থুমু পালোইনানা থাঙকা থেনকাপা। কারাং থেনজমলুপাতা। নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ। থাংচিং কোয়রেললাই। মোইরাং কাসারেন নামুংপানা। কেকে চাউপা পুংপু। অফ লেংরোননানা। ফংত লেংসিননাপাপু। চীংঙু নোংতম সিঙসুরকলাপাকী। খোইয়ম মসানরোল অরাংপানা নয়ু কেকে লয়মাপা। পুনসিপা খুরেনচনপাকী। চেংলৌ সকপানখোং। পুম্নুং লেপপানখোংপু রোইনা সানরোললকলাপাকী। কোরৌ নোংথিল পোপোপপু য়োইহৈ হয়রোইনাই। লুমলাং অপামপী। মেনখোমহু সাফপীতা। লৈরাং হেকনায় কানা পাউতোইনরমলাপাকীপু। চীংঙু লাইচা মহিছন। লাংপল লিকলা পিসিনতোনপু য়িহুললমলে হায়তাপারা। কেকে মোইরাং নিংথৌ পুনসিপা। খুরেন চনপাকা। মতাইলেম কেকে খুনফাংথৌ। মোইরাং নাঙফাংথৌ পুমনামাকা। লোকতাক লাইচা য়িরাই ঙাননা। কারাং মায়রোন তয়না। মরাল রোনতেরকলে হায়তাপারা। য়িরাং

---

নিংথৌ ওইবা ইবুংঙো অযবা নোংদমবিবা ফত্তবসু মাঙহনবিবা ইবুংঙোনা নোংদম্বগী মতম অরা হুংঙাই ওয়-ওয় লৈবগী মতম অত্ত য়োরক্লহুনা নোংদম্বা মাগী শাইওল রাংশি থাঙলম্বদগী মমৈথংদা কেগে লয়মাবা পুনশি খুরেন চনবগী চেংলৌ শকপাম্বোং মশক অরেপ্পা ওইনা শাইওল তৌরক্লবদা হুংথিল পোবোপ্পা মোইরাং নিংথৌ পুনশিবগী মতাংলোয় অত্তোম্বী মেনথো মহু শাফবীগী মফমদা কেন-মৌনহুনা লৈরাং চিনমিন্নরুম্বগী খোইয়ম মাগী চাদা ওইনা শিঙেলন লৈহুল ত ন্নম্বা মরম্না মোইরাং লৈমা অতোনবী শাফবীদো খোযজি মিহুল লাংহোরে। মোইরাং নিংথৌ পুনশিবা খুরেনচনবগা মনাইশিং মোইরাংগী অকল-অথৌ পুম্নমক্তা লোয়ননা লোক্তাক পাংয়ায়দা লাইজা ঈথেল্লবদগী মায় গুনক্ত না ময়ুম মোইরাং কংলা তম্না হল্লকথি। মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই লয়মাবনা অঙানবা কোয়োহনবনা মমশিল্লক্লবদা মতাংলোই অতোম্বী মেনথোমহু শাফবীগী নাক্তা চীংঙু থাংজিংনা খোইয়ম শিঙলেন লৈহুল 'হুন্নম্বা হুমিং অত্তমক্তদা লাকপদা মতাংলোয় অতোম্বী মেনথোমহুনা হল্লচরকথি। কেগে ইনিংথৌ! ঙাঙোই লয়মাবা ইবুংঙো তাবিয়ু।

পুন্নিকলাই। নিংথৌ ঙাংঙোই লয়মাপানা। হৌরেন্দ অঙানবপানা। থোঙলেন থমখিরাপাতা। কোরৌ নোংঙামতা। য়োয়হৈ লুমলাং অপানপী। মেনখোমহ্নু সাফপীতা। সিংঙেল সেংথনোং। লৈরাং থাইথনোংতা। য়োয়হৈ লুমলাং অপানপীনা রাকংঙময়ে। কেকে য়িনিংথৌ। ঙাংঙোই লয়মাপা য়িপুংঙ্‌ তাউরে। অসাই নঙনা। থাঙকা থেনকাপা। কান্নাং থেনতমলুহৈঙতা। কেকে ফমথৌ নঙাইরোই। ঙাঙোই নিংথৌ নহিসাং পুন্ননামাপু নমতা হুন। লোইতাম কুমলোমতারিঙে। কুমমৈ চয়রক থায়না। নতাইলেম ঐঙোনতা। সিঙলেন হেকমায় কান'। কতৌপা পাউতোইনরিপানো। কেকে নরয়পাক। ঙাঙোই মংল নাইপানা। কেকে য়িনিংথৌ। মোইরাং ঙাঙোই লয়মাপাতি। রুনপী পুকনিং য়াংয়ে। কুমমৈ নমতা হুননা। লৈরাং হেকমায় কানা পাউতোইনরুইয়ে। 'হায়না পাউনোকনারহৈঙনে। নসানৌ কেকে লয়মাপী। নুপালোন। লুরাং মালং অহোঙপা চন্নুনাস্থং রাতাখিনাহৈঙনে।হায়না রাকংচপাপু

---

অসাই ইশাবা নহাক্না থাঙ্গা থেনকাবা কান্নাং থেন্দন্নুবা মতমদা কেগেগী অথৌবা থুনফাংথৌ লাইফাংথৌ ফম্নাই কানাইবা পুন্নমকপু থম্নমহ্নুনা কুমজা ইরাৎ থৌরম লোইরমদনা চৈরক থায়না কন্নিগীদমক নশানৌ ঐগী ইনাক্না লাক্লগা কেন-মৌনবগী থবক চথরহিবনো কেগে কৈবাক মীফান্না মোইরাং ইনিংথৌ ঙাঙোই লয়মাবা অসিদি মপুক য়াংই। মরুম কুমশংগী থৌরমবু থৌশাদনা হুন্নান্নগা মতাংলোয়দা কেন-মৌনহ্নুনা লৈথোক্লুই হায়না নোক্লখিবা তাইনে অতুগা নতালোয় নিঙথিবী লুরাং চহু গুইবী লৈমংরেন্থ থীনা হায়গ্রগনি হায়না রাকচ্চরকপা রাফমহ্ তাবদা কেগে মোইরাং নিংথৌ লয়মাবা ঙাঙোই মপু নিংথৌদি ঈশিং ঈরৈনা উরু উরু লৈবগুম পুকনিংদা অঙকপা ফংনা নিঙলকখি। কেগে ঐগী ইশাইকোল মোইরাং ঐগী কোহুং মফম অসিদদি লাইঙ্গ ঈথাই য়েক্লবা কনা লৈফম থোক্কে। কনাগুম্বা মী পোং ফত্তবা অমফাওবনস্থ চঙবা ঙমদবনি। থাঙ পায়বা লান্মীশিংনা কোয়নস্থ মঙাক্নি। অহ্নুগীস্থ মথক্কা শাদগী থ্বাইদগী চাউবা শামুনা থোঙ ঙাক্নি। মী মপুক ফত্তবা কনামস্থ চঙবা ঙমলোই। অরানবা মীবু ফারকপদা

নাত্তারাপাকী। নমু কেকে লম্নমাপা। ভাঙোই মপু নিং-থৌতি। লাইচা য়িরৈচনকুম। পুকনিং অঙক চঙনা নিঙখনখিয়ে। কেকে ভাংঙোই মকাইফম। মোইবাং সনা য়োইকোনম্বুং অসি-ত্তাতি। ময়িম লাইনা চঙফাতে। পোংলাইমানাম্বুং পঙনা য়ো-ফত্তাপা য়িমনে। থাঙলেন য়াসাপানা কোনথাইয়ে। লাংকোই হকচাউপানা থোঙভাকয়ে। নমু লিনচেন ফৎত্তপা। কনানাম্বুং চঙফারোই। নাইফা থাঙনা থোঙখিংয়ে। নমু কনাকুমপানা। নিংথৌ ঐকী চেংলৌ সকপানথোং। পুম্বুং লেপপানথো'পু সান-রোনঙমল'রোই। ত্তৌয়িকুম য়িয়ু থাংচিং লাইমরু। মোইরাং কাসা-রেন নামুংপানা। ভাংঙোই য়িরয়পাক্ষ মুংঙাইপা অসিপু। কেকে থাংচেংনাই। মোইরাং পাংসোয় নীকহনকে। হায়পাবিপু ত্তৌ-সিকলা। হায়না নিঙখললাপাকী। মসানৌ য়োয়হৈ লুমলাং অপানপীতা রাঙ খিয়ে। য়িসানৌ মেনখোমম্বু সাফাপীরো। করি রানো। নসাপী ঐত্তি যিকুম কুমকাউত্তা। লোইতাম য়'রা থানিনফাত্তাপকী। লোইতাম কুমসারিঙৈপু। থিংলৌ নিঙনা তেনা। সিঙলেন বত্তৌপাপু সেৎলরা। লৈরাং করিকিপু থাইথরমকাপানো। য়িয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ। কেকে সাংমাপা। খুয়োন রাংলৌ লয়-পাক মপানা। খোইয়ম থাপা মমায়-লয়। চৌংঙ্ মনম-রোননা।

লীজিন্নবা থ ৬ পায়বা লাম্নৌশিংনা চাক্তুনা খোঙজাউ অসি থিংহুনা লৈরি কনাগুম্বনা নিংথৌ ঐগী ইশক মান্নবা শেম শাবম্বু ঙমলোই। অত্নদি চৌংঙ্ ইবুধৌ খোইয়ম থাংজিং লাই মকোক ওইবা মোইরাং কাশা নিং-থৌনা কেগে ভাঙোই ইরৈবাক অসিগী ম্নুংঙাই মাইফনা লৈরিবসিবু মচেৎ মচেৎ ত্তাহন্দুনা অমগা অমগা য়েংথিনহল্লগে হায়দুনবু ত্তৌরবরা হায়না নিঙবদগী মত্তালোয় অত্তোম্বী মেনখোমম্বুদা হায়রকথি। ইশানৌ মেনখোমম্ভ শাফবী। মঙনা হায়রিবা রা অসিবু করিনো? নশাবী লম্নমাবা ঐদি কুমজা ঈরাং থৌ অম্বুবু ত্তোকপা মাদবা মরম্না ঈরাং থৌরম ত্তৌরিঙৈন্দবু কবন্না অমুক হল্লক্তুনা ইশানৌ নঙগা লোয়ননা কেন মৌমগদগে? খোইয়ম লাইনিংথৌ ওইবা কেগে মোইরাং পোকপি-শাংশিবা খুয়োল লৈপাক

কেকে য়িরয়পাক অসিপু। ঙাংঙোই অফ-লেংরোননা। মোইরাং ফংভ লেংসিননাকে। হায়পাকীপু তৌপানারিঙেনে। হায়না পাউ-তোইনাখিয়ে হায়তাপারা। য়েংহৈ লুমলাং অপামপী। মেন-খোমগ্ন সাকপীস্নুং হুয়রাঙ মচা য়ান। তাউচিং মক্ক পনপাপু। লোইতাম য়ারা থাসুয়া। কোরৌ মুমিৎ সিঙস্নরাপাকী। মপারী সনা মুংনা'তোন অতোনপা। খোইয়ম লাইকী মসানরোন। ঙাঙোই য়াওস্নরাকপাপু নাউনৌরে হায়তপারা। হে য়িবাং পুরিকলাইরো। কেকে নরয়পাক। ঙাংঙোই চাউপাপুং অসিপু। কেকে পোরোঙ খোক। মোইরাং পারৌ চঙহনকে। হায়পাকিপু চীংঙু নোংভম-খোনপু। য়িহোং লাইচি খোংকুমলকলাপানে। নয়ু কেকে লয়-মাপা। পুনসিপা খুরেন চনপানা। ঙাংঙোই মপুংয়ায়তা। খমলাং পারেপফা। য়িরেং পুরেপফং। পুনসি হাইহৈ সকনা পাললাপাতা। খোংনাং মনিল নাইপা। ময়াংতানা তাপানা। কেকে নমতা-তা। ঙাঙোই লয় চা কুমনা। পনথেংনপাকী খোংনাং সোকনারা। ময়াং হাৎনা রাপু খিচিক তেংথারকখিরমকে।

---

মপা ঙগবিবনা লৈবাক অসিবু অরা অনা খোকহল্লগে হায়দুনা মমায় ঙস্থোকপিদুনা ইরৈবাক অসিবু অফবা খুদম তুংওইনা ফজবা খুদম্না মাঙ-ওইনহলগে হায়বগী তৌরবরা হায়না ঙাঙনা শানাখি। অস্নুম্না ঙাঙনা শানখিবা অদুগা লোয়নননা মশানৌ মেনখোমস্ন শাফবী অদুদি লোইদাম কুমশিংনা মপুং ফারক্লদুনা খোইজি মিহুল লাংখিবা নারা মীতমখিবা অদুবু লোইদাম মপুং ফারক্লদুনা নারানা মপারী ওইনা তাইবং ফাওরকখি। মপারী অতোনবা অসিবু ঙাঙোই য়াউঙরাকপা হায়না কোলোম্ন মিংথোনখি। অস্নুম্না মপারী ফংদুনা মুংঙাই যাইফনা পাল্লবা মোইরাং লৈবাক অসিবু লাইগী নোংদম্না অমুক হন্না মুংঙাইবা ফংহল্লগে হায়দুনা পোরোং মতোল ঙগায়বা অদুনা অমগা অমগা মশীং য়াখঙম য়ামহল্লদুনা মুংঙাই য়াইফনা পুকনিং মরাঙ কায়না পাম্নবদা খোংনাং ময়াং লমকেৎপশিং ময়াংদনা তাবশিংনা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিগী তমদা তারক্ত্রনা ঙাঙোইগী খুনফম য়েনা হুয়েল লাল ওইনা তকশিল্লকখিবা খোঙফমদা ময়াংগা শোক্লবদা ময়াং মরাম্ন হাৎনখিবগী রাবু থজিক্তং পক্লরক্লে।

মখিম থোংনাং মনিনাইপা। হীরমপাচানা তাপা।ময়াং লয়কোয়পুংপুলেমপাকী। থোংনাং মনিংথৌ। ময়াং লাইচিং হাঙনপা। মাইপং চিনকোয় ফমপানা বাহমলকএ। য়িতাইলেম থোংনাং পাকংথৌ। হয়রাং য়িরূসা। তাউচিং য়িহয়কোনকী। থোংনাং অথৌলিচা হেপপা। ময়াং থয়াঙ কোনতাইলোনপাসিংবো। মখিম কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপায়ায়তুপু। লাইচা য়িনাঙম। মালেম লয়নারাং। নমু পোংনা থোইরাপাকী। লোকতাক থারাসা। য়িমলেন সাইকং নমঙানানা। থারা থেনচঙ লোনসিননানা। তোংচেং থারা পানথকতা। চকমোম থামপী মৈরাননানা পানপাপুংনিকিনা। বেকে থেংঙমতে মোইরাং কনানা ঙাঙমতে। হায়না নাতাইয়ে। য়িমুম থোংনাং মনিন নাইপাকা। মখিম কেকে চাউপাপুংকা। সয়েঙ থৈনসে। পানপোম ঙানাসে। হায়না বাহমলাপাকী। মপারী চুপারাচা অহনপানা। ছয়েল লানকাচিংনা। ময়াং তনপা মীথনথাই। কোনপীরাচা অথৌপাকা। অনবাতাউ সয়েঙ পাননা কনপাকা ঙাইয়োইনানা। ময়াং লানমী থীঙমতা।

হীরম্বা হিংচাবগী মচা মশূগী লম ওইবা ময়াংঙাঙনা থুন্দাবা ময়াং লৈবাক কাছার হায়না থঙনবা লমদমগী নিংথৌ ওইবা মাইবং জিলাগী রাপী হায়বনা হায়বকথি। হে অচানবা থোংনাং লমদমগী অহম অথৌ অকনবশিং নিংথৌ ঐগী ঈরী ঈঙাই ওইবা পায়নদগী মপা মপূগী মগুন ঙাক্না অম্না অনংগীদমক থরাই কংলক্করশিংও! মোইবাং লৈবাক অচৌবা পাক্না শম্না ত্যাম্বিবশিং অতুদি ঊবি'গী লম্না হেনবা কংফানগী লম্রা বাৎপা মী মশীংমা হেনবা মরমদগী লোক্তাক পাংতা থারা শারগা য়ুম কূ'না কুংনা শাইজিনগা শাইজিনগা শম্না শারগা মথং মথং থারা মথক ওইবজুদা মৈয়োম শাংলোনছনা পানবা লমদম ওইবা ময়ম্না কনাগুম্বা লৈবাক অময়ুনা মোইরাং মথোয়বু লাকশিনবা ঙমদে হাযনা তাই। হৌজিক ঐথোয় থোংনাংগী অকল-অথৌশিংগা মথোয় মোইরাংশিংচগা শয়েঙগা শয়েঙগা পাম্বোমগা পাম্বোমগা ঙানছনা লানশোক্সসি হায়না হায়রকপদগী মচাইমুংডো যুবরাজ ওইবা অহনবা লাঞ্জিংছনা ময়াং অকনবা থোংনাং অথৌবা ওইবা কোনথিরাজা কৌবা

লাংকোই পু পুলেম। থামান মায়ক্কাংসা। পেরে সিংকাথোং। সিংক। খোনচেন্সচাউ। ভরেৎ মনিননাই। য়াংলেন মরাঙ হৌনা। হুয়েল লালহৌরকবো হায়রপাকী। থোংনাং কুরাই ফানচময়ি। ময়াং থোপা ক্লিস্পুপা। বুতি থমকোইয়িপু। কোঙয়াং তুপনা পৈ। লাংলেন মৌগী বুঙাম সেমনা। লাইচা য়িরাললবলে। মাকু চৌংচাউলান লোনলোই লৈমতাকপু। লাইচা য়িরম য়িসাইপা। বুরেনয়াই লিরেন খোইফু মহুমচাই। য়াংলৌ লমকা ফাংনা। মেনতে লিসিংথা। মেনতোং লুকাইচৌংপু। ফৈনা সমনা। কেকে তমতা তারকলপাকী। নয়ু কেকে লয়মাপা। ঙাংঙোই পোংলেন হুনপানা। কেকে মকংলা। ঙাংঙোই কংলা তোংনায়াঙতা ফমফমলাপাকা। পুংলেন মরাংহো। য়াইপুং মনিন নাইরাপাকী। মতাইরেম কেকে খুনফংথৌ। মোইরাং নাইফাংথৌ। ফমথৌ মঙাইরোই। নিংথৌ মহিসাং। ঙাংঙোই অথৌলিচা হেপপা। তনপা থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনানাসুং। পুন্নুং লানপোং লয়না-সেং। মরান চেনবায়না। তিমেন চেনতাননানা কংলা

অথৌবগ। অনৱাতাউ কৌবা শয়েঙ পাম্বোম কল্লবগা লোয়নদুনা ময়াং লানমী মশাং থীবা ঙমদবমথৈনা লাংকোই শগোল তোংদুনা শোরোক কাগুপ থম্বা পেরে শিঙ্গা থোং শিঙ্গাগী গোক্তেল হৌনা হৌনা থোংশেনবুং য়ৈদুনা পুংজাউ থীজুনা হুয়েল লালহৌরক্লো। হায়বদগী ময়াং লান্মী পুম্নমক্কা থাই তুরেল ঈশিং অরাবা থোবশিংনা ফি শুনবা উতি চুম্বা ঈশিংশুম্বু লাম্নবা কোঙয়াং বা ময়াম য়াল্লগা উ-ঙাম ফোপ শেন্নদুনা তুরেল অচু লাল্লকলে। অদুগা মকু তুরেলনা চেল্লিবা চৌংজাউ লাল্লগা লৈমতাক কৌবা ঈশিং চাইবাঙুম চেনবনু লাল্লগা উজাউ অমদি লী-পাম্বী কযামা য়াল্লগা লবী শেমদুনা মেক্কে লিশিংখা মেজোং লুকাইচৌং কৌবব লাম্হোক্লগা মোইরাং লমদম মৌরক্লবদা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেন হনবদা মাগী কোম্বুং নরখায় লোয়শঙদা ফল্লগা য়াংলেন পুংজাউ থীজুনা রৈবদগী মোইরাং নিংথৌগী মনাইশিং অকল-অথৌ ফমথৌ মঙাইরোই ঙইবশিং খুরক ঈয়াক্কা লৈখিবা পাম্বা লাম্বা থৌরবশিং অহুনা কংলা পুংজাউ

থৌকাররকলাপাতা। কেকে মোইরাং নিংথৌ। পুনসিপা খুরেনচন-পানা রাহংলকয়ে। তয়ম কেকে খুনফাংথৌ। মোইরাং নাইফং-থৌসিংরো। মম্নিম থোংনাং মনিন নাইপানা। কেকে য়িপুংয়ায়তা। হুয়েল লানতারকপা অসিপু। থোয়মা নখোয়কী নমায়-লয়। য়ামচেং ননম মূকপিকুনো। তনপা সমু হুকথেংফং। থাংলেন থূৎনা ফংনা য়াননাসে। হায়না মোইরাং থোয়া। নামোই চাম-পানা লুচিংনা। তেকপি রোকলেন পনথাম্নুংকী সারেন মিতম য়াৎনারাপাকা। থোংনাং মায়য়োক য়ানা। থোয়মা নমায় লয়রোয়। য়ামচেং ননম মূকলোইতাপাপু। কনা লৈপানো। কংলা রাসক-নৌরো। হায়না পাউহমলাপাত। মতাইলেম অথৌম্নিচা হেপপা। থয়াঙ কোনতাইলেনপা। কাইপী সংরোমকুম। কৈরেন তেংথাপা। সচীক লাননোং তমপু তময়োনতাপা। থপা লানলোংথাইপু খাই-য়োনতাপা। লংমাই ক্ৎরোইনু। থাঙকা কমপোং রোংপী মনাসৌ।

মথোল হেক তাবদা মাগী মাগী লানফি শেৎনদুনা ময়ুম ময়ুমদগী টা পায়দুনা কংলা তন্না চেনথৎনরক্লবদা কেগে মোইরাং নিংথৌ পুনশিবা খুরেন চনবনা হায়রকখি। ঐগী লুমা চান্না তোজয়বা মোইরাংগী অকনবশিং কেগেগী অথৌবশিং পূম্নমক হৌজিক থোংনাং কাছারগী ময়াংশিং অশিনা মোইরাং ঐখোয়গী ইরমদম অসিদা হুয়েল লান্দাযক্লিবা অসি লাম্থেংনবদা মায় ওনবা পূকনিং হনবা লৈতনা থূৎকা থূৎকা পাম্বোমগা পাম্বোমগা হকচাংগা হক-চাংগা থেংনদুনা থাঙলেন লমহাইনদুনা হেক্তা য়াম্নসি হায়না সনা য়াথং হায়রকখি। মতুদা মোইরাংগী থোয়া লুচিংবা নামোইজাম্বা ফোৎনা কোয় থাদুনা লৈবা ওকচাউ অমা হাৎলগা শদোঙ মচেৎ মচেৎ য়াৎলদুনা থোং থাক্তনা চাবগা লোয়ননা থোংনাং ময়াং পূম্নমকা মায়য়োক য়াদুনা লাম্থেংনবদা পূক্নিং হনবা লৈরোই লাম্দা ইমায় লৈরোইদোবা কনা কনা লৈবগে অরেপ্পা থঙননবা রাশক্নো হায়না হায়রক্লবদা কেগে মোইরাং লৈবাকী মপা মপু হাক্তকগী হৌনা অহল লম্মনগী ঙণ ঙাক্না লৈরক্লবা শাদা লান্দা থৌবশিং শওমগুম কম্থোরবা কৈরেন কৈজাওগুম ঙংবদা তুজুং-দরবা কোম্মোথক্তা নোংনা থাক লাউবগুম্নবা লংমাই লমদা হৌবা কুংপ্রবা

কোংয়াং বাসাসো। লোকলো সোরাইতাঙনা। থুয়া য়োক্লমমেন। য়িম্বু ফিরাক সাপাপু সোঙকিতাপা। সাম্নপা পনয়া-ত্তা। লাংথোং য়িত্তা-সি। পনম থোময়ৈ থায়পাপু। লালু চোমায় কোয়। তাউচিং হয়ঙাং তম্ন। বাপা কেরে কংমাঙননা। থুম্ন মিংসা হনকংতা লেমচেং মৈরা ম্‌ংলাপাপু সোঙবিতাপাসিংনা। মানপী থুত্তকনা। ম্‌কমু লৈত্তোন কোননা বাকংচরকয়ে। কেকে লয়মাপা। ঙাঙোই য়িনিংখৌ। য়িপুংঙ্‌ তাপিয়ো। কেকে নরয়পাক। মোইরাং চাউপা পুং অসিপু। মালেম লয়না রাং। নম্ন পোংনা থোই। লাইচা য়িন' রাংনা পানপা পুংনে। পো'নাং মাথোয়না মীথাতা। ঙাঙোই য়িথোয়পু তাংসকত্তানা। কম্নিথী বেকে তমতা তারকাপানো। নতাইরেম য়িথোয়পু থোয়মা য়িমায় লয়না। য়ামচেং য়িনম ম্‌কলোইয়ে। তুম্নেল বাইশুপিচাতুকুমনা। হিংলো নিঙহেরোইএ

---

বা পাম্বীশিংবু য়াম্বেকখিবদা লৈহোবা থাঙগম হুইদেম শাবদা চঙলুবদা থোঙদা থুয়াদা য়াংথায় থিনগাইগনি হায়বগী অকিবা পোক্তুবা অমদি থিনগাইখিত্রনা ঈনা লোথোং চেল্লবম্ন হনবা লৈত্রবশিং অত্রনা শাইবা তিংথংলক্তা তারবম্ন লাংথেংগী ঈশিংদা তাত্রনা শিরবা অমদি কনাঙ্গনা লুরেন কক্লা লালু চোমায় লোত্রনা ঈনা হয় অঙাংবগী মহি তৈবঙ্গবা ফাওবদা মম্বিৎ মনা গুনথংত্তববা, শিববু করিম্ন ওইদনা থম্নবশিংগী কাঙবু অত্রনা থুরু থুদক শন শানা মংেক মতেক্তী ওইবা অনোনবা অতঙ্গা রাহৈনা মনিংথোদা হঙ্গচ্চরকখি। হে মোইরাং ইনিংথৌ কেগে লয়মাবা ইপুংঙো তাবিম্ন। কেগে মোইরাং নরেবাক অম্নক চাউথ্রবা লমদম অশিবু তমগী শক্কনদি বাংপা লাইঙ্গা ঈশিংনা হেনবা অমদি মোইরাং মীওইনদি হেম্না য়াম্না পাম্নুনা লৈরিবা লমদমনি। অশিবু থো'না' মরাং মথোম্ননা কেগে ঙাঙোই ঐথোয়বু মীথানদনা ইত্তিক ইগুণ থঙদনা করিগী মোইরাং ইরমদম অশিদা লাম্নায়ক্লিবনো। ননাই ওইনা লৈরিবা মোইরাং ঐথোয় ময়াম লৈরিবশি মথোরগা হয়েল লাম্বেংনবদা থোয়মা ইমায় লয়ঙ্গমোই পুকনিং হনবা লৈক্তনা লাম্বেংনগনি। তুংরন্দা লৈবা অপীকপা বাইথুমচাশিংমা তাইবং মীনম তাবদা মমায় লৈত্রনা হেক চেনশিনখিবা অত্রগুম্না থোয়মা ইমায় ওল্লরোই

হায়না। সমু খোঙপু থীন। তনপা য়ারেন খোংখৈচৌক। সনা মাঙলময়েং। হাউমন সিংপাক সায়না। কংলা বাসক্লম্যারে হায়তাপারা। ময়িম থোংনাং মনিননাইপা। হেমপাত্তানা তাপাত্তি। লাংকোই মায়কাংসা। থোংনাং মনোংমৈপু। কোরৌ তমনোংখোং। কেকে য়িমখৈ কংনা। তাঙোই পনয়া পকলাপাকী। কেকে মোইরাং নিংথৌ। য়িরাং পুরিকলাই। পুনসিপা থুমেন চনপামা রাহমলকয়ে। য়িতাইলেম অথৌলিচা হেপপা। থয়াং কোনভাই লোমপাসিংরো। কেকে য়িপুংতাক। মোইরাং য়িরয়পাকপু কায়পানা হাললাকানে। থাঙলেন থুংনা কংনা। সমু হুকথে কংনা য়ানবারাসে। তায়না রাহম-লাপাত্তা। কেকে তানা তাপা। মোইরাংনা খেংনাতাপা। থুয়োন মনিন মাইপা পুমনামানা। লানপোং সাংতিং লাললৈথেম। পুমুং মঙান-নাই। চুঙলেন ওকত্তা হুক। তিমেন মাঙয়িননানা। তেমতোং নমত্তা হুন। লীরুং থুংত্তা সূনা। চৌংসাং খোইরেম পাইকুম। হুয়েন লান-তারবলো। ময়িম থোংনাং মনিননাইপ মুং ময়াং সাংতিং লাললৈথেম। লাংকোই মায়ফাংসাকা। কামার মাখুংস্থপু। কোরৌ তমনোংখোং-কুম। চৈরৈ ফিরাল নারেঙপাপু। পোনপীনা নোংলোন পাইকুম। তরেং

---

হায়নরভুনা মথোঙ থৌরগা ময়া ক্রক ক্রক চৌরুংভুনা নিংথৌ সনা মমাঙ-লোমদা চোংশিল্লগা শিং মপাক শায়ভুনা শরী রাশক্লরে। মতম অসিদা থোংনাং কাছারগী লমকেং লমহাইবশিংনা লাঙোই শগোল থরংননা থৌজিহল্লুনা নোংমৈ মংখোলনা কোরোংথত্তা। থোংবা নোংগী মত্তৌঙম ঙুং ঙুং ঙনা কাপ্লকথিবগা লোয়নদা তকশিল্লক না কেগে মোইরাং লৈবাক্কী থুঙং নকশিল্লক্লবা অভুদা মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই পুনশি থুবেনচনবমা হায়রকথি। হে অথোবা অভামবশা! থ য়নদগী হৌনা ইপা ইপুশিংগী মঙুন ঙাক্লা লাক্লবশিং কেগে ইরৈবাক্লা মরোন মরান তাকনা লৈবাক অসিবু কায়খিবনা হাল্লগদবা? মাগী মাগী মথুংশু থাঙশাং শায়নভুনা হকথেংননা হেক্তা য়াম্ররশি। অস্থম হায়রক্লবদা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীতনা কুক-কুক ঊমনা হুন্দারিবশিং থুয়োংগী অকল অথৌ পুম্নমক অভুনা শাফি চানফি মতিক চানা চানা শেংনহগা চুঙন মঙক মঙক্তা হুক মথুংকী

মনিমনাই। য়াংলেন মরু'ঙ ছোনা। লমলেন মঙাইমা। কেকে মোইরাং নৈমা ভরেৎমানা। চোয়নৌ সনা সেনভো'কোৎপু। লুত্তা থোংনা। মালেম লয়হোমলম। লমলাংতোক লমথোমরাই। মোইরাং ঙাংখা লমসেমলমপু। য়াংলৌ লমচাউ ফুননা য়িনচিল-লকলাপাকী। কেক্কে মাময়োকমানা। মমাং থাফংনারে। লাইচা য়িকুন কমপা অনিমানা। য়িমু চিনসোকনাপাকুম। বেকে চেন-নাত্তা। থোংনাং হুননাত্তানা। হুরেল লানসোকনারে হায়তাপারা। কেকে বায়রা মত্তেনচাম্পুং। লাংপল খোইরেন পাইকুম। বায়রা নমকাপনানা। ভিমেন নমহুননা। থাঙশাং লাময়াননারাপাম্ভা। ময়িম থোংনাং মনিননাইপাতি। থিংলৌ য়ায়ক্তা হুকনা। মমাং লানয়াম তুরে। কেকে অমরক মখিনাই। ঙাঙোই ঙমনা হাইনা।

---

তোশাংশিংতুগী তাজিলতুনা মাঙলোমদা ফেন্না ফেন্না ঈন তেন্দোংনা মনমদা পোবগা মথৎতা লীরুং পায়মরতুনা চহুশিহুকপদি চী'শাংদা খোইরেন ময়ামনা পাইবগুন্না হুয়েল লান্দারকখি। খোংনাং ময়া' লমকেৎপশিংস্থ মথোর মথোদগী শাফি লানফিশিং শেৎলগা লাঙ্গোই শগোল থাব্রাং থাব্রা'ননা মথুৎ মথুত্তা নোংমৈ অমমম পায়নরতুনা কোরৌথক্তা নো'মা থাক লাউতুনা খোংবগুম লাউথো'না তক্‌শিহুক, লেঙ লেঙ হাইরিবা ফিগী ফিরালশিংতুনা কোরৌ নো'লোন্দা হাইবদি উচেক ময়াম্মা অত্যাদা পাইবগুম অতুগা পুং'জাউ খীল্লকপা শেল য়ৈরকপগী মথোলনা ইনিল মিলনা চঙলক্লবদা বেগে মোইরা'গী নৈমা ৭ না সনাগী তেঙ্গোং মকোক্তা থো'লগা মালেম নৈপাক হোহুম্বা লম্মাংদোংগী লমদমদা লম থোল্লম্বা অমদি ঙা'খগী লমদম্ব শেম্লম্লবা লমদম অতুগী শোরোক লমজাউ ফুন্না তকশিল্লকপা অতু মোইরাং লাম্মীশি'না মায়য়োক য়াহুনা লাম্বে'নরে। লানফম অসিগী মঙংদি ঈচেল কমবা ঈশিং ঈচেল অনীমা কম্না য়ৈশিন্নংকপগী মত্তৌগুম মোইরাংনস্থ চেনবা নৈত ময়াংনস্থ মমার নৈবা নৈতথমথৈ শোক্লবদি অকনবা লানফম ওইনরে। কেগে লাম্মীশিংগী তেঙ্কে মমামস্থ লাংবম থাদা খোইরেনমা পাইবগুম তোয়না তোয়না কুংনা কুংনা কাপশিল্লক টাশাং মমাম লংশিল্লক অতুগ থাঙশাং পায়রশিংনা লাম লামহুনা য়াম্বরকপা

লমু খোঙপ, থীন। তমপা য়াম্বেন খোকথৈ চীকনা। ভিমেন ভায়াম চুনরাইপা। তেনপী নমকাপনানা তকচিনখিরাপাতা। কেকে মায়য়োক য়াঙমতরে। তুরেল রাইখুপিচাতুকুমপাপ,। নিঙনা তেনা। য়ামচেং মনম মূকমা। তুরেল লানথোং কায়রে। মযিম থোংনাং মনিননাইপাত্তি। লেমলৈ অহুবপা। যানচেং অহাপা কাকুম। তুরেল লানয়াম কারে। পাওল লানয়ামমাপু। য়েনভেম থরাম লোইকুম য়াননারে। কেকে মোইরাং নিংথৌ পুনসিপা। খুবেন চনপানা। য়িবাং মরাও ছোনা খৌসাথপাত্তি। থোংনাং লানকা মাংনা। ময়াং লানয়াম তুরে। খুয়োন ফূমলোথা। ফোপচাউ খারোইমৈ। য়াওরৌ সারানথোং। থোংলেন ভিংপি-থকভা। ময়াং লাইচিং রাঙনপা মপারী। চুপারাচা অথৌপাপু হাইরৌএ। যাওরৌ সারানথোংকী। লাইচা য়িরাংমাতা। থোংনাং লানচিংপা। কোনপীরাচা অথৌপাপু কারৌয়ে। লমলেন য়া তৌ য়িমরু। লেরা সাক্তাউ। পাথং চৌংকারম। মুরা পোংতাললম।

অহুদা থোংনা ময়াংশিং থাঙবা ওমদহুনা মীয়াম লমথাঙদা তুনরে। মতাং অসিদা মোইরাং লাম্মীশিংনা অমুকা কহি ছোনা তুরেল লান্দারক্তনা মথোঙথীয়া ময়া চৌক্লা মথ,ৎ মথ,ৎকী টাশিং অত্ত হুরকপ অমদি তেক্লৈনা নমকাপ নমকাপ কাপ্লকখিবহুদা কেগে লাম্মীশিংগী মাঙদা মায়য়োক য়াবা ওয়খিত্রে। তুরেলদা লৈবা অপিকপা রাইখুশিংনা তাইব মীমিল তারগা চেনশিনখিবহুগুম পল্লিং হন্দুনা ময়াম লৈবদগী ময়াং লাম্মীগী লান্থোং কায়বে। ময়াং লানমী লমকেৎপশিং অত্তু ওাকুপ-ওাতাই খোমজিন্দুনা কাবগুম ময়াং লানমীশিংত্তু লোইনা ফাজিল্লে অহুগা পাংওল লানমীশিংবুনা য়েন্দেম পান্থী অমদি মকা লোইদংপগুম থাঙশাংন কঙখত্তনা য়াম্বংনহুনা অকনবা লানশোক ওইমরে। মতম অসিদা কেগে মোইরাং নিংথৌনস্থ অমুকা হৌরক্তনা লান্দা-খিবদা থোংনা ময়াং লাম্মী পুম্বা মাঙ তাকপগ লোযননা লানমী মীয়ামস্থ তুরে। খুয়োন খুজংগী মথা থংবা ফুমলোদা ফোপ অচৌবনা থাহুনা শাবা শা শন লাম্নবা থোংগী থোংথক্তা ময়াং লাইজিং নিংথৌগী মচানিপা যুবরাজ ওইবা অথৌববু মথরাই লৌথি। অসিগুম্বা শারান থোং শাম্বিবা তুরেল

সেনকোই বাঙালোক। নোংচূপ থংবা হারমতা। থোংনাং অনরাতাউ। পানপা কৈচেংলাংকুমপাপু। কায়না ছললোএ। কেকে ঙাইত্তে লৌকোমনুং। কোম্নুং অচনপাত্তা। চেকায় লয়রাথো। নুংনন থুৎপিপোক। সনা পুমথোংপা লয়মাযায়। রাংপন অরাইলৈমা সানতেংয়ি। নিংথৌ মুংয়াং চাউপাকা। কোয়ৌ অকোং নিংথৌচম্নু। রাংপল অরাইলৈমাকা। নমমাসি মরয়ম.পী। কাওম্নু লায়াহু। মসন মানপী চৌংলোই তমলোইপাকা। তরেৎ মসেনচা য়াইওইপাকা রাংলেন মপূংচা য়াইরোইপাকা। তরেৎ সেনফাংয়ৈ। রাংলেন মরাঙ হৌনা। তোইরাংপাচৌং তোংতোই লমজুংসি। কেকে মোইরাং লৈমা। চিনখুয়ামপী সনা তুংনাউ সোনমারম। লমলেন তাঙপাসি লমজুংসি। থাংচিং চৌংচাউকী। ঙাইতে লৌকোনজুংতা। য়িরাং পুরিকলাই। চৌংথোং য়াইমাপা। কেকে

মচাতুগী রাংমদা থোংনাং মযাংগী লাম্মী লুচিংবা কোনবিবাচা কৌবা লান্দা থৌবরু হিংমা ফাবকথি। লমলেন য়াংদো চেঙ্গরকপা ঈশিংগী হৌরকফম সাফু কৌবা শাগাম লৈবা পাথং ওইবশিনা কাবা চৌং চম্নু ওইবীশিংনা নোংমগী পোৎশান থিবা লম হুমাং লোকয়ি কারগা ফংবা লোকবী নোংচুপ থংবা লমদা ময়াং লানমী লুচিংবা অনরাতাউ কৌবা পানবা কৈরেনঙম থৌবা অহুবু মায়থিবা পীখি। কেগে মোইরাং লমদমদা লৈবা ঙাইত্তে লৌকোঙংগী লমদম চেগাই য়াম্না তোবা ফুং মচা মচানা থোঙগী থুৎকী অমোৎ অকায় ননথোক্লবা লমগী ময়ায়দা চেনবা অরাইলৈমনা ইক্ক শান্দেংলম্বা ঈশিং অহুগা পাথংবগী মচা নিংথৌ মুংয়াং চাউবগা অকোং নিংথৌ চম্নু অরাইলৈমগা মমাসিগী খুলাকপী হাওম্নু লাযান্ন কৌবীগী মশল, চৌংদা তমদা তুনা থাদোক্নুনা কাও ওইতুনা লৈবগা তরেৎ শেনযাই অমদি রাংলেম পুংজাউ য়াইওইবগা লোয়নানা পুং শেল য়ৈহুনা হরাউ তয়াম্না ( হরাউ মথোক কানা ) ঈশৈ জগোই তৌরম্বা চৌং তোংদোই কৌবা লমদমদি কেগে মোইরাং লৈমশিংগী নাহা ওইবীশিংনা শমু জুংইনবদা রানা শোন্না চৎলম্বা লম লমলেন তাঙবাশি কৌবদি থংজিং চৌংজাউ চৌংথোঙদা লৈবা ঙাইত্তে লৌকোনজুং হায়না খঙনবা লমদমদা ঈরাং পুরিকলাইগী মনাও

খেলৈপামপা। রোকপ্লেন লাংসম কাওকুমপাকা। থোংনাং অসিথা কৌপা। পানপা কৈচেংলাংকুমপাকা। মাঙ্গেম লযপু য়ীন। থাঙলেন খুংনা ফংনা যাননারাপাকী। কেকে খেলৈপামপা। থাঙলেন মাখুৎস্থনা। থোংনাং অসিথা অথৌপাপু হাইরৌয়ে। ময়িম থোংনাং মনিননাইপাতি। রোকলেনতুকুম পনকোইরাপাকা। য়াওরৌ সায়াম চনপাতুকুমলাপাতা। ফিংজৌ পনচোংকে চোংতানা। সারেন লাংতা থুকুমলে। থোংনাং অসিপাকী। লাল্ন কোকলেন পৈ। সমু লেংলোইতোন ওরেমপাতি। চানা খাউথেকঃন লোইমোম ফৌকুম। মাঙ্গেম হাযনায সীরে। লা কোই সাচা লোকলে। থাংলেন চুম-পুল সা। তিনেন তাপুন থোংনা। থোংনাং মনোংচৈস্থং লোক-লৌযে হায়তাপারা। যিরাং পুম্বিকলাই। নযু নিংথৌ পুনসি হাইহৈসবপনা। হায়পাক মনিন নাই। নুংঙাই মরাং হৌনা পালল-মচৈ। পা ঙল মতমপাক। নে চুপ শিহিলম। মপাং তংচৌলেনতা।

---

য়াইমবা খেলৈ পাম্বা কৌবা ওকপেন লানা পাঙ্গনবা পাং ফোয়দংঙ্গনবগুম পাঙ্গল মতিও মপা লৈত্রবগা থোংনাং মযাং অসিথা কৌবা পানবা কৈরেন অচে বংদ্বগা অনীনা মথোঙ লৈবাক্তা থীলগা মখুক্তা পায়মিবা থাংশাং অহু হাইনাদা থোংনাং মযাং অসিথা লৌবন্ন মথবাই লৌথি। অস্মা খেনখিব লানেমলিনা চোনাং ময়াং হংবেৎ লমহাইরবা অকল অথৌ ওইববশি ওক চেমচংকুম্বশিংবু ইলোয় কোয়শিলগা লাঙ্গোই চনবগুম ককশিংবদা ওক শনা কৈরেন কৈদাউনা লম্বংদগী চোংগে লৌরদা উমংবা অন্না লা দা থুবা তত্ত্বগুয়া লাঙ্গোই চৎশিল্লে। অতুদা থোংনাং মযাং লানমশিংগী অশিবাশিংগী মকোক মযাংতুনা পুল্লা পৈ অতুগা মশাশিং অতুদি থাউদোক্লবা লৌগী চক্লথোক মযাংতুনা সংলম লৈমাযথক্তা চাই-থোকনা কৌবগুম চোইনা চোইনা লাতুনা লৈরে। অতুগা মথোয়না পাংনবকপা থাংশাংশি অতুনা মপুল মপুল পুলগা টিমেন টায়ামশিং অতুস্থ থোমজিকক অমশি হংহংগী চোইম্শিং পুম্নমক অত লৌরকথি। অস্মা থোংনাং মযাং লানমদা হায়শারবা তুংদা পুম্নিমাই পুনশি থুমেন চনবনা ছৌক্লা হাইনা লৈবাক মরাং কাংনা ঙংনা পাম্বনা লৈবাক ওাক্সিচৈদা থোংনাং

কুরা খোকচুংপা। হয়রাঙ হুনামতাম। লয়তাং থরো মানপা তাউ চং হয়পালমাপু। সানৌ মচিল মনাউনা। তাউদিং হয়মুন-নারাপাকী। থোংনাং চিনথিবা। ময়াং মাউথিবাকী। ময়ু সনা মখোঙ খাতা বাকৎলরপাকী। যেকে খুনমাপা মারাতোন অতোনপাপু। পামা মচল থিংনাউতাউপীনা। মচি লাংলেন পাথং-পাপু য়ুকৌরাই। কুকি অহোঙপা মচীংসাংপু নাতৈনানা। লাইচা খুকা মপানতা। পরিং লাংসং হুন। য়িনলুম খাংপক সানা। থানলৈ লৌতাহললে হায়তাপারা। লৌহোল চাহচি মখুংথা। লোইমোম মনাউয়োকপু। থাংয়ি য়েনসমফোয়। লোইমোম ফৌ-পাল ফুকনা। চেঙপুম মমৌথল। থাঙয়ি নমসিলমেন। বাইরি সনলমফুন। চুপলেন তাইকামেননা। কেকে চাউপাপুংতা। থানলৈ হানসা লৌরিং তমনৈয়ে হায়তাপারা। কেকে মোইরাং নিংথৌ পুনসিপা। খুরেন চনপানা। কেকে মোইরাং মলয়পাকতা। অহোঙ যোয়থোননা। পুলাং য়ুহৌনানা। থেরে লাফাননানা। থানলৈ লয়খোঙচু। সারেন ফাহাপনানা। হাওতৈ য়ুনৈ হৌনা

লমদমগী পাংভলনা থুন্দাবা মোংচুপলমগী মীনা থুন্দাবা লম মথাং মশাইকোন্দা উনাম তান্না শিৎ নানবা ঙ্কা পাঙ্গী মহয়দি লয়তাঙ পাক্তা পানবা থরোগী মহথ মানববু পানবা উনাম চুম্বা ঙ্কা পাম্বী অমগীদমক মচিন মনাও অনৌনা ঐগীনি ঐগীনি হাগনা মুম্নবদগী অথৌবা অয়াকপা খোনঘম কপা অমদি অঙাংগুম অমগ' অমগা চিন্দা পাউদানবদগী কেগে মোইরাং নিংথৌগী সনা মখোঙ খাদা বাকৎনরক্রবদা কেগে থুঙ্গংগী খুনমাবা ওইহল্লিবা মারাতোন অতোনববু থায়না মম ঙৈঙে পাহোইবৌনা মথুং লাইরেল তাউরোইনাহ পাথংববু য়ুকৌথিবা মফম কুকি অহোংবনা থুন্দারিবা অদু লাস্থোক্লগা লৈবা খুগা তুরেন মপান্দা য়ুমগী পরিং থাদুনা লৈনবা থাংপোক শঙ্ক শারগা লৌ উহন্দুনা থমখি। মহাক্না ফৌদি কুংনা হুনব' লৌহোম নিঙথিনা যোক্তুনা থঙ্বদু থূদাপ থুদাপ পায়দুনা ফৌপাম্বাশিং মরা যাওনা ফোয়রগা অমূক লিংদুনা শম্না চৎনব লমদম শলম অদু ফুম্না লিংদুনা কেগে লৌউ শিংউগী মভৌদা হান্না লৌ লিংবা ওইদুনা কেগে মোইরাং লমদমদগী মতৌ

হোংনেমগে। পাঙল মারাতন অতনপাম্বং। নয়ু নিংথৌ মখৌ-চানবী। অহোঙ লৈরেন খৈনা লৈইয়ে হায়পাবীপু। মপুংঙু কেকে লয়মাপানা হোঙনেমগেতা। মনাই মসনম্বং হোঙনেময়ে। হায়না তেংথানৈয়ে হায়তাপারা। নয়ু নিংথৌ কেকে লয়মাপা। লময়াই পুংথোল য়ামপা। সাপন কাইথিম হকপা। পুংলাং য়ুহৌপা। খেয়ে লাফানপানা কেকে মানপী সনথেলথোংপু। তনমু খৈমা লাম। তলহাউ খৈনা থিং। থোংলেন পানপাই সেমনা হোঙনেময়ে। কেকে পুমনা হৌ। মোইরাং পাকনা তাইনা। থাংচি য়াত্তোইলেন। সংকাই মকোং চেং। সারেন লয়তোইয়াং। সমু রাংলোংথন হাউতৈ য়ুনৈহৌ। চামলৌ লাফান ফানা। সাপন য়াইখু অঙাঙাপু। সংলৌ য়েনপুন সা। য়েনলাং মরেং সাংনা। থোংলেন থিংপীথকতা। য়াইখু অঙাঙাপু। পাউতোং য়াননা হোঙ-নেমপা। য়াইখু অহোঙপা। থোংলেন রাইখুতানপাবো। তৌনা

তম্বখি। কেগে মোইরাং নিংথৌ পুনশিবা খুরেন চনবা কৌবনা কেগে মোইরাং কৌবা মরৈবাক্তা অহোঙ অচাউ থোক্লা খুৎসু খুৎলাই শাগী লানগী পোৎলম রাৎহন্দনা অমদি লৌউ শিংউদা মরাং কাযনা চৎথহন্দুনা ফৌগৈ চোন্না চোন্না হাপ্পগা শাদান-ঙাতান কম্না তৌদুনা হাওদৈ অয়াকপা য়ু শেল্লগা হোঙনেমদুনা পাল্লবদা পাঙল মারাতোন অতনবস্তু মোইরাং নিংথৌগী মখৌজান্দগী অরাং অপা লৈতনা লৈজখিবদগী মনিংথৌ ওইরবা কেগে নিংথৌ পুনশি খুরেন চনবনা অহোঙ কুমৈ তৌবদা মচা মনাই পুম্নমকস্ম হোঙ-নেম্নথি। হায়দুনা শৈশক শৈথানখি। অসিগুম্বা মোইরাং নিংথৌ লয়মাবা কৌবনা মাগী মখিক মথৌনাদগী পুং কযা থোনবদা মশীং য়াম্লবা অত্তোঙবা শাবস্তক্তা য়ুম কয়া শাদুনা থম্লবা পুলাং য়ুহৌবা থেয়ে টাঙ্গিন অতুম্বরু সমা খুৎশু ওইবনা কেগে মখোয়গী মানবী শনয়াম লাম্লবা থোংবু তুবৎনা তলহাউ পাম্বীনা থোং শাদুনা থোং লানবদা তুংঙাইনবা থংপায়ফম পানবৈ হাপ্পগা শেম্বা থোংবু হোঙলম্মী। মতুদা মোইরাং মীয়াম তৌদুনা শারেন থংচি মতুম মতুম লেম্লনবা মথোক চেংনা পানবা শঙ্গাইনা মতুপ মতুপ মাংলগা রালোং থম্না থোং হাওদৈ অয়াকপা য়ুম ভং অপাকপা লাত্তোন

মিংথোংখিয়ে। হায়ত্তাপারা। নয়ু নিংথৌ ঙাঙোই লয়মাপা। কেকে সনা কমপাললাংভা। পুনসি হাইহৈ সকনা। মূকমু লৈথোমনাপা। চকপা মেনখোম-ঙমপা। ঙাইখোং থিমচঙ য়ানপা। কপুই মিংথি চায়পা। খৌপুম পামত্তাননাপা। ঙাইতে লৌকোনমনুংকী বাংপল অরাইলৈমা সাংতেংয়িতা। থোংনাং ফাময়াননানা। ঙাইতে লান-থাপা। ময়াই খোংফেল খৌপাতি। চোয়দৌ সনা মিংছনকিপু চনাপানে ০।

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। অংপালচোন শরীমোনবী সনায়েম্বী লুরাং মালং অহোঙপা চম্মু। চমলেন মতাইমা। থুরোই লৌসোইলেন। সোয়য়েন চাপিলোকতা। পুলাং নাকাপা। মপারী হংকেন লোংনা থাপাকা। কুপা তোনপা ঙাঙপাকা। নৌনং য়ায়মাপাকা। থিংনাং অতোনপাকা। পম্বিং লাংসং তিং। খোকলাং ১০০ য়ান। মায়রং ১০ য়ামত্তমপাচাবু চীপুংপৈ। বাংলৈ লৌথাং

ময়াম তাইংগা শাবন অতোঙবদা হোৎ। য়াইথু অঙাংবনু মেনশাং মথেল শেমতুনা থোং মথক্তা ময়াম হৌনা অ-হাড কুম্মৈ তৌবা ময়ম্মা য়াইথু অহোঙবা থোংলেন য়াইথু তানবা হায়না কোলোয় মিং থানখি। নংধৌ কেগে মোইরাং লয়মাবনা মোইরাং সনা ফম্বাল তোংতুনা পুনসি মংশাংনা হীক্লা হাইনা পাঙ্গল মপা তাম্না পালকপা চকপা মেনখোমঙম্বা ঙাইখোং য়ুমচঙ য়ানবা কপুই মিংথি চায়বা খৌবুম পামত্তান্নবা ঙাইতে লৌকোন্নুংগী খোইয়ম অরাইলৈমা লাইরেম্বীমা ইরুশান্দেংবা ঈশিংথোং মনাক্তা থোংনাং ময়াং লা মাশিংগা হুকথেংননা য়াম্নবা ঙাইতে লাম্বা ময়াই খোংফেন থোবা হায়না কোলোয় মিংথোনবদ ফংদোঙলবা মনাঙম মিংলেন অসি চুমবনি। ০।

নবেঙ্কৌ মোইরাং লৈমগী কোলোয় মিং চান্দি লুরাং মালং অহোঙবগী লুরাং ঈদা শম্বুবী শবীমোনবী কৌবীনি। লৈমসিগী মপাম লমদমগী হৌরক-ফমদি লম্মাংদেংগী সোয়রেন চাবীলোক্তা লৈরম্বা অঙোম সম্বাক্কী মম্বুদৌ পুরাং নাগবা হায়না থঙনবগী মচা হঙেল লোংনা থাংগা। কুবা তোনবা ঙাঙবগা, নৌনং য়াইমবগা, থিংনাং অতোনবগা মথোয় ৪ মম্বা। টাথোক্কী অশাংবা ময়ুংগী লম ১০০/১০০ না মাম্নকৈ ৪ মক্তা পম্বিং থারগা। থারাং ১০/১০

অয়না হোঙনেমপা চক্ষু। ঙুংপাল সনারেমপী পাঁয়মা সমা ধূন-
কোইমুংকী। ০।

## ৩৮। পুরিকলাই সনা হোঙপা।

নয়ু পুরিকলাই সনা হোঙপাবে। তৌনা কৌএ। কেকে মোইরাং নিংথৌ। ভাঙোই সনা হোঙপাতি। হাওবৈ নোংপোকলা পাংপালমতা খৌসাপানে। য়োইময়াইনা খেনকাপা। অঙানপানা খেনচোংপালম। চকপা কোইমুংসি মেনখোম পানয়োল লাংপু। নাত্তেনানা পুংপুন ম্লিমকাপা। খরাই চাংতোংপা। সেনপী কপো লয়হৌপানা। মালং মমৈ বায়না। সিঙভেল লৈখঙবাই। চকপা ময়িমনাক। পুংপুন মসাইকোনতা। হুয়েল লানতাখিয়ে। চুঙলেন থাকুপ হৌ। ত্তিমেন খেরাংখাং। থাঙলেন নোংথাংকুপ। সেনপী

---

গী লম্বু মঙম ওইদুনা লম কোক্লগা মপা মপুগী কীর্ত্তন তৌদুনা শানৈ য়ুনৈরগা কুশৈগ্নুচাউমা তৌখিবগী মমোম ওইবী লুবাং চম্ভ সনারেনবী কোবীগী শেংলবা পাযমা পিবুরংদগী। ০।

## ৩৮। পুরিক্লাই সনা হোঙবা।

মবুধৌ পুরিক্লাইগী বোলোম্ব লিংলেন্দি সনা হোঙবা হান্নবা কোলোয় ম্বিংলেম্বৈ। কেগে নোইরাং নিংথৌ ভাঙোই সনা হোঙবা কৌবা মিংথৌনা মতিক মথৌনা উংথিবদি নোংপোক মায়কৈরোমদনি। য়োইমল্লাই তাউ-দনবা কোয়ৌহনবনা থোক্লম্নিবা নোংপোক মাযকৈরোমদা লৈবা চকপা কাঙলুপ্পা ইকোয় কোযনা খুন্দাবা পুংপুন ফক্লপ্পা খরাই চাং চন্দুনা শারম্বা লম শেনবী কবো খুন্দা হানবশিংমা চংশিং মায়বম য়েংদুনা শিঙেল লৈরাং খিরম্বা চকপশিংগী ময়ুমনাক্তা খুন্দাবা পুংপুন কৌবা থুঙ্গংদা চয়েল লাম্দাখি। লান অদুদা চুঙনা মঙক্তা য়াল্লগা মথবাক কল্লদুনা পাম্নখিবা তাশিংগা লোয়মনা থৌশারদুনা অমদি থাঙশাংনা নোংথাং কুপ্পগুম ইরং ইরং লংনা

কাঙচম থোঙচাউ হাংনা পনথেংথাপাতি। সম্রিক লাইখন থূম। থারা খেনচঙ-কীন। মৈপী তাংকোইপাই। মৈখ্ নোংলোন কাপাত্তা। চকপা মরান তাকলে। পুরিকলাই মখিনাই। য়ি়বাং মরাং হৌনা খোঁসারে। হুয়েল লাননিকিত্তি। সেনপী বাপী হায়পা। খোরোং লানথৌয়াঙপু। কায়না হুললে হায়তাপারা। য়িবাং পুরিকলাই মেনখোমপা। চোয়নৌ সনা হোঙপাত্তি। নোংপোক বায়রং কোনকারমকা। থিংলৌ নিঙনা ঙেনা। মত্তাইরেম অথৌলিচা হেপপা পুমনামাকা। কেকে মপু য়ায়ত্তা মুংঙাই মরাং কায়না বাইথু লয়ে হায়তাপারা। নয়ু নিংথৌ ঙাঙোই সনা হোঙবনা। কেকে মরয়পাকত্তা। ঙাঙোই লৈপাক ঙাকলাউ। অসাইডৈকী মপল মেনখোমমু সাফাপী। পায়মা বুকোয়মুংকী। মসানৌ মুংনাংতোন অতোনপাত্তি। খোইয়ম লাইকী মশানবোননিকীনা। নমু মীমাননাতানা। পাংকল মপা তাময়ে হায়তাপারা। পাথং তিমেন মখুৎসুপু। খুৎপাক তিলাইমেন। তিমেন হুংসোল লয়না হুললাপাত্তি। কারাং চীংতোল

---

হাইদুনা কবোগী খুঙ্গং অমদি থোঙজাউ হাংদুনা লাঙথিবদা খুঙ্গংগী মী পুম্বা কায়দুনা চেন্নখি য়ুম কৈ মৈ থাদুনা মৈরীক অমদি তাঙ্গোইনা পুম্মম মম্না অতিয়াদা পাইখি। কোয়ৌ নোংমদোম্দা মৈখুনা পুম্মম মম্নবদা চকপা খুঙ্গং মরোল মপাল তাকখি। মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই সনা হোঙবসু কচ্ছি কঙ্গাউ থোক্লা লাঙ্গংলকখি। লানফন অর্সিদা কবোগী লুচিংবা খোরোং কোবা লান্দা থৌবনু মায়থীবা পীখি। ইবাং পুরিক্লাই মেনখোম্বা হায়না ফুদোংবা সনাগুম কোলোম মিংলেন চুমবা সনা হোঙবনা মোংপোক মায়কৈরোমদগী মচা মনাই লান্মীশিংগা লোয়মনা মমায় পাক্লা চঙ্গি তানা চংঙাইনা হল্লক্নুনা মযুম মোইরাং লৈবাক্তা থুংলখি। মতৌ অসুম্না ঙাঙোই সনা হোঙবা কোবা নিংথৌন কেগে মোইরাং মরৈবাক্তা লৈথাক চাক্নুনা লৈরিউ অসাই মথক্তা পনখিবা মেনখোমসু কোবী অতগী পীবুকন্নদগী পোকচবা মনাও অতোনবা অতুদি খোইয়ম লাইগী শাইতন ওইবা মহৈনা মী অতৈগা ইমান মান্নদবন পাক্লদা মতিক্তা মানা ইহেল হেল্লি। করিঙথদা মাগী টা মখুৎসু অদুনা খুৎপাই চেৎনা পায়দগা লম্নদুনা

লায়লগে। সিঙথল নোংঙাইলক। সতু চাকথেকথবতা চেল-লাপাতি। মালং অয়াঙপাপু চয়রোম্বনানা। খঙকোল পুংলম ফংবা। লঙকাম্বলুংতা চঙঙময়ে। হাকুম নেমপী অয়ানখাক। কায়ু সৌরাইতাঙনা। খুয়া য়ৌরুম মেননা ঙমপনপাকী। নেমপী তুমচঙ হনপাপু। মুরা ঙাইখোং সিনলুক খকলে হায়ত্তাপারা। ঙাউচিং হয়নৌপোক। লাংপল খোইয়া হাথচীং। য়াউন্ত চীংহন নাই। মোরি লেপপিচীং। চীংলেন মকাইফমতা ফমনা। খৌথেমলাপাক্তি পোংয়ু য়েনকম চয়ু সিথিনয়ে। খুমং চুমপা অখৌপা লানথৈয়েনপু। পোনপী চাবত্তানানা। লোকত্তাক বানপারেনতা। খারা চাক-খোকপা পুমনামানা। চেকলা নিরেন পাইনা থংনৈয়ে। বায়রা মকেনচা চেঙচা লুমলেন তোননা সাপা। সরা চিনকোয়নিঙতা নপপানা। তুয়ুং লংলামানা। লীনী পাকন তিংঙতেনপু। নমু পোংপুম অনিনা। তেমপী সাম্ম পুইয়ে হায়ত্তাপরা। পাংকল মপা তাম। সয়েঙ পাননা ঙমপাকী। নয়ু বেকে নয়মাপা। ঙাংঙোই

অমুক্তং লংবদা কাবা চীদোল বাংমা লান্না লংবা ঙমই। অদুগা ইকং হাউনা অমদি শত্রু য়াঙেম্মচিংবগী নকৈ চাকপগী মৈরিলত্তা চোংশিন্নুনা চেল্লবত্ত তুংশিংকী মমাঙ থানা চেনবা মরম্না মৈরিনা ঊরু ঊরু লমনা তুংইন্নবা চেনবা ঙমগা লোয়ননা কোনলোয় মশঙ্গয় মতুংদা চঙব মঙম্মী। অদুগা হাকুম শাংনাং য়ানখিবগী মখোক খাঙ্গম শাবা মরক্তা অমদি মৈথাকলত্তা হোৌবা অনৌবা শীনাশী মলি তুমখৎপনা মখোঙ খুয়াদ য়ুখিবয়ু তুম্মৌ মচিন অতুম্বয়ু মখোঙদগী শৎপদ নিংথোল ওইবীশিংনা ফিশাবদা লংচাক অমদি পাঙফেম হাপ্পবা শিললুক অহু থনবনি। অদুগা যাওত্ত খুন্দোন্দা নৈরা ফাউজিং দৈনৌনা থন্না হৌবা লাংবল থাদা খোইগী খোইদানা অঙকপা ফংন মানবা মোদী লেপ্পীচাংগী থেল অমদা ফম্লগা খৌদেম্মদা তুশোন মানশে হ্মা যেন্নাউ মথৈদি শিবানি। অদুগা খুকল মায়বৈরোম থংবদা চাক্তাবা যেঙ্গাউশিং নোঙাক্ক বাংব্রেন লমদমনা চাক্তাবা চেক্লাশিংমু থ মনখিহুনা হুংশা থীনা থংনা খংদা পাইনৈ। অদুগা মাগী তেমতৈ ওইনবা অরিবা বাগী বাচৈৎনা শাবা মনীঙদা জ্ঞীবী তেঙ্গা থোংনফম শোন্নবা লৈরীনা

পোঃলেন হনপানা। সানৌ সানম ঙাইখিংতোন। সনা মুংনাং অতোনপা নঙতি। কেকে য়িরয়পাক। ঙাঙোই চাউপা পূং অসিতা। নমু মীমাননাতানা। পাংবল নপা ত্তাময়ে। বেকে নত্তিকনা। ঙাঙোই নপানাপাপু পূমনা লৈতে। থাংঙা লৈকাই মনিননাইপা। য়াওসু খুনতোনমাপু লাকরো। তংপা থয়াও নথৌমনগী। পচেং থোনমাথোইনা ফিরাল নানপা হেনমৌরে। পাথং তিমেন নখুৎ-সুনা। কারাং চীংতোল লাললাপাকী। কেকে লরাইচাউ। মোইরাং পুপালরাকী। লাংলেন রাপানমাপু। খোকলাং ননুংচঙপু রোই-নৌরো। হায়না লনকুপিথিয়ে হায়তাপারা। বেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপা য়ায় পূমনামান্থং। লৈপাক মনিননাই। রায়রা সাথোঙলোন। হুয়েল লানথোও থিংনা পাংললাপাতা। থারম মেনতে মনিনমাইপানা। সায়পাতুকুম ময়াসা। খোইফূতুকুম মচিন তুম। লোইপী মথননা ঙনচানা। হেমপা মথননা রাংচনানা। কেকে

---

থোংতুনা কাপকদনা তেকৈঙে অদু পুবদা নমু তাওবং ওইবা নিপা অনীনা শাজম লেংথোং নাহুনা মচংলি। অসুম্না মপাঙ্গন্দা মপা লৈত্রবা মীওই মাগী মত্তিক মথৌনাদা হায়রমেদনা মপা লৈত্রবা ওইবদগী কেগে মোইবাং নিংথৌনা ইনাও ইবুঙো সানম ঙাইখিংতোন নূনাং অতোনবা নহাক্তি কেগে মোইবাং হইরেবাক আসিদদি নঙগা মান্নবা কনবা কমা লৈত্রে। নঙগী নত্তিক নথৌনা অসিগী মতুংইন্না নত্তিক নঙল চাউনা য়াওসু খুন্দোল অসিগী মপূ ওইরো। নহাক্তী নত্তিক নথৌনাসিগীদমক গান্না পজে ফিরাল থেংপগী মথক্তা পজেং মথোন অমগা থোইনা থেকনূনা ফিরাল নানবা হাপ্পুনা লেমজরো। অদুগা নখুৎশূ টা অহুনা অমুক্তং তুনবগা কারাং চাংলোল রাংমা লানঙম্বগী-দমক মোইরাঙ লমদমগী মনুং চনবা ফূবালাদা হোৎবা রাপলশিং অসিনা অথৌবা নহাক্তী পাম্নিংবা থূংগু টাগী থোক্লাং পান্নবা লৌজরো হায়না থৌজ্ঞানবিথি! অসুম্না কেগে মোইরাং লৈবাক আসিনা পাক্লা শন্না মত্তিক মগুণ চাউনা শাদা লান্দা থৌবা ওইহুনা অমদি য়েক্লবা অতৈনা হুয়েল লান্দাবা ঙমদনা থুংঙাই মরাং কায়না পাল্লকবদা থারম হাওথুনগী মেন্দে কাঙবু মত্তিক মথৌনা লৈবশিংনা শাই তিংথংনা মচিল তুম্বগুম, থোইফূ

পুকয়লোইপ্পু কাতামলাপাকী। নয়ু কেকে লয় ভাঙোই পোংলেন হনপানা পাউমেললকয়ে। সানৌ সনা মুংনাংতোন। ভাঙোই য়াউম্নরাকপা নঙতি। নতাইলেম অথৌলিচা হেপপা। ভাঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপাসিংকা ভাইরোইনানা। থারম মপুং তাক। মেনতে মরয় কায়না পনথেংলুরো। হায়না রাহমলাপাত্তা। মসানৌ সনা মুংনাংতোন অতোনপা। ভাঙোই য়াউম্নলাকপাতি। সাংতিং লাৈল থেম। লানপোৎ মভাননাইনা। মসাপী ভাঙোই পোংলেন হনপা। নিংথৌ সনা ময়াথংপু। য়াথং লুত্তা পোংনা। মতাইলেম অথৌলিচা হেপপা। পানবা কৈসকপা। কৈরেন তেংথা-পাসিংকা। সমু ভাইরোইনামা। চুয়েল লানতাখিরে। থারম মচীংকা। হেমপা পনথোঙ হাং। কুরাউ পনতাই সং। থাঙলেন খেরাংথাং। তিমেন চুংসোল লয়। মেনতে য়িমথৈ যংনা পনথেং-থাপাতি। লোইপী মপুং তাকলে। হেমপা খাংচেং থ্নমলে। নয়ু সনা মুংনাংতোন অতোনপা। ভাঙোই য়াউম্নলাকপানা। কেকে

মঙ্গংদা থোইনা থৌবগুম মথোয়না মহেক্লে হায়না নারাংজরভুনা মোইবাংদা কুমজা থ্দিংগী কাবা হেৌনবা লোইপোৎ কাদবগী কেগে মোইবা নিংথৌ ভাঙোই পোংলেন হনবা সনা হোঙবনা মোইরাংগী অকনবা নিংথৌগী মনাও মুংনাং অতোনবদা হায়রকথি। হে ইনাও ইবুংঙো মুংনাংতোন অথোবা য়াওম্নলাকপা নহাক হন্দকী মেন্দে খুঙ্গংনা বুমজাগী লোইপোৎ কারকদোববু কারক্তবা অসিগীমক মতিক মথোনা লৈবা মোইবাং লানমী নথ্ৎ চাবশিং পুরগা থারম খুঙ্গং মরোল মরাল তাকপমথৈ চুয়েল লান্দারক্ত হায়না সনা য়াথং হায়রক্লবদা মমাও মুংনাং অতোনবা য়াওম্নরাকপনা নিঙথিরবা লানগী লালফি মিৎ থক্লবা জিজেৎ কয়ানা লৈতেংলভুনা ময়ামুং মোইরাং নিংথৌগী সনা যাথংবু হাক্তোকপা লৌনা বোবথোংলহনা মনাই ওইবা থ্ৎলম চাবা লানমী অকল অথৌশিং পানবা কৈজাউগুম্বা মরিন খাৎবা ময়ামগা লোয়ননা চয়েল লান্দারক্তুনা থারম চাংদোল মৌনা কারগা খুঙ্গংগী পম্বোং হাংদুনা মখুৎ মথ্ত্তা থাংশাং, টাশাং পায়রদুনা মেন্দে খুঙ্গংদা চুয়েল লান্দাথিরদা মেন্দে পুম্না চাইথাইরে খুঙ্গং মরোল মরান তারে। অম্ময়া মুংনাংতোন অতোনবনা কেগে মোইরাং লৈবাক্কী অকন-অথৌ ওইবা

মথিনাই। ঙাওোই মরাংহৌ। পননিঙ য়িমথৈ ফংনা খৌসাপাত্তি। থারম হাইপীলেং অথৌপাপু কায়না ছললে। মেনতে চাপাক লোঙ-চুমলোই। হেমপা লোইচেৎ ৫ মাপুং। ২

থারম মপুংয়ায়কী। কেকে মচীহেন। ঙাওোই মরাই লাংনা। মরান রোনতেরকলাপাত্তা। কেকে পুরিকলাইচা। সনা মুংনাংত্তোন অত্তোন-পাকা। মত্তাইক্লেম অথৌলচা হেপপা পুমনামাকা। নয়ু নিংথৌ ঙাওোই লয়মাপা। সনা মখোঙথাত্তা। মানপী খুতকনানা। মুকমু নৈত্তোন কোন। খূৎফাং চাংচৌ চেপনা লোননা। লোইপী সোক-মারা। মারেম হা-নরা। থারম য়ুময়াই থায়না পনথে রাপু। ছরেল লানপাউ ত্তমলাপাত্তা। নয়ু কেকে পুরিবলাই। ঙাওোই পোংলেন হনপানা রাহমলকয়ে। য়িসানৌ সনা মুংনাংত্তোন। ঙাওোই য়াউ-সুরাকপারো। ত্তনপা থয়াঙ নথৌমন। চুঙসেন নয়ানরোনবী। মেনতে। চাপাক লোংচুমলোই। হেমপা লোইচেৎ ৫ মাপু। সংনৌ নঙকী নরোয় লোইপীরেনপু রোইনৌরো। হায়না লনকুপিরে হায়ত্তাপারা। নয়ু নিংথৌ ঙাওোই পুরিবলাই সনা হোঙপাত্তি।

লাম্মীশিংগা লোয়ননা কখি কঙ্গাউ থোক্ক পন্নিঙ য়ৌনা লান্দাথিবদা থারম হাওগী অথৌবা হাইপীলেং কৌবরু মায়থিবা পীনম্মী। মেন্দে খুঙগী মঙ্গং চনবা লোইহাবা খঙ্গং ৫ অমত্ত লোং চয়াকথি। অদিগুম্বা থারম খুঙ্গং অত্তগী ময়ামমক্তদা মোইরাংনা মমায় পাম্না হয়েল লান ওম্লম্লহুনা ময়ুম মোইরাং লমদা হুকরুবদা কেগে পুবিরাইগী মচা মোইরাং নিংথৌগী মনাঙ মুংনাংত্তোন অত্তোনবনা শাদা লান্দা থৌবা লাম্মীশিং অত্তগা লোয়ননা হুকরুত্তুনা মোইরাং নিংথৌগী সনা মথোঙথাদা খুবাং চাংত্তৌ চেপ্প লোঙ্গগা খুরু খুদক শন শাবত্তুনা থারম চীংগী মেন্দে খুঙ্গংগী মীওইশিংগা শোন্নথিবা অকনবা লানগী থৌওং (লালওং) পুম্নমকপু পাউদমজরবদা নিংথৌনা হায়রকখি। হে সানৌত্তোন ইনাও মুংনাংত্তোম! ঙাওোই য়াউসুরাকপা! নঙ্গী নত্তিক নথৌনা মপাঙ্গলগী মত্তুংইম্না মেন্দে খুঙ্গংগা লোয়ননা লোইপোৎ হাবা খুঙ্গং ৫ মক অসি ইশানৌ নহাক্কী লোইহা খুঙ্গং শুকজরো হায়না সনা য়াথং ত্তাক্লত্তুনা খৌজানবিরে। মত্তৌ অসুম্না ঙাওোই পুরিক্লাই সনা হোঙবনা

কেকে মনিননাই। খুয়োল য়াংপা মরাং হৌনা পাললমউে। থোংনাং তখেন কানোংসা লনরোনপানা। মোইপুং পোংতমসেম। লিককোল থাউচাউ হান। চৈরৈ পসোং পুংপুলেম। সনা খলরোনকে। লুপা চাংকা চিংকে হায়পাকী। লাইচা খুকা য়িরম য়িননা। মরান থৌচংলকপাতা। কেকে লয়মাপা। ঙাঙোই পোংলেন হনপা। সনা মখোঙথা তা। থোংনাং কানোংসা লনরোনপানা। চৈরৈ য়ুখননা কূপপাপূ। কায়রৈ য়েরুমকুন হামকংনা। তয়ম নাইরাননাকে হায়-পাকী। কেকে লয়মাপাতা হাননা রাইথুংলুপাপু। ঙাঙোই পোং-লেনপানা পায়মমুংতাকী। লংথোকলকপা চৈরৈ ফিপু। মসানৌ সনা শুংনাংতোন। ঙাঙোই য়াউমুরাকপানা। তয়ম নাইপুম অমত্তকীপু খানলৌয়ে। তখেল কানোংসা ললরোনপানা। চৈরৈ পসোংযিনা পুংপুলেম। লিককোল থাউচাউ হাননা। মোইপুং পোংতম সাপাপু। কেকে মনিননাইপানা। চৈরৈ ফিপু তীকনারৌয়ে। মানলৌতুপু থননালৌয়ে। কেকে মোইরাং কোপা রাকোংস্থকা। তখেল কানোংসা

---

কেগে মোইরাং লৈবাক্ত. কেগেনা মনিঙ তৌ খুয়োম্না মরাঙ হৌমা হুংঙাই য়াইফনা পাল্লিউে মতমদা থোংনাং কাছারগা মথারোমদা লৈবা তখেল (ত্রিপুরা) লমদমগী কানোংসা কোবা ললোনবা অমনা মোইবুংনা শাবা পোং চৈ লিককোলগী পোংলম অদুগা নিঙথিবা য়াম্ন' শোৗম্রবা ফিগী মখল জাং কথা পুহুনা সনা ১ দি লুপাগা ওরহুন য়োনগে হাযবগীদমক খুগা তুরেল মতুংইন্না লাকপদা কেগে মোইরাং নিংথৌ পোংলেন হনবা সনা হোঙবগী সনা মখোঙ থাদা চন্দ্রজয়ক্তুনা কানোংসানা নিংথিরবা য়ুথল অঙৌবা অমা নিংথৌদা কংচক্কবদা সনা লুপা ফংদবদগী মীনাই ওহবা য়াবা অমবু পীবিয়্ন হায়রবদা নিংথৌনা পূক্কানংদা পামদবা খন্দোকথক ওইবা ফিবু মমাও ইবুংঙে হুংনাংতোন যাওত্তরাকপনা মীনাই অমত্তংগী ওইবা য়াবা ফিবু থল্লোয়ে। মতুংদা তখেল কানোংসা হলোনবনা নিংথিবা অঙৌবা ফিরোলাশিং অদুগা লিককোনমচিংবা অমদি মোইবুংনা শাব। লৈতেংশিং অদু পৈতুনা থম্নবদা কেগে মোইবাংগী অপোবা অকনবা মীওইশিংনা মমল তীক্ক তীক্কহুনা খল্ল-খল্লগা লৌনখি। মতম অদুদা কেগে মোইরাং লৈবাকী কোবা কৌবা

ললরোনপাকা। সনা চাংকা চিং। লুপা খনকা য়োনপারাকীপু। তনপা কাচক হৌ। সয়েঙ পাংপোমতিং। য়াথং পাউথিথোক। কোলোই চমনা থানা ব্নপারাকী। থাঙলেন খুৎনা কংনা য়ান-নাখিয়ে। থোংনাং কামোংসা ললরোনপা। থাংলেন মখুৎসুনা য়াললাপাতি। কেকে মোইরাং কোপা রাকোংসূকী। চুঙলেন মনম-খাঙতা। কাচেং থাঙলৈ খুমনা য়ানচিংলে। কোপা রাকোংসূকী। থাঙলেন মখুৎসুন য়াললাপাতি। তখেল কানোংসা ললরোনপাপু। সমু লেংলোই সমনা য়ানথুরে হায়তাপাবা। কেকে মপুংয়ায়মুং। তরা অচা রাৎতা। ভাপা রানথোং তামতা। চৈবৈ অযিন তামতা। মানলৌ অসেৎ রাৎতনা। পাথং য়োমলোই হৌ। মুরা য়োমতাং সাংনা। মুংভাই মরাং কায়না পাললাপাতা। অসাইচৈকী তখেল কানোংসা ললরোনপাপু। কেকে মপুংয়াযতা নোংমনপারাকীপু। তখেল মনিংথৌ। ত্রিপুরা লয়মাপানা রা তাথিরকয়ে। তয়ম অথৌলিচা হেপপা। থয়াঙ কোনতাই লোনপাসিংরো। কেকে চাউপাপুংতা। তখেল কানোংসা ললরোনপানা। পাথৌলিচা হেপপা। পাথৌ

---

রাকোংথেমগী চাদা নাউদবা অমনা কানোংসাগা মনংইক্লবদা সনা নত্রগা লুপাগা গুরবগা রারম্না মমল গুইবগী রাবমদা নিভাই তোৌনংকুনা শাউন-রকপদগী শয়েঙগা শযেঙগা পাংপোমগা পাংপোমগ। অমদি রাচাং অখিবা কযা ভাঙেনবকপাগী শাউনংত না থাঙ পাংচুং য়াম্রখি। মচুদা কানোংসাগী থাঙনা হাইরকপদাদ কোবাগী চুডদা পানবদা চুচগী চুডপুক থুন য়াম্বৎখি। অতুগা কোবা রাকোংশুগী থাঙলেন্না হায়খিবদদি কনোংশা ললোনবগী লেংজুম তৎনা য়াম্বৎপ্রে। অসুম তৌনা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিদা চান-থরবা শেৎন ইরবা পোৎলম অপুন্বা অরাং অপা লৈতমা তুবা পাথং চুপী চুপা পুম্বা হরাউ তম্মান্না ঈ না চুংভাইনা পাল্লক্রবদা অসাই মাঙদা হাযখিবা তখেল ললোমবা কানোংসানা মোইরাং লৈবাক্তা শিখিবগী রারোল অতু তাবদা তখেল ( ত্রিপুবা ) গী নিংথৌনা য়াম্না শাউরম্মী। অতুনা কে শখেল ইনৈবাক্তী অকল অথৌ শাদা লান্দা থৌবা পুম্নমক তাউ। কেগে মোইরাং লৈবাক্তা তখেল ঐথোমগী কানোংসা কোবা ললোনবমা মরুপ মপাং গুইবগী হৌমবা

লনথোই ভানমা। সনা চাংকা চিংকে লুপা থনকা বোনকে হায়-পাকী। কেকে তমতা-তা। মোইরাং তমতা কূমনা। হৈচা অরোই খিরুপাপু। ময়িম ঙাঙোই মনিমনাইপানা। কম্বিকী যাযরা মসা-রোই। হুয়েল মরান রোইরাপানো। থোংনাং ঐপু তাংসকতে। তখেল ঐপু মীথাক্তে। ময়িম কেকে চাউপাপু'পু। সয়েঙ থৈনাসে। পানপোম ঙানাসে। তয়ম সাহুপ নারন অথৌপা। নঙনা হুয়েল লানকা চিংনা। তখেল লানপুম মপুং ফানা। কেকে তমতা-তা। মোইরাং তমতা কূমনা। পনথে লুরো হায়না পাউমেললকলাপাতা। থোংনাং অথৌলিচা হেপপা। তখেল লোনতাই লোনপাম্বিংনা। চংকোই নমতা হুন। থাঙসাং নাকলয় য়েপ। তখেল লীকুং মথুংস্ম। লোইম্ম চিনাউ হুংনাইপাপ্ম। সমু থুংতা স্ম। তেনদোং নমতা পো। তিমেন মথৌ হেন। কামরন মরে সান। চৈরৈ ফিরান লমহাই নাই। লাংকোই মাঙরোইনানা। নমু থাঙশাললকলে হাযতাপারা। মুংনাংপুপী ফানসংয়িপু। লাইচা যিরান থোনা। তখেল লানচৎ

---

লনোনগে সনা লুপা যঙ্গে হায়না চৎথবৎ কেগ মোইরাং লমদমদা ওইজ-ওইথক থিরুবা ঙাঙোই লমহেনবশিংনা বরিগীদমক্তা কানো সাবু মথোয়গী শাদাল্লকপা শাগুম লান্দ ফাবা বন্দিগুম মথরাই লৌথিবনো। মসিদি তখেল নিংথৌ ঐবু উশিকবা কংরম্ম ওইননা থনবননি অতুনা মোইরাং লৈবাক্কী মীয়াম অতু শয়েঙ থৈননা পাম্বোম ঙানতুনা হুয়েল লাংম্বেংনবা তারি। অতুনা সাহুপ নারন অথৌবা কৌবা নহাক্কা লাঙ্গিংতুনা তখেল লাম্মী অথৌবা ময়াং লান্দা থৌবা তেঙ্গোল মপুং ফাবা পুরগা হুয়েল লন্দাকুও হায়না পাউমেল্লক্লগা ময়াং লাম্মা অকনবা তখেল লান্দ থৌবা লাম্মী তেঙ্গোলশিংনা চুঙ্গোই মনমদা পো থাঙশাং নাক্তা য়েপ্লগা মথুক্তা লীকুংনা ইরোই মচীগুম কোনবতুম্ম পায়রগা তেন্দোংম্ম নমদা পোবতুনা টাজিল মতোল মথৌ শঙনা অমদি নোংমৈ পায়ব লানমীনা পরেং চৎ ফিরাল পায়বশিংনা ফিরাল রাংনা থাঙ্গৎলগ লাঙ্কোই শগোল তোংবা লানমীনা মাঙদা চৎতুনা হুয়েল লাংম্বেংনবা থোঙশাল্লকলে। মথং মথং লাকপনা মুংনাংপুবী ফানশং থোংগী ঈরম লাল্লগা তখেল লানমী অম্মাম্বদি লাংনা পাম্বীগী পান্দোঙগুম

অয়ামপা। লাংনা মস্তম শুনা তুইথাং অচেপপাতা। লাংকোই পূমনামাপু ঙাইরোইনামা। থোংমাং মঙাই নূংঙোংচৌংপু। চৌংলেন লমসাঙ য়িন। নমু মীপূম পাঙমতা। হুয়েল লানলোই মসীং খীঙমতানা। হুয়েল লালহৌরকপাপু। কেকে লয়মাপা। ঙাংঙোই পোংলেন হনপানা। নাত্তারাপাকী কেকে মকংলা। মোইরাং কংলা তোংনায়াঙতা। ফমনা রাহমলকয়ে। তয়ম কেকে খুনফাংথৌ। অথৌলিচা হেপপা। তনপা থয়াঙ কোনতাই লোনপাসিংলো। ময়িম থোংনাং। তথেল মনিননাইপা। ত্রিপুরাতানা তাপানা। হুয়েল লানহৌরকপা অসিবু। কেকে তমতা তানা। মোইরাং তমতা কুমফারোইযে। য়াংলৌ লমমাথাঙমাতা। হুয়েল মায়য়োক যানা লানসোক মথে ফংনৌরো। হায়না রাহমলকলাপাকী। মতাইলেম অথৌলিচা হেপপা। পূমনামানা। সমু থাংচপমানা রাকংচরবয়ে। কেকে য়িনিংথৌ। ঙাংঙোই লয়মাপা য়িপুংঙু তাপিরে। নত্তাইলেম যিথোয়পু। রায়না সাথোঙ কঔ। হুয়েল লানথোং নিঙনাতারিয়ে। তথেল মানা করিকী।

---

মথৌ মবী লাক্ত্নী তুইথাং লোকী লোকচ্চা লাঙ্গোই লোংদা লানমীশিংগা লোয়ননা লাকপনা থোংনাং লনদমগী মঙাই হুংঙোংচৌংগী চৌংশাং মতুং ইন লানমী মশীং শীবা ভুমদবমথে হায়নিংঙাই লৈতনা য়ামগ্রবা লানমীনা লান্দারকপা মতৌ অসিবু কেগে মোইরাং নিংথৌ লয়মাবা পোংলেন হনবা শনা হোঙবনা তারবদা মোইরাং কংলা ফম্বালগী দয়বার লোয়শঙ্কদা ফম্লগা অচম্বশিংদা হায়রকখি। হে মোইবাং ঐগী অকন অথৌ ফম্নাই ফানাইবা শাদা লান্দা থৌবশিং মপা মপুগী মগুন ঙাকপদা থরাই পাম্মুদ্রবশিং তাউ। হৌজিক মযাং তথেল (ত্রিপুরা) লমহেনবশিংনা কেগে ইরমদম অসিদা হুয়েল লান্দারকলিবা অসিদি মোইরাং ইরমদমগী তমপাক য়োহনগঙ্গসি মথোয়না লাক্লিবা লম্বীগী লমথাঙমক্তদা হুয়েল মায়পোক যানহুনা ঙম্বমথৈ শোন্নৌ হায়তুনা শন' য়াথং হায়রক্লবদা মচা মনাই অকল-অথৌ পুন্নমক্না চপ মান্ননা হোগৎমহুনা হঙ্গচ্চবকখি। হে কেগে ইনিংথৌ ঙাঙোই লৈবাক মপু ইবুংঙো তাবিয়ু। ননাই ঐথোয় পুন্নমক অসি শাদানবদা রাৎপা লাঙ্খৎনবদা হনবা লৈজদরি। তথেল মথোয়না করিগীদমক মোইরাং ঐথোয়গী ইরমদমদা

কেকে তমত্তা তানা। মোইরাং তমত্তা কূমমাকাপানে:। কাওরেন তুকুমপাপু লাইথেংনানা। মানপী তুকুম চীরয়নানা। সয়েঙ খয়নপা। পানপোম ঙানাপাপু। নতাইলেম য়িখোয়পু লৈয়ে। খোয়না স্নি-মায় লয়। য়ামচেং য়িনম মূকলোইয়ে। হায়না কংলা রাসকনরে হায়তাপারা। হয়েং কৌপা মনোংসোয়না'। সরা তয়না রোনলক-লাপাতা। নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই সনা হোঙপাতি। লানপোৎ সাঙতিং লাললৈথেম। পুন্নুং মঙানানাইনা। চোয়নৌ সনা লৈরোই-নানা। চেংলৌ মিৎপু লংনা। চৈরৈ ফিথোললাপাত্তা। মতাইলেম অথৌলিচা হেপপা পূমনামাস্নুং। সাঙতিং লাললৈথেম। চুঙলেন ঙকতা হুক। হিমেন মাঙয়িননানা। খোকলাং তুংসেননানা। থাঙ-লেন মথোহেন। তেনত্তোং নমত হুন। লীরুং খুৎতা সূনা। তরেৎ মনিননাই। রাংলেন মরাঙ হৌ। কেকে মথিনাই। ঙাঙোই মরাঙ হৌনা। লাংকোই মাঙরোইনানা। চৈরৈ ফিরাল লমহাই নাইনা। হয়েল লানতাথিয়ে। লমলেন মতাইমা। থায়ম ময়ায়লম। লোইপী

---

তাবকপনো। কাওরেন শললাবা অনৌনা থেংনজনা মচীগ: মচৌগা খিনগায়নব-শুম শয়েঙগা শয়েঙগা পাম্বোমগা পাম্বোমগা ঙানজুনা থেংনগদবা ননাঙ ঐথোয় ময়াম লৈজরি। হমায় লয়জনা ফুংহন্নবা তৌজরোই অস্তুম হায়গ জুনা বংলা শঙলেনয়ায়দা শরী রাশররে। মতুং নো' হেক ঙানবগা স্নমিৎনা মঙাল হন্দোক্ল-কপা হৌরকপদা মোইরাং নিংথৌ সনা হোঙবস্থ লানগী লানফি নিঙথিবাশিং য়েংবদা পূকনিং হবনা ফিজেৎ লৈতেংলগা সনাগী নায়াম্না নাদা জুম জুম য়াহবদা অয়েংবা মীগী মমিৎ থকহনবা অহুম্না নিঙথিবা ফিজোম্না লৈতেংবা মতৌদা মপুং ফারবগা মমাইশিং অকল-অথৌ পূম্নমকম্ন মাগী মাগী শেৎকদবা লানফি-শেৎ চুঙদো ঙক্কো য়ান টাজিম্না মাঙদা থা টানিঙনা তুংলোমদা থম খুৎশূ থাঙলেননা মথৌ শঙ্ক তেন্দোংনা নমদা পোরপা লীরুংনা মথূৎ মথূত্রা পায় অহুগ' শেল ম্নৈবা পুং ম্নৈবশিংনা মথৌ ওইনা শেল ম্নৈরকপা পুং ম্নৈরকপনা লানমী পূম্বা মথুম মরাঙ হৌহনা শগোল তোংবা লানমীনা মাঙদা চৎ ফিরাল পায়বশিংন ফিরাল রাংনা থাঙজুনা হয়েল লান্দারক্লে।

পাপুং চীংলুখুমতা। তখেল মনিননাইপা। ত্রিপুরাতানা তাপাকা। খোরমা মায়বোকনানা। তখেল খাকংনানা। ছুয়েল লানশোকনারে। কায়রৈ অনী খোঙকাওনপাপু। কায়রৈ চেনখঙনাতা মচেং কোইতু চাইনাতাপাতুকুম। কেকে লয়নাতা। তখেল হননাতানা। ছুয়েল লানসোকনাখিয়ে। থোংনাং তখেল মনোংমৈপু কোরৌ তমনোংখোংকুম। কোরৌ নোংথাং কুপকুম। তিমেন তায়াম ছুন। বায়রা তেনয়াম কাপনা য়িনচিনলকলাপাপু। বায়রা সেংকঃ খোং। তিমেন নমকাপনানা। সমু খোঙকাপমাপু লয়তানা। সয়েঙ পামপোম তিং। তনপা য়ারেম থোংখৈ চীক। লীরি থম্মোয় তিং। লকা তেনমৈ লাক। তেনপী খোইপাইত্তম। লানপুক মরাঙহৌ। তিমেন তায়াম ছুননা সোকনাপাপু। কেকে মরোং চয়চেন য়ামনা। তখেল থিংলৌয়ায়তা হকনারাপকী। কেকে অমরক মথিনাই। ঙাঙোই মরাঙহৌ। কেকে বায়রা মতেনচাপু। লাংপন খোইরেন পাইকুম। বায়রা তেনয়ামকাপ। তিমেন খোকলোই নমছুননা।

---

লমলেন খায়ম চীংগী ময়ায়দা লৈবা লোইবী পাপুং চীংগী লোক-লুখুম ওইবা অমদা তখেল লানমী অখায়না লৈয়িবগা মায়য়োরতুনা তংলগা হকখেংমনা লান শোক্লয়ে। মতৌ অত্তুদি য়েনবা অচৌবা অনীনা কাওনবদা অনীমক্লা চেন্নবা লৈতদা মতু কোকপমথৈ কাওনবগুম বেগেনস্ত মায়লৈদা তখেয়স্ত হনবা লৈতনা লান শোক্লখি। ময়ক অসিদা তখেলগী নোংমৈনা অমুক অমুক কাপ্লকপদা কোরৌথক্কা খোংবা খাকপা নোংগী মতৌগুম অমদি খোক্লকপা মৈরীনা নোংথাং কুপ্লগুম কাপ্লকপা ময়ক্কা টায়াম হুক্লিনখিবা, তেনয়াম কাপশিলকখিবা মওংদা বায়রা তেঞ্জৈনা শেংজৌননা লেপ্লগা থম্মোই থজিল লকা তম্না লীরী কম্না কম্না চিংলতুনা নমকাপ কাপ্লকপনা খোঙকাপ অমফাওবা হনবা লৈতনা পাম্বোম গৃ গৃ তিংনা ময়া ক্রক ক্রক চীক্লা তেনমৈ চিংনা চিংনা কাপ্লকপা তেঞ্জৈনা খোইরেন পাইবগুম কুংনা কাপ্লক্লবদা লানমী পুম্বা মথুম মরাং হৌনা টাশাং ময়াম হুক্লক্তুনা শোক্লখিবা লানফমসিদা কেগে লানমী ময়াম্না তখেল লানবনছুংদা চঙশিনক্লগা হেম্না হেম্না মরাঙ হৌতুনা মোইরাং তেনয়াম্না নমকাপ নমকাপ কাপখিবা অমদি ছুনখিবা

সমু খোঙপু থীনবা তকচিনখিরাপাতা। খোংনাং তখেল মনিন-নাইপাম্বং। খোয়মা মমায় য়োনতা। য়ামচেং মনম মুকতানা। চৈরৈ চামায় মঙানমাইনা। লানসোক থমথেংনরকমারাপাকা। মমু মীয়াম তুনারাপাতা। সাছুপ মারন অথৌপা। কৈরেন লানতান-পানা। থাঙসাং মথুংস্থপু। থাঙহাই নোংথাংকুপ। কেকে মীয়াম চাইপাপু। য়ামচিললকাপাতা। ময়ু নিংথৌ ঙাঙোই লয়মাপা। য়াওরৌ সানিংথৌকুমপানা। পুরিকলাই মথিনাই। য়িরাং য়াইপী কলহৌনীক। মরাম খোঙকাউ কনমা লানতানানা। তখেল তনপা মীখনখাই। সাছুপ মারন লানচিংপাপু। পুরিকলাই থাঙলেন মথুংস্থনা য়ানথুরাপাকী। তখেল মনিনমাইপাতি। হুয়েল লান-থোং কারয়ে হায়তাপারা। কেকে অথৌলিচা হেপপা পূমনামানা। লানসোক অঙম তাননা। তখেল তুংয়িননা তাননারাপাতা। খোংনাং লানফম হকচেননা। তখেল হাচেননারাপকী। লোইপী পাপুং চীং-লুথুমতা। য়িরোক লাইচম থননা। হুয়েল লানয়াম ফারৌয়ে

---

টানা নমহুন নমহুন হুনথিবনা মখোঙ থীম্দুনা থীম্দুনা তকশিনখিবদগী তখেল লামমী অয়াম্ববু মমায় গুম্দনা শেংলিবা অপাবা ফিনা হকচাংনা লয়বদা ফরফর হাইরহুনা অকনবা লানশোক ওইনরবদা অমদি মীযাম্না তুনরবদা সাছুপ নারল অথৌবা লানবা কৈরেনগুম অথৌবনা থাঙলেন মথুংশূনা হাইবদা নোংথাং কুপ্পগুম ইরুং ইবং লংনা হাইথিবদা কেগে মীয়াম পোক্লকপনা মশীং য়ামশিল্লকপা মতৌ উবদা ঙাঙোই লয়মাবা সনা হোঙবা য়াওরৌ শাগী নিংথৌ নোংশাগুম্বনা কষ্ঠি কল্লাউ থোক্লা মকছি ফদোয়া মরাম থৌশারোনগী খোঙকাউ অকনবগা লোয়ননা লাক্লংখিবদা তখেল নিপা লাকঙম ফাঙমদ্রবা সাছুপ নারন লাক্লিংখত্রু মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাইগী থাঙলেন মথুংস্থনা যাম্বংলবদা তখেল লানমী মমিং চংপশিংগী লানথোং কারয়ে। অঙম তৌরিঙৈদা কেগেগী অথৌবা মোইরাংগী অকনবা লানমীশিংনা লানফম অহু অঙম তায়া চেনখিবা তখেল লানমীশিংগী তুংইমনা তায়-তায়হুনা হকথেংননা য়াম্বংনরবদা তখেল পূম্বা মমায় লয়হুনা চেয়খিবনা লোইবগী পাপুং চীংশাংগী লোকলেন লুথুম ওইবগী লে কলমদা তখেল লাম্মী অচঙবা কয়াম্বং নমহুনা ফাহোয়ে।

হায়তাপায়া। মিরাং পুরিকলাই। নয়ু নিংথৌপা। খারম ময়াম্ল-লমতা। তথেল লানকা মাঙনা খৌসাপা। লোইপী পাপং চীংলু-থুমতা। সাতপ নারন অথৌপাপু। কায়না হুনপা। থোংনাং তথেল চাইপাত্তি। মতাইলেম অথৌলিচা হেপপা। থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুনমামাকা। কাওরেনতুকুম মবাইলাং। মানপীতুকুম মচী হেননা। লোইপী পাপং মপু য়ায়কী ময়াম রোনতেরকলে। নয়ু কেকে লাষমাপা। ডাঙোই সনা হোঙপা। থোংনাং তথেল লানথাপাত্তি। লাংকোই লুরেমকাও লুরাংপা। সচীতোমনা পানপা। সায়াতোন-না নৌপাকী। লাংকোই সায়াঙ থকতা। লানপোং চৈরৈ মঙান-নাই। চোয়নৌ সনা লৈরোইমানা। থাঙলেন য়োংথৌকান। সনা মচোঙলেনপু থান। লালু মাঙতা-চং। থাঙলেন চুমপুমসা। তিমেন তাপুলসেম। চুংবোই মাকথংলোন। চৈরৈ ফিরাল লমহাই নাই। রাংলেন ময়াঙচৌ। তরেং মনিননাই। লামফম ময়াংকায়। পামপা সারাউতম। কৈরেম লালনাউ তমনা। কেকে মপুংযায়তা

লামফম অসিদা ইরাং পুরিকাই নয়ু নিংথৌবা থালম ময়ায়লমদা তথেল লানমা মাংথৌবা সীনা লান্দাবা লোইবী পাপুংগী চীংশাং লুথুমদা তথেল লাক্তিবা সাতপ নারল অথৌববু লানঙম্বা থোনাং তথেল চাইবা হায়না মিংথোন্নখি। কেগে নিংথৌ অসিনা মচা মনাই অথৌবা শাদা লান্দা হৈবা অকনবশিংগা লোয়ননা কাওবেল শললাবনা ময়াম থাক্তনা চংপগুম অমদি কাওরেনগী মচানা ইবং লংন তুমনা উবগুম লোইবী পাপং থুনয়াহনদগী ময়ম মোংবা মোইরাং তয়া থোঙশাল্লক্লে। কেগে লয়মাদা ডাঙোই সনা হোংবা থোংনাং তথেল লাম্বনা লাঙোই শামু লুরাংব ময়া থিন্দোকপা কুইদ্রিবা পাঙল্লবা শামু মথক্তা লানফি মিঙথিবা থোন নাদা য়ানবা নায়ামনা ক্ষম তম যাম্ববগী সনখিল্লা থবাক্তা লৈ শংং শিঙম থাঙশং খুত্তা পায সনা চোংলেন ফজবা থান মীকোক অককপা পুবা ময়াম্মা মাঙদা চং চবুল গুইবা থাঙ পুরগা লোক্লকপা তাম্মামন্থ মপুল শেম চুজোম্মনা নাকথংদা য়ান ফিরালনা নোংমশোন্দা ফে ফে হাইনা লানবং পুংজাউ থীঙ্গুনা শেল য়েঙ্গুনা হুরাউ তয়ম্মা খান্নাউ লালাউ লাউহুমা হুংডাইমা পুরিং লৈতানা মোইরাংদনা

খুংঙাই মরাও কায়না রাইথুংলরাপাক্কী। য়িমলক লানকাচন। খোং-খোং লানকাহা। কারাং লালহোই চৈপু বংনা। বেকে চেঙচা নুংকোইপীতা। হুয়েল লালু চললে হায়ত্তাপারা। নয়ু নিংথৌ খোংনাং তখেল ঙমপা। সাহুপ নারন লানথৌয়াঙপু কায়না হুনপা। পুরিকলাই থয়াও মথৌমল। য়িরাং চুঙসেল মরানবোনতি অতুম্নুং মত্তোমতে। হাওরৈ নোংচুপলা পাংপালমতা। মেমতে নিংথৌ সরাপানা। য়িমপি কাঙচেং হৌনা। মরান লোনয়িমরাইপু তাউ-থঙকে হায়পাক্কী। পামেল অঙনপা। তলা অরেমপাপু। য়িবোক লাইচম লান। চীংসাং নাপোম খোননা। পামেল রুথিপাপু থিথং তারাপাত্তা। খোইয়ম তুপি অঙনপা। লাইরেন অরেমপানা। লাইচা য়িসিংখোংকী। থেনয়া থাথংপাত্তা। মেনতে সারাপাকী। অহিং খোমলেন মঙলানচানতা। খোইয়ম লাইয়িংথৌ। তুপি য়েক-লাপা। লাইরেন য়েকতৈপানা। খোমলেন মঙপাউ চেললম-লাপাকী। মেনতে নিংথৌ সরাপাবো। থেনয়া নঙকী থাথংপা। লাইচা য়িসোকলমকী। তলা অঙনপা। পামেল অরেমপাপু

---

কোন্থংদা হুক্কুনা থুংলরে। মতম অদুদা য়িম্নক চঙলক্লগা তৌবা হৌনবা খোইজু লমওক্লচিংবা হৌনবী তৌয়গা লালহোই চৈগা লোয়ননা চেঙজা নুঙ্গোইবীদা কত্তুনা মকোক লালুশিং চনখ্রে। অসিগুম্বা মোইরাং নিংথৌ খোংনাং তখেল ঙম্বা সাহুপ নারন অথৌববু কায়না হুনবা পুরিক্লাইগী মতিক মথৌনাদি অসিনম্ব লোতবা নত্তুরি। নোংচুপ মায়কৈ পাংবলমদা লৈবা মেন্দে নিংথৌ শারাবনা ময়ুম মোংবা শঙলেন অচৌবা শাগে হায়রবগীদমক উক্রাউ মনাম তাম্বা নিঙখিবযু লোকচপ লাম্না চৌংশাং নাপোম খোম্না করম্বা উপাল নিঙথিবা লৈরিগনগে হায়না থিবদা থঙদরবযু খোইয়ম অঙনবা লাইরেল তাউরোইনাই নিঙথিবনা লোকম্নুংগী ঈশিংথোং ময়া নকপা থেন-য়াগী থা থংবদা হৌবযু মেন্দে শরাবগী খোমলেন মঙলালমচান্দা লাইনিংথৌ তুপি য়েকয়াপা ওইবা চৌংঙু অহনবনা মঙপাউ ওইনা তাক্লমরে। হে মেন্দে নিংথৌ শরাবও! নঙগী থুঙংগী থা থংবদা লৈবা থেন অসিগী ঈশিং শোকহম ময়াদা উপাল নিঙথিবা অমা লৈবনি। মদু শীংজঙ শায়হুনা উক্ল

লৈপানে। সীংচঙ লয়ত্তোয় চন। পামেল রুক তুপনা তাউখঙরো। হায়না থোমলেন মঙপাউ চেললারাপাকী। য়িনুং কোপা সোয়। সরা তয়না বোললাপাত্তা। মেনত্তে পুমনা হো। লাইচা য়িসোক-খোং। থেনয়া খাথংপাত্তা। তাউচিং হৈরুরা। পামেল অরেমপাপু। সীংচঙ লয়ত্তোয়চন্। পামেল রুক তুপনা। তলা রুতুরাপাত্তা। খোংচি নারেংলোন। ছৌরী তোংকা চিংনা। তলা হোইসোননা। পামেল হোই থেমপাপু হোইয়াতায়াপাকী। মেনত্তে নিংথৌ সরাপানা। পামেল গোংনিঙচাক। তলা খোংমাঙচাকপু। চেঙভৌ ফাহাপনানা। য়েরুম কাংখিননা। কপোক লাইপাউ হোননা পাউথেমলাপাত্তা। তলা অঙনপা। পামেল অরেমপানা পাউয়ারাপকী। মেনত্তে নিংথৌ সরাপাকী। খাঙলাপু লেংনম য়োইনারে। তলা খাঙলাপু অঙনপা। পামেল অরেমপানা পাউয়ারাপাকী। হিনুং সোয়য়ায় মাত্তা। তুপি মথেকথোক। লাইরেন মথেক লানা। চেংলৌ মিংপু লং। য়োইময়াই কোরৌ নোংসাইকুম। মেনত্তে য়িমলাই ভাললাপাকী। থারম মনিননাই। মেনত্তে মরাঙ হৌনা পাললে

য়াওনা ফুক্কুনা য়ান্নবা তোঙক হায়চুনা ময়দা পাউতাক শীরদা মতুং ইয়া নোংহেক ভানবগা শরাবনা মেন্দে খুনগী মীপুম খুদিং হোত্নুনা উশিং খোংগী থেন খাথংবদা হৌরিবা হৈপাল নিঙথিবা রাং চাউনা হৌরিবত্তবু শীংজং থাতুনা মক য়াওনা ফুক্কুনা উপাল অদু তুরবদা চিংননবা খোংজি নারেং (থৌরী লোয়নবা) উকক্তা চুংলত্নুনা মীয়াম চঙনা চি-চিংবত্তম হোই হায়য়ো হায়না লিচিং মান্ননা চিংলকপদা পামেল উজাউ নিঙথিরবত্তবু চিংবা ইয়া য়াত্রবদগী মেন্দে নিংথৌ শরাবনা উজাউ য়ানবদা তৌবা চৌনবা চাকথা লাখা উয়াল্লোন্দা চঙবা মচাক্তা কোন্ননা চেংভৌ মথক্তা য়েরুম থিল্লগা অথুম অহাউ কংবাক্লচিংবা থাতুনা শৈথারগা মথৌ তৌরবদা পামেল উজাউ নিঙথিবা অদুবু অমুক চিংবদা য়াবিরক্লতুনা উজাউ অতুনা মেন্দে নিংথৌ শরাবগী খাঙভবু লেংনম ওইনরে। অদুয়া খাঙবু লেংনম ওইবিবা পামেল নিঙথিবা অসিনা অহিং ইমুং অতুমক্তদা তুবি মথেক থোক লাইরেল মথেক লানা ইরং লংবা কোরৌ চমিং মঙাল অরাবত্তম মেন্দে খুলং থুংনা পুমঙাল

হায়তাপারা। নয়ু নিংথৌ। কেকে লয়মাপা পুরিকলাই সনা হোঙপানা। পোইরৈ লোইতাম রোন। লাংহৈ কুমসিঙ রোললাপাকী। কেকে মকুম কুমকাউতা। মথা য়ারা চানিনকতাপাকী। মত্যাইলেম কমথৌ মঙায়রোই। নিংথৌ মহীয়াং পুমনামাকা। কারাং থেনবাকু-পাকী। রাকটৈ মথিনাই। তোংচেং মরাঙ হৌনা। মরান রোনতেরকলাপাতা। মেনতে নিংথৌ সরাপাকী। য়িমলেন মখুংফাপু। চেংলৌ মিংপু লং। থারম য়িমলাই পুমনা ঙাননা নোংসাপাপু মিংয়েং সানথৈরাপাকী। কেকে মপুংয়াই। ঙাঙোই সনা য়োই-কোনথুংতা রায়থুংলপাকা। মেনতে চনুরা য়োয়হৈ হৈরোইনাই সাফাপীতা। নয়ু কেকে লয়মাপানা পাউহংখিয়ে। অরম মেনতে চনুরা অহেনপীবো। নপাম মেনতে লিসিঙখা। মেনতোং থুংবাই চীংপু পুমনা ঙাননা মনোং নোংসা সাপা ফিপু। বপিলোহায়না পাউহংলাপাতা। য়োয়হৈ হৈরোইনাই মেনতে চুরাপীনা। চনু থাচপনানা রাকংচরকয়ে। কেকে য়িনিংথৌ। ঙাংঙোই লয়মাপা

---

ঙাঙবা অচুদা (মাই ওইবনা খুন্দা লৈরব অচুদা) থারম থুকং অমদি মেন্দে হাও পুমমক থুঙাই মাইকনা মরাঙ কায়না পানজখি। চহী শুল্লরবদা কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাই সনা হোঙবস মনুম কুমজা খুদিংগী কারাং থেম কাচুনা পুনশি নুংশাং মিববু তোকফদবগী মনাইশিং অঙম অখৌ ফমথৌনচিংবা নিংথৌগী লোয়নবা মরী মপা পুমমকা লোয়ননা কারাং থেন কারুদগী রাকটৈ হিদা নৌ পায়না ময়াম হৌতনা রা রা লাউনা হরাউ তয়াম্রা মমুম মোইরাং মায়কৈদা হচকপদা মেন্দে নিংথৌ শরাবগী মমুম অচু চেক উবদা থুম অচুনা পুমঙাল ঙানবগী মঙাল মশেক অচু হেক উংকপদগী মোইরাং কোঙুং হেক থুংলবগা হৈরাং পোৎতম থেনবী ওইরিবী মেন্দে নিংঙোল কোকুং থনবী হৈরোইনাই শাফবীদা নিংথৌনা হংখি। হে অচানবী মেন্দে চনু নিঙথিবী নপাম মেন্দে থুনগী থুমশিঙ খীঙমদবগা লোয়ননা মেন্দোং নুঙ্গাইচীংদোল মৌনা কোরোহনবা ফমিংকী মঙালশুম ঙাহিবা অচুবু কপিনো হায়না হংলবদা য়োয়হৈ হৈরোইনাই মেন্দে চুরাখীনা থারম চিংদনা হুদংচরকখি। হে কেগে ইঙ্গিংঙৌ ঙাঙোই লয়মাকা ইবুংঙো তারিঙ্গু।

য়িপুংশু তাউরো। য়িপাম মেনতে নিংথৌ সরাপাকী। য়িমলেন মথুংফাতা। থাঙজাপু লেংলোই রোইরিপা। পামেল অঙনপা। ভসা অরেমপ, অতুনা। য়িমলেন পুমনা চাননা নোংস্রারাপাকী। য়িপাম মেনতে মনিননাই। থারমতানা তানা পালল্লিপানে। হায়না রাকৎচরাপাকী নযু কেকে লয়মাপা। ভাঙোই পোংলেন হুনপানা রাহমলকয়ে। ভয়ম কেকে খুনফাংথৌ। মোইরাং নাইফাংথৌসিংরো। য়িরোয় লোইপিরেন। মেনতে য়িমলক মনিননাইপাতা রাঙনপা। মেনতে নিংথৌ সরাপাকী। য়িমলেন মথুংযাতা থাঙজ'পু লেংনম রোইরিপা অতুপু। মেনতে য়িমলাই ভাললে। কেকে য়োইকোনমুং। কংলা তোংনমাঙকী থাঙজাপু লেংনম রোইনাসে। হায়না পাউমেল-লাপাকা। মতাঙরেম মেনতে মরমপুপু পাউকৌথিয়ে। মেনতে মরমপূতা। কেকে লযমাপানা। তমম মেনতে মরমপুঙ ময়িম মেনতে সারাপাকী। থাঙলাপু লেংনম রোইপাপু পীডমরো। হায়রুও হায়পারাকী মেনতে মরমপুতি। কেকে লযমাপা ময়াথংকীপু।

---

ইপাম লমদম মেন্দে খুঙ্গগী মেন্দে নিংথৌ শরাংগী মযুম অসিদা থাঙজমু লেংনম ওইরিবা নিঙথিরবা পামেল উনাম তাম্বা উপালদগী শেম্বা অসিগী মপান্না মেন্দে খুঙ্গং ৭নমক অসিদা মঙাল ভাবদগী ইপাম লমগী মেন্দে পুম্নমক চাবা শেৎপা রাস্তনা মতিক মথৌনা লৈনা য়েক্লবা ঊথাই চঙদনা পাঙ্গনা ভম্লিবনি। অম্মম হায়না হুঙ্গচরবদা কেংগে লয়মাবা মোইরাং নিংথৌ পোংলেন হুনবনা হায়মকথি। হে কেগে ঐগী অঙম অথোবা মোইরাং ঐগী অচান্নবশিং মতম পূম্বদা ঐগদা লোয়নবা থবায় কথোক্লবশিং তাউ। মেন্দে খুঙ্গং মতিক মগুন লৈবগী খুদোকপা নিংথৌ শরাবগী মমম য়ুমজাউ অহুগী থাঙ্গজবু লেংনম ওইরিবা উ অহুদি মতিক মরাই লৈবা উনি। মাগী মঙাম্বা মেন্দে খুঙ্গসী য়ুম পুম্নমক্তা মঙাল য়েহুনা হুংঙাই য়াইফনখি। অতুনা মত্ত কেগে ঐগী মোইরাং কোঙ্গং কংলা ফম্বাল অসিগী থাঙ্গজবু লেংনম ওইনসিদো হায়না সনা ক্লাথং হায়রক্লবদা মনাই অচাম্বা মেন্দে খুনগী লম্বু ওইবা অহুবু কৌথংখি। অহুগা কেগে লমমাবনা মেন্দে মখুদা হায়খি। হে অচাম্বা মেন্দে লম্বু ওইবও! মেন্দে খুঙ্গং অসিগী

মেনতে মপুংয়ায়তা য়াইথুংলরপাকা। ময়িম মেনতে ময়মপুনা য়াহমখিঙাময়ে। মেনতে নিংথৌ সরাপায়ো। য়িমলেন নখুৎকাতা। থাঙলাপু লেংনম য়োইরিপাতুপু। কেকে য়িনিংথৌ। ডাঙোই লয়মাপানা। পায়মা হকনা। পুর্কনং মুংঙল চঙনা পামলে হায়য়ে। মেনতে নঙনা পীনরবয়ো হায়য়ে। মেনতে নিংথৌ সরাপানা পাউথুমলকয়ে। লোইপি খারম য়িরমপুয়ো। কেকে য়িনিংথৌতা হায়পিয়ো। নতাইলেম ঐকী। য়িমলেন য়িথুৎফাকী। থাঙলাপু লেংনম অমনপা। তলা হাপনম অসিতি কতৌনাকাপামো। নতাইলেম ঐনা য়িরোক লাইচম লান। চীংসাং নাপোম থোননা। তলা অঙনপা। পামেল অয়েমপা। কোরৌ ঙমথংবু। সিনৌ মাইলেং য়োৎকুমপাপু। তলা হোইয়াললবকে হায়না পাউহোমথিযে। মেনতে ময়মপুনা খিংলৌ নিঙনা তেনা। মরান য়োনতেরকলাপাতা। কেকে পুয়িকলাই। ডাঙোই নিংথৌকী সনা খুয়াখাতা। মেনতে নিংথৌ সরাপাকী। য়াথং য়াহায়থোনপু য়াকৎচয়াপাতা। কেকে লয়মাপা। ডাঙোই নিংথৌ সনা তোঙপানা। তৌয়িকিতি মেনতে

নিংথৌ শরাবগী থাঙজবু লেনম ওইবা অসিবু নিংথৌ ঐঙোন্দা পীয়ো হায়ন' হায়রুও হায়রকপদগী মেন্দে থুনগী লম্বুহুনা মোইরাং নিংথৌ যাথং মতুং ইন্না মেন্দে খুঙ্গং তানা লাক্কুনা খুল্লাকপদা হায়খি। হে মেন্দে নিংথৌ শরাবও। নযুম মোংবা শঙ্গায় অসিগী থাঙজবু লেংনম ওইরিবা অসিবু কেগে মোইরাং ইনিংথৌনা পুক্লিং হকচাং য়াওনা পামই হায়রে। মসিবু নিংথৌ নঙনা পীনরকও হায়রকই। বাতু ভান্দা মেন্দে নিংথৌ শরাবনা থুরকথি। হে থারম লম্বুও। কেগে মোইরাং ইনিংথৌদা হায়বিরু। নমাই ঐগী ইযুম অসিগী থাঙজবু লেংনম ওইরিবা অমনবা অশিনবু করি তৌনগদগে। ননাই ঐমা অশুকপা লোকলেন কয়া লান চীংশাং মাপোম খুদিং য়েংলগা নিংথিজবা উনাম ভাব' অশাংবা উজাউ ওইরবসু তয়েং য়োৎকুম চুদা থোয়দবা য়েংহুনা য়াঙ্গবকে হায়না পাউদম্বিক হায়দা হায়রকবদা মেন্দে লম্বুহুনা মোইরাং লমদা হললগে খল্লহুনা হললগা কেগে পুয়িক্লাই ডাঙোই মনিংথৌ ওইবা সনা হোঙবকী সনা খুয়া খাদা মেন্দে নিংথৌ শরাবনা

য়িরমপুরো। মেনতে মাগী তলা অমৌপা। পামেল নৌয়ানপাপুতি পামতেয়ে মেনতে নঙকী থাঙলাপু লেংনম অমনপাপু পামপানে। হায়রুও হায়থরাপাতা মেনতে নিংথৌ সরাপানা ঙাঙোই সনা মথোঙ থাম্ভাপু। তলা থাঙলাপু লেংনমতুপু কংলকয়ে। ঙাঙোই মবাঙ হৌ। নমু মীয়াম চংনা। মেনতে মপুংয়ায়তা য়াইথুংলুরে হায়তাপারা। মেনতে নিংথৌ সরাপানা য়াইপুং য়াইরোইপাপু। খোংচি নারে লোন। খোংফাং তরেং থাং। হীরী তুংকাতুপু। মমু মীয়াম পায়না। তলা হোইসোললে। পামেল হোইথেমলকয়ে। মেনতে থাঙলাপু লেংনমাথাং য়াইরোইপতি। খোইয়ম তুপি অঙনপা। তলা লাইরেল অরেমপানিকিনা। কোরৌ মুমিং ও নি সুনা। রৌরী সিযাই নোপ। বুনৌ খোংচাসম। হীরী তোংকা চিংমা, তলা হোইসোমনা। পামেল হোইথেমপাপু। তলা মথমনানা নিঙনা তে। পামেল মথনননামা নিঙনা হুলপাপু পাউয়াতারাপাকী। কেকে অমরক মথিনাই। মোইরাং মীয়াম হৌ। তনপা কপলাক

হায়জরকপা য়াবম পুন্নমক অদু হৰুৎচয়বদা কেগে লয়মাবা ঙাঙোই নিংথৌ সনা হোঙবনা হায়বকখি। হে মেন্দে লম্বুও। হায়রিবদু তারবস্ত মেন্দে নিংথৌ মহারা অনৌবা অচোবা খোয়দবা নিঙথিবা উজাও য়াল্লকপা অদুদি ঐদি পামদে। অদুনা মেন্দে নহাক্কী থাঙববু লেংনম অমংবদুতবু পাখনি হায়কও হায়না সনা য়াথং হায়রকপদগী মেন্দে লম্বুনা নিংথৌ শবাবদা অমুক পাউদস্লবদা মেন্দে নিংথৌ শরাবন থাঙবা ঙমদবগী মরম্না কেগে ঙাঙোই নিংথৌ সনা হোঙবগী মথমদা মাগী পলা থাঙববু লেংনম অদু কংলকখি। অস্থম্না মেন্দে নিংথৌ শরাবনা বংলরবা থাঙববু লেংনম অদু লৌননবগী দমক কেগে মোইরাং নৈবাক্কী নিপ। পুন্নমক হোদুনা মযাম পম্না চক্লুনা মেন্দে খুন্দা থুংলুরে। মেন্দে নিংথৌ শবাবনা মাগী য়াইওইবা থাঙববু অদুবু খোংজি নারেং রৌরী মরোল ৭ লোম্নুনা হীরী চিংমবা মীয়ামনা পাথবদুনা হোই লাউনরকলে। চিংবা হৌরকলে। মেন্দে খুঙংদা নৈরম্বা থাঙববু লেংনমথোংবা য়াইওইবা অদুদি খোয়ম লাইগী শাইওন ওইবা মরম্না কোরৌ মোংজা ও নি চপ্পা অনৌবা উনৌনা থৌরী শেমদুনা

লেংসোনানা। সয়েঙ পানপোমতিং। পামেল য়ুরাউ থিলহৌনানা-য়াপাতা। তলা লাইরেল অয়েমপাত্তি। খোংচি নারেংতং। পামেল য়ুত্তোল লান। তুপি কুপতুম কুপ। লাইরেল ঙানতুম ঙাননা। লোমলোই লৈমতাকতাতুম পাইথখিরে হায়তাপারা। অতু নোংকিপু লমলেন উরাংপাইরো তৌনা কৌএ। খোইয়ম তুপি অঙনপা। লাইরেল অয়েমপানা। মেনতে সরাপাকী সুমপল য়াইথপফমতা। তুপি লাইখুল খোয়পুং ফাউমা। তরা চেঙকুপ চারাপা অসিপু। কোরৌ নোংঙামতে। থপি নোংলেপতেয়ে। করিনা য়োইরিকাপানো হায়না। য়িনুং সোয়য়ায়মাত্তা। মিংয়েং নাউমুমত্তানা চাইথমলা-পাত্তা খোইয়ম তুপি অঙনপাপু। মিংয়েং সানখৈরাপাকী। থংনিং য়োথাং লাংপু। মালেম লয়খুল তুংনা। লয়খুল খোয়পুং ফাওপাত্তা। মেনতে নিংথৌ সরাপানা লাংতমলাপাকী। তুপি অঙনপা লাইরেল অয়েমপাপু থৌরী ঙকতা ছক। লাইরেল ঙকতা কিনা। মেনতে পূমনা ছপ। খারম মনিন মাইনা। নমু মীয়াম হৌনা। তুপি

---

হৌরী ওইনা চিংদুনা তলা যাবু হোই হায়না লাউরদুনা চিংনরকপদা তলা থাঙবু অদুবু চিংবা ইয়ামক য়াত্রবদগী মোইরাংগী অকন অথৌ ময়াম অদুনা অমুক্তা কপ্পি হৌনা মথোঙ শেংজোননা মালেম লমদা শৌদুনা পাংখোম তিংনা উচিং উরাউ খোঙ্গেল মায়না চিংলক্লবদা থোংজি নারেং তত্তুনা থাঙবু অদুনা উগী উতোল লাম্মুমা ইঙান ঙায়া ইরং লংনা পাইখিদুনা লৈমতাকতা পাইথখরে। কোগো হুমিৎ অদুদগী মফম অদুমু লমলেন উরাংপাই হায়না মিংথোরখি। খোইয়ম চীংঙু ওইবা মহাক্কি মেন্দে নিংথৌ শরাবগী ফৌশূথোংগী য়াই খপযমদা তুপি লাইরেল অমগী মথুল হুরুং ওইনা ফাওদুনা চেঙকুপ চদোন অদু হুমিৎ খুদিংগী ওইনা নোংমত্ত কাংদনা হেক হেক থোক্লক্তুনা চারবে। মতৌ অসি উবদা মেন্দে নিংথৌনা মসিমক্তবু করি করম্বনা তৌবা ওইরিগবনো হায়না চিংনরদুনা অহিং অংকি মমিৎ করা অমত্তা উইশিন্দনা য়েংদুনা ঙাইদুনা লৈরগা থংনিং পানবা লাং অদুনা লৈখুল হুংনা ফাওরিবা হুরুং অদুদা লাং খায়কপদা তুবি লাইরেল ওইবদু মঙক্তা পৌরী হত্তুনা থৌরীনা ঙক্তা থিশিননা লৈরবদা মেন্দে খুন্দংগী মীয়াম

চিংতুম চিং। লাইরেল ককতুম ককনা সারেল সাচানারে হায়তাপাম্বা। মেনতে থারম হোইতোম লুপ্রাপী। লানলোই য়িমথৈ তাপীগুতি। সায়েন সাথুংনিতে। কোয়ৌ মুমিং ও নি সুরাপাতা। তুপি চিংতুম চিংপা। লাইরেল ককতুম ককপাপু। খোইয়ুম ময়াঙী লুরোই কেনতাপা। সরা পাকন নীকতপানিকিনা। তুপি থীখাঙ লোমতে। লাইরেল মৈতোল ফাওতারাপাকী থারম মেনতে পুমমামাতি। মতুপ পুংপু লেমনা। সারেল সাচা ঙমহেরে। লাইরেল থীখাঙ মাতুপমাপু। মালেম লয়খাগুংতা তেচিনখিরাপানিকীনা। চীংঙ মখি নাইনা তুপি লয়হোপলা। লাইরেল কোমসারাপাকী। য়িনুং সোয়য়ায়মাতা। চীংলেন নাকপক মকমা। মেনতে লয়বীনখারে। অসাইবৈকী মেনতে হোইতোম লুপ্রাপীতি। সারেন সাথুংতারাপাকী। মোমন্নু কোনতে য়িমতোমপোক। লুপ্রা মিয়িমকমপু থাকলময়ে হায়তাপারা। কেকে রাপা খুনখিনা। মোইরাং চেঙচা লাননংননা কেকে চি-খিনা। মোইরাং নাউখিনানা রারোঙনাহনকে হায়পাকী

---

চঙদুনা চিংথোক্লগা মতুপ মতুপ কক্ত না মেন্দে খুঙ্গং অদুগী মীয়াম্না চাথোররে। মতম অদুদা মেন্দে খুঙ্গংগী য়ুমদোমপোক ওইনা খুনথৈদা তোঙান্না তোপ্না লৈজবী লুপ্রাবী অমদদি অককপা লাইরেলগী মতুপ অদু থুংবিখিদে। অস্নমা কোরৌ নোংজা হুম্নিঙবফাওবা লাইরেল অদুবু চিংথোক চিংথোক্লুনা মতুপ মতুপ ককথিববু খোইয়ুম লাই ওইবনিনা করিস্ম নাচুংবিদবনা তুংবমাগী তংখায় য়োনবু ককঙমথিদে। মতেক থরাংদা ককপা অদুবু মেন্দে খুন হৌদুনা চাজবদা চাবা ঙমখিদরে। অদুনা লাইরেল অদুগী মতুপ মকক অমদি লয়খাঙ্গুংদা হঙ্গিন্দুনা চঙখিবদগী মালেম লমখারেন্দা কোম শাদুনা লৈখোম অহোম্বা ওইবদা লৈখিবদগী অহিং ইঙ্গং অদুমদ' মেন্দে খুঙ্গং অদুগী চীংলেন নাকল অমদি পুমকিন কিন্থখি। অসাই মতমদা পনখিবা লুপ্রাবী অদুবুদি লাই মকক মচেৎ অমফাওবা থুংদবনিনা চাদবদগী লুপ্রাবী য়ুমদোম-পোকী য়ুমফম অদুমকপুদি চীং কিন্থবদা য়াওখিদরে। য়ুম অদুগা থাক-পিরমদে। অদুগা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিদগী ময়াম্বা মনাউ মপা মতোল পুমমক থৎন চৈনদুনা য়েংথিনহনগে হায়দুনা থুমোল থাঙথক্লুংবগী

খুরোল খাঙখাক্লংপাকী। কাউচাঙ্ই সরালুত্তা। খাঙলেন য়াই-রোইপাগু রোইনা। খয়নিং অকাসোয়্বতা চঙলরে হায়বতাপাক্সা। য়িরাং পুরিকলাই। নয়ু নিংথৌ খোংনাং তখেল ঙমপা। খোংফেন থৌপা মেনখোমপা। সনা হোঙপা। চকপা পুংপুন লানখাপাকী পুরিকলাই খয়াঙ মথৌমম। য়িরাং চুঙসেন মরানবোন। অরা খৌত্তোংমন। কৈরা তানচোকগননা। পুখরি চিথেকমতাপু চোংথ-পানে। হে য়িরাং পুরিকলাই। কেকে পোংলেন হনপাযো। নয়িম কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপা য়াইতুপু। খোইয়ম নোংতমপা মথৌথাপু মায়য়োকনাফত্তাপাকী। ময়ু কেকে লয়মাপনা। খাঙ্ঙা থেনঙমপা। কারাং থেনকাপাত্তা। ফিরাল নানপা অরেমপা। পচেং লৈরাং অতিংঙাকিতমকপু কেকে চিংহিনা। মোইরাং নাউ-খিরানা বারোইরাপাকীতমকপু কেকে খাইচেননানা। মোইরাং পাংসোইনাই। ময়িম অরাং পোইরৈ মৈতৈকা। সেনগী তুম্মু মনিন নাইপাকানা। য়িনুং সোয়য়াম্মাত্তা। লোইরান লামসোক খময়থেঙনা। কেকে য়িমলকচঙ। খামপী মৈকা থানা। হুয়েল

---

অচৌবা সোরাকপী মনিংগী লুসৎ অকোনবগী মনুংদা খাঙশাং যাইওইবা ওইনা চঙহুনা লৈরবে। অদুবু ইরাং পুরিক্লাই মোইরাং নিংথৌ খোংনাং তখেল ঙম্বা খোংফেন থৌবা মেনখোম্বা সনা হোঙবা চকপা পুংপুন লাম্ববগী মতিক মথৌনা অদুগা মপাম্বোমগী ভৌবা ঙম্বা মগুন্দি মানা তৌথিবা অরা অনা অদুগী অমদি কৈগল-কৈরু চোকথখিবগী মতিক্তি পুখ্রি চুথেক অমদবু চোংথখিবনি। হে ইরাং পুরিক্লাই কেগে পোংলেন হনবও! নরৈবাক মোইরাং হায়বা অচৌবা লৈবাক অসিবু খোইয়ম লাইগী নোংদম মতুং ইন্না মায়য়োক য়াহুনা ভাকপা ঙমদবা মরম্না কেগে লয়মাবা মোইরাং নিংথৌনা খাঙ্গা থেন্দম্বা কারাং থেনকাবদা ফিরাল মানবা থেৎনুমবু পচেং ফিরাল কধিক্সু লৈত্তবনি হায়মহুনা মচিন মনাও মপা মক্তোল কয়ানা খৎন-চৈনদনা হুংঙাইনদবদগী কেগে মোইরাং লৈবাক অসি চিঁহে নাইবা ওইদনা রেংখিনরে। অদনা অরাং মাযকৈদা লৈবা মৈতৈ ফুরুপকা নোংপোক লমগী শেনবী তুমুগী লমকেৎপশিংগানা অহিং অমদা হেক্তা খম থেংনা হুয়েল লাল্লারক্না

লানসোকনারাপাকী। কেকে অথৌলিচা হেপপা। ঙাঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুম্বনামাম্সুং। কোরৌ য়িনুংমা। চেংলৌ সকরু-নাতাপাকীনিনা। লৈরক পামসং লময়ান থাঙনা। সংলেন নিঙতেমপাতুকুমপাপু রোইরাপাকী। কোক লৈপাক ঙাকঙমন্তরাপাকী মোইরাং লয়খোঙ কায়না লাননংলে। নয়ু নিংথৌ নোংপোক বায়রং মেনখোমপা। চোয়নৌ সনা হোঙপানা য়িয়ু নিংথৌ। কেকে লয়মাপা। ঙাঙোই লৈপাক ঙাকলকপাশিংতি। মোইরাং লৈপাক তাকনা। কেকে লয়খোঙ কায়পাপু না তারকতে। চীংঙু নোংতম করিনো। হৌচিক কেকে য়িহাকথক অসিতা। কেকে লয়খোঙ কায়না লাননংয়ে। করিনোতা য়িকাইয়ে। লৈপাক ঙাকপা ঙমতাপাসিপু। মিংচৎ ফৎতরে চোপপানে। য়িয়ু থাংচিং লাইমরুকী থাইথরকপা। খোইয়ম মচেং পাচামাতা নাউয়ানপা। কেকে নিংথৌ অরেপপা মহাবনে। খোইয়ম কনাঙপু থাচঙলা-সিপানো। বাথল ফুচাউচনপা। নুংলক হাতুম অচেপপাকুম। নয়ু

মোইরাং যুবক চঙলক্লগা য়ুম মৈ থারবদা লাম্নেংনবদগী কেগে মোইরাংগী অকল অথৌ পুম্নমক অহিং অতুদদি মন্বনিনা শক থঙনদবদগী লম্বী ময়াদা হোবা পাল অশংববু লমহাই থাংজোনা গাইদৎপগুম হাইদৎলবদা কেগে লৈবাক অসিবু ঙাকপা ঙমদবদগী মোইরাং লৈবাক কান্নতুনা অরাবা লাম্নংনরে। নবুধো মোইরাং নিংথৌ নোংপোক বায়ৎং মেনখোম্বা সনা হোঙবা হান্না ফুদোঙলবা সনাগুম কোলোয় মিংলেম্নবা নিংথৌনা থাযনগী ইবুধো, মোইরাং নিংথৌ ওইদুনা কেগে লৈবাক ঙাক্কপাশিং অদুগী সনা হাক্তুদি মোইরাং লৈবাকসিবু মাঙ তাকনা লৈবাক কায়খিবগী বাবম অমফাওবা তাখিদ্রি। হে খোইয়ম নোংদম্বা ইবুংঙো কম্নি মতৌ কৌবগে হন্দক কেগে ঐগী ইহাকথক অসিদা মোইরাং লৈবাক কান্নতুনা অরা অনা মংলবা অসিবু ঐদি ইমাম অসি ইকাইজরে। লৈবাক ঙাকপা ঙমদবনা মরম ওইদুনা অর্ণীবা মিংচৎ ফংলরে চোপ্পা ফংলে। ইবুধো থাংজিং মাগী সনা ঊদগী নাউদাজরকপা অশেংবা ঊগী চাদা লাউদা ওইজবনি। অদুবু ইবুধো নহাক নকুনা কবম্বা লাইগী মফমদা অমুক চঙজরসিবনো অসুম্না বাথল ফুৎংনবনা নুং অনীগী

মীথা পোললমলারোইএ। তাঙচা য়িকাইয়ে। কেকে য়িরৈপাকপু নমতা হুন। থোংনাং তমতাপু তাথিরাকে হায়না কাচেং চাচন হীককুমপাপু হনফাতানা। থোংনাং মানলৈ চৌংপু য়িনতানখিরে হায়তারাপা। নয়ু নিংথৌ নোংপোক ৱায়রং মেনখোমপাক্তি। চোয়নৌ সনা মিংহুনবিপু চুনাপানে।

নয়োল কেকে। মোইরাং লৈমা নোংপাললোন সনা থোইপীরো তৌনঃ কৌএ। লৈমা নোংপাললোন সনা থোইপীতি। মপাম সমলা লংমাই নিংথৌ চমু। মপাম সেলোই মতাইমা। লংমাই মাখলমা। মমা তমপাক লমহৌমুচা। লংমাই পাপং লৌথিপা। সাপি লৈরাংসোই ৱাথৈ লানথাপা। থমনিং কোনপু অসৈনাপা চমু। লংমাই থাংহন অহনপাস্থং। মপাম হুয়েল লাননিকিতি। মোংথোং মো'ঙং। ৱাহেং থমকোই। লাইরেন সাসিককমপু। অহোঙ

মরক্তা চম্পুনা লৈবা হা গুম ওইংনস্থ ঐদি মীথা পোম্নদি লৈরম্নরোহ ঙৈকাইজৈ। অতুনা কেগে মোইরাং ইরৈবাক অসিবু থাদোক্লম্নগা থোংনাং ময়াং লৈ বাক্তভম লৈরুরগে অসম থলদুনা চা চম্পুনা পানগ্রবা থাংথোক অচেৎপগুম নিঙথিবা অতু হনবা লৈ হনা থোংনা' ময়া' লৈবাক্তা চৎননবা চী'লোন কয়া লানথরে। অসিগুম্বা মোইরাং নিংথৌ নো'পোক ৱায়রং মেনথোম্বা হায়না কোলোয় মিংথোনবদি ফুদোঙলবা সনাগুম কোলোয় মিংলোন অসি চুনবনি।

নবেঙ্কো মোইরাং লৈমগী। কালোয় মিংলেদ্দি নোংবাললোন ( অঙো'ম চঙ্গ ) সন থোইবী হায়না মি পৌই। মোইপাং লৈমরেল ওইবী নোংবাল-লোন সনা থোইবীগী মপাম লমদমদি ল'মাই নি'থৌগী লমনি। নিংথৌ অসিনা পোকচবী লৈমরেন অসিগী মপাম লমদম সেলোই লংমাইগী তম্পাক লমদা পামখিবা লয়হৌম্নগী মচা লংমাই পাপং লৌথিবগী ময়াম্বা ৱাথৈ লাম্থবগী লমদমদ' কোলোয় মি'লেন চৎনা লৈথানবা চঙনি। লংমাই লমদা পানথিবা চৌ'ৱাংলক্পী পুরৈরোম্বগী লৈমা অতোম্বী পিথেৎ লৈমা লয়হৌ নিংথৌ চঙ্গনা পোকপা থাং অহনবগী মশুগী মতিক মথৌনানা মোংথো' মোংঙং ৱাহেং থমকোই অমস্থং লাইরেল শজিক লমদম য়ৌনা হুয়েল লাঙ্হৈনদুনা ল'মফাশিংগী লাপু কোকলেন পুরক্লগা অহোঙ অচাউ থোক্লা হরাউ বুথৈ

লালু তয়না সুপা চন্নু। মপাম সেলোইচীং। লংমাই লংপাচীং-মাঙনপু তমপা থাপী কপনিঙচীং। চীংঙু লংপা মুসিরাইবো কৌপাত্তি কতৌনোংকিনো। তমপা রাঙমলোন। অঙানপা হেনলোই চঙপীনা। থাপা সোকচ্রোংপা মপারী। তরঙ খোইমুচাপু। তোপনা হুললাংনঙৈ। মমানমচা নোংপোক মালং হুমরোইপা। লংমাই নিংথৌ কায়নৌ চীংসোমপাকা। সেলোই মচীংলেনপু য়িনতালক-পাতা। থাপা তুংয়িননারকপা। য়াঙপা মাঙথানাপানাপু ফংলাকানে হায়পাকী। তমপা রাঙমলোন পানথোইপীতি। তাংখুল সারম মুরাপীপু রোইনা। চিনফি থানীকনা। লাইফি থাথোমনানা। কোনঙৌ তানচপসি। লিকলাই নাথাংনানা। লৌথোং মাঙয়িনননা হাওসম তুংথাংনানা। থানলৈ লৌতাথিয়ে। মসাপী অঙৌপা লংমাই নিংথৌ কায়নৌ চীংসোমপাতি। তাংখুল হুইতোক পাথংপাপু রোইনা সানরোনথিয়ে। তাংখুল হুইতোক পাথংপনা। চৈরৈ সেংক্রমন্না। মানলৌ তুংচিংনা। লিককোল সানম নাহুইলোননা

তোথিবগী শূরোল ওইবীগী লমদম শেলোই লংমাইচীং অরাংবা মফম্ব থাবী কপ্লিংচীং চীংঙু লংবা মুংশিরাই হায়না কৌনথিবদি কহিংগীনো? তম্‌যা রাংঙমলোন পাম্ভোইবীনা থাবা সোকচ্রোংবগী মচামিপা তমং খোইমুচা কৌরবু পামজদবদগী হন্দোক্লম্লগা মশাবী ওইবা নোংপোক মালং হমমোইবা লংমাই নিংথৌ কায়নৌ চীংশোম্বগা লোয়ননা শেলোই মাগী মচিংশাং য়োনবা লাকপদা থাবা মানা তুংদা তাম্নরক্লগবরা হায়দুনা মাঙ থানা লাকপদা থাবা মানা ফংখিগনি হায়না চিংনবদগী পাম্ভোইবীনা তাংখুল শারম মুরাবী ওইনা চিনফি লাইফি শীজিন্নদুনা লাইফিনা খাংদা শেৎ চিনফিনা (যিমুনা) মুংদা অমুক শেৎচিল্লগা কোনঙৌগী লীক্লা ভক্তা শি লিক্লাই অদংবনা নাদা য়ান পামযান য়োৎনা মাঙদা মচিলথং হাওশমনা তুংগী নঙ্গন্দা যামনা পামলৌ লৌফম য়াম্নুনা লৈথি। মতম অমিদা মশাবী লংমাই কায়নৌ চীংশোম্বসু তাংখুল হুইতোক পাথংবা ওইনা শাইওল্লং তৌথিয়ে। তাংখুল হুইতোক পাথংবনা চরৈ মফি অহুবু (তাথংলদুনা) সেংগন্না শেৎলদুনা তুংদা ফিজিনা জোন-জোন য়াম্বরগা লিককোল পয়েংনা হকচাংদা পয়েং পয়েং শি, মকোক্তা

শুক্সাচিন। চুমপুল লাইলেথেম। বাকতং নাসিনা। য়াইরী থাং-থোমনা। কূরাউ ফাললাংপু। তাংখুল তোরা লোইমোম থাঙ। মচল হাওম্নু কৌপী মনকৌথাঙ। থাঙলেন চিননি লোঙপাপু নমতা থেং। লিরুঙ থূংতা পায়। থূংথাঙ মিতম থোং। কাংকম য়াতা চীকনা। থানলৈ লৌকূমলকপাতা পাউহংখিয়ে। হে য়োইপুনাইবো। লৌখোং মাঙয়িননা। হাওসম তুংথাংননা। চীংলেন মনাক খোং। পামেল বুসা-থা। য়াংকেম থৌপী মক্কতূপ। পামেল লৈঙাং মপাল ফোয়। নূংপী মফম তাউনা। থামলৈ লৌতাঙমপী মঙপু কনানো। হায়না পাউহংলকপাপু। তমপা বাংঙমলোন। তাংখুল সারম হুয়াপী বোইনা সানবোলঙমপীনা পাউথুমখিয়ে। য়িপুংঙু হুইতোক পাথংপাবো। মোনম্নু ঐতি তাংখুল সারম হুয়াপীমে। য়িপল থানলৈ লৌন-চাউ। নমু পোংনা বাংলপাকী। য়িতোম লৌতারমপানে। হায়না পাউথুখিয়ে। তাংখুল হুইতোক পাথংপানা পাওমেললকয়ে। বোইপুনাই সারম নূবাপীবো। থমলাং যিপালৌ।

শমলাং চোম্নুল পময় লয়না পুল, নাদা বাক্তং মতেক হুক. য়াইরী অকুপ্পনা থ্াংদা য়েং কুয়াউ ফালম্নু পুম্নগা তোম্না তাংখুল কাঙবুনা পায়নবা লৌয়ান থাঙ মচল মচা ওইবীশিংদা পীনবা অউনথাঙ থাঙদোল মচিল অনী লোঙবমু মনঙন্দা থেং লীরুংনা থূত্তা পায় থূজেঙদা থূংথাঙ ফিমা য়েং ময়াদা কাচুপ চিঙ্গহুনা লৌকূম্নকপদা পান্থোইবীবু (তাংখুল শারম হুয়াবী অদুবু) উরহুনা হংখি। হে ইবেম্মা পামমান য়োংনা চীংলেন নাপোম খোং হাওশম্না তুংদা মান পামেল উশা য়াম্নহুনা (কঙুনা) য়াঙ্গেন অমদি থিকলোয় মরু ফুক পামেল উয়াংন লৈঙাং মনুংদা চঙববু ফুক্তোক্না নূংজাও হুংবী খাংদোক্নহুনা পাম লৌ মফমসিদা লৌতারবী ইবেম্মা মঙবু কনানো হায়না হংলকপদা তমফা বাংঙবলোন ওইবী তাংখুল শারম হুয়াবী ওইনা শাইওল তৌরিবীনা থুম্নক-খি। হে ইবুংঙো হুইতোক পাথংবা-ও! হুজা ওইবী ঐদি তাংখুল শারম হুয়াবীনি। ইশাগী লৌফম্নদি পাক চাউবনে শুগদবা মীনদি বাংপনে হুজা ইতোম্নতা লৌ তারমলিবনি হায়না পাউথুমখিয়ে। তাংখুল হুইতোক পাথংবনা অমুক্ত হায়রকখি। হে ইবেম্মা শারম হুয়াবীও! থায়না মমাংতৈ ইবুধৌ

য়িরেং য়িপুলৌ অসিকিত্তমকপু। ইয়িম হুইতোক মনিনাইপাকা। নপাম তাংখুল সারম হাওকা। রাপ খুনথিনা। চেংঙা লানময়নরিয়ে। সয়ী লয়ত্তা তানা। তাউপা হুইরিম থংনত্তরিয়ে। খোইপুনাই নঙপু। চেঙপুম মনাউতোন। লাংপল অরোললুককুমপানা লনসিংকে। হায়না লীরী থমোই তিং। লকা তেনমৈ লাকলাপাতা। তাংখুল সারম নুরাপীনা পাউখুমলকয়ে। যিপুংঙু হুইতোক পাথংপারো। মোমঙ্গু ঐপু করিকী। করোঙ খুংখুমনাকাপানে। ইপাম সারম মনিননাইপাতি। লোইপী লমতাং ফাননা। পামেল বুযোক থাপা। চীংসাং খোইখু থকপা। থারুক যুঙৈ সাপা। সাকু বালোং থননা। সংরেন লযতোই য়াংপা। রালোং নিঙকোয় বোংনা। কোকলৌ লীতং যাননা। পাথং য়োমলোই হৌপাপু লৈপানে। য়িতু সারম হাও পাথংরে। পাথং নমাননাপাকাতুম। মংসক থুংকুম তংললুরো। পাথং য়োমলোই হৌযে। য়িডোম

---

অমদি ইপা ইপু হাক্তকুগী হৌনা হুইতোক ঐখোয়গী লৌফম ওইবরবা মফম অসিগীদমক মতিক মথৌনা লৈববা হুইতোক ঐখোয়গা নপাম শারম হাওগা অচুম চুমদ থিনবদগী চৌজিক যাওবা য়েংথিনবি। হুইগী হুইবিন থক্তুনা শাগী ঈবু মালেম লয়দা তাদরি। অতুনা ফাবম্মা নঙবু ঙসি ঐনা চেঙ চগেম্বু মচংগা কোন্ননা লৈমিন্নবগুম অমদি লাংবন্থাদা লাইত গা শংবাহগা থানবা লৈত্তরগুম লৈমিন্ননবা অহলশিংগী লম্মক্সুম শিংলগে হায়তুনা থম্মোই-স্থংগী অশেংবা রাফম্বু মুংশি রাহৈ খোম্থোক্তা হায়রক্রবদা তাখুল শারম ফুরাবীনা থম্লকখি। হে ইবুঙো হুইতোক পাথংব ও। হুজা ওইবী ঐঙোন্দবু করিগীদমক করোং খুৎকুমগদৌরিবনো। ইপাম ইবুং ইপুরা মতিক মগুণ মথৌনা লৈবশিংদি লোইবী চীংদা লম্বী লমদাং শেম পামেল উপাল থাহুনা চীশাং থাইহী থকপা অদুগা হাওদৈ অঙোবা য়ুবু চফু রালোং থরুং থম্না শেম অচৌবা শা ফারগা শদুম শদুম য়াংতুনা ইরান্দা হাপ্লগা থোংবদা থাবৈনা ওৎল ওৎলতুনা অতিঙবা মনিঙবু লীগ্নী উত্তোং থানা চিংলগা পাথং ময়াম তিম্লুনবু লৈবনি। হে ইবুং শারম হাও পাথংও। পাথং নমান্নবগতুম মংশক থুংকুম তাললুরো। পাথং ময়াম তিলহৌবনি। নহাক নত্তোম্মতগদি

খোংকেন মায়য়োক য়াঙমলোই হায়রাপাত্তি। লমপাল লয়পুং কোয়চাউপা লমচংনানা। খোংপাল পিনিনসাপু। সিঙ্গী থাকতেকহনতানা। খোয়মা নায়োনমুংতা। তাঙচাকুমনা লমফমলুরো। লিলাতমনা নাথেংলুরো। মোমন্থু ঐতি চৈরৈ নাহোংসা। থীকলেন চাইচি খোমলাং চৈচেনমাকী। নমোম সানম ঙাইথিংতোনকুমপীনে। মোমন্থু ঐপুতুম থৌরৈ তেংপাংপিরো। চেঙচা ঙমতমপিরোরো। হায়না অঙোপা পুরৈরোমপা থুনতায়ু। সিংথা থানলৈ চৈনময়ু। বুমি তোনথুময়ু। য়ুঙৌ পুনচাউ য়োংপা। লয়য়ু অথুমপাপু লৈয়ে। লাউরো তংমননাসে। হায়না পাউকৌপাপু পাউয়াতানা। তাংখুল হুইতোক পাথংপানা পাউথুমখিয়ে। য়োইপুনাই সারম নুরাপীরো। নপাম সারম মনিননাইপা। লোইবি লমতাং যামনা। খোইয়ু থকপা থারুক য়ুঙৈ সাপাপু। লাংপল বরোঙ খুংখুম্লরোইএ। মোমন্থু নঙপুতুম। রায়রা য়িসারোই। হুয়েল য়িরাননে। লৌরাং থুংতাপ চৈরোইন'। কাংকম নোংতম লেংনাকে। সাপন নাউতু

---

মায়য়োক্লবা ঙন্নোই হায়রগনা খুঙ্গংগী মপান্দা লৈবা লয়পূং থারোগী লমচং চংনা খোংবাল লাল্লুথা শা ওইনা অমদি পামেল উজাউ থাংতেম্লহন্দবা ওইদুনা অথূপ্পা নাপী মরক্তা লিনগুম্না লোত্তুনা লৈজক। লিলগী মতোগুম নাপী মরক্তা লৈজরুরো। মুজা ওইবী ঐহাক্তি পিক্ত পিক্লিবা নাহোং শাদুনা পোম্বিবা শলেম মমাগী খোমলাং খোমহুক্লখিবী মবুং মোপালগী থবাইদগী অতোনবী ওইবী অতুগুদবীনি। অদুনা মুজ, ঐগী ইতেংদুম পাংবিরো। ডাঁস ঐগী ইঙম অসিদুম পাঙথোকপিরোও হায়রদুনা অঙোবা পুরৈরোম্বনা খুন্দা লৈতাবদা শীজিল্লবা অতিঙব' পূকয়ু শিংথা চৈনমদুন। শেমজবা লয়যূ অথুম্বম্ব লৈজৈ থকমিন তংমিন্নখিসি লাকখো হায়না কৌশিঙ্গরুববু হুইতোক পাথংনা য়াবিবা লৈতনা হায়রকখি। হে সারম মুরাবী ও। নপাম লমদম শারম মতিক মগুণ লৈবা লোইবী লমদ'ং শেমনা চীংশাং খোইয়ু থকপা মপাঙ্গল লৈথশিংদথু' করোঙ 'খুথকুম্নরোইদা। মুজা ওইবী নহাক্তমু হুইতোক পাথং ঐহাক্তী শীদান শাদুম ওইরবনে। কমুক্তা পাক্লবা লোয়াং থাদাপতুগী দণ্ড ওইনা [illegible] ইথৌ পাঙবা' অদুদুম' ওইনমগো। শাক্লদু [illegible]

লৈহেকনা। লৈরাং ভোনকা থংনকে। লুরক কাংতৈ থিনা। হাওরা ভানকোক সোননাকে। হায়না লীরী থমোই তিং। লকা তেনমৈ লাক। য়ারেন খোংথৈ চীক। পিস্তুম পাকোই লয়না। লোইপী কলহৌ নীকলাপাকী। তমপা বাঙমলোননা পাউথুমলকয়ে। তাংখুল হুইতোক পাখংপারো। ঐতি তাংখুল সারম নুরাপীতাতি নংতে। তমপা বাঙমলোন অঙৌপা য়িমলেন লৈমানে। তমপা খাপী য়িপাকসা। বাঙম য়িপাউতোয়কিপু। তাংখুল সারম নুরাপীপু লয়না সানরোললাপানে। হায়না পাউথুমলকলাপাতা। তাংখুল হুইতোক পাখংপানা পাউথুমথিয়ে। ঐস্থং তাংখুল হুইতোক পাখংপাতি নংতে। অঙৌপা নমান মচানে। তমপা হৈনা তুংইননা। বাঙম সনা নমৈ বায়না। তাংখুল হুইতোক পাখংপাপু সানরোললকপানে হায়না পাউথুমলাপাতা। তমপা বাঙমলোন অঙানপা হেলোই চঙপীনা। অঙৌপা য়িপুংঙ তাপিয়ো। অসাইগৈ মঙনা। তাংখুল হুইতোক পাখংপাপু সানরোনঙৈতি। তমপা

---

নাউদু লৈরাং নিঙথিববু হেক্তনা লৈরাংগী লৈতোন থংপঙম থংলগে। লম্লক শাদান শাবু ঐহাকী ওইনা ফংবদা মকোক্তা য়ৈবগা ফারকপা অচুঙম হুজা নঙবু ঐনা ইরান শাদুম ওইনখগে হায়দুনা হুংশি বাহৈ খোম্বোক্লা থম্মোইস্লংদগী হায়রকপা ভাঙলকপা বাফম্না হুরাবী মাগী থম্মোয় লকাদা য়ুবা বাডাবু ময়া চীক্তক তৌনা পিশুমথক্কী তুনা লেঙনা হাইনা লোইবীখক্তা কক্লাউ খোক্লবগী তমফা বাঙমলোননা পাউথুমজরকখি। হে তাংখুল হুইতোক পাখংবও। ঐদি তাংখুল শারম হুরাবীদি নত্তেদা তমফা বাংঙমলোন ওইবী য়িমংলন লৈমনে। তমফা থাবী ঐহাকত্তি তাংখুল শারম হুরাবী ওইদুন শারম বাহৈ বাতাদা ভাংদুনা শাইওন তৌরবপনে হায়না পাউথুম্লরুবদা হুইতোক পাখংবনা থম্লকখি। ইবেম্মা ঐস্থ তাংখুল হুইতোক পাখংবদি নত্তে অঙৌবা নমান্মচানি। তমফা নতুং ইল্লক্তনা তাংখুল হুইতোক পাখংববু ওইনা শাইওল্লকপনিদা হায়না পাউথুম্লবদা বাঙমলোন তমফা পাম্বোইবী ইবেম্মা হে ইবুংঙো অঙৌবা তাবিয়ু। অসাই নঙনা তাংখুল হুইতোক পাখবা ওইনা শাইওন তৌরকপা অদুদি নশামৌ

সসানৌ ঐতি। য়িসাতুকুমপাপু তুকা চুং। চকমোম লমসাতুকুম সোঙকা রাংনা কাঙনা সোঙকীবময়ে। হায়না হেকঙাই স্নুংয়েংচেং। স্নুংরোন সিমা য়োননা পাউমেনপাপু। অঙৌপা মমান মচানা। কাচেং থাংথোক চয়সৌনানা। স্নুংসি মথৈ লৈতনা। স্নুংঙলখিয়ে। অতুনোংকিপু ভমপা খাপী কপনিঙ চীং। চীংঙু লংপা স্নুংসি-রাইরো তৌনা কৌয়ে। ভমপা খাপী কপনিঙ চীং। চীংঙু লংপা স্নুংসিরায়পু পুমনা চননা। অসৈনাপা চম্নু। নোংপাললোন সনা থোইবী পায়মা সনা রুনকোয়স্নুংকী।

---

## ৩৯। পুরিকলাই খেনচং নেনপা
## ( খেনচং চাইপা )

নযু কেকে পুরিকলাই। খেনচং নেনপা। খেনচং চাইপা সনারেম। কিয়াং নিংথৌ ফাপা। নিংথৌ সনা থাংচেন অহনপারো

গুইবী ঐদি ইতু চু লমদা চাকপা লম্মেনা লাম্বকদবা অহুগুম ইতু ইমান চুংমা কাঙনা কিরম্মী হাযতুনা পুকনিং স্নুংশি স্নুংগুন থোক্না পাউদমজরবদা মমাম্নচা কায়নৌ চীংশোম্বনা খুংশু পাঙ্খোক পানবহুনা চযশু গুইনা শোনা লেপ্পগা হাযনিংঙাই লৈতনা স্নুংশি মতৌ উংনা পুরিং স্নুংগুন থোক্নখিয়ে। কোরৌ স্নমিৎ অহুদগী হোনা মফম অহুবু ভমপা খাবী কপ্নিঙচীং চীংঙু লংবা স্নুংশিরাই হায়না মিংথোম্নথি। অসিগুম্বা খাবী কপ্নিংচীং চীংঙু লংবা স্নুংশিরাইগী লমদম য়োনা শকথঙ মায়ঙনা শৈথানবী মোংবাললোম সনা থোইবীগী শেংলবা পায়মা সনা পীবুকস্নুংদগী।

## ৩৯। পুরিক্লাই খেনচং নেনবা
## ( খেনচং চাইবা )

নবুথৌ কেগে মোইরাং পুরিক্লাইগী সনাকোলোয় মিংলেপ্পি পুরিক্লাই খেনচং নেনবা খেনচং চাইবা সনারেম কিয়াং নিংথৌ ফাবা নিংথৌ সনা

তৌনা কৌএ। নম্ন কেকে পুরিকলাই। সনা খাংচেন অহনপাত্তি। চীংঙ, নোংতমখোল লাইপক থেনলাই য়িরকপাপু লমচায়কতাপাকী পোইবৈ মপুংয়ায়তা। য়াইপি য়িথংনানা। অবাং কোরৌ নোংকা-ফাপা। য়িরাং পুরিকলাই। সনা খাংচেন অহনপাত্তি। চোয়নৌ সনা মিংহুনকিপু চূনাপানে॥ ০॥

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। য়োইক্লমলোল ফাইরৌস্থু। থৌরৈ নোংচু অহোঙপা। খোয়নৌ লাংমৈ য়াকোন নিংথৌচম্নু। মপল হৈরেম কাংহৈম্নু। খিং খিং কাংহৈম্নুপু। লেমলৈ ঙানা পাম্নপী কৌপাত্তি কতৌনোংকিনো। মপারী মুংপাল য়াংহনপাপু। তোংচেং কুয়াইমুংতা। থোপাল লাইচা য়িরম য়িননা তাউথঙৈ। পলেম মমা হৈরেম কাংহৈম্নু। খিং খিং কাংহৈম্নুনা। অচেন লোকলৈ হৌনা য়িনতাললকপাতা। সরেং মমসাংপিচানা। লেমলৈ মৈফূ তোমনা। লাইচা য়িমোং চাউঙমপাপু। মপারী মুংপাল য়াংহনপাপু খাচীকলাপাকী। লাইচা য়িতা কূমনা। পারী মুংপাল য়াংহনপা

---

খাংচেন অহনবা হায়না মিঙ্গৌনৈ। নবুথৌ পুরিক্লাই সনা খাংচেন অনেবদি লাইগী নোংদমখোল লাইবক্তা স্নম্নবু হীক্তোক খেক্তোকপা ঙমদবা (য়াদবা) মরম্না পোইবৈ মৈতৈ লমদা থঙহৌদনা খংলাক খজিম্না য়াইবী থরায় থাদুনা অরাংবা কোরৌথক্তা নোঙ্গাখিবা পুরিক্লাই সনা খাংচেন অহনবা হায়না মিঙ্গৌনবদি ফংোক্লবা সনাঙম মিংলেন অসি চূনবনে॥ ০॥

নবেক্তৌ মোইরাং লৈমরেন ওইবীদি ফাইরৌস্থ লাংমৈ য়াকোন নিংথৌ (খিয়াম) নোংজু অহোঙবগী মযোমলোন অসিগী মবেক্তৌগী কোলোয় মিংলেনবু হৈরেম কাংহৈম্ন খিং খিং কাংহৈম্নবু লেমলৈ ঙানা পাম্বী হায়না মিঙ্গৌনবদি কম্নিদগীনো? মচানিপা অহল লুরাং শলাই ওইবা য়াংহনবম্নু উপাক্লা শাবা কু মনুংদা হাপ্লগা থোবাল তুরেলগী ঈশিং ঈরম মতুংইম্না থাদুনা তাউথখিবা মতমদা পলেম মমা কাংহৈম্ন খিং খিং কাংহৈম্নুনা পাউ তারদুনা লরাই শাৎনা তফিং তফিংনা তাম্নখিবদা মশোং শাংনা পানবা শয়েংনা মমৈ অদু ঈশিংদা তোয়না তোয়না ফুরদুনা ঈশিংদা ওন্দুনা লৈরম্নবু মচানিপা য়াংহনববু ওইরবরা হায়দুনা মথরাই শোক্লা ঈশিংদা কুমথরগা ইবুংঙো ইমাগী ইবুংঙো

মতপু লাক্লবো। হায়নঁ পাউজেকৌপগনু। লেমলৈ ঙাপু খোইরমহন্নে। হৈরেম কাংহৈনু। খিং খিং কাংহৈনুবা। অপারী থুংপাল যাংহনপাপু শাটীকল্লে। লেমলৈ সিখিপা। সম্বেং নৈমৈপাপু থাংলমপা। লাইখোংপা অসিপু কমমনাংমো হায়না চৈরক্নে। ককু নোংখিপু। কোংপা ঙাচৈথেলবো তৌনা কৌরে। হৈরেম কাহৈনু। খিং খিং কাংহৈনু। লেমলৈ ঙানা পামনী। লুরাং কয়ত্তা খিংথোং ফাপী। মমু থুংপাল মংহনপা যারোংবাই। লুরাং যাংথুপা মচাউকম। লাংমৈ যাকোনবাই। বুসাং মৈপুংলাইপু তেংঙানগী। খোংমনো লাংমৈ যাকোন নিংথৌ চম্নু। মপাম হুয়েল লানলিকিতি। তাংখুল অমে থুংপি লোঙপাকা। লয়মন মপুংরায়কী। হুয়েল কয়নাবোঙ অখোপাপু। অহোঙ লানু তৈরম্না থুংপা চম্নু। খোইকমলোন লোইশী লমহৌঙমগী। পায়মা মনা বুনকোইনু কী॥ •॥

যাংহনবা নঙবু লাউনে হায়না কৌশিককবদা লেমলৈ ঙাতুম ওইরম্নে। হৈরেম কাংহৈনু খিং খিং কাংহৈনুনা মচানিপা লুরাং যাংহনবগীদমক্তা মথরাই শোকখি। লেমলৈ সম্বেং মৈশাংবনা অসুনা শিকম নাকম তৌরম্লিবা অমিন্ন করম্বা লেমলৈ ঙানোহাই হায়নঁ চৈরমই। কোয়ৌ হুমিং অহুংগী হৌনা মফম অতুবু কোংবা ঙাচৈথেল হায়না মিংথোনখি। অসুম্না হৈরেম কাংহৈনু খিংখিং কাংহৈনু কৌবী লেমলৈ ঙানা পাম্বী লুরাং শলাইদা চাংদা নাউদাম্বী হায়না মিংথোনবীনি। মাকমতুদগী হৌনা থুংবাল যাংহনবগা মনাও যাংথুবগা থৎন-চৈন থুংঙাই-দবগী মাথোক মায়াম ওইনফম ওইবা লাংমৈ যাকোন লমদমগী উশা মৈপুং য়োনা শৈয়ানবী লাংমৈ যাকোন নিংথৌগী মমোমলোনগী মপামগী মপা মপলশিংগী মতিক মথোনাদি তাংখুল অমে থুংবী লোঙবগা লয়মন মুঙংগী লান্দা খোবা কয়নবোঙ কৌবগা অনীমু লান্দা মায়থীবা শীতুনা লানু চোমায় লোয়গা লুখা থায়কখিবা মপাগী মমোম কাইখোইশু চম্ন লোইবী লমহৌঙবী হায়না কোলোয় মিংলেম্নবীগী শেংলুবা পায়মা শিয়োম্নবগী। •।

## ৪০। পুরিকল্লাই ঙাঙোই নানপা সরাপা

নয়ু কেকে পুরিকল্লাই। নোংলেন হাইপিথোং। ঙাঙোই নানপা সরাপাবো তৌনা কৌয়ে। নয়ু কেকে পুরিকল্লাই। ঙাঙোই নানপা সরাপাতি। চীংঙু নোংতম মতুংয়িননা। পোইরৈ সনাপুংতা য়াংকোইরাপাপু। লাইরেল মৈতিংঙু। লোইপী চীংসাংঙমপা। হুয়েল লাননিঙ্কিতি। তাউপা কৌপা হুইমিংনাপাকা। সেরাং কৌপা লাইমিংনপা। মেনলৈপা মচা লেমপাকা। থোংখুরাকপা লাসোং তাউপাকা। চীংসোং মরয়মাপী। লাসং লৈয়োনহুকাপু কায়না হুনপা কিন্নাং য়িমচঙ য়াঙপা। থাম্নুং মিংনাইপাপু কায়না হুনপা। লাইরেন মৈতিংঙু। সেনপী কিয়ামপানা খৌচাল মায়য়োকনানা। চেংলৌ মিংবাংনফাতানা য়োয়চানপিরাপাকী। লাইরেল মৈতিংঙুনা। হাঙরৈ নোংপোকলা পাংপালম। য়োয়ময়াইনা থেনকাপা। অঙানপানা থেনচোংপালম। সেনপী লয়থোঙয়ান।

---

## ৪০। পুরিক্লাই ঙাঙোই নানবা সরাবা।

নবুধৌ কেগে নিংথৌ পুরিক্লাইগী কোলোয মিংলেন্দি নোংলেন হাইবিথোং ঙাঙোই নানবা সরাবা হায়না মিংলেরে। নবুধৌ পুরিক্লাই ঙাঙোই নানবা সরাবদি থোইয়ম লাইগী নোংদম মতুং ইন্না পোইরৈ মৈরৈ সনাপুংদা লৈরুইএ। লাইরেল মৈদিংঙু লোইবী চৌংশা ঙরগী মতিক মথৌনাদি হুইগী মমিং মান্নবা তাউবা কৌবগা লাইগী মিংগা মান্নবা সেরাং কৌবা মেলৈবমচা কেম্বগা থোংখুরাকপা লাসোং তাউবগা চীশোং থুনগী থুরাকপী লাশং লৈয়োনহুগবু মায়খিবা পীরকখিবা কিন্নাং য়ুমবুম থুগাইবদা থাম্নুং কৌবা মমিং চৎপবু মায়খিবা পীঙবনা য়ান্না নুনা চান্না কবিগুবা হীরমদা অরাৎপা লৈতনা য়েংশিনবিহুনা নুনা চান্না য়োকপিহুনা লৈরিঙৈ মৈদিংঙুনা কোরৌহনবনা থোক্লকপা নোংপোক মায়কৈ লমদমদা শেনবী কবোগী

কিয়াং মপুংয়াইতা হুয়েল লানতাখিয়ে। নযু কেকে পুম্বিকলাই। ঙাঙোই লাইচিংথু তেলহৈপা। কেকে চিংথু পানচুমপানা। সিঙচং হাইপী ময়াইলোং। পামেল রূ্রাইহক। হয়রাং হেকনাতা। তাউচিং চাতানা লমকনবাই। হয়রাঙ নানৌপা। তাউচিং খোঙনেমপানা বোংলিবাইতা। মৈতেংঙু সেনপী বিয়ামপাকা। পোং নিংথৌ খিখোমপাকা। পোং খুৎসমনানা। থারি লৌথাইনাঙৈ। চীংখোঙ পুয়োকমন। লাইরেল পুকননোংকিপু। লাইরেল মথৌচান। তুপি মরনকূকী। কেকে পুম্বিকলাই ঙাঙোই নানপা সরাপা। নঙত্তি তয়ম নাইচা লাকরো। হায়না নাহারুপ সঙপু সঙলিংখি হায়তাপারা। মৈতিংঙু সেনপী কিয়ামপা সঙলেনয়ায়। তযম নাইচালাকপা। ঙাঙোই নানপা সরাপা মসঙলেন। লোইপী ফুমতন খুৎঙমসঙ। হুয়েল নূংকাংপ। মিংনাইপা ফানাসঙ। কাসান নিংথৌ নোংলৈপু অথৌপাপু। লৈমা সেনতাকপূং। মুংয়োং নিংথৌ থাম্বুং মিংনাইপাপু। লয়হৌ সেংরোইসঙ। পামেল রূথা থানাসঙ।

---

লমদম ওইবদা চঙশিন্নুনা কিয়াং লমদমদা হুয়েল লান্দাখিবনি। মফম অসিদা মখুথৌ মোইরাং নিংথৌরোল (২৬ তুবদা পানখিবা) ঙাঙোই লাইচিংখু তেলহৈবা কেগে নিংথৌ চৌংখু পাঙ্গ্নবনা শীংজং মর ই লোংনা হাইগত্তুনা পামেল উদা হক্লম্বা হয়রাং পানবম্ব হেক্রুদবা ত উজিং পাম্ববম্ব চাদনা লমদমত্তবু কল্লম্বা মতমদা মনা নৌনা শংনা পানবা নেম্না নেম্না হৌবা হৈনৌ পাম্বী হৌবা মফমদা মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বগা পোং নিংথৌ খিথোম্বগা অনীনা পূক্লিং লীতিং মান্নমা হুংশিননা লমগী লমথৈ য়াৎনঙৈদা মৈদিংঙুনা যোকচথাকচরকপগী হুংশিবা মতৌনা চানবিত্নুনা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই নানবা শরাবা নহাক্কি নাহারুপ পানাগী মীয়াম অশিগী লাকপা ওইরো, নাহারুপ শঙলেম অমা লিংলদি হাযত্নুনা লিংথৎখি। মৈদিংঙু কিয়াম্বা লনা হাক্তকী লিংলিবা নাহারুপ শঙলেন অদিদা ঙাঙোই নামবা শরাবনা সাইজলাকপা ওইত্নুনা মাগী শঙলেন ওইনা লৈরবা মফমদা লোইবী লানফা পূম্নমকপু হোইজিন্নবা মফম, হুয়েল লান্দাবদা ফারকপা হুন্দাংবা কৌবা লান্দা হৈশিংববু ফারগা বম্বশঙ অত্নগা কাশান নিংথৌ নোংলৈপু কৌবা লান্দা

থংবান নিংথৌ থাকোনপা। থৌপেংলোই লানথৌয়াগপু। লয়হৌ তমনা সেংবোইপুংনে। তাংখুল মনিংথৌ। হুয়েল সাময়নথোই লানথৌয়াগপু। লয়মু সেনতাকপুং। নুংতেক থুনঙমসঙ। নুংপী নিংথৌ হুয়েল নুংচোংপাপু। পামেল ব্রথা থানৈয়ে। তিংতাউ নিংথৌ নুংলাইপাপু। লয়মু তমনা সেংতাকসঙনে। লয়হৌ সেংবোইপুংনে। সেনপী থুনঙমসঙ। থাংপু মিংনাইপা কামাসঙপু। তমনা থাংবা য়িমলাই থিংনৈয়ে। থুনপী নোংলৈসংনা কৈথিংনা। লৈথাম তরৈ য়াননা হেনমোইসঙনে। মৈতিংঙু তুপি চরাইরোংপা। থোইয়ম লাইষিংথৌপু সাইরোনপা। থেমথা য়োয়থোনসঙ। পেরান থুনঙমসঙ। লেংকাতাং থোংয়িপাপু হোইনা সঙ। নাহারুপ সঙলেন মনিননাই। নোংলেন হাইপীথোং। ঙাজোই নানপা সরাপত্তি। তনপা থয়াঙ মথোমন। কৈবা তানচোকমন। চিংথোং পুয়োক মনকী। লাইরেল মৈতিংঙু। সেনপী কিয়ামপাকী। থৌচাল

---

থৌববু অমদি লৈমা ওইবীশিংনা কনবিগে নিঙলবস্থ কনবিফম ওইবা শঙ মুংয়োং নিংথৌ থাম্বুং কৌবা মমিং চৎপবু ফারগা পামেল উনা নমতনা দঙি তৌরগা মপূকচেল চুমথোক্লবা শঙ, থঙ্গাল নিংথৌ থাগোনবা কৌববু লোইপোং থৌবদগী বারোঙনদুনা ফাব্রক্লগা শঙলেন অসিদা শেংদোক্লবা পুংনে। তাংখুল নিংথৌ শামনথোই কৌবা লান্দা থৌববুস্থ রেক্লবা মথী থত্তুনা শেংদোক্লখিবা পুংনে অদুগা নুংতেক থুনঙনকপা অমদি হুংবী থুঙ্গংগী নিংথৌ নুংজোংববু ফারগা পামেল উথা থানা ব্রারক চৈথেং পীনবা শঙনে তিংতাউ নিংথৌ নুংলাইবা কৌববুস্থ লৈরোল চন্না মায়থিবা পীনবা শঙমে। অতুদগীদমক লয়হৌ শেংওইপুং শেনবী থুনঙম শঙ হায়না থঙনরবসিদা থাংপু কৌবা মমিং চৎপবু ফাব্রক্লগা বাবক য়াত্তেন্নবা শঙবু নাহা মথোক কাবকপা পাথং ওইবশিংনা ঙাক শেন্নবা শঙনে। অসিগুম্বা শঙলেম অসিগী মথকত্তা নোংলৈশং মশা ময়াম য়াম্নুনা মথোঙ পুম্বা লৈথাম মনানা য়োমদুনা ফজহনবা শঙলেননি। মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংবা কৌবা থোইয়ম লাইগী শাইওন ওইরবা নিংথৌনা সনা পুক্লিং হুংঙাইত্রবা মতমদা শঙলেন অসিদা নিংথৌবু নাউথেন্নবা শঙ পেয়ান থুঙ্গংবু ঙমরকপা শঙসিদা লেংকাত্তাং

মায়রোকনানা। মরাক লাকনা। য়িমথোঙ থোংয়ি তাম্মা। হুংঙাই মরাং কায়না পাললে। য়িবাং পুরিকলাই। তরম নাইচালাকপা। নোংলেন হাইপীথোং। ঙাঙোই নানপা সরাপাতি। চোয়নৌ সনা মিংহুনকিপু চূনাপামে। ০।

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। কৌপারোন তোমসোল লাংমৈ চম্মু। কৌপা চিংথংলাং চীংলেন থোন তরেৎকী। থানলৈ তক্কক মোংসাপা। নমু পোংপুম তক্ককতিং। লোয়য়া তমলোন য়িননা খুনকুমপা। নিংথৌ চম্মু। ময়ু কৌপারোল অঙাংঙা। সনা য়িতা কাফাপী। কৌপারোল থোইনাই সেলোংপম চম্মুপু। কোরৌ মপিতোনপু থৌথিং নিংথৌ। রাংপল থিংলৌ নীকপাপু। থৌখাম-নিংথৌচম্মু কৌপাতি কতৌনোংকিনো। মৈতিংঙু ঙাঙোই য়োই-মোংপানা। চীংঙু মোংথৌ সম্মারেন। অরাং পাথং য়োংয়েনপাতা। মোংপা মচল লৈতপাপু। মচল মেম্নুপু লৈয়ে। হায়না চিলহানোংতা।

---

থোংয়িবা কৌবরু হোইথবা শঙ ওইবগা লোয়ননা মহাক্তপ শঙলেন ওইদুনা মমিং লৈবা শঙলেন ওইথি। শীংজং ময়া লোংনা পায়থিদুনা পামেল উরাই হকথিবা ঙাঙোই নানবা শরাবগী মতিক মথৌনাগী অমদি মচা মনাও লোয়নবদা লুনা চাম্না তোজমনগী মতিক মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বনা লুনা চাম্না কনাগুম্বগী ঈখাই চঙহন্দনা হুংঙাই য়াইফনা মরাং কায়না পানথি। পুরিক্লাই তরম নাইজাম্নাকপা নোংলেন হাইবী থোং ঙাঙোই নানবা শরাবা হায়না কোলোয় মিংথোনবদি ফূদোংঙলবা সনাগুম মিংথোন অসি চুনবনি।

নবোক্কৌ মোইরাং লৈমদি খোকচোম চম্মু কৌবরোল তোমশোল লাংমৈ চম্মুনি। কৌক্র চীংলেন মথোল চী লোন তরেৎকী লোকমায় তক্কক্লাংকোরৌ হুংশা মৈনা মৈবা মীয়োল তক্কক শুমগা চীংথোংলোমদা কুম্নকনা খুন্দারকপা নিংথৌগী মচাম্নুপীনি, মবুথৌ কৌবরেল অঙাংঙাগী সনা ঈদা নাউদারকপী থোইমাই শেলোংবম চম্মুনি। মবুথৌগী মতিক মথৌনাগী মমিং লৌদুনা থৌখামনিংথৌ চম্মু হায়না কৌনথিবদি করিদগীনো? কোরৌ থকী অকনবা নোং চুবা অমদি নীংথায়গদৌরমগুমনা অঙকপা ফংমা মংবগা লোয়ননা চুবা নোংবু থামথি। মৈদিংঙু তাউথিংমাংগী ময়াম্বু মোইমোংবনা

অরাং নোংনিংথৌ পাখং য়োইরেনপানা রা তাখিরকয়ে। কোরৌ মপিতোন। বাপল চিংলি কনপাকী। কোরৌ চিংথৈ কাপ। বাংপল লেনহৈথরকলে। লাইচা য়িনাঙম। মালেম লয়না বাৎলপাকী। ঙাঙোই য়োইমোংপানা। চীংলেন পলংলা। লাইচা য়িনা থুম-তাপাপু। কতায় লমতা লৈরিকাপামো। হায়না লেমলৈ ঙাসা তৌপাকুম মোংনা মোংনা কাখিয়ে। অতুনোংকিপু মোংপী চীংতাইলেমরো তৌনা কৌয়ে। অরাং মোংপী চীংতাইলেম। তেকপী রোকথুরোয়না কাকে কাঙমতাপ।। সপী লাইতাঙপামা তনকে তনঙমতাপা চীংতা। মমোম লৈমা লাইরোক লেমপীকা। কৌপারোল অঙাংঙাকা। মথোয় অহুমমাতি। লোঙজুম অসোংনানা লমরোক নাঙময়ে। অতুনোংকিপু লমরোকরো তৌনা কৌয়ে। কৌপারোন অঙাংঙানা। লাইরেন মৈতিংঙু ঙাংঙোই য়োইমোংপারো। কোরৌ মপিতোনপু ঐ থোখামকে। হায়না পানপা কৈকুম খৌনা য়াঙময়ে। অতুনোংকিপু বৈরেন পাখুনরো কৌয়ে। কৌপারোল

---

খোইয়ম নোংথৌ সরারেন অরাং পাখং য়োইরেঙগী মফমদা মচল পোক-মিন্নবস্তু লৈতনা ইচল মেন্থ লৈয়ে হায়না ওইদবা রা ঙাঙখিবত্নদা অরাং নোংনিংথৌ পাখং য়োইরেনবসা মথরাই শোক্‌কা ঙংঙাইখিদে। অতুনা কোরৌ নোংমদোনগী ঈশি মা অঙকপা ফংনা নোং অমম্নুং লেনগা লোয়ননা হৈথরকলে। মতম অতুদা নোংনা য়াম্না হেন্না তাবসা ঈশিংগী শক্তরা হেনখিবদগী মালেম লৈবাক অসিবু কুপখিতুনা ঈশিং থুমদবা মথমসিবু কদায়রাইদা লৈরিগদগে হায়না খিবদা লোনা ঈশিংদা মোংনা মোংনা মফম হোংবগুম মোংনা মোংনা কাখিয়ে কোরৌ অতু হুমিতুগী হৌনা মফম অতুবু মোংবী চীংদাইলেম হায়না কৌনখি। অসিগুম্বা মোংবৌ চীংদাইলেম কৌবা মফমদি তেকপী ওক্লেন খোঙদেনবনা কাবা ঙমদ্রবা শবি মরাইবক তাঙবনস্ত পম্বতুনা লৈগে লৈঙমদবা অতুগুম্বা য়াম্না ঙম্নবা চীংদা মচা ইবেম্মা লাইরোক লেম্বীগা কৌবরেন অঙাংঙাগা য়োইমোংবগা মথোয় অহুম্মক্তি ফুক্‌পা লোঙজুম শানা মায়রোক্লনা লমখাংদা ওক্লখি। কোরৌ অতু হুমিতুগী হৌনা মফম অতুবু লমওক্ল হায়না কৌনখি। কৌবরেন অঙাংঙানা মৈথিঙচা লাইরেল য়োইমোংবাও।

অঙাংঙানা। ঙাংলেন থৌপোম মপান য়াননা। কাওরেন সনথৌথি। তেকপি য়োকথৌ থি। কায়রৈ য়েনথৌথি। নম্মু পোংথৌথিপু লয়না. খোমনা। চকমোম মৈতা য়িকনাপাপু। কোরৌ মপিতোমপু চিমনা মংনা কাখিয়ে। চিমপাবো তৌনা কৌয়ে। রাংপল চিনপা য়িনপাপু। পানা সেংনা মাঙখিরে। পাথুনবো তৌনা কৌয়ে। কোয়ৌ চীংহৈ কাপপাপু। তাইনা মেননা কাখিয়ে। চিংতাইবো তৌনা কৌয়ে। নোংথি চীংলুম হৌনা। কোরৌ মপিতোনপাপু হুপনা মাঙখিরে। লুহুপপারো তৌনা কৌয়ে। অরাং থাঙরাই নোংসাথম। য়াংফং চাকিলিকপোকতা। য়ে'ইময়াই তাউতংপা। তাউরোইনাই অঙানপাপু। তাউচিং হয়রি চিনহয় অথুমপানা। য়ুকৌ নিংথৌচম্মু। মপাম হুয়েল লাননিকিতি। লোইপী মবৌ-লেমকী। হুয়েল থোংঙানপাপু থাপা লাইসেংনৈয়ে। সিঙলেন খোয়কমপা। লমপাল থোইথিপা। চাকথা মান থাচা। লানম্মু মীনামুং। লেয়া মীরাংচানপু। চংলম ফানসাং থানৈয়ে। সোরতে

---

কোরৌ নোংমদোন্দগী তাযক্লিবা কল্লা চুরিবা নোং অ'স ঐ থামল্লগে হায়ত্তনা পানবা কৈবেনগী মতিক মথৌনাগুম্না ইচঙ থৌনা থৌদাং য়ারম্বী। কোয়ৌ অহু ভূমিত্তগী হৌনা মকম অঙ্গুম কৈরেন পাথুম হাযনা কৌনথি। কৌববেল অঙাং-ঙানা থৌবোম মপাল ঙাঙনা শাংপা। মপাম্বী য়াংগা কল্লুত্তা লৈবা শঙ্গৌগী মথীনে তেকপি ওকী মথীনে য়েনগী মথীনে মী মরিল ফত্তবগী মথীনে পুম্নমক অসি থিরগা মৈদা থারবদা চুরম্বা নোং অহু মংনা মংনা লৈখ্রে নোংদি তায়ক্তে অহুদগী চিনপা হায়না কৌনথি। কোয়ৌ থক্তম্মু চিননা চিমনা মংলহু অঙ্গম অঙ্গম পাথরক্লমা মাঙখয়ে। অহুদগী পাথুন হায়না থওনথি। অঙ্গম তৌনা কোয়ৌ নোংমদোন্দগী কল্লা চুথরক্লবা নোংবু তাইশিন মেনশিল্লা হাংহৈনখি হায়রবদগী মকম অহুবু চীংদাই হায়না কৌনথি। অকনবা নোংলীক্লা লোইবী চীংজাউগুম মল্লা চাউনা তায়রুববু থঙহৌদনা হুপ্পা মাঙখ্রে হায়বদগী লুহুপপা হায়না কৌদথি। অরাং মায়কৈয়োমদা লৈবা থাঙরাই নোংশাথম য়াংফং চাক্লিকপোক লমদমদা য়োই ময়াই লাইরেল তাউদনবা কোয়ৌহনবা হুমিৎপু হয়রী অমুনবা অথুববু কচ্ছরগা মশাংগৈ মথীমত্তা ময়াম্বু পিজ শিথক

নিংথৌ লোইকামুকা। সেকমু মতমপাককী। চকপা লাইরোংপাকা। লালু অনি কোকসোকনানা। য়িমলেপ চাখিননৈয়ে। লিনবাই য়িমরুক্কী। সংসক নিংথৌ কেনতাকসাক্কা। সনফু নিংথৌ ফিকামুকাপু মোইমিং লৈচুনৈয়ে। তুপি কোয়চায়েক। লাইরেন য়াইসোন ঙমনা। থাঙ্গা য়িমলাই থিংনৈয়ে। খুনগী নোংলৈসংনা কৈথিংনা। লৈখাম তরৈ য়াননা হেনমোইনৈয়ে। লয়সন মরয়মাপী। হম্বু মালৈকাপী। চৈরৈ ফিপাল কঙ্গী। তেৎনৌনা পানপাই চয়স্নূনগী। সমলাই মতোম লোমগীকা। অতোন নোংয়াই রায়পা থমপা অথৌপাকা। লালু থরোন নীকনা। লাকথা কোকয়াননৈয়ে। হাওপিখু হাওপিহনপু। সায়পী সেনতোপনৈয়ে। তরেৎ সেনয়ৈনৈয়ে। তরেৎ সেনতোপ সেনয়াননাপা চম্ম। কৌপারোল খোইনাই সেনলোংপম চম্ম। পায়মা সনা রূনকোইম্নুংকী। ০।

---

তোরকখিবা নিংথৌগী মচা ইবেম্মগী পম্বৌ মপাপোককী মতীক মথৌনাদি লোইবী মরোলেম খুঙ্গংগী খোংঙানবা কৌবরু মাযথিবা পীড়ুনা য়েক্রবা থমখিদে। অদুগা লান্দা ফাররুবা বন্দিশিংবুম্ব পীজ পীথক তৌড়ুনা মীয়োক মীচানগী লমদম্ব থায়নদগী অহলশিংনা চৎমরকপা লমচৎপু কায়হন্দে। অদুগা শে'রতে খুনগী নিংথৌ লোইকামুগা সেকমু ঙম্পাক লমদা খুন্দাবা চকপা খুনগী লাইরোংবা কৌবগা অনীগী মকোক লোরকপবু থাত্রা'নলা থিম্মুনা থেত্তুনা মীয়ামদা মথৌনা থঙহল্লি। ইরিন ভুরেল মরদা লৈবা সংসক খুনগী নিংথৌ কেন্তাকসাগা সনফু নিংথৌ ফিকামু কৌবগা অনীবু মশা মশাদা মচু অমুবা অঙৌবনচিংবা য়েকশিম্মুনা নিঙথিনা শেম শারবা নোংলৈশং মশা য়াম্বরবা শঙলেনগী খোঙশঙবা ওইনহল্লি। লয়সন থুঙ্গগী থুল্লাকপী চরৈ ফনেক কঙমা শেৎপী হম্বরী মথুৎতা য়োৎকী চৈশু শরূবী মকোক পোক্লা ভোয়বীগা খুমনগী রায়বা থম্বা কৌবা অখোবা অনীমক্কী মকোক্লা য়ুমগী উখোকতেন চঙকমদা য়াম্মুনা থম্মী অদুগা অপীক অচৌ হাও মচাশিংগী য়েক্ক ভিংথং চঙদনবা তরেৎ শেন পাযদুনা শেন য়েনহল্লি। অম্মুন্না তরেৎ সেন রৈনহম্মুনা মতিক মথৌনা লৈনা পাল্লকপা নিংথৌগী মচা ইবেম্মা কৌবরোল খোইনাই শেলোংবম চম্ম ওইবীগী শেংলবা পায়মা সনা শিয়োম্নূদগী।

## ৪১। পুরিকলাই হাউচালেং লানথাপা

নয়ু পুরিকলাই কেকে লয়মাপা। হাউচালেং লানথাপারো তৌনা কৌয়ে। নয়ু কেকে পুরিকলাই। হাউচালেং লানথাপাতি মপল নোংলেন হাইপিথোং। ঙাঙোই পোংলেন হুনপাকী। তয়ম নাইচাসঙ। নহারুপ সঙলেন মনিন নাইপাতা। নাইচ লাকনা বাতেময়ে। পোইরৈ চংবা হায়। বাংঙম মুবা তেমনা পাললম-লাপাকা। চৌংঙু নোংতমপানা চয়ফাগনা। তানথোং লমফাই চেনকুমপাপু যাইপি হিংথংনানা। অবাং কোয়ৌ নোংকাথিয়ে নয়ু যিবাং পুরিকলাই। হাউচালেং লামথাপাতি। চোয়নৌ সনা মিংছুনকিপু চুনপানে। ০।

নযোল কেকে মোইরাং নৈমা। বাঙমলোন চৈরৈ লাইমুরা বাংঙম লাবহিমোম সাযাপী। সোঙলেন বাংথৈরাকপম চনু। মফৌ সায়া চেনপানা য়েনপি। মমা নোংপালা হোযযামপী চা। নোংথো ফৌরাযাঙ লাইকোকসু। বাংঙম নাহা তেনহৈপাতি। নয়ু খোইরম

---

## ৪১। পুরিক্লাই হাউচালেং লানথাবা

নবুধো পুরিক্লাই কেগে মোইরাং নি থোগা কোলোম মিংলেন্দি হাউজলেং লাম্বা হায়না মিঙৌই। নবুধো পুরিক্লাই হাউজলেং লাম্বদি মপাঙ ঙাঙোই পোংলেন হনবা নোংলেন হাইবিথোং হায়না মিংথোল ফংখিবা নাহারুপ শঙলেন মনিন নাইবা। মচা মনাই ওইবশিংগী মথক্তা নাইহলাকপা ওইদুনা মচা মনাইবু বারক বাতেনবা শঙদা মচা ইবুঙোম্ব পোইরৈ লমদমদা মচিল চংপা ওইদুনা ছুপ' থুপী পুন্নমকপু লমচেন তুহেন পুম্বা। নৈহন্দনা পাল্লগা খোইয়ম নোংদম্বা মাগী নোংদম হেন্দোকপা মাদনা ইথঙ থঙহৌদনা কোয়ৌ নোঙ্গাখি। নবুধো পুরিক্লাই হাউজলেং লাম্বা হায়না কোলোম মিংথোনবদি মুদোঙলবা সনাগুম মিংলেম অসি চুনবনি।

নবেনধো কেগে মোইরাং নৈমদি নিংথৌ শলাইদা পোকচবী বাঙ্গোল লাইচরাগুম নিঙথিবৌনি। নৈমা অসিনা মমাম্রবীশিংদগী হেন্দোক খোইদোকপগা

লাইয়িংথৌ। থাংচিং কোয়রেনলাই। মোইরাং কাসারেন নামুংবা। খুয়োল য়াংলৌ লৈপাক মপাপু। বুনপী পুকনিং পীনা। থোই-মোম সামনলীকিমমকী। ময়িম কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপায়াইকী। লময়াই পুংমিং য়ামপা। সাপন কাইখিন হকপা। চীংথা থরাউ থেনমিং তোয়পা শুমনামাপু থাকতানা। লময়াই পুংমিং খঙয়ে। চীংযাং থেনয়া মিংনিনপী। বাঙমলোন মোইরাং লৈমা। পায়মা সনা বুনবোয়মুংকী।

## ৪২। পুরিকলাই থারোইনাই তেলহৈপা

নযু কেকে লয়মাপা। ভাংভোই পুরিকলাই পোংলেন হনপা।

---

লোযননা হৌরব্রবী বাংথৈমযুম ইমুদা লাউদারকপী চঙনি। বাংথৈ-রাকপা ওইবা মপামগী ইমু দি ফৌনা কযরেন থম্মা হাপ্পুনা সুংঙাহ মাইফনা বাক্ত-পাদনা লৈরকপী মমা হবেম্মা অঙোম চহু হোইযাম্বীগী মমোম্মি। লোবেম্বম শাগৈ ওইপ্রবা কৌরাযাঙ লাইকোকশু কৌবা বাংঙম নাহা তেল-হৈব কৌবদি মবুধৌ খোইয়ম লাইমিংথৌ থাংজিং কোয়রেল্লাই কৌবা মোইরাং লমদমগী কাশা লাইয়িংথৌ মপু ওইচুনা খুয়োল লৈবাক শোন্নবা ইবুংঙো মাগী মফমদা পূকনিং হকচাং লুপ্পা নিঙজচুনা মাবুত্তা নিঙজবগী মশিক্কা ময়ুম কেগে লৈবাক ওইপিবা পাম্না চাউনা লৈরিবা লমদমদা পুং কম্নামকুম অমদি শাবন অত্তোওবা মফম কয়ামা লোনবদা অমদি থেন কয়ামবু মমিং খোল্লম্বা পূন্নমকপু অমত্তা চিথদনা মশক মমিং খঙলম্মী। অসুম্না চীংয়া তময়া তমলোন খৌনা মশক খঙনরবদগী চাদা লাউদারকপী ওইবনা কোলোম মিংলেন খঙনরকপী বাঙমলোন মোইরাং লৈমগী পায়মা সনা শিযোমুংদগী।

## ৪২। পুরিক্লাই থারোইনাই তেলহৈবা

কেগে মোইরাং নিংথৌ লৈবাক মপু ওইবগী কোলোম মিংলেন্দি

ম্নিরাং খারোইনাই তেলহৈপাত্তি। চোয়নৌ সনা মিংছুমকিপু চুমাপাজে। ০।

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। কৌপারোল মোমসামপীরো তৌনা কৌরে। কৌপারোল মোমসামপী মপাম লম। অরাং কৌপা চীংথংলা। ফিপুল নুংথংসুপী স্নুরৌচীং। কমপী ফুপাললোই। লোইপী লোইরৌচীং। থরাই মিরাংপানপু। নুংপী মনা হুংনা পোনয়ানপাচীং। লিকলাই লিককিনিক। সনা লিকত্রাইপু য়াংলি-মাপা। কৌপা বুথমপালপু লৈরোইনাপী। খোইয়ম কৌপাক অঙ্গুপপা। চীংঙু মকাইফমকী। চীংলেন থোন তরেংকী। থানলৈ তরুক লোঙপা। নমু পোংপুম তরুকত্তি। লোইয়া তমলোম ম্নিমনা খুনকোনপা। নিংথৌ চনু কৌপারোল মোমসামপী। পায়মা সনা বুনকোইমুংকী। ০।

ঙাঙোই পুরিক্লাই পোংলেম হনবা ইরাং খারোইনাই তেলহৈবা হায়না কোলোয় মিংলেন্নৈ। ইরাং খারোইনাই তেলহৈবা হায়না কোলোয় মিং-থোনবদি ফুদোঙলবা লনাগুম মিংলেন অসি চুনবনি।

নবেক্কো মোইরাং লৈমা ওইবীদি থোকচোম চনু মোমসাম্বী হায়না কোলোয় মিংলেন্নৈ। লৈমা মোমসাম্বীগী মপাম লমদি অরাং কৌক্রু চীং ফিবুল মওংগুম তুম্বক তুম্না লৈবা হুংথংনা মোত্তা গুজিনবগুম মথক পাকপা কম্বীগী মতৌগুম মতোল ফনবা মথোঙ গুম্বা চীংদা থরাই পানবা পুম্বগী লৈফম ওইবা চী', লীক্লাই নোংথৈ নচিংবা মমল য়াম্নবা পুম্নমকী ফংফম ওইবা অতুগা উ থম্বাল পাম্বীনা লৈত্তেং ওইনবা চীং, লাইয়িংথৌ কৌক্রু অঙ্গপ্পা ইবুংঙো মহাকী লৈফমদি চীংলোন মথোল তরেৎ অতুগা লোকমায় অচৌবা ৬ লোঙবা মীরোল তরুক ফাওবদি চীংয়া তময়াদা। পাম্দুনা খুঙ্গং ওইনা খুন্দারম্বা নিংথৌগী মমোম ওইবী থোকচোম চনু মোমসাম্বী হায়না শৈথানবী লৈমগী শেংলবা পায়মা সনা শিরোমহুংলগী।

## ৪৩। পুরিকলাই অমচি লানথাপা

নয়ু কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই অমচি লানথাপারো তৌনা কৌএ। পুরিকলাই অমচি লানথাপাতি। খোইয়ম লাইনিংথৌ। কোরৌ নোংখা কোয়পা। লৈচিন খোঙকাউনানা। থমকোন খুনেৎনাপা। নোংপোক মালং হুমরোইপা। থরাই পানপা অচৎ চৎতা পুমপাপু। চরা নোংতম মসিঙ স্নুনা নাউয়োকপা। অঙৌপা কোরৌ খোঙচোমপা। লংমাই নিংথৌ কায়নৌ চীংসোমপাপু। খোইয়ম সামন লৌকিনানা। চীংচু লাইনিঙ চেৎএ। হায়তাপারা। নয়ু কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই অমচি লানথাপাতি। চোয়নৌ সনা মিংহুনকিপু চুনপানে।

নয়োল বেকে মোইরাং লৈমা। খোঙলেন রাংথৈরাবপম চহু কিয়ামপী। লমলেন মতাইমা। ফুনাল তেলহৈপা মচীংসাং।

---

## ৪৩। পুরিক্লাই অমচি লাম্বুবা

নবুধো মোইরাং নিংথৌগী কোলোয মিংলেন্দি ঙাঙোই অমচি লাম্বুবা হায়না কোলোয় মিঙ্গৌই। পুরিক্লাই অমচি লাম্বুবা কৌবদি খোইয়ম লাইনিংথৌ কোরৌ অরাংবগা মালেমগা অনীগী মরক্তা লৈ'চল খোঙ্গাও নতনা মালং হুংশিন্তা খোঙহম খোঙ্গা ওইরিবা নোংপোক মাল' হুমওইবা অমসুং মালেমদা লৈরিব থরাই পানবশিং অচৎ-চত্ত লৈরিবা পুম্নমকপু অচা অথক রাক্তনা নোংমা কাংদনা চরা তম্বিবা অঙৌবা কোরৌ খোঙজোম্বা লংমাই নিথৌ কায়নৌ চৌংশোম্বা হায়না থঙনবা লাইনিংথৌবু থরায় হকচাং জুপ্পা লাইনিঙ পরয় চেৎনা নিঙ্গখি। অদুনা নবুধো কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই অমচি লাম্বুবা হায়না কোলোয় মিংখোনবদি ফুদোঙলবা সনাগুম মিংলেন অসি চুনবনি।

নবেঙ্কো মোইরাংলৈমগী কোলোয় মিংলেন্দি কিয়াম্বী হায়না মিঙ্গৌই।

য়াওরৌ সাকালম্পু পূমনা চননা অসৈনাপা চন্নু। বাঙমলোন কিয়ামপী সনা বুনকোইম্নুংকী। ০।

## ৪৪। পুরিকলাই চিংতরেং লৈসংপা

নয়ু কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই লয়মাপাতি চিংতরেং লৈসংপারো তৌনা কৌএ। ঙাঙোই পোংলেন হনপা। পুরিকলাই চিংতরেং লৈসংপা কৌপাতি। চোয়নৌ সনা মিংহুনবিপু চনা-পানে। ০।

নযোল কেকে মোইরাং লৈমা। য়োইরুমলোন লমপাস্থ। লুংপাল অরামপামপা। রোকলম চাতেমপা সারামপা খুনপু সাযাঙ খায়পা চন্নু। মপাম লুংপাল নাকৈমাতা। তেকপি রোকলাপানা।

হৌইরাং লৈমা অসিগী মপল পন্থৌদি থোঙলেন রাংখৈরাবপা ওইরনি। মপারু অসিগী মতিক মথৌনাদা শোন্ন-হায়নবদি ফুনাল তেলহৈবগী চাংশাং ওইবা য়াওবৌ শাশিংনা হম্বৎ-হন্দা চৎনবা লমদম অসি যৌনা লৈমা মাগী কোলোয় মিংলেনবু শৈথানবা নিংথৌজা যেকওইবী লৈমা কিয়াম্বীগী শেংলবা পাযমা সনা শিযোমঙ্গুংদগী।

## ৪৪। পুরিক্লাই চিংতরেং লৈশংবা

নবূথৌ কেগে নিংথৌ পুরিক্লাইগী কোলায় মিংলেন্দি চিংতরেং লৈশংব হায়না মিক্কোহ। ঙাঙোই পেংলোন হনবা পুরিক্লাই চিংতরেং লৈশংবা কৌবদি ফুদোঙলবা সনাগুম কোলোয় মিংলেন অসি চুনবনি।

নবেঙ্কৌ মোইবাং লৈমগী কোলোয় মিংলেনদি অরাম্বম চন্নু ( লমদাশ )

লমনা লম্খোম তৈপাপু অসৈনপী। মু পাল নাকতৈমাতি। মানপি চীরৈখোন তাঙমতাপাপু তেংথানপী। মপাম হুয়েন লাননিকীতি চকপা লৈহাউম্নু। অতেং তাউপী মোমম্নু তাঙচা সমফপী। ফিমু নমলাকনাপীতি। লোকয়ি য়িথৈলৌপীকা। নোংমাই হাউতোনচম নাইচা তাপানা। লোইপান খোংথোং নাইসকপা। মরোং চুঙস্নুতা। তিমেন তাম্নুতানা। থেবে মাঙসোক থোপাকা। লালু অনি কোকসোকনানা। অহোং লালু তয়না সুপা চন্নু। য়োইরুমলোন লমপাস্নু। পায়মা সনা র,নকোইম্নুংকী। ০।

## ৪৫। পুরিকলাই মালং তাইপি রোমপা

নম্ম কেকে পুরিকলাই। ভাঙোই লমগাপা। মালং তাই-পীরে'মপাবো তৌনা কোযে। পুরিকলাই মালং তাইপিরোমপাতি। হাযন' মিংলেরম্রে। লৈম অসিগী মপাম লুবা' অরামপাম্বা ওকলম চাদেম্বা সারাম্বা খুনথু শায়াঙ থাযনা হুযেল লাম্দাখিবগী মমোমগুরুবীনি। মপাম লুরাং লমদমগী থুঙ্গং মাকন অমদনা ে◌বপী ভক্লাবনা লয়নিনদা লমদম যৌনা শৈথানবী অতুগা লুরাং মাবল অমদনা বাওনেল শংজাউ অনীনা রাহনবগী মচী অনী যৈশিন্নবগী মথোনশাঙমদবা লম যৌনা শৈথানবীনি। মপল অরামপাম্বগী মতিক মখৌনাদি চকপা লৈহাউম্ম কৌবী হাযম্বিংভাই লৈতনা নিঙখিবী শমলাংস্ন নিঙথিনা শাংলবী শিগুন। নমদা কুপচবী লোকয়ি ইথৈ লৌবীগা থুমন হাওংলুম মাইজা শাবনা লোইপান খোঙথোং ওইনা নাহওইনা মলোং চুঙস্ন যাওদা টিমেন টাম্নু যাওদনা মমাম্রবা মাগম্বোক যাবদা হনকদবনা কোক্সা কোক্সা শোক্লনা লালু অনী লৌরকপবু অহোং কুমৈ তৌজনা মঁথাম্না খঙনবগী মমোম ওইবী অবাম্বম নিঙোল লম্বাস্নু কৌবীগী শেংলবা পাযমা সনা শিরোম্নংফগী।

সায়েঙ পাননা ঙাক্লয়ে। তনপা মথৌ হেলয়ে। অয়াঙপা খোঙমা থোইনা মালং চয়রোইনৈয়ে। কেকে পোংলেমহুনপা। মালং স্তাই-পীরোমপাত্তি। লমলেন মত্তাইমা। কৌপাক অবাংচীং। কামেং লৌচীংকৈক্তা। পানপা অথৌপা কৈরেন বুমপীসা। খোয়মা নাত্তোমক্তা। হাউনা য়িসং নাথপতাপা। লোকলৌ নাপোম তোয়-তাপা। কৈরেন বুমপীসাপু। খোয়মা মায়থোকনানা। য়ামচেং থাফংনরাপাকী পানপা নাপু যুং। কৈরেন মৈকুং কাঙনা। সারেন সাচোংলককে তৌকুমলাপাকী। তনপা মীয়াম মায়কৈক্লোমক্তা। য়ামচেং মনম মূকত্তানা লৈপী। লৈরী থোনপা চম্নু। থোয়নৌ লৈরী কৌপীকী। থানলৌ লৌরাংচয়। লৌয়াই কামুথোক। তেংকোক হৈরোইনাইপু। থূংপাক তিললাইমেন। কপলাক সেংসৌনানা।

## ৪৫। পুরিক্লাই মালং তাইবি ওম্বা

নবুথৌ কেংগে মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই ঙাঙোই লয়মাবগী কোলোয় মি'লেন্দি মালং তাইবি ওম্বা হা'যনা মিঙ্গোই। পুরিক্লাই মালং তাইবি ওম্বদি মপান্থে মগী পাঙ্গলতনা মত্তিক লৈমা পানবনি, মথৌনাম্ব খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকই। লমজেন্দম্ব অয়াঙবা কাঙবুদগী খোঙকাপ অমত্ত ওইরবম্ব হেনবগা লোয়ননা মুংশিংবা ইরোইনবনি। অসিগুম্বা ঙাঙোই পোংলেম হনব মালং তাইবি ওম্বা কৌবা নিংথৌনা অবাং কৌব্র চী'গী লমদমদা লৈবা কামেংগী লৌয়া ওইবা চী ফৈদা পানবা কৈরেন অথৌবনা অশোঙবা নাপী মরক্তা হাউনা অশংবগী মনাফাওবা লেঙহন্দনা নাথুপ্পা লোকতা তোয়না তোয়না লাকপা কৈজাউবু মাথয়োক্লনা থে নম্বদা হন্নবা য়াদ্রবদগী পানবা কৈজাউতুনা মনা চপ য়ু'লতুনা মৈকুং থাঙ্গত্তুতা চো'লক্লগে হায়না তৌরক্লবা মম্মদা মীযাম্রক্তা মমায় ওন্দনা লৈবী লৈরী থোনবা চম্ন লৈম্বী কৌবীগী চয়রোঙ ওইনবা অম্বিবা অমদি উম্ন মৈচাকথাক অদুম্বু কেংগে নিংথৌনা লৌংগা থূংপায় চেংনা পাম্বরহুনা কপ্লাক শেংজোননা

সায়েল তাঙচা লুমেন তোনতা চয়পিরাপাকী। পানপা অথোপাতি লুতুরে। কৈরেন থাঙয়েংলে। পুরিকলাই পানপা কৈরেনফাপা। মালং তায়াঙপাপু। মৈনা রাইনা মিংথোংফাপা। মালং তাইপিরোম-পতি। চোয়নৌ সনা মিংছনকিপু চুনাপানে। ০।

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। য়োইরুমলোন লমপাম্বু। মপাম অরানপামপা। থাংজা য়িমচি মরিমাতা। থমপাল মরি পানপাপুতি অসৈনপী। সুংপাল কংলৈ মস্থুমমাঙতা লিকলাই রুচাউ হৌয়ে। লিকলাই রুচাউমাতি। লয়কু য়ুচেননা। লৈরায় থমথাংনানা। তুরেল লাতাউনানা হোঙনেময়ে। লাইরেল মৈতিংগু তাউথমলাং। থমলাং য়ারপাপু থেমথা য়োইথোনপা। নিংথৌচন্দ্র য়োইরুমলোন। পায়মা সনা রুনকোইম্বুংকী।

লেপ্পগা পানবা কৈজাউ অঙগী লরাইলুতোন মংকোক মক্তদা ফুথরকখিবদা পানবা কৈরেন অথোবদা মলেম লয়দা তুরে। কৈরেন লোংনা তাহনা থাঙেনফমদা লৈবগুমলে। অতুনগী পুরিক্লাই পানবা কৈরেন ফাবা মালং অথাঙবা হায়না মিঙ্গোংবদি পাম্বী মৈনা নুক্তবগুম কোংলোয মিলোন নিংথিবদা মালং তাইবিগম্বা হায়না। রালোয মিংথোম্নবদ খুদোংচকবা সনাগুম কোংলোয় মিংলেন অপি চুনবনি। ০।

নবেঙ্কো বেগে মোইরাং লৈমদি লুরাং চন্দ্র অরাম্বম মিংচোম ওইবী লম্বাশু কৌবীনি। মপাম লমদমগী অবাম্বম শাগৈগী লৈকাই থনংোং মরিমক্তা থম্বাল লৈরাং মরী চংকুম শৈথানবগী মমোম ওইবনা লেম মাবুম্ব শৈথান-বীনি। মপাম লুরাং অবাম্বম শুম্বাঙদা লিক্লাই উজাউ হোই। লিক্লাই উজাউ অমদি লয়কু লযরাগ যৌনা মশা মরেং ফংবনি। অতুগুম্বা উজাউ মনা ময়াম হেক্লগা অহোঙ কুম্মৈ লৌবদা মীয়াম্না চানবা পোংলম্ম হাপ্লদুনা চাবনা তুরেলদা লা থাদদুনা পুম্নপাক পাক্লা থাম্ভৈথি। লাইরেল মৈদিংগু তাউথমলাং থমলাং মারবা (খৃঃ ৭৯৯ ৮২১) ফাঙবা পানাথবা মৈতৈ নিংথৌরু ঈকাই পুম্নবা উক্তুনা তুংশননা লৈমিরখিবা অরাম্বম শাগৈগী মিংথৌ চন্দ্র য়োইরমলোন লম্বাংগী শেংলবা পায়রম সনা শিরোমণংবগী।

## ৪৬। পুরিকলাই খোকথৈ লোনয়ামপা

নমু কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়ামপাগী তৌনা কৌয়ে। পুরিকলাই খোকথৈ লোনয়ামপাতি। লাইরেল মৈত্তিংঙু। সেমপি পাইখোমপা। পোইরৈ থুনয়োবপা। তয়ম নাইয়োকপা। অচোং য়িমচঙ য়ানপা। হুয়েল সেনলীবপু ফাপা। লোইপী হাওমায়োলকী। থূনলেন লয়ত্তা খৌসাপা। নুংকোং য়িমচঙ য়ানপা। হুয়েল লাংমৈতোন ফাপা। কাসোম লানচাইপা। অহোঙ লৈরেন খৈপা। লাইরেল সেনপী পাইখোমপানা। খৌচাল মায়োকনানা স্নোয়চানপিপাকী। তুপি চীংখোং নাকত্তেকী। কুরা হয়রানত্তৈতা। চোয়নৌ সনা থিলহলনা। তরেৎ শেলুংহলয়ে। নমু নিংথৌ ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়ামপা। তরেৎ সেলুংহনপাতি। চীংঙু, থাংচিং মরমকু। খোইয়ম য়াইপী মথৌচানকী। পোইরৈ

## ৪৬। পুরিক্লাই খোকথৈ লোনয়াম্বা

নথুথৌ কেগে পুরিক্লাইগী কোলোয মিংলেন্দি ঙাগোই খোকথৈ লোনয়াম্বা হায়না কোলোয় মিংলেই। মোইরাং নিংথৌ খোকথৈ লোনয়াম্বা কৌবদি পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু, শেনবী পাইখোম্বা কৌবা মৈতৈ লৈবাক্কী থুঙ্গং পূরমকপু অয়াং অপাদি য়েংবিদুনা য়োকপিবা মচা মনাই-শিংবুম্ ঙাকপি শেনবি তৌদুনা য়োকপিবা, ল'মাই অচোং থুনবু লানগুম্বা লান্দা শেনজিক কৌবমু ফারকপা লোইবী মোরোল থুঙ্গংদা হুয়েল লান্দাবা নুঙ্কোং থুঙ্গং চাইথাইবদা লাংমৈত্তোন কৌবমু ফাবা অতুগা কগোম থুঙ্গং থুগায়বা পোইরৈ লমদা মপা মপুগী কীর্তন তৌদুনা মীয়ামু পীজ পীথক তৌবা লাইরেল সেনবী পাইখোম্বা মৈদিংঙু্না লুনা চাম্না তৌবিদুনা পুরিক্লাইবু থম্বিবদগী ফম হাপ্পগী কানা থাম্বদা সনানা দক্ষিণা ওইরগা কা লাঙথিবা ময়ম্বা তরেৎ শেলুংহনবা হায়বা ফমথোল পীবিথি। কেগে মোইরাং

পূমাংয়োনতা হুংঙাই মরাং কায়না পাললে। লাইরেল মৈত্তিংঙু খোইয়ম লাইয়িংথৌপু সানবোনপা। লোইপী তুচোং ঙমপা। হুয়েল নুংসন লয়ফাপা। তুপি মহাক থকতা। হাওয়ৈ খানা পাংপালম। মালং নোংখৈ চুপা। থারম তুস্মূক মপুংয়াইতা। লাইরেল মৈত্তিংঙুনা। লোইপী মচীংকা। তুস্মূক য়াকা চায়না পনথেংনোংতা। লাইরেল থিংলৌ নিঙনা তেমা। তুপি মচেং হলরাইরকলাপাতা। লোইপী খানলৈপা। থারম তুস্মূক মনিননাইপানা। চীংসাং খোকলোই হো। পোইরৈ তুংহন তানপানা তকথরকপাপু। ময়িম কেকে পুরিবলাই। ঙাঙোই খোকথৈ লোময়ামপা। তরেং সেলুংহনপানা। পোইরৈ অথম মীপোককে। য়াংঙম অথৌ লাংকোনকে হায়পাকীপু। পোইরৈ থমলৈপা। য়াংঙম কোলহৌপাপু। তুস্মুক মনিন নাইপানা। সমু হকসাং ফংনা। থাঙলেন লাময়াননারকপাপু। তনপা খোয়মা মায়বোনতানা। য়ামচেং মনম মুকতা। সমু খোঙপী লয়তা লেংনা। মতোম বুচুক খোংফৈরোই।

নিংথৌ ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়াম্বা কোবা শেলু হনবদি চীংঙ থাংজিং কোয়রেল্লাইগী মথৌজাননা পোইরৈ মৈতৈ পুংময়োন্দা হুংঙাই য়াইফনা পালম্মী। লাইরেন মৈদিংঙু পাইখোম্বা কৌবদি চীংঙু খোইয়ম লাইয়িংথৌনা শাইওন তৌরকপা মরম্মা লোইবী চীংশাং য়ৌনা থেংলুবা মরম্মা তুচোংঙম্বা হায়মা মিংথোনবা, লানফম অত্তুদা হুংশন থুঙংবুম্ব লাকশিনবা মৈদিংঙুগী সনা মহাকথক্তা থাথংবা মায়কৈরোমদা লৈবা হুংশিংনা থেংফম ওইদুনা নোং চুবগুম হুংশিং য়ৈফম ওইরিবা থারম তুশুক থুঙং ময়ায়দা মৈদিংঙুনা লোইবী চীংজাউ কারগা হুয়েল লান্দাতুনা তুশুক চাইথাইরম্লগা মৈদিংঙুনা হল্লকবদা লোইবী চীংদা পানবা থারম তুশুক কাঙবুনা চীংশাং পুম্বগী মীয়াম হপ্পা পোইরৈ মৈতৈশিংবু তুংদা তান্নরক্নুনা তকথরকপদা কেগে মোইয়াং নিংথৌ ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়াম্বা তরেং শেলুংহনবনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকপু কনগে অকল অথৌ ময়াম্বু ঙাক্কে হায়বগীদমক পোইরৈ লাম্মীশিংগী তুংদা লাকপা লাম্মীশিংগা তুশুক মনিম্নাইবশিংগা লোয়ননা থুংকা থুংকা ফংনা য়াম্নরবদা কেগে লমমাবনা মমায় ঙন্দনা পূক্নিং হনবা লৈত্তমা মথোঙ

লেরা সয়র্ রোইনা। পোইরৈ অথম মীপাকলাপাপু। খাংঙম অথৌ লাংকোনলকযে হায়তাপাম্না। নযু কেকে পুন্নিকলাই। ঙাঙোই তরেৎ সেল্লুংহনপাত্তি। লাইরেল মৈতিংঙ্ থোংনাং ময়ামপা। নোংচুপ ককয়ি লানথাপা। লাংলুং লোইথোমপা। তখেল মনম্থকরায় অথৌপাপু। থাঙলেন পামহৈসকপ। গোপাল সিংহ ময়ামপাম্না। তুপি ফমমোইমিংতা। লাইরেল ফলাং মৈতোংলাপাতা। তুপি মথৌচাল। লাইরেল মরলকুপী। নোংপান্নলোন নোংমোইম্ অহোঙপী। কোয়রেং থুংলামখাম লোইপী চৌংপুরোই। হেমপা তনপু থনপাকী। ফিপোং চামলোই। ফিরাক তোমসংলোই। সেনপি যিমথিথোল। তুম্নুং লংপাললোই। চোয়নৌ সনা কোনপালোই। থোংনাং মোইপুং পোংতমলোই। লিককোল থাঙচাঙ লোই। পসোং ফিরাকলোইপু। লোইয়াপা কয়দি। চোয়নৌ সনা মপাল সাপানা চিংনাত্তা। লুপা চংলৈ লেমপাখু চোইনাতাপ কয়তা। বাংকোন কযক্তংহনলা পালমে হাযতাপারা। নযু কেকে

খোঙবী মাঙোম লায়দ যৈশিংগা উচুক খো কৈ অকনবগুম অমদি শরি উচুক অকনবনা য়ুংবগুম য়ুংবা ওইনা লেপ্তুনা তুশ কশিংগা পেংনতুনা পোইরৈ মীয়াম্ম কলতুনা মৈটৈ অথৌব নগাবুস্ত কল্লকথি। অস্তম্না লৈরকপনা কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিরাই ঙ্গাঙোই তরেৎ শেল্লুংহনবরু ল ইপেল মৈদিংঙ পামহৈব থোংনাং ময়াম্বা নোংচুপ ককগি লান্থবা লাংথা লাংলুং লোইথোম্বা তখেল লম্বী অকনবা ১০২৫০* কেবা অথৌবম্ থাঙলেম্না হাংহংপা গোপাল সিংহ হয়না মিংথোননা থোংনাং ময়াম্বা গরিবনিবাজ মহারাজনা কংলা বম্বালদা তোংলব মন্দমদস্ত মৈদিঙুগী খোজাম্না নোংবালনোন নোংমোইম্ অহোঙবীগী হাক্তক্তা কোয়রেং থুঙংগী চৌংবুরোই তম্বুরোই হাযনা লৈরবা পুন্নমক্রা অহানবা ওইনা কি থাং ফিবু লোই ওইনা লোইহানরকপা অমদি ফিরাক তাইবা ফিম্ লোইপেৎ ওইবা নিঙথিবা লংলম কয়া

* মনম্থরায়—তখেল লাম্মৌ অশিক্রাবকপগী হুমিংতি চৈথারোল কুম্বাবাঃ লা ৮২ শকাব্দ ১৬৫৫ শাইথোম লুবাংগী কুম পোইস্ত ১১ নি নিংথৌকাবদা তখেল নাবা চংলি।

পুরিকলাই। রাংকোন কয়রুংহনপা মথৌমন। চুংসেন ময়ানরোন। অরা হুমাংমন। কৈরা তানা চোকনামনকী। লাইরেন মৈতিংঙু থোংনাং মরামপানা। লমজেন মতাইমা। হাওয়ৈ খানা পাংপালম। হেমপা রুয়িংলোক। চুমপা কয়বোংথেন। চামপা ভাইতৈলোক। থৈতং ময়িমনাক। লোইপী সাচুং মপুংয়ায়ত্তা খোসাপা। হুয়েল লানিকিতি। হেমপা থাংচেন থবত্তা। বাংলেন মরা হৌ। খোংকান মাসিনানা। লোয়য়া ওমতম হৌপা। মারেম লোইসা নিঙথৌকনপাপ্ন। কায়না হুনপানা। তুপি মথৌচান। লাংয়েল মরনকুকী। খোইযম য়াইস্থকনানা থৌচানপিরাপাকী। তুপি য়োই নোংত্তা। নোংত্তা লাইরেল পাখংপাপু। মতাইয়েম লইনুং থ রুক ভসৈপানা। চীংখোঙ যাহৌসঙ। সিনৌ যিরান নোংথোন তেংমাই থিনকিপ্ন তেংসেমপা। যুংতোং তাউপা সওলেন য়াইতা থাকম সিঙস্থু হনপানা। নোংথোল তেংমাই খিললে। নম্ব কোক পোংলেম হুনপা। ভাতোই থোকথৈ লোনমামপা। নোংপোল তেংমাই

কোনলিক্লচিংবা মোইবু নিকবোল খাউজাউ পাবা ফিবাক পাইবা অঙৌবা ফিস্থ পীকপা পোৎ পৃম্নমবপ্ থংবা কয অমদি সনা লুপা মমল য়াম্বা পোৎলগ পুম্নমবপ্ অমত্তা চিংদনা শেল থুম পম্নমকস্ত অমত্তা মাস্তহন্দনবা থম্ভ্রিনা ( কয ) শঙ অতুগী কয়রং হনবা হাপবা ফমথোল অহু হাম্বুনা পানখি। মথুখৌ থেগে পুম্বিল্লাই বাংকোন কয়রুংহনবা ওইবা মোইরাং নিংথৌগী মপিক মংগৌনা অমদি মপাম্বল অতুগী মপিক থেংতুনা মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা গন্ধর্বনিরাজ মহারাজনা। থা পৎলমদা লৈনা উনিংলোক চুম্বা কৈবো থেল চাম্বা ভাইতৈলোক মযাদা থুম্নাপা থৈতংথংগ নম্নবা সাচুং থুনগী ময়ায়দা লান্দাখিবদা চীংথক্তা বাংলেন পুংজাউ থীন্দুনা মনাদ। খোংকান শিরগা মযাম হৌদুনা লান্দারকপদা লুচিংবা ওইদুনা তুংলোনদা বল্লা পৌগৎলবপা লোইসা কৌববু মায়খিবা পীরক্রবা নিংথৌনা পৌজানদুনা মথুখৌ তুপি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখবা কৌবা নিংথৌ দন্তু অশৈগা তোযশগী লয়নুং থরুক অশৈবা কৌবনা অত্তুক য কৈ শক্লবা শংগ্রামেন নিংথৌদা নোংথোন তেংমাই থিনবদা। কম্নবা মণ্ডপ লৈরবশিগী ফঙ্কমদা খাকম

থিনপা মথৌচানতি। চাওরৈ নো'চুপ থানা পাংপালম। কেকে মপুংয়াই। মোইরাং চাউপাপুং। থুক: নানপী। য়িরাং থমবাই তোংপা লাইহোইলম। থুকাপাক লাইচিংলমতা। মপল লাংকোই লৈরামপীচাপু। লাংকোই কোলোয় মিংথোংপানে। থুকারো কৌপাতি কঙৌনোংবিনো। তুপি মপা পামাচা। পলেম মমা পিমাচা। পামা মচল থিংনাউ তাউপীনা। মচি লাইরেন তাউ-রোইনাইবু যুকৌডৈ। কুকি অহোঙপাকী। মাঙসোক লাইথংপাতা। সনকোন নাইকোল সনা লনকুইয়ে। যংলেন থা থ পাতা। কোললীক সেনচাউ চীংকা পৈনা লনকুরমলাপাকা। তুপী সাংমাপা। লাইরেল য়েকমাপা। মথিং লাইরেলপানা। তুপি মঙাইরোই। লাইরেল য়িহীসাং পূমনামাকা। চীংলক লাইচা অথূপা। কুকি মচীংসাংপু য়িননা কাথিয়ে। অতুনোংবিপু থুকারো তৌনা কৌএ। থুকা তোরয়থেকতা। লুরাং অকাংচম নিংঙোনপী। মোংম্বু রারা সিনথোংহাংপী। পায়মা সিললৈলোমপী। সিললৈ মথোঙ থঙতাপী

শিঙশ হনবা ওইনা ওইনা নোংথোনযম ংহহনাবাথ। কেগে মোইরাং নিংথৌ পো'লেম হনবা ঙাংঙোহ থোকথৈ লোনয়াম্বা সিনৌ নোংথোন তেংমাই থিনবমা থা নোংচুপ পা'বলমদা লৈবা কেগে মোইরাং লৈবাক অচৌবা লমগী থুগা নানবী কৌবা লাইজা ঈশিংনা হেন্না রাংনা লৈবা লমগী থুগা-পাক লাহচিংলমদা য়াঙোই শামু হকচাউবা তোংনা চৎপদগী শামু অদুবু চানাকদুনা কোলোয় মমিং থোনবিখি। লমলেন থুগা হায়না বৌনায়বা লমসিবু কয়িদগী কৌনখিবনো হায়রবদি থায়না মমাঙদৈ পাঙ্খোইবীমা মপা মবুং ওইবা তাউরোইনাইবু পীজ পীথক তোদুনা চাককৌজবা মতমদা কুকি অহোঙবগী মাঙ্গোল মাঙশোক মপাদা শনগোল নাইকোল শাদুনা থম্বিখি। থা থংবদনা কোল্লিক শেন্না শাবা পোৎলমনা চীঙগুম পৈদুনা থোজাম-বিরম্লগা তুবি শাৎমাবা মবুংস্থ মপাস্থ ওইনা লৈরিবা লাইরেল তাউরোইমাইনা মাগী মরুপ মপাং লোয়নবা কয়াগা লোয়ননা চীংলকী লোক মচা মতুংইন্না কুকি চীংশাংদা কাথি। কোয়ৌ অদু হুমিঙ্গী হৌনা মফম অদুবু থুকা হায়না কৌনখি। অসিগুম্বা থুগ' তুরেলগী তোয়ৈ থেকচিনবা মফমদা লুরাং

তরেঙ খোঙফাং নামুংপীনা রোইথিসা। লাংকোই শুরেমকাঙ লুরাংপাপু। মালেম লীক্ক য়াফাকলৌ। সোঙচি নাতোল লোমনা। লাংকোই কোলোয় রোইনা। সামু সাহুক ফাপানে। য়িরাং পুরিকালাই। নয়ু কেকে লয়মাবা। খোকথৈ লোনয়ামপা। থয়াঙ মথৌমনতি অতুম্নুং মতোমতে। লাইরেল মৈতিংঙু। থোংনাং ময়ামপা। তুপি মহাকথক্কতা। ঔরা মনিননাই। থামরন মথিনাইনা। লাংকোই পুংপু লেম। নোংপোক বায়রং লমপু খোননা। খোইপু রাপাচৌং। তাউচিং হয়তুপ পোক। নাউতাপি নাউরংকোন। রাংচিং লোকচাউ য়ি। চিপি লোকলৌয়ি। চাথা সলুংথেনতা। পোইরৈ তনতা তা। রাংঙম তমতা কুমলকলে। ঙাইতে লৌকোননুং। কোন্নুং অচনপা। থমপাল নোংসারোতা। তথেল তেংকোল লিংলরে হায়ন্তাপারা। নিংথৌ অনি থাংচপনানা পমথেংলরপাকী। পোইরৈ লাঙতকনা। ঙাংঙোই লাংফেননরাপাকী। লাইরেল মৈতিংঙু চকপা অংকোচীংতা খোসাপা। অনলে য়িমচঙ য়ানপা। সেনপী

---

মেস্তা নাউদাবী অবাংজম চক্ক ওইবী চুপী ওইবগী শিল্পম মিঙথিনা হৈজদবী রাঙাডবদ মরৈ লোম্বী মোহগাপ তরেঙ শূবা হৈজদবীনা ওইথিবা লাঙ্গোই শামু মকোক অরাংবা মনাতোল শাংনা পানবা য়াঙ্গোই শামু মশ চাউববু ফাথিব শানি। কেগে পুরিক্লাই ঙ রঙোই নিংথৌ লয়মাবা খোকথৈ লোনয়াম্বা কোৗবা নিংথৌগী মতিক মথৌনাদি অসিনস্থ লোইদ্রি। মৈদিংঙু নিংথৌরেল খোংনাং ময়াম্বা গরিবনিবাজ মহারাজগী সনা হাক্ত ক্কা ঔরা থামরন কাঙবুনা মথুম মরাঙ হৌনা লাঙ্গোই শগোলতোংবা লাম্মী কয়া পুযরগা নোংপোক মায়কৈরোমদা লৈবা রায়মং লমদম অসিবু খোমা খোইবু রাবচৌং, হৈতুপ পোকপী, নাউদাবী নাউরংকোন, অমদি রাংজিং লোকচাউনা চেল্লিবা চিবি লোকলৌ য়িনস্থ চেল্লিবা শলুংথেল কৌবা মফমদা পোইরৈ পুংময়োনবু লৌননবা মৈতৈ লমসিদা লানবল শায়রে। অদুগা কেগে মোইরাং লৈবাক্কী ঙাইতে লৌকোননুং কোন্নুং অচনবগী থম্বাল নোংশারৌ কৌবা মফমদনা তথেলগী লাম্মীশিংগী তেঙ্গোল লিংলরে। অস্থুমা নোংপোক মোংচুপ মায়কৈ অনীগী নিংথৌ অনীনা লৌতুনবগা মতম চপ মান্নবদা হুয়েল লান্দারক্কবদা

শমসোক লোইথোমপানা। মযু মৈথিংঙু লাইরেল মাউফংপা। তুপি লমথক শাগোনপুং। লাপা নোংলৈকম। ভিংভি রাকোওলাক। কংলা থোন ভরেংতা কমমা রাহমলকয়ে। যিংভাইজেম পোইরৈ খুনফাংকৌ। ভয়ম নাইফাংথৌ। তুপি ফমথৌ য়িভাইরোই। লাইরেল নিংথৌ য়িভীসাং। য়িমাভোনমা পোকপা। লাইরেন-ভোমনা য়েনপা। হয়রাং যিযুসা। তাউচিং যিহুয়কোন। খাইচেং লৈমচেং লেংমা ভিনপা। পানপা কৈসকপা। কৈরেন তেংথানপা। অথম মীপোকপা। অথৌ লাংকোনপা। পোইরৈ কংলা মতিক-মাপাসিংরো। ঔরা তোংতোই নিংথৌ। থামরন লযমাপানা। সমসোক ভানা তা। সমলম পাংবা মমিননাইনা। নানতা সেবমু পুমনামপু। পীরকরে' হায়রকপা। থোংনাং তথেল মনিননংইপানাশুং। প্রোমহোন খেত্রি। পামোন হনচপাকা। পাংঙল তখেল মরমপুকাপু। পুরকলো হায়পা অসিপু। পীবসে হায়পারা হায়না পাউংলকপাপু। ময়ু কেকে পুরিকলাই। ভাংভোই খোকথৈ লোনয়াংপা। থাফম

মৈতৈ পুমমরা লাঙকরা মোইরাং পুম্বনা ইঙব ঙরা লাঙকরবদা লাইরেল মৈদিংঙ পোনাং মথাম্বা অঙোচৌংদা থোনাবা অমলো থুংং থুগায়বা শম-শোক খুনবু লোই ওইনা থোরকপা নিংথৌনা মবুথৌ মৈদিংঙু নাউফংবগী কোনুং লমথক শাগোনপুং কৌবা অকল অথৌশিংনা যোমহুনা লৈবা অরোন অথুপ য়াদবা অচুম অবাগ রাগেল থৌদাম্ম শুইনবিবা কংলাগী মথোঙ শবেং রাংবা শাঙবলদা ফয়গা হায়রকখি। হে অচানবা ইরৈবাক কোইবা অঙম-অথৌ ওইবরুবা পলেম ইমাভোন অসদি ইপাখুং অভোনবনা পোক্লবা নিংথৌ ঐগী ইরৌ ঈত ওইবা নিংথৌকোন্দা পোক্লবা ইপ ইপুশিংগী হাক্তুক্তুগী পারী পুরী মণ্ডণ ঙাক্লা থৌবক্লবা পানবা কৈরেন অথৌবগুন্নবা শংদা লান্দা থোনাদা অরোই অথম ওইরবা অশোন অনাশিংবু কনবদা থরাই পাম্মুরক্তুবা কংলা সনা কোঙদা যম্বদা মতিক মণ্ডণ লৈরবশিং ত্তাখিয়ু। ঔবাগী তোংতোই নিংথৌ থামরন লমগী মপু ওইবনা ঐথোযনা শমসোক্তুগী থোঙ্বা শনশিং ফৌ চেঙ পুমমক অতু পীরকও হাযবকপা অংগো মশা মায়কৈরোমগী তখেল লান্দা মমিং লৈরকশিংনসুং মথোয়াংগী মুনাহৌবা।

সিঙগু হনপানা। সমু থাংচপনানা পাউথুমখিয়ে। লাইরেল মৈতিংঙু। মানসৈ ফাময়ানমাপা। মুংয়াং য়ায়হননাপাযো নতাইরেম য়িথোয়পু। হন্থ ইয়াইকায়িকুম। য়ায়মা সাথোও কওতরি। ছয়েম লানথোং মিনতরি। নপোইরৈ তানথোং ময়ুং কুইবা অসিপু। ময়ু খোইয়ম লাইমিংথৌ। চীংঙু পাকল য়োইরেনপানা। য়িংথোল কৈরোয় থাকুম। সমপল কোনথা লেংপাকুম। মাউয়োকপিপ পুংনে। থোংনাং তথেল সোকনতা। থামরন মাবু হাংনতানা। করিকী মচও পে'নতাই লাককুমপাপু। কখিবী পীক্কাপানো। নমু .পা'পুমমাপু হায়তাপাসুং। থামরন সমু মথুংপাকতাতি। লাংপল কোচেং চোংপিচা অমফাওনাসুং পীফয়োইএ। থোংনাং তথেল তান তাপাসুং। চেকলা মোংপা অপিসা অমতংসুং পীকয়োইএ। তথেল তানা তাপা। থামরন মনিন নাহপাপু। সঙ্কেও থয়নানা। পানপোম

---

ব্রাহ্মন ক্ষেত্র অমদি বামন হন্নবা অমসুং পাংওল তংখল লমুগা পুম্মক অসিবু পুবকও হায়না হায়রক্লিবা অসিবু পীওসে হাযবমা কয়ম তৌসিগে হায়না হংলক্কবদা কেগে পুরিক্লাই ভাভোই লৈমাথা থোকথে লোংয়াখা থাবম শিঙও হনবনা সনা মাঙদা থোক্কনা পুকনিং লেপ্পা হংকখি। হে লাইরেল মৈদিংঙু। মানসৈ ফামযান্নবা মুংথোং মুংয়াং নংথবা। নাই ঐথোয় অসি হন্থবা ওইহনা শানা লাম্ন দা হনগদৌথা অদু লৈত্রি। চুযেল লানগী লাম্থোংদসু হনবা লৈত্রি। পোইরৈ নরৈবাক অস্তক যাম্না মরাক ময়ু চাউ শাংশ্রবা লমদম অসিদী নবুধৌ থোইয়ম লাইদিংথৌ পাংথংবনা ইংথোল ফৈরোই থাবদা উয়ুং মথুল পানবদা লেংহনা থাবওম নাউকোনবিবা নরৈ-থাক্লি। থোংনাং ময়াং তথেল মথোয়গা লানশোক্লদনা অমদি ঔয়া থামরন মথোযগা হাংনদনা করিগীদমক য়েনগী য়েনবোলম্বংদা য়েন হাপ্নগা মথুম খুমজিনবগুম্না পাংবা ওইহনা ইতু পোম্না মথোয়না পীমু হায়বশিংবু ক বগী পীক্লগদগে। মী অমা পীবদি হায়রুগম্ব থামরন মথুংতা লাংবম্বাগী কোজেং মচা অমফাওবস্ম পীফদে পীরোইএ। থোংনাং ময়াং তথেল মথোয়দসু অপীকপা মোংবা কোবা উচেক মচা অমতফাওবসু পীফরোই। তথেল মথোয়সু ঔয়া থামরন ওইবা মথোয়স্ম শয়েঙগা শয়েঙগা পাম্বোমগা পাম্বোমগা

ঙানানা। মানপি চীয়েনা। কাওরেন তুকুম তননা লাইখেংনা-পাপু। খোয়মা য়িখোয়পু য়িমায় রোললোইএ। য়ামচেং য়িনম মূকলোইএ। তুরেল রাইখুপিচাতুকুমপাপু নিঙমা তেরোইএ। লানফম তমথিপা। চীংলেন লম্নকিনথাপাকুম। লয়তাং কোনযা অচিকপা। কোনফম য়িরাই রোকপতা। লেমলৈ ঙায়িন তককুম। তকচিলকলাপা নোংতলুং। সমু খোঙপী লযতং লেংনা। পোইরৈ লৈপাক ঙাকসে। হাযনা ঙাইখমলিপানে। চায়না পাউথুমখোনফী লাইরেল মৈতিংঙু। খোংনাং ময়ামপানা। ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়ামপা। নোংখোল তেংমায় থিনপা। তয়ম কোলোয় নয়াথং অসিপু। রাচানাকে হায়না। তুপি মথিমাই। লাইরেল মরাঙ হৌনা থৌতোংথিয়ে। খোইয়ম মথৌচাল। চীংঙু মরুলকুকী। চিপি লোকলাউপুং। চাখা সললুংথেন। কাকোন নোংতম য়িতা। থামবন লানকা মাঙনা। ঔবা খোঙলেন। লানযাম ফাহৌরে। খোইয়ম লাইয়িংথৌ। থাংচিং কোয়রেললাইমরু। খোইয়ম মথৌচানফী।

খেংনচুনা কাওরেন শল্লাবা অনীনা মচীগা মচীগা য়েশিন্নদুনা কন্না রাইনবগুম্না ননাই ঐখোয় পুম্নমক ইমায় লৈজরোই পূকনিং হঙ্করোইএ। তুরেন্দ' লৈবা অপীকপা রাহখুশিংনা তাইব' মীনম তারগা মকোন্দা চেম-শিনবগুম শৌজরোই। থুদোং'থরব অকনবা লানফমদা লোইবী চীংনা কীম্বরকপগুম অমদি পাংয়া অচৌকপা কোনফম ওইবা মফমদা ঙাশিং ইমায় মায়যোন্নবা লেমলৈ ঙাঙীন তকুম তকশিন্নবম্নং ইখোঙ খোঙকম অসিনা মালেম লযদা য়ুংশিনগা পোইরৈ লৈবাক ঙাকসি হায়না ঙাইজুনা লৈরিবনি হায়না পাউথুমলকপা শাবদা লাইরেল মৈদিংঙু খোংনাং ময়াম্বা গরিবনি-রাজনা মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়াম্বা নোংখোল তেংমাই থিনবও! ইদাইরেম তয়ম ওইবা নহাক্কী কোলোয় নরাইহে অসি তাবসিনা ঐস্থ পূম্নিং তাবা চানবা ওইজুনা লেপ্লগে হাক্কচুনা মৈদিংঙু্স্থ মকাম্ব ফূদোক্না পূম্নিং মকা লাম্না রাপা চুনা খোকথৈ লোনয়াম্বদা পূক্নিং থৌগৎথি। চীংঙু খোইয়ম লাইগী থৌজান্দগী চিপি লোক্লাউবুং চাখা শল্লুংথেন কাকোন নোংদম ঙগী লানফমদা ঔরাশিংসু মায়থিবা পীজুনা ঔরাগী লাম্মী ময়ামস্থ

ঙাইতে পনমরুতা। তখেল নেৎচৎ য়ামনা। ঙাইতে লাময়াম থারোইরাপাকী। মরান রোনতেরকপাতা। ঔরা থোঙলেন লানথাপা। য়িংখি সেলোইত্তাতা। কোনতে খোংসাপা। লাইরেল মৈতিংঙু! তখেল তেংকোল চায়পানা। নোংথোল তেংমাই থিনপা। থাকম সিংসুহনপাকী। ঙাঙোই কোলোয় মতিনমেননা। পোইরৈ খৌতোংমনকী। হুয়েল লাময়াম ফাহৌরে। তুলাই লেংপু তোনকোনতাপাপু। তোংনা কংলা খোকানৌরো হায়না লনকুপিথিয়ে। নয়ু পোংলেন হনপা পুনসিপা। ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়ানপাত্তি। লাইরেল মথৌচানকী। পোইরৈ চৎরা হায়। রাংঙম সুরা তেমনা। মৈতিংঙু খোংরাং ময়ামপাকী। সাপন লানথোঙ সিনপানা। কংলা লাইবা পরিং তমমননানা। সুংঙাই মরাং কায়না পাললাপাতা। লাইরেন মৈতিংঙু পামহৈপানা মমোম সনা খোমমাতোন। রাংকোন লাইনুরা অতেংপী। রাংঙম ফিরাক থকথননা। মুংফি লয়রুম ফাকং লৈরোইনাপীপু। লাইরেল মপা

---

ফাহৌই. অতুগা চীংঙু থাংজিং কোয়রেল লাই মাপী থৌজাননা মোইরাং লৈবাক্কী ঙাইতে পনমরুদা তখেলগা শোরুবসু ঙাইতে লমদমগী লানফমদা তথেল লাম্নীশি নু মায়থীব পীতুনা মরোল মরান তাকহনবদগী ময়ুম মায়কৈ কংলৈরোমদা হল্লকপদা ঐরা থোঙলেন লাম্থবা ইংথি শেলোইতাদা কোন্দে থোংশাবা হায়না মিংথোনবা লাইরেল মৈদিংঙু তথেল তেঙ্গোল চায়বনা মোইরাং নিংথৌ নোংথোল তেংমাই থিনবা থাবম শিঙশ হনবনু মোইরাং নিংথৌ মহাক্কী মরাংহদগী মৈতৈ লাম্নীশিং থোমজিন্দুনা লান ঙমডনা লাম্নী ময়াম ফাগৌর্বন। মরম অতুনা দোলাই লেংপু তোনকোনবা অসিবু কংলা শঙলেন্দা রাংেদ খৌদাগী অকা অকুমদা তোংনজরো হায়না পীবিথি। মোইরাং নিংথৌ পোংলেন হনবা ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়াম্বনু মৈদিংঙ মা লুনা চান্না তৌবদগী পোইরৈ লৈবাক অসিগী অরা অমা সুংঙাইবা শরুক পুমিন্নহুনা লৈবাক ঙাকমিন্ননা সুংঙাই মরাং কায়না পানমিন্নরকুবা মতম থরগী তুংদদি লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা গন্নিবনিরাজ মহায়াজনা মহাক্কী মচা ইবেম্মা অতোনবী নিংথৌকোন্দা লাইনুপী লাইবেম্বীগুম নিঙথিজববীবু

মৈত্তিংঙু। তুপি চরাইরোংপাকী। কাচেং ঙাংথু ঙাংহলনী। চাথা কৈরেন সোকনানী। লয়নুং হীকাপ য়াইকাপ লীনা। চৌংঙু নোংথৌ সরারেনকুম। লাইরেল রায়রা তেলহৈ সকপা। তুপি য়োইহৈচেং। লাইরেন অকন হয়িংচেংতা। মমোম তমপা রাংঙমলোন। সনা কোনথাং মরোল য়ামপীলকত্তাকী। হুইয়াই লিকলু অতেংঙা। মতু কোননা ফুয়পী। সনা খোমমাত্তোন অত্তোনপীপু পীনা। নিংথৌ মঙাই অপানপাপু। য়োইনা য়োয়চানমারে হায়ত্তাপারা। নয়ু কেকে পোংলেন হনপা। থাকম সিংম্বুহনপা পুনসিপা। নোংথোন তেংমায থিনপাকী। মমোম য়িরাংলোন। মোংপোক পাইথু লানথাপীপুম্নং। মৈত্তিংঙু খোংনাং ময়ামপানা। তুপি ফমমোইমিৎপু ফমমননা। লাইরেল ফলাং মৈপু তোংমননরপাকী। ফুংঙাই মরাং কায়না। হরাউ মথোই তোংনা পালহৌরে হায়ত্তাপারা। নয়ু কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়ামপা। থয়াঙ মথৌমনতি। অতুম্নং মত্তোমতে।

থক্তা থাকল থম্বুনা লয়ক্লম ফিরাক তাইবা নিঙথিবা ফিবু শেংহন-হলহল্লগা লাইরেল মপা মৈদিংঙু তুবি চরাইরোংবা সনা হাক্তজ্ঞী ফিঙথিবা মঙদা অমুক হন্না শেম শাররা কংলা কোম্নং মঙ্গংবু হীকাপ য়াইকাপ লৈহন্দনা ঙাক শেন্নবা, চঙলুবদা পানবা কৈরেন অমা লৈবগুম মীনা কিনা-হঙ্গোইনরবা মফমদা কোরৌ থক্তী সরারেল কৌবা লাইগী মত্তৌগুম মথূংত্তা ত্তংপা নাইত্রবা লীরং লীরী পায়রহুনা য়োইহৈ পূম্বনা থৌগন্না কাঙ হয়িং অমত্তা চঙত্রবা মফমদা মচা ইবেম্মা ময়ামগী মরক্তগী খ্বাইগী তুংদা কোম্না পোকচবী হায়নিংঙাই লৈত্তনা তেংলবমথৈ ফজরবী মচা ইবেম্মা অত্তোনবীবু ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়াম্বদা পীবিহুনা নিংথৌনা থ্বাইদগী লুনা চাম ত্তৌরবা মঙাই ওইনখি। কেগে মোইরাং নিংথৌ পোংলেন হনবা থাবম শিঙশূ হনবা পুনশিবা নোংথোন তেংমাই থিলবগী মচা ইবেম্মা ইরাংলোম নোংপোক পাইথু লাম্বুবীবুম্ব মৈদিংঙু পামহৈবমা নিংথৌ মাগী মতালোম অমুক ওইহুনা কংলা ফম্বালদা তোংমিম্নহুনা হরাউ তমায়া ফুংঙাই মরাং কায়না পানমিম্নখি। অদুগা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়াম্বগী মতিক মথৌনা অশিনম্ব লোইরি।

হাউটৈ থানা শাংশাললক্তা থেৎলাপাদে। ঙাংঙোই য়োই-মোংপানা। য়োংগা লোইকেনপা। কাকলেন লানতাপা। সৌপোল থোঙকমশালমক্তী। লোইশি অনাল মপুংয়াইতা। চুংজেন থাকুপ হৌ। থাঙজেন খেরাং থাং। তিমেন হংলোল লয়না পনখেংশাপাতি। অনাল খুমণী মৈমাঙচন। মৈণী তাংকোই পাই। মৈখু নোংলোনকা। চংলম কানসাং খুমনা খৌসাপাতি। হুয়েল য়াইদিঙ মুংজে। হুয়েল কানিকিতি অনান নিংথৌ সেকচমপু লানথৌহাংপু কায়না কুলঞ। নয়ু নিংথৌ নোংখোল তেংমাই থিনপা। হুয়েল নাইচাপাকপা। ঙাঙোই অনালঙমপা। হুয়েল সেকচমপু ফাপাতি। থংলাংপা পারেংশবা। য়িরেংপু পুরেপফং। খুংপাল হোংঙেম লুরাং নিংথৌ পুনসিপা। সাংতিং লোনঙৌননা। সমলাং ভুনিংথৌ। থিং থিং লুরাইলাংপু। চুপা ঙাইভং থন। হনপা পোকসম থোমমা। পুনসি হায়ৈ

থা মায়কৈরোমদম্ব হুয়েল লান্দাখি। থা মায়কৈহৌমসিদ থায়না ঙাঙোই য়োইমোংবনা তুরেল কুরেংলকপদা কাকলেন মী চাবনা তাঙুনা লৈবাক থুঙংনা য়াম্না রাংনবা লম শী উং শীংনাং য়ানথিবগী মথোক থাজম শাবন। চঙলবা মী খুদিংগী মথোঙ শোক্রবা লম ওইবগা ভাইনন। লৈবা অনাল থুঙং ময়ায়-মক্তদা চুঙনা থবাক কুপ থুংশ থাঙশাং পাবরগা হাইজুনা অমদি তিমেন তোশাং পায়না উকু উকু লমরতুনা হুয়েল লান্দাখিবদা অনাল থুঙং মৈ থাংনা মৈরীক ভাঙ্গোইনা কোরৌদা পাই মৈথুন অশিদা শীম্না ময়া খুমমথৈ চাক্তুনা লানগী হৌনবা যৌনা চঙশিন্দুনা লান্দাখিবদা অনাল থুঙং মাঙ তাকখ্রে। লাংফম অসিদা অনাল থুনগী নিংথৌ সেকচমপু কৌবা লান্দ থৌবনু মায়থিবা পীরকখি। নবুথৌ মোইরাং নিংথৌ নোংখোল তেংমাইদিনবা নাইচাকপা ঙাঙোই অনাল ঙম্বা হুয়েল সেকচমপু ফাবা হায়না মিংথোনবা নিংথৌনা মপা মপল মোইরাং নিংথৌ হৌখিবংশগী মতিক মথৌনা অতুঙম মপা মপুগী মতিক মথৌনা লৈবগী মতিক ফংতুনা লুরাং পুনশিবনা হৃকম কুইনা পুনশিবদা ওইখিবা ঙৌরবা শন্নাং অতুগুম্না মোইরাং নিংথৌ লোনয়াঙম মকোক্কী শন্নাংনা পুমঙৌ ঙৌবনা চুবা অনীমক্তা জম জম তানা হুম্বা ওইর-কপগী শন্নাং অঙৌবনা পুমথল থরহনা পুনশি হুংশাংনা হীক্তা হাইনা পালক্কবদা

সকনা পানকুম পাললাপাঙ্গা। মমোম মৈতৈ লৈমা। নোংপোক পাইখু লানথাপীতা রাঙমখিয়ে। য়িমোম য়িরাংলোন। মৈতৈলৈমা য়োইপু তাউরোইনাইপী। চোযনৌ সনা য়িনলেন তরা খানপী। চানতা লৌচিংকৈ। থাকী লয়হৌপোককী লাসক কাতেং থাঙসাপাপু কায়না হুনপীয়ে। নপল ঐতে অহল হন্থু য়িয়াই কানা। মানলৈ রিরেং চনসিললকলে। যিচিক সিনা কৈথুরা। য়িমৈরানা রাইখুরাপাকী। চনপা হাউবা লানতা লানকুম কুইএ। লাংলেন কোংয়াং রাতোনকুম কোনচিললকলে। কেকে নপললম। মোইরাং চাউপাপুংকী। নমু থোইয়ম লাইমিংথৌ। থাংচিং কোয়রেনলাই। মোইরাং কাসারেন নামু পা। চীঙু মথোঙখাতা। লোবলৌ সোয়নাউ থেমনা। লাংলেন কোংয়াং রারাং লমকে। হয়েং কেকে চারীকুই। মোইরাং খাঙতোন সা না কারী সুনহৌসুনো হাযনা পাউমেনথোনকী মমোম ঙসপা ইরাং লোনতা। যোইপু মৈতৈ লৈমং। নোংপোক পাইখু লানথাপীপু। লমরোকনানাপা হায়থরাপাতা। যোইপু মৈতৈলৈমনা। চিপি লোকলাউপুং। চাথা

---

মচা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা ওইরিবী নোংপোক পাইখু লাম্বুবীদা হানরকখি। হে ইবেম্মা ইমোম ইরাংলোন য়োইবু লাউরোইনাইবী থক্তা থকথল মথোল কয় থানবী! চান্দা লৌচিংকৈ থাগী লয়হৌপোক লমদমগী লাসক কোনা কাদেং থাঙলাববু কাযনা হনবি লাউ! নপল পন্থৌ ওইবা ঐহ ক্তি অহনা মতম গুহরক্রবান মাঙ্গী লম্বী তেনশিহল্লে। ইকুম কুম্মশিংনদি অতুম হামশক্ক কোংগৌ নোংজানা অতুম অতুম হৌজিনখিবনা মতম কৌববু কাউথোক্লুনা তাইবং অপঙবগী খোঙথাংদা অতুম অতুম চঙশিনল্লে অতুনা লাংলেন কোংয়াং রাগী রাতোম্না কোন্থবগুম শমু ইহকচাংসিনু কোন্থরককলে। অতুনা কেপে মোইরাং মরৈবাকপু শেম্বি য়োবপিবা খোইযম লাইনিংথৌ থাংজিং কোয়রেন লাই মোইরাং কাসারেন কৌবা চীংঙু মাগী মথোঙ খাদা থুরমক্কগা রাশক্লহুনা লাংলেন কোংয়াং থারগা উনৌ উশোয় চোংনবা থারমগে। হয়েং তুংদা হৌরকদবা মোইরাং ইচা ইশু শিংনা রারীনহৌসন্থ হায়রহুনা পাউত্ত ক্লম্বদগী মমোম তম্বা ইরাংলোন যোইবু মৈতৈ লৈমা ওইবী নোংপোক

লালুংথেন। কাকোন নোংতময়িকী। লাংকোই লমসা খোঙথোইনপা। মুকতা য়াইরোইনপাপু। চৎলম খোঙরোইনানা। সনা ফমপাল তোংফপী। ফোংতু হিয়াম লোকপী। নোংপোক পাইথু লান্দথাপীনা। মপল য়িরাং পুরিকলাই। নোংথোন হেংমায় থিনপাবী। বোলোয় য়াথং য়িননা। য়োংইপু সংলৌ মথৌরাং। তমপা য়েনলাং মথৌ-ঙমপু। রুনপি পুকনিং পীনা। সংলৌ থৌরাংলপাকা। নযু কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই খোকথৈ লোনযামপাতি। তালোয় তুচা ছুপ। তয়ম নাইচা ছুপনা। চৈরৈ মকা ফোং। মাংলৈ মীমাঙতাবমা লৈরাপাতা। ভমেং মনিননাই। রাংলেন মরাঙ হৌ। পেরে সিংকাথোং। সিংকা থোনচেন চাউ। চৈরৈ যিরাল লমহাই নাই। লাংকোই মাঙরোইনানা। পোইরৈ মীমাঙতাক। লালোই লমসাঙ ঙাননা। কেকে মপল লমপু য়িনতাললকএ হাযতাপারা।

কেকে লমলেন মতাইমা। লুবাং লোইনাই য়াউসা তানপানা।

---

পাইথু লাম্বুবীবু লমওক্লনবা হায়রক্লবদা মৈতৈ লৈমা পাইথু লাম্বুগীনা চিথি লোক্লাউবু চাথা লালুংথেন কাকোন নোংদগমিদা খেংনথিবা ঔবাগী লানফমদা নোংকাহোবা শামু লমথা যাপনবা মুক্তা যাইওইনবা অতুথু কোংলগা সমা ফম্বল থাতুনা তোংলগী ফোংতু হিয়াম লোকপী নোংপোক পাইথু লাম্বুবী কৌবী মৈতৈ লৈমনা মপাবুং মোইবাং নিংথৌ পুরিক্লাই মো থোল হেংমায় থিনবনা হায়রক্লপা য়াথং মতুংইন্না মৈতৈ লৈমনা মপাম লমদম চৎননবা খোঙলোয় য়োইংহু থনবীশিং যাওনা চৎনংবা পুগদবা পোংলম পূথা থরাই যাওনা হোংনরতুনা পৌবাং লেম শাবা লোইজবে। মংন্ম অসিদা মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙাই খোকথৈ লোনয়াম্ব। মপাবুংস্থ মতু মচা মনাই মশল পূয়মকপু নিঙখিনা ফিজেৎ লৈতেংহন্নগা মীমাঙ থোক্লা নিঙথিনা লেমা ফজনা লৈরবদা মমোম ইরা লোন মৈতৈ লৈমস্থ পুং শেন মৈতুনা পেরে শিঙ্গা থোংবনা নাকোং মৈশনবঙুম হৌনা খোংলতুনা ফিরালনা কোংগৌ অতিয়াদা ফব ফব হাইতুনা লাঙ্গোই শামু অংচৌবনা মাঙওইনতুনা পোইরৈ মীয়াম মমাঙ থানা লালদোই লমশাং থম্না মোইরাং মায়কৈ তম্না লেঙলক্নে।

কেগেম্বী লমদমদা লুরাং লোইনাই য়াওনা তানবনা নিপা থোক্লা

লাগ্য। থুমন পুনা। ম্যাগুরো সামারকপাতা পামেল বানা অপাক-পাত্তা তরা চাকয়োম চানা য়াংলো লমতনরাই। বাংথা লমচুংশিপু নাইতলানা। খুয়োন তেন্না তেল্লারাপু ঙমলোননানা। থাঙলেম নাপক হাঙ্গ। কাচেং য়োংহুক চল। মালেম লয়মায় তেম। হেমপা লাংখোং তৌ লোকলো পন্লোন থানা। লাংলেন কোংয়াং বান্নিং-থিয়ে। পামোন খোইয়ম লাইরোইনাপা। পুরিং মনাউয়োকনা। চৈক্যা মরাংহৌ। য়িরাং মসীং বাংতনা। চৈরৈ থিরাল লমহাই নাই। খুংপাক তাপুল ফু। চুকোই লেপলোসা। নোয়না ঙমকনহৌ তয়েং মনিন নাই। রাংলেন মরাং হৌনা। খোইয়ম লাইমিং সোনন্দ। কোরৌ লনসাইএ। রাংপল পাউফারে। অতুনোংকিপু কেকে পুরিকলাই। মোইরাং খোকথৈ লোনয়াম্বা। ঙাচৌই নোংপোল তেংমায়থিনপা। কোংয়াং মথুংথা। লাংলেন মনাউয়োক। কেকে পুনসি রাপনরাবো তৌনা কৌয়ে হায়ত্তাপারা। হিরাং পুন্নিকলাই। ময়ু পোংলেন ঙনপা পুনসিপা। ঙাঙোই খোকথৈ লোনয়ামপাত্তি।

ওকলেন শারু শাদান্নরকপদা পামেল উগী ঙনা অপাকপদা তরা চয়োম য়াওরকপবু চারগা পোথারম্বা মযম্বু রা থা লমচংশি হায়না থঙনবা লমগা তাইনবদা লৈরা খুয়োন হাওবনা থারম্বা তেবী তেশরা হৌবা; লমগা হেক তাহনবদা কেগেগী মীয়াম হৌতুনা মথুত্তা থাঙলাং পায়রগা ন্যরক মোংলোং হাইতুনা অমদি মথুত্তা য়োংপাক পায়রগা মালেম লয়মায় তেমতুনা অমম্বং লাংখোং তৌরগা শম্বল থাতুনা মনুং অতুদা রা পাম্বী লিংখি। লাইগী ইরাং খোইরম তৌবা ব্রাহ্মণ, নিংথৌনা য়োক হাক্তুনা থম্লিবা পুরিতনা মক্ত তৌতুনা ইরাং থোনি মশীং রাত্তনা ফিরালনা কোরৌথক্তা হাইনা কুংলগা খুবাক খুতুনা লেপ্লা লেপ্লা অগোই শাতুনা পুং শেল মখোননা নাকোং মৈশিনবমথৈ মৈরতুনা চৌংঙ লাইগী মিংথৈ লোম্না লাইনিঙ ঙৈশৈ অমদি লাইদা থুকমজবগী ঙৈশৈ শকখি। কোরৌ মোংবা অতুদগী হৌনা মফম অতুবু কেগে পুরিক্লাই মোইরাং খোকথৈ লোনয়াম্বা ঙাচৌই নোংখোল তেংমাই থিনবগী লাংলেম রাপাল মথুংথা মোইরাং নিংথৌ মহাক্কা য়োংকথক্তরা কেগে পুনশি নিনা রাপাল হায়না কৌনখি। কেগে মোইরাং নিংথৌ ইরাং

খোইরম লাইনিংথৌ। কেকে লাংমালা। খুমোন রাংলৌ লৈপাক মপাম্পু মানপি খুত্তপনানা। মুকমু লৈত্তোন কোন। খুৎকাং চাংচৌ চেপনা লোননা। মালেম থৌরৈ লম্বকা পায়না পুল্লম্বাপাকা। খিংলৌ মিঙনা তেনা পোইরৈ সনা পুংতা হূনরাইখিয়ে। নম্ কেকে পুরিকলাই ভাঙোই অনান ঙমপা। ছয়েল সেকচম্পু ফাপা। বুনপি পুকনিং চুমপা। খোইরম লাইনিঙ ফনপা। নমু থুনা কোংকোইলাং। তাইপং সিন্না মীনমলাং। লাকচা য়িকাই খুৎথিলাং। মুংসি মীনম লাংথাকরাপু বুনপি পরয় তাপাপু। য়াথং বচুমমুপাকী। পুনসি হায়হৈ সকনা পাললময়ে। কেকে মপল লমতা। লাংলেন কোংয়াং বরিংপা। ভাঙোই অনান ঙমপা। ছুয়েল সেকচমপু ফাপাতি। চোয়নৌ সনা মিংজনকিপু চুম্পানে। ০।

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। নোংচুপ পাংকালোন। রাকচিং লোইতাম থাকুম মিংথেংং ফপি। পায়মা সনা বুনকোয়মুংকী।

---

পুরিরাই পোংলেন হনবা ভাঙোই থোকথৈ লোনয়াম্বা নিংথৌদি খোইরম চীংঙু লাই মকোক ওইবা মোইরাং শলাই মপা ওইবা খুমোন য়াংলৌ লমদমগী মপা ওইবসু কাওরেন শননা কুম্বম্ম থক খুদক শনশানা অত্থা রাহৈ অমেঙবা খোম্ব্রা খুৎকাং তরানা মাংলমদা মম, চুবা চাংজোনা চেপ্পা মকোক মোজ্জবদুনা খুরমজবল্লগা তম্না অমুক পোইরৈ সনাপুংদা হল্লকখি। নবুংথৌ কেগে পুরিক্লাই ভাঙোই অনাল ঙম্বা ছয়েন সেকচমপু ফাবা উনবী পুক্লিং লেম্না খোইরম লাইনিঙ ফনবা মীবু ফজনবা শয়ৌ শীন্দবা মী শিনবা মীনবা থবক তৌদবা পুম্লিং অয়েপ্পা লৈবা অচুম্বা রাজা ভাঙজবা মযম্বা পুনশি জুংশাংনা পাল্লম্মী। মোইরাং মপা মপুগী লমদা লাংলেন কোংয়াং রাপল লিংবা ভাঙোই অনাল খুজং ঙম্বা ছুয়েল সেকচমপু ফাবা হায়না কোলোম্ব মিংথোয়বদি ফুদোঙলবা সনাগুম মিংলেন অসি চুনবমি।

নবেঙ্কৌ মোইরাং লৈমা নোংচুপ পাংকালোন হায়না কোলোম্ব মিংলেম্ব-বীদি লোইদাম রাকচিং থাগুম মতম চুম্নদা পুক্লিং তঙ্কীনি হায়বগী রাকচিং লৈমা হায়না মিংথোম্ববী লৈমগী শেংলবা পায়মা সনা শিয়োমজংদগী।

## ৪৭। পুরিকলাই খোয়রী সাংতোননাউ

নম্বু কেকে য়িরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই খোয়রী সাংতোন-নাউরো তৌনা কৌএ। ঙাঙোই খোয়রী সাংতোননাউতি। খোইয়ম লাইরী থিনা। চৌংঙু লাইরী নিঙচেংলে। য়োইবু লাইরিক লৈমা সিংচা খোমপী। হুমপু নারেং স্থপী। তাঙচা লৈতোন তোংপী। য়াওরো সাপূক থেকপী। নম্বু পোংলোনথোক। সম্বা চেকলোন-থোক পূমনানাপু লনকু হৈপী। খোইমোম মথৌচানকী। খোহয়ম লাইরী অরুপাপু লৌনা তোয়না। পায়মা বুনকোইহুংঙা। য়াবাতুপু য়েকনা। চকমোম থাউহাললে। লয়মায় হাতিংথৌ। হাতাংসাংকুম। লৌসিং মতাং সাংনা। বুনপি মচাক হোময়ে। সাকৈ লাইরী অচেৎপা। থমলাংপা রারীপু কাউতানা। য়িরেং পুরীপু লিংথিয়ে। নম্বু কেকে পুরিকলাইনা। মপারী মৈপী সালাম রোইপা। কমলেন

## ৪৭। পুরিক্লাই খোয়রী শাংদোল্লাউ

নবুধো মোইরাং নিংথৌ ইরা পুরিক্লাইগী কোলোয মিংলেন্দি ঙাঙোই খোয়রী শাংদোল্লাউ হায়না কোলোয় মিংথোই। মোইরাং নিংথৌ খোয়রী শাংদোল্লাউদি চৌংঙু খোইয়ম লাইগী লাইরি থিদুনা খোইয়ম লাইবু কম্না নিঙ্গৈজে। মোইবু লাইরিক লৈমা কোবা মহে লাইরেম্বা শিঙজাথোবা হুমবু নারেং শূবা কোবা তাইবংগী মরে লৈতোলদা ত্তোংবা অপঙবা য়াথলবু লৌশিংবু থুদেক্না মাঙহনবা তাহক মীবু লোনথোকহনবা উচেক রায়া পুম্বুম মথোল মরোল থোকহনবা থরাই পানবশিংবু চানবিহেবা খোইমোম লাইরেম্বা মাগী মথৌজাল্গী চৌংঙু লাইগী অরুবা রারম পূম্নমকপু লৌশিঙ্গয়গা তোয়না তোয়না লাইমিং মিংথৈ শোক্লগদবা অহুবু খয়োম কাচিল অথুম্বদা য়েকশিঙ্গবদি তাইবং চম্বা অসিনা চাকথাউদা থম্বা হানবক্তম মিংথৈনা পুক থম্বা হাক্লিজৈ। অদুনা লয়মায় অতেম্বদা ত্তিংথৌনা মতাং ম্লুতা শাংনা শাংনা চচ্চবক্তম পূক্লিং লৌশিংদা হায়নিংঙাই লৈতনা শিংএ। অশিঙ্গবা শাগেম্নী লাইগী

মুক্তোপগা। সাগন ল্যানথোক্ক য়ীনপাপু। সাংক্তরপাকীপু। ময়ু থোইবম লাইয়িগ্নৌ। চীংঙু থাংচিং কোয়রেললাই। মোইরাং কাঙা-রেন নাম্নুংপা। তাইপং নয়ু মীসেমপা। চীংঙু সনা মথোঙথাভাপু। কোয়ৌ লনসাখিয়ে। বাংগল পাউফাখিয়ে। থোইবু অহোঙবী ভাতাসন। কাওরেন থোইকাপাক। নিংথি লমহাইপা। কাওরেন পূমনা ঙৌপাপু। মানপি চীরেন য়েংলমতা। চোয়নৌ সনা লোংখুম হুক। মানপি চীরেন রোইরমতা। লুপা লোংখুম হুক। কাওরেন মথোঙ মরিমতা। লুপা থোঙকাউ লোংখুমচন। কাওরেন লীকাথু। থোইয়ম থরাই পুংচি লয়না হাং। চীংঙু লাইকোনমুংতা চঙনা। হয়রাং পাকভকনা। তাউচিং ফাকেননানা। সিংঙেল লৈয়াম হুন। থাগী লেংনা তিল। অমাই নাকলৌ সিনলা। কোয়ৌ লনসারা। বাংগল পাউফারপাতা। চীংঙু মরলকু। থোইয়ম থাংচিং মথৌ-চানকী। নয়ু কেকে পুরিকসাই। থোয়রী সাংতোননাউতি। য়িরাং লাইচা মহী হুন। লাংগল লিকলা পিসিনতোনপু। য়িহুনখিরাপাকী।

---

অরুবা মপা মপুগা য়ারা পুন্না ময়াং লৈখ। মবুথৌ কেগে পুরিক্লাই মোইরাং নিংথৌগী মচা ইবুংঙো মৈবী শালাম ওইবা মপাবুংগী মমলেন মত্তং শিন্নবা অময়াও-বা পোকপদবা মরম্না মবুথৌ থাংজিং কোয়রেন লাই মোইরাং শনাই পোকপবা তাইবং মীবু শেম্বিবা ইবুংঙো মাগী সনা মথোঙ থাদা লাইনিং পরয় চেৎনা নিঙজখি। সে ই.দাক হৌন্দাক্লা মী পুম্নমক্না ফজে হায়না ভাঙনা শোন্নরবা কাও-রেন অথোইবা শললাবা মশা পুম্নমক পুমঙৌ ঙেরবা শল্লাবা মচী য়েংলোমদা লনা তোপ্পা ওইরোমদা লুপা তোপ্পবা, মথোঙ মরিমক্তদু লোংথুম হাপ্পবা শনবু থোংগী অকনবা লীশাংনা ভক্কা থুরগা থোইয়ম চীংঙু থাংজিংগী থরাই থোজাল হাংলদুনা লাইগী লাইকোন্দা হয়রাঙ নিঙথিবনা থল্লবা লোকমায় চোম্না হাপ অদুগা শিঙেঙল লৈরাং মথল কয়াগা লোয়ননা চীংঙু লৈহুল তন্নগা অমাই থাবী মাইবী অমদি অশৈবা অমাইবনচিংবা কয়াগা লোয়ননা কত্নুনা লাইনিং পরয় চেৎনা কচ্চরবদা থোইয়ম চীংঙু থাংজিং লাইগী থোজান্দগী কেগে পুরিক্লাই থোয়রী শাংদোন্নাউগী ইরাং চাদা নাউদা ওইবা মোইরাং ঈ অশেংবমা মতাংলোয় ওইবীগী পায়না শিংলোয়ংদা থোয়জি মিংহুল

মপারী পুরিকলাই। মৈপী সালাম য়োইপা। কমলেন বাংভোংপাম্বু। খুমিং চয়চেনতাপা। থপা লালনংতাপাতাপু নাউনৌয়ে। হায়পপু থঙলাপাকী। নম্বু কেঁকে থাংজিং মরনকুকীনে। হায়না হরাউ পুকনিংপেন। খুংঙাই মথোই তোংনা পাললময়ে হায়তাপারা। নম্বু কেঁকে পুরিকলাই। য়িরাং খোয়রী সাংতোননাউতি। চোয়নৌ সনা মিংছনকিপু চুনপানে। ০।

নয়োল কেকে মোইরাং লৈমা। খয়োইরোল তোইপী সৌকাইন্থু। মপাম নোংয়াই লয়কোয়পুং। থুমন তাউতেক কোমনাতা। সোইপাই হারেপপুং। সোয়থিং হাথাকমপু। অশৈনপা চন্। সোইথিং হাথাকম। সোইপাই হারেপপুং-রো কৌপাতি কতৌনোংথিনে। ময়ু নোংয়াই মনিননাইপামা মরম থৌপাল লমমাইনতা। অতোন মরাঙ হৌনা পাললমঙৈ। মতাইলেম চোংমু চোংথা চন্থু। থাইমু থাইথিপম চন্থু। তোংপোন রাইয়ৌ থাংপি। ফুমথি মাতৈ কাঙপী। সেপ্রেং রুরিং তানপী। লোকলৌ তানমা লেঙহৌপী। খোয়নৌ

লাংনা নাবা মিতম ওইবা কংলা ফম্বাল তোংফবা মপারী অমবু কোয়ৌ খুমিং অশেংবা থবা নোংজা অম্বা অকবা খুম্মিত্তা ইহল তমজখিবদু মবুধৌ থাংজিং লাইগী থৌজান্দগীনি হায়বা থঙজরক্তনা হয়াউ মথোই কানা পুক্লিং মকা লায়া হুংঙাই য়াইফনা পাজরম্মী। কেগে পুরিক্লাই ইরাং খোয়রী শাংদোয়াউ হায়না কোলোয় মিংথোয়বদি ফুদোঙলবা সনাগুম কোলোয় মিংলেন অলি চুনবনি। ০।

নবেঙ্কো মোইরাং লৈমগী কোলোয় মিংলেন্দি কেগে মোইরাং লৈমা খয়োইরোল (থুমন চন্থ) সোগাইজম চন্থ তোইবী হায়না মিকৌই। লৈবা অসিগী মপাম লমদম নোংয়াই থুমন পুংদা থুমন তাউতেক কোয়তা সোইপাই হারেপ্পুং সোইথিং হাথাকমগী লমদম য়ৌনা কোলোয় মিংলেন শৈশক্লবী চন্থনি। অসিগুম্বা সোইথিং হাথকম সোইপাই হারেম্পুং হায়না কৌনরিবা লমদম অসিবু কবিদগী কৌনখিবনো হায়রবদি মবুধৌ থুমন মতিক চাউবা মথৌনা লৈবশিংনা থৌবাল লমদমদা থুমম্না মরাং হৌ নোংয়াইনা মতিক লৈনা পলিঙৈ মতমদা মনাই ওইবী চোংথাম চন্থগা থাইথিবম চন্থ থাইমুগা

মশা অনিমানা। লেমলৈ ঙাতাক্রপাতা। নোংয়াই লমথন ব্রূপাথী। থিংলৌ মিঙনা তেরাপাতা। নোংয়াই মনিংথৌ। অতোন লাইফেং-পাক্তা য়াকংখিয়ে। নতাইলেম য়িপিংঙাদা। লেমলৈ ঙাতাক্রপাতা। মিংয়েং সানথৈরকপাম্পু লৈয়ে। পোনপী য়াকাপা। চেকলা ছুমথিপাম্পু। চেকলা য়োমতমপৈ। লেমলৈ ঙাহাক্কম। য়ানচেং মকোনক্কমতুক্তি। থোঙলেন ময়িন য়ায়েয়ে। নোংয়াই মকাইকম। অতোন নম্বয়নেংপু বোইরাপাক্তি। নোংয়াই মনিননাই। অতোন ময়াঙ হৌঙেনে। হায়না য়াকংথোনকী। নোংয়াই মনিংথৌ। অতোন লাইফেংপানায়াহমল-কয়ে। নোংয়াই য়িমাইপা। মোইনম লাংপোকস্পূ নঙক্তি। কাইরৈ য়েলহিং থানা। নোংয়াই লমতম য়েংউরো। হায়না পাউসীথোনকী নোংয়াইমা তেংথানা। খুমনমা মীকোনবদি য়েনবাবু সোই-পাইঙ কৌএ। য়েন অমোমপু সোইথিংবো কৌয়ে। নোংযাই মমাইবা। মোইনম লাংপোকস্পূনা। য়েনপা অমকা য়েনমোম অমকা। মায়কৈ য়েলহিং থানা। ময়ান হাননা য়িমতাহনপাম্পু। কায়রৈ

---

মতাম্নোম অনীনা তুঙ্গোল থ্রাংদা য়াল্লগা ক্কম কাওতুনা লাংথোংনা থোল্লগা লেমলৈ ঙাচং তাঙ্গবী মংগয়োম অনীনা ঙা ফাজবিংঙদা খুমন লমদ লমথন লাইবু উরকপদগী তয়া ময়ম মায়কৈ পাংনা চংক্লগা খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেংবদা চংচ্ছথি। হে খুমন নিংথৌ অদোন পাঙ্গলবা হবুংঙো তাবিয়ু। ননাই গুইবী ঐথোয় অনীনা লোং থোম্মুনা লেমলৈ ঙাক্কখদনু উজরকপা থরা লৈরে। লেমলৈ ঙাযাম লৈব ঙাক্রুপ ঙাহা ময়াম লৈবা মকমদা চেকলা ঙাথিবা ময়াম্মা পৈতুনা লৈবম্মু চেক্লানা চেক্লাবু হাইহৎপা থরং চেক্লাগুম্বনা চাক্তারিবা মফমতুদি লমংদ লাইনা থজুনা থেংঙলেন লক্ষ্মী মশীং য়ারবু লৈরে। খুমন নোংয়াই নরমদম অদোন নখোয়গী নরমদবু গুইরবদি খুমন অথৌবা নোংয়াই অথঙ অহৈ কয়া চঙনা তাইনবনা ফগনি হায়না চঙ্গচ্ছরবদা নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেংবনা হায়রকখি। অতুদি খুমন ঐগী অমাইবা গুইনম লাংপোকস্প নহাক্না কায়রৈ য়েলহিং থাতুনা লয়দম অত্ত য়েংলুবো হায়না থৌদাথি। খুমন নোংয়াইগী মীশিংনা য়েনবাবু সোইপাই হায়না কৌই। য়েন অমোম্মুনা সোইথিং হায়না কৌই। অতুনা খুমনগী

য়েনমোম অমনা। কায়বৈ য়েনজুম ১৫ থুরাপাকী। মতুং কায়বৈ য়েনচা ১৫ পু কোকলে। লোইশী চীংকাবজেন। কাকজেন সাকামু। অবাং কোরৌ লো সা যাইনা। থুমনাঙ্গি চঙনা যাই। য়েনলাঙ্গি চঙনা চেনপিতে। য়াওয়ৌ সাত্তোকপা। তোরুমু মৈসাংপানা। থোংলেনমাকা সাম্লাপাত্তা। লয়পুং কোয়ছ্রাউপানা য়াওচাকাপায়া য়াওচাত্তে। মথিং মাকপা তেনজাপপ্রানা। কাপ্রচাক্লাপায়া ক্লাপ-চাত্তে। য়েনপা সোইপাই মপারীপু হাথানারে। য়েনমোম সোইথিং ময়োমলোনপু হাকোকনারে। অতুঙ্গোংকিপু সোইথিং হায়াকম। সোইপাই হায়েপপুংবো তৌনা কৌয়ে। নোংয়াই লমকোয়পুংয়ো। কৌপাতি কত্তৌনোংকিনো। ময়িম নোংয়াই মনিন নাইপাপু। কোয়ৌ হমনা কাং। কুমপি য়ামচেং লৌকলাপাকী। অমু নোংকা পায়পানা। কোয়ৌ নোংঙ্গা কানা। লাইচা য়িমীকুইলকী চীংঙ্গু নোংখৌ সরায়েন। অয়াং পাখং থংয়োইরেনপানা। লাইচা রিথোঙ ফাংমা। বাকয়ৈ মখূনেং। তোংচেং হিয়াঙকোকমাকা। থুমু

অমাইরা ওইনম লাংপোকশনা য়েনবা অমগা য়েল অমোম অমগা পুরদুনা মায়কৈ লাক্লা য়েলহিং থাদুনা মফম অদুদা অহানবা ওইনা য়ুমদাহনবা কায়রৈ য়েল অমোম অমনা মকুম তরামঙ্গা কোকলে। মকুম তরামঙ্গা অদুনা মচা মরামঙা ওন্নকলে। কায়বৈ য়েম্লাউ মচাশিং অদুবু মশা শাগল মুনা পানবা কাকয়েন্না কোরৌ থক্কা চেন্দুনা য়েম্লাউশিংদুবু পুখিগবরা হায়রম্ব চেনবিদে। অদুগা তোকপা লমহৌদোং ওইবা মমৈ শাংবম্ব চঙদনবা পনলোল থাবা মরম্মা লিন থারোনচিংবা লমপুংদা লৈবশিংনম্ব চীকপিদে। অদুনা লৈমক খুল্লক তেন পায়দুনা শা উচেক তানবশিংনম্ব কায়বৈ য়েনশিংসিবু কাপপিদে। অদুনা য়েনবা শোইপাই ওইবনা মকুমদগী য়েম্লাউ মচা ময়াম মথং মথং কোক্কনা কায়বৈ য়েনম্মান লৈনফম ওইবদগী মফম অদুবু সোইথিং হাথাকম সোইপাই হারেপপুং হায়না মিংথোনখি। অসিগুম্বা লমদমবু নোংয়াই লমকোয়পুং হায়না কৌমখিবসিবু কন্নিদগীনো হায়রবদি মতিক মগুন লৈরবা থুমন নোংয়াইগী লমদম অসিদা লো চুদনা কুম কাংদুনা থুমম্মা অবাবা তারবরা অমু নোঙ্গা পাবা কৌরনা কোরৌ লোংমদোনগী

নৌরোঙমাকাপু। লাইচা য়িরাকনানা কেনথশিরকয়ে। মচুমনী অরাই লৈমা। চীংঙ্ খাংপল চন্থুনা। মথাম কংলৈ মচুমমাঙতা। লোকখো পাকোন মানা। লাইচা য়িথাইমাপাক্তা মোয়াই থাম্বানা। খুমন লাইথানানা। অরাং পাথং য়োইরেনপাকী। খাকয়ৈ মাখুনেংপু। কক্তায়লমতা ঙাখিপানো হায়না। কোয়না কোয়না য়েংখিয়ে। অতুনোংকিপু নোংয়াই লয়কোয়পুংরো তৌনা কৌয়ে। খুমু নৌরোঙমাতি খাংপানিনা। কোরৌ নোংমাতোনতা। কেনা লংনা লৈরে। নোংয়াইনা তেংথানা। নৌমুবু তাউতেকরো কৌযে। তাউতেক মথুংস্নুপু। কোননা তাউরকয়ে। অতুনোংকিপু খুমন তাউতেক কোননাতারো তৌনা কৌয়ে। মপেন ঙাম্বরোল ফুংকা লাংলম য়েনশীনা। য়িনোংয়াই সোইপাই অহনপা। নঙতি নোংযাই লয়কোয় পুং। খুমন তাউতেক কোননাতাপু অসৈনৌরো। য়িনোংয়াই সোইপাই তাইপ চামপা। নঙতি কেকে লাইথোঙকা। থাংকা লিংপীচৌংপু অসৈনৌরো। য়িনোংয়াই কাইপী খুযাম পামপা নঙতি।

---

চৌঙ্ সরারেনগী মফমদা থাবী মংচঙনমা লাইনিঙ চেৎনা লাইজা ঈশিং নিজরুবদা চৌংঙ্ নোংখো সরারেন কোবা লাইপাথং য়োইরেনবমা লাইজা ঈশিংগী ঈরম ঈরী ওইনা চুহনবিবগা লোয়ননা হি মরু কোকপা অমগা নৌ অমগা লোয়ননা থাদবিরকখি। মতম অদুদা চৌংঙ্ নোংখো সরারেনগী মতালোয় মিঙথিবী অরাং লৈমা কোবী কোরৌ নোংমংলোনগী লাইহুরানা খুমন মখোযগী মশ্ মাঙদা তারক্লুনা লোক অচৌবগুম্বা লৈরগা ঈরম উথাই শেম্বীরবদা খুমন থাবম লাইফম পানা পুম্নমক্কী মীশিংনা অরাং পাথং য়োইরেনবা চৌংঙ্ নোংখো সরারেনগী খাকয়ৈ মখুনেৎ হি অতমু মফম কদায়রাইদম্ব তাখিবনো হায়না কোয়না কোয়না য়েংনখি। কোরৌ নোংজা অতুদগী হোৌমা মফম অদুমু নোংয়াই লয়কোয়পুং হাযনা কৌনখি। খুমু নৌ মক্রোল অতনদি খাংনা কোম্বৌ নোংমলোন্দা কেনা লংনা লৈরে। নোংয়াই লমগী মীশিংনা নৌবু তাউতেক হায়না কৌনৈ। অসিগুম্বা তাউতেক নৌ খুংশু অসিবু কোননা তাউদকয়ে হায়বদগী মফম অদুবু খুমন তাউতেক কোনতা হায়না সিংথোনখি। মবেক্কৌ ঙানবা শলাই ওইবী খুমন মুক্তা

নোংয়াই বুচিবা থোইতোম্পালপু অসৈনৌরো। য়িনোংয়াই লিকমন লামথপা নঙতি। হুয়রেম ময়কসি। কোময়া থোইতিংপালপু অসৈনৌও। য়িনোংয়াই থোংচু নাহা অতোনপা নঙতি। ময়ম লমলেন মতাইমা। নোংয়াই চেঙচাংলোই লমচেন বাপকাইপু অসৈনৌরো। হায়না মথৌ লমযেনখিরে। মযু নোংয়াই সোইপাই অহনপা। সনা য়িতা কাকপী। মপাম মোংয়াই মতাইমা। সনথোঙ মঙাং নৈমচা য়ুকোনপা থোংসারাই। মঙাং নিংথৌচা য়ুকোনপা থোংসেমলম। হাউরোক নানপা সাকপা থোংচৎলমরো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। মঙাং নৈমা য়ুকোনপানা থোংসাইরে। মঙাং নিংথৌ য়ুনানপানা থোংসেংরে। মসানৌ হাউরোক নানপা সাকপানা। থোংলেন সীংথোঙতুপু। চেৎতুম চেৎপরা হায়না। তাঙচা লুপু মেংনা। থোংলেন তি পিথকতা লানখিয়ে। কোরৌ অতুনোংতাকী। হাউরোক মানপা সাযপা থোংচৎলমবে তৌনা কৌয়ে। হাওতংলা তোংনানপী পাউচেনথোংপু। তোংনামপী পাউচেনথোংরো

---

শক্লোকপীনা হে ইশ ইনোংয়াই সোইপাই অহনবা কৌবা নঙদি নোংয়াই লম্বকোম্পূং খুমন তাউত্তেক কোম্নাতাগী লমদম অপিদা শৈশক্কতুনা নৈরো। অদুগা ইনোংয়াই সোইপাই পাহংজাবা নহাক্না কেগে লমদা নৈবা চীংঙ্ লাইগী লাহথোঙ কাতনা থাঙ্গা চী খোনা শৈশয়না নৈরো। অদুগা ইনোংয়াই কাইবী থুরামপাম্বা নহাক্না খুমন লম ওইবা উচিবা থোইদোম পালগী লমদম যোনা শৈশক্করো। অদুগা ইনোংযাই লিকমন লাম্থবা নহাক্না হুয়রেম ময়কসিগী পাংয়াদা তাবা থোইতিংপানগী লমদম যোনা শৈশক্কনা নৈরো। অদুগা ইনোংয়াই থোংজু নাহা অতোনবা মহাক্না লমলেম খুমন নরৈপুংদা তবা চেঙজেন হনবা লম লমলেন বাবগাই লমদম য়োনা শৈশক্করো হায়দুনা মাগী মাগী ময়মদু য়েনবিখি। খুমন নোংয়াই শোইপাই অহনববু পোকচবীগী মপাম লমদমদা নৈববু শম্বোং মঙাং নৈমচা য়ুকোনবা থোংশারাই মঙাং নিংথৌচা য়ুকোনবা থোংশেম্লম হাওরোক নানবা শাকবা থোংচৎলম হ য়না কৌনখিবদি কম্বিদগীদো হায়রবদি মঙাং নৈমচা য়ুকোনবনা থোং শাখি। মঙাং নিংথৌ য়ুনানবনা থোংহুবু শেমখি। মনাওনিপা

কৌপাত্তি কত্তৌনোংকিনো। নোংম্লাই উম্লম লাইপক থীগী। সিঙচা রাইকোইগী। য়েললাং থৌচংশীন্‌গিংনা। য়োইময়াই তাউত্তনপাপু খেনৰ্কাম্লকলে। য়্রির্মান য়াইখিং চাউপাপু লাকপাম্বা। হায়রম্না তিংনা চীংঙু নোংত্তম য়েংনা ভাইথমলমরে। অত্তুনো কিপু হাঙতংলা তোং- নাম্লগী পাউচেনখোং। মমান মচা য়াইখিং চাউপাপু। লেপনা নোংহাম্লথোংবো তৌনা কৌয়ে। তান্ন নামোই মচল। নাৰা চেঙচাম থোংবো কৌপাত্তি কত্তৌনোংকিনো। মখিম নোংয়াই মনিন রাইপানা। লংমাই খুনকুমকে। কাংত্ৰুক কাংনৌ খেংকে। রৈফোং মায়সা তানকে। রাইকোকপা লমলেম চেনকে। চীংথম রামৈ সংকে। থৌপাল লাইজা য়্রিয়া হেপকে ফায়পাকী। য়িনুং কৌপ সোম্ব- রকলাপাকা। নোংযাই চীংসোং অসৈপানা। অতোন মনিংথৌপু য়াহৌখিয়ে। মো যাই ইনিংথৌ ভত্তোন পুংফিপংরে। হিনুং

হাওরোক নানবা শাকবনা থোংগী থোংথোঙ অত্নবু চেৎলবরা চেৎতবরা হায়তুনা মমায় লুকথনা য়েংলগা শান্নিবা থোং অতুগী মপক্কা লানখবা কোরৌ গুমিৎ অতদগী হৌনা থোং অতুবু হাংদোক নাংবা শাকবা থোংচৎলম হায়না কৌনখি। হাঙতংলা তোংনানবী পাউজেন্থোংবু তোংনাংবী পাউ- জেন্থোং হায়না কৌবদি করিদগীনো হায়রবদি খুমন ১ম লামরংগী মরাংবক থীবী শীং খিবা কোয়চৎ চচ্চবী অমদি য়েঙ্গা নাপী থিজবীশিংনা গুমিৎ মুংশিন্নরে ইমান য়াইখিং চাউবতুবু ওকপা লাকবরা হায়ন মতক তিংৎৎলতুনা চীংঙু নো দমথোল মপা চাগবরা হায়না য়েংনা যেংনা ভাইজরম্মী। কোরৌ নোংজা অতুংগী মক্কম অতুবু খুমন হাঙতংলা তোংনানবী পাউচেন্থোং মমান মচা য়াইখিং চাউবা কৌববু লেপ্পা নোংহামখোং হায়না কৌনখি। অতুগা তান্ন নামোই মচল নারা চেঙজামথোং হায়না কৌনবনা করিদগীনো হায়রবদি মতুম খুমন মত্তিক মথৌনা লৈবক্লিংনা থৌবাল তুরেম্না কোঙ্গিবা লমদম ফাওবা অসিবু খুমন মংশী মথা পোলহনগে খুমন্দা লোই হাহনগে কাংক্লক কাংনাউ থেংনা মমায় পাক্লা হীক্লা হাইনা পানগে হায়বগী থৌরাং তৌবনু অহিংগী মতম লোইরক্লতুনা নোং ভাল্লকদোবা মতম ওইরক্লবদা খুমন নিংথৌ অদোন পুনসিবগী মক্কমদা খুমন অশৈবনা য়াকৈখি। নোংম্লাই

কৌপা সোয়রকলে। লংমাই থুনকুমলাসে। লৈমা ঙম্বামানা য়েন-য়োম খোমহানপাপু। য়েনয়োম খোমহান লোইরে। নিংথৌ ঙম্বামানা সারাউ লাললাউপাস্থং সারাউ লাললাউ ঙমতারে। থাঙাসাপা য়াংকেনস্থচানা লীসা তেনসা লোইরে। সিনাইপা খোংস্থ হুন-পানা খোঙথু য়াইথু মতোল লোয়রে। য়োইরেন নেমপীস্থ-চানা চানা থকনাপাপু য়াইকেরকলে। হায়না য়াহৌখোনবু নাঙা-ঙম্বাপাকী। তারি নমোই মচলনা। য়িনুং কৌপা সোয়তারিঙৈতো। ঙম্বা চেঙচামপাপু। নোংয়াই য়রমপু। মাকোং সারামচা। ঙরেৎ সেনচা হনবা। লাইরোং অতেপাচা। পায়মা জিনতাং সাংপা। চেঙপোন লোয়ামপানা পাউহংথিয়ে। তারি নামোই মচল। য়িমোম নারা য়োইপীরো। য়িনুং কৌপা সোয়তারিঙৈ। ঙম্বা চেঙচামপাতি কতৌপানো। হায়না পাউহংপাস্থং। তারি নামোই মচননা। য়িতু নিংথৌ নোংয়াই য়িরমপুরো। নঙতি তাত্রিপারা। ঙয়ম নোংয়াই মনিননাইপাতি। লংমাই থুনকুমকে। কাংত্রুক কাংনাউ খেংকে।

---

থূমন ইনিংথৌ অদোন পুনশিবা কৌবও। ঙ'স ইস্থংগী (অহিংগী) মতম লোইরকলে লংমাই চীংদোন্দা কোরেʼহনবʼ মশেক ফাওরক্লে লৈমা ঙম্বা চঙহনা চয়োম চেঙজেল শেমজবস্থ লোইজরে নিংথৌ পোংবা ঙম্বামকস্থ শারাউ লাল্লাউগদোরা ননাইশিংস্থ অদোম য়াথং ফংদবনা শারাউ লাল্লাউ ঙমদরে। থাঙজবা য়াঙ্গেনশ চানা লীশা তেনশা লোইজরে, মথৌ মশিল শীনবা হঙ্গবনা থুবোম যাই পাখোম য়াই হাপ্পবা বৌরাং পুম্বা পুম্ʼলাই লোইজরে। অচা-অথকী শিল্লম লাঙবা কাঙবুনস্থ চানা থক্লবগী থৌরাং পুম্বা লোইজরে হাযহুনা য়াকৈরোল শকচরি হায়না য়াকৈজরকপা খোঞ্জেল তাবদা তারি নামোই মচলনা ইস্থং অসিনা ঙান্দরিঙৈদা ঙম্বা চাকথোংনবা চেঙ চাখদা নোংমাই লম্বু ওইবা মকোং সারামচা ঙরেৎ শেনুংহনবা লাইরোং অতেপা চা কৌবা লোশিং শিংবা ঙম্বা চেঙ্গ পায়বনা হংথি। হে ইবেম্বা তারি নামোই মচল নারা মতম ওইবী। নোং ঙাত্রৌঙৈ অসিদা নঙনা চেঙ চাখবু করি তৌনবনো হায়না হংলবদা তারি নামোই মচম হে ইবুং নোংমাই ইনম্বু নহাকপু তাদ্রিব্রা? থূমন নিংথৌ মনাই অকনবশিʼনা হয়েল

রুকোং মৈসা ভানকে। য়াইকোকপা লমলেন থেংকে। চৌংখম য়ামৈ সমকে। থৌপাল লাইচা য়িয়া হেপকে। হায়পাকী য়িতু তাম্নি নামোইকীতমকপু। তরা চাকয়োমনাপাপু। চেঙচামকে হায়না পাউথুমখিয়ে। অতুনোংকিপু। তাম্নি নামোই মচল। নারা চেঙচাম থোংবে। মাকোং সারামচা পাউহংয়াইবো তৌনা কৌয়ে।

খয়োইরোল মপাম নোংয়াই লয়কোয়পুং। থুমন ভাউতেক কোনমাতা। হাউমুপা নো কা পামপানা। লাইচা য়িনিপুং। য়ারুমপী অরাই লৈমা। চৌংঙু চমুনা লোকলৌ পাকোন সানা। লাইচা য়িয়াপুং। নোয়াই সাইপকপা। থুমন সাইতাংপা। হয়রেম মোইমু থুমপা চমুনা। য়াউরৌ অচঙ য়াইমানপী সাখোময়াই। অতোন থিংলৌ চিপাক লোনচিয়াইপু য়াইখঙপাপুং। মতু লেমপা মোইমুচা অয়মপা। য়াউরৌ সাকী সায়োককোন। হৈরেম মোইমু থুমপা চমুনা। মোমমু সাংভিং মৈতা তেমনা। য়াউরৌ চিনথুনয়োই। সনথোং মঙাং লৈমচা য়ুকোমপানা থোংসেমলম। মঙাং নিংথৌ চমু

---

লান্দাহুনা কংক্রেক কাংনাউ খেজে উফোং মৈশা ভানগে য়াইকোক লমদম য়োনা চৌংখম নামদম শমগে থৌবাল তুরেন্না কোনবা লম্বু লম থোপকে হায়বগীবু ইথুং তাবি নামোইগীদমকপু তরা চয়োম হাপ্পবা চেঙ চামগে হায়না পাউথুমজখি। কে বৌ নোংজা অতুদগী হোনা মফম অতুবু তাবি নামোই মচল নারা চেঙজাম থোং মফোংসারামচা পাউচংয়াই হায়না কৌনখি।

থুমন চমুসিগী মপাম নোংয়াই লয়কোয়পুংদা থুমন ভাউতেক কোম্নাতা হাউমুবা নোঙ' পান্বনা কোংরৌথক্কী লাইজা য়িনিবা পুং চৌংঙু নোংথৌ সন্নারেনগী মতালোয় অরাই লৈমা লাইয়েম্বীনা থৌজানবিতুনা লাইজা ঈবং ঈপাক কোন ওইনা ঈশিং ঈয়াবিবা পুং অদিদা নোংয়াই থুমন লমদমদা শাইদাংজবী হয়রেম মোইমু থুম্বা চমুনা য়াওরো শা অচঙববু থোন্ননবা য়াই অতুগা ওকলেন ময়া অচৌবা য়াইচেনববু খঙলকপা পুং মোপ্‌ লেম্বা মোইমু চা অয়ম্বানা য়াওরো শাগী শায়োক কোন ওইনবা মফমদা হয়রেম মোইমুথুম্বা চমুনা মৈদা য়াইবগী য়াওরো অয়াইবা শাবু শম্বোং মঙা' লৈমচা য়ুকোনবনা থোং শেম্বদা য়াওরৌহুবু চানা চানা শম্বোং মঙাং লৈমচা

মানপা থোংসারাই। হাওরোক মানপা সাকাপা থৌচংবাই। তাবি মামোই মচন। নাবা চেঙচামথোং। হাউরোক মানপা পাউচৈম-থোং। মমান য়াইথিং চাউপাপু লাকপরা। হায়না লেপনা নোংছাম থোংপু। পুমনা চননা অসৈনপা চম্থু। খয়োইরোল লোয়রমপা চম্থু। খোইয়ম লাইরৈমা। য়োইপু তোইশি সনা মমিংলৈনপু নিংথোংকাপি। পায়মা সনা রুনকোইম্নুংকী।

## ৪৮। পুরিকলাই মুংনাং তেলহৈপা

নমু য়িরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই মপা লয়মাপা। কেকে পোংলেন হনপা। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাবো তোমা কৌএ। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। য়িয়ু অচাউ লেপকাতা। ঙাঙোই সাংম্থু লমফংঙারিঙৈ। মপল পমথৌ নিংথৌ। ঙাঙোই পোংলেনহ-পাপু।

মুকোনবনা থোং শেম্লম্বদা মঙাংনিংথৌ চম্থু নানবা থোংশাবানা শাবা মতমদা হাওরোক নানবা শাফবনা থৌচংনবা মতম তাবি নামোই মচন নাম্বা চেঙজামথোং হাওরোক মানবা পাউচেম্থোং মমান য়াইথিং চাউববু লাকবরা হায়না লেপ্না লেপ্না ঙাইরম্বাথেংগী লমদম য়োনা শৈশক শৈশোম্নবা চম্থু খুমন য়েক ওইবা লোয়য়ম্বা চম্থু খোইয়ম লাইরৈমা য়োইবু তোইবী হায়না কোলোয় মমিং থোম্নগী শেংলবা পায়মা সনা শিম্নোম্নংদগী।

## ৪৮। পুরিক্লাই মুংনাং তেলহৈবা

নবুখৌ ইবাং পুরিক্লাই ঙাঙোই লৈবাক মপু কেগে পোংলেন হনবগী কোলোয় মিংলেন্দি ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবা হায়না মিঙোই। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা অঙাং নাম্বা মতম ওইদুনা কাঙদোং ফাদরিদৈ মপাবুং ঙাঙোই নিংথৌ পোংলেন হনবা থোররী শাংদোম্নাঙনা

সিঙলেন হাননা য়ামমা সেংনরা। লৈরাং য়ামনা থাইনরাপাকী। পলেম নমা থয়োইরোল। লোইয়মপা চমুনা। কৈরা তানতা থোং। লোকলৌ চাইচি য়িনৌ হামনা। নাউয়োকপাপু লাংচেং মেমনেম মকারক। লাপা কাঙকৈ লোন। মপারীপু নাউয়োকলকলাপাতা। পলেম মমা থয়োইরোল। নোংয়াই অঙনপা চমুকা। পলেম মমা মচাপু। সমু পালোয়নানা। তুপি য়োইকোনমুংপু য়িনতাললকলে হায়তাপারা। লাইরেল সনা মখোঙথাতা পুক্রমলাপাপু। লাইরেল মৈত্তিংঙু। থোংনাং ময়ামপামা। থৌচাল ফুংসি মাযয়োকনানা য়োইচানঙমম্রে। লিকলাই সনা মযাথং। তুপি মপাউমেনপু। লাংপন চীংসাং থোঙরেন হীকুমনা রাহমলকযে। ভাঙোই নারা অখপা। নঙপু নপল পনথৌ নিংথৌনা। অচাউ লেপকাতা। সাংমু লমঙমতানা। করম হুললাললাপানো। পনথৌ নপা পোকমাপাত্তি। কোরৌ নোংতামতা। থপা নোংলেপতানা। কৌখা চীংতোললং অথোইপা। পামেল নানপা বুরোই নঙকুমপাপু। তুপি ইখোঙথাদা

---

চহী কুমলাং কযাগু ঙহদ্রিবা মপারী নারা ওহবগা মতাসোই থয়োইরোল তোইবা কৌবীগবু কেগে মোইরা' লৈশাক্তা থম্লগা কোরৌ নোংমদোন্দা অমন নোঙ্গাখিবা মমা ইবেম্মা থয়োইয়োল লোযযবা চমু তোইবীনা মচা ইবুংঙোবু মতম্বাক্তা নাউকোন্না থো:া' চাইচি ইন্না যোক্লক্লবা' মফুংদা মমা ইবেম্মা থয়োইরোল নোংযাই থুমন চমু পলেম ময়া অপোকপীনা মমা মচা মথোয অনী লোযননা পোইরৈ মৈতৈ সনা কোতুং য়োনবা কারকখি। কংলৈ সনা পুং যৌরগা মৈদিংঙুগী সনা মথোঙ থাদা থুক্রমজররে। মতুদা লাইরেল মৈদিঙু থোংনাং ময়াম্বা গরিবনিরাজনা থৌজানবিবগা লোয়ননা হয়াউ হরাউনা শুনা চান্না তৌখিরম্মী। অতুগা কংলৈ মৈতৈ নিংথৌরেল গরিবনিরাজনা লাংবল থাদা লোইবী চীংশাংদগী লোকপা থোইরেনগী থোই-হিঙম থুন্নবা নিঙখিবা অতম্মা রাহৈ খোনফম্না হায়রকখি। হে কেগে ভাঙোই লমগী অপিকপা অঙাংও নঙমু নপা নি'থৌনা অস্থক পীক্লিবা নংবু তাইবং মপুংমকম্থ ফাদ্রিঙৈদা কথম্রম্থ হুন্দোক্লম্রবনো। পম্থৌ নপা পোকমাব' মোইরা' নিংথৌজুনা করিগুম্বা নোংজা অমত্তদম্থ নদোম তোমশাংপা পামেল উরোই

ভোয়নাৱাতাপানো। লাইরেল ৱিথৌচাল থ্ৱিরল্কু। কৱিকুমপা অমতাপু তানকংচাখিভে। তমপা মখিললক। লাংচেং মকারক। পাখং তেনচৈ মখিললকপাতা। মপারী লাংকোনতা। মযোম নাউ-য়োকলমতানা। কৱিকী অমন সিকুম থাঙখিপানো। পনথৌ লেপলৌ সানা কোনকুমপাপু। লাইরেল ঐনা লাংকোনপিৱাকে। লহান ৱিযু নিংথৌ হাকথকতাস্তং। কেকে সেনচঙনা। পাইরৈ পাইচঙনানা পাললকপা। কেকে ৱিঙাইরেনতানে। য়িমোম তমপা থাঙমলোনপু পীনা নাউয়োকপিকে। নাৱা কোলোয় নমিংথোনপু। নমু খেনলৈ পামপা। ঙাঙোই লয়তাং লানথপা। থোংনাং অসিথা কাপকী কোলোয় তংখাই লৌনা খেনলৈ মুৱা লানথপা। হায়না নিংথোংপিকে। হায়না মিংথোংখিয়ে হায়তাপারা।

নয়োল খযোইরোল লোইয়মপা চমুতা। অনৌপা অমরক থাহমলকখিয়ে। হে খয়োইরোল লোইয়মপা চমুরো। নপারী অসিপু। অচাউ লেপফানা। সাংস্থ লমঙমনাপাপু চেংনা নাউ-য়োকচৌও। হয়েং তনপা নিপা থোকলাংনে হায়খিএ হায়তাপারা।

মনাম তাৱঙবা নঙবু নিংথৌ ঐগী ইনাক্তা পুরক্নুনা নঙবু ঐনা কৱিগুৱা অমকাওবা পীথিগ্রি। হৌজিক্তি পাখং লাংচেং মথোক কাগে হায়বগী চাউরক শাংলক্লবা অসিগী শক্তম উরগা কৱিগী হন্দোক্লমঙনা কোৱৌ খোঙ্গা তানগ্র-বনো। হৌজিক্তি পম্বৌ নপা পোকমাবগী মত্তৌগুম্না (পম্বৌপানা) নিংথৌ ঐনা নঙবু য়োক থাক্লগনি। থাইনা নবুথৌ মোইরাং নিংথৌ হাঙক্তস্থ কেগে মথোয়গদি হপেল ইবাই ওইনা ঙাই শেল গুহন্দুনা পানমিন্নরকপা ইঙাইমক্লি। অদুনা ঐগী ইমোম তমপা থাঙমলোন অমবু পীংগা নঙবু য়োক থাক্নুনা খমগনি। অদুগা নাৱা নঙী কোলোয় নমি থোনস্থ নবুথৌ খেনলৈ পাম্বা ঙাঙোই লয়তাং লাম্বা থোংনাং অসিথা কাবগী কোলোয় মমিং মতেক লৌরগা নাৱা নঙবু ঐনা ওসি কোৱৌ অসিদা খেনলৈ মুৱা লাম্বা হায়না কোলোয় মমিং থোনবিরগে হায়না মমিং থোনবিখি।

নবেক্তৌ খয়োইরোল লোয়মবা চঙদা নিংথৌনা অমুকা হায়রকখি। হে খুমন লোয়মবা চহু! নপারী অসি চাউননা নিঙখিনা থাম্না চেকশিন্না

মপল থয়োইরোল লোইয়মপা চন্নুকা। মপারী কেকে পুরিকলাই। খেনলৈ হুংনাং তেলহৈপাকা। লাইরেন সনা মথোঙথাতা পুক্নম-লমলাপাক্সা। উনবি পুকনিং হুংঙাইনা হলবাইরকলে। হে য়িবাং পুরিকলাইরো। খোইয়ম মতিক য়াওনা নাউসেমপা। মপল পনথৌ নিংথৌ পুরিকলাই মপারী। ঙাঙোই হুংনাং তেলহৈপাতি। কোয়ৌ নোংচা খুত্তিংতা। লোইতাম নিন্দমাং থাচাকুম। লাংচেং নেমনেম মকারক। লোকলৌ ভপোপ কাকুম। চেংলৌ সবথোং মঙাম-নাইরকলাপাতা। সেনলোই মপাতাউ। পুম্নুং সাংনালোই। লাংম্নুং মরোয় মাঙলমসিংকা। পাথৌ লেংতিননান। লয়পুং য়াকারক-খিরে। থাংচেং পোংপৈনরকলে। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হনপাতি। খোইয়ম সনা মথোঙথাতা। কোরৌ লনসা-চামনকী। চীংঙু লনকু লৈনা নাউনৌরাপানিকিনা। নাবা মথুরিঙৈ-কিপু হৌনা। পাথৌ লেংতিন মমাননাপা পুমনামাম্নুং। তাঙচা

---

য়োক্ক থাকউ। হয়েং মানা চাউরক্লগা চপ চবা নিপা অমা হায়কহু ওইরক্কদৌরি হায়না হায়বিথি। বারম অসি তারগা পলেম মমা খয়োইরোল লোয়য়ম্বা চন্নগা মপারী কেগে পুরিক্লাই খেনলৈ হুংনাং তেলহৈবগা অনীনা মৈদিংঙু থোংনাং মমাম্বগী সনা মথোঙ থাদা থুক্নমজরম্লগা পুক্নিং মকা লায়া হরাউ তয়ামজনা হক্কবকথি। চীংঙু খোইয়ম লাইগী থৌজাল য়াওনা শেম্লক-পোক্লক্লবা মপাবুং পন্থৌ নিংথৌগী মচা ইবুংঙো ঙাঙোই হুংনাং তেলহৈবদি কোরৌ হম্নিং থুদিংদা নিনমাং থানা নোংম নেংমগী চাউথংলক-পশুম অঙাং নাব অসিনা নেমনেম্লনা অম্নম অম্নম মরেপ তানথংলক লোক্তা হৌবা লোক্লে পুলৈ ময়ে ম্না তনৌ তমৌনা হম হম ঊনথংলকপশুম অমদি চেংলৌ শক্নম্নুং অম্নম অম্নম নিঙথিরকপগা লোয়ননা হৌমিন কামিম্লবা মপিজা অমদি খরা চহী হনবশিংগা অমম্নুং মমাম্লবশিংগা লোয়নন৷ লৈপুং য়াকাবা ঙমজরকলে। ময়াম মরক্তা খিনবা ঙমজরক্লে। মপাবুং কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেন হনবদি চীংঙু খোইয়ম লাইগী থুয়াদা চঙজদ্নুনা কগ্না লাইনিঙ পময় চেংচবা ময়ম্না চীংঙু খোইয়ম লাইগী থৌজাল য়াওনা পোক্লকপা ময়ম্না পুরিক্লাই হুংনাং তেলহৈবদি অঙাং নাবা ওইরিঙৈদগী হৌনা

য়িকাইখুমনৈসে। লাইরেল মৈত্তিংঙুকী লিকলাই মপান্নীনা। লাংকোই সায়াঙথকতা। সনা খোকথে মরোল য়ামপান্সিংকা। খোঁচাল পুকমাননানা। যুনপী মখল নাইত্তানা ঙাইরোইনাপাপু। য়িকা ঙাকুম খেয়াংখাং। লাংপন ঙাকুম থরাই চাংতোল লাননা চোংনিংলক। লাংপল লুচেন চেককুম হেনমোইরকলাপাতা। লাইরেল মৈত্তিংঙু মোংপোক কোয়য়েন লময়েং খোঁপা। মেতু লোইখোমপা। খোংনাং ময়ামপানা। মমোম তমপা বাংঙমলোন। তুপি চৌংলাই লৈমা। লাইরেল কাচেং ঙানপা চনুপু। মপল মোংপা থাঙডা নিংঙোলকাতা। লহানমোংকী খোংনাং মন্নাংলৈমা। লাইরোংলেমপী। লৈরুম চেংপী। লৈরুমলাংপী। মেৎপী লাইপী। মরিমানা য়াতা-তরিউে। তমপা বাঙমলোন অঙানপা হেলোই চঙপী। বাংঙম হৈনা খোঁখিংফতাপীনা হাননা য়াতাপা। খাপা সোকচেংপা মতাইরেম। লোইয়ম নাহা হংপিচানা। তমফা কোরৌ অবাংপীপু। হয়রাং নাকতা য়েপনা পাউথেমবাই। মপল মোংপা থাঙডা নিংঙোলকাপু।

---

মমান্নবশিংনা মহাকপু ঈকাই লনথুম্নরকই। লাইরেল মৈদিংঙুগী মচা ইবুংঙোনা লাকোই শগোল শয়াঙ মথক্কা তো'বা ত্তম্বু নিংথৌ মচা ময়ামত্তুগা পুন্নিং খোয়জেল তিম্নদবা লৈতনা তম্মিন্নতুনা লোয়নরকপবু ইঙা থাদা লেমলৈ ঙানা কাবঙম ইবোয়দা লোয়নতুনা অমদি লাংবল থাদা লেমলৈ ঙানা থরাই চাংদোল রাংমা লান্না চোংবঙম মত্তিক মথৌনা অঙুম লৈথৎলক অমদি লাংবল থাদা চেন্নাশিংনা মশক মত্তৌ নিঙথিরকপঙম মপুং ফানা ফজরক্রবা মতমদা লাইরেল মৈদিংঙু মোংপোক কোয়রেল লময়েং খোঁবা মেতু লোই-খোম্বা খোংনাং ময়াম্বনা মমোম তম্ফা বাংঙমলোন তুবি চৌংলাই লৈমা লাইরেন কাচেং ঙানবী মচানুপীবু নিংথৌ মাপী নিংঙোলকা, থায়না খোংনাং মন্নাং লৈমা লাইরোংলেম্বী, লৈরুম চেংবী, লৈরুম লাংবী অমদি মেৎপী লাইবী ও মক্কা হিপ্নদরিউেনা তমফা বাংঙমলোন অঙান হেলোই চঙবী পাম্বোইবী মনিঙ তম্বী খোঁখিংনবীনা হান্না য়াতাফম ওইবা কা, খাবা শোক-চেংবগী মমাং লোয়মম নাহা হংবিচানা বাঙমলোন পাম্বোইবীবু তাউজিং হয়রাংবু নাক্তা য়েপ্পা পাউথেমজবা মপল পম্বোগী মোংবা শঙায় য়ুমজাউগী

লমকা হৌনা মরোম রাঙমলোন। কেকে মোইরাং লৈমা। সেনবী মুরাং লানথবীপু। মপল পনথৌ নিংথৌমা। য়িরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলকৈপাত্তা। মরান লুহোং খোঙথোংপিরকলে হায়তাপারা। কেকে পোংলেন হুনপা। য়িরাং পুরিকলাইতি। মুংঙাই মরাং কায়না। পোইরৈ সনা পুংত্তা। নিংথৌ মঙাই অপান-পাপু রোইনা। পাললাপাত্তা। পোইরৈ চাপা থুং। পাথং মমান মরোয়সিংকা। মৈতিংঙু সেনবী থাকেমপা। লৈকাই সারোন পোংপৈকম। পোইরৈ থাঙত্তা কৈথেললেনত্তা। লাংকোই খোঙরোই-নানা খুরুপ মানপল হৌ। কাঙচৈ হুমতং পাসাননা। নাইমু পানচল তানবাপাপু। নমু মীমাননাতে। লাইরেল মৈতিংঙু থোংনাং ময়ামপানা। চোয়নৌ সনা য়াখিলহলনা। তরেৎ সেন্দুংহললে। তুপি মথৌচাল। লাইরেল মরনকূকীপু। ময়ু নোংনেম লমহাইথোং। পুরিকলাই নানপা সারাপা মসঙলেনতা। তয়ম নাইচা লাবহললে। থাফম সিঙসূহনপানা। নোংথোল ত্তেংমায় খিলহলএ। ফমথৌ

---

নিংঙোলকাবু মৈদিংঙু চহু রাঙমলোন কেগে মোইরাং লৈমা শেনবী মুরাং লান্থবীবু মৈদিংঙু মপাবু নিংথৌনা পুরিক্লাই ঙাঙোই ফুংনাং তেলহৈবদা লূহোংবিরে। কেগে মোইরাং নিংথৌ পোংলেন হনবা পুরিক্লাইদি মতৌ অমমা ফুংঙাই মরাং কায়না পোইরৈ সনা পুংময়োন্দা মৈদিঙুগী মমাক অচানবা ওইত্তনা পালবদা চাবা শেংপা রাংপা লৈত্তনা মনিঙ থুংনা পাথং ওইবা মমারবা মশিক্লাশিংগা লোয়ননা থায়-গী মবুধৌ মৈদিংঙু শেনবী থাগেম্বা সনা হাক্তক্তা লৈকাই পানা খুদিংগী মীযাম লাক্তুনা পৈনফম গৈত্তে থাংঙা কৈথেল অচৌবদা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা কমা কমা থুনিঙ খুমাং পূমা চোংহমা কাঙচৈ শাম্ববদা নাইহু পাঙল থোইবা মশী মাপা তাম্নবমু মমারবা অত্তেগা ইমান মামদে অদুনা লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা খৌজানবিবদগী কানা হনবদা চঙবা হৌনবা সনা কচ্চহল্লগা শেন্দুংফম ওইহল্লি। অমুনা মথং মথং মৈদিংঙুনা চানবিদুনা মবুধৌ পুরিক্লাই নানবা শরাবনা লাইজা ঊশিংনা হেনবা মোইরাং লমদা শাল্লম্বনা লিংথৎলম্বা নাহারুপ শঙলেন অদুগী নাইজা লাকপদু অমদি থাবম শিঙশু হনবা ওইবগা লোয়ননা নোংথোম

ক্ষমথোল কাপা। নিংথৌ পোংপালকতা। পোইরৈ চংরাংহায়। রাঙম মুথা তেমনা পাললে। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। লাইরেল মৈতিংঙু থোংনাং মযামপা। খোইয়ম লাইপু মিঙপা। চীংঙু রামচন্দ্র মামুংপাপু। লাইরেল রুনগী পুকনিং লেপনা। চীংঙু সামন লীকিমনকী। মাইক মথোই কাপামা। হাউরৈ নোংচুপ থানা পাংপা লম। থোংনাং মঙাই নূংতোংচীংপু কৈনা সম। লাইচা যিতুয়ৈ তুযাই লমমুংসিপু কাননাচোং। থোংনাং বুরাই ফানচম য়ি। ময়াং থোপা ফিসূপা। রুতি থমকেংই য়িতা। তুপি রাকয়ৈ থোঙবোইনা। খুমু পালোইনানা। কুবাই য়ি হিলান। লাংমুং মপাল ফকনা পনথেংনোং। রাম লথমোন সনা থোঙথোং চীংতা। থৌতু নূংখিল তামহৈতা। তুপি হৈনা মতুংয়িন। লাইরেল সনা মমৈ বাইনা। হুয়েল লানতমথোপাকী। লাইরেল মৈতিংঙুনা রাহমলবয়ে। মাকলৌরেম ঙাঙোই খেনলৈ নাঙা অসিতি। তুপি হৈনা যিতুং

---

তেংমায়থিনবা হাযবা যমম্ভ ওইহনখি। অক্লম্না ফমথৌ অঙথা ওইদুনা নিংথৌ পোংবা তরাগী মরক্তা য়াওরগা পোইরৈ লৈবাক অসিগী রাযেল থোংগাদা ফুগী অঙাং অহেল লক্ষন পূম্নমক্কী অফ-ফত্ত য়েংশিক্কুনা লৈবাক ঙাকপা ওইনা পাল্লমমে। ঙংঙোই মুংনাং তেলহৈবদি পোইরৈ মৈদিংঙু নিংথৌরেল থোংনাং মযাম্বা চীংঙু খোইয়ম লাইবু চেৎনা নিঙ্গকবা লাইনি হায়না নিঙনরবা অযোধ্যাগী শ্রীরামচন্দ্রবু অচেৎপা পুকনিংগং লোয়নদা কন্না নিঙ্গকবগী খোঙাল মস্তিক চানা ফংজবদগী মৈতৈ লমগী থা নোংচুপ পাংথ-লমলোমদা লৈবা থোংমাং মঙাই তুংদোং চীংবু তুবৎ লাল্লগা লৈব তুয়াই তুরেল লাখোক্ত না অমদি থোংমাং কাছাড লমদা চেঙ্খিবা খাই তুরেলগী ঈশিং অক্লবা ময়াং থোবী ফিশ বশিংমা উতি চুথা ঈশিংগুম্বী হায়দুনা অমোৎপা ফিরোল শুনবা ঈশিংদা মৈদিংঙুনা রাকয়ৈ হিথক্তা খুমুনেম্না ছোক্লগ খাই তুরেল লাল্লুনা থৌবোম মপাম্বী অমম্বং খিকলোই লাং-চিংবা ফুক্লগা তেজোল শাতুনা হুয়েল লানশোক্লখিবা শ্রীরাম লক্ষন মচিম্নাউমা চহী ১৪ রুদা লাকখিবদা মৌরক্লথা মকমনি হায়দুনা থৌত নূং খিক্লমতেদা মৈদিংঙুগী হৈনা মতুংইন্না হুয়েল লালওং হুমজহোবা মতমদা মৈদিংঙুনা

য়িননা। হুয়েল লানতমপা অসিপু। তথেল লোইলম মচেং মাকী। চাইহু মনিননাইপাপু। হুয়েল লানমিং খানৌরো। অসুম লনকুপি-থিরে। লাইরেল মৈত্তিংঙু থোংনাং ময়ামপাকী। লিক্লাই নোংসা মৈরুঙ রাযনা। হুয়েল লানতমলৌপা। তথেল চাইহু ঙমপা। পুরিকলাই মুংনাং তেলহৈপা। খয়াং সথোমন। চুঙসেন মরান হৌতি অতুমুং মতোমতে। লাইরেল মৈত্তিংঙু। লাংমুং লোইথোমপা। মঙাইতাং লমলোকপা। হুয়েল চিনাইসোম অথৌপাপু। কায়না হুনপানা। হাওবৈ নোংগোকলা পাংপালম। যিংথি লাইচা কাননা চোং। যিমু লাইচা য়িরান থোপা। থপা লীকচাকতোপপাপু নাতৈনানা। সেনপী চককৈঙান। বপো ভংলৈঙান। য়োইময়াই তাউতনপা। য়ারা মপাউ চাউনারম। নিংথৌ খাকী নাহা সাফাপা। বুমৈচা নিঙথিপানা। সনা হংচৈ খুংতাসু। লুপা হংচৈ নামৈ য়েপ। হুমিং সনা থোঙহাংপালম। মলুমপী নিংথৌ কাংপা চম্নুনা। লাংকোই চুপলি কোনচল পাযনা থৌখামরাই। অঙানপা সনা মাইকোইলম।

হায়বকথি। মাকলৌরেম ঙাঙোই খেনলৈ নাহা আসদি মৈদিংঙু ঐগী ইতুং ইমুনা হুয়েল লানগী লানঙংবু লান্দমজবা অসিথু হেন্না থঙনবা তথেল লোইলম মচেং অগগী চাইহু লমকেংপশিংবু নঙীনি হাযনা হুয়েল লানমিং থাজরো হাযনা থৌজানবিথি। অতুম্না লাইরেল মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা গম্ভিরসিংহ মহারাজ নোংশাগুম থৌবগী সনা মতুং ইন্না হুয়েল লানশোক লালওংনচংবা তমজহৌবা তথেল চাইহু ঙম্বা পুরিল্লাই মংনাং তেলহৈবা কৌহগী মতিক মথৌনাদি অসিনম্ব লোইবা নতে। লাইরেল মৈদিংঙু লাংমুং লোইথোম্বা মঙাইনাং লমনলোকপা হুয়েল লান্দা চিনাইশোম কৌবা অথৌববু লানঙম্লকপা মৈদিংঙনা নোংপোক মাযকৈ পাংবলমদা লৈবা যিংথি তুরেলগী ঈশিং ঈপাক অচৌববু লানবদা থৌন লৈবা মমল য়াম্বা লীক কোল ঙক্কা থবাক্কা শিবা পোং যাম্না খোবপা লম্বু লাংহোক্লগা লৈবা শেনবী কবো লমগী খুন্দা অহানবগী মফম ওইবাকোংথৌহনবা হুমিংকী মঙাল হান্না তাবালম থাগী নাহা শাফবা, (হুমিং) মঙাল মৈথুন পুবা মিঙ্গথিনবা অমম অঙাল পুরহুনা মথৌ তৌবদা অয়ুকী অহানবা মতমদামশেক মঙাল হান্নাতাবা লমদা নিংথৌ কাংবা চম্নুনা

থাকী ফাং ফাং নিংথৌপু নাতৈনানা। চোয়নৌ সনা মপাললা। লুপা মহয় য়ানপা। সোয়তোক লোকথায়ি। ঙাচিং সমদাংগী সানরোনবাইপু ঙমলোননানা। ঔরা থোঙলেনলাক। লমলেন তুহাং লমঙ্খংসি। মেতু খুনলেন লৌতা। হুয়েল লামতাঙৈতা। লাইরেল হৈনা মতুংয়িন। তুপি সনা মমৈ রায়না। হুয়েল লাললোয়নথিয়ে। সেনপী থামরন মথিনাই। পোইরৈ মরাং হৌনা। হুয়েল লানসোক থমথেংনারাপাতা। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। তনপা মথিনাই। য়াংকোই সাচয় থোমরোম য়ৈ। খুরুপ মানপল হৌ। সেনপী মায়য়োক য়ানা। হুয়েল লানসোকনাপাপু। থামরন তনপা মীথনথায়। থোয়মা মমায় লয়তাপা। নানপাসা রোকলেন তোমচং কাওকুমপানা তিমেন মাখুংসূপু। খূংপাক তিলাইমেন। তিমেন হুংসোল লয়না কেললকপাপু। মালেম লয়তা তুরে। থামরন তনপা মীথনখায়তি। লানফম খুংসূ থানা। তিমেন খূংসূ হাওলা-পাকী। হকথেং ফংকে হায়না। য়ারেন খোকথৈচীক। পালেম

কোরৌহনবা মাগী লাঙ্গোই শগোলগী খুংপাইফমদা লুপা তোপ্পবা চুপ্পি পায়দুনা থোথামজনদা কোরৌহনবনা লয়শিক্কু না মঙাল হেন্না তারমা লমদা পানবা থাগী নিংথৌ ফাং ফাংগী লমদম লাক্লগা লৈবা সনা লুপা ফংবা সোইতোক লোকী ঈশিংদা ঙাচিং মাকোই শাংনা পানবী য়াম্না লৈবা লোকপু লাক্লগা ঐরাগী লমথৈ ওইরক্লবা লমলেন তুহাং কোবা লমগী মেতু কৌবা খুনগী লৌফমদা হুয়েল লান্দাখিবদা মৈদিংঙু গী সনা মতুং ইন্নুনা হুয়েল লানশোক্লবদু য়াওজখি। লানফম অদুদা থামরন লাম্নী লমকেংপশিংগা পোইরৈ লাম্নীশিংগা অকনবা লান শোক্লবদা কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা নিপা ওইবগী মকদ্বি মুদোক্কু না লাঙ্গোই শগোল থক্তা শাজে ওই য়েং থাদুনা শগোলনা মথোক ৪ পুল্লা চোংনা তেল্লদুনা থামরনশিংগা শোক্লখিবা লানফমদা থামরনগী মকদ্বি মরিংজেল লৈবা মমাম্নবা মায়য়োক্লবদা মমায় লয়ত্রবা লানবাসা কৌবা ওক তোমচংকুমনা তিমেন তা মখু-শু অদুবু খুংপায় চেংনা পায়রগা উক উক লৈয়দুনা হক্লকপদা য়ৌদদুনা লৈবাক্তা মুংদুনা লৈরে। থামরন অথোবদো মখুত্তা খুংলায় য়াওদদুনা খূং হাওলবা অদুগদি খুংকা

কাঙতেল লুরোই শূনা তানচিললকপাগু। পুরিকলাই তিমেন মখুং-শুনা। খুনগী খনুং খীংনা। মালেম লমতা থিনথুরে। থাঙলেন চেপনা হাই। লুবক কাঙতৈ থি। খৌনাউ লোনথোঙ লেললে। হকচেং মমাম লমনা। লালু চোমায় ফোয়রে হায়াতপারা।

কেকে পুরিকলাই। খুংনাং তেলহৈপা। থম্মাঙ মখোমনতি অতুমুং মতোমতে। লাইরেল মৈতিংগু নোংচুপ পাএহৈপানা কেকে ঙাইতে লোকোনচুংতা। থোংনাং তখেল ফাময়ানানাপা। সংত্রাচিং মায়ন লানথোয়াঙপু কায়না হুনপানা। চকপা অংকো য়ি। য়িংথ য়িয়াচাউপু। লাইচা য়িরম য়িননা ছয়েল লানতানোংতা। লাইরেল হৈনা মতুংয়িন। তুপি সনা যমৈ বায়না। ছয়েল লালোইনাথিপাপু। নোংপোক বায়রং লমমাথাঙতা। চীনজেন মীকা কেংনবা। য়াথং পাউথি থোকনারাপাকী। তনপা কাচক হৌনা। লাইরেল সনা মথোঙথাতা। ছযেল লানসিঙনখয়ে। নিংথৌ মমাম্নপা। সনা

---

থংকা খেংনরগে হকচাংগা হকচা গা খেংনরগে হায়রুনা ময়া ক্রক ক্রক চৌরা পামেল উগী কাংদেল থংচাবা অমা পায়রুনা হানশিংকপদা মোইরাং নিংথৌগী খুংথ তা অদু হুনকপদগী হকচাং ফাওদনা পাম্লরুনা মালেম লৈমায় থক্তা তাহুনা লৈবে। মতম অদুদা মোইরাং নিংথৌন চোংশিল্লক্লুনা থংগ থাঙলেন অথোবনা মঙক কক্লুনা মশাগ মকোক্তা তোঙান তোঙান তাহনখি।

কেগে নিংথৌ পুরিক্লাই খুংনাং তেলহৈবগী মতিক মথোনাদি অশিনম্ম লোইবা নত্তে। লাইরেল মৈদিংগু নোংচুপ পামহৈবনা কেগে মোইরাং লমগী ঙাইতে লোকোনগী লোকমদা নোংচুপ লমগী তেখেল লাম্মীশংগা ছয়েল লানশোক্লবদা লাঞ্জিং পুরেল ওইবা ছত্রাজিৎ কোবা লান্দ থৌবদু মায়থিবা শীবনা চকপা অঙ্গো চৌংজাউগী নাক্তা চেনবা নিংথি তুরেলগী ঈশিং ঈরম মতুং ইন্না চথরগা ছয়েল লানশোক্লখিবা অদুদা লাইরেল মৈদিংগী সনা মতুং ইন্দুনা ছয়েল লানশোক অনৌবদা লোয়নথিবদা নোংপোক বায়রং লমগী লমথাঙ খোয়কপদা চীনগী মী নিংথৌ ওইবগা চিন্দা পাউদানানা থংনবদগী মকথি থোক্না শাউবরুনা মৈদিংগুগী মকমদা ছয়েল লানশিঙনখি। অহুমা

কেগে খিবাং পুমিকলাই। খেমনৈ সুংনাং তেলহৈনা। সবী বাসক হোংতশীনা। ছয়েল য়াচাতুবা লানথোয়াতপু কায়না হনপাতি। লানকম নিপা থোকলাপাক্কী। লাইরেল মৈতিংঙু না। লিকলাই মপাথৌকুম। অনৌপা থোচাল মায়য়োকনাম। য়োয়চানপিহৌয়ে। মখোম ভমপা বাঙমলোন। কংনৈ মৈতৈ নৈমা। য়োইপু সংলৌ মথৌবাং। তমপা রেমলাং মঙমকমপু। লাইরেল মসাপীতা। খিনুং সোরয়াইমাকী মচেং কায়খৈ য়েনহৌতা। য়াংনৈ তাউপা হুইহৌতাপাতা। ভবা লুকপাকনম। লম খোমহানমনপু তামতাপীনিকিনা মঙকায় য়াকোনলুংতা তেমসিঙপী। সনা কমপাল লাংতাথৌতোংপী। খোংনাং তখেস লানথাপী। লাংলুং লোইথোমপী। ছয়েল চিকা সোলকাঙপী। য়োয়পু মরুমপানকী। পোইরৈ মীরাইমানা চঙকাতা। বাংঙম পোংলাইমানা ঙমকাতাবা। সুংঙাই সবাঙ কায়না পালএ হায়তাপায়া। খিবাং পুরিকলাই। ভাঙোই সুংনাং তেলহৈপাকি। থবাঙ মথৌমল। চুঙসেন মরানহৌতি অতুলুং মতোমতে।

---

পায়হুনা প্রপ প্রপ চেনশিন্নপা তোম.শনথিবদা থামরন য়াচ তুয়া কৌবা অথোববু লেঙজুম তুপ্প য়াহুংথরে। অস্তুম কেগে পুরিক্লাই খেনলৈ সুংনাং তেলহৈবা শবী বাশক হোংদবা নিংথৌনা লানথম অসিদা য়াচাতুবা অথোবমু মাথখিবা পীডুনা লান্দা নিপা থোকপা মতৌ শৌরবসিদা মৈদিংঙু খোংনাং মরাখনা নিংথৌ মানা হেক পোকচবা মচাঙম ইনৌ নৌনা অমুক্তা থোজানখিখি। নিংথৌশী মচা ইবেম্মা বাঙমলোন মৈতৈ চহু মোইরাং নৈমা ওইবী মাগী মথৌবাংনা বাঙমলোন তমকা সনানা মখুংঙোনা লান্দা চৎপদা মাইকনবগী চয়োম চেঙজেন য়োমজবদি অহিং ইনুং ভাঁজ্রউভ মেনথোং অহানবা মৌরাইঙ্গ তাউবা হইনহু হৌরিরৈজপা তবা চয়োম মশীং বাক্তনা পাক্কা য়োমজবগী মাইক মথোই কাবকখিবী গুইজবা মরমা শজায় মনুংদা ভামথোইনা নৈমগা অনা মখাল তোংজবী তখেল লাহবী লাচং লোইথোবী ছয়েল চিগ শোঙকোঙবী হায়না কোলোঙ মিংলেম্নবীগী মতিক মগুন মতৌদগী কনাঙবা মপুক মরীম চুমদবা অমতনা বাফৈ বাথাল চঙবা ভমদমা যেক্ত চিংখং নৈতনা হংডাইনা মবাং কায়না পানথি। কেগে মোইরাং নিংথৌ

হাউবৈ নোংপোক লায়না পাংপারম। লোনলোই মতাইমা। অয়াং কায়নৌ লৌচিংথৈ। চৌংথৈ লমহুংসি। শজু খোঙলোইচৌং থাঙতুপ লেংলোইশোক। নুংকোই চৌংনাম্বুংপু নাতৈনাম্বা। লোনলোই লৌখো খোং। খোংখোঙ চৌংসাংবৈজা। খোংখোঙ লায়পা বাখা বা। মরান লায়পা বাখাচৌং। হাওয়্রু লোনমোই তাউপিরা। রাঙাক বাংথৌমন। কাবল লাকপা লোনমোই তাউপী মচৌংসাং। কাবল নৈমা খোঙনামপী মরমথৈ। কাবল নিংথৌ লোকপায়পা মচৌংসাং। কাবল লমপুপা খোংখোঙ পুখোকপা। সেলোই চৌংসাংনা চাউপা মকাইকনপু ঙমলোননানা। লোনলোই চৌংখনথা। য়িরোক লোকসামাতা। পানপা পাকুপপা। কৈরেন মুংলাউপানা। খোয়মা নাতোললকতা খোপা। হাউম য়িসং পপতপা। লোকলো নাপোপ তোইতাপা। খিংলো মঙাইরোই। সারেন মচৌসাংপু। খুৎপুন লানলোইথা য়িমু তোংকাচিং। মরাং হিংকোয়নানা চাকতাপা। কৈরেন বুমপী য়েকলাপাপু পোহরৈ খুনচা কৌ। তয়ম নাইচা হুপনা।

---

পুরিক্লাই ঙাঙোই মুংনা তেলহৈবা নিংথৌগী মহিক মথৌনাদি অসিনমু লোইবা নত্রে।

নোংপোক মায়কৈরোমদা লৈবা লোনলোই লম অয়াং চৌংথৈ ওইবা মায়বৈদা লৈবা অয়াং কায়নৌ লৌচিংথৈ চৌংথৈ লমহুংশি কৌবা শজু য়াকেয়ঙ্ছিংবা হ যাম্না হৌবা চৌং থাঙতুপ শাম্বীনা লেং শানা নিঙথিনা হৌবা লম নুঙ্গোই চৌংবু লাম্লগা লৈবা শেলোই লংমাই লমগী খোংখোঙ কাবল লম্বুবগী মশাইকোল ওইবা খোংখোঙ লায়বনা বা থাবা চৌংশাংগী চৌংমৈ শমথরকপা মফমযৌনা হাওরু শোনমোই তাউবীনা থাবিবা রাশালবু ঙাকপা শোনমোই তাউবী চৌংশাং হায়না খঙনবিবা কাবল লৈমা খোঙনাম্বীগী মংমদম ওইহুনা কাবল নিংথৌ শোকপাম্বনা লৈবা মফমগী চৌংশাং শরেং ওইনা লৈবা লমদমগা লোয়নবদা লৈবা লোনলোই চৌংখনগী মথাদা চেনবা ঈরোক লোকসা। অমদা পানবা কৈরেল অথৌবা মথা থবাক উপা খোয়মা নাপীরক্তা শুপ্নগা ঙংবদদি মখোল মতাবা অত্তগা হাউনা নাপী মতোল অমা কাওবদি লেঙহন্দনা নাখুম্না মমায়বা শা অতৈবু লাকহংহুনা ঈশেং

মুনৌ সোয়নৌ খিনা। শামেল অংথাই লৌপাতা। থাঙলেন মাথুংস্থূপু কাউরমলাপাক্তী। অনৌপা থিংলৌ নিঙনা তেনা। লৌকই হায়পাকী থাঙরাই লমমাহুমরো তৌনা কৌএ। অমাং থাঙবাই লৌহনচীং হুনচীং লমঙ্গুংসি। রোকহু লমমাহল। রোকলান লমঙ্গুংসিতা। চাকতাপা। পলেম মমা পিসিনমুচা। মালেম লমখোঙ ওকচিনলৌ। কাওরেন তমথাসন। চীংলৌ পুংচুপ কেমনা। রোকলেন লমনীনলোকতা তারইঙতা। লোকলৌ সিরাইতু। পুলৈ যাথক চেননা চাকতাপা। রোকলেন মথনলা কাচক তৌ। চেংলৌ মথিমাইপা। রোকলেম লাংসমথোপাপু। য়িরাং পুরিকলাই। কেকে পোংলেম হনপানা। লাংকোই থুরুপ হৌ। পুরিকলাই তিমেন মথুংস্থূপু। থুংলাক তিলাইমেন। তিমেন হুংসোল লয়না কেলথাপাতি। চেংলৌ কোংলৌ তুনা চৈথারাপাকী। সারেম মমায় লয়তা থিংলৌ মথিনাই। রোকলেন কাচক হৌনা তেমসিঙনাপাপু। নমু কনা চঙঙমতারাপাতা। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপানা। লাংকোই সায়াঙথককী। মালেম লযতা কূমনা। চেংলৌ মায়য়োকনা।

শিলহৈবগা অনীনা অনৌবা উপাল থিবগা উপালডবু অংথাম থাম্নরকপদা থাঙলেন মথুংশু অহু কাউরমলে। অমুক কম্না চত্তুনা থাঙথেন অত্তবু লৌকই হায়বদগী মকম অহুবু থাঙবাই লমহল হায়না কৌনখি। অসিগুবা থাঙবাই লৌহনচীং হুনচীং লমদম কোলোয় মিংলেন মুংশিবা লমগী মনুংদা লৈবা ওকত ওক্লান হায়না কৌবা লমদা লমওক্লা চাক্তাবা লমওক মশীনা মালেম লয়নীম্নুনা কাওরেন অকনবা যন্না মালেম লয়পুং থিনগাইবগুম চীংলৌ অশংকপা লিক্লানা নাপী মপালকাওবা কেন্দ্রবা লমদা ওকলেন লাবনা ময়াদা লোকলৈ পুলৈ অনৌবগী মতৌগুম ময়া ফাওরবা অকনবা লমওক অমম্নু পুরিক্লাই মুংলাং তেলহৈবনা লাঙ্গোই শগোল কম্না থৌজিনখিদুনা থুংশু তা অডুবু থুংপায় চেংনা শায়রগা লয়দুনা হনখিবদদি ওকলেন লাবা অডুগী নাকথং কোংলোদা পাম্লবমু ওকলেন অডুমা শাজিং মকম্থি হৌরক্লা মোইরাং নিংথৌদা তম্না অমুক চোংশিল্লকে তৌববু কনা অমকনা চঙনবা অম্লবদা ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা লাঙ্গোই শগোল থঙ্গী মালেম লৈবাক্তু

রোকলেন থাঙ্গংনপাতা। খোকথৈ লমপু মখুংস্নুপু। খুংপাক তিলাই-ক্ষেন।. খোকলাং তাথৈ কাও। রোকলেন লাপা খনুংখিং। মালেম লম্নতা তুনা খিনথুরে হায়তাপারা। য়িরাং পুরিবলাই। ক্ষেকে পোংলেন ওনপা। খিংলৌ তমথাসন। রোকলেন লাংসম কাইপীপু। কায়না হুনপা পুরিকলাই। থয়াং মথৌমন। য়িরাং চুওসেন মরান-রোনতি অতুম্বুং মতোমক্তে। লোইপী সোঙপু মনিনমাইপা। কপূই তানা তাপা পূমনামানা। চীংসাং খোকলোয়হৌ। খোইফুকুম ময়াসা। সায়পাকুম মচিন তুমনা। রাংকোন পুকয় লোয়কাতা। সেনপী কনতৌ য়োংকুম। হেমপা মুংকননা। লোইপী মথনমা ঙানচানা। হেমপা মথননা রাংচানারাপাকী। মৈতেংঙু মতাইলেম। পানা লোয়শঙ অথূপা। লাকখোং সঙপা পূম্নামানা। লয়হৌ যুতৌ খাকাংনানা। লয়হৌ পনখিং নাচু' য়েনা। অথাপ চীংপু কা। অতাম চীংমৈ কোয়না। লোইপী মচীং কাহনতা। হেমপা মসাই-কোনপু যোহনতা। খোঙকেন পোরোন থাকুম থোখামলাপাতা।

থক্তা কুম্নগ' ওক্লেল লাবা অতুগা মায়োক যাত্না থেংনবদা কেগে নিংথৌগী থুংশু লম্বু অচৌববু থংপায চেংনা পায়তুনা খিছুখিবদা ওয়েন লাবা অচৌবা অতুগী মশা মথাক্তংদা খিন্দংপদগী মালেম লয়মায়দা লোংনা তাখরে। অসিগুম্বা ইরাং পুরিক্লাই কেগে পোংলেন্ন হনবা ঙা ঙাই হুনাং তেলহৈববু থিংলৌ তমথাশন ওক্লেন লাংসমকাইবীবু শাফাবা হায়না কোলোয়নখি। ইরাং পুরিক্লাই মুংনাং তেলহৈবগী মতিক মথৌনাদি অসিনম্ব লোইবা নত্তে। লোইবী শোঙবু থুনগী মতিক মথৌনা নৈবা কবুইতনা তাবা কবুই পুম্নমক্কা লোইবী চীংশংগী মী পুম্বা হোতুনা খোইয়েন খোইফুদা চৈদা খিল্লগা ময়াম হোরকপগুম্না ঙুং ঙুং ঙংনা অমাদি শাই তিংথং মচিল অতুম্বগুম্না মতিক মথৌনা নৈনা থোশাদহনা কুমজা খুদিং লোইকাবা অতুবু লোইহা পোংলম পীদনা শেনবী কন্দৌ য়োংকুম থগুইদনা মুংকমন' চীংথক্তা মথোয়তনা চাউজ রাংজর-দমা নৈখোকখিবদগী মৈদিংগুশী মনাইশিং অথৌবা পানা লোয়শঙ অপীকপা অদুগা লাকখোং কোবা খোঙলেনবু ঙাকলিবা পুম্নমক্কা নাক য়েং থোক্লনা ঈশিংপগী পন খিংবদা উচুক্কা কুংনা য়ুংবগুম অথাপ্পা চীংজাউ কা থাপ্লবা

লাইরেন মৈতেংঙু। থোংনাং ময়ামপা। ময়ু খোইরম লাইয়িংথৌ। চীংঙু পাফল য়োইরেনপাকী। চীরেম লাংয়েনথকতা নুংঙাং মথোয় নেংনা থৌথাপা। লাইরেল সনা মতিকনা। চকমোম খামপী মৈথাংথৌকুমপা। তুপি লিকলাং মপাউমেন। লাইরেল সনা ময়াখংপু। ভাঙচা লুতা থোংনা। মপল পনথৌ নিংথৌ। য়িবাং পুরিকলাই। ঙাঙোই ফুংনাং তেলহৈপাতি। পোইরৈ লানলোই মপুমকানা হুয়েল লানতাথিএ। লমলেন মন্তাইমা তৌপুল লম-মাহলপু নাতৈনাপাপু। তৌপুলবো কৌপতি কতৌনোংকিনো। খুয়োন খমপা লায়রপাকা। মলুম লায়েং হনপীকা। লাইয়েং খুপীকা। খানলৈ লৌতাপাতা। মলুম লায়েং হনপীনা পাউথিমথিএ। থংলেন খমপা লায়রপাবো। মলুম নঙকী অপামপী। লাইয়েং খুপী অতোনপীনা। মোমহু লবাইহৌভম্নিপীপু। চুপা ঙাইথিং লাকনা থেংপাপু। পাথং লেংমান সানাঙম। মুরা মানচা মনিনাইপানা। সিঙলেন লোননাপী। মুরা সাকাংনৈএ। হায়না পাউথিথে কলাপাতা। খুয়োন খমপা লায়রপাতি। য়াইপী মনুং হৌ। তিলাং মথোয় সাউনা। মলুম লাইয়েং খুপীপু। লীরুং মথংস্নুনা চয়পিরাপাতা।

---

চৌংগী চীংমৈ য়োনা কোয়শিঙ্গা ভমদা কুমথিবা কবুইশিংদু ময়ুমদা কাহন্দনা খোঙ্গী খোঙজাউ পোংরোল থিংবঙম্না থি লবা মতমদা লাইরেল মৈদিংঙু খোংনাং ময়াম্বা গরিবনিবাজ কৌবা মবুথৌ নোংদা লাইরেল পাথংবগী চীরেল লাংয়েল য়াঙরবা সনা কথাল থক্কা তোংবা নিংথৌ, মতিক মগুম্না অচাকপা থাম্বী মৈগী মৈথাংঙম লংনা মগুন লৈবনা মৈদিংঙু নিংথৌরেলগী য়ারা মপাঙ্খোল সনা য়াথং নিঙথিবা হায়রকপা অহুবু মাঙহনব, লয়থোকপা তৌদনা ইবাং পুরিক্লাই ঙাঙোই ফুংনাং তেলহৈবনা মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোল মপুং ফামা পুরদুনা হুয়েল লান্দাখি। লমলেন তৌবুল লম্মহলগী লমদমবু হেন্দোক্লকবদা। অসিগুম্বা তৌবুলবু কয়িদগী কৌথিবনো হায়রবদি খুয়োল খম্বা কৌবা লায়রবগা মতালোয় অহল লাইয়েংহনবীগা অতোম্বী লাইয়েং খুবীগনা খানলৈ লৌতাবা মতমদা মতালোয় অহল লাইয়েংহনবীনা তালোয় লুমলেম্মগী বাগী অকুপাবু মরী মথোঙ থিথিএ। থংলেল খম্বা লায়রবঙ।

মজুম লাইয়েং থৃংশীতি। হয়য়াং মচাবান। তাউচিং মরু পরুপাপু। লোইভাম য়াবা থাম্বরাপাকী। লৌবী পমতাইদুনো। তবনা কুমনা থাউতেকননা মোংকলে। অকম লাইয়েং খুনীদি। লোয়খোং তাইথেংতা। চমুং খোংকা পরয়তাপাম্নিকিনা। খুয়োল থমপা লায়রপাপু। কোমৌ মোংনাংহং। মালেম লয়মা থওলমখিয়ে। খুয়োল থমপা লায়রপাম্না। হাওৌ লাতানমোংবী। থামপী মৈলা তানপাতা। মানলৌ মাকী খুতেকিপু। মালং মখিমাই। থজকোন মরাং হৌপানা চুংথোকথিরাপাপু। চৈথৈ লামকংতাখিয়ে। নোংয়াই খিংকোল থৃপানা। লোকতাক তাতালমপাকী। তোংচেং হিরু থকতা। থৃতৈ কৈমা তাকরে। খুয়োল থমপা লায়রপাতি। চৈথৈ ফিরম য়িননা য়িনতালনকপাপু। নোংয়াই থিংকোল থৃপানা। সরু

---

নওগী নংহালোম অতোথী লাইয়েং থৃবী সনা লরাই লেংকুদা মণম হৌদ্রিম-লিদিপাখং মম মবা কন গুথগা চিনগা চিনগা চুবাগা চুবাগ' থেংনমা অরোলব লমচৎ চত্তনা মপুরোইবা অনী লোনচুনা ইংবসিবু অপাথী অতোনবীনা তৌবনিনা যাইহে অথিবা অমস্ফাওবা ওাউজবা তুমদবরা হায়চুনা কোচি থাংবা রারম হায়রবদা খুয়োল থবা লায়রবদো মথোয়দৌ শাউগাংমনখিচুনা মতালোম অতোথী লাইয়েং থৃবীবু মথৃংশ, লীকং অচুনা থীনা ফুংবখিবগী মতালোম অতোথী লাইয়েং থৃবী কৌবী শিয়োমৃংদা নাউবৃচুনা লোইদাম থাশিং তুরক্ৰবী অতদি লোথী মবাদা কুহংচনা থাচেৃথক্লা মথরাই থাখে। মতালোম লাইয়েং থৃবী কৌবীদি অসিগুবা লমচৎ চুমদবা চত্তবী লমচৎ নাইনবী অকোনবা মপুরোইবা থমচুনা অতোপগা হকতিমলবী লমচৎ শেংজবী ওইবা মরম্না খুয়োল থবা লায়রববু কোমৌ চনাংমনোদ্দী চাংচৃ লাইগী মিথয়েং চত্ত মালেম লৈবাক লৈমনা থওজখিরে। খুয়োন থবা লায়রবদা কোমৌ নোংজা অমদা হাওমৌ শাদানগে হায়না থাবী মৈয়ম লীরকপদা থাগী মশাগী থ দৈকি অহু অতাওবা অকমবাই নোংদৈ ত শিং অমা হৌরকতুনা নোংদৈনা মফি অহু হমচুনা পুখি। মহাক্না মফি থহু লাকয় থংখিরে। মতমচুদা খুমন অথোবা নোংয়াই খিংকোল খুবা কৌবনা লোক্তাক পাত্তা লেথলে তা তারবদা মানা তোংলিবা হিচুগী হীরবাক মথক্তা খুদে

ছুংপুননানা। পরম্ম লানকাসা। তৌরেন থাইপোক্ক লৌনা পুক্কল-ময়ে। অতুনোংকি তৌপুলগু কৌপাপু। পোইরৈতা কাংখিপানা। তৌপুলয়ো থোনখৈএ। খুয়োন থমপা লাম্মরপাপু। নুরক কাণ্ডৈত থি।' খৌনাউ লোনথোক্ত লেনকে হায়পাপু। তাউপা মহুইচানা থোপাকী। নুরক কাণ্ডৈত থিওমতা। খৌনাউ লোনথোক্ত লেনক-মতানা হন্নথিএ। অতুনোংকীপু খুয়োল থমপা হুইথোপা কৌথিএ। লমলেন তৌপুল লমমাইল। মাচৌ লমওনথোকপু ওমলোম্মনানা। ময়ু নিংথৌ তাওোই ফিথাই কাইলেমপা। সনা চুওলেনকোম। তাইথোং নিংথৌ থোংতাপা। মপাম্মী মিংথৌপ' নোংমলম্মাই। কেপে নিংথৌখোংতা। পোইরৈ তেংকোল লিংলপাকী। ফিরাং পুরিকলাই। তাওোই হুংনাং তেলহৈপাতি। সাংভিং লাইলেথেম। পু হুং লানপোং মহানলাই। লীক্কং থুংতো সু। তেনতোং নমতা হুন। লোইপী মচীংকা। তারা চীংচেংসম। চীংলেন নাকপবকা। লোনলোই লৈমতাককী। লোইপী ময়ুরোল মনিন নাইপাবী। মারেম থা যংনা।

---

অচু তাক্করে। খুয়োল থম্বা লায়রবমা যিপী ফিতুং ইন্দুনা স্বাম্মকপদা নোংম্মাই থিংকোল থুবনা মথুং ফুংবুম্মা মাগী অকাবা শাওম তো ময়াম ম্মালগা তংথায় থাম্মদুনা থৌম্মী তারগা মাবু পুহম্মী। কোরৌ অচু ফমিত্তগী হৌনা মফম অচুবু তৌবুল হায়ন। কৌনববু পোইরৈ মৈতৈ অশৈবশি না তৌপুল হায়না মিংথোইয়ে। অসিগুম মফম অসিদা খুযোল থম্বা লায়রববু মকোক ময়থায়রগা মণ্ডক কল্লগে ভোবদা মাগী তাউবা মহই অতুনা কম্ম' তাক শেক্করদগী মকোক মৈথাইদুনা মণ্ডকমক্তি ককওমদনা হনথি। ফমিং অতুদগী মফম অদুবু খুয়োল থম্বা হুইথোবা হায়না কৌনখিএ। অসি-গুবা তৌবুল লমদমগী নাচৌ হায়বা খুম্পংগা লোয়না চৈবা ময়ুথৌ ইথাই কাইরেম্মগী অতিক মথোনামা শেম্মবা তাইথোং থুম্বা পানবা নিংথৌখোংতাবগী মচামিপা নিংথৌবনা শিবদা কেগে লমগী নিংথৌথোং কোবা লমদা পোইরৈ মৈতৈগী লাম্মী তেংকোল লিংলম্মা ইরাং পুরিক্লাই তাওোই হুংনাং তেলহৈবনা লানগী লানকি নিঙখিবা শেং মথুংতা লীকং পায় তেংথোংবা মমগম্মা পোয়গা লোইবী চীংজাউ কানা তারা চীংগী চীংচেং শম্মা চীংজাউ

লোইশী মায়য়োকনাম্নাপাকী। পোইরৈ চায়নাত্তা। মায়েম হনমাওনা। হুয়েল লানসোকনাখিয়ে। ময়ুম্ভোল মনিননাইপাত্তি হেমপা মখিনাই। লোইশী ময়াং হৌ। থৌত্তু নুংলেন মোংচুনা। ত্তিমেন মথংনুপু। থৌপোম লাংনা পাইকুম। ত্তিমেন তায়াম হুন। মরোং ঙক্তা হুক। য়িঙেল লৈথেং ভোয়। হাঙয়াম লানহৌ খোঙমাননানা। ককচেং সায়োম চংকুম। মায়েম বাচক হৌনা ঙকথরকলপাকী। পোইরৈ অথৌলিচা কেপপা। য়াংঙম থয়াং কোনত্তাই লোনপা পুমনামাত্তি। লোইবী মচীং কাংকে ক্বাঙমত্তে। হেমপা পনখ্রা পককে পশঙমত্তানা। ময়ুমোন মায়য়োক য়াঙমত্তারাপাকী। পোইরৈ নিঙতেনা। য়াংঙম লোংনা হললাপাত্তা। য়িরাং পুহিকলাই। থেনলৈ মুংনাং তেলহৈপাত্তি। খোয়মা মাংঙনত্তা। যাংচেং মনম মুকত্তানা। থিংলৌত্তুকুম মথিনাই। য়োবলেনত্তুকুম বাচক হৌ। পানপা: কৈরেন থৌকুম। লৌত্তু নুংপাকথকত্তা চোংখংলাপাকা।

নাকপাক খোম্না চত্ত্না লোনলোই লৈমত্তাক লমদমগী লোইবী ময়ুরোল মত্তিক লৈবা থুঙংদা হয়েল থাকননা মাথযোম্নদনা লাল শোক্লবদা মৈত্তৈনস্থ হন্দা মায়েমস্থ হন্দা অন্দনবা লান শোক্লখিএ। ময়ুংরাল থুঙংগী মায়েম মত্তিক লৈশিংনা মথুম ময়াং হৌনা মথুক্তং নুং পাযরগা নুংনা নোং চুবগুম চল্লক্তনা অমদি তাজিল অথোবা ময়ামস্থ থোবোম মপাল পাইবগুম লংলকখিদুনা মঙক মঙক্তা চুঙ হক্লগা মকোক মকোক্তা ইঙেলৈ থেত্ত্না লোইবী হাঙয়াম্না খোঙথাং চপ মান্নরা লাকপদি মালেম লৈমাই থক্তা ককচেং ময়াম্না শয়োম চংপগুম মায়েম কাঙবুমথৈ হৌদুন ঙকথরক্লবদা মৈত্তৈ অথোবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা মপা মপুগী মগুন ঙাক্লা অমদি অরা অনংনা হায়জরবদা মথরাই অকথোকপগী পাম্নবা লৈতবা পুম্নমক অচুদি লোইবা চী জাউ কাগে ক ঙমদরে। মায়েম থুঙং য়োগে য়োঙমদনা ময়ুরোল কাঙবুগা মাথয়োক য়াঙথদদুনা মৈত্তৈ পুম্বা লাম্নিঙ হম্না মমাম গুল্লক্লবদা ইরাং পুরিক্লাই থেনলৈ হংনাং তেলহৈবদি মমাম লম্নবা লৈতনা পুকনিং হনবা নাইদনা ঙকলেন লাবগী মতৌগুম্না মকন্নি অমুক হুদোংক্তনা পানবা কৈরেন অথৌবগুম থৌত্তু নুংপাক হক্তা কন হেক চেংথংক্লগা মথংখ

লৈরি থমোইতিং। লকা তেনবৈ লাক। য়ায়রা লেংকম খোং। লৈজিং মাকোং কং। লোইবী মাঘয়োক য়া। মারেম থাকংলানা। বায়রা খিনকাপমানা তেনবায়খিপাপু। য়াংলা খোংফৈ চীরোল চনকুম। চরবংখিয়ে হায়তাপারা। লোইবী হাওত্তি ময়ুরোল। পাখং মরোং চুঙসুপা পুমনামাপু। বাংঙম তুংয়িন জানবা। পোইরৈ হকথেং কংকে কংফাতাপাকী। কেকে পোংজেন হনপাতা। থৌতু নু তুম হনবা। তিমেন তায়াম হনচিনখিরাপাতা। য়িবাং পুরিকলাই। ভখেল চাইজু গুরপারা। অনৌপা লৈরী থমোয়তিং। লকা তেনবৈলাক। তেনপী তেনবা মোংচুকুম। বায়রা নমকাপনানা। হুয়েল লাংলোকলারাপাতা। বায়রা তেনপুম ফাঙ। তেনতোং নমপো তিংলাপাকী। মত্তাইরেম হৈনা তুংয়িমপা। সমা মরৈ বায়না। হুয়েল লাললোয়নরকপাসিংবী। বায়রা তেনয়ামকাপ। পুরিকলাই মখিনাই। য়িবাং নরাঙ কৌনা। বায়রা তেংরাইরাপাকী সমু হকচোক লাংলমঙৈ। লোইবী মারেম লংকেংপী কৌতু নুংনা

লৌকং অয়িংবরু থম্মোই মপা তম্না তেনগী তেনবৈ থংবা চপ্না হকচাং শেঙম খোংনা লৈকুগী লৈরীনা নাকোং য়োনা চিংহনা কাম্রগা লোইবী মারেমশিংগা মায়য়োক য়া, লোইবী মখোয়গা থাখংনবা বায়রা তেনবী অথৌবন নমকাপ নমকাপ কাপ্লুনা থেংনখিবহুদি নমথায়দবা জীলংপী শলদা খোংফৈ হাপ্লুনা খিংবঙম থৌদু নুং লংলকপা তিমেন তায়াম হুরকপাশিং অজু থরা লংখ্রে। মতম অসিদা লোইবী মারেম হুনগী পাখং মথোক কায়কপমথৌনসু পুরিকলাই তেলহৈবগী মফম য়োনা তানশিনগে হায়বগীদমক থৌদু নুংদুম তম্না তোয়না তোয়না লং তিমেন তায়াম লংশিনরুবা মতমদা ইবাং পুরিকলাই ভখেল চাইজু গুবনা অমুক হন্না লৈরী তেজা খোংলগা তেনবৈ চপ্লুনা তেনবী ময়ায়া নোং চুবঙম নমকাপ নমকাপ কাপশিল্লুনা হুয়েল লাংলোক্লবদা নকন্দা লোবা তেকোংসুংগী তেকৈশিং অদু লোই-শিনগ্রবত্রদা সনা মতুং ইরকপা হুয়েল লাংলোক্লবা ময়ায়া অমুক তেনবী ময়াম কুড্রবা কাপথিবনা মরক অদুদা পুরিকলাই হংনাং তেলহৈবনা অমুক মথই হুলোকলুনা তেনবী ময়াম কাপ্পা খেংনবদগী সমু হকচাং চোকথরকলুনা

শাজলাপাকী। পুরিকল্লাই সমু মখুত্তোরপু। য়িমু থকমাক্তানা লাইচা য়িঙাক্ত থোকলাপাপু। তনপা থোয়মা মাথলৈন্তা। ঘায়চেং মনম মুকপিতাথিত্র। কপুই তানা তাপা। ময়ুরোল মনিননাইপাকী। লোইশী লমকেংপা। হেমপা লমথোইপাকী। মারেম চীংথোলেং অথোপানা। লোইশী অথমচুংপু। মরোং ঙকত্তা হুক। তিমেন খুংত্তা সূনা। সমু থোঙথোইরকপাপু। য়িরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেনহনপা। খেনলৈ হুংনাং তেলহৈপানা। লীচিং নাকোংকং। লকা তেনমৈ লাকনা। বাযরা খিনকাপনখিরাপাত্তা। লোইশী চীংথোলেং অথোপাবী। চূঙলোং মনমথাঙকা। সমু মহকসাংকা। বায়রামানা থুমনা তেনপানলাপাকা। বুনশী চকম লেংনা নোংমললে ছায়ত্তাপারা। য়িরাং পুরিকলাই। থৌতু নুংপাকথকত্তা। বায়রা তেলহৈসকপা। ঙাঙোই নু নাং তেলহৈপা য়িরাং থয়াঙ মথোমন। চুংসেন মরানরোনতি অতুম্নুং মত্তোমতে।

লাইরেল মৈতেংঙু। নোংচুপ বায়রং পামহৈপা। লাইরেল

---

ঙহাক লংনয়িঙৈদা লোইশী মারেম থুনগী লমকেংপশিংগী থোংদু নুংহুম হুন্নকপনা পানগ্রত্নুনা পুরিক্লাইগী শমু মথোঙ থুদোন্দা ঈঙাং পাক্কা ঈমু ঈংগেন থোক্লবা অহু ক্বাওবদা মোইরাং নিংথৌনা মযাম লম্বা লৈত্নুনা শূকনিং থোয়জেন হনবিথদে। করুইদনা তাবা ময়ুরোল হঙং মতিক লৈবশংগী লমকেং লমহাইনবা মযাম লক্তগী অহেনবা মারেম চীংথোলেং কৌবা অথোবনা লোইবী চীংমীগীদি অরোইবা মতুদগী হেনবা লৈত্রবা চুঙ অহু মঙক্কা হুকচিল্লগা মথক্তা তা পায়দুনা মাঙওইননা চোংথোরকপদা পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেন হনবা খেনলৈ হুংনাং তেলহৈবনা লীকং লীরী নাকোং য়োন চিং তেনমৈ খুংনা কয়া চপলগা মপা মেংত্নুনা ঙমমথৈ বয়া কাপখিবদা লোইবী চীংথোলেং কৌবা অথোবগী চুঙ কাওদকনা থম্মোয় থুম্না তেনজিম্না যুংমা পানগ্রগা চকম থাওনা লেংত্নুনা লৈবদগী মথরাই মাঙখ্রমে। অহুদগী পুরিক্লাইমু পুরিক্লাই থৌদু নুংপাক থঙ্গা বায়রা তেলহৈ শকপা ঙাঙোই হুংনাং তেলহৈবা হায়না মিংথোনখি। অসিগুম্বা ইরাং পুরিক্লাইগী মতিক মথৌনাইদি অসিনম্ব লোইবা নত্রি।

কোলোয় মমিংথোং। হীরাকুম মিংচৎপা। কোলোই মমিং চাঙপা। তুপি কোলোয় মমিংথোংনা। মিংলেন নোংসা পালোইমাপা। মৈন্তোংঙ্ থোংনাং ময়ামপানা। মমোম তমপা রাঙমলোন। তুগী চীংলাইলৈমা। লাইরেন কাচেং ঙানপা চম্নু। রাংকোন লাইমুরা অতোংগী। ঙাংলৌ থমপাল লৈকুমগীপু। অরা তোংতোইপুং। তরং লানকারম। থেংকু লাইফ্নিপিচা মংকৌরাই। হংকোক নারিল লুমকোন লম। তেরা রুঙৌপোক। পোনগী সেকুরেক অঙৌপানা। লোকলৌ হুংথিরাই। পাংঙল লনরোন ছিথাংকম। ঙারা মপাল সা। সনা চৈরৈ ময়ায় চৎনাকম। মংসা নিংথৌ খুনথিনপুংতা রাঙনপা। ঔরা তোংতোই নিংথৌ। থামরন লয়মাপা। রতনপুর লয়কোয়কমপাতা। সমু খুৎসিননামা। ময়ান ছুহোং থোঙতোং-পিরপাকা। লাইরেন খিংলৌ লিঙমা তেনা। লিকলাই নোংসা থমনা। হলবাইবকপাতা। ঔরা তোংতোই নিংথৌ। থামরন লয়কোয় কমপানা। ইমান পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ রাঙম লযমাপাবে'।

---

লাইরেল মৈদিংঙু নোংচুপ রায়রং পামহৈব' নিংথৌগী কে'লোয় মমিংদি লিক্লাই হীরাঙম ল'না মমিংচৎপা কোলোয় মমিংবু পাক্লা শম্না থঙনরবা মৈদিংঙ্ নিংথৌগী কে'লোয় মমিংনা নোংশা হায়না শোয়রবা মৈদি'ঙু থোংনাং ময়াম্বা কৌবনা মমোম ইবেম্মা রাঙমলোন তুবী চীংলাই লৈমা লাইরেল কাচেং ঙানবা চম্ব নোংমাংঙম নিঙথিবী। লাইমুরা লাইরেম্বী-লক্তগী অহেনবীগুম হায়নিঙাই লৈত্রবী, থম্বাল কৌবী লৈরাংগুম্নবীবু ঔরাগী লমদম তোংদোই পুং কৌবা লাইজা ঈশিংনা তরং ওইবা লাইরেনগী শাগে ওইবা থেজুময়াম ফৌহ্না লৈবা হক্কোক নারিল ময়াম্না মক্সম কোক্লবা লম পামেল ঊঙৌ ওইবা তেম্বা পাখী ময়াম হোৌবা লম উরেকশেক হাপ্লবা মতুপানবা উমোক অঙৌবশিংনা চাক্কাবালম পাংঙল লল্লোনবশিংগী হিথাংকম ওইনম্নিবা ঙায়া ঙাত্তিন কুংনা লৈবা সনা খোনবশিংনা চরৈ ফিদফাওবা হাপ্লহ্না সনা ময়াং কায়না ফংবা লম মংশা কৌবা খুঙংদা নিংথৌ ওইহ্না লৈঙাক্লিবা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌ থামরন লৈবাক মপু ওইনা রতনপুর লয়কোয় মপুগী মফমদা খুৎশিন্নহ্না লুহোং থোঙদোংশিনগা মৈদিংঙুনা

লোইপী কোয়রেং মনিননাইপা। য়িরোয় লোইপিরেন বোইলমপাম্না। মেনত্তে লয়মায়ায়প্ত পনথেংথাপাত্তি। মেনত্তে মপুং তাকথিরে। কোয়রেং মনিননাইপাপু। লৈকাই মপুং তাকনা পনথেংপিরমরো। হায়না ছয়েল লাননেকরাকী। মৈত্তেংঙু থোংনাং ময়ামপানা। তুপি মথিনাই। লাইরেন মরাং হৌনা। কোয়রেং পনথেংনোংত্তা। লাইরেন হৈনা মতুংইন। তুপি সনা মমৈ রায়না। ছয়েল লালোয়নথিপাত্তা। পোইরৈ মথিনাই। কোয়রেংস্তুং মরাংহৌ। রাঙম থোয়মা মায়লৈত্তানা। কোয়রেংস্তুং য়ামচেং মনম মুকত্তানা। ছয়েল লানসোক থমথেংনারাপাত্তা। কোয়রেং তানা তাপা কোয়রেং মনিননাইপাত্তি। কাংত্তেন ফৈনালং। তিমেন তাহুন চয়রংত্তানা। কোয়রেং মথিনাই। সমু হুকথেং ফংনা রোনসিল্লাপাত্তা। পোইরৈ অথৌলিচা হেপপা পূমনামাত্তি। কোয়রেং মায়য়োক য়াঙমতানা। রংঙম থোয়মা মনিঙ তেনরাপাত্তা। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপানা। পুরিকলাই

ত্তম্না সনা পূক্লিং মুংঙাইনা হল্লকবদা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌ থামরন লৈবাক মপুনা হায়রকথি। হে ইকু ইবুংঙো! পোইরৈ মৈদিংঙু নিংথৌবেল রাঙম লৈবাক মপু ওইবা! তাবিয়ু! কোয়রেং থুঙং অসি মহৌশানা ঐগী লোইহা লম ওইবদি। হৌজিক্ত করিস্থ থৌওই উশিত্তনা মথোয়না মেন্দে থুঙ্গদা লান্দাহুনা মেন্দে থুঙ্গং মাঙ তাক্লে। মমম অহুনা কোয়রেং মনিননাইবশিংবু লৈকাই পনশাং তুমনবা লান্দাবিরমও হায়না ছয়েল লাম্নেকচবা মরম্না মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা লাইংেল কস্থি থোক্লা কোয়রেং থুঙ্গংদা ছয়েল লান্দাথিবা থোঙফমদা মৈদিংঙুগী সনা মতুং ইন্না লোয়নরিবা পোইরৈ লাম্মীশিংনম্থ মথুম মরাং হৌনা লান্দাথি। লানগী লানওং মত্তো অসিদা কোয়রেং থুঙ্গংগী অথোবা লমকেৎপশিংস্থ মথুম মরাং হৌনা অকনবা লানশোক ওইনরবদা কোয়রেংস্থ মমায় লমদা নৈত্তেনস্থ হনবা লৈতনা কম্না থেংনরবদা কোয়রেংতনা তাবা কোয়রেং মত্তিক লৈবশিংনা কাঙদেন ফৈনা ফৈমা লং, তিমেন তানা অয়ৎপা লৈতনা মথুম মরাং হৌনা লংহুনা হকচাংগা হকচাংগা থেংননা ওনশিন্নরবদা মৈত্তে লাম্মী অথোবা পূন্নমক অহু কোয়রেং শিংগা মায়য়োক যাঙমদবদগী লামিঙ থোঙফম হন্নরবদা ঙাঙোই মুংনাং

মখিনাই। তনপা মরাংহৌ। লাংকোই সকোল সাথৌ থোই। থুরুপ মানপল হৌ। লানফম চাপ্রুকথায়। লালহৌ নোংখাক চয়রোইনানা ফুচিনথিরাপাকা। কোয়রেং লানথোঙ কায়না। লানফম হুকচেংনারে। কোয়রেং লানয়াম তুরে। পোইরৈ লানমী মখিনাই। রাংঙম মরাং হৌনা। কোয়রেং ফাময়াননারে হায়তাপারা। য়িরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই সুংনাং তেলহৈপাতি। কোরৌ নোংসংবাইকুম। কোয়রেং লানচাইপা। তনপা থয়াঙ মথৌমন। য়িরাং চুঙসেন মরানহৌকীপু। মৈতেংঙু থোংনাং ময়ামপানা। মাকলৌরেম থেনলৈ সুংনাং তেলহৈপা। হুথেল চাইহু ঙমপারো। তনপা থয়াং নথৌমন। চুংসেন নরানরোনকী। কোয়রেং লানথোং কায়না। হুয়েল লানলাম ফাঙমপা। হায়না অনৌপা থৌচাল মায়য়োকনানা। মতিক চৌংলেন পলংলাকুম থাথংপিখিয়ে। য়িরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই সুংনাং তেলহৈপাতি। মৈতেংঙু থোংনাং ময়ামপা। হপারী মপল ঙমপা। য়িরাংলোন নোংপোক পাইথু

---

তেলহৈবা পুরিক্লাগনা অশাউ মৈথু কাবগা লোযননা লাঙ্গোই শগোল কম্না থোয়গা লানকম ময়ায় থায়দুনা কোরৌ খন্তা থাকপা নোংগী মতৌগুম হুয়েল লাচাউনা নাবোং যৈশিনবমথৈ কম্না লাউ থোংদুনা ফুজিনথিবদা কোয়রেংগী লানবন অদু কায়দুনা লাম্মী পুম্বা মথোঙ মায়কৈ থঙদনা কোয়চেন চেম্নরে। কোয়রেং লাম্মী অযাম্বম্ব লোংনা তারে। মতমশিদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা অমুক মথুম মরং হৌনা কোয়রেংশিংগা কম্না য়াম্নরে। ইরাং পুরিক্লাই ঙাঙোই সুংনাং তৈলহৈবনা কোরৌথকী হুংমংকী মৈশা অয়াকপগুম কোয়রেং লানফম চাইথাইবা পুরিক্লাইগী মতিক মথৌনা অসিবু উবগা মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা ইমাক ইবুংঙো। থেনলৈ সুংনাং তৈলহৈবা তথেম্ব চাইহু ঙম্ব ও! নঙগী নতিক নথৌনা নপাম্বোম নপাঙ্গলগী মতেংনা কোযরেং লানথোঙ কায়না লাম্মী ময়াম ফাঙম্বা হায়না কোলোয় অমুক নৌনা মিংথোনগে হায়দুনা থৌজানবিরগা লোইবী চৌংলেন অরাংবগুম রাংনা থাঙ্গংপিখি।

ইরাং পুরিক্লাই ঙাঙোই সুংনাং তেলহৈবমা মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বগী

লানথগী। পায়মা সনা রুনকোইমুংকী। লাইরেল মৈতেংঙুনা। চকপা অংকো য়িকী। হুয়েল মেমথোমপা[1]। তনৌ লায়োনলাংপু মৈনা য়ায়না নিংথোং ফপা। লাইরেল মেনথোমপা। তুবি মহাক-থকভাস্তুং। পোইরৈ চংম্বা হায়মমনা। য়াঙম মুবা তেমমন্‌নানা। পোইরৈ লৈপাক ভাকমননানা পালএ হায়তাপারা।

মশানৌ লাইরেল মৈতেংঙু। লোইপী চীংথোং য়াইমাপা। লিকলাই মিংথোই থোমপা[2]। তুপি মহাক থকভাস্তুং। পোইরৈ ভানথোং মমুংকুই। য়াঙম লেমথোং মফৈ পাকপা পুংতা। পোইরৈ খুনফাংথৌ। তয়ম নাইফংথৌ পুমনামাকী। হাঙসি ভমকা চিংপা। মনত্রি মালেম লম্পাক কোইপাপু য়োইনা। তয়ম নাইফংথৌসিংকী মথকতা। য়াথং হীকহায়নানা। ফুভাই মরাং কায়না পাললে হায়তা-পারা।

লাইরেল মৈতেংঙু। পোইরৈ নিংথৌ হনপা। মোংপোক সোকপাউ লানথাপা। লিকলাই কায়নৌ চীংসোমপা মপাবী।

মপাবী ওইবা মোংপোক পাইথু লাম্ববীনা পোকচবা মপাবুংবু ভমখিবা লাইরেল মৈদিংগুনা চকপা অঙ্গোয়িদা হুয়েল মেনথোম্বা হায়না কোলোব মিংথোল ফংলবা তনৌ লায়োম্লাং মখুংথৌ পাথংবগী চারী, চাদা ওইনা মিংথোনবনা পাল্লবা মতমদম পোইরৈ লৈবাক ভাকমিন্নদুনা লৈভাক থোঙ্গা পুন্নিখি।

মনাও ইবুংঙো লাইরেল মৈদিংগু তুবি চীংথোং য়াইম্বা লিক্লাই মিংথোই থোম্বা[2] মহাকী সনা হাক্তভুম পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্না মরাক মঙ্গ-নাইনা পাক্লা চাউনা লৈরবা লৈবাক অসিদা লৈবা অঙম অথৌ অহল্লুপ নাহাক্লুপ থাবম লাইফম পানা পুম্নমক্কী মকোক ওইবসিংগী মথক্তা লুচিংবা মন্ত্রি মকোক ওইবা লৈবাক য়ায়েল থোদাবা ওইদুনা মচা মনাই ফমথৌ পুম্নমক্কী মথক্তা হীক্রা হাইনা য়াথং তাক্ত ভাক্লদুনা ফুংভাই মরাং কাযনা পাল্লম্মী।

লাইরেল মৈদিংগু পোইরৈ নিংথৌ হনবা মোংপোক শোকপাউ লাম্ববা

১। চীতলাই, ২। ভরতসাই

মপল মৈতৈ লৈমা। তমপা য়িরাংলোন। নোংপোক চাখা মরিং লোইখোমপী। পায়মা সনা বুনকোয়জুংবী। লাইরেল মৈতেংঙু। লিনরাই ফাংলৌ মরামপানা। তুপি ফমমোইমিং। লাইরেল ফলাং মৈতোংলাপাতা। লাইরেল মৈতেংঙুকা। সাপল থোংসি নমনা। কংলা লাইরা পরিং তমংননানা। মুংঙাই মরাং কায়না পানমননারাপাতা। মৈতেংঙু লিনরাই ফাংলৌ মরামপানা রাতমলকথিএ। য়িমান কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হনপা। নঙপু য়িমান মৈতৈ লৈমা। তমপা যিরাংলোনকা। নারা থোযখাউলী। য়িঙু সিনয়োমমাকী লমহৌমননারকপাতানে। লাইরেল য়িপা নৈতেংঙুপু। পনথৌ লেপলৌ সিননা লাংকোনপিরকপানে। যিপল মৈতৈ লৈমা। তমপা য়িরাংলোননা লোইতাম থাপুম তারা। কোবৌ সিঙপুম ৩০০ নিপু। তমপা অরা হুইরাং সোননা নাউপুপাপু। য়িমান নঙনা লোকলৌ সানা কোননা নাউরোকমনবীপু। চেঙপুম মনাউতোন। লাংপন অরোললুবকুমপাপু লনসি চাকে। য়িপাম কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপাযাই। ঙাঙোই নরযপাক মুংঙাইপা।

---

কোবা লিক্লাই কায়মৌ চৌংশোম্বগী মচা ইবুংঙো ওইবা মোইরাং চক্ত চাখা মরিং লোইখোম্বীনা পোকচবা মৈদিংঙু ম্নাহল মোয়াম্বনা কংলৈ ফজাল থক্তা নিংথৌ ওইডুনা পাল্লবা মংমদা মৈদিংঙুগা লোয়ননা লৈবাক অসিগী অবা অনা অকুৎ অক্তোং তেম্মিরত্তনা কংলা সনা বোক্তংদা অচুম্বা অফবা লম্বী লমদাং চৎমিরদুনা হুংঙাই য়াইফনা মনাং কাবনা খুযা তুশিৎনা হুংঙাইনা পানমিররক্তবদা মৈদিংঙু লিনরাই ফাংলৌ মরাম্বনা হায়রকখি। হে ইমান কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেন হনবা নহাক্তি তমফা ইরাংলোন পলেম ইমা চাখা মরিং লোইথোম্বীগী পায়মা শিয়োম্নুং অমদগী হেক পোকমিন্নবরবা নচিল নৌপুামক্তি। অদুনা মামা ইবুংঙো ওইবা নহারা পন্থৌ ইপামক্তুয়া নাউকোনবিত্তনা য়োকপি ঙাকপিরক্লবনি। পলেম ইমা তমফা ইরাংলোয়া লোইদাম থাবুম তরা নাউপুদুনা অরাবা কোকথোং পুরকপবু মামা ইবুংঙো নহাক্তা লাঙ্গোনবিদুনা অরা অনা কনবিররকখিবা অদুগী লম্মনবু লাংবম্বাদা পুথিবা মাঙজোনবা চেঙ ফৌ শিংবগুম লম্মন শিংজগে। অদুনা মোইরাং

লাইচা য়িনা রাং। মালেম লয়না রাং। নমু পোংনা থোইরাপাকী। লোকতাক থারা সা। য়িমলেন সাইকং মমঙানানা। থারা খেমচঙ লোনসিননানা পানপা পুংতা। লৈকাই থোইয়া লিংনা পানপা পুংতুপু। চীংঙু নোংতমখোনকী। কেকে নপুং তাকনা। মোইরাং নরয় কায়না থুপাকী। য়িয়ু নিংথৌখোমপা। তুপি মহাকথককী হৌনা। মোইরাং সনা ফমপাল মাঙ। কেকে নিংথৌ চারীপু। য়ায়ঙ্গা সমথৎলাপা অসিপু। লাইরেল ঐনা য়িবু থোইয়ম লাইনিংথৌ। কোরৌ থককী রায়েনপা। রাংপল খৌথাপানা পীনপা য়াই। কোরৌ খোংচোমহুপী। তোংচেং কায়নৌ থরানপিচাকনা কুপিপা য়াইরোন-থোকপু। য়াইরেন খূৎতা থুমনা। চীরেন লাংয়েন থকতা। নূংনাং মখোয় নেৎনা খৌথারৌঙ। তুপি য়িহাকথক অসিতা। কেকে ঙাংোই নরয়পাকতা। কেকে সেললৈ মীরুত্তোং। মোইরাং পাইরৈ মীরাইঙ্গাক। চোয়নৌ সনা ফমপাল তোংনা। অনৌপা অমরক

ঙাংোই লৈবাক অচৌবা চাউনা শাংনা লৈগ্রবা লৈবাক অসিদা লাইজা য়িনদি রাং মালেম লৈবারদি নেঙ্গা মবম্না লোক্তাক পাৎ মঙক্তা থারা শারগা মথক্তা অমুক য়ুম শাইজনগা শাইজিনগা শম্না ক্রক ক্রক ঈনশিন্ননা কুংনা শাড়ুনা অমগা অমগা অরৈ লৈত লৌথোক লৌশিন তৌনড়ুনা য়াম্না মুংশিননা পানবা পুং অতুদা লৈকাই থোইয়া কয়া লিংলগা পান্নিবা লমদম অদু থোইয়ম নোংদম্বা মাগী নোংদম মতুংইন্না লৈবাক তাক্না মোইরাং মরমদম্না পিকশিন্না হৈতম শিংঙমদনা লৈরীবসিবু ইবুধৌ নিংথৌখোম্বা সনা হাক্তক্তগী হৌনা মোইরাং সনা ফম্বাল অসি মাঙড়ুনা কেগে নিংথৌ চাদা নাউদাবু মযাম অসিদা তৎপা আসনু মৈদিংঙু ঐনা ইবুধৌ থোইয়ম লাইনিংথৌ কোরৌ মোংমদোন থক্তা রাযেল্লিবা মোংদম নোংথাইবিবনা পীনবা যাই ওইবা কোরৌ খোংজোমহুবী তোংচেং কায়নৌ থরানমিচাক্লা থৌজানবিবা ওহোকপা য়াই অদুবু শমু খুক্তা শায়রগা মবুধৌ পাথংবগী চীরেম লাংয়েল য়াওরবা কংলা ফম্বালদা ফমড়ুনা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইজম্লিৈ অসিদা কেগে ঙাংোই মোইরাং কৌবা নরৈবাক অসিদা ঙাই-শেন শাগে নাতৈ পূম্নমকপু ঙাকপি শেনবিবা ওইনা মোইরাং কংলা ফম্বালদা তোংড়ুনা

ঙাঙোই লয়কোয় লেপহৌরুরো। লহাল ইযু নিংথৌ মরোল থুঙিং-তাম্লুং। কেকে সেনচঙনা। রাঙম পাইচঙনানা পাললকপা। কেকে ঙাইনোংসাং। ঙাঙোই য়িঙাইরেনতানা লৈপা। মোইরাং কংলা তোংনয়াঙপু। সনা ফমপাল সেমহৌরুরো। হায়না যাথং পাউ-মেননারাপাকা। লাইরেল মৈতেংঙু। লিনরাই ফাংলৌ মরামপাতি। মসানৌ চুপারাচা চীংথোং য়াইমাপাকা। বুনপী পুকমানননা। মমান কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হনপাকীতমবপু। কেকে থুনকূমনা। মোইরাং থুনতালপাপু। নিংথৌ পোংলোই মসিঙ সুনা। সংলৌ থৌরাংথিএ। য়েনলাং ঙনতনখিরে হাযতাপারা।

ঙাঙোই সুংনাং তেলহৈপাতি। ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ। থংচীং কোয়রেনলাই। মোইবাং কাসারেন নামুংপা। চীংঙু যাইপী পললোই তানপা। থুযোন য়াংলৌ লযপাক মপাপু। বুনপী সামন লীকিনানা। খোইয়ম সনা মথোঙ খাতা। কেকে মপাল লমপু

---

ইনৌ নৌনা লৈবাক অতুগী লমকোয় ফম্বা ওইনা লেপহৌরুরো। হায়না হবুধৌ নিংথৌ.বংল মরোল থুদিংদম্ব কেগে মোইরাং লৈবাক অদিবু ঙাই শেল ওইনহুনা অমনা অমগী তেবাংননা পাম্নকপা মতম বুইনদগী ঙাই শেল ওইনরকপা অতু ঙাক্কনা লৈরকপা মোইবাং কংলাগী নিংথৌশিংগী মফম ওইবা সনা ফম্বাল অসিদুম অমুক নৌনা লিংথংপা ওইনা শেমহৌরুও হায়না সনা য়াথং হান্দুনা পাউমেন্নরব্রবগা লাইরেল মৈদিংঙু লিনরাই ফাংলৌ মোবম্বনা মনাও ইদুংঙো শাইমবা যুনরাকা ওইবগা পুকচেল খোয়জেল তিন্নমা মামা ইবুংঙো পুরিক্লাহ ঙাঙোই পোংলেন হনবীদমক কেগেদা কূমহুনা মোইবাং লমদম য়োমনবা লাকপদা নিংথৌ ওইবগী ফিজেৎ লৈতেং অমত্তা রাত্তনা মশীং শুনা পীনবা থৌরাং নিঙদিনা তৌজখরে।

কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই ঙাঙোই সুংনা তেলহৈবা মবুধৌ খোইয়ম চীংঙু লাইওইবা লাইনিংথৌ থাংজিং কোমরেন লাই কৌবা মোইরাং শলাইগী মপুওইবা লাই থরাইগী লীহৌফম ওইবা থুমোন খুঙং পুম্বগী মপু ওইববু পূক্লিং হকচাং য়াওনা চীংঙু সনা মথোঙ থাদা চঙজহনা কয় লাইসিবু নিংজরহুনা কেগে মপা মপুগী মরমদমদা কম্নগে থুমোল

খুনকুমলাকে। খুয়োন মাংলৌ মরয়নেংতাপু। মিনতাললাকে হায়-পাকীপু। কোয়ৌ মুমিং চয়চেনতা। থপা লাননংতাপাংতা। মাংলেন পুংচায়েং। চেংলৌ মিংকুপ য়েং। খেনলেন মতম কপাতা। তুপি য়োইকোনমুংপু হুললালকলে হায়তাপায়া।

মমান তমপা য়িবাংলোন। য়োইপু কংলৈ মৈতৈ লৈমা। নোংপোক পাইখু লানথপী। তমপা মখোঙ থাত্তা বাকংখিএ। য়িমান মৈতৈ লৈমা। নোংপোক পাইখু লানথপী। চানতা লৌচীংকৈ। খাকী লয়হৌপোককী। লাসক কাডেং থাঙসাপাপু কায়মা হুনপী। য়োইপু খুনপী সলাইহনয়ো। নতু লোইনাই ঐতি। কেকে য়িপাম-লম। ঙাঙোই য়িপুলম। নপাম কেকে চাউপাপুংবু মিনতাললাকে। য়িমান সনা নয়াথংপু। তমপা নরকক্ য়াইকপাপু। লনকুপিয়ো হায়না বাকংলাপাতা। মমান তমপা য়িবাংলোন। য়োইপু কংলৈ মৈতৈ লৈমা। নোংপোক পাইখু লানথপীনা। য়িতু লোইনাই অহেনপা। কেকে পুরিকলাই চীংও, লাইপক কপয়ো। য়িপাম

---

লমদমদা লৈরগে হায়না চংলগে হায়বগীদমক কুমিৎ অফবা তিনজা লাইচা অফবা অমসুং পুং কেন অফবা য়েংলগা মিকুপ নাহম অফবা রেং খেন চাং অফবা মতমদা খোঙশায়নবগীদমক মৈতৈ সনা কোজংবু থাদোক্লম্রে।

মনেম ইবেম্মা ইবাংলোন কংলৈ পুংময়েলগী মহারাণী ওইবী নোংপোক পাইখু লাম্বীগী সনা মখোঙ থাদা হক্চখি। হে ইনেম ইবেম্মা মৈতৈ লৈমরেন ওইবী নোংপোক পাইখু লাম্বী চান্দা লৌচীংকৈ খাগী লয়হৌ-পোক লমদমদা লাসক কৌবা কাদেং থাঙশাববু মায়খিবা পিহনবা ঙন্দী মৈতৈ লৈমা চগু পুন্নমক্তী লৈমরেন ওইবীও! মমাক ওইবা লোইনাই তুংনাং ঐহাক ইপা ইপুগী মরমদম ওইবা ইনেম ইবেমমাগী নপাম লমদম ওইবা য়োইরাং চাউবপুংদা চংলগে। ইনেম ইবেমমী নয়াথং য়াইক খোজাল ওইবা নিঙথিবা য়াখং পিনবিয়ু হায়না হক্চরমদা মমেম ইবেম্মা ইবাংলোন কংলৈ মৈতৈ লৈমরেন ওইবী নোংপোক পাইখু লাম্বীনা ইবুংঙো! লোইনাই তুংনাং অহেনবা কেগে পুরিক্লাই ওইবা লাইবক করও! মনেম ঐগী ইপাম লমদম কেগে য়োইরাং লৈবাক অচৌবা অদো ইবুঙৌ নোংপোক

কেকে চাউথ্রাপুং। মোইরাং সাংপায়ায়পু। চীংঙু নোংঙমখোনবী। য়িতু নিংথৌ নোংপোক বায়বং মেনখোমপা। চোয়নৌ সনা হোঙপা মহাকথককীপু। ঙাঙোই সনা কমপালপু লেপঙমতানা। মোইরাং লৈপাক তাক্লপাপু। লাইরেল মৈতিংঙু। লিনবাই কাংলৌ মরামপা নথৌচালবী। য়িতু সংলৌ নখৌরাং য়েনলাং নঙমতমকীপু। অনৌপা কেকে লৈপাক লেপহৌপা অসিপু। ইয়ু খোইয়ম লাইমিংথৌ। থংচীং লাইমরুনা। কেকে নঙপু চারী কুইনা। নোইরাং খোঙতোন সাংপাপু। থীনতানা লনকুডেনে। হায়না য়াইফা লনকুরাপু। য়োইপু চিনকোয় ময়াথং। লাংপল চীংসাং খোইরেন চীকুমপীনা। লন-কুপীরাপাকা মতু লোইনাই। ঙাঙোই মুংমাং তেলহৈপাতি। লাইরেল মৈতেংঙু লিকলাই নোংথৌপাথং অতেংপা। লিনবাই কাংলৌ মরামপাকা ঙাইরোইনানা। তুপি য়োইকোনমুংতাকীপু লমচৌরকলে। থোঙলেন য়াইচমপা। লোইনাই খুনপী অচঙপা। মুংপাল লোইচা য়াঙপা। সানৌ মচিল মনাউনা। থাংয়ি ফৌরম চোননা। লোই-মোম ফৌকং লাংপালম। চেংলৈরোল নাউরেমপা চমু। থারোন

বায়বং মেনখোবা পুরিক্লাই সনা হোঙবা মহাকথক্কগী হোনা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিগী মোইরাং সনা ফম্বালদা কনাগুম্বা অমত্তনা নিঙথিনা লেপ্পা (পানবা) ঙম্লক্তুনা মোইরাং লৈবাক তাকপগুম লৈরক্লিবা অসিবু লাইরেল মৈমিংঙু লিনবাই ফাংলৌ মোরাম্বগী মথৌজাম্না অমদি মাগী বাথল মথৌরাংবগী অমুক নৌনা কেগে মোইরাং লৈবাকী মপু লৈরমদবু লৈহনবা অসিদি ইবুথৌ চৌংঙু থাংজিং লাইমরুনা চানবিতুনা ইবুংঙো নঙবু পুমদি ফুংশাংনা মতম কুইনা পাঙনবা খুনমক থৌজানবিগনিদো। অমম হায়বতুনা চানবিবা বাহৈ বায়ম্না লাংবল থাদা চীংশাংগী খোইয়েম্না পুবা খোইহৌগুম্বা সনা য়াথং নিঙথিববু হায়বিরবদা লোইনাই মুংনাং তেলহৈবনা অমুক্তা লাইরেল মৈদিংঙু লিক্লাই নোংথৌ পাথং অতেংবা লিনবাই ফাংলৌ মোরাম্বগা লোয়মনা কংলৈ সনাপুংগী ফংলা কোমুংলেম্মপী খোঙশালক্লে। অম্মা লাকপনা য়াইস্কুল লম্বহনগী অহানবা খুনকমদা লৈবা মুরাংচা লোইচা য়াঙবা মচিল মনাও অনীনা ফৌরাম থমনবা কংহনবলম চেংলৈ পলাই

থুনঙমলম। তেকপি ওকমিংনাপা। ওকত্থ মীংচেনলোই অহনপা ফানালম। পোইরৈ থোঙলেন মীকৌলুম্পু। লানলোই মসাংঙান। চোয়নৌ সনা মকোপইকোং। তরেৎ মনিননাই। রাংলেন মরাংহৌ। পেরে সানৈ থোং। সিংকা থোনচেল চাউ! থাঙলেন য়োংথৌকান। সনা চোঙলেন থাননা। নোংমাই লয়কোয়পুংতা মাইথুংলুরপাকা। বাকয়ৈ হিক্কতোং। তোংচেং মরাংহৌ। লোকতাক লাইচা য়িরাই ঙাননা। কেকে থুনকুমলক। মোইরাং থুনতারকলে। ইরাং পুরিক-লাই। লাইরেল মৈতেংঙু অরাং ফাংলৌ মমামপাতি। মমান ঙাঙোই নিংথৌ কেকে পোংলেলহনপাপু। কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপায়ায়পু য়ৌনা। থিললকলাপাকা। লাইরেল থিংলৌ নিঙনা তেনা। পোইরৈ সনা মপুংয়ায়তা হুলবাইথিরে হায়তাপারা।

কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। ঙাঙোই মপললম। মোইরাং ময়পাকতা। থোয়মা নৌমননানা। থাঙলেন-না পলহাইনা। কাচেং য়োংহক চননা। লাইরম থোংলম মরিল তংনরপাপু। হুপলেন থোমসিলোন। পোয়োম থাংথনা। তৌরাং

চত্তশিংনা থুন্দাবা থায়োন থুনবু ঙম্নকপালম ওকলেন হায়বা মিংবু লৌনা থোনবা ওকত্ত থুনগী শীংজনবা অহলবু ফাবা লম থোঙলেন য়াইচম লমনি হায়না মীনা হায়নরিবা লানলোই লমদমসিগী লমদাং মতুংইন্না ঙান্না লংনা মমায় পান্না নিঙথিবা ফিজেৎ লৈতেং শেৎলগা তরেৎ শেনবুং রৈ রাংলেন পুংজাউ থীল পেরে সানৈ থোং শিঙ্গা মোইবুংনচিংবনা না রৈশিনবমথে থোংল-থীংলহনা অথৌবা সনা থুংশু থাঙলেন পায়রগা চোঙ শেকপিন থাম্নুনা লাকপনা থুমন নোংমাই লমদমদা য়োৗরগা বাকয়ৈ হিগী হিক্কদা তোংহনা কেগে মোইরাং লৈবাক য়োয়কলে। ইরাং পুরিক্লাইশিবু লাইয়েল মৈদিংঙু অরাং ফাংলো মরাঙ্গা নিংথৌরেন্না মমাক ইবুংঙো ঙাঙোই নিংথৌ কেগে পোংলেনহনবনু কেগে মোইরাং লৈবাক অচৌবা লমদম য়ৌনা থিনবিন্নগা মৈদিংঙুশু সনা পুকনিং লম্নতাবহনা কংলৈ সনা কোম্বুংদা হুনথরে।

কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা মোইরাং মপা মপুগী লমদম য়োয়ক্লবদা পুকনিং নৌহোনানা মোইরাং মীয়াম চঙনা মথুং মথুক্তা থাঙশাং

খাংপকসা। পোনগী য়োমতমগৈ। কুম্বাক পোইতু থোংনাপাপু। চৌংঙু লাইরক চননা থোংথংখি। লময়ায় পুমিং মাঙলপাপু। য়াওরৌ সাতোকপা। তোকম্বু মৈসাংপাপু। লমপান সারোনকোয়। লয়পুং কোয়চাউপা। থোঙলেন লমকান সানা য়াকানায়মলাপাপু। লময়ায় চেমনা তানা পুংখঙখিয়ে। চীংয়া থেনমিং মাঙলপাপু সাফু সাখুন চুমনা। লাংহৈ চাপু তেমপানলাপাকী। সাফু চিন-লোনচন। লাংহৈ য়াথোঙ পননায়াপাকা। চীংয়া থেনখঙলাপাতা। কেকে পায়ী লাই। মৈইরাং পুয়ীলাই পুমমামাপু। থৌকাউতানা কেকে মমাইপা। খাপী থিয়াথৌ। অমাই স্থমতোং লাংনা। চীংঙু লাইফম খুতিংতা। থোইয়ম থয়াই পোংসিম হাইনা। কৌপা লাকথোংকা। চীংঙু থোংপাল বায়না। কোয়ৌ লনসায়া। য়াংপল পাউকা মতোল লোমলাপাকা। কেকে য়োইকোনমুং। কোম্বুং অচমপাতা। পয়িং লাংসং সানা। মানেম লয়মায় তেমলপাতা। য়িমলেন মখূংকা। কোনলোয় সংকাই লেনপু তয়না সেম। কেকে

মোংপাক পায়নবহুনা লাইরম থোংলম ফুমখিবা পোয়োমনা তৌ পাখীশিংনা অমদি হপনৌ নানৌনা পূমকুপ কূপশিনখিজুনা মফম থঙনদ্রবা হল্লা হায়া ময়ক্তা উচেকশিংগী মহম ওইনহুনা লৈরবা মফম পূয়মক অতু ক্ াক্লা শম ফোয়বগুম নাপী শীংবী পূষা ফান্দৎ হাইদৎলবদা লাইফম হায়গী পুবা মফম থঙজখি। মপা মপু মবুথৌশিংগী মোংফম মফম থঙখিদবা তোকপা কাম্বান-চিংবা লমগী লমপা হুইখৌ লমহুই অমদি অচৌবা লিন লয়পুং কোয়বনচিংবনা মকোন ওইনথম্লবা অতুবু অমত্তা মাঙদনা মফম চানা চানা অয়েপ্পা মফম থঙজখি। চীংয়া তময়াদা লৈখিবা থেন পূয়মকী মফম থঙনকন্রবা অতুহ শাফুনা মখুল চুয়া চঙবগুম লাংহৈদা থাবদা তেম্মা পালবা লাংহৈনা মকোল চঙবদা চুমা চঙখিবগুমা চীংয়াদা লৈখিবা থেন পূয়মকী ফমহ অয়েপ অয়েপ্পা থঙনখি। অস্থুমা মফম থঙদমবদা কেকে মোইরাং লৈবাক অসিগী থায়নগী য়ায়া লিশ্রবা মতমগী পায়ী পুয়ী পূয়মকী মফমদা কেগেগী অমাইবা মোইরাংগী অমাইবী কয়ানা লাইফম তিনফম খিহুনা লাইফম খুদিংদা থয়াই থকা হৈকক হাপ্পা চীংঙু মথৌয়গী মথোঙদা চঙজমগা থোইরম মথোয়গী

খংচীং য়িমচাউলেনপু। ৱুরেপ চারা তু। ফমলেন য়িমতোপ সেম। লাংয়েন সায়োকপুংপু। পুংমায় হাপনা তাউখণ্ডলে। কেকে য়োই-কংলা। মোইরাং কংলা তোংনায়াওপু। পামেল অঙনপা। তলা অরেমপানা। সিনৌ মোইথাপ তরেংয়োং কুমপানা। য়িমপী কৌচেনতু। ৱুরা কৈকোয় লাক। পামেল ৱুখোঙ থোংপু তয়না সেম। সঙলেন মথোল তয়না হাপ। চোয়নৌ সনা ফমপাল-লাংপু। তয়না সেমনা তাউখঙলাপাকী। মতাইলেম কেকে খুন-ফাংথো। মোইরাং নাইফাংথো পুমনামানা। নিংথৌ ফমপাল কানাপোংপু। পোংলোই মসিঙসু পোংয়াখ মসিঙ ৱাংতনা। সংলৌ থোরাংলে। য়েনলাং ঙমতম লোইরাপাতা। ঙাঙোই পোংলেন হুমপাত্তি। মসানৌ তমপা ৱাঙমলোন। সেনপী মুৱাউ লানথপীকা। য়েনপঙ ফাইপঙপা। পুংফাই তোনয়ামপা। ৱুখোক-ৱাখোক য়াও। নাথায় নাতাং নাপু নাসেন। পুমনা য়াওনা। লাইচা য়িম্নীকলাই সেংপেংইপা। চীংয়া কোয়নারেন য়ি। লাংপল চীংচাউ য়ি। চীংমু

সনা থয়া থাদা মকলুক্না নোঙবন্থনা চীংঙু লাইনিঙ অচেৎপা খোইরম থৌরম মংতাল লোংয়া হৈকৎ লাকৎ তৌরগা খুরুমজরগা কেগে কংলা কোঙুংদা পরিং লাংসং হুন্দুনা কোঙুং লয়মায় তেম্নগা সনা শঙ্গায় নিঙথিবরু কন্না শেম চীংঙু থাংজিং লাইকোনগী খোইথম দাইশঙ অচৌবসু উপি উরেল মথোঙ য়ুংলহনা অমনি ফন্দুয়া য়ুমলেন তোঙামা শা অমসুং ৱায়েল-শঙ নিঙংথবৱুনা পুংমায় হ প্রহনা শাস্ত্র। অসিগুম্বা মোইরাং কোঙুং ফম্বাল লোংনফমদনা খুাইদগী হেন্না নিঙথিবা উজাউ মংপোপ চুম্বনা তরেং য়োং খোয়দবগুম্বা চুংগ্রিং চুমগ্রিং চুয়বা উপালনা য়ুম্বী ওইরে অহুগা উয়া হুমদাংনা মায়কৈ পুম্বা কৈনা ইকোয় কোয়না লাক্লে। অহুগা উগী উথোঙ খুদিংনা উথোঙ অমুক হাপহনা মথোল নাইনা শাবা য়ানবা শেম্নগা ফম্বাল তোংনফমদু নিঙংথিনা শেম্বা শাবা লোইরগা কেগে ফম্মাই ফানাইবা অঙম অথৌ পুম্নমক্কা নিংথৌ ফম্বাল তোংবদা চঙবা হোৌনবা পোংলম পুম্নমক মশীং অমত্তা ৱাক্তনা থোরাং শুনা লাংবহু লোইরবদা কেগে ঙাঙোই পোংলেন হুনবনা মশানৌ তমফা ৱাংঙমলোন শেনবী মুৱাউ লাহবীগা লোয়ননা

লৈতম য়ি। পুরুম তাইপি য়ি। কেকে লাইখু য়ি। মোইরাং লাইসন য়ি। মানবী সনথেন য়ি। থিনবী য়িতমখোং। মোইরাং রানবীশুনা য়িরানখোং। চেকলা পোনবী থিককারী অমুপানা। লয়চেঙ কামমা হোৎনা। লাইচা য়িথঙ খোং। রাইথু থুংলোওয়ি। থারোই নামসংয়ি। মমায় নোংমেম লাইনা পাংনা চেনপায়ি। খোইয়ম লাইফম খুতিংকী। লাইচং য়িরম মসিঙ সুনা সানতেংলপাকা। সানৌ মতৌ মনাউতি। কমপাল চৈরৈ ফিনৌথোল। লিকলাং মঙাননাই। থপাক লিকথোনথৈ। চোয়মৌ সনা লৈরোইনা। চেংলৌ মিংপু লংনা। চৈরৈ ফিথোললাপাকা। নিংথৌ পুরোহিত মনাওয়োকপু। প্রামহোন লেংনাতিন। হুংকার খোনচেলচাউ। চৈক্যা মরাঙ হৌনা। খেনলেন মতম ফপাতা। কোয়ৌকুম মসানতম। রাংপল লংপা মঙাল লৌনা। কেকে কংলা তোংনায়াঙতা। চোয়মৌ সনা কমপাল তোংলে হায়তাপারা। নিংথৌ কোলোয় মমিংথোংপু। সনা কমপাল মিংছনপাতি। ইরাং খোকথৈ পানচুমপারো কৌনা মিংচুনৈএ। তমপা

য়েনবং ফাইবং পূংফাই মতোল লোঙবা উ-খোক রা-খোক মনাশিং য়াওনা নাপী নাথায় নাতাং নাপু নাসেন পূন্নমক অসিন' শেংলবা ঈশিং ঈরিক ওইবা চীংয়াদা কোইনা চেল্লক্রবা লাংবল চীংজাউংগী চুমথররব ঈশিং চীং মুনা উবা চীংজাউগী ঈশিং পুরুমচীংদগী চেল্লয়কপা লাইখুদগী চেল্লকপা লাইশন চীংদগী চেল্লকপা ঈশিং মানবী শম্বেলগী ঈশিং থিনবী ঈতমখোংগী ঈশিং অতুম্বা থিগ্রি কৌবা অমুবনা মখোঙনা লয়চেঙ থোংলগা খোক্লকপা ঈশিংসু মোইরাংগী রানবীশ্‌না শোক্লখ্বা ঈশিংথোং রাইথু থরোই মহিঙম লুরবা ঈশিংনা মমায় অরাংলোমদা চেনথক্ত্‌না লৈবা ঈশিং অতুগা চীংঙ্‌ খোইয়ম ওইবা লাইশিংগী লাইফম থুদিংগী লাইজ ঈশিং মথল শুনা পুরক্লগা ইরু মায়তারহুনা পুরিক্লাইগা কেগে লৈমগা মতৌ মনাউ অনীনা অনৌবা নিঙথিরবা ফম্বাল ফিজেৎ থোম্লগা নাদা নিঙথিবা নায়ান থবাক্তা মথোল মথোল লিকথাং নাইবা লিকয়াম অসি সনানা শাবা ঙাক্তগী লৈগী শক্তম ওইবনা য়েংবদা মিৎ থকহল্লবা অমদি ফজম্বা ফিজোল থোম্লবদা পুরোহিত ব্রাহ্মণচিংবা পূন্নমক তিল্লগা হুংকার খোঙেল লাউনা ঙংলহনা পুং কেন

রাংঙমলোন সেনপী মুরাউ লানথাপীপুম্নং। কোলোয় মমিংথোংপু। কেকে মোইরাং লৈমা। তমপা মৈরা পোনচেন্দপীরো কৌনখিয়ে হায়তাপারা।

ইবাং পুরিকলাই। থাঙবাই লাই পাথং অতেংপানা। কোরৌ নোংলাংপানবী। খুয়োন ঙাংথম ময়ায় খায়না। কোরৌ নোংথিল পোপোপপু। কেকে লয়কোয়লেনতা। খুনতারকপাতুকুম। পোইরৈ তানথোং ময়ুংকুই। লেমথোং মফৈ পাকপা পূংবী। কেকে মপললম। মোইরাং চাউপা পুংতা খুনতাকপা। কেকে নিংথৌরোল চারী-য়ায়তা সমলাপাপু সমহৈপা। ঙাঙোই লয়খোঙ কায়রাপাপু লেপ-হৌপা। লৈতেং মকাইকম। খুয়োল য়াংপা মরয়নেংতা। চোয়নৌ সনা ফমপাল তোংফাপা। পুরিকলাই খোকথৈ পানচুমপা। ইবাং থয়াঙ মথৌমল। চুঙসেম মরানওনতি। হাওরৈ নোংচুপ খানা পা পালমতা। খৌসাপনে। লোইপী মনিননাইপা। থারম লাংতে পুমনামামা। সায়পাতুকুম ময়াসা। খোইফুতুকুম মচিনতুম। লোইপী

মতম অযবা কোরৌহনবা তুম্বিংবী মশেকুম য়াম্না শেংলবা মতম অফবদা যজ্ঞ শৌবহুনা কংলা ফম্বাল তোংলে। মতম অদুদা পুরিক্লাইগী ফম্বাল মিংহুর্নদি ইরাং খোকথৈ পানজুম্বা হায়না মিংথোনবদি ওহোয়া চুনরে। অদুগা মশানৌ তমফা রাংঙমলোন শেনবী মুরাউ লাম্বৌগী কোলোয় মিংলেনথোনস্থ কেগে মোইরাং লৈমা তমফা মৈরা পোঙ্গেনবী হায়না কোলোয়খি।

ইরাং পুরিক্লাই থাঙরাই লাই পাথং অংত বনা কোয়ৌ নোংমদোম্বগী মোইরাংগী খুয়োল ঙাংথম থুল অনৌগী ময়ায় মক্কদা ছুংথিল পোবোম্ভা মোইরাং লমদম অসিদা থুন্দারকপা অদুগুম্না কেগে লৈবাক্তা মম্বাক ময়ুং পাক্না চাউনা পানবিবা কেগে নিংথৌরোল চাদা নাদ্দাশিংগী ময়ায় ওইনা থক্না তুংদা হৌরকপগা শয়নবা তৌরিববু শমহৈবা অদুগা কেগে লৈবাক কায়থ্রববু অমুক নৌনা লেপ্পিহোবা নিঙথিবা সনা মশঙ্গায় অমম্বুং খুয়োল মরমমমগী কংলা ফম্বাল তোংবিবা পুরিক্লাই খোকথৈ পাঞ্জুম্বা কৌবা নিংথৌগী মতিক মথৌনাদি নোংচুপ অমম্বুং থা পাংবরোমদা লৈবা লমদা ছয়েল

মথননা ঙমচানা। হেমপা মথননা নারাংচয়াপাকীপু। ঙাঙোই খোকথৈ পানচুমপানা। মতাইয়েম কেকে খুনফাংথৌ। মোইরাং নাইফাংথৌ। অথৌলিচা হেপপা। থয়াঙ কোনতাই লোনপা। চোয়নৌ সনা চিনপা। মোইরাং লুপা থেংপা। সয়াঙ কোনপু সিপা। বুরা পামতু হুকপা। কাওরেন সনসকপা। কৈরেন তেংথানপা পুমনামাপু ঙাইরোইনানা। হুয়েল লানতাখিয়ে। কেকে লমলেন মতাইমা থুমু লাইরিপা মরমথৈ। লমলেন তোরপুং লম্মহনপু কতৌনোংকী কৌপানো। কেকে কুরাউপা সাকোনয়াঙনা। চানা কোংতিং খেংঙৈতা। হুয়েল লাননিকীতি চানা কোংতিং মরয়মাপিকা। মোইপুং পোংতম সিপী। তাইতন মরয়মাপী। লিককোন চানতংলৈ ঙাংথোমপীকা হুয়েল লানপুম অনিমাপু কায়না হুললাকএ। লোইপী মিংকৌনা। মারেমনা বাহায়নানা। অঙাং নাবা অথুপাপু তোরোও কৌএ। লালুপুস্সুং তোরোবো কৌএ। লালু তোরো অনীমাপু। লোংনা কৈনা ফারকএ। অতুনোংকিপু থুনপী তোরোকাই।

---

লান্দাখি। খা নোংচুপ মায়কৈরোমগী লোইবী থারম লাংতে কৌবা লমকেৎ লমহাইবা চৌংমীশিংনা শাইশিংথ মচিন্না থৌবগুম খোইবেল মহমদা চৈনা খিল্লগা ঙংবগুম লোইবী মথোয় সন্দেল মথৈনা লাপল তৌনা কল্লরে থোজরে হায়না নারাংজবদগী ঙাঙোহ খোকথৈ পাঞ্জুম্বনা ফেগেগী অথৌবা মোইরাংগী অকল অথৌ ওইবা মপা মপুগী মগুণ ঙারা থরায় থাদোকপদা পাম্ দ্রবশিং লনানা ঈঙাং ঙাংনা শিরবা লুপানা মরক থেংনা হেনমোইনবগা মকোক্তা উরা মতু খেংপা অথাকপা কাওবেল শনগুম পাম্বা কৈরেন অথৌবগুমই হায়না শোন্নরবা পুম্নমক্তা লোয়নমতুনা হুয়েল লান্দাখিয়ে। কেগে লমলেন মদাইমা থুমু লাইরিবনা লৈবা লমগী তোরবুং হায়বা মফম্ভু করিদগী কৌনখিবনো হান্নরবদি কেগে কুয়াউবা শগোল য়াঙনা চানা কোংতিংদা লানশোক্ককবদা লানফমতুদা কোংতিং লৈমাবীগা তাইতল লৈমাবী মোইবুং পোংতম শিবী লিক্কোল পম্বেংনা মঙক থন্না শিবিগা লানফম অতুদা অনীমকপু লানফা ওইরকখি। লোইবী চৌংগী মীশিংগী রাহৈদা অঙাং অপীকপবু তোয়ো হায়না কৌনৈ। অতুগা লালুবুম তোয়ো

লমেলন ভোরাগুংও তৌনা কৌয়ে হায়তাপানা। লাংনময়াই মসাপীকা। লাংসোই মসানৌকা। ময়াই য়াইথেংতৈ। য়িরোক লাইচম লাননা। চীংসা নাপোমমাতা। লাংসোই মসানৌকী। থানলৈ লৌঙাকসঙপ্। মসাপী লাংনময়াই য়াইরংচাননা। থানলৈ লৌঙাকসঙপু। সঙলেন মসা পানঙুম। চীংলেন নাপোম লাননা পাইচিললকলে। লাংনময়াই মসাপীকী চেঙচাকম। লাংনম অপাক-পাপ্। লাংসোই য়াইনা কৌরাপাতি। ঙুংলেন মসা পানকুম। য়িরোক লাইচম লান। চীংসাং নাপোম সমনা পাইচিললকলাপাকী। য়াইরেল য়াইনা অপাকপানা। থৌতু ঙুংপু য়োম। লোইপী মরিম-নাক। লাংসোই মসাইকোনতা। লাইচ: লোকলম ইনমা। লয়না লানা পুথংখিয়ে। অতুনোংকিপু লমলেন মতাইমা। মরয়লোকও তৌনা কৌএ। লমলেন মরয়লোকপু নাতৈনানা। সানৌ মচিল মনাউকী। হেমপা য়াইথেং লোকলে হায়পাকী। য়াইথেংলোকরো কোপাপু। কেকেতা ফাংথিপা। মোইরাং হায়মন তানপানা।

---

হায়না কৌনৈ। লালু তোরো অনিমক পুহায়বা রাহৈনা লোংনা ফৈনা ফারকএ। কোম্মৌ অতু ঙমিত্তগী হৌনা মফম অতুবু খুনবী তোরোফাই লমলেন তোরপুং হায়না কৌনখি। লাংনময়াইগা ময়াম্বগা লাংসোই কোবগা মথোয় অনীগী য়াই অনীগী মতিকনা ঈয়োক লাইচম অমা লাম্লগা চীংশা নাপোম অমদা মশানৌ লাংশোইগী লোঙাকশঙ লৈবতুনা চীংলেন নাপোম অতু লাম্মা মশা পান্দুনা পাইবঙুম্মা য়াইতুনা চিংবদগী পাইশিল্লকখি। মশাবী লাংনময়াইগী চেঙজাফম লাংনম অপাকপবু ইয়োক লাইচম লাম্মা চীংশাং নাপোম অতু শম্মা পাইশিল্লক্লবদা য়াইথেল ওইবা অপাকপা অতুনা থোতু নুংঙু য়োম্লগা লাংশোইগী ময়ুম লৈবা লোইবী চীংগী লাইজা ঈরম ওইবা লোকী মতুংইম্মা ফম্মা ভম্মা চৎপদা পুথংখি। কোরৌ ঙম্মিং অতুদগী মফম অতুবু মরয়লোক হায়না কৌনখি। অসিগুম্বা মরয়লোক কৌবা মফম অতু লাম্লগা মচিন মনাওগী ওইব' য়াইথেং অতুবু লোকখি ( ফংখি ) হায়বগীদমক মফম অতুবু য়াইথেংলোক হায়না কৌনখিবনি কেগে মোইরাং লমদমগী অশৈবশিংনা লানলোইলোক হায়না মিংথোয়ে। কেগে মোইরাংগী

লানলোই লোকরো তৌনা থোননৈএ। কেকে থুম্মু লৈরিপানা। থারী লয়থোঙচু। চামলৌ লাফাম ফা। হাওতৈ য়ুনৈ হৌ। সায়েন ফাহাপনানা হোঙনেমতৈ। কেকে মমাইপানা লোনঙায়না। লৈতে রাহায় থুমত্তানা হোঙনেমলাপাকী। খোইয়ম মথৌচাল। চীংঙ্ মরলকুপু ফংননাপাকীপু। কোয়ৌ লনসাপোৎ পুমনামাপু। রাৎপা লৈত্তনা মরয়রকএ। হায়পাকী থুম্মু লৈরিপা হোঙনেমপুংরো তৌনা কৌএ। চীংঙ্ সানলোকপোকনা। লমলেন তোরপুং লমমহনতা। ত:রেৎ সেনফাং রৈ। রাংলেন পুংয়াম থীন। নাক:না পুংতোংরৈ। পেরে সিংকা খোং। সিংকা খোনচেলচাউ। চৈরৈ ফিরাল নারেঙপাপু। পোনপী নোংলোন পাইকুম। ফিরাল লমহাই নাই। কেকে মথিনাই। মোইরাং মরাং হৌনা। লানলোই খোনচেল মনিল নাই। য়িরোক লাইচম নিন্। কোরৌ তমনোংখোং। রাংপল লাউনোং খোংকুম। কামার খোমচেল চাউনা কেকে তেঙ্গোল লিংলপাত্তা। লোইবী থারম মনিননাইপাত্তি। রায়থৌ থমচেৎ পানকুমপা। থারম লানলোই

---

থুম্মু লৈরিবা কৌবনা লমদমত্বুগী মীয়াম কৌরগা চাক্ক্ ক লা থারত্বুনা অথোংবা শা য়ু অমসুং চানবা পোৎলম কয়া হাপ্তু্না মীয়ামদা পীজ পীথক তৌবদা লৈত্রে হায়রবা রাহৈ অমত্তা হায়দনা হেক লৈরিবমথৈ মীপুম তিংনা থুংনবা পীজরত্বুনা অমদি চীংঙ্ খোইয়ম লাইগী খৌজাল ফংননবগীদমক লাইনিঙ য়াওনা রাৎপা লৈত্তনবা মরয়রকথি হায়বগী মফম অত্বুবু থুম্মু লৈরিবা হোঙনেমপুং হায়না কৌনথি। অসুম্না লাইগী থৌরম তৌবা অশৈবশিংনা লমলেন তোর্বুং কৌবা লমদমত্বুদা পুং শেন ময়াম রৈবগা থীনবগা পেরে শিঙ্গা খোংলত্বুনা কোরৌ খক্কনা ফিরালনা মনা ফর ফর হায়রত্বুনা নোংমদোন্দা পাইবগুম ফিরাল পুমশল শল বেগে মোইরাং লাম্মী অকনবশিংনা মকল্থি ফুদোক্লত্বুনা শাবাউ লাল্লাউগী খোঞ্জেম্না ঈরোক ল:ইচম থুদিং পুমনিন নিনলত্বুনা কোরৌথক্কনা নোংমৈ কাঙ্গী খোঞ্জেম্না নোংনা থাকপা লাউবগী খোঞ্জেনগুম্না লাম্মী ময়াম পুরক্লগা মোইরাং তোঙ্গোল লিংলরবা অত্বুদদি লোইবী থারম থুনগী মত্তিক লৈবশিংসু রায়থৌদা পানবা থমচেৎকী মক্কনা ক্র্ ক ক্র্ ক ঈরনা পানবগুম্নবা লাম্মীশিংনা মোইরাং মীয়াম্না শারিবা তেঙ্গোল

পূমনামানা। চেংলৌ মিংখিংনা মিংয়েং সানথৈরপাকী। থোয়মা মায়োক য়ানা। হুয়েল লানসোকনাপাপু। ঙমলরোই হায়না রাথললাপাকী। লোইপী থাপু থং। মারেম থরাই মিয়েন পাইনা সোঙকিনারে। মপারী পানতা সম। মমোম থাতা পোনা। য়িরোক হাথৈ খি। পুরিকলাই মরোঙ চঙফুখোল। হুয়েল লালহৌখোলপু থাঙডমতারাপাকী। লোইপী থারম লাংতে পূমনামাতি। সনতং নারেং হোই। মেনাং ফনপা চীরৈ চিং। সেনচাউ নমতাপো। সেনপুং সেনমন নমতা পোনা। যেকে পুরিকলাই। য়িরাং সনা মথোঙথাতা। মানপী থুতপনানা। মরকম লৈতোনকোন। চাংচৌ চেপনা লোননা। পুরুমচররে হায়তাপারা। কেকে য়িনিংথৌ ঙাঙোই লয়মাপা য়িপুংঙুরো তাউরো। লোইপী থারম লাংতে য়িথোইতি। কেকে নপুলোই। ঙাঙোই য়িরেংপুকী লোইনে। নতাই-লেম য়িথোইপু। য়িসাতুকুমপাপু তুকা চং। চকমোম তুকুম-পাপু। সাঙকাঙনানা সোঙকিংলে। লোইপী য়িচীং কাপিরকুনো।

---

অমস্থং লানওং অতু উরথুনা চঙশিনথ্রগা মায়য়োক্নতুনা অকনবা লানশোক ওইরবদা মোইরাংবু মায়থিবা পীবা ঙম্নবোই হায়না থনবদগী মিহুন থাহন পূম্বা চেনগানখিতুনা য়ায়া অকিবা পোকখি। মযম অতুনা মচা মচানিপাশিংবু মথুৎনা পায়র শম্ন তৌরগা মনঙ্গন্দনা মচাম্নপীবু পোরগা ঈরোক লাইচম অঙুপ্পাদা থযতুনা লৈববু মোইরাং পুরিক্লাইগী চুঙনা থাবা থিনবগী মথোল অতুগা হুযেল লাল্লাউ খোল অতু তাবদা থাঙবা ঙমদ্রবদগী লোইবী থারম লাংতে থুঙ্গংগী মৌয়াম অতুনা মাগী মাগী লৈজবা নারেং থাংবা শগুং, মচিদা থৌরী থাংলবা হামেঙ অমতুং শেনবুং শেঙ্গাউনচিংবনা নমদা পোয়গা কেগে পুরিক্লাই সুংনাং তেলহৈবা নিংথৌগী সনা মথোঙ থাদা মকোক নোঙ্গরদনা অতপ্প মতেক মতেক ওইবা রাহৈনা হুঙৎলতুনা মমায়না লৈমায়দা চেপ্পা নোম্না থুরুমজরগা হঙ্গচংকখি। হে কেগে ইনিংথৌ ঙাঙোই লয়মাবা ইবুংঙো তাবিয়ু। লোইবী থারম লাংতে ফুরুপ ঐথোয় অসিদি কেগে নবুধৌ মোইরাং নপাবুং হাক্তঙগী হৌনা মোইরাং নথোয়গী লোই ওইনা লৈজরকপনি। হৌজিকস্থ শাদানবদা ফারবা শানা মঙ্কু মমান চুংজবগুম

হেমপা য়িসাইকোনপু য়ৌহিকপিরাকুনো। পোনবী নাউচেনতা। ঙাইরোং সিংপান ফাতারাকানে। হাউমন তেকসোইদ্রোই। থোইভিং সমথাংলোই। চৈরৈ ফিপাললোই। ঙাইরোং খলরোললোই। সেনচাউ নমপোলোই। সনতং নারেংলোই। মেনাং তনপা চীরৈলোইপু। পুকয় লোইকা ঙমতারাকানে। পুরিকলাই থাঙলেন নখুৎসুপু চয়রৎ-পিরো। য়িরাং তিমেন ননুংচঙপু হলবাইপিরো। হায়না পুরুমচা-রাপাকী। কেকে মোইরাং নিংথৌ। ঙাঙোই খোকথৈ পানচুমপানা। লোইপী মচীং কাপিতা। হেমপা মসাইকোনপু য়ৌপিতাংবিয়ে। কেকে খুমুচম মরমথৈ। লমলেন তোরপুং লমমাহনতা। ফয়েং নোংকা ফাইনা। চীংয়া বুতোন মিঙথিপা। তময়া নোংশিং লাংপা। চীংতোং মতা ফপাতা। থাঙলেননা পলহাইনা। কাচেং য়োং-হকচল। মালেম লয়মায় তেমনা। পুরিকলাই থেনলেন মথুৎ ফাপু। চীংয়া থেনথেৎখিয়ে। অতুনোংকিপু কেকে মোইরাং নিংথৌ। ঙাঙোই খোকথৈ পানচুমপা থেনলেন মথুৎফা। লাংতে খুনঙজথেনরো

---

অমদি থাবী মৈনা মৈরাইপ্রদুনা মৈশা লাংলবা অদুগুম ইতু ইমান চুংনা থক থক লৌরা কিজৈ। লোইবী চীংশাং কাবিরগম্থ হেৎরা ইথুঙংদম্থ য়ৌবিরক্লগম্থ। পোনবী উচেক ফাওবা মচা পোকওমদা মকুম থুঙমদবা ঙাইরোং শিংফাওবা মপাল মউ ফাঙম্লরোই। ঐথোয়দি থোইদিং, ফি, শিং তেকতেকপাল অমদি কংলায়েনগুম্বগা লোয়ননা শেরি শেঙাউ অমসুং শগুং হামেঙনচিংববু কুমজা থুদিং লোইপোৎ কাজবদুবু ঙম্লোইদৌরি। অদুনা পুরিক্লাই নহাকী থাঙলেন নখুৎশুগী থাঙহাই অদু লেপ্লিরো নখুৎশু তিমেন তা অদুস্থ হজিনবিথরো হায়না খুরুমজরবদা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই খোকথৈ পাঞ্জুবনা লোইবী থারম লাংডে চীংথক কাবি-দদুনা থুঙংমক য়ৌবিখিদরে। হল্লক্লগা কেগে মোইরাং লমদমগী খুমুজম লৈকাই ওইবা লমলেন তোর্বুং লমদা অহিং থাইরেক্লগা চীংয়াদা হোৎবা উপালগী উতোল নিঙথিবা অদুগা তময়াদা শিংপা মুংশিং অদু লাংলগা চীংদোং মতা ফবদা থুৎসু থাঙলেমনা হাইত্রনা হক্লম্নগা লয়মায় তেম্লদুনা পুরিক্লাই থেনলেন মথুৎফা হায়না চীংয়া অসিদা থেন অমা শেমখি।

ত্তৌনা কৌএ। কেকে য়িরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেনহনপা। ঙাঙোই খোকথৈ পানচুমপা। পুরিকলাই মখোঙথীনপু। মালেম লয়মায় নীকপা। য়িরাং মসা লামমারকতা। কোরৌ নোংপু খোননা। খারম লাংতে য়িমতোন লোমপা। লোইপী মরান খেরাং থাংপা। খারম লাংতে ঙমপাতি। নিংথৌ সাংতিং লাইলেথেম। পুম্নং লানপোৎ মঙান্নাই। চোয়ন্দৌ সনা মকোই ফোং। কোরৌ কূপতুমকূপ। রাংপাল লংতুম লং। মালেম লয়মায় ঙাননা। থেনলেন মথূৎকাতা ফমফমলাপাকা। মতাইলেম কেকে খুনফাংথৌ। মোইরাং নাইফাংথৌ। কেকে অথৌলিচা হেপপা। থয়াঙ কোনতাই লোনপা পূমনামানা। সাংতিং লাইলেথেম। পুম্নং লানপোৎ মঙাননাই। থাঙলেন নাকতা য়েপ। ত্তেনতোং নমতা হুন। সমু থূৎতুম পালোইনানা। ঔক্রি মালেম লয়রোইসেপু। চীংথোঙ মিকৌ সকনা পাউত্তোইনরম্লাপাকা। কেকে মোইরাং নিংথৌ পানচুমপা। লোইপী লাংতে ঙমপা। ঙাঙোই খোকথৈ পান চুমপাতি। পুরিকলাই

---

কোরৌ নোংজা অদুদা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই খোকথৈ পাঞ্জবা থেনলেন মথূৎফা লাংতে খুনঙমথেন হায়না কৌনখি। কেগে ইরাং পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেন হনবা ঙাঙোই খোকথৈ পাঞ্জবা নিংথৌগী সনামথোঙনা কাওবা থীনবদা মালেম অদিনা নীক্লকপা অদুগা সনা খুং নাম্বনা লাম্লকপদা কোরৌ নোংথক্ খোনবা মরম্না খারম লাংতে খুন্দোল লোম্বা মতৌ অসিদা লোইবী পুম্বগী ময়ুম পুম্বা মথুম মরাং হৌবদা খাবম লাংতে ঙম্বা নিংথৌনা নিংথৌ ফিরোল নিঙথিবরু শেৎপদা অয়েংবা পূম্নমকপু মমিৎ থকহল্লবদা কোরৌ থক্তা নোংথাংনা কূপ্পদা খোকপ: মঙালগুম ইরং লংনা মালেম লয়মায়দম্ব ঙানবগুম নিংথৌ মশানা শেম্লবা থেন্দা ফম্লগা কেগে অথৌবা অঙম্বা মপা মপূগী মগুণ ঙাক্লা চৎলিবা পূম্নমকম্ব লানগী লানফি নিঙথিবরু শেৎলহুনা য়েংবদা অঙকপা ফংনা অমদি নাকন্দা থাঙশাং য়ান নক্কন্দা চেন্দোং পো থূৎকা থূৎকা থূৎশম্লনা ঔগ্রী লাইরোলনা লৈশেম্বদগী অয়োয়বা ফাওবরু চীংথোঙ মিকৌ শক্লহল্লগা মোইরাং নিংথৌ পাঞ্জবা লোইবী লাংতে ঙম্বা ঙাঙোই খোকথৈ পাঞ্জবা কৌবদি মমায় পাক্লা চীং লেম্না মমিম মোংবা

ঙচিহেন। য়িরাং মরাই লাংনা রোমতেক কলাপাতা। তরেৎ মনিন-নাই। রাংলেন মরাও হৌ। পেরে সিংকা খোং। সিংকা খোনচেল-লাউ। নাকানা পুংতোংয়ৈ। কেকে খুনয়ায় চঙ। পুম্নং লানপোৎ লমহাই নাই। পানপা সারাউতম। কৈরেন লাললাউতম। কংলা য়াইপুং মনিননাই। খোংখোঙ লানকা হা। কোংরাং লালহোই চৈপু কৎনা। কেকে চেঙচা নুঙকোইপীতা। হুয়েল লালু চললাকে হায়তাপারা। য়িরাং পুরিকলাই। কেকে পোংলেন হনপা ঙাহোই খোকথৈ লয়মাপাতি। কেকে মপুংয়ায়পু। লৈপাক মচা য়োককুম পাললাপাতা। মমু খোইয়ম লাইনিংথৌ। থাংচীং কোয়রেন লাই। মোইরাং কাসারেন নামুংপাপু। চীংখোং পানপাইনা। কোরৌ লনসাকে হায়পাকী। খোইয়ম মকুম কুমকাউতা। মথা য়ারা থানিনতানা। কেকে লমলেন মতাইমা। লরাই লৌতাউথোং। তাউথোং লৌরেনপা। লৈরাং চাহুইপোক। কাকলেন নোংতংলৌ। মকু হুইসোললৌ। থারম নেমপাইলৌ। সনতং নানপীথোং। থিংলৌ

---

মোইরাং কংলা তম্না হল্লকপা তরেৎ শেনবু যৈ পুং শেল পেরে শিঙ্গা খোংবনা না যৈশিলবমথৈ পুং খীল্লহুনা মোইরাং থুঙ্গং ময়ায় খোরক। নিঙথিবা শাফি লানফিগা লোয়ননা শারাউ লাল্লাউ লাউরহুনা কংলা য়াইবুং যৈহুনা খোংখোঙদা লানমিং লানকৌশক, কোঙয়াং লালহোই চৈদু কৎলগা কেগে চেঙজা নুঙ্গোয়বীদা লালু চলরে। পুনিক্লাই পোংলেন হনবা ঙাঙোই খোকথৈ লয়মাবনা কেগে মোইরাং মরৈবাক্কী মীংবু অপোকপা মচা য়োকপগুম ঙাক শেন্না ফংঙাইনা পাংক্লবদা মবুথৌ খোইয়ম লাইনংথৌ থাংজিং কোয়রেল লাই কৌবা মোইরাং শলাইগী পুকোক ওইবা লাইবু খম্মোয় তুংদা চেৎনা কোল্লগা ফুমজা থুদিং খোইয়ম মাবু থুকমজবগী হরাউ মথোই তোংনবা খৌরম্বু অকাউবা লৈতনা পাঙথোক্কে হায়বগীদমক তাউথোং লৌরেনবগী মরমদম চাহুইপোকপী কাকয়েন নোংদম লৌ, মকু হুইশোললৌ থারম নেমপাই লৌ, শগুং নানবা খোংগা তাইনবা কোৎমাং লৌগী লৌফমদা তাউথোং লমগী চত্ত নিংজোনশিংনা জগোয় লেপলৌ শাববু হৈত্ত হৈত্ত শাজবা পুংদা কেগে পূমমক্কা হৌরক্কনা পুরিক্লাইগী মচা মনাও তুংশিবশিং

লুংতাই কোংয়াংলৌ। তাউথোং শা চন্থরানা। নোয়হৈত্তাপী নোয়-তমপুংতা। কেকে মনিননাই। মোইরাং মরাঙ হৌনা। পুরিকলাই মপারী লুংচানবা। কেকে নিংথৌচাশিংনা লেংনাতিন। মমোম য়িরাংলোন। কেকে অঙনপা চম্পু। লেংনা ফাংনা। ভাঙোই সাপী সানৌলৈ। লেমচেং থাইচেং নাকলৌসিন। কেকে খুনফাংথৌ। মোইরাং নাহফাংথৌ পুমনা হুপনা। কেকে য়োমলোই হৌ। মোইরাং য়োমতাং সাংনা। চৈরৈ মকা কোং। মানলৌ মীমাঙতাক। সিঙলেন লৈথোনতৈ। খুৎপাক তাপুল ফু। নোয়না ঙমতম হৌ। চুকোই লেপলৌসা। থাপী মখিনাই। অমাই মরাঙ হৌ। তরেৎ সেনফাংয়ৈ। বাংলেন মরাঙ হৌ। পেরে সিংকা খোং। বাংলেন নাকানা পুংচাউ থীল। লুংসি পেনা খোং। লাংপল তৌত্রি খোং। তমপা বাঙম-লোন তনপা চাকোক তেথানাপী। বাঙম মুরম সবপী। য়োইপু খোংনিংচঙপী। তমপা বুনা লাংপী। পামেল বুথাউনাপী সতেংথা। লাংতে বুনা লাংপী। বাকমা খোনমা সবপী। সাপন লমসং খোকনা। পনম হেকমায় কানা। পাউতোইনরমলাপাকা। ভাঙোই

---

মোইরাং নিংথৌজা পুয়মক্না মপুং ফানা তিকহুনা অমদি মোইবাং নিংথৌগী মচা ইবেম্মা ইরাংলোন ওইবা মতিক মগুণ লৈনৌশিংস্থ লোইনা খোক্‌না ভাঙোই লমগী পাথং পুম্বম খোক্‌না পরেং পরেং লেং কেগে অঙম অথৌ পুয়মক মোইরাংগী অকনবা পুয়মক চিথবা লৈতুনা মরাম হৌ হৌ তৌতুনা হরাউ হরাউনা নিঙথি নিঙথবা ফিজেৎপু মীমাঙদা ঢিৎনরদুনা শিঙেল লৈবাংনা মথোল মথোল থেৎলগা থুবাক থুদুনা জগোয় লেপলৌ শ বদা মাইবী মাইবশিংনসুং মথুম মরাং হৌনা তরেৎ শেনবুং রৈ বাংলেন পুংজাউ থীন পেরে শিংগা খোংলগা মবক মরক্তা পুংজাউগী মথোম না য়ৈশিনব-মথৈ রৈয়কপা মরক্তা লুংশি খোংহোয়রবা পেনাস্থ খোং লাংবল থাদা খোংলবা তৌত্রি খোংলকপদা তমফা বাঙমলোন ওইবা মৈতৈ নিংথৌগী মমোম ওইবীনা বাঙম হুপী লুচিংবী য়োইবু খোংনিঙচঙবী পামেল উনাগুম নৌজবী উথাউ পাখীগুম মিঙথিবী ওইনা তেংথানরিবশিং অমদি লাংতে থুনগী নিঙথিবীশিংগা লোয়ননা শৈশক খোজেল মায়না হয়াউ তমাম্বিয়না

পোংলেন হনপা পুরিকলাই। য়িরাং খোকথৈ পানচুমপাত্তি। তমপা মসানৌ। য়োইপু মৈরা পোনচেনণীকা। চোয়নৌ সনা তুলাই তোংনা। সনা চোঙলেন থান। থাঙলেন য়োংথৌফান্। চোয়নৌ সনা লৈরোইনানা। মত্তাইলেম য়োইপু চারনত্তা। য়োইপু খোংকাং লেংপী। থাংচৌং য়িমলেনঙানপী। চংলম ফানসংহেনপী। নাইখু-কোনপা থরপাল লৈকুমপী পুমনামাকা। তালোয় তুচা হৌ। তয়ম নাইচা হুপ। ঙাঙোই থাঙঙা নিঙোনপীনা ময়েংসিম। কেকে নিনতুম নিম। মোইরাং ঙানতুম ঙাননা। ঙাঙোই য়োইকে'নমুংতা য়িনত'ললকলাপাকা। খোইয়ম সনা মখোঙ থাত্তা। চীংঙু য়োই-কোনমুংত্তা লাংনা। তরা লুককোয় কংনা বায়থুংলারে হায়ঙাপারা। কেকে নিংথৌ পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হনপাত্তি। ময়ু য়িরাং নিংথৌ মমাঙকী। কেকে পায়মচং মাঙলাপা। ঙাঙোই য়িরেং পুরমচংপু মাঙলাপাপু। খোইয়ম লাইরী লাংনা। চীংঙু থাংচৌং লাইমরু। মোইরাং কাসারেন নামুংপা। খুয়োন ঙাংলৌ

---

তুংডাই মথে লাংমন্নরনা জগোয় শামিন্নরম্নগা ঙাঙোই পোংলেন হনবা পুরিক্লাই ইরাং খোকথৈ পাঞ্জুম্বনা মশানৌ মোইরাং লৈমা ওইবী রাঙমলোন মৈরা পোঞ্জেম্বীগা লোয়ননা সনা খোঙনেৎ তুলাই তোং, নিঙথিবা চোঙ থাম্লগা সনা থুৎশু থাঙশাং পায়, সনাগী নায়ান নিঙথিবনা নাদা লৈত্তেং ওই. মচা মনাই ওইবশিং অমদি মোইরাং ক্ষোঙ্গুংদা লৈবী ইবেম্মশিং থাংজিং লাইনিংথৌগী শঙ্গায়দা থোগলচঙবী হৌনা চংনা থঙবী মচা মনাই-শিংবু নিঙথিনা ঙাকপি শেনবিরিবীশিং লৈরাংথম্বালগুম নিঙথিবী পুম্নমক্কা লোয়মনা হুপী নাহা অঙাংশিংসু য়াঙনা কোঙ্গুং থনবা মনাইশিং পুম্নমক অদুনা নিপানা নিপাগী চপীনা হুপীগী ওইবা পরেং শেম্নদুনা মীরামদুনা পুমনিল নিনবগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা মরাম হৌ-হৌ তৌদুনা কোঙ্গুং তম্না লাক্লগা খোইয়ম চীংঙু থাংজিং লাইকোঙ্গুংদা চঙলগা তরা চাক্লুক কং-চয়রে। কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেন হনবনা থায়মগী মখুংথৌ মোইরাং নিংথৌশিংনা চংনরম্বা লমচং হৌরবী চংনবী পুম্বা অমদি ঙাঙোই লমগী মখুংথৌশিংনা তৌরম্বা থৌরমশিং অদু মাঙ্গ্রবখু লাইগী

লৈপাক মপাকী। লোইতাম মকুমসাপু। পূমনা রাকাউত্তানা। থোইরম কোরৌ লনসামন। চীংঙু পাউকামনকী। অনৌপা ঙাঙোই অমরক মরাঙহৌ। কেকে মনিননাই। মুঙাই মরাঙ কায়নরে হায়তাপারা। য়িরাং পুরিবলাই। কেকে লয়মাপং। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। কেকে লয়পাক পুন্নামাকী। লৌরঙ সিংথোংবা। পরিং লাংসংবা। য়িংথোল কৈরোই ঙংথৈ বা। মতু সোকপামবা। মোমনু খূংতুপ লয়তোইবা। পাখং নানপা পুয়োকবা। নম্ব তুনা কোংকোইলাং। সিনা মীনমলাং। থাঙজা লয়কাই থূংথিলাং। লৌসিং মীনম চাংথাবরা। মোমনু মুচা হাউতৈ পুনকুমপাপু। তুমুং লাংলমলেনপু থিপ কুম। রায়েল চিত্তাই নাইতানা। থৌথা পরিং লয়নীকনানা রাত্তেমলে। য়াথং কোরৌ চীংগয় কাপকুম হনকাত্তানা। রায়েল থাংথৈ নাইপানিকিনা। কেকে পোরোঙ থোকচনত্তা। মোইরাং পোরোঙ চেলহনত্তানা। মুঙাই পুংপু লেম। হরাউ মথোই তোংনা পাললাপাত্তা। কেকে

লইবা থিজনা ঈরাৎ পুরুম লৌজবগা চীংঙু থাংজিং কোবা মোইরাং খুয়োল ঙাংলৌ পুম্বগী মপা ওইরিবা ইবুংঙোগী চহৌগী ওইবা হৈকৎলাকৎপুম্বা চিথবা লৈতনা লাইশোল শোহত্তন চাংঙু মাবু লাহনঙ চেৎনা খুরুম্বগা। লোযননা হরাউ মথোই কারজনা কেগে ঙাঙোই মোইরাং লৈবাক পুম্বগী মী পুম্নমক হরাউ মথোই তোংনা মুংঙাই মরাৎ কাযজখি। ইরাং পুরিরাই কেগে লংমাবা ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবন মোইরাং লৈবাকী মী পুম্নমকী কলপ য়েংথিনবা, অমনা অমবু উখিৎ থোঙইনদবা অমনা অমবু মাঙনবা লৌব মাগী মাগী লৌরী ইংথোল মতু মচ কাদ। নকবা লৌবনচিংবা অতুগা লৈকাই অমবু লৈকাই অমনা মাঙল তাক্লবা লৌশিং লৌমাং শীজনবা মীনম্বা ওইদবা থ্যা অমদি থবক কয়ামকুম অমতং তুপীশিগী শিনঙ কিশা লোমশাদা শীজিনবা নংনা কিশি পুনশিনজুমা লৈরবদা কিশি থোক্লনবা মচিল থিবগুম ফবা মী মাঙগদবা লৈকাইগী অরা অনা ওইগদোবা পুম্নমক অসি কোয়থি থিজনা অচান মীয়াই থায়দনা রায়েল থৌদা মঙং চুম্না রায়েনলে। অতুগা হায়দোকপা সনা য়াথং হোংবা লৈতনা অশেংবা রায়েল থৌদা তৌবা মরম্না মোইরাং লৈবাক পুম্বা অসি মনা

পুরিকলাই। ভাঙোই পোংলেন হনপাতি: কেকে খাম্ভা কৈথেললেন। ভারা খাইচাপুং। লোইমু ককথায়পুং। তরেৎ সেনথোইপুং। কেকে খুনথক চম্বুরা। রাকনা মানপী রাকমা কাপী য়াকাপুং। মোইরাং খুনথা চম্বুরা। তেংনা মানপী তেংমা কাপী পোংপৈপুং। চৈরৈ খানমা পুং। মানলৌ তীকনাপুং। চোয়নৌ সনা চাংচিংপুং। লুপা খলরোনপুং। লোইপী চৌংপু লোইপা। হেমপা তমপু রোনপানা। চৈরৈ লেংতোনয়ান থোইতিং সমখাংপু। সিনৌ পোনতাইলাক। হাউমল খোইপাক পুনা। তেংনৌ য়োংতীকপুং। নোইমু থুমতাইপুং ভাঙোই খাম্ভা কৈথেল-লেনপু। চৈরৈ ফিরালয়ুং। হয়রাং পাকন্তকনানা। তাইচিং ফাকেন-নানা। তরেৎ সেনচা ফামনা হুন। সিঙলেন লৈয়াম নোংচুনানা। য়োইপু খোইমোম লাইরৈমা। খাম্ভা কৈথেল লৈমা খাইফপীপু চোয়নৌ সনা য়ায়কাখা। লুপা য়াইকা হুননা হোঙনেমএ অতু-নোংকিপু কেকে মোইরাং নিংথৌ। ভাঙোই খোকথৈ পানচুমপা কৈথেল মখুৎকা। কেকে খাম্ভা কৈথেললেনও তৌনা কৌএ হায়তা-পায়া। কেকে লয়মাপা। ভাঙোই পোংলেন হনপাতি। ময়ু খোইয়ম

মনিল নাইহন্দনা য়ায়া সুংভাই য়াইফনা হয়াউ তয়ায়া পাল্লবদা কেগে মোইরাং নিংখৌ ভাঙোই পোংলেন হনবনা মোইরাং লৈবাক্তা খাম্ভা কৈথেল অচৌবা লেমলৈ ভারম ভনা য়োন্নবা পোৎফম শল ইরোই য়োনফম শেমদুনা ললোল ইথিক শেন্দোং ফংনববু হোৎনবদা খুম্বকচপী নিঙথিরবী থুনখা চুপী অহেনবীশিং তিন্নফম ওইদুনা ফি-রোল লৈকম য়োনফম সনা লুপা য়োন্নফম চীং তম পুন্না লল্লোনমিন্নবা য়ানবা শেম্বদা কোকশেৎ চরৈনবগা থোইদিং শমদা পুবা, লশিং পোনতাই লাকপা শিং মপাক পুদুনা য়োনবা য়োৎ থুম্নচিংবা য়োনফম পোৎফম তোঙাল তোঙালনা শেমদুনা কৈথেল মায়কৈ অকোয়বদা ফিরালনা য়াংনা য়ুংবগা লোয়ননা হৈরাং লৈয়াং ময়ায়া নোংচুবগুম য়ায়া কত্তুনা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা কৈথেল লাইরেম্বীগীদমক সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই হল্লদুনা অহোঙ অচাউ থোক্লবা কৈথেল হোঙখি। কোয়ৌ হুমিৎ অদুদগী হোমা কেগে মোইরাং নিংথৌ ভাঙোই থোকথৈ পাঞ্জবা কৈথেল, কেগে খাম্ভা কৈথেললেন হায়না মিংথোনখি। কেগে লয়মাবা ভাঙোই

লাইয়িংথৌ। কেকে সাংমাপা। মোইরাং কাসারেন মামুংপা। য়াইশী পানলোই তানপা। খোইয়ম সনখোঙ পুংমায় লেপপানা। চেংলৌ মিংকুপ মমমপু থৌকাইনা। চীংঙু সামন লৌকিমনকী। খোইয়ম মথৌচাল। চীংঙু মরলকুকী। কেকে তানখোং মমুংকুই। মোইরাং লেমখোং মকৈ পাকপা পুংতা। ঙুঙাই মরাং কায়না। য়াইফা মথোই তোংনা পাললে হায়তাপারা। কেকে মপুংয়ায়পু তবা অচা রাংতা। চৈরৈ অয়িন তামতা। মানলৌ অসেং রাংতনা। পাখং য়োমলোই হৌ। ঙুংঙাই পুংপু লেমনা পাললাপাতা। ঔরা তোংতোই মনিংথৌ। খামরন লয়মাপা। য়োতোনোপুরা লয়কোয়ফমপা। রুই রা কোননা মালেংপা। চামলৌ নানা য়েপপা। সিংলেন লৈ থাপা। পুংক্রি খোইয়ম লাইপু নিঙপামা। ফুরা থৌখললৈ। মালং পাউথেমলৈ। ফায়া হকচিকলৈতা। অমেংতো লাইরিক ই। চৈরৈ কুসুম খাউকা হান। সরা চাচুম চুমি নমনা। পোইরৈ ঙাইনোংসাংতানৈএ। লহান

পোংলেন হনবদি মবুধৌ খোইয়ম লাইনিংথৌ ওইবা মোইরাং শলাই পোকপিবা চীংঙু কাশা নিংথৌ ওইবা যাইবী থরাই তুংনফম ওইনা সম্বোং মায়কৈ ঙাক্লা লৈবিবা ইবুঙো মহাক্লা অচৎ-চত্ত তাইবংপালগী থৌশিন শীনবদা মথৌ চিনগুরবা মতমগী মহুংদগী মিংকুপ মরুমগী মতম কাইথোক-পিদুনা মাবু নিঙঙ শোঙবগী মময়া থৌজানবিবদগী কেগে মোইরাং লৈবাক অসিগী মরাক মমুং পাক্লা চাউনা লৈরিবা লমসিদা লৈবা মী পূম্নমক ঙুংঙাহ য়াইফনা মবাং কায়না থুম্না তুশিংনা পাঙখি। অস্নুম্না মোইরাং লৈবাক অসিদা চাবা শেৎপা মরাং কায়না অরাং-অপা লৈতনা পাখং লৈশাবী পূম্নমক্লা চবুল চবুল রারী রাতাইনানা হুংশি হুংঙলননা লৈনরক্লবদা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌ খামরন লয়পাক মপু রতনপুর লৈকোয় কখা উইগী রা পয়ানা শাবা ইকোয় কোয়না শাবদা চামলৌ লানা খারগা শাবা লুঙপ উপ্পা শিঙেল লৈরাং মরামগী মচু মমেন্না লৈতেংবা খোইয়ম লাইনিঙবনা ফুরাথক্তা থাবা লৈ মালং নোংশিংলক্তা শাংপা লৈ ফায়া লাইদা কংনবা লৈগী লৈনাদা লাইরিক ইরগা কুঙম মচুগী নিঙথিবা ফিগী খাউ অমদা হাল্লদুনা চাজুম নম্নগা। চিঠি শীরক খি। চিঠি মহৃা হে পোইরৈ মৈতৈ

নয়ু নিংথৌ মমাঙকী। নয়ু নিংথৌরোল খুত্তিংসুং। মমোম রাঙমলেংনপু পীনা। য়োইচানমরকপা পু মে। নমোম তমপা রাঙমলোনপু। পীবো হায়না পাউথোললকপাপু। লাইরেল মৈত্তিংঙু। লিনরাই ফাংলৌ মরামপানা পিতরাপা রাকী। ঙৈরা ত্তোংত্তোই নিংথৌ। থামরম লয়মাপানা রা তাথিরকএ। য়িতাইরেম মালেম লৈপাক কোইপাসিংবো। পোইরৈ তমত্তা ত্তানা। রাংঙম তমত্তা কূমনা। পনথেংসে হায়না পাউহমনালাপাকা। থামরন লাংকোই পূংপু লেমপাত্তি। নমু মৌসিঙ ধীঙমন্তা। লাংকোই মসিঙ পাঙমত্তা। থামরন মরী সন। তরেং মনিনলাই। রাংলেন মরাঙ হৌ। চৈরৈ ফিরাল লমহাই নাহ। ককচেং লুচাউপিচানা। মালেম খোরৈ লযচেং হোনকুম। চকপা অংকো য়ি। য়িংথি য়িয়াচাউপু লাইচা য়িরানথা। অংকো চীংচাউসম। সেমপী তুমু লোকচাউ য়িপু কাননা চোং। তরাউ লৌচিংকৈপু কৈনা সম। মহা য়িমরুবী। তেংনৌ ককচিং

নিংথৌ মতম কুহনা ঙাই শেল ওইনরক্লবও। থায়মগী নবুথৌ নিংথৌ মমাঙকৈদা পানথিব শ, নবু ধৌ নিংথৌরোল খুদিংদম্ব মচা ইবেম্মা রাঙমলোনশিংবু পীনবিতুনা য়াম্না স্নুংশিননা চাম-চিম্মনা লৈমিন্নরকপনি। অতুনা হন্দকম্ব নচ হবেম্মা তমফা সনা রাঙমলোন অতুবু পীবিয়ো হায়না হায়রকপদা লাইরেল মৈদিংঙ লিংরাই ফাংলৌ মোরাম্বা (গৌডশ্যাম) মা পিথিদবা মরমদগী ঐরা ত্তোদোই নিংথৌ থামবন লৈবাক মপু ওহবনা মপূক্তা য় ম্না অশাউবা পোকখি। অতুনা ঐরা নিংথৌনা মনাইশিং অকল-অথৌ ওইবা লৈবাকী অঙম্বশিংদা হায়রকখি। হে লৈবাক কোহবা অকল অথৌ পূম্নমক! পোইরৈ মৈত্তৈ লৈবাকী কাচিল কোয়া থুঙ্গং লৈকং থুংনা হয়েল লান্দাগি হায়রক্লবদা থামরন লাম্মী অকনবা শগোল লাম্মী তেঙ্গোল মপুং ফারবশিং মশীং লাকঙমদবগা থোঙ লাম্মী মশীং হায়ঙমদবগা লোয়ননা পূং শেল য়ৈবগা থীনবগনা মথুম মরাং হৌ ফিরাম্না মরক মরক্তা ফর ফর হাইরতুনা লান্দারকখিবদি মকোক চাউবা ককচেং মচা মরাম্না মালেম লযপাক মচেং মচেং হোনবগুম অঙ্গো চীংজাউগী নাক্তা চেল্লিবা ইংথি কৌবা অপাকপা তুংবেলবু মথং মথং লাবগা অঙ্গা চীংজাউ তুবং শন্রকপনা

য়োংশুংলা। নোংপোক সেকমাই য়িনমলেংতা। পোইরৈ অথৌ-লিচা হেপলা। য়াঙম থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনামাকা। খামরন মায়য়োক য়ানা। ঔরা খাকংনানা। হুয়েল লানসোক-নাপাপু। লানসোক মায়য়োক য়াঙমতানা। হুয়েল লানথোঙ কায়রা-পাকী। পোইরৈ হুকচেননা। য়াঙম হাইচেন-নারাপাকী। লাইরেম মসানৌ লোইনাই কৌপা। চিথংথোমপানা। পোইরৈ মপল লমপু পামমুরাপাকী। থিংলৌ অমরক নিঙনা তেনা। মালেম খোঙপী লয়তং লেংনা। খামরন খোংকেন মায়য়োক য়ানা। লমলেন মঙাইমা। নোংয়াই লৈসাংখোং। হাউচু খুচিনহুনা লনয়োনপা মরমথৈ। অতোন তাউচিং হয়নিঙ সোয়রতা। লৌকু চাপুকপান। নোংয়াই য়াঙতেক সি। অতোন চামিলৌপু ঙমলোননানা। পোইরৈ মনিননাই। য়াঙম মরাঙ হৌ। কোরৌ হুমিং ও নিপু সুরপাকা। হুয়েল লানসোকনাপাপু। খানরন তেংকোল মায়য়োক য়াঙমতারাপাকী। পোইরৈ তামথোং কায়রে। লানফম হুকচেননারে। ঔরানা মখিনাই। খামরননা মরাঙ

---

তুমু তারগা লোকচাউ শেনবী তন্নাউ চীংবু লান্ মহা হুরেল হোফম ওইবদা ককচিং য়োংশুংবা অমদি নোংপোক সেকমাই লমদম হেক য়োবগা পোইরৈ মৈতৈগী লানমী অকনবশিং য়াংঙম অথোবা পুন্নমক্তা লোয়ননা খামরনশিংগা মায়য়োন্নহুনা ঔরাগা হকচাং হকচাং খেংননা হুয়েল লামশোন্নরবদা মায়য়োক য়াবা ঙমথিদবনা মৈতৈ তেঙ্গোল কায়খরে। মরম অতুনা মৈতৈ পুন্নমক্তা কোয়-চেন কোয়চেন চেন পুন্নাং লাঙনা লাহোঙ কায়নববদা মৈচিংও, মোরাঙগী মশানৌ লোইনাই কৌবা চিংথংখোহনা মপা মপুগী লমদম ওইবা পোইরৈ মৈতৈ লমদম্ পামুবদগী অমুক হন্না মালেম লয়মায়দা মথোঙ থোঙবী রৈশিন্নুনা থাঙলগা খামরন লান্মীশিংহুগা মায়য়োক য়াহুনা লমলেন নোংয়াই লৈশাংখোং হাউচ খুজিমহুনা ললওনলবা মরমদম অদোন তাউজিং হয়নিঙশোয়গী লমদম ওইবা লৌকু চাপুক পান নোংয়াই য়াংতেকশি অদোন চামিলোগা থংননা লৈবা মকমদা পোইরৈ মৈতৈ লান্মীশিংনা মকাহু ফুদোক্নহুনা কোরৌ হুমিং ও নি চুপ্পা খামরন লান্মীশিংগা হুয়েল অকনবা লানশোক ওইমররফাওবদা খামরন লান্মীশিংবু মায়য়োক য়াবা ওন্নত্তবদগী

থৌনা। পোইবৈ মতাই মতোললোম। রাঙম য়িমপুম হাঙতারা। চকমোম খামপী মৈকা খা। পোইবৈ তুংয়িনতাননা। তুপি যোই-কোনমুং। কোম্মুং অচন্পাতা। খামরম তেংকোল লেপলারাপাকী। পোইবৈ তানা তা। রাঙম খঙনতাপা পুমনামাতি। ফৌপাল রুরিং লোময়ামপীচা। রুচেক চেকনাউকুমনা। খোয়মা মরাঙ খোয়রোননা। মপারী নমতাপো। মমোম পানতা সম্। তাঙচা ঙাইখংনানা। খোয়মা নারক চেন। পামেল রুয়া হেপ। য়িরোক অমুক কুম। চৌংলেম ফৈতোইসম্। লোইপী চৌংচাউকা। তয়ম হাউরক চঙনা। ছয়েল লানচেননারে ছায়তাপারা।

লাইরেল মৈতিংঙু। অরাং কাংলৌ মরামপাকা। মতু তমপা য়িরাংলোন নোংপোক পাইখু লাইখু লানথপীকা দ। মপাম কেকে চাউ-পাপুং মোইরাং সাংপায়াইপু য়িন্তাল্ লকলে। মমান কেকে চাউপা-পুং। মোইরাং সাংপা য়াইকী মমান কেকে পুরিকলাই। ঙাচোই মুংনাং তেলহৈপাকা ঙাইরোইনানা। লমলেন মতাইমা। মান্তক্ থয়ায়রোল।

মৈতৈ লাম্নী পুম্নমক্কী লাম্হোং কায়দুনা মমায় লয়দুনা চেম্নথরে। মতম অসিদা ঔরা খামরন লাম্নীসিনা লালহৌ মথা তানা লানশোক মখৈ ফংনা লাম্দারকপদা পোইবৈ মীয়ামগী য়ুম্নুম খুংনা অমত্তা খাক্কখা লৈতনা মৈথারগা মৈতৈশিংবু কোয়তান তান্নদুনা লাকপনা মৈতৈ কংলা কোচুং য়ৌশিনখিদুনা সনা কোচুং পায়শ্নবদা পোইবৈ মৈতৈ পুম্নমকতি ফৌপাল ফৌরক্তা লৈবা উরিং মচা মবোল য়াম্না লোনবীশিংনা কোয়পাই পাইদুনা লৈবগুম মৈতৈ পুম্নমকনা মচানিশাবু মথুংনা পায় মচাদুপীবুনা নঙ্গন্দা পোরগা মিহুন থকৎননা উরক রারক অশোঙবা নাপীমরক্তা কোয়চং চংনা অমদি পামেল উখোঙদা য়ারেক্লদুনা অয়ুকপা লোকচথকী লোক তায়দা কুয়া কুয়া লাইগা অরাংবা চৌংজাউ চৌং মচানচিংবা তুবং তুবংনা শম্নদুনা লোইরী হাওয়ুম চঙনা ছয়েল লাক্লেম্নরে।

মতম অসিদা মৈদিংঙু অরাং কাংলৌ মোয়াম্বা নিংথৌগা মমা ইবেম্মা তমফা ইরাংলোন নোংপোক পাইখু লাম্বীগা অনীমক্তি মপাম লমদম, কেগে মোইরাং লৈবাক অচৌবা মফম য়ৌনবা লাকখি। মৈদিংঙুগী মাম্না মুংনাং তেলহৈবগী মরৈবাক কেগে মোইরাংলমদমগী কেগে পুরিক্লাই ঙাচোই

ঙকুপ খানিং লোন্পাচীং। চীংলেন য়োঙমকা। চীংখোং পোইরৈতোননা লময়েংলম। লোইপী কোয়রেং লয়ক্লমলমকী। লোইপী চীংলেন ফৈতোমসমনা। লমলেন তুরালোকতাপু সানথূপখিয়ে। ঔরা মনিনমাইপা। খামরন লাংকোই পূংপুলেমপাস্নুং। পোইরৈ মথৈ ফংনা পনথেংলমলাপাকা। থিংলৌ নিঙনা তেনা হলরাইখিরাপাতা। লাইরেল মৈতিঙ্গু অরাং ফাৎলৌ মরামপাকা। মসানৌ লোইনাই কৌপা চীংথংখোমপাকা অনিমাতি। পোইরৈ মপূংয়ায়কী। তুপি সনা য়োইকোনম্নুং। কোন্নুং অচন্পাতা হলরাইমকলে হায়তাপারা।

মপল কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হনপাম্নুং কেকে মপুংয়াইপু লৈতংলেং। মোইরাং মকাইফমকী। থুয়েংল য়াংপা মরয়নেৎতা। মরান বোনতেরকলাপাকা। কেকে মাকী য়োইকোনম্নুং। মোইরাং য়িমলেন মখুৎফাপু। চকমোম থামপী মৈপোক থোকলমপা পূমনামাম্নুং। অনৌপা অমরক হননা। য়িমপী কাচাউ য়ুং। মরান লোলয়িম য়াইকা সেমনা তাউথংখিয়ে। লাইরেন মৈতিংঙু পোইরৈ মৈতৈ

---

ফুংনাং তেলহৈবগা লোয়ননা লমলেন মাস্তক থায়াইরোল কৌবা নুং চগুপ্পীনা মরোল নাইনা লৈবা চীংগী ঙম্রবা চীংদোল কাবহনা থায়না চীংথোং পোইরৈতোম্না লময়েংলম্বা লোইবী কোয়রেং লয়ক্রমলমগী চীংদোল অত্তু তুবৎ শম্না লাল্লগা লৈবা তুরা লোক কৌবা মফম অদুদা লাঞ্জেলক্কনা লোৎলরে। মতম লত্তুদা ঔরা থামরনগী লান্মী লাঙ্গোই শংগোল তোংবশিংনা পোইরৈ মৈতৈ সনা পূংসিবু মথৈ ফংনা লান্দারম্লবগা থামরন মথৈবাক্তা হনখরে। মতম অসিদা মৈদিংঙু অরাং ফাৎলৌ মোরাম্বগা মনাও ইবুংঙো লোইনাই চিংথংখোম্বাগা অনীদি অমুক হন্না পোইরৈ কংলা সনাকোম্ফংদা হল্লকখি।

মৈদিংঙুগী মামা ইবুংঙো ফেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেন হনবসু ফেগে মোইরাং মথৈবাক থুয়োল মপূংমায়দা হল্লকপদা মাগী কেগে সনা কোম্ফংদা লৈবা শঙ্গায়নচিংবা পূম্নমক মৈ থারম্বশিং অদুবু অমুক হন্না অচৌবা য়ুম্বীগা কোম্না অচৌবা কাজাউ য়াৎলদুনা মশঙ্গায় নিঙখিবা ওইবা য়াবা শাগত্তুনা শেমজিন্দুনা হোৎনখি। লাইরেল মৈদিংঙু পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ লিনরাই ফাৎলৌ মোরাম্বসু নিংথৌ মাগী সনা মশঙ্গায় চাউনা শাংনা

নিংথৌ। লিনরাই কাংলৌ মারামপান্নুং। তুপি য়িমলেন মখুংকা।ময়াল মোংপা য়িমতাংসাংপু। য়িমপী অমরক কাচাউ মুং। সঙলেন তয়না সানা তাউথংলাপাতা। পোইরৈ অমরক মরাঙ হৌ। বাংঙম অমরক মনিম মাইনাপু পালহৌয়ে। কেকে পুরিকলাই লয়মাপা। য়িবাং থোকথৈ পানচুমপান্নুং। ঙাঙোই মরয়ুপাকতা। কেকে অমরক মরাঙহৌ ঙাঙোই মথিনাইনা পাল্‌লাপাতা। ময়ম লমলেন মতাইমা। থোইয়ম সনথোঙয়াইতা। মালেম পুংপু তাচিন্‌পা। তাউচিং হয়য়াই-পোকপু ঙমলোননানা। চংপী কয়রেন লিংথিয়ে। অতু মোংকিপু কেকে মোইরাং নিংথৌ। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপা। চঙপী মকয়লেম। কয়লেম মখুংকা। লরাই পোনপিথোকও তৌনা কৌয়ে হায়তাপারা।

কেকে পুরিকলাই কয়রেন মখুংকা। লরাই পোনপিথোকপু লমথোনলাপাকা। কেকে মরয়ুপাক। ঙাঙোই চাউপাপুপু। কেকে তানথোং মযুংকুই। মোইরাং লেমথোং মফৈ পাকপাপু কেকে তাইহেন নাইহানতানা মোইরাং পাংসোয় নীকহনতানা পালয়ে। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। ব'যেল চিতাই নাইতা। থৌথা পরয় নীকতা।

লৈবক্তুবু অমুক হন্না নৌনা শেম-শারবদা পোইরৈ মৈত্তে পুম্নমক মথুম ময়াং হৌনা হুংঙাই য়াইফনা পান্নে। কেংগ পুরিক্লাই লয়মাবা ইবাং থোকথৈ পাঙ্গ্বা মোইরাং নিংথৌ তেলহৈবস্তু কেগে মোইরাং লৈবাক্তা মোইবা মীয়ামগা লোয়নবা হুংঙাই য়াইফনা পাল্লবদা লমলেন মদাইমা থোইয়ম চৌংঙ্‌ লাইগী সুথোঙ ময়াদা মালেম লৈবাক লৈলোংগা জৈবা তাউজিং হৈযাই য়াম্না হৌবা লমগা তাইনবদা ফৌগৈ কয়বেন অচৌবা শান্নুনা থমথি। কোরৌ অত্ত ফুমিত্তগী হৌনা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবা চঙবী মকয়রেন কয়রেন মথুংকা লরাই পোন-বিথোক হায়না মিঙ্গৌথি। মত্তৌ অসুম্না কেগে পুরিক্লাইনা মচা মনাই-শিংগা লোয়ননা ফৌগৈ কয়রেন অচৌবা লরাই পোনবিথোকী লমদম্‌ থোল্লহনা কেগে মরৈবাক ঙাঙোই অচৌবা লমদম্‌ মরাক ময়ুং চাউনা শানা খুন্দাহন্নুনা লৈরবা মীওইশিংদা অচাম মীয়াই মাইফনা অরৈ লৈত শেৎন-থাইনবা হুংশিননা পানমিন্নথি। অসুম্না ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা

ভাইরী পাইরী য়িনভানা। নাকোং চিরোল য়াভা। লিনচেল বাপে চঙকাভানা। নিংথৌ বায়েল চুমলাপাকী। খোইয়ুম কোয়ৌ বায়েন-পানা। চীংঙু মকুমভমপু। য়িঙা কুমভম সোয়ভা। য়িঙেল কুমখাইপু য়োনভানা। লাইচা য়িভা ফপাকী। কেকে অচা বাংভা। মোইরাং অসেং ভানভা। খাঙয়ি ফৌরীকচুম মহম্ম মচেঙ কৌরোঙলা। বুরিং সোইপোন লীংভ। থৈখিঙ থৈঙানা। য়েনলাং মপানফা। সংলৌ য়েনলমফা খুভাপ ভাইরনফা। ভর: চাককা হোঙ। ভাপা বানথোং ভামভা। নোইমু অথাক বাংভনা। মুংঙাই মরাঙ কায়। কেকে নিনভুম নিন। মোইরাং ভানভুম ভাননা। মুংঙাই মরাঙ কায়না পালয়ে।

পোইরৈ মৈতৈ লমমুং। ভানথোং ময়ুংকুধ। বাংঙম লেমথোং মফৈ পাকপা পুংমুং। পাখং য়োমলোই হৌ। মুয়া য়োমভাং সাংনা পোইরৈ মনিনূন'ই। বাংঙম মরাঙ হৌনা। মুংঙাই মরাঙ কায়না পাললাপাভা। লাইয়েল মৈভিংঙু। অবাং ফাংলৌ মরামপাভি। চীংঙু কোয়ৌ নোংভমখোল। খোইয়ুম বাংপা মবায়েলপূ লমচাই-

---

বায়েল খৌদা পরিং চুম্না শাগৈগী ভাই শেল মরী মভাগী মীচং শঙ্গল নাইদবা বায়েল খৌদা মভৌদা কনাগুম্বনা হাইথি শোম্নাই নৈভনা লাইগী বায়েল মভৌগুম চুমজবা মরম্না কনাগুম্বদা কনাগুম্বনা মলোম থম্নদনা পানবা মরম্না খোইয়ুম লাইগী নোংদম বায়েলবনমু কুমখাই কুমদম মোংজু মভম চুম্না ঈশ' ঈভা ফনা ফনা ভাবা মরম্ন' মহম মরোং চুম্না পানবদগী অচা অথক বাভন। শেংন ইম্নবা মরাং কায়না লৈরিক লৈবাক থম্না য়েনশাং য়েলম ভনফং অশং-অমান মপুং-ফা চাকহোঙ ভাহোঙবা মফম ভইদুনা থাক্লবা খুমমু বাংপা লৈভনা ভুংঙাই মরাং কায়না কেগে মোইরাং লৈবাক অসিদা বা বা লাউনা খুম্না ভুশিংনা পাঙথি।

পোইরৈ মৈতৈ সনা পুংদমু লৈবাক মঙান চাউনা শা'না লৈরবা লম অসিদা পাখং লৈশাবী হমু-হনবা পুম্নমক্লা শয়োম শয়োম লৈননা মুংশি চারবা মভৌদা ভুংঙাই খাইফনা মরাং কায়না পালবদা লাইরেল মৈদিংঙু অবাং ফাংলৌ মোমাথদি চীংঙু খোইয়ম লাইগী নোংদম বায়েলদুবু

ফত্তাম্নাপাকী। তুপি মনোং মোংকোপা। লাইরেন চীংঙু পনতন-থিরাপাকী। মসানৌ চীংপোঙ য়াইমাপা। লোইনাই কৌপা চীং-থংখোমপানা। তুপি ফমমোইমিং। লাইরেন যলাং মৈতোংলাপাত্তা। লাইরেল মৈতিংঙুনা রাগমলকয়ে। য়িত্তাইরেম পোইরৈ থূনফাংথৌ। তয়ম নাইফাংথৌ। অরোল চৈরৈ ফমখোননাপা থাকম নাকলৌ সিনপা। থুনপুক মীসিঙ থীঁপা। পোইরৈ কংলা মী মক্কসিংরো। য়িমান কেকে লয়মাপা। লাইরেল য়িপা মৈতিংঙুকুঁম। পনথৌ লেপলৌ সিনকুমপাপু। চেংলৌ সকরুনকুসে। হায়না রাহমলাপাকা। লাইরেল মৈতিংঙু। লোইনাই কৌপা চীংথংখোমপাত্তি। পোইরৈ খুনফাংথৌ। তয়ম নাইফাংথৌ। তুপি ফমথৌ মত্তাইরোই। লাইরেল নিংথৌ মহীসাং পূমনামাকা লোয়নানা। মপু কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপায়াইপু য়িনতাম্লকলে। মমান কেকে মোইরাং নিংথৌ। য়িরাং থোকথৈ লানথাপাম্নুং মতাইরেম যাবা পাউপু ফংলাপাকী। কেকে থূনফাংথৌ। মোইরাং নাইফাংথৌ। ঙাঙোই ফমথৌ পূমনামাকা। লোয়ননা পূকনিং হরাউ থোইনা লমরোকলারে হায়তাপারা।

থৈদোকফদবা মমম্না মৈদিংঙুগী পুর্নশি চেঙজেল লোইরবদগী কোরৌ নোঙ্গাঙ্গবদা মনাও ইবুংঙো য়াইমবা লোইনাই চিংথংখোম্বনা কংলৈ সনা ফম্বাল থক্তা কাতুনা নিংথৌ ওইরবদা লাইরেল মৈদিংঙুনা হায়রকখি। হে ইদাইরেম অচানবা থাফম লাইফম অহল্লুপ মহাক্লপকী ফমথৌ নিংথৌশিং অতুগা মহুৎ মথং পূবা অঙম্বা ফম্নাইবশিং পোইরৈ মীকোক থীবা কংলা ফমথোন ফম্বা পূম্নমক! কেগে মোইরাং নিংথৌ মাম্মা ইবুংঙো, পম্হৌ ইপা শক্লা লাঙ্গোনবিহ্লনা ঐথোম্নবু মোকপি থাকপিবা অমদি ঙাকপি শেনবিরক্লবা ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈববু উমক্লপি হায়রম্লগা নিংথৌ চিংথংখোম্বনা শেৎকদবা ফিরোল শেৎলহ্নুনা থোরাং লোইরগা মনাইশিং যমথৌ নিংথৌ, নিংথৌ মচা মনাই মন্ত্রী মত্তা পূম্নমক্তা লোয়ননা মবুধো কেগেমোইরাং লৈবাক অচোববু যোনবা লাকখি। মতম অসিদা কেগে মোইরাং নিংথৌ ইরাং থোকথৈ লাম্বম্ব মৈতৈ নিংথৌ, মম্মাক চিংথং খোম্বা লাকনি হায়বা পাউ তারহ্নদা কেগেগী অঙম্বশিং মোইরাংগী অথোবা ফম্নাইবা পূম্নমক্তা লোয়ননা হরাউ পুক্নিং মকা লাম্না মৈতৈনিংথৌবু ওকচখি।

লাইরেল মৈতিংগু নোংথৌরেল। নোংপাখং অতেংপানা যাহমলকয়ে। য়িমাল কেকে লয়মাপা। ঙাঙোই মপু নিংথোঁও। লয় তরেৎ নকাইফম। খুয়োন য়াংপা নরয়নেং। কেকে কংলা তোংনরাঙতা। চোয়নৌ সনা ফমপাল তোংপাপু। চেংলৌ মিংখিং-নিঙয়ে। মিংয়েং সানথৈনিঙয়ে। অনৌপা ফমপাল চৈরৈ ফিনৌ থোননা। মোইরাং সনা ফমপাল লাংতা ফমফম পিয়ো। হায়পা যাহমখোনকীপু। কেকে পুঙ্কিকলাই। ঙাঙোই লয়মাপাত্তি। চোয়নৌ সনা ফিনৌখোল। লিকলাং মঙাননাই থপাক লিকথোন তয়। চোয়নৌ সনা লুহুপ নিঙখিপা নোংপোক চাকমিংসেননা। থাচা মকোয়তম। মুকতা য়ায়তা লাং। মালেম লৈসনা অঙাঙপানা। লোই-মোম ফৌকোং সেমনা। তমপা লিককোয় থিনফাপা। মরোয় সংকু-চেক। মুংপা থয়াংপা মৈফমচেল। পোনশী য়েকচা য়েকতৈপ।। সয়া তুরৈ তুকুপ লংপা। বাহোং মৈপুংচেক। চেংলৌ মিংকোয় ফপাপু চেকলা তুফাং থেংনা হেমমোই মৈ। চোয়নৌ সন লুহুপ নিঙখিপানা।

লাইরেল মৈদিংগু নিংথৌরেল নিংথৌজ্ঞা শলাইগী মকোক ওইবা নিংথৌ চিথংখোম্বনা হায়রকখি। হে মাম্মা ইবুংঙো কেগে লয়মাবা ঙাঙোই লৈবাক মপু নিংথৌও। কেগে খুয়োন ঙাঙোইনচিংবা মোইরাং লৈবাক অসিগী সনা কোম্বুংগী কংলা ফম্বাল তোংনফম নিঙখিবদা মাম্মা ইবুংঙোনা সনা ফম্বাল তোংবদুবু নমাক ঐনা ইমিৎনা শংশংনা উজনিংই। হৌজিক ইমৌ নৌনা ফম্বাল ফিজেৎ থোনবিদুনা ফম্বাল থক্তা অমুক্তদি লেঙথংশিয়ু হায়না হায়জরকপা বারমছু তাবদা কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই লয়মাবা মোইরাং নিংথৌনা অনৌবা ফম্বাল ফিজেৎ শেৎলগা থবাক মতাফবদা স্বরিক্রচিংবা ফজরবা লিকশিংনা লিকথাং শিজিল্লে। কোক্তী লুহুপ নিঙখিবদনা অয়ংবা মিংশেল্লা থাগী মতৌঙম ইকোয় কোয়না লৈবগী মপান্দা মুক্তামা ময়ায়দা থান্নগা ফৌঙাং পবেং মানবনা ফৌগী ফৌগৈ মওং লাক্লা মরক মরক্তা খিল্লগা মরক অহুদনা তমফানা হৎলবা অদুগা চেক্লা শঙ্গু ওইবা নুংবা লমগী মমৈফনবা উচেক্তী মওংনা ময়েক য়েক্লবনা থিলবা অদুগা মতু অকুপ্পা নিঙখিবদা ইয়ং লংনা মঙাল লৈয়বা মমৈ পুংবা বাহোং কোবা উচেক্তী

তাঙচা লুরেন ঙাননা। ফমপাল ফিনৌ সেংলপাকা। মতাইলেম কেকে খুনফংথো। মোইরাং নাইফাংথো। চোয়নৌ সনা চিনপা লেংনাত্তিন। কেকে অথৌলিচা হেপপা। 'মোইরাং থয়াঙ কোনতাই-লোনপা। সয়াঙ তানপু সিনা। বুরা পামত্তু চিনপাপু লেংনা ফাংনা। কেকে খুনথক খুনথা মনিননাই। মোইরাং মরাঙ হৌনা। চোয়নৌ সনা ফমপালথকতা। চেংলৌ মিংকম লেঙতানা ফমফংলে। কেকে নিংথৌ লয়মাপাত্তি। ঙাঙোই য়োইকোনমু'তা। মোইরাং কংলৈ পুংমায়োনকী থাংচৌং য়িমচাউমাঙতা। তলা অঙনপা। পামেল অরেমপা। সিনৌ মোইরেং য়োংকুমপাপু। মতোল থমপালসা। তলা লেপ্তময়ুং। হয়রাঙ পাকতকনা। তাউচিং ফাফেননানা। সিঙলেন কৈয়ামহুন। খুপাক তাপুলফু। নোয়না ঙমতম হৌ। তরেং মনিন্নাই। বাংলেন মরাঙহৌ। মুংঙাই মরাঙ কায়না। পামেল মিউ হোঙনেমএ। হায়পাকী পামেল মিউ হোঙনেমপাবো তৌনা কৌএ হায়তাপারা। কেকে য়িরাং পুরিকলাইকা। লাইবেল মৈত্তিংঙু

য়েংবদা পুক্লিং হৱবা উচেক অনী থাবাংননা য়েক্লবা ফজরবা লুহুপ অহুনা কোক্তা উপ্পদা ইমং ইরং লং, ইঙান ঙাম্না ফিজোল নিঙথিবশিং শেংলহুনা কেগেগী অথোবা মোইরাংগী ফম্নাইবা অঙম অথৌ সনা লুপানা লৈতেংলবা পুম্নমক্কা মশীং তুমা রাত্তনা তিল্লহুনা অঙম অথৌ ওইবা মপা মপুগী মশুন ঙাক্লবশিংনা পাম্বোমদা তান্ অহুগা মকোক্তনা উরেকশেক থেংলবা পুম্নমক্কা থৌগল তৌরগা মোইরাংগী খুম্বক খুনথা পুম্বা তিনবগী মথুম মরাং হৌরবা মীয়াম মমাঙদা মোইরাং নিংথৌনা কংলা ফম্বালদা ফমহুনা মিংকম হোংদনা লেঙথংলবা মতমদা মোইরাং কোক্তুং মচুংগী সনা কোক্তুং থনবশিংনা খোইয়ম থাংজিং লাইগী লাইমাঙদা মনাম তান্না নিঙথিরবা তরেঙয়োংকুম চুমত্রিং চুম্না ফজরবা পামেল উগী উতোম্নদি লৈরাং থম্বালগী মওংগুম মতোল পুংলবা অমা য়ুংলগা মথোঙদা হয়রাং লৈরাং অরৈবমথৈ থেম্নুনা থম্রে অহুগা শিঙেঙল লৈরাং ময়াম লৈহুক্ররে। মতম অহুদা লৈরিবা মীযাম্না খুবাক খুহুনা জগোয় শাররদা শেল য়ৈবা পুং থীনবনচিংবা তৌহুনা হরাউ তম্নায়না পামেল উক্লোং হোঙনা পিজ পিথক

লোইনাই কৌপা। চিংখংখোমপা। মালেম পোইরৈ খুনফাংথৌ। তয়ম নাইফংথৌসিংকা। য়িবাং খোকথৈ পানচুমপা মতাইলেম। কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফাংথৌ পুমনামাকা। থৌচাল পুক-মাননানা। মচেং হাকমা রোইনা পাউমেমনাখিয়ে। লাইরেল মৈতিংঙু। লিক্লাই রাংঙম লয়মাপাকা। মমান কেকে পুরিবলাই। ঙাঙোই লয়কোয় কমপাকা। নিংথৌ অনিমানা থৌচাল পুকনিং লীতিন্নানা। রুনপী পুকমাননাপা অসিপু। মুংঙাই মরাং কায়। য়াইফা মথোই তোংনা কেকে চেঙচা লান্নংনা। পোইরৈ রাপা খুনথিনাপাপু। পুমনা লৈতনা। কেকে চারীকুই। রাঙম খোঙতোম সাংনা পানপাপু ময়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ। থাংচীং কোয়রেললাই। মোইরাং কাসা-রেন নামুংপানা। য়োনতনা লনকুপিস্নো হায়না রাহমনৈয়ে। লাইরেল মৈতিংঙুনা। মপু কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপা য়ায়তা। মুংঙাই মরাং কায়না। ঙৈথাক হয়াউ মথোই তোংনা লৈরমলাপাকা। লাইরেল থিংলৌ নিঙনা তেনা। পোইরৈ মপুং-মায়তা হুলরাইখিরে তাযতাপারা।

তৌথি হায়বগী মোইরাং নিংথৌ কেলহৈবরু পামেল মিউ হোঙংখা হায়না কোলোয মিংথোনখি। অস্নমা তৌরিঙৈদা মৈদিংঙু লোইনাই চিংখং-খোম্বগী থাবম লাইফম অহল প নহারুপ পানা ৪ মকী অঙম অথৌ ময়াম অচুগা মোইরাং নিংথৌ খোবথৈ পাঞ্জুবগী মনাইশিং থাবম লাইফমগী অকন অথৌ পুম্নমক্কা পুকচেল খোযজেল তিন্নরা লৈবাক অমত্তগী মাঙই ঙইনা হুংশিননা পাউমেন্নখি। লাইরেল মৈদিংঙু লিক্লাই রাংঙম লয়মাবা চিংথংখোম্বগা মাগী মাম্মা ইবুংঙো পুরিক্লাই ঙাংঙোই লৈবাক মপুগা নিংথৌ অনীনা হুংশিননা পুকচেল খোয়জেল য়াম্না তিন্নরা লৈবা মতৌ অসিনা মরম ঙইদুনা হুংঙাই য়াইফনা লৈবাক মরং কায়না পান্নরকপদা চেঙ লৈতবরু থংবিবগী অমুক থৌনবা লৈতনা মতম বুইনা অরাং অপা মেন্নদুনা হুংঙাই য়াইফনা পাল্লবা মতৌ অসিরু খোইয়ম থাংজিং লাইনা থৌজানবিলম্ব হায়না হায়নজেয়ে। লাইরেল মৈদিংঙুনস্থ মবুথৌ থাংজিং লাইগী লমদম ঙইবা কেগে মোইরাং লৈবাক ময়াক মমুং চাউনা শাংনা

কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই নিংথৌ লয়মাপাম্নুং। কেকে মরয়পাকত্তা। মুংঙাই মরাং কায়না পাললাপাত্তা। বুনপী পূকনিং লেপনা। খোইয়ম সামন্ লৌকিনানা। রাংপল পাউফায়নকী। চীংঙু নোংখৌ সরারেন। অরাং পাথং য়োইরেনপা। কোরৌ নোংনিংথৌ। কোনফৈ অতামপা। সরাং অথাপপা। চীংঙু মিংয়েং ত্তাংচুমপানা। য়িরাং বেকে লয়মাপাপু। খোইয়ম থৌচাল মায়য়োকনানা য়োয়চানপিপাকী। চীংঙু মরনকু। খোইয়ম মথৌচালপু। কেকে মাকী মকোনম্নুং। মোইরাং কোম্নুং অচনপাত্তা। কাওরেন খৌবলেনম্নুংকী। সনখোম লাইচা য়িঙৌ থাকুম লনকুপিরকয়ে। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই লয়মাপানা। মতাইলেম কেকে খুনফাংথৌ। মোইরাং নাইফাংথৌ পূমনা হৌনা। চীংঙু নোংখৌ সরারেন। অরাং পাথং য়োইরেনপাপু। হয়রাঙ পাকতবনা। তাউচিং ফংফেননানা। সিঙলেন লৈয়াম হুননা। কোরৌ লনসারা। রাংপন পাউফাথিরে। অতু নোংকিপু কেকে য়োইবোনম্নুং। কোম্নুং অচনপাপু।

লৈরিবা লম অসিদা মতম থরা মুংঙাই মরাং কায়না মরক মরক্তা হবাউ মথোই কাজরহুনা লৈবম্লগ মৈগিংঙু চিংথংখোম্বম্ন মৈতৈ কংলা পুংময়োন্দা হনথি।

অমম্না কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোহ নিংথৌ লৈবাক মপুম্ন কেগে মোইরাং মরৈবাক্তা মুংঙাই য়াইফনা পালম্নবদা পুরিং চেৎনা চীংঙু লাইবু কম্না নিঙক্কবগা লোয়ননা অরেপ্পা লাইনিঙ থম্লহুনা অরাংবা লাইনিঙ নিঙজবগী মতিক্তগী চীংঙু নোংথৌ সবারেন অরাং পাথং য়োইরেনবা কোরৌ নোংনিংথৌ ওইবা কোনথৈ অতাম্বা শরাং অথাপ্পবু য়েংবিবিবা চীংঙু মিংয়েং অচুম্বা য়েংবিবা লাইনিংথৌনা ইরাং কেগে লয়মাবাবু খোইয়ম মাগী থৌজালনা চানবিবদগী মোইরাং সনা কোম্নুং নিঙথিবদা থৌজাল ইহৈথবিবদি মখোম থোকপী শনবীনা মথাদা মখোম চিংজবা শম্নাউগী শজোম ইথাবিবা অতুঙম্না মথং মথং থৌজানবিরকখি। কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই লয়মাবনা মনাইশিং কেগে অংথৌবা মোইরাং অঙবা পূম্নমক্তা লোয়ননা চীংঙু নোংখৌ সরারেন অরাং পাথং য়োইরেনববু হৈরাংনা থল্লবা অথেনপোৎনা মথল মথেল নাইরবা

কেকে পুরিকলাই। য়িরাং খোবথৈ পানচুমপানা। চৌংঙ্ লাইথিংথৌ অবাংপাথং য়োইরেনপাপু। কোরৌ ননসাকম। সনখোম লাইচা য়িথাপুংরো তৌনা কৌয়ে হায়তাপারা। কেকে ঙাঙোই লয়মাপা। পুরিকলাই খোকথৈ পানচুমপাতি। কোরৌ নোংনিংথৌ। অবাং পাথং য়োইরেনপা মথৌচানপু। চৈরৈ ফিথাউ সানা থান-লোরে। কেকে অথৌপা মনিননাই। মোইরাং মরাং হৌনা পাললে হায়তাপারা।

পোইরৈ সনা পুংমায়োলস্থং। কংলৈ তানথোং ময়ুং কুই। বাঙম লেমথোং মফৈপাকপাস্থং। হরাউ পুংপুলেম থুংঙাই মরাং কায়না পাললাপাকৌ। কোরৌ নোংচা অমতা বায়রং লমনা চাউপাকী। রতনপুর সনা লৈকোয়পুংতো বাঙনপা। ঔবা তোংতোই নিংথৌ। থামরন লয়মাপানা। লাইরেল মৈতিংঙ্। লোইনাই কৌপা চিংথং-খোমপাতা। মমোম তমপা বাংঙমলোন্দপু। পিয়ো হায়না পাউমেল-লকপাপু। লাইরেল মৈতিংঙ্না পাউথুমলকয়ে। য়িমোম তমপা

অতুগা শিঙেঙল লৈরাংনা মথল মথেনগী মচু ময়াম ওইদবা লৈরাং ময়াম কচ্চরগা লাইনিঙ পরয় চেচ্চাথ। কোরৌ অতু থুমিত্তগী কেগে মোইরাং কোম্নং নিঙাথববু কেগে পু ধরাহ ইরাং খোবথৈ পাঞ্জ্বনা চৌংঙ্ লাই-নিংথৌ অবাং পাথং য়োইরেনববু খোইয়ম লাইনিঙ চেৎনা লাইনিঙফম সঙ্গোম লাইজা ইথা ইহৈখফম হায়না কৌনাথ। কেগে ঙাঙোই লয়মাবা পুরিক্লাই খোকথৈ পাঞ্জ্বনা কোরৌ নোংনিংথৌ অবাং পাথং য়োইরেনবগী মথৌজানবু চরৈ ফিগাউ শানা মাজরতুনা কেগে অথৌবা ঙাঙোই অঙম্বশিংগা লোয়ননা মোইরাংদা চংঙাই মরাং কায়না পানজরে।

মৈতৈ পোইরৈ সনা লৈবাক্তগী লৈবাক মরাক ময়ুং নাইনা চাউনা শাংনা লৈরবা মফম অসিদা মৈদিংঙগী থুংঙাই য়াইফনা মরাং কায়না পালক্রবা মতমদা কোরৌ থুমিং অমদদি নোংপোক বায়রং লমজাউগী রতনপুর কৌবা মফমদা পানবা ঔবা তোংতোই নিংথৌ থামরন লৈবাক মপুনা মৈদিংঙ্ লোইনাই চিংথংখোম্বগী মফমদা মজা ইবেম্মা তম্ফাসনা নিঙথিবীবু পীরো হায়না হায়রকপা বাছ তাবদা মৈদিংঙ্না

বাঙমলোমত্তি। অচাউ লেপফাত্তরি। সাংস্থু লমঙমতারি। তমপা মন্নিঙ সংলৈলেপপু লেপকাপা। বাঙম মনূং সুমলৈ লেপপু। লেপফংপাপু ঙাইথমচথিয়ো। হায়না পাউথুমখিপা বাকী। ঔরা তোংতোই নিংথৌ। থামরন লয়মাপানা বা তাথিথিয়ে। য়িত্তাইলেম থামরন লয়পাক কোইপা। অথৌলিচা হেপপা। থয়াঙ কোনতাই লোনপাসিংরো। মন্নিম পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা। পায়মা বু্নকোয়নুংতাকীপু। সেনপী কনতৌ য়োংকুম সুংকননানা। মমোম বাঙমলোনপু। অচাউ লেপফাত্তরি। সাংস্থু লমঙমত্তরিয়ে। হায়না সুমায় লাথা কোয়কুম কোয়থানা। খোংপাল চামলৌ লাথা লেংকুম কোয়রয়নানা। পোইরৈ খোয়পুং মরৌ চাউনা থামরন ঐঙোনতাতুম পাউথুমলকয়ে। লহানবোংকী য়িপঙ্গ নিংথৌ। রতনপুর লয়কোয়ফমপা। অরোংফুরা মহাকথকতান্নুং। পোইরৈ ঙাইনোংসাংনে। থামরন ঙাইরি তংনাকান্নুসে। ঔরা পাইরি সোয়নাকান্নুসে। হায়পাপু পাউয়ারবত্তপা বাত্তি। থামরন ঐপু। নমু মীরায়রকপানিকিনা পোইরৈ [১]পুংতাক।

পাউথুমখি। ঐগী ইমোম তম্ফা সনা অসিদি নৈশাবী মপূং ফাত্রি হুপী ওইবগী মৎং মতৌ শুদরি মানা চাউরক শাংলক্কদবা মপূং ফারক্কদৌবা মতম অদু ফাওবা ঙাইখো হায়না হায়খিবা বারম অদুদা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌ থামরন নৈবাক মপুনা মপূক্লংদা বায়ৌখি। অদুনা হে থামরন নৈবাক্কী অঙম অথৌ নৈবাক পুবা লুচিংবশিং নত্তিক নথৌমানা নপা মপুগী মগুন ঙাক্লিবশিং তাউ। মৈতৈ পোইরৈ লমগী নিংথৌনা মপূক শেংদনা শেনবী কন্দো য়োংকুম হুংগম্বনা মচা ইবেম্মা বাঙমলোন অদু ঐঙোন্দা পীরো হায়ক্কবরু পীক্লি চাউদ্রি হায়না থুম্নত্নুনা শুমাংদা লা থাবদা ইকোয় কোয়না থাবগুম অদুগা (খোংবাল) মপাহংবনা ইকোয় কোয়না থাজিল্লকপগুম মচাবু কনথত্তু্না পিনিঙদবগা লোয়ন্না মখৌ তৌরম্ননা থামরন ঐগী ইকমদবু পাউথুন্নকই। ঐগী ইমাঙদা পানখিবা ইপল নিংথৌ থামরন রতনপুর নৈবাক মপু অরোং ফুরাগী হাক্তক্তু পোইরৈ মৈতৈ হায়বসিগা ঙাই-শেল ওইনরকপনি। থামরম ঐথোয়গা নৈনবা ঙাই-শেনগী মরী অসি তংনগদ্রুসি হায়বদগী হায়ক্কবা বাফম্ যারক্কবা অসিদি থামরন

খাঙম মরম্ম কায়না পনথেংসে। হায়না হাহমনরপাকা ঔরা তোং-তোই নিংথৌ। থামরন লয়মাপাতি। থেনলেম মতম থনুঁনা। মতাইলেম অথৌ-নিচা হেনপা। থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনামাকা। থামরন সাংতিং লালনৈলেখেম। পুন্নুং লানপোং মঙানমাই। থাঙলেন মথৌহেল। তিমেন খেরাংথাং। নোংলোন লাংকোই মায়ফংসো। কানায় মরী সীন। তরেৎ সেনপুং মনিনমাই। থাংলেন মরাং হৌ। চৈরৈ ফিরাল নারেঙপাপু। পোনপী নোংলোন পাইকুম কোকলেন লুহুপ মঙানুনাইনা। থামরন পুমনা হুপনা। সমু থোঙসাললকলে। ঐরাপাত লাইচা য়িরাম্নলকলাপাবা। চকপা অংকো য়ি। য়িংথি য়িযাচাউপু কাননাচোং। সেনপী তুমু লোকচাউ য়িপু ফৈনা সমনা। হুয়েল লানহৌরকলে। ঔরা মনিননাইপা। থামরন মথি নাইপানা। পোইরৈ নৈতৈ লমতাপু। হুয়েল লানভারকলে। হাযপথী য়ারা পাউনিনখোলপু নাভারাপাকী। নাহরেন মৈতিংঙু লোইনাই কৌপা চিংথ খোমপানা। মযু মৈতিংঙু লাইরেল নাউকপা। তুপি লমথক

ঐখু মীবাযরকপনি অদুনা পোইরৈ মৈতৈ লৈনাক অসিগু মাঙচন তাক-হন্নবা হুয়েল লানাক্তস হায়ন হায়নরকবদা ঔরা তোংতোই নিংথৌ থামরন নৈবাক মপুনা পুং খেন মতম অফবা খেংহনা লাম্মী অকল অপৌ মতিক চাবা মথৌনা লৈরবা পুম্নমকা লোনন। লানগী লানকি মতিক চাবা ফজ-ফজরবা শেৎল ইন্নহুনা মথুক্ত থাঙপাং টাপাং পায়না চোং—ফম্নুনা লাঙ্গোই লগোল তোংবা অমদি নোংমৈ পাগবা পরেং, পরেং শেন নৈব পুংজাউ থীনবা কিয়াল পায়বা ময়াম্না ভুংভুং লাউনা পয়োম তইনা লাকপদি কোরৌথক্তা পাইবা উচক লঙ্গহুম মবোক মবোক্তা লুহুপ নিংথিবা উপ্রহুনা থামরন লাম্মী কেঙ্গোল পুম্নমকা লোয়ননা হুয়েল লানগীদমক খোঙপায়ক্রে। ইরাবতি তুরেল লাল্লক্রগা অঙ্গো চৌংনাক্তা চেদবা ইংথি (নিংথি) তুরেলযুম্ব লাল্লক্রহুনা হুয়েল লানহৌরকলে। অস্তুম্না ঔরাগী লাম্মী-শিং থামরনগী লাম্মী লমকেৎশিংনা পোইরৈ মৈতৈ লমদমদা লাক্লারকখিবগী লাউ অসিনা সনা কোঙ্গং মৌরক্তুনা তারবদা লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চীংথংখোবনা মবুথৌ মৈদিংঙু লাইরেল নাউকখনা সনা কয়াল

সারোকপুং। লাপা কোংলেকম। তিওয়ি রাকোওলাক। কংলা থোন তরেৎতা কয়কমলাপাকা। ভুপি কাচক হো। লাইরেল মথিনাইনা রাহমলকএ পোইরৈ থুনকাংখৌ। ভয়ম নাইকাংখৌ। অথৌলিচা হেপপা। থয়াঙ কোনতাই লোনপা। পানপা কৈমকপা। কৈরেন তেংথাপা অথম মীপোকপা অথৌ লাংকোনপা। ভনপা কংলা কাওনারোয়-সিংবো। য়িপোইরৈ ত্তানথোং মমুং ফুইপা। রাংঙম লেমথোং মকৈ পাকপাপু। কৌচেং য়ামনা মীচিকতা। থিংপা য়ামনা লাঙতকনানা পোইরৈ করম লয়খোঙ কায়রাপানোকো। লহান ইয়ু নিংথৌ স্নিমাঙকী। নিংথৌ মরোল খুত্তিংতাসুং। খামরম মনিন নাইপামা। পোইরৈ তমতা তামা। রাংঙম লয়খোঙ কায়না পনথেং-লারে। হায়পাপু পুমনা লৈরকতে। ইয়ু মৈতিংঙু থোংনাং ময়ামপা। ভুপি সনা হাকথকতাসুং। থোংনাং তখেল মনিন নাইপাকা। খামরন লাংকোই পুংপু লেমপাকানা। পোইরৈ তমতা তা। রাংঙম তমতা য়ুমনা। নিংথৌ অনি মথং চপনানা পনথেংনেংতাসুং।

---

তোংনফম ওহবা লমথক শারোনপুং কোবা অচুম অরান রায়েল থৌদাফম ওইরিবা কংলা থোন তরেৎ রাংবা সনা কোমুংদা ফম্রগা মৈদিংঙুদা কন্থি কল্লাউননা মথরাই ফুংঙাইতনা হায়রকথি। হে পোইরৈ মৈতৈ অকল অথৌ থায়মদগী ইপা ইপুশিংগী মঙন ঙাক্না ইশাগৈ ইফুরুপু কহল্রবা পানবা কৈশুম লিংজেল থাবা কৈরেম্না ঙংবশুম মীনা কিনরবশিং মপাগী মচা অমত্তা ঙায়রবা অশোল অনাগীদমক থরায় থাদোকপদা পাম্মুদ্রবশিং ও! ইপোইরৈ মৈতৈ লৈবাক মরাক মমুং চাউনা শাংনা লৈরবা লমনিদা মশীং থীঙমদবা কোজেংনা মীওইবদা চীকচবা ঙমদবশুম মীয়াম অসিনা তোফম থঙদনা পুম্নাং লাঙলগা মৈতৈ লৈবাক অসিবু করম তৌনা কায়গদৌরবনোকো। থায়নগী ঐগী ইমাঙদা পানখিবা ইবুথৌ নিংথৌশিং মরোল খুদিংদা ঐরা থামরন লাম্মী লমকেৎপশিংনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা তারক্কুনা মৈতৈ লৈবাক খুগায়খি হায়রবা রা অসি থক তারক্তি। ইবুথৌ মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা (গরিব-নিবাজ) সনা হাক্তকদি মরাং কছার লমগী তখেল কাওবুগা ঐরা থামরন লাম্মীশিংগা অনীনা মৈতৈ লৈবাক অসিদা মতম অমতদা লান্দায়কখিবর

পোইরৈ চেপনা হাইনা। তাঙোই লম্‌খোঙ কায়রকতে। ইয়ু নিংথৌ থোংনাং ময়ামপা। সরা চেকনিংথৌ। পোনপী ককর লানতানাপানা। তুপি মহী হীনা মেঙ। লাইরেল ময়াই য়াইনা লাংনা। কেকে ভাইভে লৌকোমম্মুং। থমপাল নোংসালৌতা। তথেল লানয়াম মফাংহৌয়ে। চিপি লোকলাউপুংকৌ। চাখা সাম্লুংথেল। য়াংচৌং লোকচাউ য়িতাম্মুং। ঔরা মনিননাইপা। খামরন মথিনাইপাপু। হুয়েল নেৎচৎ য়ালহৌয়ে। ইয়ু থোইয়ম লাইয়িংথৌনা। থোইয়ম থরা মায়য়োনতা। চৌংঙু চেংঙানা নমমুকতান।। লাংকোনপিরকপা পুংনে। লহান য়িয়ু মৈতিংঙু। লাইরেন সেনপী থাকেমপা। চৌফা হোংকৈফাপা। ল ইরেনতোন তোনঙৌ ঙমপা। হুয়েল লোকপা লামথৌয়াঙপু কায়না হুনপা। তুপি সনা মহাকথকতাম্মুং। ময়িম থোংনাং মনিননাইপা। ময়াং লয়কোয়পুংপু লেমপানা। পোইরৈ তমতা তা। য়াংঙম য়িংলক চঙনা পংথেলাপাপু মরাং য়ুনপি পুকনিং পেনতানা। হুয়েল অমরক লাকচৌরকয়ে। পোইরৈ তমতা

---

নিংথৌ অনীমকপু চপ মাম্লনা মায়োক য়াদ্ধনা লাম্থংনখিবদা মৈতৈ লৈবাক অসি কায়বা ঙমখিদে। ইবুধৌ মৈদিংঙু থোংনা ময়াম্বা কৌবা উচেক পুয়মক্কী নিংথৌ ওইবা পোনবী গড়ুরগুম শাউম কনবা নিংথৌনা মাগী বাহৈ রাতা থোনফম অমেঙবা নিঙথৌবগা লোয়ননা মাগী মতিক ময়াইনা কেগে মোইরাং লমগী ভাইভে লৌকোম্নুং থম্বাল নোংশারোদা তথেল লাম্মী মমাম্ন মফাহৌই। অদুগা চিবি লোক্লাউপুংগী চাখা শম্লুংথেল বাংজিং লোকচাউ মরিলদা ঔবাগী লাম্মী লমকেৎপশিং থামরন মতৌ ঙমখিবা কয়ামব শাখিনা য়াম্থৎনহৌই। ইবুধৌ থোইয়ম লাইয়িংথৌ ওইবা ইবুংঙো মহাক্না চৌংঙু ময়াম ঙনশিনবিদুনা থোজানখিবগা লোয়ননা ডার্কপি শেনবিদুনা নাউকোনবিরকপা লৈবাক্তি। খায়না ইবুধৌ শেনবী থাগেম্বা চৌফা হোংদৈ ফাবা, লাইরেঙ্তোন তোনঙৌ ঙবা হুয়েল লোকপা কৌবা লাম্দা থৌবনু মামথিবা পীথিবা সনা হাক্তক্তনু থোংনাং ময়াং লাম্মীশিংনা লাম্মী মশীং থিঙমদনা পোইরৈ তমদা তাদুনা মৈথৈ খুমক চঙলগা হুয়েল লাম্দাখিবা থোঙফম অদুদম্ম মপুক্কিং পেন্দদুনা অমুকা হম্না

কুমনা। হুয়েন য়াংকোই পুংতা ময়াং লানমী পুংপু লেমপামা। নমু মীসিঙ থীঙমতানা। খোংনাং তেংকোল লিংলরাপাকী। ইয়ু মৈতিংঙু লাইরেন সেনপী খাকেমপা। লিকলাই নোংসা থাংবৌপা য়াওরৌ সানিংথৌকুমপানা। হুয়েল মতুয় য়াংকোই মসঙকম। মোং-য়াই হাওরম তোন। য়াঙপা কায়পা খাঙয়ানলম। মচি হাওরমহনপা লুতু-রাই। হাওরম নিংকোয় য়াইমাপা কান্নাখি। লিকলাং তরোং পরেং কেন। খুরোইপা খিংপাকোনতা। খোংনাং লানকা মাঙনা। ময়াং লামম্রাম ফারৌয়ে। লাংকোই সাচাউলোকমা। লানমী লিসিঙ খোমলৌযে হায়পাপু নাতাইয়ে। খামম্রন তানা তাপা অসিন্নুং লহাল লাইরেন ইসাপী। অম্রাং ফাংলৌ মোরামপা। তুপি সনা মহাকথকতা। পোইরৈ য়িমলকচঙ। রাংঙম য়িময়ায় থায়না পনখেং-লাপাপু। খামম্রন রুনপি পুকনিং পেনতানা। হৌচিক নিংথৌ য়িহাকথকসিতাম্নুং। অনৌপা হুয়েল লানহৌরকপা অসিপু। ইয়ু নিংথৌ লাইরেন সেনপী খাকেমপা। তুপি হুয়েল হিথায়াই। লিক-লাই লাংকোই সারোকয়াইকুমপাপু। ইয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ।

---

হুয়েল লালহৌরক্তুনা মৈতৈ লেবাকী তমদা তারকপনা য়াঙ্গোইপুংদা ময়াং মসীং থিঙমদবমথৈ য়াম্নবা লাম্মীশিংগী তেঙ্গোল শাররবদা ইবুধৌ শেনবী খাগেম্বা সিক্লাইগুম লংলবা মথাং চেংবা শা পূম্নমকী নিংথৌ ওইবা নোংশাগুম্নবা নিংথৌনা য়াঙ্গোই কারোংদা শাথিবা লাম্মী তেঙ্গোল মনাকী থুমন হাওরমতোন কৌবা ময়াম্নুং অহল হাউরমহনবু থাঙনা কক্তুনা হাংখিবা মফম ময়াম্বা য়াইমা হাউরময়াইমরনা কিদুনা চেনখিবদা লানখিবা খোংবু লিক্লাং তরোং পরেং কেন খুরোইবা খিংবাকোন হায়না খঙনবা লমদা পোনাশিংগা শোক্লবা লানকমদা ময়াংশিংবু হকথি খোক্লা মায়খিবা পীজনা ময়াং লাম্মী কয়াম্ব ফাহৌই অহুগা শামু শগোলনচিংবম্ব লিশিং লিশিং মুলহৌখিবনি। অহুগা য়াথং মৈদিংঙু মোরাম্বা লনা হাঙ্কম্ব খামম্রন ওয়ুরা লাম্মী কয়ামানা মৈতৈ লৈবাক তাংক্লমা মুম থুদিং চঙনা হুয়েল লাম্নাখিবম্ব অমুকম্ব নিংথৌ ইহাকথক অসিদা পেন্দবগা লোয়ননা ইনৌ মৌনা হুয়েল লালহৌরকপা অসিবু ইবুধৌ লাইরেন শেনবী খাগেম্বা

হেৎপা। বাংঙম নখোয় পুমনামাহুং। তনুপা থপাক চুংবোইনা। সয়েঙ পানপোমনা তাবোইননা। মালেম লম্পাক শাকিলকপা-সিংকী। মাচেঙ পাচাথাতা নাউরিপা মসেননে। তুয়েল বাইখুংশিচাতুরুমপাপু। মিঙনা তেনাকাম্নুসে। মানপী চীয়েখোনপু মসোয়তা। কাওরেন লাইখোংনপাপু মোবতানা। খামরন মায়খোক য়ানা। হুয়েল লানসোকনাসে। হায়না কংলা বাসকনাযে। লাইয়েন মৈথিংঙ্না। অমরক হননাপু বাহমলকয়ে। য়িত্তাইরেম অথৌলিচা হেৎপা। পুমনামাবো তাপিয়ো। খাময়ন মনিননাইপানা। হুয়েল লানহৌরকপা অসিপু। পোইরৈ তমতা তাপা। বাঙম তমতা কুমংনকাম্নুসে। চী লেন পলংলাকী। নোংপোক য়ায়বং লমমাখাত্তা। নোংপালেলোন নো চুপ লালনুমঙমপীকী। নোংপাল ব্চান নৈরালোইকী। পামেল ব্য়াম হৌপা। লমলেন ব্চানপোকপিকী। চৌংভোং খুফম কপাতা পামেল সয়ী সীংচেপয়ুং। কুরাউ পনকালিং। পনমাঙ থেনকা খেংনা। খামরন মনিনমাইপাপু। খোংফৈ চীরোন চনকুম। পোইরৈ

লৈবাক অসিবু কয়য়া কায়হনগদগে হায়না থুকমজরগা মৈতৈ লাম্মী অথৌবা পোইরৈ লাম্মী অকনবা নখোয় পুয়মক ৎবাক্না চুঙ ওইরগা শয়েঙ পাখোমনা তা ওইহনা থেংনক্না ইরৈবাক অসিবু ঙাক্লবকপা অমদি হেক পোকমিয়বা মড়িল মনাউঙম মমা অমগী খাউ অমত্তগী পোকমিয়বক্লবা অতুগুম্বা ঙাক্তনি। মরম অতুনা মীগী শউম ফংলগা চেনবা তুয়েলগী বাইখু মচাগী মচৌ তম্নগম্লসি। কাউরেন অথাকপা শন অনীগী বাইনবদা মচী অনী মৈশিয়বগী মখোল খোকপঙম কম্না মৈশিয়হনা নীয়া খামরন লাম্মীশিং অঙ্গুগা মায়য়োক য়ানহুনা হুয়েল লানশোক্লম্লসি হায়হনা ফংলাদা শরী বাশক্লরে। মৈথিংঙ্না অমুক হম্না হায়ংকখি। হে অথৌবা অচান-বশা! তাবিয়ু। খামরন লাম্মী মথাম অদিনা হৌরক্লখা লাকহৌ অদি পোইরৈ মৈতৈ তরপাক্তা বাঙম ইরুকরম অদিদবু য়োহনগম্লসি। অতুনা লোইবী চীংজাউ বাংমা য়ায়বং লমদযগী লপথাঙ ওইবা লমদা নোংথাল-লোল নোংচুপ লাপ্মঙবীগী উচান নৈরা কুনবা লোইকম ওইবা পামেল উয়াম হৌবা উচানপোকপীগী চীংভোং থুকম মত্তা কবা অতুদা পামেল

ঙমতা তাহনতানাপা। হুয়েল লানসোকনাকহো। হায়পা য়াখং-খোনকী। পোইরৈ অখৌপা য়াঙম কোনতাই লোনপা অপুনপা। হুয়েল লানপুম ফানা। নোংপোক য়ায়রং লমমথাঙকী। লমলেন উচানপোকপীতা। পোইরৈ তেংকোল সারে। থামরন মখিন মাইপাপু। হুইয়েন লানসোকনারে। পোইরৈ অখৌ হৌ। থামরন মখিননাইবা। সয়েঙ থরনাপা। পানপোম তানাপাপু। ঙৈরা মলো মৈপু। কামার থাংকেন্নানা। কোয়েতমলোংখোং। য়াংপল লাউনোংখোংকুমপাপু থাঙঙমতয়াপাকী! য়াংঙম নিঙনা তেনা। পোইরৈ তেংকোল কায়রে। য়িরোক লাইচমলান। চীংলেন কৈতোই সমনা। হুয়েল লানসোক-নারে। থামরন লাংকোই পুংপু লেমপাতি। লানসোক মরাং ফায়না। পোইরৈ তুংয়িননবা। য়াঙম তমতা তারকপাপু। লাইরেন মৈতিংঙু। লোইনাই কোপা চিংথংখোমপানা নাতারপাকী। য়াঙম থয়াঙ কোনতাই লোনপা। কাওয়েন সনসকপা। কৈরেন তেংথাকুমপা পুমনামাকা। হুয়েল লানসোকনাথিয়ে। লমলেন মতাইমা।

শয়ী মপাখীনা উয়ুং য়ু লগা কুয়াউনা পন থাহুনা পননিঙ পন য়াঙ শেমহুনা থামরন লাম্মী লমকেৎপশিংবু ঈশিংপকী খোংফৈ কয়া নাপঙম খিংলগা পোইরৈ মৈতৈগী তমপাক লমদা তাহন্দনবা কয়া শোক্লকয়ো হায়না হায়-য়কপা সনা য়াখং অতুগী মতুংইমা মৈতৈ লাম্মী অকল-অখৌ পুম্বী মপুং ফাবা তেঙ্গোল শেম্নগা নোংপোক য়ায়রং লমথাঙগী লমলেন উচানপোকপী চীংদোম্দা মৈতৈ তেঙ্গোল শারে। অদুগা ঙৈরা থামরন লাম্মীশিংগা মায়োক্নবা লাম্হৈনরে। লানফম অসিদা মৈতৈশিংনসু মকখি ফুরোয়া ঙৈরা লাম্মীশিংগা শয়েংগা শয়েংগা শাথোমগা শাথোমগা থেংনবদা ঙৈরাগী নোংমৈনা কোয়থাং কোয়থাং থা'না মফম হোংল-হোংলহুনা কায়ক-খিবনা কোয়ৌ নোংমলোম্দা থাকপা খোংবা নোংগী খোঞ্জেনজম তঙনা কায়কখিবনা থাওবা তমঙ্গবদগী মৈতৈ লাম্মী অয়াবনা লাননিঙ হন্নুনা পোইরৈ লাম্মী কায়রে। অদুগা অতকপা লোক তায়গী ইয়োক কয়া লানুনা অয়াংবা চীংদোল কয়া লায়। লায়া লাখি অদুমক মপোক্লে। অদুম ঙৈরা থামরনগী লাকোই শংগোল লাগী তেঙ্গোলনা থুনোং চাবা

হুয়েল লানসোকনাখিরে। তুপি থোয়মা মায়লৈতানা। মামচেং মনম মুকতানা। কোরৌ হুমিংমানা লোইনা। হুয়েল লানসোকনাপাতা। খামরন মায়য়োক য়াঙমতারাপাকী। পোইরৈ অথৌলিচা হেপপা। রাঙম অকনলোই পূমনামাতি। তুরেল রাইখুপিচাতুকুম। থিংলৌ নিঙনা তেনা। রাঙম লোংমা হুননা। পোইরৈ লানথোঙ কায়রে। লাইরেল মৈতিংঙুম্ন। মতোম সেকচুম পনতাই রোইনা ঙাকঙমতারাপাকী। হুয়েল লানথোঙ কায়রে। মৈতৈ তেংকোল তুংমিননানা ঔরানা তানচিললকলাপাকী। পোইরৈ য়িমলক চঙলকলে। চকমোম থামপীনা য়িমমৈ থা। তুপি য়োইকোনমুংতা। খামরন তেংকোল লেপলায়ে। পোইরৈ তানথোং ময়ুং কুইপা। রাঙম লেমথোং মফৈ পাকপা পুংতি। য়িংথোল কৈরোয়থককী। কৈথেল চুরাই লাংকুম। মপারী নমতা পো। মমোম পানতা সমনা। থোয়মা নারকচঙ। পামেল রুম্না হেপ। য়াংলৌ লমতাং লৈতানা। হাউনা য়িতোন থিংপাপু। থোয়ম। ময়ায় থায়মা।

অদুবু অকিবা ফংবগী মওং উরবদা লাইরেন মৈদিংঙু রাঙম লয়মাবা পাথ'বগী থাবা অশে'বনা সনা পুক্লিং অদু কপ্পাউররকতুনা লনা খুৎশু থাঙলেন পায়রগা লাঙোই শগোল কয়া থৌ, শ.গায়া মথোঙ মরি পুয়া পুয়া থংচোং থংচোং চোংলদুনা ঔরাপা হকথেংননা মায়য়োক থারদুনা হকথং তানা তাঙ্গা য়েংনা লুয়া লুয়া থিল্লদুনা অমদি থাঙশাংনা লায়লায়গা য়াম্বরদুনা মৈদিংঙুনা সনা খুৎমক্লা ফংনা হুয়েল লানশোক্লখি। অদুমা লৈদিংঙুনা মায় লয়বা লৈতনা পুক্লিংদা হঙানবা তৌদনা হুমিৎচুপ্পা অদুমা হুয়েল লানশোক্লবদা ঔবা থামবন লাম্মীশিংনদি য়াম্বমিনা মায়য়োক মাবা ওয়াক্কবদগী পোইরৈ মৈতৈ অথৌবা রাংঙম অকনবা লাম্মীশিংদুনদি তুরেলগী রাইখুমচাশিংনা মীগী শনম তাবদা চেনবঙম লাম্নিঙ হুলদুনা মৈতৈ লাম্মীপুম্বা লাম্থোঙ কায়রে। মৈতৈ লাম্মীশিংগী তুংইমনা তায়-তায়দুনা ঔবানা তকশিল্লক্লবদা পোইরৈ মৈতৈ য়ুম্নক চঙলক্লে। অদুগা য়ুম খুদিং মৈ থারগা ফংলা কোম্বংদা থামরন তেঙ্গোলনা খুদুম চনশিনখ্রে। অদুক চাউথ্রবা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী মী খুদিংমক কৈথেল কাম্বদগী রা লাউনা

চীংলেন মাপোম্বকা। নুংশী থাসৌ নেং। নুংকাই কৈতোইসম থিরোক লাইচম লাম। হেমপা মসাইকোনতা। লোইশী হাওরক চঙনা ছয়েল লামচেননারে। লাইরেল মৈত্তিংঙ্গুতি। মপোইবৈ তামো তাপা। থাঙম কাংমা তাপা পুমনমানা। খৌপোম খুম্বিং লোম-থামশিচাকুম। খোয়মা নারক খোঙতোয়নাপাহুকুম। মপাগী মঙো পো। মমোম থাঙা পমনা। ঙৈরা লানথেংনাপাকী। হয়েল লান-চেননাপানা। থামশী মৈরীংতা। পুমুং থামখোংতা। তরা চাকংতামা লানচেনপা। মাহা থুপী হঙু হনপা পুমনামানা। চীংলেম য়োঙম কাঙমতামা। নুংশী থাসৌ নেংঙমতা। হাউমা খুরৌ থান। খোয়মা লমথাঙ থাংনা। চীংলেন ওমপল কাঙমতামা। পামেল খুখোঙ পায়মা। কোয়ৌ খোয়না য়েং। থাংপল পাংনা য়েংনা নোংখোইপাপু। লাই-রেমনা চেংলৌ খিংখিংলাপাকী। তুপি পায়মা খুনকোইথুংতা মিঙ-থনখিয়ে। মিপোইবৈ তানখোং মথুং কুইপা। লেমখোং মকৈ পাকপা পুংসিপু। থুম্বং সিঙশী মতাং তেনতা। পোইবৈ অচাউ মৈম্ব মুংতামা।

কায়বঙম মাগী মাগী মচানিপা অপীকপদুনা নঙন্দা পোয়গা থম্বা চাউবী মচা-চুপীবু মখুৎ পায়মগা অশোঙবা নাপী শীংবী ময়ক চঙলগা উজাদি উখোঙ মম্বাদা খারেক্কা লবী লৈতবা মফমদা চৎপদা হাউনাগী ইনা অশাংবনা খোঙলৌনমা নাশী ময়ক থাম্বনা থায়না চৎপনা চীংলেম নাপোম কম্বা কা নুংথী মচিল তুম্বা কম্বা মেৎ নুংগাই লৈবা চীংবু শম্বা লাম্বগা ইরোক লাইচম ঙইবা লোক কম্বা কয়া লাঙজুনা লোইবী চীংথকতাবা হাউমুমদা চঙলজুমা লাঙেম্বরে। মতম অসিদা লাইরেল মৈদিংঙ্গুদি পোইবৈ মীথাম্বা কুংনা ফাংনা ফাংনা তারগা পুম্বমক অহুনা খোবোম মংঙো পাইবা উদিৎ লোম-থাবী মচা অহুঙম্বা মাম্বক মোংশোং লঙ্কা খোঙচৎনবদা মচানিপা অঙাংবু নঙন্দা পোম্বগা অনিকপা মচাম্বপীবুনা মথাদা পম্বহুনা ওথাগা লাহেংব্ববদগী লাজেম্ববনা মৈখিং খুলিংদনা চাকখোং ইখোংদনা চাবা থকপা কংনদনা চেল্লকপা অঙাংহুবী হত্ববী হম্ববা পুম্বমক অনিনা অঙবা চীংজাউদু কাবা ঙমদহুনা মচিল তুম্বা নুংচৈংতা মখোঙনা নেংপম্ব নেংঙমদা হাউনাদা খোঙদা লৌ. লমথাঙজোনা থাংপগা লোয়ননা ঙমঙবা চীংলোল কাবিদু ঙমম্ববদা

পানলমপা। পুংসিপু। য়িয়ু থোইরম লাইয়িংথৌ। পোইবৈ লৈপাক ভাকপা লাইসিংমা। থোইরম থবা মমাংরোন। চীংঙু চেংঙা মনম মূকলাপাকী ভৌনীকলা। ভুনি চীংঙু ইরাইপক লাইরেল হেমচেং ইতুগোইকী। লমচাইফভাপাপু মোইরাপাম্না। নিংথৌ য়িহাকথক-সিন্তা। পোইবৈ লয়থোঙ কায়পাপু থোকলায়ে। লাইরেল ঐঙি। চীংলেম নাকথক ওন্। কাই য়িতৈ অপালকী। মকু চীংচাউনম। তেথাউ মপুংয়ায়। অসাম মসাইকোনতা সানথুপলাকে হায়না। লাইরেল মৈতিংঙুদি। পোইবৈ মপল লমপু অমত্তা হন্ চীংলেম নাকথক য়োনখিয়ে হায়তাপাম্না। কেকে মোইরাং নিংথৌ। য়িবাং পুরিকলাই। ভাঙোই মুংনাং তেলহৈপাম্নং তমপা মসামৌ। সেনপী মুবাউ লানথপীকা। য়োইপু ভালোই তুচা হৌ। তরম নাইচা হুপনা। কেকে মপুংয়াই। ভাঙোই মপল লমপু নমতা হুন। থোংনাং তখেল মনিন নাইপা। তিলিপুর ভানা ভাপাপু য়িমতামলাকে। হায়না লোইচীং চীংচাউকা। মানভক থয়ায়লোক ভকুপ খানিঙ লোমপাচীংপু

উথোঙ পায়রহুনা অরাং কোয়ৌ নোংমদোনবু য়েংলগা য়াইবি থরাই খামখিনা কয়াহু মৈনিংঙুনা মমিৎ থীৎমা উরবদা তুবি মৈদিংঙুগী পায়মা পিবুকহুংদা থঙখি। পোইবৈ ইরমদম কংলৈ ইরৈবাক অহুক চাউপ্রবা অসিবু করিগুম্বদম্ থাউদেক্লদনা ইপা ইপুসিংগী মগুণ মরী তৎতনা চংডাই য়াইকনা পাল্লকপা লৈবাক্তি। অসিগুম্বা ইরৈবাক অসিবু থোইরম লাইয়িংথৌ চীংঙু ইদৈডাকপিবা লাইশিংনা থেঁজানাহংদুমা চীংঙু মমায় লয়থোবপিখিবমা তৌরবরা? থোইরম মথোয়গী নোংদম য়ায়েল মতুংইন্না লৈবাক্ কায়দো হায়নবু নিংথৌ ইহাকথক অমিদবু তমখিবনা অসিগুম্বা লাইথক অসিবু ঐঙোন্দা থোক্ল-য়বনিকো। অতুনদি অরাংথা চীংজাউ মায়কৈয়োমদা চঙুনা য়াই তুরেল লাক্লগা মকু চীংজাউ লাক্লুনা তেথাউ (আসাম) গী লমদম অমদা লোত্তু নহুম লৈক্লবগে হায়হুনা মৈদিংঙু চিংথংথোক্লনা মপা মপুগী লমদম পোইবৈ মৈতৈ লৈবাকপু হন্দোক্লগা লোইবী চীংজাউ মায়কৈয়োমদা চেংলৌ মমায় ঊল্লক্লে। কেগে মোইরাং নিংথৌ ইবাং পুরিক্লাই ভাঙোই মুংনাং তেলহৈবক্ল মতাংলোয় মোইরাং লৈমা গুইবী পেনবী মুবাউ লাহুবীগা লোয়ননা মতুমচা মমাই

ফাননা চোং। কোয়রেং লোইরম লমপু নমতা হুনন্য। লোইশী ময়িমনাক। থরা মসাইকোনপু য়োরাপতা। য়োইপু ভমপা মসানৌ কেকে মোইরাং লৈমা। সেনশী মুবাউ লানথশী। ভমপা মৈরা পোনচেনশীনাচিংনা। য়োইপু চায়নত্তা। য়োইহে থোংফাং লেংশী। থাংচীং য়িমলেন ঙানশী। চংলম ফানসাং হেনশীসিংনাস্থং। স্থমায় লোংহানত্তা। কংলৈ য়াথোকত্তা। সীংচা বাইকোইতা। য়েনলাং থৌচংতপানিকিনা। লোইশী চীংঙম কাঙমত্তা। হেমপা য়োপোক ভনঙমত্তানা। নুংশী য়াসৌ নেংনা। চীংলেন ফৈত্তোই লান্ঙমতারা-পাকী। চীংলেন নমথাংমাকী। য়িয়োক লাইচমমাতা হেপনা। অরা সোনথৈ নীক। পামেল বুরা নমথাংনানা। থৌতু থুনেংনানা সান-থুপখিয়ে হায়তাপায়া।

য়িবাং পুরিকলাইরো। ঙৈরা মনিননাইপা। খাময়ন তানা ঙ্গাপাস্থং পোইরৈ হেপচা য়ো। বাঙম য়োচা খোমনা। য়িয়োক

---

মশল পূয়মকা লোয়নহুনা কেগে মোইয়াং ঙাঙোই লৈবাক অসিবু হন্দোক্লম্নগা খোংনাং ভখেল ( ত্রিপুরা ) লমদম য়োনবা চংলগে হায়হনা লোইজিং চীংজাউ কারগা মাস্তক থয়ায়লোকনা লোকশা মচা মচানা মথং মথং চেন্দুনা লৈবা চীংহ লালগা লৈবা কোয়রেং খুঙ্গংবুস্থ হেন্দোক্লগা লৈবা থরা খুঙ্গং য়োরবদা মতালোয় মোইয়াং লৈমা ওইবী ভমফা মৈরা পোক্তেনবীনচিংবা লোয়নরিবী মচা মমাই থাংজিং লাইগী থোগল তৌজরকগীশিং অডদি মপাল থোকচদবী শিঙযান উয়ান তৌজরক্তবী পাংয়া চত্তুনা য়েনশাং নাপী থিরক্তবী অঙবা চীংদোং মচাফাঙব। কাজয়ক্তবী ওইরকপা ময়য়া মথোয়না য়োগে থুংগে হায়বা মফম অহ্ য়োঙমদনা হুংচেং মচিল অতুম্বদা নেং চীংহুম মচা অচোবা কয়াবু ফৈনা ফৈনা তুবং তুবং লানবদা লান্ঙমদবদগী চীংজাউ চীংয়ায় য়োয়কপগী অঙকপা ইয়োক লোকচপ অমদা পোথায়গা অবা শোয় পাবোং লোয়া পামেল উগী উয়াদা মোনথাঙনয়গা থৌহু নুংদা য়াহিপ তাহুনা মহৈ মহৈ লোংনখি।

ইয়াং পুরিক্লাইও! ঙৈরা লাম্মী অথৌবা খাময়ন লাম্মী অকনবশিংহু পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক তারক্তুনা মৈতৈগী চংফম থোঙ্গুল লীকহুনা

হাথৈকমপু। পোইরৈ তাঙচা খোঙখুল লীনা। নমু মীয়াম খোমলে। নহা মুপী হনু হনপা পূমপাপু। কাওরেন সনকু হোইকুম। থামরন লমু মথুংপাকতা চনখিরে। উরা মখিনাইনা। থামরননা মরাঙ হৌন। চানা লাংকোম নমনা। ভুয়েল লানখিখিয়ে হায়ভাপারা। থামরন লাংকোই পুংপু লেমপাত্তি। তুপি য়োইকোনমুং। কোমুং অচনপাক্তা। থামরন তেংকোল লিং। ফয়েং নোংফাই য়ামমা লৈরাপাকী। থামরন লানখি সেললমপা। পোইরৈ অপকমা পূমনামাতি। কৌপা লোকমুং চঙ। চৌংমুং লোকয়ি থক। পামেল বুখা য়িগরোইনানা। খৌতু মুংতা নমত্তানা। লিকলা য়াইকেন চন। মপারী নারা অথুপা। থীকলেন খোমরৈনাম্বিপাপু থাতাকোন। মমোম অচাউ লেফাত্তাপা। সাংমু লমঙমতম্বিপীলি'পু নমতা পোনা। মিংয়েং নাউমুমতা। খোমলেন তুমকনত্তানা। চকমোম থাম্পী মৈপ্রীংতো। পুমুং রানখোংতানা। তম্না চাকপু লাম। পায়মা খোমনিংত্তিং। বুনপী থূংনা নমনা সানথূপপাপু। কোমৌ নোংলেন য়ামলাপাকী। নাহা মুপী চমু হনপা পূমনামাতি। তম্না চাভংতা। বু-পী চফম হোপনা

অত্তকপা লোক তাম্বদা লৈরবা পুম্নমকপু ফায়-ফাম্বগা খোমগংলক্তুনা হূপী অভাং হন্নবা হন্নবী পূম্নমকপু শল শঙ্কু হোইবত্তুম হোইগত্তুনা উরা থামরন লাম্মীশিংগী মথুং চনখরে। অতম্মা উরা থামমন লাম্মীশিংনা হেম্না হেম্না মকম্ভি খোঙ্গা ই লাং নমত্তুম চমতুনা মৈতৈবু কোয়খি খিখি। অদুম্না তকশিল্লক্তুনা উরাশিংনা মৈতৈ লনা কোম্চং নিঙখিবদা মখোয়গী লাম্মী তেঙ্গোল লিংতুনা কোরৌ শিঙতুম কয়ানিমা হূত্রম চন্দুনা লৈগ্রবদা ঐরাগী মথুত্তগী নাম্বোকচহোবা মৈতৈ অয়াম্বনা লোক তাম্ব অত্তকপদা চঙলগা লোকয়ি ঈচুম থক্তুনা পামেল উগী উথাদা য়ুম শুইতুনা খৌতু মুংনা য়োল ওইনা থাঙলগা মথক্তা লিক্রা তাবা কয়া থাঙক্লুনা অপীকপা মচা খোম্লাং ঊল্লিবশিংবুনা মথাদা কোল্লগা মপুং মরম ফাজদ্রিবী মচাম্নপীশিংভুবুনা নঙ্গদা পোয়গা অহিং তুম্বা লৈতনা মিংশেং থাঙজমগা চামা থক্লবা খোং থাক্লবা মৈ ফাওবা হৌভমদযদগী মপুক লাম্বনা চনিঙ চম্বাঙ শম্নদবযু মথুং মথুংনা নম্না নম্না থাঙজমহুনা লোৎচবমু কৌরৌ নোংজা মশীং য়াম্নবদা নাহামুবী হনু হনবা

নোংময়লপারা। খচিল লকাক্লুংতা য়িকপনাখিরে। খোইরম নোংতমপা কয়মপারা নোংতমপিরকপানো। পোইরৈ লয়খোঙ কায়পাপু লানংলারে। পায়ী ঙাইরোইনাতা। ঙালোই লুমতিননাতানা। চীংলেন পললংলা। খোইয়ম লাইপুংথোল অৱাংপা। খোয়রা নাপীয়ক। পামেল য়ুখোঙ থাসিঙা। কয়ম লাননংসিপানো। লহাননোংকী খমলাং পাপনলোন। য়িরেং পুশ্যালোনতাস্লুং। পোইরৈ লয়খোঙ কায়পা। হুংশি মথৈ লৈতনা। হুয়েল লাননংপা অসিপু নাতায়কতাগ্নি। খোইয়ম লাইয়িংথৌ। পোইরৈ লৈপাক ঙাকপা লাইাসংপু। কোয়ৌ নোংমাতোন অৱাংপাতাপু কাথিরাপারা। লাইরেন মৈতিংঙু লিনবাই ফাংলৌ মোৱামপাপু। তুপি মহাকথকতা। পোইরৈ লয়খোঙ কায়পাতি। থিংলৌ নিঙনা তেনা। ৱাঙম অময়ক খুনলিংহৌএ। হৌচিক মসানৌ লোইনাই কৌপা চীংথংখোমপা এনা। পোইরৈ মপললমপু লাংকোনতানা। তুপি য়াঙরৈ মখুৎনেৎ। খুনক্যম মকাইফমপু নমতা হুননা। সেনপী তেথাউ মপুংয়াইপু য়িনঙানখিরে। তুপি মপা

---

পুয়মক অদুনা চৱা হেম্মুনা চফম য়াঙদনা কোয়ৌ নোঙানবা মতৌ ঊরবদা মখোল থোঙ্গা কপচবা ঙমদনা উনাব থম্মোয়চংদা থীক-থীক লাউনা কপ্পজখি। অদুগা শোয়রকই মতুদি হে নোংদবা খোইয়ম লাইও করবা লাইবক্কী নোংদম মতৌনো। পোইরৈ নৈতৈ লৈবাক অসিবু লৈবাক কায়হুনা এবা পুয়মক কৱম্ম অৱাবা লানফম অসিদা লাম্‌লবনো। ইপায়ীম্ম লোয়নদা ইতালোয়ম্ম লৈমিন্নদনা অৱাংবা চীংদোন ওইবা লোইবীথক্কী অশোঙবা নাপী শীংবী ময়ক পামেল উখোঙ মথাসিদা কয়মবু লেলহৎবিবনো। থায়নগী ইপা ইপল ইপুশিংগী হাক্তক্তা অময়া লৈবাক কায়বগী মথৈ লৈতনা অৱাবা নংবা মতৌ অদি অমুক্তম্ম তাখিগ্নি। খোইয়ম লাইনিংথৌ ওইবা লৈবাক ঙাকপিবা লাই পুয়মক অদুম্ম কোয়ৌ নোংমদোম্নবু কাঞ্জবরা। অতগা লিক্লাই নিংথৌরেল মৈদিংঙু লিনবাই ফাংলৌ মোৱাবা শনা হাক্তক্তা কায়থিবা অদুদি অমুক হৎজিনহন্না লৈবাক পালহোবা ঙমজখিলো। হৌজিক মনাউ ওইজবা লোইনাই চিংথংখোবা কৌবা এনা ইপা ইপুগী লম ওইবা পোইরৈ লৈবাক অদিবু লাকোঞ্জবা ঙমদনা য়াঙরৈ

চরাইলেনবী ময়েনলুসিংনাহুং। ঔরা তোংতোই নিংথৌ। সনা মখোঙ থাজা নোননা। পোইরৈ লৈপাক ঙাককে। হায়পাপু পুমনা লৈজারে। খোয়মা নায়ক অশৌঙপা। য়াংলৌ লমজাং লৈতরপা অসিজা। য়াবা পনখোঙ নিনঙমজা। সাপন লাংলক চঙঙমতানা। কয়ম লাননংসিপানো। পোইরৈ লৈপাক ঙাকপাপু। পুমনা লৈতরাপাত্তি। বাঙম তমজা তাঙমলায়োই। পোইরৈ তানথোং ময়ুং কুইপাপুংপু। খোয়মা মায়োননানা। চান। লাংপান হৌরাইরেনে। চৌংলেন পলংলা। খোইয়ম লাইপুংথোল অরাংপা অসিতা। পাম্বী চৌংজা কানা। করমনা পাময়ানহনসিপানো। য়িঙ্খোম চৌংঙ্ লাইপক চাউপীসিংপু হাওসম তুংথাংনানা কয়ম য়াংকোইহনসিপানো। তরা মখোয়কী চাকলৈতপাকী। য়াংবেল লৌমললাংতা পানপা য়েন। লোইপী হাওমন নিঙকোই য়েন। হেমপা হাউচক চাখিয়েনপু। তরা চাকচা রোইনা কয়ম মোংলেমসিপানো। খোইয়ম কোয়ৌ নোংতমপারো রোনখোকয়ে। চৌংঙ্ নখোয়গী নয়নকুনা। পোইরৈ

ইথুনেৎ থুনকায় ইকাইফম (লৈফম) অসিবু হন্দোক্ত্না শেনবি তেথাউ মরৈবাক য়েনবা চৎলেদকো। মৈদিংঙ্ তুবি চরাইরেনগী ঈদা চাদা নাউদাবা পুয়মকস্থ ঔরা তোংদোই নিংথৌগী মখোঙদা চেনশিনগা হায়জহনা লৈবাক ঙাককে হায়বগী বাথলস্থ কনা অমফওবা য়াওদরে। অশোঙবা নাপী শীংবী মরক ওইবা লম্বী লমথুন লৈত্রবা চঙফম খোকফম অসিনি হায়বা অরেপ্পা হায়ফম থঙত্রবা লাংলক অসিদা ফাওবা চঙবা ঙমশিনক্তবা পাঙ্গল লোইরক্রবা মতৌ অসিবু করম্স্থ অস্থমা লাম্রংলবনোকো। ইপোইরৈ মৈতৈ লৈবাক অসিবু ঙাকপ শেনবিবা কনা লৈত্রবদি ঐহাকস্থ পোইরৈ তমদা তায়রোই। পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক ময়াক ময়ুং লাইনা চাউবা লম অসিগী মীশিংনা অয়োন অথুপ ওইনা লৈবদগী লৈবাক অসিদি অরাংবা লাং পাখীমা থঙলগনি। অস্থমা অরাংবা চৌংজাউ কাহুনা লাক্লোঁয়রিবশিংনা লাইনা খোনবা অরাংবা চৌংজাউ পল অরাংবা অসিদা মচাগা লোয়ননা থুন্দাহুনা কয়া পাম্ব য়াননহনশিন্নে; অহুপা মরাইবক খীয়থী ইমৌমশিংনা মচুপ্পা য়াউবী পম্ব পুয়না কয়মস্থ লৈহনশিনলোকো। চানবা লৈতবগী

লৈপাক ঙাকনাপাপু পুমনা লনকুপিরোই হায়রাপারা। নমু মীমাতোন। তয়ম নাইরোই থিপাপু য়োইরাপাস্নুং। থাময়ন লয়মাপা সনা মথোঙথাতা পুকমহৌরাপাতি। পোইরৈ লৈবাক ঙাকহৌকানিকো। চীংঙ্ নোংতমপা। থোইরম মাস্নুং মানকুমপা মহাকনে। হায়না পাঙমেলনামা। পামেল বুথোং পায়না মীকপনাপাপু। য়িবাং পুরিক- লাই। ঙাঙোই হুংনাং তেলহৈপানা। হুংসি মথৈ লৈতনা নাতারা- পাকী। মসানৌ সানম ঙাইথিংতোন অতোনপা লোইচা ঙমপাকী। মপারি সাংলেন রাপিহল। ঙাঙোই য়োয়তাপূং বুরা থুনতাপা নঙপু মাতাউও। কেকে ইপূ'য়ায়পু নমতা হুননা। থোংনাং তথেল মতমপাকপু য়িনতাললাসে হায়পাপু। য়িপল পলেম ইমা থয়োই- য়োল লোয়রমপা চম্নুপু। হমু ময়াই কাশিরে। চীংলেম য়োঙম কাঙমলারোইএ। তথেল লমমা তামরে। নাহা মুপী হমু হনপা পূমনাথাপু পুঙমতানা। য়াংলৌ লমতুপ থূতিংতা থাইনারাকানে। ঙমপা য়িসাংৌ য়োইপু মৈরা পোনচেমপীস্নুং। স্নমাথ নোংমংতা।

পামলৌ অমনবদা ফংবা য়েনশাং অমদি মনিঙপাকপা শান তাল্লগা চাক্লী মহৎ শিন্না চাহনা লেনবতুবু কয়রস্থ লেলহনশিবনো? হে নোংদম্বা লাইও! ওম্বোকপনি, চীংঙ্ নথৌজান্না মৈতৈ লৈবাক ঙাক্ল-ববু কনা অমত্তফা ওবদা থৌজানবিরোই হায়রবরা। নমু তাইবং ওইবা মী থুাইদগী হেন্না তোল্লবা ওইরবস্থ নত্রগা মীমাই থিরকপবু ওইরবস্থ থামরন মথোবগী মফমদা কনা- ঙম্বা অমত্তংনা চঙস্নহৌরবদি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক অসিবু ঙাবপি- হৌগনিকো। চীংঙ্ নোংদম্বা থোইরম লাইগী মতৌঙম শক্তি লৈরুবা মথোয় ওইথরে হায়হনা বারী শানরগা পামেল উথোঙ পায়না কপ্পথিবস্থু পুরিক্লাই ঙাঙোই তেলহৈবনা হেক তাবগা মপূক্লিং থুক লাউমা হুংঙাইতবা যশওয়কথিবদগী পুরিক্লাইগী মনাও নিপা শানম ঙাইথিংতোন অতোনবা লোইজাঙ্গগী মচা নিপা ঙাঙোই উরা খুন্দাবদা হায়রকথি ইবুংঙো তাউ। কেগে ইরৈবাক অসি হন্দোক্লয়গা তথেল (ত্রিপুরা) লৈবাক মোনবা চৎলগে হায়রবু ইমা ইবেম্বা থুমন লোয়রম্বা চম্নুদি অহল মতম ওইশিনথরে। অঙম্বা চীংজাউ কাবস্থ ঙম্নরোই। অহুপা তথেল লৈবাকস্থ য়ান্না লাপস্লে।

কংতৈল হাখোকতাখা। মালং নোংজিং লাংতাপিনে। ছিতাইরেম মোইচৈ লুখলাং অপিনালিংহুং। পলম চংখোকতাপি মসেমকে। তখেল লমতম অতামপা। কতনপুর ১পুংমায়মপু মৌতংলাময়োইমে। কেকে ছিপুংমায়কী। লম তরেং ছিকাইকমপু খাংচৌং কোয়রেলাই। মোইরাং কানায়েম নামুংপানা লনকুপিহুনো। কেকে তমতা তাপা। মোইরাং তমতা কুমপা। ঔরা তোংতোই নিংখৌকী। সনা মখোঙ খাতাপু পুক্কমলাসে খামরন তিমেন মাখুংহু। খৌপোম কাংনা পানকুমপাপু সোঙকিরাকাহুসে। লাংকোই মায়কাংলাপু সোঙকাঙ-লাকাহুসে লানকম তমখিপা। খংচিং বুশী তোয়া মৈকুম। খামলী মৈসা লাংতারিচৈ অলিতা। মরোং চুঙহুতা। তিমেন তাহুতানা। চৌংঙু লাইপক চুং থোইমানা। সবা ছুরৈ তাবোইননা। ছিসানৌ খোমমাতোনকা ছিপিংতাতি। খামরন লানকম ১রক চঙনা। ঔরা তোংতোই নিংখৌপু ছিনতালনাসে। পারী সনা বাপীহল। তাকোই বুরা খুনতাপা নঙকা। নসাপী বুরা কোংছামপাকা। নসানৌ

চুপী অঙাং হহুবা হচবী পুন্নমক অসিবু পুবা ঙমদনা লমখাঙ কমখাঙনা খাইনমথনি। অহুপা ইশানৌ ইতালোম ওইবী মৈরা পোক্কেনবীহ হুম্বাঙ কাওবা থোকচনবী ওইন' মপাদা অকনবা হুংশিংকাওব মৈত্রিবীনি। অহুপা কোহুং খনবী ইবেম্মশিং অপিকপাশিং অসিহ মপাল থোকচনবী ডাক্তনি। অসিঙবা লাপ্পবা তথেল নৈবাক অসিগী কোহুং মকম মৌবা ঙম্মোই। অহুনা কেপে মোইরাং ইবৈবাকী নৈকাই লমখোল তবেংকী মপু ওইবা খাংজিং কোয়রেলাই কোবা মোইরাং পলাই মেনখিবা মপুনা থোজানবিলম্ব। কেপে মোইরাং নৈবাক মৌক্কমা ঔরা তোংদোই নিংখৌগী মকমদা খুকম-জকবসি। মখোয়গী খুংঙ তামাম লা নাত্তম মাখশিং অহু কিবগতুলি অহুগা লাকোই শগোল খাবাংনবশিং অহুবুহ কিনথগহুজি অকনবা লানকমগী মতৌ ঙগী পীং মৈ চাকপদা থোকপা অকনবা মৈপা অহুঙ্গা লানকমগী অয়াবং নংত্রিটৈ অলিদা চুঙগী তাগী খুবোং খিবা কংত্রৈতো ঐখোয়গী ইরাইবক অখিনা চুঙ ওইহুনা অমদি হকচাংগী ইহু তুবুমশিনো তা কইদগা ইনাউ-তোনবা ঐপা ঐখোয় অনীমি লায়কম মপায় চহুনা ঔরা তোংদোই

খামবন লয়মাগনা। ঔবাবনিংথৌবী মকমতা থৌসিল্লিসে। সাপী শায়মা-বুবকোইজুংপু। থিংথৌ বুবপী পুকনিং পঙনা থাকাইহিবকুনো। হায়পা থাকৎশোনপু নাত্তারাপাত্তা। তৌয়িকিত্তি সাকৌ কোয়লোয় মল্লাখং অশিংপু থাচানাকে। য়িত্তাইরেম নোংচুপ লৈমা য়াইমাপী। যস্থু সাকৈরেমত্তা নাউয়িপা। তয়ম বসিক মারাম। পায়মা লিকজাংশাংপা নঙকা। লোয়রম থাতম নাহারাকপা সাপমচাকা। তয়ম নশিংঙাত্তি। খামরম লাংকোই পুংপু লেমপাত্তা। কামায় মায়খাং সাপাপু পুমনা সোঙকিয়াকুনো। ঔবা তোংতোই নিংথৌ বত্তনপুব সনা লয়কোয়কমপাপু য়িনত্তাখিল্লো। লানকম মায়য়োক য়াঙমত্তানা। হুয়েন লানচেননাহে। থোঙমা নাবকচঙ। চীংলেন য়োৈপোককা। নুংশী য়াংসোনেং। লোইপী হাওয়ক চঙনা। হেমপা মসাইকোনত্তা। কৌপা লোকয়ি থকনা নোংথোইঙমলারোই। য়িমোম য়িবাংলোনপু। নিংথৌ সনা নখোঙথাত্তা কংচবাকে। খামবন লালহৌখোলনাত্তি। চকমোম থামপী মৈহৈথাপাকুমপাপু থোখামপিল্লো। নিংথৌ খাঙলেন

মহাক্কী মকমদা মী খাখিদি। য়াম্বুংগী সনা পুক্লিং অহু এম্ন তৈনবা পঙথকপগী মওং ওইবিরকখিগনু হায়না হঙচবকপা থারোল অহু ক্সারবদা অহু ওইরবদি ইনাউ তোনগী থারোল অসি লৌংগে। অহুনা অচানবী নোংচুপ লৈমা মাইমবী ওইবীনা যস্থু শাগেদা পোকচবা বসিক নামান কোবা অশিংবা নহাক। লাপমচা নাহারাকপগা নখোয় অনীনা ঔবা খামবন লাম্বা তেঙ্গোল অচৌবনা লোংমৈ পামবস্থ কিকবগনু। ঔবা তোংতোই নিংথৌ খামবন কোয়ং মপু ওইবগী মফমদা যৌকচো। হৌজিক মোইরাং ঐখোয়স্থ ঔবা নখোয়গা হুয়েন মায়যোক যাবা থেমদহুনা কোয়চেল চেমজবে। অশোঙবা নাপী শীংবী মবক চঙহুনা অঙবা চীংজাউ কাহুনা নুংশী মচিল তুবদা নেৎতুনা লোইবী হাওথুল চঙমা মথোয়গী লৈকমদা লৈবগা লোকী জোকচুম ঔশিং থক্কমা মতম লেপ্লি। মগম অহুনা মোইরাং নিংথৌ ঐহাক্কী ইমোম নিঙ্গথবী অশিক্ক নিংথৌ নঙোন্দা খংহনগে। অতুনা খামবন নখোয়গী অকনবা লান্দা মওং খাঙ্গী মৈ হৈথবকপত্তবা অশিবু খামজিনখিল্লো। নিংথৌ নহাক্কী খাঙলেন মথুংগী অহুম হাইবিবগনু হায়না হঙংজুরো। থাকিম

নখুৎন্থুপু চয়রবংপিরো হায়না য়াকংলুরো। ইমু খোইরম লাইথিরেৌ থাংচৌ কোয়রেল লাইমাঙ্গং। য়োংতানা লনঙ্কুপিঙ্গনো। তয়ম নপিঙ্গোপু। হয়েং নবান সিঙচা কোমখিনগা। তয়ম নাইনীপাপু য়োনতানা লনঙ্কুপিঙ্গনো। হায়না পা র্ঙান লাইরিক অচেৎপাপু। সমু খুৎসিননানাপীরুবো হায়না য়াহমলাপাতা। মতাইরেম অনীমাত্তি। নিংথৌ সনা ময়াথংপু লুতা থোংনা। লানকম মররুচঙ। লাংকোই মায়কাং সাপাপু সোঙকিতানা। ঔরা তোংতোই নিংথৌ। খামরন লয়মাপা। নিংথৌ সনা মখোঙথাতা। মানপী খুত্তপনানা। মুকমু লৈত্তোনকোন। চাংচৌ চেপনা লোননা পুরুমলাপাকা। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই লয়মাপাকী সনা ময়াথংপু। লুতাথোংনা। লাইরিক খুৎথোল কংথিরে। রত্তনপুর ঙনা লয়কোয়রুমপা। মোংপোক লয়মায়ায়তা য়াঙনপা। য়িপুংঙ তাউরো। নিংথৌ সনা নখোঙথাতা। কেকে য়িনিংথৌনা থৌসীরকয়ে। লানকম মায়য়োক য়াঙমতারাপাকী। কেকে য়িপুংতাক। মোইরাং য়িরয়পাকপু কাযরে। খোইবা মহুম

---

অনি ইবুথৌ থাংজং কোয়রেলাইনমু শোয়দনা থৌজানবিরমমু। অঙুনা অচানবা নখোয় অনীবু হয়েং মোইরাং লৈবাক য়োরগা মচাক নরূল য়ায়া য়াঙ্কনা লৈবা অমদি ননাই নশয়া লৈরিক লৈয়াক থনবা ওইরমমু হায়রগা অচেৎপা য়ায়োল ইবা চিঠি অসি খুৎশিন্ননা মখুৎমক্তদা পীরু হায়না হায়রবদা মনাই অনীমক অঙুনা সনা য়াথং কোক্তা থোংনা ঔরা লানকম মরক চঙবদা শপোল শামু লান্মীশিংত্রবু কিবা লৈত্তনা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌ থামরন লৈবাক মপুগী মফমদা মকোক নোক্নহ্নদা থুকম্নগা কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই মোইরাং নিংথৌগী সনা য়াথং অদু মকোক্তা হাপ্না (শোয়হন্দনা) পুরকপা চিঠি খুদোল অদু কংশিঙ্কে। ঔরা থামরন নিংথৌ মোংপোক মায়চৈপনা হায়রেলিবা ইবুংঙো তাবিয়ু। নিংথৌ মহাকী সনা মখোঙথাবা য়োক হাকনা কেগে মোইরাং ইনিংথৌনা ঐখোয় অনীবু পাউথোল পীরক্লে। হৌজিক শোক্নবিবা লান অদিদা মায়য়োক য়াবা ওমদবনা কেগে মোইরাং ইরৈবাক অসি কাজহনা মাঙ তারক্লে। খোইরেল থোইবাদগী কাপহনা পাইথোক্নরুবা খোইতম নাহা হুকী হয় হনবা পুরমক অসি অশোঙবা

চাইকুমলাপকী। নহা থুনী হন্থ হনপা পুমনামাপু। খোয়মা লাংলকচঙ। পামেল যুথা য়িমথোইনানা। কৌপাক লাইচা য়িপুথক। চৌংখুং পামেল যুনা চানা মোংলেললে। তন্না চাকংতা। পুখুং থামথোং তাম্নাপাকী। লবাই পুচেং নিনঙমতা। সাপন লাংলকমাখুং চঙঙমতারে। থাঙলেন মখুংম্থুপু চয়রংপিয়ো। তিমেন নখুংচঙপু হলবাইপিখিয়ো। নতাইরেম থামরন লানমী অথোৌপাসিং। তাঙচা খোঙখুল লীনা। য়িরোক হাথৈ ফংহনপিম্নাকুনো। যিমোম য়িরাংলোনপু। নিংথৌ সনা মখোঙ থাতা। কংলাকে হায়না পাউমেনচরকয়ে। হায়না থাকংলাপাতা। ঔবা তোংতোই নিংথৌ। থামরন লয়মাপা নিংথৌনা থাহমলকয়ে। কেকে মোইরাং নিংথৌ মন্তাইরেম। তয়ম নপিংঙাতি নরান য়াঙনা থোনতেথিরো। নপুংচু, কেকে লয়মাপাতা পাউমেললুরো। য়িতাইরেম থামরন মীসিঙ পাঙমতাপা। লাংকোই পুংপু লেমপা। কামায় মায়ফাংসাপা পুমনামাপু। থাঙম তাঙচা খোঙখুল লীনা। কুয়েল লানথিহললরোইযে। কেকে য়িরোক

নারক লাংলক চঙহনা পামেল উথাদা য়ুম ওইনা অমদি কৌক্র চৌজাউগী ঈচুম থক পামেল উনা চাহনা নোংলেম্নরে। চান-থক্সবা লৈতবদগী থোং থাকপা তৌথিদবনা মকোক হাইগংপা ওয়েদনা লাংলঙফাঙবা চংপা ঙমশিন্নরক্তরে। থুংম্থু থাঙলেন পায়বিরগন্থ লাল লেপ্পিরো। তিমেন নখুংঙ হনগদবন্থ তোকপিরো মনাইশিং থামরন লাম্মী অথৌবশিংনা ঐথোয়গী খোঙ্গুল লীহনা কোহথি থিবদা লোকচঙ্গা লোচ্চরিবা ঐথোয়বু ফংহনবিরগন্থ। ঐগী ইমোম ইরাংলোন অসি, নিংথৌ নঙগী সনা নখোঙ থাদা কংলগে হায়না পাউমেঙ্গরকই হায়না হৃষ্টচরবদা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌ থামরন লৈমাবনা হায়রকথি। কেগে মোইরাং নিংথৌ মদাইরেম অনীমক ! নথোয় অনী হৌজিক নথোয়গী লৈফম যৌনবা হনগ্রো। অদুগা নবুঙো কেগে মোইরাং নিংথৌদা হায়রু। ঐগী মসীং থীঙনব্রবা লাম্মীশিং লাকোই শগোল শাবু নোংমৈ পায়বনচিংবা পুম্নমক্কা নথোয়গী খোঙ্গুল লীহনা মৈতৈ মোইরাং থিবনু থিহলরোই। নারক মোংশোং থাম্বায়বগ্থ থায়হল্লরোই। ঈশিংপগী অকনবা থোংফৈ হাপতুনা ঈথিংবঙম তৌরিবহুম্থ তোকহল্লগে অদুনা মোইরাং

হাথৈফমপু। লানফম পীনিন থৌনা। থোইনা নারক থারহললারোইড়ে। থোংথৈ চীরোল চনকুমপাপু চয়রহললাকে। কেকে নিংথৌপু। চেংলৌ থুনা সকর নাসে হায়করো। হায়না থৌসীথোকলে হায়তাপায়া। নতাইরেম অনিমানা। কেকে লয়মাপা। ভাঙোই পোংলেনহনপা। জুংনাং তেলহৈপা। সনা মখোঙ থাতা। ঐরা তোংতোই নিংথৌকী। সনা মর়াথংপু থাকতানা। মামপী খুতকনামা। মূকয় লৈতোন কোননা য়াকংথিরে। কেকে য়িনিংথৌ। ভাঙোই পোংলেন হনপারো। নতাই-রেম য়িপিংতানা। নিংথৌ সনা নয়াথংপু। তয়ম তাঙচা কোকতা থোংনা। থামরন তেংকোল মরকচঙনা। নিংথৌ সনা মখোঙ থাতা য়াকংলুপাপু। লাংকোই সামাপা। ঐবা তোংতোই নিংথৌনা। থৌচাল মায়রোকনানা। য়াথং চীংসাং থোইরেল হীবুম। কেকে ইনিংথৌ নহাকপু। থুনা চেংলৌ সকর নামিংয়ে। হায়না য়াথং পিরকয়ে। কেকে পুরিকলাই অতেংপা। ভাঙোই থোকথৈ পানচুম-পানা। নতাইরেম অনিমাকী। কোলোয় ময়াথংপু তারাপাঙা। মংোম ইরাংলোন। সিচা সমচামনি অহেনপীপু। ফৈরা তানঙা থোং।

ননিংথৌ অহু ঐপা চেংলৌ শকউনসি হায়রু হায়না অমুক থারকলে। মতুং অতুদা মনাই অনীমক্রা কেগে মোইরাং নিংথৌ ভাঙোই পোংলেনহনবা থেনথৈ জুংনাং তেলহৈবগী সনা মখোঙ থাদা ঐরা তোংদোই নিংথৌনা হায়রকপা য়ারোল য়াথং অহু অমত্তা থাকপা লৈতনা চিথদনা মকোক নোঙরগা অমেংবা অতপ্পা মতেক মতেক ওইবা য়াহৈনা হঙচথি। কেগে ইনিংথৌ ভাঙোই পোংলেন হনবও! ননাই ঐথোয় অনীদা সনা য়াথং অহু তাংজা ইকোক থোংনা পুবগা থামরন লাম্মী তেঙ্গোল মরক চঙহুনা ঐরা নিংথৌগী মফমদা হঙচকরবু শগোল শামুগী মপু ওইবা ঐরা তোংদোই নিংথৌনা চানবিরহুনা চীংশাংদা শাবা থোইরেনগী থোইহিঙবা য়াথংনা কেগে ইনিংথৌ নহাকপু য়ায়া থুনা উনলীংই হায়না য়াথং অসি হায়বিরকই। অতুনা কেগে পুরিক্লাই অতেংবা ভাঙোই থোকথৈ পাঙুহনা মনাই অনীগী য়ারোল অহু তারবদা মমোম ইবেম্মা ইরাংলোন শিজ শমজমনি কৌবী নিঙথিবীবু পল্লগা নিঙথিনা শাংলবা শল্লাং অহু নাল্লনাল্লহুনা হায়রকথি। ইপাগী ইবেম্মা ইমোম ইরাংলোন অঙাং নাবা অহেনবী

লমদাং তোনকা লাননা থাক্নখিয়ে। য়িমোম য়িবাংলোন। মাবা অহেনপী নওপু। য়িপননা কেকে খুনথকলাম। মোইরাং খুনথা কোলনা য়িবাংলোন হৈনা মরুকন। পামেল খুরাই হকলাপাসিংতা। কাওচা নাপিঙে হায়না থাবোইকানো। য়িমোম চীংওু মরাইপককী। পলেম নম্বা সিয়োমমুংকী। নপল থাংওম নাকলৌ ফিয়াননোংকীনে লমচাই-কতরাপানে। ময়িম সেনপী ঔরাকী। তোংতোই নিংথৌ লয়মাপা। নিংথৌ সনা মখোঙখাতা য়াংকোইকও। নপল পনথৌ নিংথৌ ঐকী। চিনকোয় য়িয়াথং অসিপু হেপখোকলাকুনো। হায়না পোনপীতুকুম চিললোকনানা থাহমনখিয়ে। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাত্তি। মসানৌ সনা খোমমাতোন। মস্ত্রি পায়মা লিননা ঙানপাপু ঙাইরোইনানা। ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ। য়াইপী পললোই তানপা। চীংলেন মকাইকম। লোইপী ময়িমনাক। কোয়রেং লোই-য়িমলোনকী। কেকে তমতা তা। মোইরাং তমতা কুমনা। খোঙলেন লমসাংইন। লালোই ময়াম থায়না। থামরন তেংকোল মনিন মাইপা।

নহাকপু ইপাদা কোল্লিবা কেগে খুহক খুনথা মোইরাং লমদম মহুংচনবা অসিগী লমদা থাজ-যোঙ্গচুনা তাইবং পুন্সি শেয়বা ঙাক শেল্লক্তে হায়না নপুক্তা থারোগনু। ইমোম নওগী লাইবকী নোংদম অসিদি লহান পলেম নমা ইবেমগী পায়মা পিবুকচুংদগী চীংওু নোংদমনা তম্লরুবা লৈখোকপা হন্দোকপা য়াম্রবা হায়বচু ওইখরে। মায়ম শেন'ব ঔরা তোংদোই নিংথৌ মাগী মফমদা লৈরবো। ইপানা নি'থৌ মাঙোন্দা পীরগে হায়না হায়দোকলুবে হায়চুনা পোনবী অনীনা মচিল চিল্লোম্নবা মতৌওম থারোল অসি য়াদবা তোগম্নু ইপাগী থা হিক্তোকফদে হায়চুনা ঙাওনজখি। মতুংদা কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা মশানৌ-সমা খোমদোন মস্ত্রি লৌশিং শিংবগা লোয়ননা মখুথৌ খোইয়ম লাইয়িংথৌ য়াইবী থরাই পোকপি শেম্বিবা মাগী লোইবী চীংজাউদা লৈবা সনা শঙ্গায়, লোইবী হাওয়াম ঙাবগী মনাক্তা লৈবা কোয়রেং খুঙ্গং লমদগী কেগে মোইরাং তম্পাক তানবা কুম্লকপদা য়াংদৌ লম্বী লমশাং ইন্না লালো'ই ময়াম থায়না লাকপনা ঔরা থামরন লাম্মী অকনবশিংগী তেঙ্কোল মরোল নাইবা পুম্নমক অচুগী ময়াম

পুন্নুং তেংকোল লায়োল য়ামকুমপাপু। ছয়েল লাললক অয়ায় থায়না। ঔবা তেংকোনলেনবি। তুপি য়োইকোনম্নুংপু ইনতাললকলে। থামরন লয়মাপা সনা মখোঙ থাত্তা বাইথুংলাপাকা। কেকে মোইরাং নিংথৌনা। ঔবা খতনপুব নিংথৌ। সনা লয়কোয় কমপাত্তা হায়থিএ। নোংপোক লয়ময়ায়তা য়াঙনপা। নিংথৌ য়াইকাপা। নতিক লাইচা য়িরেনপুংকুম-পাকী। ছয়েল লালহৌখোনপু। মালেম লয়পু নীকপা নথোয়কী। ছয়েল মায়য়োক য়াঙমতারে। নত্তাইরেমকী তিমেনম্নুংকী তাসেনথাক। কেকে লানচেল অচোইপাসিংতি। খোয়মা নারক চঙপা। য়াওরৌ সঙাই লাম-পিচানা। য়াঙনা চোইচাইনপাতুকুমলে। কৌপক লোকম্নুং অম্নুকপা। থমম্নুং য়াংথু ঙমথংনপাতা। পোইরৈ থক চেননানা। বাঙম য়িরোক হাথৈপা পুমনামাতি। ছয়েল নঙকী লানহৌখোনকী। য়িসাতুকুম তুচুংপা। চকমোম থামপীলববী লঃসাতুকুম। সোঙকা কাঙনা সোঙ-কিরে। থবায় মিরেন পাই। বাঙম মিরেন নোংতা কারাপাপু। নিংথৌ নথৌচানমা ঙাকপিরো। হায়না য়াকংলপাত্তা। থামরন লয়মাপা।

---

শম্লক্কুনা পোইরৈ সনা কংলাগী কোম্নুং য়োনবা লাক্লে। অম্নুমা লাকপনা সনা কোম্নুং য়োরক্লবদা ঔবা থামরন নিংথৌ মাগী মনাক্তা চঙলক্লগা তোংদোই নিংথৌগী থুয়াদা থুকমা হায়জরকথি, হে ঔবা কোম্নুং নিংথৌ! নোংপোক মায়কৈ লমদা লৈবাক বায়েন খোদা তোয়্রিবা ইবুংঙো হে লাইবক ফবা নিংথৌ! নহাক্কী থৌজাল লাইজা অয়িংবা ঈরেনপুংঙবা অতুনা হৌজিক লান্দাব্রিবা অসিগী শায়াউ লালাউখোন অসিমক্তা মালেম লৈবাকসিবু থক থক নীক্লা থাঙলবসিনা ঐখোয় মায়য়োক য়াবা ঙম্নদরে। ননাইশিংগী টাহনথাক অতুগী লেমহৌবা থরনা লাঞ্জেঙবা অচোইবা থম্নশিংদি অশোঙবা নারক শীংলক্তা লৈবা য়াওরৌ শঙাই মচাশিংনা কোয়চেম চেন্দুনা অমগা অমগা লৈফম থঙনদহুনা চোইজাইনবহুগা অক্মা ওইরে অহুগা অয়াংবা কৌক্রু চীংগী লোকহুং অত্তকপা মী তাত্রবা অচীকপা মফম য়েংলহুনা ইথক থক্লা তুংহন্মা য়েংলহুনা চেজরগ' লোচ্চবা পুম্নমক অহুম নিংথৌ নঙগী শায়াউ লালাউখোলতা তাবদা মতু মমান চুংনা অমদি লৈম্মে ময়ক্তা মৈশা লংলবা য়াওরৌ লমশাশিংনা য়িপাইজবা অহুঙম হায়নিংঙাই লৈতনা কিজবদগী মিহুন থাহম চেনথৎপ্রবশিং

ঔরা তোংতোই নিংথৌবা বাহংলকএ। কেকে মোইরাং নিংথৌ। ভাঙোই লয়মাপা নগুতি। পায়মা কয়ম লিমনা ভানপাহো। ছয়েল ঐকী লালহৌখোল। চকমোম থামপী মৈমোংথোংকুমপাপু। ভাক-ভমলায়োই হায়পাবী। লানকম মতিক থগুলাপানিকিবা। থায়রন লাংকোই মায়ফাং সাপাপু সোভকিতানা। মকোই ফুংপু পাউমিংসিংপা বোইবাপাকী। ময়ু থবায় মীয়াম ভাবকে হায়পাকী। কেকে নপুং-য়ায়কী ভাঙচা ইকাই থভপামা। বাভম মিবেন নোংতা কাপানা। সোভকিনবাপা অসিপু লাংকোমকে হায়পাবী। লানকম মৈসারক অসিতা। চকমোম মায়য়োকনানা। থামপী মৈমুং চভপাকুম। লাংকোই লোইয়েম কাওনা। সমু মাভতা তাললবপাপু। মপল লাংকোই লোইয়েমপীচা। মোইসা যাপানপাপু। সামু সারক তামনা চেমসিল-লকপাকুম। তিমেন ঐকী মায়ফাংসাপাপু। সোভকাওতানা নিংথৌ ঐকী। সনা ইখোঙথাপু ইমতাললবলে। চকমোম মৈমীমুংতাকী। মালেম লয়সনা অভাংপাপু থভচাপাতুকুমপাপু। নিংথৌ ঐকী ইমন-কুকীপু লনকুয়মকে। কেকে মাতাথেং। পেহৈমৈ সিঙতা পকনা

---

অসিবু নিংথৌ নথোজালনা ভাকপিয়ো হাযনা বাকৎচরবদা ঔরা থামরনগী তোংদোই নিংথৌনা বারম থরা হংলকই। হে কেগে মোইরাং নিংথৌ ভাঙোই লৈমাবা নকাক্তি কয়মগু অস্তক শিংবনো। থামরন ঐগী লালহৌখোল অতুগা নোংমৈ মখোয়া কোয়ো নোংমদোন্দা থাকপা লাউবা নোংগী খোঙেল-গুবসিবু ভাকপা ভম্লয়োই হায়তুনা ঐথোয়গী ইতিক থভলবনিনা থামরন শগোল শামু সোংবা লাম্নীশিংবু কিবা লৈতনা য়াম্না হৈনা শিংনা চৎপা মী ওইবা মরম্না নগুগী নহৈবাকী মীয়ামবু থবায় কনগে হায়না লিঙতুনা কেগে নময়বাকী লৈথা তাগদবনু ঈকাইবা থভনা মী অযাবা থরাই মিপাইনতুনা অমুক কিমযবা লাল অসিগী মরক্তা মিপাইমবা মযাম্বু অমুভং লাঙ্গোনগে হায়বগীদমক লালক অসিদা মৈশা লাংনা লাংমা মৈতুংদা চোংশিন-বগুম অমদি শামু মযা ফাওরবা মচুম তাবা শানা তালপা য়ারক্তা চেনশিঙবগুথ থামরন ঐগী তিমেন ইথুংগুবু কিবা লৈতনা ঐগী ইযমদা য়োনবা লাক্লে। অংনা মৈমী মতংদগী লিঙথিবা সনা ফংজবগুম নিংথৌ ঐগী ইথৌজাম্না

সানথুপলাপাসিংন্থুং সোঙকিহললাক্নো। কেকে নপুংলেপনা। পোইরৈ লয়পাক ঙাকচাহৌরো। মিংথৌ কোলোয় নমিংথোংন্থুং। কেকে মোইরাং নিংথৌ। সিরিচৌঊমপা কৌনা মিংথোনমাহৌরো। হায়না মালেম লয়মনা অঙাঙপাকী। চোয়নৌ সনা মপাকতা। নিংথৌ কোলোয় ঝিংলেন য়িনা লনকুপিরে হায়তাপায়া।

ঙৈরা তোংতোই মিংথৌনা। অনৌপা অময়ক বাহমলকয়ে। কেকে মোইরাং নিংথৌ। ঙাঙোই লম্বমাপারো। খামরন ঐতি। থিংলৌ নিঙনা তেনা। লানফম মায়বোললাকে। নমোম য়িবাংলোনপু খুমন লয়কোয়পুংতা পাউকৌহলবো। হায়না বাহমলাপাকা। খামরন লাং-কোই পুংপু লেমপা। ঙৈরা লানমী থীঙমতাপা কামায় মায়ফাং সাপা পুমনামাত্তি। ককচেং লুচাউপিচানা। মালেম থৌরৈ চেনকুম। নম্ব মীয়াম লেংঙাইচং। বুংফুল নোংতাবানা। খামরন লানফম মায়-বোননা হলঙাইয়কলাপাতা। সেকতা চাপুতাকী খুনকুমপুং। খুমন তৌতেক কোনমাতা। খোংয়াই লয়কোয়পুংতা বাইথুংলারে হায়তাপায়া।

---

চামবিরয়পে। অতুনা মোইয়াংনা নারক্তা লোৎ মৈতৈনা মোংশোংলক্তা খুপতুনা খাঙজবশিং অতু কিহন্নগন্থু। কেগে মোইরাং নরৈবাক অতুবু অমুক ঙিংজহৌদুনা মৈতৈ লৈবাক অসি ঙাকচহৌরো। অতুগা নিংথৌ নঙগী কোলোয় নমিংন্থু কেগে মোইরাং নিংথৌ শ্রীচৌউবা হায়না নমিং অসি থোয়হৌরো হায়রগা সনা মপাক্তা নিংথৌগী কোলোয় মমিং ইরদুনা থোজানবিথি।

ঙৈরা তোংদোই নিংথৌনা অমুক্তা হয়া হায়রকথি। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই লৈমাব-ও! ঙৈরা ঐগী লাম্মীশিংন্থ অতুগা খাময়ন নিংথৌ ঐহাকন্থ পুক্নিং লৈত্তানা লাল অদি হললগে। নমোম ইবেম্মা ইবাংলোন অদু খুমন লমকোয়পুংদা কৌরগা পুরকহলও অদুম হায়বম্নগা খামরন লাম্মী মশীং থীঙমদনা য়ামপ্রবা নোংমৈ পায়বা শগোল তোংবা লাম্মী পুম্নমক অতুনা মালেম লয়মায়থক্ত ককচেং কোকচাউবীনা মচীন্দা লৈবাক লৈতুম মচা ময়াম চিক্লগা পরেং পরেং চৎপগুম লাম্মীশিংদুনা চৎপদা ঊৎফুলনা নোংথক্তা পাইরদি অমংবা নোংঙমা পুম্নম ময়া খামরন লাম্মী ময়ামতুনা

কেকে লয়মাপা। ভাঙোই হুংনাং তেলহৈপানা বাহমলকএ। ইতাইরেম কেকে সমু খোঙনা য়াঙপা। য়াওরৌ সোঙাইতু মঙপু লাউও। তনপা য়িসানৌ কেকে লয়মাপীকা। পারী সনা রাপীহল। ভাঙোই য়োয়তাপুং য়ুরা খুনতাপাকাতা বাহমলুরো। নমোম য়িরাংলোম অহনপীপু। থামরম লয়মাপানা। নোংয়ায় লয়কোয়পুংতা। নিংথৌ সনা মখোঙখাপু ইনতাললকরো হায়রে। নমোম কীতমকপু পোংলোয় মসীংস্থ। পোংয়াও মতোল লোমনা। অঙং অউন তম। সংলৌ ঙমতমলক। য়েনলাং থৌরাংলকও হায়না থৌসীরকয়ে। মতাইরেম য়াওরৌ সোঙাইতুনা। নিংথৌ সনা ময়াথংপু লুতা থোংমা। তমপা সনা মখোঙ থাতাপু বাইথুংলারে। মতাইরেম য়াওরৌ সোঙাইতুনা। নিংথৌ সনা ময়াথংপু। থাকপা লৈতনা। কেকে মোইরাং লৈমাতা বাহমথংথিয়ে। নিংথৌ ময়াথংপু কোকতা থোংনা। মমোম সিচা সমচামনি অহেনপীপু। সমলাং তোনকা মান। হুংসি খোনপু রোমনা। মমোম চেংলৌ সকপু য়েংনা পাউমেনথিয়ে। য়িমোম য়িপেমমা

মমায় ওন্দুনা লাকপনা সেক্তা লমদগী মথং মথং লাকপনা থুমন তৌতেক কোয়াতা নোংয়াই লয়কোয়পুংদা থুংলরে। কেগে মোইরাং নিংথৌ ভাঙোই হুংনাং তেলহৈবনা হায়রকথি। হে ইনাই অচানবা লমজেল য়াঙবা য়াওরৌ শোঙাই কোবা খোঙয়াঙবা নহাক কেগে লৈমরেন ওইবী মুরাউ লাম্বুবী তমফা সমা মৈরা পোক্লেম্বীগা ইপারী সনা রাপীহল উরা থূন্দাবগা অনীদা হায়ক। নমোম ইরাংলোন শমজমনিবু ওরা থামরন নিংথৌনা থুমন লয়কোয়-পুংদা পুরক্কুনা নিংথৌ মনাক য়োহল্লক্লো হায়রে। মরম অতুনা নমোম নচা ইবেম্মগীদমক অঙং অউন তম্ববা পোংলম চৈরম কম্বিওবা মশীং অমত্তা বাত্তমবা থৌরাং তৌরকউ হায়ক হায়না চংহলথি। মনাই শোঙাইতু কোবনা মোইরাং নিংথৌগী সনা য়াথং পুতুনা কেগে মোইরাং লৈবাক তানা চংগ্রগা মোইরাং লৈমরেন ওইবীগী মনাক্তা থুংলুরে। মনাই অচানবা শোঙাইতুনা কেগে মোইরাং নিংথৌনা হায়রকপা সনা য়াথং পুরমক অম্ত অমত্তা চিথবা লৈতনা মোইরাং লৈমরেন ওইবীগী মফমদা হঙ্চথি। হে মোইরাং লৈমরেন নিঙথিবী! মোইরাং ইনিংথৌগী সনা য়াথং পুজরকপনি

নঙকী। চীংঙ্গু লাইকী নোংজমনা। থোইরম মথৌঙাপু লমচাইকাতা-পাকী। নপল ঐখোয়কী চেংলৌ লকহ্নাতানা নোংপোক লয়মা-য়ায়কী। বাক্সং অতামপা। থামরন লয়মাপা নিংথৌকী। সনা মখোঙ খাতা য়াংকোইরুঙ নপাম কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপায়াইপু। নমতা হুললাইজেন। নপাম য়াংলৈ তাউপা হুইখোং খোমপু নাত্তাবা-রোই। নতু কায়রৈ য়েনখোংখোন অতামপাপু নাচুংলারোইএ। হায়না পাউমেনখিরে। পলেম মমা য়োইপু লেংনা তিনপী। য়োইহৈ নাকলৌ সীমপী পুমনামানা স্তুংসি মথৈ লৈতামা। পিরেম থকমাতানা থাহম-খিরে। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই কোয়ৌ য়িনোংথৌ। মোইরাং লয়কোইকমপা নপলকী সংলৌ মথৌরাংকীপু। য়িমোম য়িবাংলোম অহনপী নহপু। মপল য়িখোয়মা য়িমোম চেংলৌ সকউনারারোই। য়েংপা চীংনা থললমপাল্লুং। সানা কেনা থুন্নারোই। ঙাযমা পাউ-মেননাখিরে। থামরন লয়মাপা ঔবা তোংতোই নিংথৌতা কাওচানাপী। মমোম য়িবাংলোম সিচা সমচামনি অহেমপীকী। ঙাঙোই য়োয়তাপুং

হাযবা বারোল তাবদা মচা ইবেম্মা শিজ শমজমনি অহেনবী নিঙথিবীবু মশম শল্লাং অশাংবহুবু কোক্তগী হৌনা নাহবিরহুনা থম্মোয়হুংদগী থোক্লকপা হুংশিবা থোম্বাংনা মচাবু য়েংজরগা পাউমেন্নজরকথি। ইবেম্মা ইচাগী লাইবক্তা থোইরম চীংঙু লাংগী নোংদয়া কমথিবনা ঐখোয়না মহুবু ককপা খেৎপা ওমদবদগী নমা মপা ঐখোয়গা তত্তুনা উনরোইদৌবা মফম নোংপোক মায়কৈ অথাপ্পা বারবং লমদম ওইবা থামরন লৈবাকী নিংথৌ ওইবা মাগী মফমদা লৈরুরো। নপাগী মমম কেগে মোইরাং লৈবাক অচৌবা অসিবু থাদোক্লব্বা তাথরে। নপাম লমদমদা থোংজবা হুইগী থোজেল য়েনগী মখোলনচিংবা লাপ্পা লাপ্পা থোংলবত্ত তাবহু তাবা ফংলরোইকো হায়হুনা পাউমেন্নখি অহুগা কোহুংদা লৈবী মমা ওইবী অতৈশিং কোহুং থনবী পুয়মক্তগ য়ায়া হুংশি হুংওয়া মিৎলুদগী সিহুবকপা পিনা অথকপা লৈত্তনা চেহুত্নদা কপ্পা কপ্পা হায়রকথি। হে ইবেম্মা নপাবু মোইরাং নিংথৌ চাঙোই লৈমাবগী থোয়াং মঙমদম অনিনা ইমোম ইবেম্মা ইবাংলোন নঙবু লমা ওইবী ঐখোয়গদি চেংলৌ শক উনয়রোইকো। অরাংবা চীংলেন

হুরা পুনতাপানা। অহোং অরুনতম। তয়ম নাইরান থীনা সংলৌ চুরতমখিয়ে। য়েনলাং থৌরাং মতম লোইরাপাক্তা। মমোম য়িরাংলোন সিঙলেন কেতুকি লৈমুংসিকুমনা বাহমলকয়ে। য়িপল পলেম ইমা ইপেমুমা লয়রাপিবো। য়িতু নিংথৌ লাংলেন সনা রাপিহুল। পলেম ইমা য়োইপু থংচৌং য়িমলেনুঙানপী। য়োইপু চংলম ক্ষানসাং হেনপী। নখোয় পুমনাম্রাম্নং। নমোম ঐতি ইপল নখোয়পু চেংলৌ সকহুতা। ইতু নিংথৌ সানম ঙাইখিংতোন। লাংকোই সায়াঙথকতা। সনা থোকথৈ মরোল য়ামপাসিংমুং। সানৌ ইরাংলোন সনা কোমথৈ মরোল য়ামপী পুমনামাম্নং। পুমুং লমখঙমাতাপা। সেনপী লোন-খঙনাতাপা। খাম্রন লোনঙিননাতাপা। নোংপোক লয়মায়ায়কী নিংথৌ। সনা মথোঙ খাতাপা য়াংকোইরুরাঙেনে। হায়না মুংসি পাঙমেননারমলাপাকা। মমায় হাঙরৈ নোংচুপ পাংনা। সমু চাংচৌ চেপনা লোনমা। ময়ু থোইয়ম লাইয়িংথৌ। কেকে সাংমাপা। থাংচৌং কোইরেন লাইমক। চৌংলেন সনা মকাইফমপা। মানপী খুতপনামা।

---

পললংলা অসিনা থনখিবনা নশক ইশক উনয়রোই অস্নয়। হায়না-শোয়থি। ওরা খাম্রন নিংথৌগী মফমদ লৈতুনা য়ুমলেপ তমগ্রগদবী মচাইবেম্বা ইরাংলোন শিজ শমজমনী অহেনবীগী অউনপোং মশীং তুনবা ঙাঙোই লোইতাপুং উয়া খুন্দাবনা মনাই-মশল মশীং খঙদমা থৌরাং তৌথরে। থৌরাং অত্র লোইরবদা থোইদোক-হেন্দোয়া লৈরাং কেতুকীগুম নিঙথিরবী শিজ শমজমলীনা হায়জরকখি। হে পলেম ক্ষমা অপোকপী অতুগা ইমাম্বুং অহুল ওইবা পম্নৌ মরেং শিনবা অতুগা কোচ্চং মতুং ঙামরিবী ইমাজোন-নচিংবী, পুমুমক তাখিয়ু। নমোম ঐহাক্তি পলেম নখোয় পুমমকপু অমদি ইবুং ইপু। ওইবশিং সগোল শায়াংথক্তা ঙানবা ক্ষমথৌ অঙমা পুমমক অমদি ইত্তারোই ইনাউ ওইবী কোহুং মমায় ওইরিবী পুমমক তাবিয়ু ওরা লোনখঙনদুবা কেগে খাম্রন লোন্দিয়দবা নোংপোক মায়কৈ লমগী অথাম্বা, লমদা লৈখিবা জাথরেদকো হায়রতুনা মপুকনিং মুংশি মুংওন রাহৈবা পাঙমেমরম্নপা চেংলৌ মমায়না নোংচুপ ওলহুনা মমুথৌ লাইনিংথৌ থাংজিং কোয়রেলাই কেগে মোইরাং শলাই মপা ওইবগী মফমদা মকোক নেংজবগা

মুকমু লৈত্তোল কোননা পুক্নমচারাপাকা। লোইনী কোয়রেং লোই-য়মলোনকী লমহৌরকলে। কেকে তমত্তা ত্তা। মোইরাং তমত্তা কুমলকয়ে। মরম হাঙ্গপা য়াংকোইপা। তমপা সোয়সেনবাইপু কৈনা সম। নোংবাই লয়কোয়পুং। মপল পনথৌ নিংথৌ। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপা। সনা মখোঙ থাত্তা বাইথুংলুরে। মমোম ইবাংলোননা। মানপী থুত্তকনানা। চাংজৌ চেপনা লোননা। মালেম থৌরৈ লয়কা পায়না পুক্নমচৈয়ে। কেকে লয়মাপানা বাহমলময়ে। য়িমোম য়িবাংলোন অহেনবী। নঙপু নপল পনথৌ নিংথৌ ঐনা। নমু খবায় মীয়াম ঙাককে। হায়পাকী ঔবা তোংতোই নিংথৌ সনা মখোঙথাত্তাপু কাওচানাপানে। য়িমোম চৌংঙ নরাইপক। য়ামচেং তুরৈ থোংপু লমচাইকরোইয়ে। হায়না পাউমেনমারাপাকা। মমোম ইবা লোন সিচা সমচামনি অহেনপীনা। মানপী থুত্তকনানা। চাংচৌ চেপনা লোননা বাকৎচরকএ পনথৌ লাইচা য়িঙনপীরকপা। ত্তাঙচা কোকথককী। থোইয়ম লাইওইনাপা। পনথৌ সনা নয়াংং অসিপু। নমোম ঐনা

---

মথুং লোম্নরক্তনা মত্তেক ওইবা বাহৈনা বায়জবগা লোয়নননা থুক্নমজরগা লোইবী কোয়রেং থুঙ্গংলমদগী থোঙশারকলে অতুগা মোইরাং তমপাক য়োনবা লাকখি। হাউবা লম্লাংদোং লমগী যাক্কোইতুরেল থক্কা শোয় লাপ্পা পলদা লাল্লক্তনা মথং মথং লাকপনা নোংয়াই থুমম লমদম ওইবদা লৈদ্রিবা মপাবুং মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবগী সনা মখোঙ থাবু য়োনা লাকচতুনা থুংলরে। মচা ইবেম্মা ইবাংলোন শমজমনিনা মপাবুং সনা মখোঙ থাদা মকোক নোঞ্জরগা চাংজৌ চেপচরতুনা মালেম লৈমায়দা মকোক শোক্লা থুক্নমজররে। মচাগী মত্তৌ য়েংলগা কেগে মোইরাং নিংথৌ মপাবুংমা হায়রকখি। ইপাগী ইবেম্মা ইবাংলোন নিঙথিবী নহাকপু ইপাননে লৈবাক মীয়াম অসিগী মথবাই কররগে হায়তুনা ঔবা থাযরনগী তোংদোই নিংথৌগী মফমদা থাজথোকখ্রে। ইমোম নঙ্গী নরাইবক্তা তমগ্রবনি হেম-ফম্রবনিকো অঙ্গম হায়না পাউমেমখি। মতম অতুদা মজা ইবেম্মা শিজ শমজমনী অহেনবীনা মপাবুংগী মফমদা থুক্নমজনা হঙ্গচয়কখি। পঙ্খৌ ইপা অপোকপা মোইরাং ইপা লাইওইবা পঙ্খৌনা তাকশিবা সনা য়াংখং

থাকনচরোইয়ে। হায়না হুংসি পাউমেননাম্বাপাকা ঔরা তোংতোই নিংথৌ। সনা মখোঙ থাডা। সমচামনি সিঙলেন কেতুকি লৈহুংসি-কুমপীপু। সম্ম থুংসিননাথে হায়ডাপারা।

থামরন লয়মাপা। ঔরা তোংতোই নিংথৌমা। য়াথং চীংসাং খোইরেন চীকুম থাহমলকয়ে। কেকে মোইরাং নিংথৌ ডাঙোই লয়মাপা। নওতি থামরন ইঙাইরেনপু মথোইরে। হুংডাই মরাং কায়না। পোইরৈ লয়পাক ডাকহৌও। হায়না পাউমেমমারাপাকা। কেকে পুরিকপাই ডাঙোই খোকথৈ পানচুমপাতি থাহমলকএ। পারী লাংচেং নখোকলকপা। সেনাপতি অংতোনপা। মসেমপা মঙপু লাউরো। নমোম অসিপু। মপল পলেম মমা থাঙমলোনপু কোম্নৌ নোংকাখিপা। চীংঙু পনতনখিপাপু। লোইতাম থাসিঙ য়ামত লাংহৈ কুমসিং কুমঙনডারিপাকী। পলেম হুংসি থৌকাউ ঙমডানা। পিরেম খকমাডাপাপু চয়রেপতারিপীনে। হুচিক মপল পনথৌ নিংথৌ। ডাঙোই লয়মাপা ঐপুহুং। চেংলৌ সকহু নারারোইয়ে।

---

অসি নমোয়া ইকোক থোংনা য়াজগে মালেম লয়দা তাহঙ্করোই। নমোম ঙইবী ঐশাক্কা মাই হায়না লয়থোকচরোইয়ে হায়রভুনা রাহৈ চংঙনবা খোঙ্খোক চুংশিবা থোনফম্না শাউথুমজবকপা তাবদা নিংথৌনা ঔরা থামরন লৈবাক্কী তোংদোই নিংথৌগী মফমদা মমোম শমজমনি অহেনবীবু লৈমাং কেতুকিগুন্বীবু থুংশিন্নংবে।

থামরন লৈমাবা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌনা রাহৈ থোনফম অমেঙবা চুংশিবা থোঙ্খোক্কা চীংশাংদা লৈবা খোইরেনগী খোইহৌওম থুন্নবা রাহৈনা হায়রকখি। হে কেগে মোইরাং নিংথৌ ডাঙোই লৈমাবা নহাক্তি হৌজিক থামরন ঐগী ডাইওইবা ইকু হায়বতু ওইরে। অতুনা হুংডাই য়াইফনা য়াইবী মরাং কায়না পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক অসি ডাকপিহৌরো হায়না পুকমেন প্যাউমেমমন্নবদা কেগে মোইরাং নিংথৌ ডাঙোই থোকথৈ পাঙ্খনা হায়রকখি। ইপারি পাঙল ঊনথংলক্লবা সেনাপতি ওইবা মশেংবা নহাক্কা মচল লাইবক থীবী মমা কায়নখিবা মঙমবু লোইদাম থাশিঙ য়ামত্রিবী কুমজুন চহী ফাক্রিবী ওইবগী পলেম মমাবু কাউঙমদবনা পুক্রি

নোংপোক লয়মায়ায়। য়ায়রুং ললনা তাৎপাতা য়াংকোইমননাক্রো, নমোমকা তাইরোইনক্ত মসেমপায়বা। নিংথৌ সনা মথোঙ থাতা। তনপা লালোইনানা থৌখনথোরবা। হয়েং থামরন মপুংয়াইতা। নমোমনা মতু নিংথৌ পান্নী চেংদৌ মসক য়েংপাতি। নপল ঐপু চেংত্রে সকউমাপাকুম। পলেম মমা রাঙমলোন। অকেম চবমোম লাংকা ওইখিরপীপু। পুমুং মারেম উপাতুকুম। মুংসি পোৎখানমুনো। হান্নমা পাউমেনখিয়ে হায়তাপারা।

ঔরা তোংত্তোই নিংথৌ। থামরন লয়কোই সাৎমাপাতি য়াইরা মরাং কায়না। মতাইরেম ঔরা লানমী থৌঙমতাপাপু তাইরোইনানা। সনা মরয়পাকপু ইনতানখিরে। ইরাংলোন সিচা সমচামনি অহেনপীস্থং। মতু নিংথৌ কেকে পুরিকলাইচা অতোনপা মসেমপাপু তাইরোইনানা। থামরন সন্না মরয়পাকপু ইনতানখিরে হায়তাপারা।

সেমপী তুমু লোকচাউয়ি। য়িরোক লযতাপাকী। চাংলেন অঙমপা। খুনপী লাইথোইচৌংপু। হেমপা য়োপোক তানা। থোইয়ম

---

চুংঙাইজগ্রিত্রেগী পিরাংনা অতং–অথম কৈতিদ্রিবীনি মতম অসিদা মপা ওইরা তাঙোই চুংনাং ঐহাকসু অমুকসু উনরোইদোরে। অরাপ্পা নোংপোক মায়কৈগী য়াম্বরুং লমদম অথাপ্পত্তদা নচলগা লোয়ননা মতম থরা লৈখিরক। থামরন নিংথৌ মাগী সনা থোগলোই ওইনা থোগল তৌক। হয়েং থামরন লৈবাক অহুদা নচলনা ইপারী নঙগী চেংলৌ নশক উজরগা নপা ঐগী চেংলৌ ইশক উবঙম অমদি মমা ইবেমা তমকা সনানা নোজাগ্রবগী মতোগুম মনাক্তা লৈবঙম উজবহুনা মপুক্লিং ফনা পোথানসম্থ হায়না য়াথং পাউমেনথি।

ঔরা তোংদোই নিংথৌ থামরন লয়কোই মপুনা পুক্লিং হয়াউ তরায়া মনাইশিং মশীং লাকঙমত্রবা ঔরা লাম্মীশিংহুগা লোয়ননা ঔরা থামরন মরৈবাক্তা য়োনবা চৎথরে। ইরাংলোন শিজ শমজমনি অহেমবীস্থ মবুং সেনাপতি মশেম্বগা লোয়ননা থামরন সনা মরৈবাক য়োনবা চৎথরে।

অথুম্না মুরুং মথং চৎখিবনা শেনবি তুমু লমগী লোকচাউ তুরেলগী ঈশিং ঈপাক লাগগা অঙবা চৌংজাউ খোইময় লাইনা শেবা তাইবংনা পঙনা

লাইপুংথোন অরাংপাপু। চীংলেন মক্তোল রাংথোইপাপু য়ৌরপাতা। কেকে পুরিকলাইচা সেনাপতি। অতোম মসেমপানা। মমোম সিচা সমচামনি অহেনপীকা। মমায় হাওরৈ নোংচুপলা পাংনা। পোইরৈ মৈতৈ লম। কেকে মপল লমপু। সমু থুংথিননানা পাউতাকথিয়ে। য়িমোম য়িরাংলোন অহেনপীরো। চেংলৌ মিংয়েং অতামপা। নোংকাই লৈচিল সিফা হুনকুমপা অসিতি। নপাম কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপায়াই। লোকতাক রাংপারেন হিমুচামপা মরমথৈ। ফানতেক কাওমানাউ। মতুরা কেকে নপল লমনে। হাওরৈ লাইনা পাংপালম। চেংলৌ মিংয়েং নারনপা। থাওকা মমনাসীকুম। মিংয়েং সানথৈপা অসিতি। পোইরৈ মৈতৈলমনে। হাওরৈ খানা। পাংপালম অসিতি। নোংয়াই লয়কোয়পুংনে। য়িমোম নওপু। নপল কেকে লয়মাপানা। ঔরা নিংথৌ সনা মথোঙ থাত্তা। সমু থুংসিননাফম থুমন তাউতেক কোননাতাতুনে। হায়না সমু থুংপু থিননা পাউতাকথিয়ে। অসি কোয়ৌ মুমিংমাকীমথৈপু। কেকে নপললমপু

---

য়ৌনরবা অরাংবা মতোল য়ৌরবদা মোইরাং নিংথৌগী মচা সেনাপতি মশেম্বনা মচল শিজ শমজমনি অহেনবীদা অনীনা মমায় নোংচুপলোমদা ওল্লগা পোইরৈ মৈতৈ লম কেগে মপল মোইরাং লমদমবু থুংনা থিন্না তাকপিথি। হে ইবেম্মা ইরাংলোন অহেনবী য়াম্না লাপ্না লৈচিল নোংফাইন। থুমথিবা লমদম অসিনা নপাম লমদম কেগে মোইরাং লৈবাক অচোবগী লোক্তাক রাংত্রেনগী হিমুজাবগী লমদমনিদো। লুরাং ফান্তেক কাওমনাউ মুতুরাগী লমদগী লমহৌরকতুনা শেমথিবা কেগে মোইরাং নপাবু গী লমনি। অদুগা অরাং পাংবা মায়কৈরোমদা য়েংথিবদা ইমম মন্নকপা মতমদা মুশি মুশি উবঙুম পান্না শন্না লৈংগ্রবা অথান্না লমবু শেংনা উবা ঙমদ্রিবা লমদম অসিনা পোইরৈ মৈতৈ কংলৈ পুংময়োন্নি। অদুগা খা মায়কৈরোমদা উরিবা অসিনা নোংয়াই থুমন লম্নিদো। ইরাংলোন নওবু নপাবুং কেগে নিংথৌমা ঔরাগী তোংদোই নিংথৌগী মফমদা থাজজরবা থুংশিন্নরবা মফম থুমন তাউতেক কোয়তা হায়বা মফমতুনিদো। অসুম্না হায়ন-তাররবা তুংদা ইরাংলোন ওইবী লৈরাং কেতুকীগুম নিঙথিবী শিজ শমজমনি নিঙথিজরবীনা মিংলুদা

রুররোইয়ে। য়েংপা চীংনা খল। লামপা সনা তেললে। হায়মা পাউমেনখিয়ে হায়তাপায়া। মমোম য়িরাংলোন সিচা সমচামনি অহেনপী। সিঙলেন কেতুকি লৈকুমপীনা। পিরেম থকমাক্তানা। হেকঙাই সুংয়েং চেংনা। মপল কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপা-য়ায়পু য়েংনা। মপল পনথৌ নিংথৌ। ঙাঙোই লয়মাপাকা। মতু-নিংথৌ বাঙম বাপিহনকাপু। তেংথানানা মিকপচাখিয়ে। ইপল বেকে লয়মাপা। ঙাওোই পোংলেন হনপারো। নমোম ঐতি। সাপী লেংনা ফাংপা। সানৌ য়িরাংলোনলককী। নাকলৌ সিংপীলকতাকী। চংপী লাপান সেংনা। পুসুং সোইনৌ থায়কুম। নোংপোক চয়মায়ায়বী। বায়মং অতামপাতাপু কাউচানরমলেকো। অসি কোয়ৌ সুমিংমাকী-মথৈপু। য়িপল সনা মথোঙখা। য়িপাম কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপা য়ায়পু চেংলৌ মিংনা রুঙমলারোইতো। হৌচিক থিংলৌ নিঙনা তেকুম। সিঙলেন অমরক যোনতেরারোইকো। য়িতুনিংথৌ কেকে পুম্বিকলাই। লাংলেন সনা বাপীহলবো। নমোম ঐতি চীংঙু ইরাইপক। য়ামচেং তুরৈথোংবিপু। ইপল পনথৌ সনা ময়াথংবিপু।

পিয়াংনা অতৃৎপা লৈত্তনা শিম্বরগা মথম্মোই শোক্না পূক্লিং তুংওয়না মপাবুংগী মরমদম মোইরাং লৈবাক অসিবু য়েংজবগা মপাবুং পম্বৌ অপোকপা সুংনাং তেলহৈবগা মবুং অহল ওইবা উরা কোংয় ম্বগা অনৌবু শৈথাহনা তেংথাননা কপচখি। হে পম্বৌ অপোকপা ঙাঙোই পোংলেন হনবও! নমোম ওইবী ঐহাক্তি লৈকাইগী ইবুং ইপা লেংমায়বা পাথংশিং অমদি ইমায়বী ইতারোয়শিং অমুক হুমিদাং লোয়নজবী মরুপলোয় পূম্নমকপু চংবী লায়াক শেংকুম শেগায়না অমদি লায়োম অনৌবা চোংবমু তংথায় থায়বগুম নোংপোক মায়কৈ অথাপ্পা বায়মং লাপথবা লমদমু থাজ য়োঙবিয়েকো। ঙসি কোয়ৌ হুমিং অসিদগী হৌনা পম্বৌ নঙী মরমদম ইপাম কেগে মোইরাং লৈবাক অচৌবা অসিবু চেংলৌ ইমিং অসিনা উবা ফংলরোইদকো। হৌজিক্তি অমুক হয়া ইপাম লমদমবু ওনম্নরোইকো। ইবুং নিংথৌ পুংক্লাই সনা বাপীহল ও! নচল ঐগী ইমাইবক অসিদা তমম্নবা চীংঙু মাগী নোংদম অসিবু হেন্দোকফদরনা অমদি পম্বৌ ইপাগী সনা য়াথংমু মাই ঙমমোই

মাই মাই রাকনফত্তাপানা। মীরম অথাপপা। মীরাই অত্তামপাত্তা য়াংকোইক্লরাকে। মমোম য়িরাংলোন কেকে নিংথৌ অঙনপা চম্মু। সানৌ লেংকা ত্তিননা পাউত্তোইনাপাতুম্নুং লেংতিননারায়োইয়ে। নমোম ঐপু লোইতান থাসিঙ য়ামনা। লাংহৈ কুমসিঙ কুমযোন য়ামলকলাপাকা। চেংলৌ সকউমাতে। মিংয়েং সানখৈমাত্তায়ে। হায়না পোইরৈ রাকাউরাঙৈনে কলকয়ে। হায়না পিরেম থকমাপাপু লৈত্তানা মীকপচথিয়ে। মপল কেকে লয়মাপা। ঙাঙোই পোংলেম চনপাপু। চেংলৌ সকউত্তা। মত্তু নিংথৌ লাংলেন সনা রাপিহনপু। পুন্নুং লেপউনাত্তানা লাপনা মুংসি তেরানচরময়ে হায়তাপারা।

মমোম য়িরাংলোন সিচা সমচামনি অহেনপীতি। মত্তু নিংথৌ সেনাপতি। অত্তোন মসেমপাপু ঙাইরোইনানা। সেনপী ত্তমত্তা ত্তা। কপো ত্তমত্তা কুমথিরে হায়ত্তাপারা। য়িরাং পুরিকলাই ঙাঙোই পোংলেন হনপা। লোইপী খোকথৈ লান্থাপা। ঙাঙোই মুংনাং ত্তেলহৈগাম্নুং। নোংয়াই ফেনথা লয়কোয়পুংকী। থিংলৌ কিঙনা

---

হায়না হায়ফদবা মযয়া মীরম ওইবা য়ায়া থাপ্পা লমদমদা লৈরুরগেকো। নমোম ইরাংলোন ওইবী কেগে মোইরাং নিংথৌ ওইবগী মচাম্নপী ঐহাক্তি ইত্তারোই ইমায়বী ইনাউ ওইবী ময়ামগী মযক্তা রাগী রাত্তাই শায়দুনা পুক্রিংগী অরা চংঙাই রাগীনদুনা তিয়-তোংনবস্থ ফংলরোই। লোইদাম থাবুম য়ায়ক্লবা কুমজা কুমশিং য়ায়ক্লগা শক্তা শক্তা উনদ্রবনিনা ঐবুদি কাউথ্রগনিকো ওংথ্রাকপা ইরাইবকনিনে অশুম হায়দুনা পিয়াংনা থকপা লেপ্পা লৈতনা কপচথি। অদুগা পঙ্খৌ কেগে নিংথৌ ঙাঙোই পোংলেন হনববুস্থ চেংলৌ শকউনদা ইবুং নিংথৌ উরা কোঙয়াম্বরুম শকউনদনা অসুম্মক লাপ্পা মুংশি থাইনা মতৌমা থুরুমজরয়গে হায়না থুরুমজরমমে।

ইরাংলোন শিজ শমজমমি অহেমবীনা মোপ্‌। সেনাপতি মশেংগা লোয়ননা অসুম লাকপনা কযোলমগী তম্পাক য়োরক্লে অদুগা ইরাং পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেন হনবা লোইবী খোকথৈ লাম্ববা ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবম্নুং খুমন নোংয়াইগী লমদম ওইবা ফেম্ব লময়কোয়পুংদগী চনিঙ তানা কেগে মোইরাং মরৈরাক্তা হল্লক্‌না থুংখি। অসাই হায়খিবা লহানঙৈমথৈ নারক

তেনা। কেকে মরম্নপাকতা রাইথুংখিরে। কেকে সিঙতাপক। মোইরাং লাতা থেংপা। রংঙম তাঙচা খোঙথুল খঙনাতানা। চীংলেন য়োঙমকা। লোইশী হাওরক চঙনা য়াংকোইপা পুমনামাম্নুং। পুরিকলাই সনা মখোঙ খাত্তা। মানপী খুত্তকনানা। মুকমু লৈতোন কোননা পুরুমলাপাকা। নাহা মুপী হন্নু হনপা পুমনামানা। কোরৌ ইনোংথৌ ঙাঙোই লয়মাপা নঙকী নিংথৌ সংলৌ নথৌরাং। য়েনলাং নঙমতমকী। নমু খরায় অয়ামপাপু লোকলৌ সনা কোননা। লাংকোনপিপা অসিপু। হয়েং কেকে চারীকুই। রাঙম খোঙতোন সাংনা। নিংথৌ কোলোয় নমিং সিতাপাপু। মাঙতানা রাখিনঙৈনে। নতাইরেম ইখোয়কী। খরায় মিরেন পাইনা সোঙকিপা! মিরেন নোংতা কানা সোঙবাঙপা। তালোয় লুমতিননাতা। পারী ঙাইরোইনাতানা লাননংবাওপাপু। লংমাই সেংপা লাকুম। লাইসেংলে হায়না পাচুনাবে তায়তাপারা। পোইরৈ অনুম রানিননানা। কেকে রারম রাফাউমাপা তুংকী।

কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈশাতি। কেকে মাকী য়োইকোনমুং। কোম্নুং অচনপাকী। মোইরাং কংলা তোংনায়াঙতা। শীলক অশোঙবা অমদি অঙখা চীজাউ কারগা লোইবী হাওয়ুমদা লোত্তুনা লাঙেরখিবা পুম্নমক অদু ঙয়া হম্নরক্তুনা মোইরাং নিংথৌগী নাক্তা য়োৎরুগা লনা মখোঙ খাদা মকোক নোঙ-নোঙহুনা অমেঙবা অতয়া রাহৈ খোনফমগা লোয়নলা থুরুমজররে। মতমতুদা চপী অঙাং হন্নু হনা পুম্নমক্না। হে কোয়ৌ ইনিংথৌ ঙাঙোই লয়মাবা নহাক্কী খোজালনা নহাক্কী রাখল খৌরাংনা ইরৈবাক ইরমদম অসিগী মী অয়াবু লাঙোনবিতুনা ঙাকপি শেনবিবা অদিগী মতিক্কি পুক্নি শুংশাংনা চাদা মাউদানা পুক্নি তোলোইনা পান্দুনা শিদবা মিংলেন ফংবা রারম অসিবু চারোন শুরোম্না থিনমরুসন্থু শোম্নরসন্থ ননাই ওইবা ঐখোয় পুম্নমকী য়াইবী খরায় অসিনা মিহন কাখিদুনা তুজুংননা কিবদগী খরাই-মি পুম্না কোক্তা হাইগৎখিদুনা তুজুংনরবা, মতালোয় ইতালোয় ওইবী পুক্নি তুংশাং লোয়নগদৌবী অমদি ইচাশিংগা লোয়নমা অরাবা লায়্নংগদৌবা অসিবু শেলোই লংমাই লমদা হৌবা লফু লাদা ইমুংগী লিক্লা হেন্না তাবগা মমায় নাম্না শেংনা ফজবগুম পুকনিং রারম্বা পুম্নমক অদু কোকচবা অসিগা চাম-চুনহেদো।

চোয়মৌ সনা ফমপাঙ.লাংনাচিংনা। কোনলোয় সংকাইলেন। থংচীং সনা য়িমলেন মখুৎফাপু। অনৌপা অমম্বক ঙাউথঙহৌয়ে হায়-ঙাপাঙ্গী পোইরৈ মনিন্ন নাইপা। ঝাঙমঙানাঙাপা পুমনাম্নাঙ্গুং। মোইরাং কংলম্ন পুংমায়োনঙা পুমনাক্তিননা। কেকে ঙামথোং মম্নুং কুই। ঙাঙোই মফৈ পাকনা পালছৌয়ে। কেকে লয়কোই মপু। নিংথৌ থোকথৈ পানচুমপানা। "খুয়োন য়াংপা মরয়নেৎ। লম্ন তয়েৎ মকাইক্কমঙা। পুন্নুং অচৌ মৈকুম। কেকে খুনয়োক সোয়ঙা। পোইরৈ লাংকোন হৈনা। হরাউ মথোই তোং। মুঙাই মরাং কায়না পাললে। কেকে মপুংয়াইম্নুং। পাথং য়োমলোই হৌ। মুম্না য়োমতাং সাংনা ঙা। তরা অচা রাৎতা। চৈরৈ অয়িন ঙামঙা। খুয়োন য়াংপা মনিননাই। কেকে ঙাঙোই মরাং হৌনা। পোইরৈ পূমনা ক্তিননা পানখিরে। লাংহৈ কুমসিঙ কুমঙললাপাকী। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপানা ঝাহুমলহয়ে। পারী পায়মা লিননা ঙানপা। ঙাঙোই বুরা কোঙয়ামপাবো। নসানৌ সানম ঙাইখিংতোন।

মংকৌ অম্নম্না হায়ন শোম্নরবা তুংগা কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা মোইরাং মাগী কংলা কোম্নগী ফম্বাল তোংনফমদা সনা ফম্বাল তোংনবা শঙলেনম্ন অমদি মবুথৌ থাংজিগী লাইম্নুম শঙ্গায় নিঙথিবম্ন অমুক হম্না শেমগৎ শাগৎচঃহৌরে। অম্নম্না পোইরৈ মৈতৈ পূম্নমকম্ন মোইবাং লৈবাক্তা পূম্না তিম্নজুনা কেগেদা মহুম কুইনা লৈবাক মরাক মম্নুং নাইনা চাউনা পাক্লা লৈঙাক্তুনা পানলে। কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই থোকথৈ পাঞ্জম্বনা কেগে খুয়োন য়াংবা লমগী লৈকাই পনশাং তঃরৎমক্তা অচৌবা অরংবা ঘাম্নবা মৈরাগী মতৌগুম পূকচেল শেংনা নিঙথিনা ঙাকপমা খুঙ্গং পূম্বদা অচান মীরাই মাইদনা হৈনা শিংনা ঙাকপাগী হরাউ মথোই তোং মুংঙাই মরাং কায়না পানথি। অম্নম্না কেগে মোইরাং লৈবাক অসিদা পাথংগী কাঙবু ছুপী লৈশাবীশিংগী কাংবু পূম্নমক চায়-চিয়না লৈজুনা অচা-অথক রাত্তমা শেৎন-ইম্নবম্ন রাৎপা লৈতনা খুম্নোল খুঙ্গং পূম্বা মতিক মঙম মথৌনা লৈনা মহৈ মশিং হৈমা ঙাঙোই মরাং কায়না মীয়াম পূম্নমক অমগা অমগা পূকচেল থোম্নজেল তিম্নদা পাম্নরবা কুমজা কুমঙন কারক্নবা

অত্তোন মসেমপাপু। লহাননোংকী য়িরাংলোন সিচা সমচামনিকা ঙাইরোইননা। ঔরা তোংতোই নিংথৌ। সনা মখোঙ থাত্তা লালোইনামা। থৌখলল্লুরো হায়না থৌসীখিপাপু। লাংথৈ কুমসিং রোললকলে। নোংপোক লয়মায়ায়। রতনপুর লংবোয় ফমপা। সনা মখোঙ থাত্তা। পারী লালোই নথৌ খললুবো। নসানৌ সানম ঙাইখিংতোনপু। লেংসিননাকরো হায়পা রাহমখোনকী। পুরিকলাইচা ঙাঙোই বুরা কোঙয়ামপতি। মপল নিংথৌ ঙাঙোই লয়মাপাকী। সনা ময়াথংপু। তাঙচা লুত্তা থোংনা। রায়রং লমসাঙ য়িমনা। নোংপোক লয়মায়ায়পু য়িনত্তানখিরাপাত্তা। রায়রং লমমাখাঙ। চকপা অংকো চীং। য়িংখি য়িয়াচাউপু য়ৌরপাক্তা। কপো কেংনাউ মহিং থেনপু নাত্তৈনানা। সেনপী মুরাউ মপুংয়ায়ত্তা। হয় মমুংসং। মুংনাং মমালেক। পলেম পিসোননা। পনথৌ পাসোললাপাকী। চীংঙ নোংতমথোল। সবা তুরৈথেংকিপু লংচাইকাতাপানা। অবাং কোরৌ নোংকাখিরে। চীংপল পলওনখিরে হায়তপারা মত্তাইরেম হৈনা

---

মত্তমদা মোইরাং নিংথৌনা হায়রকখি। হে ইপারী মুংশিবা ঙাঙোই উরা কোংয়াথও! ননাও ইবুংঙো অত্তোনবা সেনাপতি মশেংদো লহান ইরাংলোন মাগী মনাক্তা লৈদুনা ঔরা নিংথৌগী সনা হকথং ওইনা থৌগললু ও হায়রনা ইপানা পাউশীখিবা অদু চহী কুমজা ফাররকলে। নোংপোক মায়কৈরোমদা লৈবা ঔরা থামরন লমগী কোকুং ফদাল কাবিবা নিংথৌগী মনাক্তা ইপারী নহাক সনা হকথং ওইনা থৌগল্লও হায়রুনা ননাউ অত্তোনবা থাখিবদুগী মহৎ থরা শিনবিরু হায়রকপা রাথংগী মতুংইরা পুরিকলাইগী মপারী ঙাঙোই উরা কোঙরাম্বনা মপাম্বুং মোইরাং নিংথৌগী সনা রাথং অদু মকোক্তা থাপ্রতুনা নোংপোক রায়রং লমদমগী লমপাঙ মতুংইন্দুনা নোংপোক্তা লৈবা ঔরাগী লমদম য়ৌনবা চৎখিবদা লমথাঙ ওইবা চকপা অঙো চীংজাউ লাক্রে অদুগা নিংখি তুরেল অচৌবগী কবো কেংনাউখিংগী হিথাংফম হিদেন হেক্লোককপা শেনবী মুরাউ লমদম হেক য়ৌবগা মথা চোকথবগা লোয়ননা পলেম মমা অপোকপীবু চিন্দা শোরা অরো নাহে তম পম্বো মপাম্বুংগী কোলোয় মমিং কৌনা অনাবা ওইরবদা লাইগী নোংদম পুনশি চেঙজেল

মতুং য়িননা। সনা মময় ৱায়পা পুমনামাক্নুং। থিংলৌ নিঙনা তেনা হুলবাইরকলাপাত্তা। পুরিকলাই সনা মথোঙ খাত্তা। মপারী ৱুৱা কোঙয়ামপানা। কোম্নৌ নোংকাপা। চীংঙু পনত্তমপাপু। মানপী থুত্তকনামা। মুৱমু লৈতোন কোননা। ৱাকৎ ৱাপু নাতারাপাত্তা। কেকে লয়মাপা। ঙংঙোই পোংলেন চনপাত্তি। মুংসি পিরেম থক-মাতানা। হেকঙাই মুংয়েং চেংনা মীকপথিরে। পারী লংচেং নথোং কারকপা নঙপু। নপল ঐকী চিনকোয় ইয়াথংপু মাই হায়ঙম-তারাপাকী। নোংপোক লয়মায়ায় ঔৱা তেংতোই নিংথৌ। সনা মথোঙ খাতা লালোইননা। থোখলল্লুৱো হাযনা থৌসীখিপাপু। নোংপোক ৱায়রং লমমাথাঙমাতা। নপল পনথৌ নিংথৌ ঐপু। চেংলৌ সকউতা নসানৌ পলেম পিমাচা। পনথৌ পামাচা পুমনামাপ্ন। পুম্নুং লেপথঙতা। চেংলৌ সকৱুতানং। করিকী অৱাং কোরৌ নোং-কানা। চীংঙু পনত্তনথিপানো কললকয়ে হায়মং তেংথাখিয়ে। মসানৌ যোইক্লমলোন। মুংপাল অঙনপা। লুৱাং সলাই অরেমপা চন্নুকা।

---

লোম্বু নাম্বোকঙমদবদগী কোরৌ নোঙ্গাখিদ্রনা তাইবংদগী থমচং লমদম য়ৌথি। মাগী তুংইল্লকপা পুম্নমক অতু পুকনিং হঙ্গাননং চঙ্ক্রবগা কেগে পুরিয়াইগী সনা মংথাঙথাদা হেক য়ৌবগং মপারী উৱা কোড্ডয়াম্বনা পুনসি চেঙজেল লোম্নতুনা কোরৌ নোঙ্গাখিবগী ৱাক্কম অতু অতুঙ্গা মতেক মতেক ওইনা খোম্বাংনা মকোক নোঙতুনা খুরুম্বগা লোয়ননা হঙচক্কবদা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই পোংলেন চনবনা মিৎলুদগী শিঙ্করকপা পিরাংনা অরোই অথম নাইবা লৈতনা থম্মোই শোন্নং কপচথি। হে ইপারী মথোক কারকপা নহাকপু নপল পম্বৌ ঐগী ইমাথংবু মাই ঐ চৎপা ঙম্নোই হায়বমু হায়ঙমদবদগী নোংপোক মায়কৈ লমগী ওৱা তোংদোই নিংথৌগী মফমদা সনা হাকথং ওইনা থৌগল্লুমো হায়না ঐনা খাথিবসিদি ৱায়রং লমথাঙ অতুদা নপা ঐগা উনবা ঙমদনা অমদি পলেম নমানা পোকচবা ননাউ অমদি পম্বৌ নপা ঐগী ইচা ওইবা পুম্নমক অতুমু অম্মেপ্পা সেনি মাইনি থঙদনা শকউনদনা কবিগীদমক কোম্নৌ নোঙ্গাখিদ্রনা চীংঙু মাগী মনাক য়ৌপ্রবনো কললকইদকো অম্মা তেংথাজখি। মতালোম্ন লুৱাং চম্ন নিঙখিবীগা

ঙাক্লোয় তুচাহো। ঙয়ম নাইচা তিননা। থিকলেম থাকা ফু। ফুংসি পিরেম থকমাত্তানা। মালেম লয়তা রোননা। ফু সি মথৈ লৈতনা মীকপনারে। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হনপাম্মা বাহম-লকয়ে। সানৌ সানম ঙাইথিংতোন। অত্তোনলকখী লোইচাঙমপা। মন্ত্রি পায়মা লিননা ঙানপাহো। নপারীকীতমবপু মন্তু কেকে পুরিকলাই। নোংলেন হাইপিথোং ঙাঙোই নানপা সারাপা। কোলোয় মমিংথোংপু। মৈনা বায়না মিংচুপা। পামী মামপা সারাপাপু। নিংথৌ সনা মথোঙ থাতা। লাপলোই মথৌ থননাসে। মসাপী অত্তোন মসেমপাপু। লেঙসিনহনসে হায়না বাহমনারাপাতা। মসানৌ সনা খোমমাতোন। মন্ত্রি মকোই পাউমিং সংপানা বাকৎচরকএ। সাপী কেকে নিংথৌ। ঙাচোই লয়মাপাও। নতাইরেম পামী নারা অথুপাতুপু। মকোই পাউনংসংনা। পায়মা লৌসিং লৈতরিপানে তৌমিকুম নিংথৌ সনা নয়াথংতি। মালেম লয়তাপু তাকরোইএ। নোংপোক লয়মাযায়কী। ঔরা। তোংতোইপুং। থামরন লয়মাপা।

---

লোয়ননা মতু মচা পুন্নমক। মনাই মশল পুন্নমকস্থ ঙম্মা তিল্লহুনা মথবাক ফুরা ফুবহুনা পির না মমায় মমিৎ পুম্বা পুমপোৎ চোৎনা লৈবাক মথক্তা থরো থরো ওল্লহুনা থম্মোয় শাক্সা শে ক্লা কম্লবে। কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাইনা হাবরকথি। ইশানৌ লোইচাঙবা পয়মা লৌশিংবা মন্ত্রিও! নচা নিপা অসি মবুথৌ কেগে পুবিক্লাই নোংলেন হাইবিথোং ঙাঙোই নানবা শরাবগী কোলোয় মমিংবু থোইনা হেন্না চুনরবা অহুগী কোলোয় মমিং লৌনা থোল্লবা পারী নানবা শারাবা অসিবু ঔরা নিংথৌ মহাক্কী মনাক্তা থাহনা সনা থৌগল তৌহল্লসি। মমাঙ্গং অদোন মশেম্বগী মচৎ শিলহল্লবসিনে অঙম হায়ল্লকবদা মনাও ইবুংঙো অত্তোনবা পায়না লৌশিং শিংবা মন্ত্রিনা হঙ্গচ্চরকথি। য়ামবুং ইবুংঙো কেগে ইমিংথৌ ঙাক্লোই লৈমংবা ও! ননাই ঐগী ইচা অশিকপা অহুবু লৌশিং পাক্তমদি হাংলিবনি অহুম ওইনমক য়াথং লনা য়াথংদি মালেম লয়দা তাকলবনি। অহুনা নোংপোক মারকৈরোমগী ঔরা তোংদোইপুংগী থামবন নিংথৌ মাগী মনাক্তা থৌগল অহু তৌক্লবসু অহুম হায়না য়ানরহনা মচাইবুংঙো শরাবছু কেগে নিংথৌ

সনা মথোঙ খাতা। সানলোই মথৌ খললুসুনো। হায়না পাউয়া-রাপাতা। মপারী কেকে পুরিকলাইচা। ঙাঙোই নানপা সারাপাতি। কেকে লম্নমাপা। নিংথৌ সনা মথোঙ খাতা। মানপী খুত্তকনানা। মুকমু লৈতোন কোননা পুরুমচরাপাকা। মপল পনথৌ অতোন-লককী লোইচা ঙমপা। মস্ত্রি পায়মা লিননা ঙানপাপু। মানপী খুত্তকনানা পুরুমলাপাকা। নোংপোক লয়মায়ায়কী। ঔরা তোংতোই-পুংপু য়িনতানখিবে। কেকে পুরিকলাইচা। ঙাঙোই নানপা সারাপাতি। রতনপুর লয়কোয়পুংকী। নিংথৌ সনা মথোঙ খাতা বাইথুংলুরাপাকা। মসাপী সেনাপতি অতোন মসেনপাতা। মপল পনথৌ নিংথৌ। ঙাঙোই লযমাপাকী। সনা মযাথংপু বাহমনারাপাতা। সেনাপতি মসেমপাংকি। খামরন মপুংয়াইতাকী। থিংলৌ নিঙনা তেনা। নোংপোক রায়রং লমসাঙ য়িননা। মরান রোনতেরকলাপাতা। কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংপাযাইক্যা বাইথুংলারাপাতা। মপল পনথৌ নিংথৌ। ঙাঙোই পোংলেন হনপাতা। মানপী খুত্তকননা। চাংচৌ চেপনা লোনমা

সনা মথোঙ খাদা থুরু থুদক শনশানা মালেম লয়দা নোঞ্জনা ১তেক ওইবা খোম্বাংগা লোয়ননা থুরুমজরবদা মপাবুং লোইচা ঙম্বা মন্ত্রি লৌশিংবগী মফমদসু থুরু থুদক শনশানা মালেম লৈমায়দা বুঞ্জরগা থুরমজরবুনা নোংপোক মাযকৈরোমগী ঔরা তোংদোইপুংগী লমচম য়োনংবা চংচথি। কেগে পুরিক্লাইগী চাদা ওইবা ঙাঙোই নানবা শরাবনা ঔরাগী কোচং মাডনা নিংথৌ মনাক্তা হেক থুংবগা ময়াম্বুং সেনাপতি অদোন মশেম্বগী মফমদা মপল পন্থৌ নিংথৌ ঙাঙোই লয়মাবগী সনা ময়াথং অদু পাউমজরবা তুংদা ময়াম্বুং সেনাপতি মশেম্বনা ঔরা খামরন লমদগী পুক্লিং ঈংনা চনিঙতানা নোংপোক রায়রং লমশাঙ মতুং ইন্না লাক্তুনা মোংবা ময়ুম মায়দৈরোমদা, হল্লক্লগা কেগে মোইরাং মরৈবাক অচৌবদা থুংজাখি। মতুংদা মপাবুং নিংথৌ ঙাঙোই পোংলেন হনবগী মফমদা থুরু থুদক শনশানা চাংচৌ চেপ্পা নোজ্ঞবদুনা থুরুমজরগা ঔরা তোংদোই নিংথৌনা মযোম ইবেম্মা ইরাংলোন শমজমনি অহেনবীবু য়াম্না চানবিবগী মওংতৌবা অদুগা মথাক নাইদনা য়াম্না লুনা তৌবিবগী রারোল পুয়মক পাউদমজখি। কেগে পুরিক্লাই

পুক্নশাপাকা। ঔবা তোংতোই নিংথৌনা। মমোম য়ীরাংলোন অহেনংশীপু। থৌচান মায়য়োকনানা লনকুবা। নিংথৌ থৌচান থাকতাপা রাপু পাউতমচাখিরে। য়ীরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই সুংনাং তেলহৈপাতি। কেকে মপুংয়ায়রভা। সুংঙাই মরাং কায়না পাললাপাতা। থয়াঙ মথৌমন। চুঙসেন মরানঙন। হয়েল মরানহৌতি। নোংচুপ থানা পাংপালমতা থৌসাপানে।

লমলেম মতাইমা। ইয়ুবা চীংথোং পোইরৈতোন। মমা লয়ম্নুং পিয়াইনুচা। থোংকাং অতোনপাকা। সাচুং নিংথৌ সাচুং লাংমৈলেমপাকা। লমরোকনখিপা মরমথৈ। স নু সনা পাউহংচীং। য়োমলোই য়োমতাং পাউথুংরাই। লাতেক নামনমাপালম। অমাই মৈসিনলোক। মৈপা মৈয়েং সিনারাই। লোইশী সাচুং মনিননাই। সেনলৈ পাইরৈ নাকলৌসেন। সউন লুহুপনানা য়াংকোইপা। লোইশী থারম তানা তাপা। চীংসাং নাকপক থনপা। রাইথৌ থমচেৎ পানকুমপাপুংতা। কেকে নিংথৌ পুরিকলাই ঙাঙোই থোকথৈ পানচুমপানা। মতাইরেম কাউরেন সনসকপা। কৈরেন তেংথাপা।

---

ঙাঙোই সুংনাং তেলহৈবনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা লৈবাক ঙাক্‌না য়াম্না চুংঙাইনা পূক্লিং হরাউ তয়াম্না চংনা তপ্না পাল্লকবা মতুংদা অমুক মাগী মতিক মথৌনা উংথিবদি থা মায়কৈরোমদা মপাঙ্গল মথৌনা উৎথি।

থায়নঙৈ লয়ম্নুং পিয়াইম্নুনা পোকপা মচা অতোনবা চীংথোং পোইরৈতোনগা সাচুং নিংথৌ সাচুং লাংমৈরেম্বগা মথোয় অনীনা ওক্লথিবা লমদমদা মীয়াম্না অওক অথোং তৌত্লনা হংদোক হংজিন তৌনখিবা মতমদা অমাইবশিংগা লোয়ননা মৈবা চিংবদগী থোকপা মৈবু লোথোক লোশিন তৌনখিবা লমদা লোইবী সাচুং থুম্না হীক্ল হাইনা মশেল মরাই মমা মচা পুম্নমকপু অথৈ লৈত্ত অরা অনা তেংবাংনহনা পানবা শউম্না মকোক্তা লুতপ উপ্না লৈনবা থাগম ঙাক্তনা লোইবী চীংশাং থম্না থুলাবদি রাইথৌ পাক্তা পানবা থমচেৎকী মরুদা কুক কুক চৈরনা কুংনা পানবগুম পানবা থুঙ্গং অহুদা কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই ঙাঙোই থোকথৈ পাঙ্খুম্না কাওরেন অথাকপা শনগুম মপাঙ্গল হায়নিঙাই লৈতনা কন-থৌম্নবা অমদি

পূমনামাপু ইরোয়নানা। পেরে সিংকাখোং। তরেৎ সেনপুংয়ৈ। লাংত্তে পুংয়াম য়ৈনা। বাংলেন পুংনিনখোলপু। কোরৌ তমনোং থোংকুম। ছয়েল লানতাখিয়ে। কেকে খুয়োললেমপা য়াংলৌ মরমসাং। লমলেন তোরপুংলম। থুনপী তোরোফাই। চীংগু লমমাপাকপু ফৈনা সম। থারম মচীংকা। হেমপা পনথোংহাং সাচুং য়িমথৈ ফংনা পনথেংলে। থারম মপুং তাকনা। মৈপী তাংকোই পাইনা। মৈথু নোংতা কাখিরে। হেমপা থাংচেন থূমলে। লোইপী মপারী নমতা পো। মমোম পামপোম সম। লোকয়া হাথৈনাপা পূমনামাপু। তাঙচা খোঙখুললী। য়িরোক হাথৈনানা পনথেংলে। সনতং মারেংচিং। মানপী সনয়াম খোম। মেনাংতনপা চীরৈ ডিং। সেনপুং নমতা পো। থামরন মনিন নাইপানা। পোইরৈ তাঙচা ঙাইখাংমানা। রাঙম থকচেননাখিপানা। কাওরেন সনলক তিনতাপাতুকুম। ছয়েল লানথেংখিপাসিংনা। থামরন ময়িমনাকতা। লাংচৈ কুমসিং য়ামনা য়াংকোইরপাসিংপু। কেকে নিংথৌ মখোঙ থাতাপু চেনসিন্নলবলে। য়িন্নুং সোয়য়াইমাতা পানপাকুম লানতারাপাকী। মানপী কোনতৈথিরাপাপু। কাওরেন সনলক তিনকুমনা তিললারে। কেকে পুরিকলাই

পানবা কৈরেনগুম থোই হায়না শিঙথানরবা পূম্নমক্কা লোয়ননা পেরেশিংগা খোংতুনা, শেনবুং য়ৈদুনা অমদি লাংতে পুংময়াম থৌন্নদুনা লাকপগী মখোলনা কোরৌথক্তা খোংবা নোংগী মতৌগুম ঙুং ঙুং ঙংলদুনা শাবাউ লাল্লাউগা লোয়ননা ছয়েল লান্দাখি। কেগে থুয়োল লেম্বগী লমদম লম্বী লমশাং ওইবা তোবুং লমদমগী থুনবী তোরোফাইগী মঙ্গংদা লৈবা লাইগী লমপাক ওইবা মফম অতবু তুবৎনা শমদুনা লাক্লগা থারম চীংজাউ কারগা থারম থুজংগী পনথোং নমথেক্তুনা সাচুং থুনগী য়ুম পূম্নমক অদুদা লাম্লাখি। লানফম অদুদা থারম থুঙ্গং মাঙ তাকপগা লোয়ননা য়ুম মৈ থাদুনা মৈথু অমদি মৈরীক তাঙ্গোইনচিংবনা নোংথক্তা কাখিদুনা পূম্মম মমখি। মতুঙদা থারমগী মী অয়াম্বনা মচানিপাবু নজন্দা পোম্বগা মচাহুপীবুনা মথুৎনা শম্নদুনা লোক ময়াদা লাঙেল্লিবশিংগী থোজুল লীনা লীনা লাম্লাখি মতম অসিদা নারেং থাংদুনা শঙুংশিংবু অমদি শনবী শন্নাউ ময়াম অদু থোন্নদুনা অমদি

ঙাঙোই নিংথৌনা। সাচুং মপুংয়াইত্তা য়িরাং মৈনা য়োংনা খৌসাথা-পাত্তি। লোইশী হাওপাথং। খারম আইপিরেং অথৌপাপু কায়না হুললে। হেমপা থেনপুংথকত্তা। মতাইরেম পুমনামাকা। তেমত্তোং নমতা পো। থাঙলেন নাকতা য়েপ। সমু থুংসমনানা। ঔকারি হংকেল লাইরোইসৈপু। থিংকোন মিকোন সবনা। পাউত্তোইরম-লাপাকা মোইরাং পুমনা হুপনা। হুয়েল লাল হললকলাপাত্তা। লনলেম মতাইমা। লোইশী মরাখে'কী চীংয়া হুইসোনপা। তময়া মুংঙনপা। পোনশী চেকলাফাই। পামেল উত্তোলসম। লোলকুম ঙমশী। মোংয়াই রুচান নানা পুংপা। পামেল রুয়াম হৌপাত্তা। য়োইপু খোইমোম লাইরৈমা। রাকচিং হাওকোনপম চমু। নিঙোল হুরাশী। নোইমু থুমচা মায়ঙৌশীপু। মালেম লয়তম লো। তোকমু লয়তংকেন। লয়মায় মযোলহল। পেরে চিনখুন থি লাইচা য়িচম চঙহনতানা। তলা অঙনপা। পামেল তমথোং অরেমপাপু থোং-হুকখিএ। অতুনোংকিপু কেকে থোকখৈ লানথাপা। থোং'লেন মখুংফা।

---

হামেংশু মচীদা থোরী থুরপা চিংথিবা শেনংংবু লোরকপাশিংসু মজন্দা পোথংলগা নারক শীংলক্তা লৈথিব ঔরাগী লান্মীগা মায়োররগনি হায়বগী মুংশা থীবগা লোয়ননা চেঙখিবশিং অদুগা শমস্তগী নাইতোম তারবা শনগুল্লবশিংনা অমদি ঔরা থারমন লমদা লৈতবা য়াদতুনা লৈকুরবা কোঙ্গাইনা হঞ্জিন্নরক্ত্না কেগে মোইরাং নিংথৌগী মনাক তানা লাক্ত্না চেন্সিঞ্জরক্রে। অহিং ইমুং অমদা পামবা কৈরেম্না তানথাইথিবদগী চেনগ্রবা শনগুম্বনা অমুক হন্না শলক্তা তিঞ্জরবগুম তিন্নরে। কেগে ঙাঙোই নিংথৌনা লোইবী শাচুং থুঙ্গংদা মোইরাংনা মৈশা লাংনা লান্দাখিবদা লোইবী হাওগী পাথং থামরন থুনগী আইপিরেং কোবা অথোববু লান্দা ঙম্নকখি। অতম্না থেন মথক্তা মনাই মন্নামগা লোয়নমা তেন্দো'না নমদা পো থাঙলেম্না নাকন্দা য়ান মথুং শম্নরতুনা ঔগ্রী হংগেল লাইরোইশৈগা লোয়ননা মিকোন থাগোম শৈশক-পু অরাই অথুম তোক্তনা শক্করতুনা মোইরাং লৈবাক পুম্নমক হোত্নুনা হুয়েম লান-ফমদগী হল্লক্রবদা মরাথেং চীংয়া হুইখরকপা নিঙখিরবা তময়া ওইবা চেক্লা-পাইগী লমদা পামেল উচাল পাম্বীনা কুক কুক ঈম্না হোৎনা, উত্তোম

থারম সাচুং খুনঙমথোং। মরেম আইপিরেং অথৌপা ফানাখোংরে তৌনা কৌএ। কেকে মোইরাং নিংথৌ। খোকথৈ পানচুমপানা রাহমলকয়ে। য়িত্তাইরেম রায়রং থানলৈ ত্তানপা নখোয়গী ফাউরো। নয়োয় লোয়নাচাকা পুনা। নোইনু থুমতুপ মায়রোং সেমনা ইতু থুংফাং সারোবো। তমপা ইসানৌ কেকে মোইরাং লৈসরেনপীপু লমরোক-নারুসে। হায়না নিংথৌ য়াথংথোনকী। মত্তাইরেম চেংলৈ পনত্তনপা। রায়রং থানলৈ বোনপা সিংনা। চকপা হাউপা চন্থু মখুংসা। চীংঙ্গুং চেকাইপোকত্তা। মৈথু নোংলোনবা। মৈরী পোংনা থমনা। রায়রং থোইনিংমেন। লারাক থাংতাই থোম। রারক থমপাল সৌচিনলেম। মায়কোয় লয়না থাঙলা পোনথিংয়ৈ। নোইনু চাম্থু ত্তাললে। কেকে ইরাং পুরিকলাই। লোইপী সাচুং য়িমচঙ য়ানপা। রুরুচেং রাইহুইনাপা। চাইনেম থকয়েনাপা। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈ-পাত্তি। কেকে মত্তাইলেম পুমনামাকা। ময়া'ন ঙনত্তেমকলাপাতা। পুম্বুং লানপোং মঙাননাই। কেকে খুনয়াই চুংফইনা। মুংঙাই মরাং

অমগা উংত্তাল অমগা শয়না হৌরিবা লমদম অতুদা রাকচিং হাওকোনবম চম্থু নিঙ্ঙেল মুরাবী (থাংয়ি খোঙজেম্বগী মচাকপী ত্তরেংকী মমুং চনবী থুমলৈমা) বু ফংনবা হোৎনবদা লৈবাক অহু তোক অমদি যোৎপায়া লুনা লয়থুল ওইনা ত্তৌরগা পামেল উথুল অহোবমু হুক্তুনা অচম্বা ঈশিং চঙহন্দনা খোংহুককখি। কোয়ৌ অতু হুমিত্তগী হৌদুনা কেগে খোকথৈ লাম্বা হেংলেন মখুৎফা থারম শাচুং হুনঙমথোং মারেম আইপিরেং অথৌবমু ফা--ংগাং হায়না মিংথোনখি। কেগে মোইরাং নিংথৌ খোকথৈ প'ঙ্ঘুম্বনা হায়রকখি। হে অকনবশা রায়রং লৌবুক তামবা নখোয় তাউ। নখোয়গী নরুপশিংগা লোয়মনা চত্তুনা নোইহু থুমনা মকোয় মপাক শেম্লদুনা থুৎকী থুৎচা নাইহংগুম ময়োল নাইনা শেমও। তমফা ইশানৌ মোইরাং লৈমংেন ওইরীদা লম-ওক্লসি অম্বম হায়না নিংথৌ সনা য়াথং হায়রকপা রায়োল ত্তাবদা চেংলৈ মীয়ামশিংনা রায়রং লমদম অথাক্তদা শিন্দাংদুনা লৈবদা শাবা থুমগী মঙং অহু ওইনবা হোৎনবদা মৈজাউ থাদুনা মৈথুনা নোংথক্কা ফ। মেয়ীনা পোংনা রায়দুনা চাকপা অতনা থুম অহু লা-না য়োম্লদুনা ইংকোং কোয়বা

কায়না। মোইরাং কংলা মপুংফাইতা। কংলা লালহোইদৈপু কংনা। কেকে চেঙচা নুংকোইপীতা। হুয়েল লালু চললুয়ে। ঙাঙোই সনা য়োইকোমঙ্গুংতা রাইথু'লুরাপাকা। তমপা মসানৌ রাঙম মৈরা পোনচেনপীতা। লোইপী সাচুং থুনঙম থুম। নোইদু থুমচা মায়ঙৌপিগু লমঙকনারে। ঙাঙোই গু নাং তেলহৈপাতি। ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ। থাংচীং কোয়রেললাই। মোইরাং কাসারেন নামুংপা। চীংঙু হাইপী পালোই তামপাপু। রুনপী সামন লীকিনানা। কোরৌ লনসামন। রাংপল পাঙফামনকী। চীংঙু য়াইপী মথোচান। খোইয়ম থাংচীং মমনকুপু। খোয়মা মায়য়োকয়া। য়ামচেং থাফংনানা লনকুপিরাপাকী। কেকে মপুংফাইতা। লোইয়া হুমতোং মৈকুম তোংহৌনা। অঙানপা খেনকায়াইকুম ঙালহৌনানা। বেকে অনৌপা অমরক মনিননাই। মরাং কায়না পাললাপাতা। ঔরা তোংতোই নিংথৌমা রাহমলকয়ে। প্রামহোন সাথৈরেনতা নাউনৌপা। সতানোন নংপু লাউরো হায়না পাউকৌখিয়ে। তয়ম নঙকি লহান। পোইরৈ থুনতোক অহানপাতাকী।

মঙং ঙৈহল্লগা থাঙলানা য়োম্লতনা পোৎতম শেমলে। হরাং পুমিক্লাই লোইবী সাচুং থুঙ্গং থুগাযবা উরুচেং-লানফাবা চাইনেগ কৌববুম লানঙবা ঙাঙোই হুংনাং তেলহৈবনা মনাইশিংগা লোয়ননা ময়ুম মোইরাং ময়ইকেদা হল্লকপদা নিঙথিন্নবা লানফি ফজবশিং শেৎলহুনা মোইরাং থুমগাইদা চুঙগী মতৌঙম লিংনা হুংঙাই মরাং কায়মা থুংলগা মোইরাং বংলা কোহংগী চেঙ্গজা হুঙ্গোইবীদা লানফাশিংগী মকোক লালু চনখি। অতুয়া মোইরাং সনা কোম্লুংদা হেক থুংবগা মশানৌ মোইরাং নৈমবেন রাঙম মৈরা পোঞ্জেনবীগী মফমদা মোইরাং নিংথৌনা সাচুং থুনঙম থুম নিঙখিবা থুম মকোয় অঙৌবা পোৎলান ঙইনবা পুনকপশিং অতুনা লমঙরকখি। অতুগী মতুংদা ঙাঙোই হুংনাং তেলহৈবনা মবুথৌ চীংঙু থাংজিং কোয়রেন লাই মোইরাং শলাই শেম্বিবা য়াইবি থরাই হাঙ্গী লৌবিবা ইবুংঙোরু থম্মোয়মঙ্গুংদা চেৎনা কোঙহুমা লাইমিঙ পরম চঙজবা মরমা চীংঙ য়াগী মথোজান খোইয়ম য়াগী লনকু ফংবনু মায়মোক য়ানা ফংজবদগী কেগে মোইরাং নৈরাক অসিদা চীংয়া তমমাদা চাকপা মৈগী মৈঙালঙম অমদি কোরৌহনবা।

থামরন ম্মিপূংয়ায়সিতা য়াংকোইরকপানে। নম্ম মীপুম থরাপু ঙাইরোইনাখিয়ে। পোইরৈ মপুংয়াইদুং নাম্বা নখুইছকী। নখোয় খোয়রেনফমনে। য়াঙনা য়িনতানখিয়ো। কেকে মোইরাং নিংথৌ। ঙাক্তোই চাউওনপাতা পাউমেললুবো। লহান ঐনা হুয়েল লানতানোং। চকমোম থামপী মৈথাকুম। পোইরৈ লয়খোঙ কায়পা মোংতা নিংথৌ ঐকী ইথোঙথাপ্ন পুরুমলাপাকী। কেকে নপুং লেপনা। মোইরাং লৈপাক ঙাকহৌরো হায়না। য়োইচাললমপা অতুপু। লানফম মৈসা লাংলিডৈনিকীনা। কোলায় য়ামনা পাউমেননাহৌতে। নোংপোক লয়মায়ায় অসিতা। নিংথৌ হরান তমনা যিনতাললকও। নমোম ইরাংলোন সমচামনি অহেনবীপ। চেংলৌ সকউনপিরোরে। হায়না পাউথোনখিয়ে। প্রাংগোন সতাংোন লৌসি পানা। নিংথৌ সনা ময়াথপু। অমেংতা লাইরিক লুপা থোংনা। কেকে চাউপা পুংতা। ইনতেললকলে। কেকে পোংলেন হনপা। ইরাং পুরিকলাই সনা মথোঙ থাতা য়াইথুংলপাকা। প্রোমহোম পাহায় নিকোং সাংপামা

হুমিংকী মঙালনা ঙানবগুম অমুক হনৌ নৌমা মোইরাং লৈবাক্তা মথুম মরাং হৌনা হুংঙাই য়াইফনা ঈংনা তপ্পা পাঙথি। মতম অসিদা ওৱা কোংদোই নিংথৌনা ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপা সদানন্দ কৌবা নহাক লাকউ হায়না কৌশিল্লে, অদুগা হাগৎকখি। হে অচানবা সদানন নহাক্কি লহানম্বকী মৈতৈ লৈবাক্তা থুম্তাকখিবা অচানবা খোঙথমদগী হৌমা থামরম ঐগী ইবৈবাক অসিদা লৈরক্লবনি। অদুনা হৌজিক্তি মী থরা লোকনদনা অঙাং ওইহ্নিত্তে নঙগী থোয়দা লিনশা তাফম ওইবা মৈতৈ নরৈবাক অদুদা হক্লথবো। অদুগা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাক্তোই চাউথগী মফমদা হায়রু। লহান থামরন ঐনা হুয়েল লান্দাশিবা থোঙফমদা মৈ চাকপা অদুগুম্না মৈতৈ লৈবাক্তা কায়ববা মতমদা নিংথৌ ঐগী ইফমপা হায়জদুনা নোঙবদগী মোইরাং নিংথৌ ওইবা নহাক্কা লৈবাক অদু ঙাকনুনা লেপ্পুনা লৈকরো হায়না থৌজানবিরম্বা অদু লানগী লাল্লক ওইবা মরম্মা রাবী রাতাম মিঙথিনা শানখিবা ঙক্লখিদে। হৌজিক নোংপোক মাথকৈ অসিগী থামরম ইরমদম অসিদা লাকপিয়ু। নযোম শিজ শমজমনি অহেনবীশু উনবিরো হায়ক হায়না

রাহমচরকয়ে। কেকে ইনিংথৌবো। নোংপোক লয়মায়ায়তা রাঙন থোইপা। সনা ময়াথংকী। কেকে লয়মাপা মঙপু। চেংলৌ সকউনাসে। নোংপোক লয়মায়ায়। থামরন ইময়পাকপু ইনতাললকরো। নমোম ইবাংলোনপুম্নং। চেংলৌ সকউনাখিয়ো হায়রকয়ে। হায়না পাউমেল-লাপাতা। ইবাং পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপানা পাউমেম-খিয়ে। নোংপোক লয়মায়ায়তা রাঙনপা। নিংথৌ য়াইফাপাকী মতাইরেমসিংরো। থামরন লযকোয় ফমপাকী। সনা ময়াথংপু রাকনফ-রোইয়ে। হায়না পাউথুমখিয়ে হায়তাপারা। পুরিকলাই মুংনাং তেলহৈপানা। মসানৌ মোইরাং লৈমা য়েংনা রাহমলকয়ে। তমপা ইসানৌ। য়োইপু মৈরা পোংনচেনপীরো। নঙম্নং য়োইহৈ লুমলাং অপাম্পী। ঙাঙোই থাংচীং য়িমলেন ঙানপী নঙখোয়ম্নং। পারী লাংলেন রাপীহল। ঙাঙোই য়োইতাপুং বুরা খুনতাপা নঙম্নং। কেকে খুনফাংথৌ। মোইরাং লাইফাংথৌ পূমনামা। নঙখোযম্নং তাউরে। কেক্কে ননিংথৌ ঐতি। থামরন নিংথৌ মযাথংপু রাকনফারাইয়ে।

---

খাবকপদগী ব্রাহ্মণ সদানন্দ কৌবা পায়মা লৌশিং শিংবনা থামরন নিংথৌগী মযাথং অইবা চিঠি অদু পুরগা কেগে মোইরাং লৈবাক য়োনবা লাকখি। কেগে লৈবাক হেক য়োবগা মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই পোংলেন হনবগী সনা মখোঙ খাদা ব্রাহ্মণ লৌশিংবা সদানন্দা হঙ্গচ্চরকখি। হে কেগে হনিংথৌও! তাখিয়ু। নোংপোক মাংকৈ থামরন লমগী নিংথৌনা কেগে হনিংথৌবু চেংলৌ শকউনসি। নোংপোক মায়কৈগী থামরন ইরমদম য়োনা লেঙবিরকউ। নমোম ইবেম্মা শিজ শমজমনি অহেনগীবুম্ম চেংলৌ শকউনখিরো; হায়জরকই হায়না হঙ্গচ্চরবদা ইবাং পুরিক্লাই ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা হায়রকখি। নোংপোক মায়কৈগী রায়েল্লিবা থামরন নিংথৌগী মনাই অচানবশা! নিংথৌ মানা হায়রকপা রাকম অঙুলি লমখোকফদ্রবনে হায়না পাউথুমখি। অতুনা পুরিক্লাই মুংনাং তেলহৈবনা মশানৌ মোইরাং লৈমরেন ওইবীদা য়েংলগা হায়রকখি। মোইরাং লৈমরেন ওইবী ইশানৌ তমফা মৈরা পোংজেম্বী নহাকস্থ অদুগা অতৈ অতৈ নিংথৌ ঐগী লৈমা অপাম্বী অতোম্বীশিং মোইরাং কংলা কোম্মংদা থাংজিং লাইয়িংথৌগী মনাই ওইনা ঙাম্ররিবী

নোংপোক লয়মায়ায়ুতা থিনতানখিভৈমে। হায়নব পাউমেনপাপু। তমপা মসানৌ রাঙম মৈরা পোনচেংশীনব রাহমচাখিয়ে। ইসাপী পোংজেন হুনপারো। হায়দ্দিকুনো। নিংথৌনা কন্নিকী সনা খোঙ-লেঙকাপানো। নপারী লাংলেন রাপিহনপু লৈয়ে। নিংথৌ সনা মখোঙ খাতা থুরুদলুহুনো। হায়না পাউমেনপাপু। তমপা ইসানৌ। কেকে লয়মাপীরো। ঐরা তোংতোই নিংথৌ। সনা লয়কোয় ফমপানা। কেকে মোইরাং নিংথৌ। শ্রীচাউওহপাতি নিংথৌ ঐকী ইয়াথংপু। কন্নিকী ব'কনপানো। সেংপী কনহৌ য়োংকুম মুংকননৈ। কোলোয় ইপাউমেনপু নানসংনৈয়ে। হায়না। খোয়পুং মরৌ চাউনাতুম। পায়মা মুনপী পরয়কে হায়পানরিঙৈমে। হায়না নিংথৌ য়াইপী কলহৌ নীকনা। হুয়েল লালহৌরকপনা। পোইরৈ লুয়খোঙ কাযরাপাতি। লহানবো কী লানফম তমখিপা। চনমোং খামপী মৈহৌপাকুংপা-তাকী। নমু থরায় ঙাকহৌপাতি। সিঙলেন তরেমপা। লৈরাং অতিংঙাপু ওইরাকানি। ইয়ু খোইয়ম লাইদিংবী। থাংচৌং কোযরেল

---

পুন্নমকহ অতুগা ইপারী হৎচানবা ঙাঙোই য়োইতাপু' উরা খুন্দাবা নঙগা কেগে মোইরাং লৈবাক্কী অঙম অখৌ পুন্নমক তাউ। কেগে ননিংথৌ ওইজবা ঐদি খামরন নিংথৌনা হায়রকপা রারোল অসিবু য়াই হায়না হায়রোই। নোংপোক মায়কৈগী খামরন লমদম য়োবা তারি হায়না হায়রকুবদা মতালোয় মোইরা' লৈমরেন ওইবী মৈরা পোঙ্কেম্বীনা হায়জরকথি। ইশাবী মোইরাং নিংথৌও রাকম অহ তাকপিগহ। কন্নিগীদমক সনা খোঙলেঙবিগদগে। নচা ইবুংঙো অহল উরা খুন্দাবহ লৈরি। মহাক্না খামরন নিংথৌতুবু থুরুমজকবা য়াইনা হায়না হক্চরবদা নিংথৌনা ইশানৌ মোইরাং লৈমরেন ওইবী তাউ। ঐরাগী তোংদোই নিংথৌনা কেগে মোইরাং নিংথৌ ওইবা চাউব্বা কোবা ঐহাকপু খামরন ঐগী ইয়াথং অসিবু কন্নিগী হীক্তোক্লবনো মোইরাং পুকচেল কল্লিদা ঐগী ইয়াথংতুবু নাঙানরেনা হায়দ্না মপূক হুংঙাইত্তনা পুকচংদা কিশি থব্রগনি অতুগা ঐরা নিংথৌনা কল্লাউ খোন্না হুয়েল লালহৌরক্কুনা অমুক্তা লৈবাক অসি কায়রবদি লহান্মুক্তী তমখিবা লানফমদা অচাকপা মৈবী খোক্কুম খোক্লবদা মীয়াম থর য় থরদং

লাই। থুয়োল ঙাংলো লৈপাক মপা। চীংঙু য়াইপী মরনকুকী। পোইরৈ মনিন নাইপাম্লুং। কেকে ইপুংয়ায়ত্তাতুম তিক্লারে। নাহা অহল প্রামহোন পূমনামানা। পোইরৈ য়াহিপফক্তে। কেকে য়াত্তা-কাতাপাপু। থোয়মা মরাং তকনা। পূকনিং লাংকেননানা সোঙকি চঙপাপু। লংমাই সেংপা লাকুম। লাইশেংহলপিরে। নমু থবায় পূমনামাকী। তম্না লৌচেনপোংকুমপাপু। নিংথৌ নসাপী ঐনা চঙলুকে। থোইয়ম নোংতমপা মথৌথাকী। কেকে লৈপাক তাক। মালেম লয়রু কোকনা লাননংপা অসিপু। লোইতাম কাইয়েন অসিংথাতা। তলা উনানা কেনপাকী। পামেল বুরোং সামপাতুকুমপাপু। কেকে অচা বাংতা। মোইরাং অয়িম তামত্তানা। তলা য়েননিংসৌ। পামেল নাপুং কাপাকুম। লুংঙাই মরাংকায়না পানপাপু। চেংলো মিংথিংতরিপা মথৈ। নিংথৌ সনা ইহাকথক অসিতা চোয়নৌ সনা কোননা। চানমা চিননান'। চৈরৈ ফিথাউ সা। মা'লৌ ফিরাংচান মিঙলিপা। নিংথৌ ফিরোই ইতিকন'পাপু সেংখিরোইয়ে।

কলছোবহুদি শিংডেল অরেখা তাম্নগানি লৈরাং অতিংঙাতম ওইরগনিনা। ইবুংধো খোইরম লাইনিংথৌ চীংঙু থাংজিং কেংয়রেমাইগী পোজাম্না পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকী অশুক য়ামগ্রবা মীয়ামফাওনা কেগে ইরৈবাক অসিদতুম লৈয়রে। তপী অডাং ব্রাহ্মনচিংবা পূম্নমক্না হিপফম চাফম থঙদনা কেগে ইরৈবাকী মীয়ামসু হিপফম তুমফম থঙলমনবা পুম্নিং হয়ৈ চননা মতু চুংনা কিরবা পূম্নমক নোংমাইজিংদা হোবা ফু লাদা লিক্লানা তারগা শেংবগুম অকি তুজুং পূম্না কোকহনবিরে। থবায় পানবা পূম্নমক অসিগী তম্না চয়োম পুনবগুম ময়ামগী মতৌংশিন্দুনা মশাবী নিংথৌ ইশামক চঙলুগে। খোইরম নোংদবা মাগী নোংফম্না মোইরাং লৈবাক তারা কেগে লমদম অসিনা মরু কোক্লা অরাবা নংলুবা অসিদি কাইরেন থা কোবা অংশং অবান থাদা পামেল উপী উনানা কেনখ্রবদা পামেন্দুনা মঙং ইশাম শাম্বতুগুম লৈবরু কেগে অসিদা চাবা থকপা শেংপা ইনবা পূম্নমক রাক্তনা লৈবা। পামেল উজুনা য়েন্নিং চোংলক্ত্না মনানা মপুং ফারকপগুম্না লুংঙাই মরাং কায়না পাঙবা অতবু নিংথৌ ইমিংমক্না শংশংনা উভ্রিবমথৈ নিংথৌ

তাইপঙ চাকচা অথোইপানা। সনা সেনপাক থননা য়োয়নারা-পাহুং। নিংথৌ ঐকী পায়মা পূকনিং থুমনা চাথিরোইয়ে। মঙ্গান অতোল তা। থমথু অয়েং চনপা চানা মরুকোক। লোকলৌ পরয় তংনা য়াংকোইরিপাসিংনা। মপারী চাইচি শুমফাংতা। থোমলেন তুমকতানা য়াংখোইপাতুকুম। নিংথৌ ফমচাউ থকতা য়াতাপাপু। চেংলৌ ইমিং পেননা হিপথিফারোইএ। কেকে অপুনপা। ঙাঙোই তানা তাপাকী। তনপা নিপা ওইপা খৈপিকমাতি। পুরিকলাই ইপারী সনা থোকখৈ মরোল য়ামপাতুকুমপাপু মাউয়োককে। মোমহু নুচালুপ পূমনামাতি। ইমোম ইরাংলান। কেকে নিংথৌ অঙমপাচহুরাকুমনা লাংকোনকে মিঙথললিয়ে। তমপা ইসানৌ। কেকে লয়মাপী নঙকা। নতাইলেম কেকে খুনফাংথে। মোইরাং লাহফাংথৌ পূমনামাকা। ঙাঙোই লৈপাক ঙাকলমরো। পারী লাংলেন রাপিহল। ঙাঙোই য়োয়তাপু, রুরা থুনতাপা নঙকা। নসানৌ সেনাপতি মসেমপাকা। নপিংঙানা নসানৌ পারী নারা লোনথঙ-তারপাসিংকা। ইমোম ইরাংলোন চিংকোই কুকু। মীরোল

ইহাকথক অসিদা সনা লুপা য়াঙ্গা পৈনা নিংথৌ ফিনা নিঙখিনা শেংচাহুনা লেনবড় তোইহেয়োহ। নিংথৌ চাকচা অথোইবনা সনাগী পুথমদা থম্না হাপ্রবস্ন পূক্লিং পেম্না চাথিরোই। লাহর অনং ফংহাবা তোহবা মীওইনা লৈত্তবনা মরু কোক্না থাঙজবশিংবু অমনি লোকনৈ পুলৈ পাম্বীগী মঙ্কনা শিপ্পবগুম মপি লৈতবা মওংদা লৈরিবশিংনা মচ মশুশিংবু ফুমফম হিপফম মওং দাহন্দং। লৈজরিবশিংসবু সেংবা কনশিঙ্ক চেমক্রিহমখৈ নিংথৌ ঐগী সনা কাংথোগ থতকা। শিপ্পুনা মাংঙাহনা হেক্লোকপত্ত তৌহৈরোই। মোইরাং ইরৈবাক অসিগী ঙাঙোই মচাশিংগী ওইবা নিপা পূম্নমক অসি নিংথৌ ঐনা হেক পোকপা ইচানিপা অহনগুম লাউয়োককে অদুগা হেক লৈরিবা হুপী পূম্নমক অসিনা নিংথৌ ঐগী ইচাহুপী হেক অপোকপী ওইবী অহনগী মতমগুম কোনগে হায়না নিঙলি। মরম অদুনা কেগে লৈমরেন ওইবী ইশানৌ নহাক্না নমাইশিং অঙম-অথোশিংগা লোয়মনা লৈবাক অসি ঙাক্লমঙ। অদুগা ইপাবী উরা খুন্দাবা নহাক্না ননাউ সেনাপতি মশেম্বগা

খোকতারিপীসিংস্নু। কোয়ৌ মোংচামাপু চেংলৌ মিংহানকাঙ্গানা লাংকোললমবো। পলেম নমা পোকমাপী। হন্নু মালৈ কাপী বাঙম-লোনকা। য়োইহৈ থাংচৌং য়িমলেন ভানপী। পলেম নমা অথুপীসিংকা। ইয়ু খোইয়ম লাইয়ংথৌ। চীংঙু য়াইপী য়েকমাপা। খোইয়ম সনা মখোঙথা কোয়ৌ নোংলোন পাউফাপাপু। চীংঙু লনসা কাউকুনো। হায়না পাউমেননাম্মে হায়তাপারা।

য়িরাং পুরিকলাই সুংনাং তেলহৈপাতি। ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ। চীংঙু য়াইপী পাললোই তানপাপু। সমু চাংচৌ চেপনা লোননা। মালেম থৌরৈ লমকা পায়না পুকমলাপাকা। মতাইরেন কেকে চীংখোং পুয়োকলোই। মমু মীপুম থরপু তাংরোইনানা সমু খোংসাল্লকলে। কেকে নিংথৌ মরয়নেং। খুয়োন য়াংগা মরয়মেংপু। সুঙাই মরাং কায়পাপু নমতা হুননা। নোংপোক লয়মায়ায়পু ইংতাললকলে। রায়রং লমনা তামপাকী। অঙানগা কোয়ৌ নোংসামৈপু থাংপাকী। রায়রং লমতুপ খুতিংতা। মালং অহুমচন। লিকলা রাইফেন ফংনপা। লুমলাং

---

নখোয় অনীনা ননাও অপিকপা মীরোল খোকচদরিঘশিং অসিগা পিক্ক পিক্লিবা নচল ওইবী তুপীমচাশিং মখোল খোকচত্রিবীশিং অসিবু কোয়ৌ নোংজামত্তা য়েংহৌদবা তৌদনা লাঙ্গোল্‌ম্মু। অহল মতম ওইরক্লবী পলেম নমা অপোকপী বাংঙমলোন মোইরা লৈমরেন ওইবীগা মোইরাং কোক্লং মমায় ওইনরিবী নমা অভোমীশিংগা লোয়ননা ইবুধৌ খোইয়ম থাংজিং কোয়মেল্লাই চীংঙু খুদিং শনবিবা ইবুংঙো মাগী সনা মখোঙ থাদা কোয়ৌ নোংজা লেপ্পনা পুক্লিং চঙনা নিঙজবদু কাউগদু। অস্নম হায়না পাউমেন্নবে।

কেগে মোইরাং নিংথৌ ইরাং পুরিক্লাই চংনাং তেলহৈবনা মবুধৌ চীংঙু থাংজিং কোয়মেল লাই তাইবং থরায় শেম্বিবা ইবুংঙো মাগী মফমদা চাংভৌ চেপ্পা মকোক নোম্না মথুৎনা মালেম লৈবাক্তা শোনা নোম্বজবগা পুক্লিং লুপ্পা খুর মজাগা মনাইশিং লৈবাক মীয়ামবু নাউকন-নাউয়োক তৌরিবা থরগা লোয়নন খুয়োন ভাংথা ভাভোই মোইরাং লৈবাক অসিগী সুংভাই য়াইফনা পাক্লবা মতৌ অসিবু হন্দোক্লম্নগা নোংপোক মায়কৈগী ঔরা থামরন লমদম য়োনথা চৎথ। অসিগুম্বা নোংপোক মায়কৈগোমগী রায়রং

পম্না হেপনা ফেনশানা। মতোল থমকোন চন্নরোইনা য়াতারিপা। নিংথৌ সনা মথোঙ খাপু ইনতাললকফে হায়ত্তাপারা।

নোংপোক লয়ময়ায়ত্তা। কোরৌ নোংলৈপাককুম। মুংঙাই মরাং কায়না পাললিপা। থামরন লয়মাপা মথোঙ খাতা রায়থুং-লাপাকা। ঙাঙোই লয়মাপা। পুরিকলাই খোকথৈ পানচুমপামা। সমু চেংলৌ চেপনা লোননা। মালেম লয়তা মিংয়েং নাউহুমনা পুরুমলাপাতা। ঔরা ভোংতোই নিংথৌ। সনা লয়কোয় ফমশানা। থৌচাল মায়য়োকনানা। নিংথৌ সনা ময়াথংপু। চৌংসাং খোইরেল হীকুম পাউমেললকয়ে। কেকে মোইরাং নিংথৌ। ঙাঙোই লয়কোয় ফমপারো। নঙপু কেকে নপুং লেপনা। পোইরৈ লৈবাক ঙাকলৌও। হায়না য়োয়চাননারমপা অতুপু। কেকে নরয়পাক। পোইরৈ নকাইফমপু। লোইপী চৌংলোইপা। হেমপা তমপু পনপামা। য়িংথোল ফৈরোই থাকুময়ে। লোইপী অকেৎ থিমা। হেমপা অরৌ চললাপা করমপাপু লৈরিকাশানো। কেকে রাপা থুনলিনা। মোইরাং চেঙচা

লমদম অথাপ্লদী কোবৌহনবা কুপিংকী মৈশা থাডননবা লমতুপ লমতুপ থৃদিংদা অঙৈংবা কুংশিং ফংনবা লিক্লা মবিক যৈননবা পযানা শাবা অপাকপা য়েনপাক খম্দুনা মতোলদ থমকোন মালং অঙ্গ বা কুংশিং য়েহল্লগা লৈরবা (শেল্লবা) অদুগুম্বা নিংথৌগী মনাক য়োনবা লাকখি।

মতৌ অম্বম্না নোংপোক মায়কৈ ঔরা থামরন লৈবাক অসিনা কোরৌ লাইরৈবাক্কী মতৌগুম য়াম্না কুংঙাইনা মরাং কায়না পাল্লিবা থামরন নিংথৌগী মনাক য়ৌরবদা ঙাঙোই নিংথৌ পুক্রিক্লাই খোকথৈ পাঞ্জুম্বনা মমাম্বনা মালেমদা লুকথরদুনা মকোক নোম্না থুক্কম্লবদা ঔরা থামরনগী নিংথৌ সনা লয়কোয় মপুনা হরাউ হরাউ তৌরদুনা সনা মাথং নিঙথিবা চৌংশাংগী খোইরেনগী মহমদগী ফংবা থোইহৌগুম থুম্লবা কুংশিবা খোম্থোক্লা মোইরাং নিংথৌগী মফমদা হায়রকখি। হে কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই লয়কোয় ফম্বও! নহাক্লা কেগে মোইরাং লৈবাক্কা নিংথৌ ওইদুনা পানবিররো হায়না হায়নখিবদুদি মোইরাং লৈবাক্কগা চাউবা লোইবী চৌংনা কোয়শিনবা তমম্না অপাকপদা লৈবদি ইংথোল অচৌবন্নু শম্বম্না ক্রুক ক্রুক লাউনা

লানমংবোপু লৈরিকাপারা থঙ্ঙমতে। কেকে অচাবাৎ মোইরাং চৈরৈ অয়িমতাম। মানলৌ অসেং বাৎনাপু। পাললমকাপারা হায়ংাকী। চেংলৌ সকর্ মানিঙয়ে মমোম ইরাংলোন। সমচামনি অহেনপীস্তুং। চেংলৌ সকউনাখিয়ো হাযাপাকী। পাউকৌহনপানে হায়না বাহমলাপাতা। কেকে মোইরাং লযমাপা। ইরাং পুরিকলাই ঙাঙোই হুংনাং তেলহৈপানা পাউথুমজকয়ে। নোংপোক লয়মাযায়তা। অবাং কোরৌ নোংমিংথৌকুম। হুংঙাই মরাং কায়না পাললিপা। নিংথৌ য়াইফাপা নথৌচানকীপু। হুঙাই মরাং কায়না পাললিয়ে। নঙাইরেন কেকে লৈপাক পুমনামাস্তুং। তরা অচা বাৎতে। চৈরৈ অয়িম তামতে। লহাল নিংথৌ সনা থোঙলেঙনা। পোইরৈ ইপুংয়াইতা তারহৈ। হুয়েল লানচেল থাকলমপা। তরা নংনা চাপী চাপা অতুসিংনা। থবায় য়োইথোইনাচারে। মামলৌ ফিপানপা অতুনা চৈরৈ ফিপু রোই। নিংথৌ কোলোয় নমিংথোং য়াইফাপাতু তানায়াপাতা। লোইপী কনানাস্তুং বাকৎথিরাতে। হেমপা করমপানস্তুং অরৌ লংলতে

---

নিঙথিনা থাজিনবগুর্নি। অদুনা লোহবা চৌম্মী কয়ষনা লঙজ অংয়াম লৈনা য়েরু তিংথং চঙনা লৈবা করম্বু লৈরিগদগে অদুগা কোগ মোহরা নরৈথাক্তা বানা নংনা চানা থকপা শেৎন হমবা মাক না য়ায়া রারগনগত্রা হায়বগীদমক উননিংতুনা কৌজবনি। অদুগা নমোম ইরাংলোন শিঙ শমজমনি অহেনবীস্ত উনবিথিয়ু হায়বগীদমক কৌহজবনি হায়না হায়রবদা কেগে মোইরাং নিংথৌ ইরাং পু রক্লাই ঙাঙোই হুংনাং তেলহৈবনা থুন্নকখি। নোংপোক মায়কৈরোমদা চীংঙ, সরারেলগুম হংঙাই য়াইফনা মরাং কায়না পাল্লিবা হে নিংথৌ ল্যাইবক যবা! নহাকী থৌজাল্দগী ঐহাকস্ত হংঙাই মরাং কায়না পাল্লি। অদুগা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিগী মনাই শংস্থ চান-থরুবা অবাৎপা যাওদ শেৎন-ইম্নবা যিরোলস্থ বাৎচদনা লৈনবি। লহান নিংথৌ নথাক্লা হরৈবাক্তা লাকতুনা পোহরৈ ইরৈবাক অসিদা হুয়েল লান্দারকপা থোঙফম অতুদা লাঞ্জেম্নবদগী লেম্বোবা চরা নোংদম্বিরম্বশিংতুনা মথরাই হুংঙাইজরি। অদুগা চরৈ যি অপানবা নিঙথিবম্ব পিনবিরম্বা অদুমা নিংথৌ নহাক্কী কোলোয় মমিং অফবা মিংচৎ ওইনা তাবসিনা লোইবী

কেকে চেপনা হাই। রাংপল খুনথিবা। চেঙচা লানন্নংপাম্নং করিকুমপাপু মরৈবতে। হাযরাপাত্তা ঔরা তোংতোই লয়মাপানা। অমরক যাহম-লকয়ে। তৌইকিতি কেকে মোইরাং নিংথৌ লয়মাপা নঙতি। পোইরৈ অথাপপা। রাঙম অত্তামপাত্তাকী। নিংথৌ সনা ইথোঙ থাপু ইনত্তল-লকপাত্তি। অরা সোনবৈ নীকলারিকানিয়ে। থাময়ন ইপুংয়াই অসিত্তা। কয়েং মোংফাই য়ামনা পোংথাথিরো। ঐতি নিংথৌ ইমাননাপা। থারী মনিননাই। ত্রুক তানা তাপানা। ছয়েল লান-হৌরকপা অসিপু। থোংফেল মায়য়োক য়ামা। ছয়েল লানসোকনা-রুথিকে হায়রমলাপাত্তা। কেকে নিংথৌতি। রায়রং মত্তাইমা পানসংখু ছিথাংকম। তেরা উঙৌপোক। পোনপী সেককুরেক অঙৌপানা। লোকলৌ সনা লুমথিরাই। স্যামচে লয়মায়ায়পু মাত্তৈনামা। ঐরা-পাত্তি লাইচা ইরাংমা। ঙারা মপানলাংত্তা। সঙলেন ত্তয়না সানা। লোইতাম থাসিঙ মামন। নোংথোইথিরে হায়তাপারা।

পোইরৈ সনা পুংমায়োনকী। পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ। লোইনাই

---

চাংমী কনানা রাকংলদে। লঙজ অযোনগী থবকম্ব অমদি মপুম্নিংদা হুংঙাইত্তবগী কলক য়েংথিবস্থ তৌরদে অঙ্গনা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিবু নমথরগে মাঙহল্লগে হায়ত্তনা তৌস্তবা মরম্না অরা অনা মংবা য়াবা করিগুম্বা অমত্তম্ব লৈত্তে অস্তম হাযরবদা ঔরা তোংদোই নিংথৌনা অমুক হন্না হায়রকথি। অদু ওইংবদি কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই নহাক্তি অথাম্না পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তগী ঐগী থামরন লমদম য়ৌনবা লাকপনিনা য়াম্না রারম্নগনি। ঔরা থামরম ঐগী ইরমদম অসিদ মতম থয়দং লৈবিত্তনা পোথাবিথো। ঐহাক্তি নিংথৌ ইগাম্নবা ওইবা থারীচা লমকেংপা ত্রুক লাম্নৗশিংনা ছয়েল লালহৌরকাংবা অসিবু খোঙনা চংনা মায়য়োক য়াত্তনা হয়েল লাঙ্গেংনরুথিগে হায়রম্নবদা কেগে মোইরং নিংথৌনা রায়রং লমদম মনুংচংবা পানশংখু ছিথাংফমগী তেরা পাম্বী অঙৌবনা থম্না হৌবা উরেকশেক মতু হৌবা উরোক মম্নাম্না মকোল শাত্তনা মক্কম থুবা লম শ্যান লমদম মম্নায়বু লাঙ্গোক্লগা লৈবা ইম্নাবাক্ত ছুরেল রাংমগী ঙারা পানশং লমদা শঙলেন অমা থুনা শারগা লোইদাম থাদুম কয়ামরুম মক্কম অত্তনা লৈরম্মী।

কৌপা চিংথংখোমপান্নুং। সেনপী তেথাউ মপুংযাই। আসাম মসাইকোনতা সানথুপলুপাপু। থিংলৌ মিঙমা তেনা। পোইরৈ মপুংয়াইতা হলরাইরকলে। রাংঙম তানা তাপাসিংনা। মপল অমন-পাপু। থমলৈ মীন্নুং কোনকী হলরাইরকপাকুম। পুকনিং থোইনা হুরাউনাথিয়ে। লহান ন্নুংসি লয়থৈ তানা। পোইরৈ লয়থোঙ কায়-ঙৈকী। ন্নুংসিমথৈ লৈত্তানা লাননংপা। থামরন লামমী পুমনামানা। চানা লাকুম নম। খোয়মা নায়ৈ থায়না। ইরোক সানথুপকমতা। তাউপা থুমন হাইপানা। য়াওরৌ খোঙকুন লীপাকুম। পোইরৈ হাথৈ ফংনা লাননংপা। মপারি নমতাপো। মমোম পামতা সম। খোয়মা নারক মোংসোংন্নুংকী। উরী তিংথং কানঙমতা। সমু খোঙকাপ থাংঙমতানা। কোরৌ নোংতা বাকে বাঙমতা। মালেম লয়তা চঙকে চঙঙমতানা লাননংনোংতা। পোইরৈ ইনিংথৌ লিকলাই বাঙম লয়মাপা। লোইনাই কৌপা চিংথংখোমপানা। পোইরৈ মপললমপু লমহুনলা। কুরাই যিতৈমাপু লানথিয়ে। পোইরৈ লয়থোঙ কায়পাপু।

---

পোইরৈ মৈতৈ সনা পুংগী মৈদিংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বা নিংথৌনা অসাম লৈবাকী মঙ্গং চনবা তেথাউ লমদমদা লোৎলুবদগী অমুক হন্না পোইরৈ সনা লৈবাক অসিদা হল্লকলে। মতম অতুদা মৈতৈ অমম্বনা শিঙ্গবা অপোকপা মপা মপল অমদি মপুংধোশিংনা থমঙ্গং লাইরৈবাক্তগী অমুক হন্দকপগুম থোইদোক হেন্দোন্না মৈদিংঙুবু উথদা পুক্লি হুরাউ তুজুংনখি। লহালমুক ঔরা লানহৌ অচৌবা খোঙফমদা মরৈবাক ন্নুংশিববু থাদোক্লুনা পোইরৈ লৈবাক অসিনা কায়থিবা মতমদা হায়দিঙাই লৈতনা অরাবা লাম্বংবা অতগা ঔরাগী লাম্মীশিংনা উনা উপ্পা তাবা লোংনা তাববু হাইদোক্লুনা মাবক শীংলক হয়োক লাইচমদা লোৎলবফাওবদা শাগী থোঙ্গুন য়েংহুনা তাউবা হুইনা থিবগুম খোঙ্গুল লীদুনা কোয়থি থিরক্লবদা মৈতৈ পুহনা অরাবা থম থেংনা নংলবা মচামিপা অপিকপবু নঙ্গন্দা পো, হপী মচাবুনা মথুৎনা শন্নগা অশোঙবা মারক শীংলক মঙ্গং ওইবা উরী তিংথংনা পনববু কানবা ঙমজদা খোঙ্কাপ লাওনা থাংজবফাওবা ঙমদনা অরাবা তারবা মতম-দুদা পোইরৈ মৈদিংঙু লিন্নাই রাঙম লয়মাবা লোইনাই চিংথংখোম্বনা

বাঙম লয়পাক ঙাকপিতারে। নমু পোংনাঙতোনপু ঙইরপাম্বং। থামরন লয়মাপা। সনা মখোঙ খাতা চঙনা। পোইরৈ লয়পাক ঙাকহৌরাপাতি। নমু মীয়াম অপুমপন অসিপু। পলেম পিপুকল্লুংকী ল্যাউনৌরকপাকুম বাসিনখৈঙেনে। হায়নানোংকী হুংসি মৈচাক তমখি-প্যাপু। নমতা হুননা খোকাউরে। চীংঙ্ নোংতমলকপাপু খঙতানা কেকে মোইরাং নিংথৌ লয়মাপানা। পোইরৈ মপুংয়াইকী। চোয়নৌ সনা সিংহাসনপু। লেপনা মুলহৌপাকুম। কেকে লয়পাক তাকনাপাপু সংলৌ থৌরাংয়ে। পোইরৈ মাতা থেং। বাংঙম সিতা পকলাপা পূমনামাপু। তরা অচা বাংহনতা। চৈরৈ অয়িন তামহনতানা। পোনপী সবা লুমকোননা। লোকলৌ সানা কোমনা লাংকোলনৈ হায়পাপু খঙতুনা। য়াংলৈ তাউপা নহুইচা। তরা চাতুম হুননা। নাউয়োকপানা হুইপী চীনকোয় চন। য়াংলৈ য়াখোঙপিপাতুকুম। কেকে লয়হৌমাঙ। মোইরাং লৈপাক তাকনাপাপু। সংলৌ থৌরাংলে। য়েনলাং ঙমতমলে। লাইরেন মৈতিংঙ্ চিংথং খোমপানা বাহমলকরে।

মবুধোশিংগী মইরবাক ওইবা মৈতৈ লমবু হুন্দোক্লল্লগা থাই তুরেল লানখিহুনা চংখি মদুদা মৈতৈ লৈবাক কাম্নখিবদগী পোইরৈ লৈবাক ঙাকপিনবা কনাগুম্বা অঙাংমচা অমত্ত ওইরম্মু চোংথোরক্ত না ঔব্রা নিংথৌগী মফমদা চঙজা হায়জহুনা লৈবাক অশি ঙাকপিরল্লবদি মৈতৈশ অযাম্বশি পলেম মমাগী পিবুকল্লুংদগীবু ওইরম্মু মহুৎ শিল্লবনি হায়না নিঙনগৌননি হায়না নিঙনখিবা শোল্লখিবা পূম্বতু কাউথোরখি। অদুগা নোংদম্বা মাগী থোদা মতুংইন্না কেগে মোইরাং নিংথৌনা মৈতৈ লৈবাকসিগী সং। সিংহাসনসিবু নমহুনা মুলহোবগুম থম্মুনা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিবু মাঙন-তাক্লনবা থৌরাং তৌরে। পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকী মীয়াম্না শিরম নারম থঙদনা অরাবা কোঙ্গাই কম্না নং, চাদ-থক্তবদা, শেং-ইম্নবনা লৈশিল্লক্তবা মত্তমদা পোনবী উচেক মপীনা মহমহুংগী মফম কোনবগুম লৈবাক মীয়ামবু নাউয়োক নাউকোন তৌরে হায়বতু থঙলহুনা, তাউবা হুইদা চাক চত্রম হুম্ন পিজবদা মপীনা মচাগী চাকপু মুম্মুনা ময়ানা চীকপিবা অহুগুম্না কেগে মোইরাং অসিবু মুৎনবা মাঙনবা থৌরাং কম্না তৌরে। অদুনা মৈদিংঙু

ইভাইরেমসিংও নঙথোয়রতি। ইপুম কেকে চাউপাপুংপু ইনতানখিরো। ইমান নিংথৌ কেকে লয়মাপাক্তুপু। লাইরেন ইপা মৈতিংঙু লিথলাই। পোইরৈ নিংথৌহনপাতুকুম। পনথৌ লেপলৌশিনকুম লাংকোল-লকপানে। ঔরা তোংতোই নিংথৌ। থাময়ন লয়কোয় কমপাপু ইমতানখিয়ে হায়পাপু নাত্তাইয়ে। ইমান বাঙমলোন। কেকে মোইরাং লৈমাকা। মপারী লোয়না অপামপা। লাংলেন বাপিহনত্তা পাউমেং-লুরো। লাইরেল ঐতি থোইয়ম নোংঙমপা। মথৌথাকী আসাম তানা তাপা। তেথাউ মপুংয়ায়তা সানথুপলুপাপু। ইমান খিংলৌ নিঙনা তেনা। বাঙম ইকাইকম। পোইরৈ ইপললমপু ইনতাললকলে। তেথাউ তামা তাপাবী নমু মীশিং যামনাপু তাংরোইনারবয়ে। তরা চাকথাকপিঙমরো হায়রুও। হায়না থৌশীখিযে লাইরেল মৈতিংঙুনা। পোইরৈ সামভাকতা বাঙম সানফোঙত্তানা। মত্তাইরেম পানা তপ-তাইপা। লোয়য়ম অপুচামপাপু পাউকৌখিয়ে। ঙয়ম নঙ'ত ইমান নিংথৌ কেকে লয়মাপাকী। সেপোক মত্তাইরেম। পাযমা মুংচঙপাত্তা

---

চিংথংথোম্বনা হায়রকখি। হে অচানবা হলাইশা! নথোয়দি ইপুগী লম ওইবা মোইরাং লৈবাক য়োনবা চংথরো। মাম্মা ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌদো পাবুং মৈদিংঙু অতুগুম্বনি। ইপাগী মহৎ মরেং শিনবঙমনা পোইরৈ পূম্নমকপু লাক্লোনবিরকপনি। অতুবু ঔরা তোংদোই নিংথৌ থামরম নয়মাবগী মরৈবাক্তা চংখি হায়বসিম্ভ তারে। ইনেম ইবেম্মা বাঙমলোন মোইরাং লৈমগা মচা ইবুংঙো অহল ওইবগদা হায়রু। লোইনাই চিংথংথোম্বা ঐদি লাইগী নোংদম্না কলথিবনা আসাম লৈবাকী তেথাউ কোবা লমদা লাক্লেম্লুনা থুপ্পুনা লৈরুবদগী হৌজিক ইপোইবৈ মৈতৈ লমদম ইপা ইপুগী মরৈবাক অশিদা হল্লক্কুনা লৈরে। অতুগা তেথাও লৈবাকী মীয়ামশু লোয়নরক্লি অতুগা মথোয়শিং অসিগী চাম-থরুবা শিথিলু হ'য়ক হায়মা লোয়য়ম অবুজাথদা হায়খি। লোইয়ম অবুজাথ কৌবতুনা হে অচানবা নহাক কনা অমত্তা থঙহল্লনা চংলু-নহাক্তি কেগে মোইরাং নিংথৌগী সেবক অচানবা ওইনা পোক্কুবা অতুগী সনা ঈদা নাউদাবা মীনি। অতুনা মামা হেক পোকপা মচানিপা অহলতুগা মমা অমত্তনা পোকপা মচাগুম

নাউয়িপা য়ৌনে। মপারী লাংলেন রাপীহল। পলেম পিমাচাকুম ঙাইরোইনাপা। লোয়না অপামপাতা হায়রুবো। পোইরৈ মরাং হো। রাওম মখিনাইপাসিংপু। চেংলৌ সকউহনকুনো। য়াংলৌ লমজাং ইনতা। খোয়মা নায়্যায় খায়না। লাইরেল ইখোঙথুনপু ইনতাল-লকও। চেংলৌ সকউনাসে হায়রুও। হায়না থৌসীখিয়ে। অসাই-ঙৈকী লাইরেল সনা য়াথং পুনা থৌসীখিপাসিংতি। কেকে চাউপাপুং। মোইরাং সাংগা য়ায়তাপু রাইথুংলূরে। কেকে মোইরাং লৈমা। রাঙম মৈরা পোনচেমপী। য়োইপু সনা মখোঙ খাত। লাইরেল কো'লোয় মতিনমেনপু। থাকলৌতানা রাকংলাপাকী। তমপা রাঙম-লোনকা। মতাইরেম কেকে মোইরাং খুনফাংথৌসিংকা। পুরিকলাই মপারী লেংনা তিনপা সিংতা রাহমখিয়ে। পারীসিংরো নপল পনথৌ নিংথৌ। সাপি পোংলেন হনপাস্ং। নোংপোক লয়মায়ায়। ঔরা মনিংথৌকী মরা-য়ায়তাপু নো থোইরিয়ে। হতু লোইনাই চীংখোং মাইমাপা। লোইনাই কৌপা চীংথংখোমপাপু। পারী নখোয়না

---

লোয়নরকপা খ্বাইদগী অচা-বা অতুগী মফমদা হায়ক্ষ। মৈতৈনা মথুম মরাং হৌরিবা অমদি কষ্টি থে ক্লা কঙ্গাউ মথৈ হৌরিবশি'বু নশক উহন-থঙহগস্থ। লম্বী শোরোক মতুংইমা চত্তুনা নারক ফাওনা চৎলগা লাইবেল ঐগী খোঙ্গুল লীনা লাকউ অমুঙুং ঊনসি হায়ক হায়না থাখি। অসাই মাঙদা সনা যাথং পুহনা চৎখিবা মনাইশিংতস্থ কেগে মোইরাং লৈবাকতা থুংলুরে অতুগা মোইরাং লৈমা ওইবী রাংঙমলে'ন মৈরা পোঙ্গেধীগী মফমদা মৈদিংঙুনা হায়রকপা রাবোল পুয়মক অতু অমত্তা চিথদনা হজচ্চথি। রাবোল অতু তাবদা মোইরাং লৈমবেল রাঙমলোনগা মনাইশিং অঙম-অথোগা অমদি মচাইবুংঙোশিংগদা হায়খি। হে ইপারীশা' লপাবুং মোইরাং নিংথৌ পোংলেম হনবস্থ নোংপোক মায়কৈ ঔরা থামথন নিংথৌগী মথৈবাক্তা লৈখিদো। ঐগী ইপা মাইথবা লোইনাই চিংথংখোম্বগী মফমদা ইচাশা নখোয়না রাবোল অতু মাম্না চমা হায়খো। অখিবা খোনফম হায়হুনা থৎনথা মাবা মফম নত্তে। মাগী মাম্না ইবুংঙো কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই মহাক্লা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক অসিবু মুহুবহ

কোলোয় চমনা খা। য়াথং পাউথী থোকনা ঋায়োংনপাপু পূমমা লৈন্তে। মমান নিংথৌ সাপি কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হনপামা। পোইরৈ মপুংয়ায়পু। লেপনা মুললুপা য়াহুং নংতে। তুপি নিংথৌ লিকলাই চিংথংখোমপা। তুপি মহাক্বথকত্তা ইতু লোইনাই চীংখোং য়াইমাপা মাপু। ফংতা সিথিথোক। য়াথং লাংথৈ থানাবাথোক-ঈঙত্তা। নপল পনখৌ নিংথৌ। ইবাং পুরিকলাই সাপি সংলৌ মথৌয়াং য়েমলাং মঙমতমকীপু। মপু কেকে থৌপাপুং। মোইরাং সাংপায়াই। নয়ু থাংচীং কোয়রেল লাইমরুকী। খোইয়ম সনা মখোঙ থাতাপু সানথমহনপানে। লাইরেল মসাপী লিনবাই ফাংলৌ মোরামপানা তুপি ফমমোইমিংতা ফম। লাইরেল ফলাং মৈত্তোংলাপাতা নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ। চীংঙু য়াইপী পাললোই ঙানপা। খোইয়ম সনা মখোঙখাকী। পোইরৈ মপল ফমপু ইনতানথিপানে। কেকে চাউপাপুং অসিপু। তুপি মাগী মহৌফমত্তাপু। লাইরেন মামা ফমকুম-পানে। মপু কেকে চাউপাপুংপু কতৌয়ককাপানো। লহাল থমলাং পায়ায়ী। ইরেং পুবায়ী তংতপান্তং। মপু য়াসোকনাহৈত্তাপাকী।

---

লৈতে। মৈদিংঙু লিক্লাই চিংথংখোম্বা মাগী লমা হাক্তন্দা য়াথং পাউ-থিথোকপদগী লোইনাই চিংথংখোম্বা মহাক্য ফংঙাইনদনা অচৌবা য়াথোক ওইরবফাওবদা নপাবুং মোইরাং নিংথৌ পুয়িক্লাইগী থৌয়াংনা মপু কেগে মোইরাং লৈবাক অসিগী মপু ওইবা চীংঙু থাংজিং কোয়রেল্লাইগী সনা মখোঙ থাদাদুম লোত্তুনা থম্বিহনখিবনি। মমামবুং লিনবাই ফাংলৌ মোযাম্বনা কংলৈ সনা ফম্বালদা ফম্বাল তোংলবদা নবুধো খোইয়ম লাইমিংথৌ মাইবি থবায় শেম্বীবা কোযরেল্লাই মাগী মথোজান্দগী পোইরৈ মৈত্তৈ ময়মদমবু য়োজখিবনি। অদুনা কেগে মোইরাং লৈবাক অসিদি চীংথোং মাগী হৌরকফমক ওইদুনা লৈবা মরম্না মৈদিংঙু মহাক্না ফমকুমখিবনি। মপু কেগে লৈবাক অচৌবা অসিদদি কৈদোয়োই। থায়না মমাংদৈ ইপা ইপু লাইওইবশিংগী তংমরক্কখা য়াহৈদি মপু য়াসোক্লহৈদে অদুম থৌরবদি মমিং মমায় শোকই হায়বা বায়মবু লোইনাই মাদি শিংদৌ শিংলিবা মহাক্তি মাহাক্লা হেম্রবু থঙলিবনি হায়দুনা কেগে মোইরাং লৈমনদি

চেংলৌ মঙম সোয়এ ঙাংপাপু। ইতু লোইনাই পায়রা ঙানপা মানা। থোইমা খঙলিপানে হায়না। তমপা বাঙম মোইরাং লৈমঙি। কেকে থোয়পুং মল্লৌ চাউনা। মপাম পোইরৈ লাংতমপা। মতু বাঙম লাংসেমপাপু খঙঙমতাম্নাপাকী। কেকে ঙাইমুংসাং। পোইরৈ ঙাইরৈপাকনে হায়না নিঙথললাপাকীপু বাহংলকয়ে। পারী লাংলেন বাপীহল। ঙাংঙাই বুম্না থুমতাপাবো। নসানৌ সেনাপতি মশেমপাক্কা। নয়ু থামপী লৈকাই লাকপা। লাইরেল চীংথোঙ সনা য়িতা কাকপা। লোইয়ম নিংথৌচামপাকা ঙাইরোইনানা। লাইরেল মৈতিংঙুপু লমওকলুম্নো। হায়না বাতানায়াপাকা। কেকে পুরিকলাইচা সেনাপতি অতোন মসেমপানা। হাওসি ঙমকা চিংনা কেকে লানমী পুমনামাপু ঙাইরোইনানা। সমু থোঙসাললকলে।

লমলেন মতাইমা। মৈদিংঙুচা নোংথোনপা। সনা চুঙসেনকোন। থোংনাং লালুপৈতা। পোইরৈ তেংকোল লিংলারে। লাইরেল মৈতিংঙুকী। তুপি হয়রাং মউসা। লাইরেল তাউচিং মহয়কোন। পনথৌ মপা মতোনসিংকা। পোইরৈ পুমনা তিননা বাতানারে। কেকে পুরিকলাইচা। অতোন মসেমপা সেনাপতি অসিপু। লাইরেল

মোইরাং লমদম অসিদ মরো তৌড়না পোইরৈনা লাংথাক্কুনা বাঙমনা নমথাক তৌওনি হাযবযু খঙজদবা মরমা কেগেগা মৈতৈগদি মতম কুইমদগী ঙাই শেল ওইনরকপা লমনি চায়না নিঙজবনা হায়লক'থ। ইপারী লাংলেন অহনবা! উবা থুন্দাবা নহাক্কা ননাউ সেনাপতি মশেমগা লোয়ননা নপু থাম্বী লৈকাইবাকপা ওইরিবা লাইরেন মাগী শাগেদা নাউদাবা নিথৌজাম্বগা লোয়নড়না মৈদিংঙ বু হরাউ তরাম্না ওক্রুবনা ফগনি চায়না বা তাম্নরবপা কেগে পুরিক্লাইগী মচা ইবুংঙো সেনাপতি অতোন মশেম্বনা জুচিংবা ওইড়ন' কেগে লাম্নাশিং পুরগা থোঙশাল্লকথি।

অসোয়বদমা থোংনাং লালুপৈ কৌবা মফমদা মৈতৈগী তোঙ্গোল লিংড়না লৈখ্রে। মফম অগুদা লাইরেল মৈদিংঙুগী মচা মমাও মপা মপল মরী মতা পুম্নমক্কা মৈতৈ অয়াম্বগা লোম্না তিরড়না বা তাম্নরে। কেগে মোইরাং নিংথৌগী মচানিপা অদোন মশেম্বা কৌবা সেনাপতি অসি

মৈতিংঙু,কা। চেংলৌ সকউমাহললাকাম্নুসে। কেকে ওাইমুংসাং। পোইবৈ মওাইরেম অচেৎপা মহাকনে। অতোন মসেমপাকা চেংলৌ সকউনারপাকাত্তি। লাইরেল মৈতিংঙু,ত্তি। য়াইপী কতৌনোংাকিপু কলহৌ নীকপিরোই। লাইরেল সমা ময়াথং। কোলোয় অমেঙপা-মাতুম। মুংসি পাওমেনমাঙৈনে। হায়না বাতানারাপাকী। পুকনিং সোঙকি লৈত্তনা। থাঙলেন নাকতা থাতা। ত্তিমেন থুং তা মুত্তানা ফগফমলিঙৈ। খুঙম সোরামচা। লাংলেন অপোষ্ট সনকুএপানা। থৌত্তু নুংপাক থকতা। পামপা বৈথৌ য়িকা। কায়বৈ নোংতম য়েনবী য়িকা। সাননা পাঙতোইনাসে হাযনা। মমু মীয়াম খোমনা য়াহৌসননারাপাকা। খুঙম সোরামচানা সমু হকথেং ফংনা মমলাঙৈ। পোইবৈ মীয়াম চঙ্মা। য়াইপী হিংথৎনানা। তামথোং লমফাই চেনকুম সাংম হল্লে। খামপী লৈকাই লাকপা। লোইয়ম নিংথৌচাংপাপুম্নুং। পনম থোংবৈ থায়কুম লাননংহললে হায়তাপারা। অসাইঙৈকী লাইরেল মৈতিংঙু,না। পোইবৈ সামত্তাকত্তনা লোননা থৌসীথিপা। পানা হুপতাই লেমপা। লোইরম অপুচামপাপুম্নুং। কেকে চাউপাপুংপু যৌহনত্তানা। পোইবৈ লানমী

মৈদিংঙু,গা উনহল্লগষ্পশি মৈদিংঙু,দি ওাই শেন মরীমতা য়াম্না মক্কবামরীান। মযম অতুনা অদোন মশেম্বগা শকা শকা উমপ্রবদি মৈদিংঙু,দি কদৌ-ঙৈদম্ব মশাঙ্গা অশাউবা পোব পিরোই। মতুগী মহক্তা সনা য়াথং অমেঙবা অঙংা বাহৈ হাকতুমা য়ামা মুংশি মুংওম্নবা বাহৈ বাতানা পাউমেন পুকমেম্নপ্রগনি হায়-তুনা লোম্না য়াফম অসি তামরতুনা অকি তুজুংবা কম্নিম্ন নাচুংদন থাঙ তা থুংত্ত থুংলাই কম্নিম্ন মাওনদনা কমতুনা লৈম্নিঙৈ সোরামচা খুঙম কোবা ময়ুম থা-দোক্ত,না লৈম্নবা লমদা কোয়চং চংলবা শনবোই গুম্নবা অতুনা নুংপাক অচোবা মথক অমদা কৈ-য়েন ময়েক ইরতুনা কৈ-য়েন শাম্নশি হায়তুনা য়য়াম যোম-শিন্নতুনা শাম্নম্নিঙৈদা লোরামচা খুঙমনা চোংশিল্লক্ত,না মশেম্ববু মমতুনা লৈম্নিঙৈদা ময়াম চঙলক্ত,না হিংথং থংনা য়াইবী থরায় লোথোকম্নে। অতুগা খাম্বী লৈকাইরাকপা ওইবা নিংথৌজাম্ববুম্ন শাদিনা মকোক মৈথামতুনা অম্নাবা ফংহনথি। অসাই য়াঙদা হায়থিবা মৈদিংঙু,না মী থঙহল্লনা লোম্না পাউ চংহনথিবা কাকংবা লোম্নম অমুজাম্ববুম্ন কেগে মোইরাং লৈবাক মৌহল্লনা

পূময়মানা। সম্মু তুংপুনমানা। পময় লানকা সানা থোথামলে। পোইরৈ মথিনাই। রাঙম ময়াং হৌ। থাঙলেন খেরাংখাং। তিমেন মখৌ হেপনা। কেকে চাউপাপূংতা হুয়েল লানতারকলে। পুরিকলাই ঙাঙোই মুংমাং তেলহৈপাতি। নোংপোক লম্নমায়ায়ঙা নোংখোই-রিপানিকিনা। কেকে মরয়পাকপু। পামপা কৈসেন লোককুম। থোয়মা নাকা থেকনাত্তা। নমু মীচঙনাতানা সোঙকিনাপাপু। পানপা চাক তাথিরাপাকী । কৈরেন মহুম তিংলাপাকুম। নমু মীয়ামচঙনা। পোইরৈ লালহৌ মোংতাকানা। কেকে কোনহুং চঙ। নমু মীয়াম চাই। কেকে লয়খোঙ কায়না। মোইরাং লৈপাক তাকহলয়ে। কেকে হীচা থোম। মোইরাং য়াইসা লৌখিবে। তনপা কেকে খুনলৈ-মানাচিংনা। য়োইপু মঙাইরোই। য়োইহৈ মহীসাংকী। থাংচৌং য়িম-লেনপী পূমনামাস্থং। পনম লয়থৈ য়েনপু। মচেং পোনতাইরকপাতুকুম। পোইরৈ লামমী থুংতা চললে। কেকে তমপা থুনলৈমাস্থং। য়োইহৈ লুমলাং অপামপী পূমনামাস্থং। স্থমাই নোংলাংতা। কংলৈ য়াথোক-তাপীনিকিনা। অরাম য়া পাংস্থ লমচংনা। পোইহৈ লানমী মাঙতং থা।

পোইরে মেতৈ লাম্মীশিং অদুন। মথুং তুংবুননানা কন্না পুন্দুনা থঙ্গোয়ে। মতম অতুদা মৈতৈ লম্মীশিংনা থাঙশাং পায়দুনা মখুত্তা তা অশাংবা পায়রগা মকম্থি হৌনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা হুয়েল লান্দারকখি মতম অসিদা কেগে মোইরাং নিংথৌ ঙাঙোই চংলাং তেলহৈবদি নোংপোক মায়কৈগী ঔরা লৈবাক্তা লৈখিবনিনা মবৈবাক মোইরাং লৈবাক অসিবু পানবা কৈরেন অথোবনা লৈবা লমদা কনামত্তনা নাপী শীংবী লেঙবা ফাওবা কিনবা অমদি মী অমত্তা চঙনদবা অদুগুম্না কিনা লৈনরয়বা লৈবাক্কি অতুবু পানবা কৈরেন্না চাক্তাথিরবদা কৈনা লৈবা মফমদু ইহাঙ হাঙহোবা অতুম্না লৈরবা মোহবা লৈবাক অসিদা মৈতৈ লাম্মীশিংনা অকনবা লালওংদা লান্দারক্কনা কেগে কোহুং চঙলক্লবদা মোইরাং মীয়াম্না কোয়চেন চেমদুনা লৈবাক কায়রদুনা মোইরাং লৈবাক তাক্লে। মোইরাংগী হী-য়াই পুন্নমক লৌখ্রে। কেগে খুঙ্গংগী লৈমরেন ওইবীনচিংবা মনাই মশল লোয়ন-চায় ওইবী থাংজিংনা কোনখিবা লমগী ইমুং খুদিংগী ইবেমশিং পুন্নমক কায়রৈ য়েন্নাউ

য়োয়পু তাঙচা লুখমচাউ। মালেম খোঙপী লয়তা য়ুংলাপাপু। কাওরেন সনকু হোইকুম খোমথরকয়ে। মপারী ঙাঙোই য়োয়তাপুং। উরা খুনতাপাম্লুং। পোইরৈ লামমী থুংতা চম। নমু মীয়াম চঙনা। মপাল খোঙলেন খৈতা। থরায় য়াইপী হিংথৎনানা। অরাং কোরৌ নোংকাহনখিরে। তমপা রাঙমলোননা। মপাম্মী লাংলেন রাপীহনপু। নোংমনথিরে হায়পাপু নাত্তারাপাতা পলেম তমপা রাঙমলোনতি। মালেম লয়তা ওনমা। তেংথা হীবহাইনানা কপখিয়ে। পারী পায়মা হুংচঙপা। তিলাং খোয়তাপা মঙপু। নপল পনথৌ নিংথৌ কেকে লয়কোয় ফমপাপু। মোংপোক লমমায়ায়তা নোংথোইথিপাপু। নপল চেংলৌ সকউতা। পলেম নমা ঐপুম্লুং। পুম্নুং লেপথঙতানা। পোইরৈ মথুং পাকতাপু করিকী লাননংলাপানো কললকযে। পামেল সাপী মাঙলমলাপাকী। তলা সাকল লৈতরাপা। পামেল উতোম-পোক। মালং মথোঙ খোনপা উকুম। পোইরৈ মীয়াম মথুংপাকতা। কোরৌ করম ঙমলোইখিরাপানোকো কললকযে। ইতু লোইনাই মচাশিংন। তুফক তুফাই চয়ম্বত্তুগুম উপায় লৈত লৈতমা মৈতৈ লাম্মীশিংগী মথুং চনখ্রে। মোইরাং লৈমরেন ওইবীগা অতৈ অতৈ লৈমথুবী অস্তোনবীনচিংবা পূম্নমক অত্নদি ঙম্মাঙ ফাওবা খোকচদবী লৈকাই পনশাং লাক্সদবী ওই-জরকপী অত্নশিংবু অতৈ অয়াম্বা থুমক ইয়কী হুপী নাহাওম্র মৈতৈ লাম্মী-শিংগী মাঙদা চৎ, মকোক মক্ক ইচাউ চাউ মথোঙ খোঙবীনা মালেম লৈবাক্তা লীক্লা লীক্লা চৎপবু কাওরেন শনগী শঙ্, হোইরকপগুম খোমগৎলরে। মচা ইবুংঙো ঙাঙোই য়োযতাপুং উরা থুম্দাবস্ত মৈতৈ লাম্মীশিংগী মথুং চনখিত্রনা মৈতৈ লাম্মী ময়াম চঙনা মোইরাং কোম্লুং থোঙজাউমক্তদা চঙনা হিংথৎ থক্নুনা নোঙ্গাহনখি। মকম অসিদা মমা ইবেম্মা পোক্লেম্বীনা মচা ইবুংঙো শিখিবগী রামোল হেক তাবদা মমা ইবেম্মা রাঙমলোননা মালেম লৈমায় পক্তা থরো থরো ওয়ত্নুনা হীক্লা হীক্লা কপচখি। ইবুংঙো ইমাগী হুংশিবা! ইমানা পুক্লিং থোয়দানা থমজবা নহাকতি নপাবুং কেগে মোইবাং নিংথৌ ঔরা থামরন লমদা লৈখিববুম্ব উনহোদা অদুপা পলেম নমা ঐহাকম্ব শেগা মাইগা হায়নহোবা নংদনা মৈতৈগী মথুংতবু করয়া চনখিদ্রনা

চীংখোঙ য়াইমাপাও। নঙস্ু করি য়ানোকো। ইপারী লাংলেন য়াগীহলকা নপিঙাপু। চৈরৈ য়াকু ফমচাউথকতা। করম য়াতামননা-পানো। নপল ঐপু করম মিংয়েং সানখৈসিপানো। সনা সেনপাক থকতা। তরা খুংপুনমাপু পিমননা। লাইচা চীনখুনমাপু য়োংমননা। পলেম পিপুকয়ুং। ইয়ু সিয়োমমাতাকী লমহৌমননায়কপাঙুকুম। খোমলাংমাতা চৈচেননাপাকুম। ভাইরোইনারকপাপু নংঙপারা। লমলোই লোয়খুন থঙতা। ভাইরী য়াথি লৈতনা করিকী লানমংখি-পানো। লাইরেল মৈত্তিংঙু। ইতু নিংথৌ লিকলাই চীংথংখোমপনা। পলেম নমা ইনিংলোম। চাখা মরীং লোইখোম্পী। তমপা ইরাংলোনপু নমান নিংথৌ কেকে পোংলেম হনপানা কাওচানয়মপাতি। হয়েং ইপারী সাংলাপাতা। নপু কেকে থৌচানপুংপু। কেকে মোইরাং লয়খোঙ কায়না। ভাঙোই লৈবাক ভাবহনপুনো। হায়নাপু কাও-চানারমতে। পোইরৈ ভাইয়ুংসাংনে। থৌচাল পুকমানমানা। কেকে ভাইরি তংনাকায়ুসে। চায়পাকীপু কাওচানরমপাপু নংঙপায়া।

অসিগুম্বা মওং অসিবু ওইথ্রবনোকো ইবুংঙো। উজাউ পাপ্পীনা লৈত্রবদা য়ণা য়াওজহিবা পামেননা মালং ফংশিং থেংনরতনা লৈম্বা উপালগুম্বা নহাকপু মৈতৈ লান্মী মন্নামগী মথুক্তা থাক্তনা করম্ম্ব কোয়ৌ নোঙ্গা ভানথ্রবনো ওন্থোকইনে ইবুংঙো। হে ইপা য়াইমবা লোইনাই কৌবও! নহাকম্ব করি য়াথল পুকচেলনোকো! ইপাদী লাংলেন অহল অসিগী নহাকদি ফমজাউ নিঙথিবগী মথক্তা হিপমিন্নতনা লৈরম্বনি, চাউরকপনি, অসিবু ননেম ঐনা করম্ম্ব য়েংসিগে। সনাগী পুখম অমত্তদা তরা চাকপু তামিন্না লাইজা ঈশিং হাপ্পা খুজাই অমত্তদগী থকমিন্নরা অমদি পলেম মমা অমগী পিবুকয়ুং অমত্তদগী নায়া ফাইবোক পোকপগুম হৌমিন্নরক্রবা খোমলাং অমত্তদা থকমিন্নরক্রবা অদুগুম লোয়নরকপত্রবু নত্রবরা! লোয়ন চান্ন ইরী ইতা করিনো ফনানো হায়বা য়াথল ইতৌ তৌরমদনা করম হায়না নোং-মলহনথিবনো। লাইরেল মৈদিংঙু ইপা নিংথৌ চিংথংখোম্বা নহাকপু পোকচবী পলেম নমা ওইবী ইরাং ঐরী লমদগী চংথিবী চাখা মরীং লোইখোম্বী কৌবীবু নঙগী মামা ওইবা মোইরাং নিংথৌ পোংলেন হনবনা নপাবুংদা

লাইরেল মৈত্তিংঙু খোংনাং ময়ামপাকা। ইতু পোইরৈ নিংথৌ হনপাকা। খোইগ্নন লাইরৈপাকত্তাপু। য়াইপী লীত্তিননানা কোরৌ নোংকাখিরে। অরাংপা নোংমাতোন। কোরৌ মখোঙচিন। অুংনাং কাউথঙকোন অরাংপাত্তা। মিংয়েং করম সানখৈরিপানো ঙনখোকয়ে। পলেম নমা ঐত্তি। চীংয়াই চাহইলেং। লময়াই লৌরুমখৈ নিংথৌপানা। মপারী নারা নাউমংচাপাপু খাইনারাকী। ঙৈরা থোঙলেন লমমাথৈ। চকপা অংকো চীংচাউরি। য়িংখি য়িয়াচাউ ত্তা চাকতাখিপাকুম। নোংপোক লয়ুমায়াইকী। নিংথৌ সমা মখোঙ খাত্তাপু নোংথোইখিয়ে। পলেম নমা ঐত্তি। ঙইমু মালুমপী। সাংত্তিং লাইনৌত্তাপীপু। খোংনাং লাংমুপা। ময়াং লাংতমপানা। নারা কোংকোইলাংত্তা হাইরৌরাপাকী। খোংনাং কংলৈ মসুমমাঙ। পোনচেং লাইচময়ুংত্তা। কোরৌ থোয়না য়েংনা নোংথোইপাকুম। পোইরৈ সমু মথুংপাকত্তা লাননংলে। সাগি ইরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হনপা। মোংপোক লয়মায়ায়ত্তা নোংথোইপারো। নঙপু চেংলৌসুং সকউনাত্তারে।

খাজরম্বদি হয়েং নঙনা মচানিপা পোক্লকপা নবুথৌশিংগী লৈবাক ওইবা কেগে মোইরাং লৈবাকপু মাঙহন ত্তাঙলকদবনি হায়নদি খাজরম্বা নত্তে। মতম কুইনগী মমাঙদগী হৌনা ঙাই শেন ওইনহুনা হুংশিননা চাম-চিম্ননা লৈরকপশিবু মরী লীতহনগঙসি হায়বগীদমক খাজরম্বা নত্রা। লাইরেল মৈদিংঙু নিংথৌরেল খোংনাং ময়াম্বা গারিবনিরাজ মহারাজগা লোয়ননা ইপুং হবুংচো নিংথৌহনবা শ্যামশাহগা অনীনা কোরৌ নোংমদোনগী চীংঙু লাইরৈবাক লমদমদা থরায় অনী শিত্তিন্ননা নোঙাখিবনি। কোরৌ নোংমদোল অরাংবগী চীংঙু লাইগী থোঙজিন ওইবা কোরৌ নোংমদোনগী লাইরৈবাক ওইবদা করম্নসু য়েংলিগদগে ওয়াকই। পলেম নমা ওইবী ঐহাক্তি চীংয়াই চাহইরেং লৈময়াই কাইথিনবা নিংথৌবনা মচানিপা অপিকপা অমা কংজর'দা হয়াউজবযু নোংদম্বগী বায়েনা মচাতু কায়নথবদা ঙৈরা খাময়ন লমগী চকপা অঙ্গো চীংজাউ নাক্তা চেল্লিবা লিংখি হুরেন্দা চোংখিবঙম নোংপোক মায়কৈয়োমগী ঙৈরাগী লমদমদবু নপাবুংতুদি লৈথোকত্রে। নমা ওইবী ঐদি মকম মাগী মত্তালোয় অরোনবীগুম অমদি খোংনাং লমদমদা

পারী পায়রা মুংচঙপান্থং থাইনারে। তমপা ইভোরমাপু। ইপল করম ওনতেসিপানো। ইতু বাওম কয়মনাপু হলরাইসিপানো। ইবু খোইয়ম লাইমিংথৌ। থুয়োন য়াংলৌ লয়পাক মপা। চৌংঙু য়াইপী পললোই তানপা। নঙপু কোরৌ পাউফামন। চৌংঙু লমসায়নবী কেকে ইপুং তাকপাপু লাননংলারে। ঙাঙোই ইরৈপাক অসিপু। করম খাইনারসিপানো। হায়না মুংসি মথৈ লৈতনা। মুংহীব ভেংথামানা কপখিয়ে। য়োইপু নঙাইরোই। য়োইহৈ থাংচীং ঋিমলেম ঙানপী পুমনামাম্ব। পিরেম খকমাতানা। কোরৌ নোংলাউখোনকুম। মীকপ-নাথিয়ে হায়তাপারা। অসাইভৈকী পোইরৈ লানমী পুমনামানা। কেকে চাউপাপুংপু। মোইরাং লয়খোঙ কায়না পনথেংলাপাকী। মানপী খকচেননাপা অতু মতমকুম। থরাই মিরেন পাই। তাঙচা ঙাইখঙনাতানা। হুয়েল লানচেনলাখিপা। নারা অখুপা কেকে পুরিকলাই। চারন য়োইরিকলাই অভেংপাকা। মসানৌ ঙাঙোই মৈরাপাকা অনিমাত্তি। পলেম পিথাংসিন। থোয়রমা নাউয়োকপী-সিংকা। সমু নমতা পো। চৈরৈ নাহোংসা। পাইখু লেংহানমামা

লৈবী ঈল লা' শাবী মরাংশিংনা শাবা লাংদা থুরবা অতুগুম লৈরবসিদা মৈতৈ লমগী কয়গুমঙ্গদা পুনশি লেল্লগা পোইরৈ রথোয়গী মথুত্তা অয়াবা মংলে। হে ইনিংথৌ! ইরাং পুরিক্লাই ঙাঙোই পোংলেন হনবা নোংপোক লমদম ওইবা ঙরা থামরন লৈবাক্তা লৈথিবও! নিংথৌ নঙগী নশকম্ব উদরে। চংশিজররা ইচা নিপাম্ব কায়নরে। বাঙমলোন ওইবী ইদোম্বনবু করয়ম্ব হনসিবনো। ইবুধৌ থোইয়ম লাইনিংথৌ থুয়োল য়াংলৌ লৈবাক মপু চৌংঙু নঙনা য়াইবী পুয়মকপু য়েনবিবা নঙবু থম্বোয়রুংদা চেৎনা থাগোয়জহনা নিঙজ শোঙ্গকবগী মহরবু মোইরাং ইমেদমসিবু কায়হন-বিমবদুম থোক্লরে। ঙাঙোই মোইরাং ইরৈরাক অসিবু করম হায়নম্ব থাইনরমসিবনো হায়না থম্বোই শোক্লা হীক্লা হীক্লা তেংথাদুনা কপচখি। কোহুং মঙ্গংগী ইবেমশিং মোইরাং লৈবাকী য়ুমথোংগী লৈমা ওইবী পুয়মকম্ব মিংঙ্গুদগী শিরাংনা অতৎপা লৈতনা শিঙ্গজগা কোরৌ থক্তা থোংবা নোংগী মতৌঙম কপ্প লাউনজখি। অনাই মথক্তা হায়খিবা মৈতৈ লাম্নী

হুয়েন লানচেনখিরে। লমলেন মতাইমা। খৌপাল লমমাহনতা সানথুপচাপাপু। পোইরৈ লানমী পুমনামানা। তাঙচা খোঙখুল লৌখিয়ে। পামেল উতোলথককী। পোনশী মকাইফমপু। সবা লুমচাই-খোকলাপাকী। চেকলা মপারীতি। সাকল তুরিক লিংঙানা। লোকলৌ পাইকুম হৈত্রিপাকী। পামেল উতোলথককী। মালেম লয়তা তানা পাইথরকপাপু। ঙাইপং নমু পোংমানা। অচেন থংলৈ য়াঙনা লোকলৌ খুতুম ফুমা। সমু খুৎনা লাকনা ফাক্লবা অতুকুম। পোইরৈ লানমী খুৎঙা চননা ফাক্লরে হায়তাপায়া। লহান মতু নিংথৌ মেনখোমপা। পুরিকলাই সনা হোঙপাতা। কেকে লয়খোঙ কায়পাকী। ময়োল নোংপাললোন। সমলা লংমাই নিংথৌ চম্নুকা। মছুইরোল থৌরৈ নোংচু অহনপা চম্নুকা। কেকে পুমমামাপু। পোইরৈ মপুং তাকনা খোমথংলকরৈ। য়োইমযাই অঙানপানা। থ ঙলোন মরাই শমলাপকী। লমলেন হয়পোক সৌতিয়ানপু নাত্তৈনানা। সিঙলেন বিয়াং পোকতা। লানলোই লমতনপা। ফায়েং নোংফাইপাতা। য়োংকুমলোন থৌরৈ

পুয়মক্লা কেগে মোইরাং লৈবাক অচৌববু লৈবাক বায়নবা শৌড়না লান্দাখিবদগী মমিৎ থক্লা ইঙাও ঙাওনা চেল্লবা শনগুম মিতুম থগৎপগা লোয়মনা কনামা কনাবু শকথঙ মায়থঙদনা হাযফম খঙ্গনা লাক্লেয়খিবদা হাওখিবা কেগে পুরিক্লাইগী মচা লায়া পীকচয়িবা মাবা অদুগা মনাই ঙাঙোই মৈরাবগা অনৌদি পলেম মমাগী মহৎশিন্না নাউয়ে কচরকপিশিংনা মঙ্গন্দা পোয়গা নাহোং শাতুনা অমদি পাতদা চাপ্লগা লেংজুমদা য়াঙ্গরুতুনা খৌবালগী লমদা লোত্তুনা লাক্লেঙবনি অদুবু মৈতৈ লায়ীশিংনা খোঙ্গুল লীয়-লীবতুনা খিখি। পামেল উগী মত্তোন্দা মহম শাজতুনা মক্লম কোক্লগা মচা ওল্লক্লবা উচেক মচাশিংগী মকোলবু কনাগুমনা মহমতবু চংইথাইবিয়বদা উচেক মচাশিংতুদি তুরিক মতু মপুংফাজত্রিবা ময়না পাহবা ঙমদবদগী মালেম লৈবাক থক্লা পোপ পোপ তারক্লবদা মীনা তাপ তাপ কাংগা খুতুম্না তোক তোক ততুনা কাখতুগুম মৈতৈ লায়ীশিংগী মথুৎ চমক্লে। লহান থামনৈ কেগে মোইরাং নিংথৌ মেনখোবা পুরিক্লাই সনাহোঙবগী হাক্তক্লা মোইরাং লৈবাক অসিনা অমুক লৈবাক কায়খিবা মতমদা মখেক্লো নোংবাললোন

নোংচু অহোংপা চন্থকা। মপাম্মী থংলেন খোমজুকনরিপা। নাবা চিনথংতোন অতোনপাপু। সাবেন য়েংমা কোননা য়াতাখিপাতা। সমু হকসাং পুনা। ইনুং সোম্বয়াইমাতা। নাবা পূমনা মাঙখিরে হায়তাপাবা। কেকে পুরিকলাইচা চারনপাকা। মসানেঁ ঙাঙোই মৈরাপাকা অনিমাতি। মযু নাবা চিনথংতোননা। খোইয়ম লাইরোই-বাই। সিঙলেন কিম্রামপোকপীতা। পোইবৈ লানমী পূমনামানা কোম্বরাপাতা। ঙাঙোই মৈরাবা অতোনপানা। থবায় মিরেম পাই। চেংলৌ মখিং ঙাওমা বাইমচরকয়ে। ইয়ু পোইবৈ লানমী অথোপাসিং। তিমেন নখোয়কী নথুংস্থপু। চেংলৌ মিংমা উপাকা সোঙকিয়ে। থাঙলেন নথুংস্থপু য়েংনা সোঙকাঙয়ে। ইয়ু নঙখোয়কী। মপাম্মী চৈরৈ নাউহোং তোনকুমপামে। নোংয়াই নাবা লোনথঙতাম্রিপা। লৈরাং মন্থং মানপা মসেননে। চেংলৌ ইপিংঙাকী। ইসক য়েংনা

---

শন্না লংমাই নিংথৌ মিংঙোল ওইবীগা মন্ত ওইবী থৌবৈ নোংজু অহোঙবীগা লোম্বনন্না কেগে মোইরাং মীয়াম পূমনকপু মৈতৈ পূম্বমক্না খোমজুন্না পুথ্রবদা কোরৌহনবা ঙমিংনা ময়ম চঙখিজুনা ঙমিংতাবরবদা লমলেন হৈপোক চীং বাংমা লানগা লৈবা শিংঙেল ক্যামলৈ পাম্বী ময়াম হৌই হায়বগী ক্যাম পোক হায়না থঙনবা লমদা ময়াম অতুনা অহিং য়ামেক্তু মা লমদলম্বা মতমদা মোইরুমলোন থৌবৈ অহোঙবা চেঙনা খোম্নাং থকয়েনরিবা মচা নাবা য়াম্না পীক্লিবা অঙাংবু মথাঙ্গ'দা কোম্না মখুংয়েংনা কোক্তুনা হীপ্রিঙৈদা মশাগা কোমনা অঙাংজু য়াওনা অহিং অদুদা পুখিজুনা পূম্বমক অজুগী মথবাই লৌখি। মতম অদুদা কেগে নিংথৌগী মচানিপা চারনবগা মনাও ঙাঙোই মৈরাবগা অনীনা অঙাং ওইবগী মাহৈ ফুংশিবা খোঙ্হোক্তা হায়জ হায়জনা শিখিবদি ক্যামপোক কৌবা মফমদা মৈতৈ ময়াম্বা কোম্বনা লৈথ্রবদা মৈরাবা অতোনবনা কিবনা মিঙন থাঙন চেনথংমা মমিং ঙক্না হায়জরকখি। হে ইপু মৈতৈ লাম্মী অথোবশা! নথুক্তা পামরিবা তিমেন তাশাং অজুম উবদা অমদি থাঙলেন ওইবা থাঙশাংশিং অতু হেক উবমক্তদা কিজবনা ইতু ইমান চুংজরে। ইপু নখোয়গী মচা অতোনবা নাহোং শানা পোনরিবা অজুওবনি ঐখোয়মু। নত্ত ওইবা মরোল খোকচত্রিবা অদুঙবা

মুংসিনিয়ো। পুম্মুং ইরেপ য়েংনা মুংওনপিয়ো মু'ঙাই মরাং কায়রা। অফ মখোই তোংচাকে হায়পাপু নংত্তেয়ে। পলেম ইমাসিংনা। হয়রাঙ ইপুক পেনতা। তাউচিং ইনিঙ থু'ত্তাপানা। পিয়েম থকমাত্তানা বাঙইচারিপা মসেমনে। হায়না বাহমচাপাপু পাউরাপিত্তাপাকী মসাপী কেকে পুরিকলাইচা চায়রপামা। মসামৌ ঙাঙোই মৈরাপাকী ঙকথি পুমলাং কোমনা বাহংলকয়ে। সানৌ লৈরাং অত্তোনপারো। পিয়েম থকমাত্তানা মীকপলাকানো। ই'ল পনথৌ নিংথৌ ঙাঙোই লয়কোয় কমপাম্পুং। চেংলৌ সকউনাত্তারে। পলেম পুম্মুং লেপথঙনত্তারে। চীংঙ্ মোংত্তমথোনপু। লমচাইকতারাপা মঙায়রে। হাওরৈ নোংচুপলা পাংপাকী। কেকে ইপল লমতা সানৌ ইপিংঙাপু সমু মায়বোনসিনসে। মালেম লয়সনা অঙাঙপাপু। য়াত্তা চীকনা কেকে ইপল লমতা ওননা। কোরৌ ঙমলোইমননাখিরাসে। হায়না পাউমেমনারাপাত্তা। নারা মুংসি থঙত্তাপা র্‌নপী মত্তৌসাপু। থরায়

নারা অঙাংশিংদুগা ঐথোয়গা অন্জানি। এথোয অনৌগী হশক ইত্তৌ য়েংবিরগা ঐথোয়বু মুংশিবিরু। ইত্তৌ য়েংলগা চানবিয়ুগবা। ঐনা হায়জরিবা অসি ঐথোয় য়ায়া চংঙাই য়াইকবা ওইনা লৈজ.গ হায়জবদু নত্তে। ঐথোয়দি ঐথোয়বু পোকপী ইমাদুনা ঐথোয়না চানিং থক্কি জবা হয়রাং চাবা কংহন্দা তাউজিং মচেৎ অমফাওবা ইনিঙ থু'না চিকচবা ঙমদনা মতম অয়াবদা মিৎলু পিরাং চেয়া লেঙবক্রবা ঙাক্তমি হায়জরদুনা ক'বিনবা হায়জববু যাবিথিদবনা মরাম্বা পুরিক্লাইচা চায়নবনা মনাউ অপিকপা মৈরাবগী মঙকশম কোল্লগা হায়জথি। হে ইবুংঙো ইনাউ অত্তোনবা পিরাং চেয়া কপ্পগদু! ইপা ইবুংঙো ঙাঙোই নিংথোস্থ চেংলৌ মশক উনদরে। অদুগা পলেম ইমা অপোকপীগস্থ মফম থঙনদরে। থোইবম নোংদমথোনবু থেংত্তোকপা ঙমদবনা লাইবক মাবা তথদুমঙায়রে। অদুনা নোংচুপ মায়কৈ পাংবদা লৈবা ইপাগী মরৈবাক মোইরাং মায়কৈয়োমদা ইমায় ইমায় ওনশিনসি। মালেম লৈবাক লৈমসিবু নারা ঐথোয়গী ইরাদা চীক্লগা ইপাগী লমদম ওইবা মোইরাং মায়কৈয়োমদা ওল্লগা শিথিরপ্রসিকো হায়না পুকমেন পাউমেয়জয়বদা নারা অঙাংবু হুংশিবা থঙদ্রবা মহোৌশাদা মীগী

মীয়ৌ থৌভা। পাম্নমা পিপুক পেন্নপা। নমু মিতমথি। লুবাং কোংকোন চে পানা। কেকে পুম্নিকলাইচা। নাবা অনিমাপু। তানথোং লমফাই চেনকুম য়াইপী হিথংনানা। কোয়ৌ নোংকাহনখিরে। তমপা বাঙমলোমকা। পলেম মমা অথুপীসিংকা। লমলেম ফুপালবা লাইকোন য়ৌরাপাভা। পুম্নিকলাই মপারী নাবা অথুপা অনিমাপু। য়াইপী হিংখংনানা। পোইরৈ লানমী মথুংপাকতা। নোংমনখিরে হায়পাপু নাতারাপাতা। হেকচাই জুংয়েং চেং। লুবাই সমতোং ফোয়। মিংকোয় লাইচা য়িকম তাউনা। তেংথা হীকহাইনানা। য়িমু থৌবাকনাপাকুম। মালেম লয়তা ওমনা কপখিরে। পারী নাবা অথুপা নঙখোয়পু। নপল চেংলৌম্নুং সকউতা। পলেম নমা য়িখোয়পুম্নুং। পুম্নুং লেপথঙতানা। হাওসি থুংতোপ মললাইপী। হাউমন লাংমা কেমবাইপা অতুকুম নাবা নত্তিক নংতনা। করিকী লাননংখিরাপানো কললকয়ে। নসাপী কোয়ৌ মথোঙচিনপু ইনত্তানখিরাপাসিংনা। নাবা নঙখোয়পু থুংচেং হংচি লাকনা লমওকঙমকাপারা। পলেম নমা

অবাবা উবগা থোইনা হেম্ন মপূক পেঙগনবা তাত্তদি। অমুম তাওনরিৈদো লুবাং শাগৈদা পোক্লবা কোদোন চেংবনা মোইরাং নিংথৌগী মচা অঙাং ওইবা অনীমত্তুবু নাচম্না চেনবা মীওম (হলোইনা পুখিবা মীওম) মফম থঙহোদনা হিংনা হিংনা মথবাই লৌখি। বা অসিবু তমফা বাঙমলোম পো ক্লবাগা অতে নৈমথুবা নৈমশিংগনা লমলেন ফুবাল্লা য়ৌংকপদা অঙাং অনী অসিবু মৈতৈ লাম্মীশিংগী মথুং চনখিহুনা হাংথ্রে হায়বা তারবদা তৌফম হায়ফম থঙদনা থগচ্চবগা লোয়ননা মকোক গ্রো খ্রো থোংনা শন্নাং কম্না কোয়না ফোয়না মিংফমদা পিরাংনা অতংপা নৈত্তনা ইম্না চেন্নহুনা হীক্লা হীক্লা তেংথাজবদা ঈবান্নয়বা মীনা শেংরু হোমফম থঙদবগুম্নগা মালেম নৈমায় থক্তা হাইহং হাইহংনা তাহুনা ওয়থোইনা কপ্লগা হায়রকথ। হে ইবুংঙো ইপারী নাবা অপিকপা নখোয়বু পলেম নমা ওইবী ঐখোমপম উনহোদবসিদি অঙাংশিংনা তিংথৌ মতানা থুদোপ কোহগা শাম্নবু শাম্নবা লোইবগা থোক হেক হুন্দোকখিবগুম হুন্দোক্তুনা ফংহুনা মাঙজখিবগুম্না অঙাং ওইবা নখোয়গী নথৌদাংমকম্ন মত্তবদা করিগীদমক নৈবাক থোগাই

য়িথোয়রপু। পোইবৈ সমু মথুৎপাকতা চনখিয়ে। হায়না পাউজমখিপরা হায়না লুখুম কানচাউ খীননা মীকপমারে। তমপা রাজমলোনকা। য়োইহৈ মঙাইরোইসিংকা। চেকশাই হুংয়েং চেং। হুংকোই সিমা যোন। কেকে মপুংয়ায়পু। পামমু সেংমাঙমতা। হুংসি থাইনাঙমতা। পোইবৈ লায়মী পুমনামাকী। সমু মাঙতা চেননা। মপাল কংলৈ পুংমায়োমপু ইনতাললকলে। লাইরেল মৈতিংঙু লোইনাই কৌপা চীংথংখোমপানা। পোইবৈ মপুংয়াইতা রাইথুংলমলে। তুখি হয়রাং ময়ুসা। লাইরেল তাউজিং মহয়কোন পনথৌ মপা মতোনসিংকা। মত্তাইরেম পোইবৈ খুনফাংথৌ। তয়ম লাইফাংথৌসিংনা রাহম-মরকয়ে। লাইরেল মৈতিংঙু লিকলাই নোং পাথং অতেংপাও। নমান তমপা রাঙফলোন। কেকে মোইরাং লৈমা অসিপু। তুপি নওকী য়োইকোনহুংতা রাইথুংহনকাহুসে। হায়না রাকংখোনকীপু। লাইরেল মৈতিংঙু হুং। পনথৌ মপা মতোনসিংকা পোইবৈ খুনমা সৌ। তয়ম নাইমা য়াতরাপানিকিনা। তুপি মতোমমামা মাই

---

পুত্রনা কোয়ৌ নোঙাঞ্জবনোকো ওঙোকপনি পেলহৌদেনে ইমানা। হান্না মাঙজোননা শিপ্রবা নয়াখা নপিশিংনা কোয়ৌ লাইবৈবাকী চঙনফম থোক-জিন্দা নথোৱবু খুজে' পায়না লম্রজিংবিবয়বা ওক্রমগদয়া। নমা ওইবী ঐথোয়মু মৈতৈ মথুৎ চনগ্রে। হায়না পাউদয়মগদ্রা হায়না মথোঙ থীগ্রা থোঙেল থোক্রা কপ্পখি। ঙন্দা রাঙমলোনগা লোযনবী ময়ামদুগনা থেয়োয় শোক্রা হায়নিংঙাই লৈতনা হুংঙাইতবগা লোয়ননা কেগে মবৈবাকপু থাদো-ক্লিংদনা থাদোক্তুনা মৈতৈ লায়ী পুমমকী মাঙদা চেনমা চেননা মপাবুংগী মবৈবাক কংলৈ পুংময়োল য়োনবা লাকয়ে। মথোয়না থু ত্রিতৈ মমাঙদা লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই চিংথংখোযনা হান্না কংলা কোয়ুংদা লৈরয়ে। নিংথৌ মাগী মপা মচা মচিন মনাউ ইবী ইতা অমদি অচানবা মনাইশিং অতুগা অঙম-অথৌ পুরমক্রা হায়নরকখি। লাইরেল মৈদিংঙু লিক্লাই নিংথৌরেল অহেনবও! নেনেম ইবেম্মা তন্দা রাঙমলোন মোইরাং লৈময়েন ওইবী অসিবু কংলা সনা কোয়ং অসিদা থুংহলগদুসি হায়মা রাকংনরকপা থারোল তাবদা মৈদিংঙু মপা মতোল ওইবশিংতা নত্তনা মৈতৈ অয়াম্বনমু

রাকন ঙমতানা। মমান কেকে লয়মাপীপু। মপাম্বী ইরাং পুরিকলাইচা। লাংচেং নেম-নেম মকারকপলিংকা। লমলেন মত্তাইমা। হাওরৈ লাইনা পাংপালম। য়োইরুমলোন কোরৌ খোংচোমচুপী। খোয়নৌ মত্তা ৬ মামা। অরাং কোরৌ নোংকালম। খোয়নৌ ইঙেল চুরাপী। লৈমা ম্নাংতৌ অত্তাউপীনা। মপাম্বী হারি খোনতৈপা। চীংনাং লাংলেপপা। কৌপা লৈথাম মানপানা লাংমাকম। চীংয়াই কোনথচা। নাবা খোয়থাউলীনা। তুম্নুং লাংপান লোইতা। ম্নুংশি মথৈ লৈক্তনা। কোরৌ থোয়মা য়েং। রাংপল পাংনা য়েংনা। কোরৌ মথলমাপু থুমনা নোংথোইহলত্র। তমপা রাঙমলোনকা। য়োইপু য়োইহৈ মঙাইরোইকা কোরৌ নোংমাতোনকী। য়োইমরাই তাউতনপানা খেনকাপা। অঙানপানা খেনচোংলকপা খুজিংতা। মমায় হাওরৈ নোংপোক লা পাংনা। মসাপী কেকে পোংলেন হনপামা। নোংপোক লয়মায়াযতা নোংখোইখিপা। নিংথৌ সনা মখোঙথাপু ইনত্তানখিপাগী। তাঙচা মখোঙথুনপু য়েং। কাচেং থাঙখোক

---

রাকম অহুবু চুম্মী হায়না শোগৎনরকপা রাকচু ওইবগা মরাম্না ম্নাদবা মফমদা নিংথৌ মথন্নতগী ওইনা পাঙ্গল খোকথিদবদগী মাতু মাদে হায়তুনা কম্হোক লৈথোকপা য়াদবদগী মনেম ইবেম্মা মোইরাং লৈমরু মচা ইরুংঙোশিং মোইরাং শলাই ওইজবা কাবক কাবক চ-চ থাংজবা ঙম্রবশিংগা লোয়ননা অরাং মায়কৈরোমদা কোরৌ খোংজোমচুবী মতা তরুকমক্সা তরাং কোরৌ নোঙ্গাখিবা লম তুং কোম্বন' তুংইনবী ইঙেল চুরাবী য়াংদৌ অত্তাউবীনা মচা পোকচবদা হারি মিংনাং ওইনা পোকখিবা কোবা ইংলেন লমদা লৈপ্রবা লম চীংয়ায়দা হোৌবা উরি অনৌবমা থম্না হোত্নুনা খোঙ্গাপ খুদিং খুরৌনবা মকমদা পুখিজুনা থমখিবনা থম্মোই শোক্সা কোরৌ নোংমদোনরু য়েংজরগা লেজবদা কোরৌ মঙান শায়খিবগী লৈচিন নোংফাইনা লুমখিবনা মফম খুদিং উব মংহন্দনা লেনখি। তমফা রাঙমলোমগা লোয়নবী কোচুংগী ইবেম্মশিংগা পুরমক্সদি ফুমিৎ খোক্সকপা অয়ুকী ম ন ম খুদিংদা মমায় নোংপোক পাংনা য়েংলগা (ওলগা) মশাবী মোইরাং নিংথৌ পোংলেন হনবনা নোংপোক্তী ঔরা লমদা লৈখিজুনা তোংদোই নিংথৌ নাক্তা চৎখিবগী

চয়সৌনাবা। তেংথা ফুংওন সকনা মীকপচাখিয়ে। অসাইতৈকী কেকে পোংলেনহুনপানা নিংথৌ সনা মথোঙ খাতা থৌখললিপাপু। ঔরা তোংতোংই নিংথৌ। রতনপুর লয়কোয় কমপানা য়াহমলকয়ে। কেকে মোইরাং নিংথৌ শ্রীচাউমপাও। ঐতি খাকী মনিনমাইপা। তুরুক তানা তাপাপু। খোংকেন লানসোকমপাকী। খাকী নেৎচৎ য়াননা। তুরুক লানয়াম কারকয়ে। নঙলু থামরন ইপুংয়াইসিতা। লোইতাম থাসিঙ য়ামনা নোংখোইরে। লাহান িংথৌ সনা ইখোঙ-খাতা থৌখললোরো। হায়না থৌশিল্লক্পা পুয়মাপু ঙাইরোইনাখিয়ো। নিংথৌ নত্তিকনাপাপু। সনা চোঙলেন পী। মানপল লাংসোই লৈয়ামপী। পোইরৈ খোঙনেৎ সামু লুরাংপাপু পীনা য়োয়চাননরাপাকা। নিংথৌ পায়মা লৌসিং থোইখিরো। হয়েং লাংহৈ কুমওললাপাকা। সনা ইরৈপাক অসিতা অমরক হলরাইরকরো। থামরন ইরুকু নিংথৌ ইথৌচান অচৌপাপু। য়োনতানা লনকুপিকে। নমোম নারা ফুংকাপিজ্যা অহেনপীপুন্থং। অচাউ লেপকারাপাকা।

খোংজুল য়েংল-য়েংলহুনা থাঙখোক চনবা চয়শুনা শোজরগা। হৌরু হৌরা তেংথা ফুংওন শৈহেক্না কপচখি। (অসাইতৈ) লহানতৈ নিংথৌ নাক্তা থৌগল্লিবা মোইরাং নিংথৌদা ঔরা তোংদোই নিংথৌ ঔরা কোন্থং মপু ওইবা তোংদোই নিংথৌনা হায়রকখি। হে কেগে মোইরাং নিংথৌ শ্রীচাউওবা কৌবও! ঐদি খাগী লৈবাক্তী লমকেৎলবা তুরুক কাঙবুতগী ওইবা লান্মীশিংগা অকনবা লানশোক ওইরুবদা খাগীগী মীওই তুরুকী কাংবু কয়ামা কারকই। নিংথৌ নচাক্‌। থামরন ঐগী ইরৈব ক অসিদা লৈরকপসি লোইদাম থাশিং যাম্লরে, অদুগী মমাঙদা নিংথৌ ঐগী ইকমদা থৌগন্নৌ হায়না থারকখিবা পুয়মক অদুম পুবিগ্নৌ। নিংথৌ অমগী হৌনবী সনা চোঙলেনগা লোয়নমা লাংশোই নত্তনা শাথৌ য়াদবা য়াক্লোই শামু লুরাংবা অমগা পীরহুনা চংশি য়াহৈ হায়নরবদা নিংথৌও। হেম্না থোইনা লৌশিং শিংবা ওইবিরো। হয়েং (লোংমৈ) কুমজা ওইরকপদা ঔরা সনা ইরৈবাক অসিদা অমুক লাকপিয়ু। মতমতুদা থামরন ঐনা হ্বা থৌজাল মত্তিক অচৌবম্ব পিগে। অদুগা অঙাং মতম ওইরিবী নচা ইবেম্মা তুজাবিদ্যা কৌবীম্ব চাউরক্লবা

নিংথৌ ঐঙোনতা কাওচানেৌ। হায়না পাউমেনখিয়ে। কেকে পোংলেন হনপা। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপামা। মযোম সমচামনি অহেনপীতা বারম মতোল লোমনা পাউমেনখিয়ে। ইমোম চীংঙ্ নরাইপকন্‌মা। মপল বাঙম নাকলু ফিয়ানমুংতা। খোইয়ম মোংতমলকপাপু চেনকাতাপাকী। নিংথৌ সনা মখোঙ খাতা। ইমোম মঙম্বু বাইথুংলাপানে। মপল মিখোয়পু তামলে। নতু ঙাঙোই লাপলে হায়রাপামুং। নিংথৌ সনা মখোঙখাতা বনপী পুন্নিং পেংনা খোৎলবো হায়রমলাপাকা। কেকে পুন্নিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। খামরন মরম্পাক। নোংপোক লয়মায়ায়পু নমতা হুননা। মরাম ওনতেরকলে। লাইরেল মৈতিংঙু লোইনাই কৌপা চীংথং খোমপামা। মমান নিংথৌ ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাপু। থিংলৌ নিঙনা তেনা। কেকে মপুংয়াইতা হুলবাইরকলে। হায়পাপু নাতা-রাপাতা। মতাইরেম লোয়য়ম তানখোং অহোঙপাচা। ফপাননতো অয়োকপাপু পাউকৌথিয়ে। ভয়ম মঙতি লহান পোইরৈ লয়খোঙ

---

মতমদা নিংথৌ ঐঙোন্দা পীরো হায়না পাউমেনখি। মতম অহুদা কেগে মোইরাং নিংথৌ পোংলেন হনবা ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবনা মযোম ইরাংলোন শমজমনি অহেনবীগী মফমদা থাকপা লৈতনা পাউমেনখি। ইপাগী ইবেম্মা শমজমনি অহেনবী! লহাল পলেম নমাগী পায়মা শিয়োম-মুংদা লৈরিবৈগী মতমদা চীংঙু মোংদম্বা মাগী মোংদম বায়েল তমখিবা অতুবু খেৎপা মাদবদগী ঐরা নিংথৌ অসিগী মফমদা ইমোম নঙগী বাইথুং ওইরবনি। নপল ঐগী ইরমদম নৌপা ঙাঙোইগী মকয়া মায়া লাপত্রে হায়না খল্লবম নিংথৌ অমগী মফমদা মাঙোইরিবীনি হায়না পুন্নিং ফাহুনা খোগল্লকো হায়রম্লগা পুন্নিক্লাই মুংনাং তেলহৈবদি ঐরা খামরম লৈবাক ওইবা নোংপোক মায়কৈগী বায়বং লমদমবু তুংওইনবম্লগা মমুম মায়কৈ তম্লকখি। মতম অসিদা লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বনা মাগী মাম্মা ইবুংঙো মুংনাং তেলহৈববু অশোয় অভাম লৈতনা মোইরাং লৈবাক-লোমদা হল্লক্লে হায়বা তারদুনা মনাই অচানবা লোয়য়ম তাম্থোং অহোঙবচা ভবানন্দ অয়োকপবু কৌশিল্লে। হে ইদাইরেম অচানবা! মহাক্তি লহান

কায়ঠেত্তা। তুপি হৈনা ইতুং ইন্ । লাইরেম সনা ইথৈ যাম্না। কোয়ৌ মোংখোইনানা চিংখোঙ পুয়োকয়ে। লাইরেল ঐপু পুকলক-পানে। মুংসি লৈথে তাপাপু তামন্না। অমা পোৎলুম নংপাপু নংমন্নানা। লাইরেল কোয়ৌ ননোংখৌ ঐকা। মালং য়েংত্তা লয়পাঙ্গুং লয়মন্না। থমকোন ওইত্তা হুমপাঙ্গুং হুম্মন্নামা। অসাম মসাইকোনঙ্গা সানথ্পমন্মাপানে। নমু মীপুম তুঙানপাপু। লাইরেন ঐনা থৌসীনিঙতে। তম্নম মচেং হুকমা ওইপা নঙনা। হাওসি ঙমকাচিংনা। ইমান নিংথৌপু লমঙবলুবো। বেকে পুরিবলাই। ইমান মুংনাং তেলহৈপা অতুপু। ইপল মৈতৈ লৈমা। তমপা রাঙমলোনকা। মাবা থোয়থাউলী। ইমু সিনয়োম্মাকী লমহৌমন্-নারকপানে। লাইরেল ইপা মৈত্তিংঙু। লোইপী লোকপু লানথপা। পনথৌ মহকসাংকুমপা মহাকনে। ইমান নিংথৌপু সায়পা ফিয়ামফ-য়োইএ। থোয়মা তুমপৌতুমকুম তুমচঙফয়োইয়ে। চোয়নৌ সনা তুলাইথকত্তা পুনা। ঙাঙোই চেৎনা লাংকোললকবো। লাইরেল

---

মৈতৈ লৈবাক অসিনা কায়থ্রবা মতমদগী হৌনা নিংথৌ ঐগী ইতুং ইনবিরগা মতম শাংনা ঐবু য়োকপি ঙাকপিরকপনি। অরাবা স্বাবস্থ তামিন্নত্তুনা খুদোংথীবা কয়া নংমিন্নরক্রবা নহাক্নি। ননিংথৌনি হায়না লৈকদ্রিবা ঐগা থানদবা মরম্না নোংলৈমতুংইন্না য়েত্তা লৈরে লয়মিন্না ওয়দা লয়রে লয়মিন্নরদ্রুনা লাকপনা আসাম লৈবাক্কী তেথাউ লমদম্নসিদা থুপমিন্নরক্রবনি। মী অতৈ অত্তোপ্পা তোঙানবা অমবু নিংথৌ ঐনা পাউথোল থা৹িঙদে। ইশা মক ওইবা নহাকনা লুচিংদ্রুনা মাম্মা ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই ইরাং হুংনাং তেল-হৈবা অদো ইমা ইবেম্মা মৈতৈ লৈম্মা ওইবী মোইরাং লৈমরেন মাগী পীবুক থাউহুং অমত্তাদগী ওইনা পোকমিন্নংক্রবঙুম হৌমিন্নয়ক্রবনি। অছুগা লাইরেল ইপা মৈদিংঙু লোইবী লোকপু লান্থবা ঙাম ঙাই মাহাকমকুহনি। অতনা মাম্মা ইবুংঙো অহুবু য়েঙ-তিংথং চঙবগী পুক্নিং চিংনহনফরে। থুয়াদা য়ুবা তুম্বৌ মচিন্না য়ুবা অতুগুম তৌহনফদে। সনাগী লোলাই মথক্তা তোংহল্লগা ঙাঙোই মায়ু নিঙথিনা কন্দুনা পোন্নহন ঙাক্কন্দনবা চৎপিক। লাইরেল ইপা মৈদিংঙু পোইথৈ নিংথৌরেনবু শকউনজবঙুম ননিংথৌ ওইবা ঐহাক্তা উনহনবিয়ু

ইপা মৈতিংঙু। পোইরৈ নিংথৌ হনপাগু। চেংলৌ সকয়েংনাপাকুম। কোয়ৌ নমোংথৌ ঐনা। চেংলৌ সকউনাহললো। হায়না লাইরেন সনা কাকোক মথুমহাং। পানা তপতাইমা। কুরা সুংতাইমাগু। তুপি সমু খুংতা থুমনা। পানা খুৎসিনামা য়োইচাননাখিরে। কাওরেন খিকলেনমুংকী। সনথোম লাইচা ঙৌথুম থোইপা। চোয়নৌ সনা সেনতেংকোংপু থনমা। লাইরেল মহক কোংকায়গু। তুপি সমু খুংনা পীনা। পাউমেন য়াথং থোকখিরে। মতাইরেম ইরেম তোইপী মস্ত। লোয়য়ম তানথোং অহোঙপাচা। কপাননতো অয়োকপানা। সমু চাংচৌ চেপনা লোননা থাকৎচখিয়ে। তুপি লিকলাং নপাউমেন। লাইরেল সনা নয়াথংনা। নমান চেংলৌ সকউমাপাগু। নয়ু থোইয়ম লাইয়িংথৌনাচিংনা। য়োনতানা লনকুপিস্নুনো। নমান নিংথৌ কেকে লয়মাপাগু। নতাইলেম ঐনা চীংথোং পুয়োকলুকে। ঙাঙোই মাপু পুখংলুকে। হায়না পুরুমলমলাপাকা। লোয়য়ম তানথোং অহোঙপা চাতি। পোইরৈ লোয়না মরুপ লেংতিনপাসিংপু। হাওসি ঙমকা চিংনা। সমু থোঙসানখিরে। লাইরেম মৈতিংঙুকী। তুপি হয়রাং মউসা। পনথৌ মপাতোনসিংকা। পোইরৈ পুমনা তিননা থাতানারে।

---

হায়না নিংথৌ সনা থাগোক মথুম হাংলদুনা নিংথিরবা পানা খুদপগু মখুত্তা তুংশিনা শিন্নদুনা পীবিরে। অদুগা কাওরেন শনবীগী শঙ্গোম অহাউবা অদু সনা তেঙ্গোৎ থন্না হাপ্লগা মৈদিংঙু মশামক্না পুরক্লগা মদাইরেম অচানবা ভবানন্দগী মখুত্তা পীরদুনা সনা য়াথং অসি তাকপিখি। মুরাং শলাইদা মাউদাবী ইরেম তোইবী লৈমগী মস্ত ওইবা লোয়য়ম তাম্থোং অহোঙবা ভবানন্দ অয়োকপনা শমু চাংজৌ চেপ্পা নোঙ্গরগা হঙ্গচখি। হে ইনিংথৌ! সনা নয়াথং মতুংইন্না নমান মোইরাং নিংথৌবু উনবা কংননবা চীংঙু থোইয়ম লাইনচিংবা পুন্নমক্না শোয়দনা খোজানবিলস্থ। নমান মোইরাং নিংথৌ অদু ননাই ঐনা ঙাকচ শেঙ্গরুগে, ঙাঙোই মাবু পুখচ্চরুগে হায়রদুনা থুরুমজরম্লগা লোয়য়ম তাম্থোং অহোঙবাচা ভবানন্দনা মাগী মরুপ মপাং তিন্ন-তোৎনবশিংগী মুচিংবা ওইদুনা মোইরাংনিংথৌবু ওকপা চৎখরে। মতম অসিদা মৈদিংঙু নিংথৌরেলগী মপা মতোল মরী

কেকে মোইরাং নিংথৌ। ঙাঙোই লয়মাপা অতুপু। নমু মীমাচম অরায়পাপু য়নৎতে। চীংঙু লনকুনানা নাউনৌরাপা। থোইয়ম মসানঙমকুমপা মহাকনে। পায়মা লৌসিং থোইনা। য়েনলাং থৌরাং চাউয়ে। সংলৌ ঙমতম সোয়তে। পায়মা মাকী পিশুক থুংকে। হায়না নিঙথললাপাতা। তনপা কনা মমাঙ থাঙমতে। নমু পোং-ঙইপা করমপানা। সমু মমাঙ লেপঙমতে। কেকে মরয়পাকমুং। পোইরৈ ঐথোয়না। মোইরাং লয়পাক তাকহললে। মপারী পায়মা মুংচঙপাসিংস্থু নোংমলহললে। হায়না বাতানারাপাকী। হয়েং পোইরৈ ঐথোয়পু চেপনা হাই। বাঙম মীপুমপাপু লৌরাউনে। তুপি সনা মথোঙথাপু য়োহলকায়সে হায়না। নাপ্পাচিকনা বাতান-নারে। পোইরৈ যুমিং তিনতানা। কাওরেন লীতং সনকুমপা। থুঙম সালামচাকা। লুবাং কোনচেংপাকা অনিমাপু পাউকৌথিয়ে। লাইরেল সনাময়াথংনে। ইমান কেকে মোইরাং নিংথৌপু। পোইরৈ ইপুংয়াই অসিতা য়োকরোইএ। বায়মং লমমথাঙতা মাহলও। লাইরেম সনা

মতাশিংগ। মৈতৈ পুয়মক্তা তিরতুনা লোন্না বা তান্নরে। কেগে মোইরাং নিংথৌ অতুদি ইচম চম্বা অরায়বা মী নত্তে। চীংঙু লাইগী থৌজাল ফংনা পোক্লবা থোইয়ম লাইগী শাইওনগুম্বা মীনি। লৌশিংদা থৌরাংদা মানা তৌবা থুদিং শোয়বা নৈরক্তে। মহাক্লবু করিগুম্বা অমা ঙমগে হায়নবু নিঙগ্রবদি কনাগুম্বা অমত্তনা মমাঙদা লেপ্পুনা মায়য়োক য়াবা ঙমদ্রিবনি। করম্বা মীওইনম্থ মমাঙদা থাঙবা ঙয়দে। অতুনা কেগে মরৈবাক অতুবু পোইরৈ মৈতৈ ঐথোয়না মোইরাং নৈবাক তাকহনগ্রে। মুংশিনা থমজগ্রবা মচানিপা-শিংস্থ হাক্তোকগ্রে অতুনা নৈবাক অসিদা হেক থুংলবদা পোইরৈ মৈতৈ ঐথোয়সে অমকাওবা থাক্লমদনা চিথবা নৈতনা পোইরৈ নৈবাকসিবু হাইররগদবনি। অতুনা ইনিংথৌ সনা নাক য়োহলগহ্লি অমম্না লোম্না বা তান্নগ্রে। মতম অতুদা কাওরেন শনবোইগুম থৌরী ভত্তুনা চংগ্রবা মলিঙ তম্নবা সোরামচা থুঙমগা। লুবাং কোঞ্জেংবমচাগা অনীমকপু কৌশিল্লে। অতুগা হায়খি ইমান কেগে মোইরাং নিংথৌ অতু মৈতৈ নৈবাক অসোমদা য়োহল্লগহ্ হান্না সনা য়াথং হায়রক্লে লমথাঙদগী হলহনগ্রো অতুনা সনা

ময়াথং। কোরৌ চীংহয় কাপকুম হনক্তাপা মহাকনে। হায়না ফপাননতো অয়োকপাতা হায়ও হায়না থৌশীখিরে। লোয়য়ম তানথোং অহোঙপাচা যায়রং মতাইমা। তুমু মপুংয়ায়তা ফায়েং নোংফাইরঙ্গেপু তানক্ষংলুরে। খুঙম সলামচানা। পনথৌ মপা মতোনসিংকী। কোলোয় মতিনমেন। লাইরেল সনা ময়াথংনে। হায়পা যাপু থাকলৌত্তানা পাউতমলাপাতা। লোয়য়ম তানথোং অহোঙপাচানা। লাইরেল সনা ময়াথংপু থাচিকখিয়ে। পোইরৈ লানমী মথিনাই। রাঙম মরাং হৌনা। হুয়েল লানচংলকলে। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই ফুংনাং তেলহৈপানুং। চকপা অংকোযিপু। লাইচা ইরাংমাপু লাননা। ঙংকো চীংচাউ সম। চী'থোং পোইরৈত্তোন: মমা লয়মুং পিয়াইমুচা। তেকপি ওকথোক থোংনা লাংওললম। ওকত্তোং লমমাহনতা। পোইরৈ লানমী পূমনামাকা। থোয়মা মায়য়োকনারে হায়তাপারা। নমু পোংনিংথৌপু ওইনা পোকলাপাতি। চীংঙু মসানওননা পোকলকপানে। মিংয়েং খানা যেংফ'তে। চেংলৌ মিংসনা থমপানতা। সমু থূংনা থিললাপানু'। সমু খৃংপু লোমপানে। নিংথৌ সমু

য়াথ' অসিদি হীক্তোকফন্দ্রবা য়াথংনি হায়না ভবানন্দ অয়োকপগী মফমদা হায়বরো হায়না থাখি। মতমতুদা লোয়য়ম তাম্থোং অহোঙবচাসু যায়য়ং লমদমগী শেনবি তুমু লমদা অহি' য়াংক্তেনা কৈয়িইঙদো ফ'নখ্রে। সোয়ামচা খুঙমা মৈদিংঙুগী মপা মং'োনশিংনা হায়রকপা যারোল পূমমক অতু সনা য়াথংনি হায়রতুনা অমত্তা িথবা নৈতনা ভবানন্দগী মফমদা পাউদমবদা তাম্থোং অহোঙবচানা মৈদিংঙুগী সনা য়াথং অসিবু ওস্থোকহনকো হায়না মথা চীক্লা থাঙথি। মতম অতুদা মৈতৈ লাম্মী পূমমরা মথুম মরাং হৌনা হুয়েল লাক্লংলক্লে। মতম অসিদদি মোইরাংনিংথৌ ফুংনাং তেলহৈবদি চকপা অঙোচীংয়াদা চেনবা নিংথি তুরেল যাংমা লাল্লক্কুনা অঙো চীংজাউ শল্লকগা চী'থোং পোইরৈত্তোন পিয়াইহনা পোকপনা তেকপি ওকথোকনা লাংওন লমনি হায়বগী ওক্তোং হায়না কৌনবা লমদা মৈতৈ লাম্মীশিংগা মায়য়োক্লখি। তাইবং মীগী নিংথৌ ওইনবু পোক্লবদি লাই মাগী শাইওম্নি। মিংনা শংশং য়েংফদে, নিংথৌ মাগী মিংম্না থম্‌লা মানবদা

মহুকসাংতাপু। তিমেন তাৰৈ চঙফাত্তে। লাইসনা কাকথৈ য়িপু। নিংথৌ সনা মহুকসাংতাকী। য়ীঙাং মালেম লয়ত্তা তারাপাতি। লোইমোম চাথং লোময়ে। মালেম লয়পাকসুং মতাকয়ে হায়পাপু। থমলাং মপা অমনপা। পুরেন মমায় য়োনথোকখিরাপাসিংনা। রারম মরেং সীংনা হায়রমপাপু। থঙহৌতানা ইরেং মপু অকেমপা। লাংলেন মথা চাউনারাপাসিংনা রাহমলকপাপু নাতাহৌতারাপা। খুরাই অথাক কাও। লাংলেন অপোই সনকুমনা। য়াইথোং লাকপা থৌপু। থমমুং বারক খিতানা। থুঙম সালামচাকা। লুরাং কোনচেংপাকা অনিমানা। কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই সনা মহুকসাং। পুমুং লায়োন খোককুমপাপু। চোয়কৌ সনা তুলাই থককী। তানথোং লমফাই চেনকুম। মালং য়াইপী হিংথৎনানা। কোরৌ মোংকাহনখিয়ে হায়তাপারা। লোয়য়ুম তানথোং অহোঙপাচাকা। পোইরৈ লানমী পুমনামাতি। থিংলৌ নিঙনা তেনা। বায়রং লমসাঙ ইনমা। মরান ওনতেরকখিরে। পুরিকলাই তুলাই মথূনেং অত্তেংপাকা। নিংথৌ পোৎলোয় পুমনামাপু পুনা। লাইরেল সনা মখোঙ থাত্তা। কৎনা

শমু থূংনা মপা লাক্লা খিল্লবম্ব শমু মথূং লোমবনি। নিংথৌ সনা হকচাংদা তিমেন তানম্ব থিনফদে নিংথৌ সনা হকচাংদি লাইজা মবেঙ্কোগী ঈরিক চাদা ওইবনা ঈঙাং থোক্লা মালেম লৈবাক থক্রবু তায়বদি তাইবং চিঙ্গাক লোইরে, চাক্তোন-ফিদোন লোম্বনি অতুগা লৈবাক অতম্ব মাঙ-তাকপনি হায়বা বাফম অসি থায়নগী শিখিবা ইপা ইপু লাইওইরবশিংনা মালেমসিবু থাদোক্তুনা কোয়োথক্কা কাখ্রবশিংনা মথং মথং হায়রম্বা বাফমজুবু ইপা ইপলশিংনা তাহৌত্ৰবা খুরাই লমগী অথাকপা শন শমবোই ওইনা মপু পান্দনা বারক থোদা লৈত্রবা সলামচা থুঙমগা লুরাং কোঙ্গেংবগা অনীমক্লা কেগে মোইরাং লৈমাবাগী সনা হকচাং নিঙথিবা লফু লায়োন খোক্তুম্বা নিংথৌবু দোলাই মথক্কগী মফম ইথঙ থঙহৌদনা য়াইবী থবায় হিংথৎ থৎনা কোরৌ মোঙ্গাহনখি। অসিগী তুংদা তাম্থোং অহোঙবচাগা পোইরৈ লাম্মী পুমমক্কা পোইরৈ মৈতৈ মায়কৈয়োমদা চনিঙতানা হল্লক্তুনা মোইরাং নিংথৌগী তুলাই খোঙনেং নিঙথিবগা নিংথৌ ফিজেৎ পোৎলোই

য়াইথুংলারাপাত্তা। লিকলাই য়াঙম লয়মাপা। লোইনাই কৌপা চিংথংখোমপানা। মমান কেকে পুখিকলাই। ঙাঙোই পোংলেন হন-পাকী। তুলাই মথুংনেং অতেংপাকা। নিংথৌ পোংলোই মসিঙ খুপা। পুমনামাপু চেংলৌ মিং খিংলাপাত্তা। খুংসি মথৈ কংলাপাকী। লাই-রেল য়াইপী কলহৌনীক। থাঙলেন খুংতাসু। তুপি হেসোন নীকনা ভয়ম কপাননতো নঙোনত্তা। ইমান কেকে নিংথৌপু। য়ায়রং লমমা-থাঙমাত্তা। য়াইপী থবায় মাঙকললো। হায়না মমু কনানা য়াহমথিপ য়াপু লৈপাকী। ইমান চেংলৌ সকউহনত্তাপায়া। কোলোয় কনাকী য়াথং তামা। ইমানপু কোয়ৌ ঙমলোইহনখিপানো। পলেম মমা পোকমাপীকা নাউনৌমননাপা। মকু থবায় মাঙহললাপাকা। পোইরৈ থুননিংথৌপু ওইয়ে হায়পাত্তি। লাইরেল কোলোয় ইমিং থীয়ে। য়াঙম লৈপাক ঙাকনা। পোইরৈ থুননিংথৌপু ওইঙমলায়োইত্তা। তুপি ইপাচা কনাকুমপাপু। পোইরৈ লৈপাক ঙাকহৌনপাপু থলহৌঙ। হায়না লাইরেল য়াইপী কলহৌ নীকনা। য়া ত্তাখিখিরে হায়ত্তাপারা।

মণীংশুবা পুক্রমক অদু পুরক্ক্না মৈদিংঙু চিংথংখোম্বগী সনা মথোঙ খাদা কংলয়ে। মতৌ অদু উবদা মৈদিংঙু লোইনাই ছিথংখোম্বমা য়াগী মাম্মা ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ পুখিক্লাইগী দোলাই মথুনেংকা নিংথৌ ফিজেৎ লৈতেং নিঙথিবা ময়াম অদুবু মমিৎ থীংনা উরবদা পুকনিং চুংশিবগী মথৈ ফংবগা লোয়ননা মৈদিংঙুনা য়াইবী কঙ্গাউ থোক্না মা থাঙলেন থুংনা ফংনা পায়রগা মৈদিংঙুনা অশাউবনা লুত্তোন কাবতুনা হায়রকথি। হে ভবানন্দ! মঙোন্দা মাম্মা ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌভু য়াররং লমদমগী লমথাঙলা কনানা য়াইবী থবাই লোথোকলো হায়বদগী মাম্মা ইবুংঙোদু ঐগা শক উনহন্দ্রিবরা? কনাগী য়াথং তাদুনা মাম্মা ইবুংঙোদু কোয়ৌ খোঙ্গাহনখিবনো। মমা ইবেম্মা অপোকপীনা ঐগা লোয়নমা য়োকপি থাকপিররুবা ইদু ইবুংঙো অদুবু থবায় মাঙহনগা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক অসিগী নিংথৌবু ওইয়ে হায়রবদি নিংথৌ ঐগী মিংচৎ অসি থীরগনি। অদুনা মৈতৈ লৈবাক অসিগী মপু ওইদুনা লৈবাক ঙাক্কনা লৈবদি ঙরোই কনাগুম্বা সিংথৌ ইপা ইত্তোলশিংগী মরক্তগী নিংথৌ ওইবিহৌদবা অমা

মুত্তাইরেম লোয়ুম্বম তানখোং অহোঙপানচিংনা। হুয়েল লানচিংপা পুমনামাক্তুং। নিংথৌ বারক মক্তিকনাপাপু বারকনাখিরে। তুপি হয়রাং মউস্যা। পনথৌ মপাত্তোনশিংনা। লাইরেল সনা মখোঙ থাত্তাপু। মিনম লাংথাক য়েৌঙমলোইরে। হায়না নিঙথললাপাকী। মানপি খুতেকনানা। মুকম্ম লৈত্তোন কোননা ব্যাকৎচয়করে। লাইরেল মৈতিংঙু। লিকলাই রাঙম লয়মাপাবো। নমান ঙাঙোই লয়কোয় কমপাতুপু। সংলৌ খৌরাং চাউরে। নমু পোংঙইপা কয়মপানাক্তুং ঙমকাতে। কোলোয় হকথেংমানা। পোইরৈ চেপনা হাইনা। রাঙম পূমনা। লোইনারাকানে। হায়পাকীপু লাইরেল সনা য়াথং ইনতানা লোইরু-পানে। হায়না বাকংচারাপাকী। লাইরেল মৈতিংঙুক্তুং তুপি মপাচা-সিংকী। সংলৌ মথৌরাংনা। ওইঙমলাপাকীপু। উনপী পূকনিং তেনা। লাইরেল য়াইপী কলহৌ নীকপাপু চয়রংখিরে। লাইরেল মৈতিংঙু। লোইনাই কৌপা চীংথংখোমপানা বাহমলকরে। ইমান চীংখোঙ য়ায়মাপা। ঙাঙোই মপারী স্যামচনত্র মঙপু লাউবো। কেকে পুরিক-লাই মপাচা। ঙাঙোই ময়েললুসিংকা ঙাইরোইনানা। নপল পনথৌ

থনবিহোরো হায়দুনা মৈদিংঙুনা কহিথোক্না শাউনা হায়রকথি। অদুগা লোয়য়ম তাম্থোং অহোঙবচানচিংবা লাক্লিংবা পুয়মক অদু খিগত্তুনা নিংথৌগী সনা য়াথং ওইবা অকনবা পত্তি পীদুনা বারক্লথি। মতম অসিদা মৈদিংঙুগী মপা মক্তোল ওইবা পুয়মক অদুনা নিংথৌগী সনা মখোঙ থাদা চঙজরদুনা মিনম্বা রাঙাং অমদি বাহৈনদি মারমোই হায়না থরুদুনা খুক খুদক শনশানা মালেম লৈবাক থক্তা তানা অচৌংবা অত্তপ্পা মতেক ওইবা বাহৈগী খোম্বাংনা হুঙচ্চরকথি। হে ইবুংঙো! মৈদিংঙু নিংথৌরেল! নমান ইবুংঙো ঙাঙোই নিংথৌ অলো য়াম্না লোশিং শিংবা খৌরাং হৈবা মীনি। মানা তৌবা থবক্তা কনাগুম্বা অমনম ঙম্মগ্রিবা মীশক্তি। মহাক লৈবদি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক অসিদি লোইনা তুয়া মাঙলবগনি হায়না থমক্তবদগী সনা য়াথং অদু ইন্দদুনা লোইশিঙ্গবনি অদুম হায়না হক্চরকপা য়ামোল অদু তাবদা মৈদিংঙুনা অসিদি ঐগী ইপা ইচা ইতোলশিংনা তৌবা খৌরাং ওইরেকো। হায়না থমদুনা পুকনিং ক্লাথরকপদা শাউরবা পুয়মক অদু

নিংথৌ। ইমান কেকে লৈরমাপাপু। বায়রং লমমাথাঙতা অবাং কোয়ৌ নোংকাখিপা। নিংথৌ সমু মহূকসাংপু। চকমোম থামপী মৈচাক ইননা অমন পিথোমলুরো। হায়পা যাহুমথোনকী। কেকে পুরিকলাইচা। স্যামচনত্র লাংচেং মথোকলকপাপু। লিকলাই মপাচা। ঙাতোই ময়েলনুসিংকা ঙাইরোইনানা। হাওরৈ নোংপোকলা প্যাংপালম। বায়রং কোনকালমপু ইননা। ওকতোং মপুংয়াইপু নাইতেনানা। কায়ৌ নোংকাকম। বায়রং লমমাথাঙমাক্তা য়াইথুংলুরাপাকা। থাঙলেন নাপলহাই। কাচেং য়োংহকচন। মালেম লয়রুম সেম। সিঙপী ঙামচাঙ পৈরাপাকা। পুরিবলাই সমু মহুকসাংনা থকতা থোং। মালেম লয়রোনহুংতা। লময়াই খিংকোল লাইস্রাপিচা য়াহিপনানা। লয়নুং সনারেমপী য়াঙানঙৈকিপু। লয়মু মমা থোঙহাংনানা সানকোংলাপাকা। নিংথৌ সমু মহকসাংপু লানচা লানতেংথোই। অমন নাংকাফি। চৈরৈ ফিঙৌ অঙৌপানা। চৈরৈ ফি থোললাপাকা। সিঙপী ঙামচাঙ থকতা হাপনা। মপারী স্যামচনত্র অহেনপামা।

---

তোকথরে। মৈদিংঙু লোইনাই চিংথংথোম্বনা হায়রকখি। হে মোইরাং নিংথৌগী মচা ইবুংঙো য়াইমা ওইবা ইমান শ্যামচন্দ্র কৌবা। নহাক লাউ' মাম্মা ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী মপা মচা শাগৈগী ঊরী ওইবশিংগা লোয়ননা নপাবুং পঙ্খৌ মাম্মা ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌহুবু বায়রং লমথাঙ অমদা য়াইবী থরাই থাখিবগী সনা হকচাং অহু বজ্র তোহুনা সংস্কার তৌরু। অসুম হায়ব' সনা য়াপং অহুগী মতুংইন্না কেগে মোইরাং নিংথৌ মচা য়াইমব' শ্যামচন্দ্র পাখং ওইরক্লবনা মৈদিংঙুগী মপা মচশিংগা মোইরাং নিংথৌগী মপা মচা ওইবশিংগা লোয়ননা নোংপোক মায়কৈয়োনগী বায়রং লম মতুংহন্না চংলগা ওক্তোং কৌবা থুন্দুবু লাম্ফোক্লগা মোইবাং নিংথৌনা থরায় থাখিবা মফম বায়রং লমথাঙহুদা হেক থুংবগা মথুক্তা খাঙপাং পায়হুনা নারক নোংপোং য়ান, য়োংশাক পায়হুনা মালেম লয়মায় তেম্নগা ঊগী খুং ময়ায়া মরোল লাইনা পৈথংলগা মথক্তা মোইরাং নিংথৌগী সনা হকচাংহু থাকতু না থমলে। মোইরাং নিংথৌগী সনা হকচাংহুদি মালেম লয়থাহুদা লৈবা ডিম্বোক অী থাংদবা অহুনা লমথাদা মথমতা লেঙদনা ভূমিন্না লৈবঙমবদা

চক্নমোম থামগী মৈকা কোয়না। অমন পিথোমলাপাতা। নিংথৌ তাঙচা লুরেনতোনকী। লাইপক থেনলাইথোং। সরা লুমথাংথৌ অপানপাপু। য়োইপু নোংলৈমা মথুংসা। চৈরৈ পসোং অঙৌপাসং য়োমনা। পুরিকলাইচা স্যামচন্দ্র অহেনপাকী। সমু ঙকতা কিনা। পোইরৈ ওনতেরকলে। লাইরেল সনা মখোঙ থাতা বাইথুংলোরাপাতা। লাইরেল। মৈতিংঙুনা রাহমলকয়ে। ইমান নিংথৌ কেকে লয়মাপাকী। সরা লুমথাংথৌ অপানপা অসিপু। ইমান কেকে মোইরাং লৈমাতা পিক্করো। হায়না রাহমলাপাকা। হাওরৈ লাইনা পাংপালম। চৌংয়াই কোনথা চা। মারা খোয়রেনথুমতা। নোংথোইরিপী। তমপা সন মখোঙ থাতা বাইথুংলুরে। তমপা বাঙমলোননা। মসাপী ঙাঙোই লয়মাপাকী। লাইপক থেনলাইথোং। সরা লুমথাংথৌ অপানপাপু। চৈরৈ পসোংমুংতাকী লৌনা। থীকলেন থাতাবোন। মালেম লয়রুা ওননা। লুরাই সমতোং কোয়। থীকলেন থাকাফু। মিংকোয় লাইচা মিংকমতাউ। মুংসি হনবং ঙমতানা। হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপথিয়ে। সাপী ইরাং পুরিকলাই। তমপা কোরৌ ইনোংথৌ।

---

লৈবাক তৌরকপদা হেক থেংনবগী মতৌ গুম্লবা সনা হকচাং অহুদা শিগুম-ফি নিঙথিনা তৌপ্রবা ফজরবা ফিজোল থোক্লগা উপীনীং অচৌবা ময়ায়া মরোল মরোল রাংনা পৈরিবহুগী মথক্তা থাদংলে অদুগা মচা ইবুংঙো শ্যামচন্দ্র অহেনবনা মথক্তা মৈরা পায়রগা মৈ কোয়দুনা থাদী মৈত্রেং অয়াবদা কংলগা মন্ত্র সংস্কার তৌজখি। মতম চানা মোইরাং নিংথৌগী ননা হকচাংনা থাদী মৈনা চাকথেক্লক্লবগী মতুংদা লাইবক্তী শরু (অস্থি) শরা লুমথাং অঙৌবহুবু কোক্লং মক্লংগী ইরেম্বা নোংলৈমানা শাবা অঙ্গৌবা ফজরবা ফিনা য়োম্লহুনা কিরগা মচা ইবুংঙো শ্যামচন্দ্রগী মঙক্তা হক্লগা মৈতৈ লৈথাকলোমদা হক্লক্লে পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগী সনা নাক্তা হেক থুংলবা মতমদা মৈদিংঙুনা হায়মকাখি। ইমান কেগে নিংথৌগী শরা লুমথাং (অস্থি) নিঙথিবা অদো ইনেম ইরেম্বা মোইরাং লৈমরেন ওইবীগী মফমদা পিক্করো। হায়না সনা য়াখং হায়রক্লবদা ময়ায় অরাং শাংনা চংথিদুনা কোম্বা মায়কৈরোমদা চংলগা মথং মথং চংথিবনা থুকথুলদা লৈরিবী তম্ফা বাঙমলোন মোইরাং লৈমগী মনাক

মঙদি নোংপোক লম্বমায়রকী। নিংথৌ মখোঙ থাজা। নোংথোইরুপাপু সমা লুমথাংখৌ ওইশাপু। তমপা নসানৌ ঐপু ইনরাললকপাত্তি। মতাইরেম কেকে চৌংথোং পুয়োকলোই। ভাজোই পুকনলোইসিংপু জাইথোইনাতানা। ওকজোং মপুংয়াইজাপু কজৌরমপানো। নিংথৌ অবা হুইবাং সোননা। নোংপোক মৈনা থেংপাকী। সেনপী লাইনা লাইকানারাপায়া। সেনপী কপোলাই। চকপা সবাং বিসিলাই। মাওয় খুনজোন লাইনা লাইকারাপাকীপু। পলেম নমা থয়োইরোল। ইমান লোয়য়মপা চম্বুপু। পলেম কোলোয় মিংথোং ফাননা। হয়ু মহুং সংমা পিসোনপিরমলাপাবীপু। সেনপী মপুংয়াই। ওকজোং মলাইকোনজাপু নোংথোইরাপায়া। কেকে নয়য়পাক। ভাজোই নকাইফমজাপু বাইথুংজপাকী। খুয়োন য়াংপা নয়য়নেং অতুপু। কেকে লয়থোঙ খুনলীরকপায়া। তংপা নসানৌ ঐহাকত্তি। য়োইপু

য়ৌথরে। তন্দা রাঙমলোননা মশাবী মোইরাং নিংথৌগী শরা লুমথাং নিঙথিবা অদু য়োমলিবা চরৈ ফিজৌ অদুদগী লোথে কগ। মথাদা কোয়রগা মা.লম লৈবাকথক্তা থয়ো থরো ওন মশয় মনা পত্রং পত্রং ফোয় মথবাক থুদুমঙ মিংকম পুয়া পিরাংনা খুমবদা হৌক হৌক লাউবা নিংশানা মপুং ফানা হোনজমত্রবগা লোয়ননা থোক্লেম পোয়া কপচখি। হে ইবু জো পুরিক্লাই তমফা ঐগী ইনিংথৌ নহাক্তি নোংপোক মাংখৈরোমদা টংবা ঔবা নিংথৌগী মনাক্তা লৈখিবনু শরা চমথাং ওইনা নশানৌ ঐগী নাথু। য়োবকপদি নচা ননাউর্পিং নঙনা যেক্রম থংপ্রবা নঙনা কনবিতার্কিপরবা কনা অমফাওবম লোয়নখিদনা ওন্ত্রোং হুজং অদুদা কৈফোংখনো। নোংপোক মায়কৈরোমদা লৈবা থোইবম মক্তবা করম্নগা লাইওরদুনা অবা শোয় নিংশানা চনিঙ লৈথৈ তথদগী নত্রগা সেনবি কবো লাই চকপা শরাং কিশিলাই কয়থু লাইওক্লবদগী য়াঙয় খুন্দোল লাইগা লময়ওরদুনা লাইয় চৈথেং কংবদি নয়া হবেম্বা ইমেম মোইরাং লৈমা ওইবী থুমন চহু কোলোয় মিংলেন শোমা হা ইমা ইমা হায়না অরোয়বা বাইহ থোয়াংশোয় ওক্তোংলয়দমহুম্বু কোয়ৌ নোঙ্গায়বমা। ক্লেগে মোইরাং নরৈথাক ভাজোই মন্না নংকাহুংহুবু কদায়নো থুয়োল ইয়মদমহুবু কদায়নো হায়মা লৈবাক

ইঙাইরোইসিংকা। মালেম থোঙপী লয়থৈ য়েং। অরাং কোয়ৌনা থনপাকুম মুংসিঙমথৈ হায়ঙমতানা নোংথোই ঙমপীনে। তমপা কোয়ৌ ইনোংথৌ। কেকে লয়কোয় ফমপা মঙকী। লাইপক খেনলাইথোং। সরা লুমথাংথৌ। লৈরাং অতিংঙানিকুমপা সিপু। লহান নারা নথুঙৈ। পলেম নমা খয়োইরোল। লোয়য়মপা চত্না। কৈরা ভানতা থোংনা। তোয়না পাউতোইচাপাকুম। সাপী সরা লুমথাংথৌ। লৈরাং অতিং-ঙাকুমপাপু। চেংলৌ মিংকুপ মরমপু তোয়নাখিকে। চায়না তেংথা মিকপ। থোনচেল থোকনা কপথিরে। লমলেম মতাইমা অসিঙ্গং। য়োইরুমলোন কোয়ৌ খোংচোমঙ্গুপী। মতা তরুকমানা। হাওকু মমানমচাসিংপু ঙাইথমলাপাতা। হাওকু লোইনাই সাফাপা তরুকমাপু ঙাইরোইনানা। অরাং কোয়ৌ নোংকাকমসিতা। নসানৌ ঐস্থ। যোইরুমলোন কোয়ৌ খোংচোমঙ্গুপী। লৈরাং মঙ্গং মানপীকুম। সাপী নোংপোক লয়মায়ায়তা। নোংথোইথিপা মঙপু ঙাইথমচাঙৈনে। নিংথৌ লাইপক থেনলাইথোং। সরা লুমথাংথৌ

খোঙ্গুল লীরকলিবরা? নশানৌ ওইজবী তমফা রাঙমলোন ঐহাক্তি মোইরাং লৈমা ওইবী লোয়ন চামবী মমামগা লোয়ননা খোঙবী নাযদা তকপদা অরাংবা কোয়ৈ নোংমদো'য়' থক্তা থনবগুম মিংফম চমম্না থম্মোইদা ঙ্গংশি মথৈ লৈতনা পুন্নিং রানা লেঙ্করবী ঙাত্তনি। তমফা ঐগী ইনিংথৌ! কেগে মোইরাং নিংথৌ নহাক্কী শরা লুমথাং কায়দ্রবা অসিবু থায়না মমা'ঙৈ পলেম নমা ইবেম্মা থুগন চত্লনা ইনিংথৌ নঙন্দা অঙাং ওইবিঙৈদা কৈমা মতখাক্তা পমজবগুম্না ইশাবী নহাক্কী অহি কায়দ্রব-সিবু চেংলৌ মিংকুপ থম্মদংদদি নশানৌ ঐগী ইকথাঙ্ভা পমজবমথিগে হায়ত্নুনা তেংথাবগা লোয়ননা খোঙেল থোয়া কপচখি। নশানৌ ঐনা হৌজিক লৈরিবা মফমদিগু য়োইরুমলোন খোংজোমমুবী মতা তরুবমম্না মমানমচা হাওক পাথ'শিংদুবু হায়নবা মতুং ইম্না ঙাইনজরম্বা অদুগা হাওকু পাথং তরুক অদুগা লোয়ননা অরাং কোয়ৌ নোঙ্গামিন্নথিবা মফমদিদা নশানৌ ওইবী ঐহাকম্থ য়োইরুমলোন কোয়ৌ খোংজোমমুবীশিংদুগী মতৌঙম্নবী ঐনা ইশাবী মোইরাং নিংথৌ নোংপোক ওরা লমদমদা

লৈরাং অতিংঙাকুমপাপু। 'তমপা কৈরা ইনতানথকতাপু থাইথুংলরে। য়োইপু থীকলেন থাতা কোননা। কোয়ৌ মথোঙচিনপু ইনতানমন্‌নারাসে। হায়না তমপা মনিঙ থামপু লৈতানা কপচাখিয়ে। পারী পায়মা খুংচংপাসিংনা। কোয়ৌ নোংমত্তোনতাপু। সাপী নঙপু লমওনকঙমকাপারা। কোলোয় করিকুমপাপু পাউমেনঙমপানো। হায়না থীকলেন থাকা ফুনা মীকপলাপাতা। য়োইপু মঙাইয়োই। থাংচীং য়িমলেন ঙানপীসিংলুং। সমলাং ফাকেননানা। মালেম লয়তা ওন। মিকপ হনকং ঙমতানা। খুংসি থোংকৈ নিকনা খুংঙনথিয়ে। তমপা থাঙমলোন। কেকে মোইরাং লৈমকা। য়োইহৈ লেংনা তিনপী পূমনামাকা। পুরিকলাই নিংথৌ মসাপীকীতমকপু। থমখুং ফুনিঙ থানিঙ থিনা। অমন সংলৌ লুতিন থোক্তা। থোয়চি খুংচাললে। নিংথৌ পুরিকলাই মনাউ য়োকমা। মিংথৌ পোৎলোই অচৌপা। সোরাং য়িমসে থৌপু। লৈপা মসিঙ থাকতানা। থৌরম মতোল লোমলে। লাইরেল মৈতিংঙু লোইনাই কৌপা চিংথংখোমপানা

লৈখিবা নঙবু ঙাইজবতুগা অঙ্কা ওইরে। ইনিংথৌ নহাক্কী শরা। লুমথাং কাম্রজ্ববা অসিবু মশানৌ থাঙমলোন ঐগী ইতথাঙ্তা য়ৌরয়ে। খুংশিবা নহাক্কী অস্থি শরা লুমথাংথৌ অসিবু কোল্লগ। থমন্থং লমদম্বু য়োমিন্নসি হায়রতুনা থাঙমলোন্না অতেৎ অথম লৈত্তনা কপচখি। হে ইনিংথৌ নহাকপু ইপারীশিং থোক্টনা হেন্না খুংশিজরববা ইচাশিং অতুনা থমন্থং চীংঙু লাইগী থোঙজিন্দা নচাশিং অতুনবু ওক্লমগত্রা। করি থাদৈনবু তাকপ্লগে অহুম হায়রতুনা মথবাক্তা থুত্নমা শুরতুনা ওখোংনা কপচরবদা লোয়নবী কোত্তংগী ইবেম্মাশিং মোইরাং য়ুমথোংগী মবেম্মা ওইবীশিংস্থ মশম মনা ইফা ফারতুনা মালেম লৈবাকথক্তা থরো থরো ওল্লতুনা শোর চিংথৎপা ঙমদবমখৈ পুকনিং মথক মথা ওগ্না কপচখি। তমপা থাঙমলোন কেগে মোইরাং লৈমগা কোত্তংগী ইবেম্মশিং পূম্নমক অতুগনা পুরিক্লাই খুংনং তেলহৈবা মশাবী নিংথৌগীদমক (অস্থি শঞ্চয়) শিন্নবা মতুং ৫ নি শুবা শরা লুমথাং শরু অতু শেংদোক্তুনা থালি তুম্দা পিশুনচিংবা চঙবা হৌনবা পোৎলম পূম্নমক থোরাং তৌজরে। নিংথৌ পুরিক্লাইগী মচা মনাও মনাইশিং পূম্নমক চঙতুনা নিংথৌগীদমক

থাহুমললকএ। পনথৌ ইপাক্তোন। খোঙজোম থুরাই লাকপা। লোইপী লৈরিখোমপা। নঙপু লাক্তি ও। ইমান কেকে মোইরাং লৈয়া। তমপা থাঙমলোনপু। ইরোম ঐকী লোইপিরেন। ফুমুং লংপানলোই। মাবা খোয়রেন থুনতা নোংখোইফরোইএ। লাইরেম ঐকী পুংমায়োন। কোমুং অচনপাকী। হাওরৈ খাথংপা অসিতা। পাঙকোংথকপিরোং হায়না খৌসীখিরে। মৈতিংঙুচা খোঙজোম থুরাই লাকপানা। হাওরৈ লাইনা পাংপালম। নবা খোয়রেন থুংপু হনতাললকলাপাত্তা। তমপা থাঙমলোন। কেকে মোইরাং লৈমনা হাননা থাহুংজময়ে। ইতু নিংথৌ লোইপী লৈরিখোমপা। খোঙজেন থুরাই লাকপা নঙনা। তমপা ঐপু ইনতাললকপাত্তি। নপাগী ফুপি লোইনাই চৌংথোং য়াইমাপা। লোইনাই খৌপা চিংথংখোমপানা। তমপা ঐপু কোয়ৌ নোংত্তা কাহললো। চৌংঙু কোয়ৌ পনতলহলও হায়পকীপু। নমোম

নিঙথিরবা থিজোলনচিংবা প্রাক্কদা কৎপা থাবা পোংশীং পূয়মক থৌরাং তৌহুনা প্রাক্কগী মথৌ মঙমগী থবক লোইরে। লাইরেল মৈদিংঙু লোইনাই চিংথংখোম্বনা হায়রকথি। পাবুংত্তোন খোঙজেন থুরাই লাকপা নোংপোক লৈরিখোম্বা ( আনন্তশাই ) ও। লেঙশিনবিরকউ। ইনেম ইবেম্মা মোইরাং লৈমংয়েন ওইবী তমক্তা থাঙমলোন অতদি পনেম ইমাগী মতৌঙম ঐগত লোয়নজরকপীনি। অদুমু হৌজিক লংলোই ওইরিবা থুকথুল লমদ লৈবসি লৈফমরে অদুনা নিংথৌ ঐগী সনা পুংময়োল অদিগী কোহংগী মথাখংবা অমিদা লৈহম্নসি কৌথংপিয়ু হায়হুনা মত্যোল ইবুংঙো আনন্তশাইবু থাখি। মৈদিংঙুচা খোঙজেন থুরাইলাকপা মত্যোল ইবুংঙো আনন্তশাইনা মমায় অরাং পাংনা লাক্লগা থুকথুল থুঙংদা থুংলুরে। মতম অহুদা থাঙমলোন তমকা মোইরাং লৈময়েন ওইবী মৈরা পোক্লেম্বীনা থুরাইয়াকপবু উবদা হংজখি। ইত্তোল ইবুংঙো লোইবী নোংপোক লৈরিখোম্বা খোঙজেন থুরাই লাকপা নচাক্কা তমকা নমোম ঐগী ইফমদা লাকপদি নচা ইবুংঙো লোইনাই চিংথংখোম্বনা নমোমগী থয়াইদ্ব লৌকরো, কোয়ৌ নোঙ্গা ত্তালহনক্লো হায়না নমোম ঐগী ইফমদবু লাক্লিবনা? নমোম ঐনদি শিনিংদবা মরম্মা লংলোই পমদম ওইবা থুকথুল থুংং অমিদা লৈরবু কমায়ুক

ঐপু ইনত্তাললকপান্না। কোয়ৌ নোংকাক্কনোই। চীংঙ্ পনতনক্কনোই-এ। হায়পাকীপু তুম্নুং লংপানলোইতা। হুংঙন থনঙনকে হায়পারা। তমপা ইপল কংলৈ পুংমায়োলকী। মোংপা থাঙডা নিংতোলকাকী লমহৌয়কপী। কেকে শুনলৈমানিকিমা। তয়েং হুংলোন লৈনা! মোংপা তাচিন হুনমা। অরয় পায়মা নিংসারৈপু। তুম্নুং লংনাই হৈতপীনে। হায়না য়িকপ য়াচানাপাপু নিংথৌ খোঙলেন খুরাইলাকপা। লোইপী লৈবী খোমপানা। নুংকোই সিমা ওননা বাহমলকয়ে। ইমোন তমপা বাঙমলোনও। নতু লোইনাই কয়মাপা না। নপল কংলৈপুং মায়োনকী। লাইরেন মখোঙথাপু ইনত্তাললকও হায়রকয়ে হায়পা পাউমেংখোনপু নাত্তারাপাত্তা। তমপা বাঙমলোননা ইত্তোল নিংথৌ খোঙলেন খুরাই লাকপাবো। নপাবী লিক্লাই চিংখোং য়াইমাপানা। নমোম ঐপু পাউকৌরকপাত্তি। মমান ইসাপী পুরিকলাই তমপা ঐকী কোয়ৌ ইনিংথোবা। ইপাবী পায়মা হুংচঙপাসিংকা। য়াইথোং সিললমলেমতাকী চলরাইরকপাপু। ইপল বংলৈ পুংমা-

রান। নত্রগ। হুংঙাহনা লৈবগে য়েংননব। লাক্লিবরা। নমোম ঐহাকঙ্ ইপা নিংথৌগী সনা লৈবাক কংলৈ সনা কোহুংগী থাঙডা নিংতোলকাদা চাউজরকপী ওইরবদগী কেগে মোইরাং লমদমদা মোইরাং লৈমরেন ওইরুবা মরম্না মোইথাপ তাক্নুনা শিন্নাবী তরেং মাঙদা থারগা লংনাইজবী ওইবসু হৈজয়ক্কবীনিকো হায়না থম্মোয় লোক্লা কপচবনু পম্বৌ মপাত্তোল খোঙলেন খুরাইবাকপা লোইবী নোংপোক লৈবি খোম্বনা পুক্রিং থকপায়না হুংঙাইত্তবগা লোয়ননা হায়রকখি। ইবেম্মা লাংলেন তমক্কা বাঙম লোনও। মৌপ্া ইবুংঙো লোইনাই চিংখংথোম্বনা লপাবুংগী সনা লৈবাক ওইবা কংলৈ পুংময়োলগী লমদমদা মৌপ্া চিংথংথোম্বনা পাক্লিবা কোচং মকমদা লাকউ হাররকপগী লাকপনি হায়বা বায়োল অত তাবদা তমক্কা বাঙমলোননা ইত্তোল ইবুঙো খুরাইরাকপাও! মতা ইবুঙো চিংথংথোবা মহারাজনা নযোমবু কৌথিরকপনি মমান ইশাবী পুরিক্লাই ওইবা তমক্কা ঐগী ইশাবীতুগা পায়মা খোয়জঙনা হুংশিজবা ইশাবিশিংদুগা লোয়ননা থমজং লমদগী হক্কতুনা ইলাবুংগী সনা কোহং মহুংদবু যৌবক্তুনা নমোম

য়োনক্না রাইথুংলাপাকী। তমপা ঐপু পাঙ্কৌরাপারা। সাপী কোরৌ ইনোংথোপু লৈতরপাক্তি ইপল কংলৈ পুংময়োনতাপু কত্তৌরাসিপানো। হায়না মিকপচারাপাত্তা। লোইপী লৈরিথোমপা। থোঙলেন থুরাইলাকপানা। ইমোম তমপা রাঙমলোনও। নসাপী পাইরৌরেম। কেকে লয়রাপা অতুপু। নত্তোন নিংথৌ ঐথোরুপু। নাবা ইথুঙৈকী হোনা। পুরিকলাই পীর'কুম। থৌচাল মায়য়োকননা য়োইচানপিরকপানে। তমপা কো'রৌ ননোংথৌ। পাইরৌরেম অতুপু। কোরৌ মথোঙচিনতাকী হলরাইককোইয়ে। লাইরেন সনা মথোং থাপু ইনতালল্লুসে। হায়না রাহমলাপাত্তা তমপা রাঙমলোন। কেকে মোইরাং লৈমাকা। য়োইহৈ মঙাইরোই। য়োইপু লেংনা ত্তিনপী পুমনামাকা। তুলাই লোংতম ত্তো'না। মপল কংলৈ পুংমায়োনপু ইনতাললকলে। লাইরেল সমা মথোঙথাত্তা রাইথুংলারাপাকা। তমপা রাঙমলোননা। হেকঙাই মুংরেং চেংমা রাহমলকয়ে। ইতু লোইনাই। লাইরেল চিংথোং য়াইমাপাও। লাইরেল

---

ঐবু কৌবিরকপরা। ইশাবী মোইরাং নিংথৌছু লৈত্তনদি পস্থৌ মাগী সনা কোহুংদা চৎলুহুনবু করি ত্তৌরুগদগেনে হায়রহুনা কপ্পচরবদা মত্তোল ইবুংঙো নোংপোক লৈবী থোম্বা থোঙলেন থুরাইরাকপনা হায়রকখি। হে ইমোম তমক্ষা রাঙমলোনও! নশাবী মোইরাং নিংথৌ অছুদি নপাবুং অত্তোম্বা ঐথোয়গা অঙাং লাবা ওইরিবৈদেপী হোনা ইমা মমী ওইদুনা রাম্রা চাম্রা চিন্না হুংশিনজরকপনি। তমক্ষা নশাবী ইঙ্খাক নিংথৌ অছুদি কোরৌ নোঙ্গা তানশ্ববনিনঃ থমহুং মথোঙজিন্দগীদি করম্স হল্লকদগে। মৈদিংগু মাগী সনা নাক্তদি য়োক্লদি অসুম হায়রবদা তমক্ষা রাঙমলোন কেগে মোইরাং লৈমগা কোহুংগী ইবেম্মশিং লোয়নবী ময়ামহুগা লোয়মনা দোলাই থক্তা ত্তোংহুনা মপাবুংগী সনা লৈবাক কংলৈ পুংগী সমা কোহুং তানা লাকলে। অদুগা মৈদিংগুংগী সনা লাক হেক য়োবগা তমক্ষা রাঙমলোন মোইরাং লৈমমেন ওইবীনা মথথোম পোক্লা হায়রকখি। হে ইবুংঙো চিংথোং য়াইরবা! নপাবুং মৈদিংগু নিংথৌরেলগা ইশাবী পুরিক্লাই কেগে লয়মাবা নিংথৌগা অনীসিদি অঙাং ওইরিবৈরপী হোনা মপা অমত্তুগী

মপা মৈদিংঙু। পোইরৈ নিংথৌহনপাকা। সাপী পুক্নিকলাই কেকে লম্বমাপাকা। নারা মথূঙ্কেকী হোৌনা। পনথৌ পোকমাচাকুম। ঙাই-মোইমমন্যারকপা মংঙাপাবা। ইতু লোইনাই মথোয়কা। য়াথং পাউ-থিথোকনা। কোলোয় চমনাত্তানা হাংইনাপা। হারম করমপাপু লৈপাকী। লাননংহনপানো হায়না। মুংসি পিরেম থকমাত্তানা হাহংলকপাপু। ইমান কেকে লয়মাপী। ঙমপা হাঙমলোনও। নসাপী ইমান কেকে পোংলেন হনপাপু। কোমৌ ঙমলোইনাহনও হায়পা বাত্তি। লাইরেল ঐকী ইয়াথং। তুপি লিকলাং ইপাউমেনপু পুমনা লৈথিত্তে। নতু নিংথৌ পনথৌ অথুপাসিংকী। সংলৌ মথৌরাং। য়েনলাং মঙমতমপু। লাইরেল ঐনা থঙহৌতারে। হায়না কোলোয় পাউমেননারে হায়ত্তাপারা।

লাইরেল মৈত্তিংঙুনা। মমান হাঙম ঙমপাকিদা মকপু। য়াংলৌ মত্তাইমা। পোইরৈ মৈত্তেলম। থিংপা পুরেম সাকাপা নোংমনরাই। মতুত্তোনত্তি তুহৌ তোননা কোইপা লম। সায়ান

---

মচাগুয়া হৌমিন কামিন্নরবপত্রু নত্রা? অদুনা ইবুংঙো লোইনাই চিংথং-থোঙ্গা নথোয়গা অয়াকপা অথৌবা রাহৈ থোনযম হায়দুনা পুক্লিংগী রারোল থঙনদনা অশাউবনা মাওঙইংবা বাফম করম্বা লৈখিবদগী অসিগুম্বা অরাবসিবু ফংলম্ববনো হায়দুনা মিংকুদা পিরাং মহীনা থকপা লৈংনা হায়জরকপচু তায়বদা মৈদিংঙুনা হে ইনেম ইবেম্মা কেগে মোইরাং লৈমরেন ওইবী ঙমফা হাঙমলোন ও! নশাবী কেগে নিংথৌবু কোমৌ নোঙ্গাহনখিরো ছায়বা বাদি নিংথৌ ঐনবু ইয়াথং থোক্না কম্রিগুম্বদম্ব হায়ংবা লৈংথদে। নপাকুং অত্তোবশিংনা কম্রিগুম্বা বাথন অমদগী থৌরাং তৌদুনা নিংথৌ ঐবু থঙহন্দনা তৌখিবা থৌদোক্কি ঐহাক্তি করিমত্তা থঙজহৌত্রবনি অদুম হায়না পূকমেন পাউমেন্নজরে।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা মনেম ইবেম্মা তম্ফা হাঙমলোন মোইরাং লৈমরেন ওইবীগীদমক লৈননবা হায়দুনা লদী লমশাং মচুংইমা চৎত্রগা থিক্কা পুরেম শাফবনা শিথিবলম মনাউনিপা অত্তোনবনা ঙাকচবা শেঙ্গবা শায়ান ( শয়াঙ ) লমদী মথা ওইবা হাংখোনবী লমদম্বু লাহোক্সগা লৈবা

পনথৈবা। থাংখোনগী সাকৎলমপু নাতৈনাম্মা। লাংকোই সাকোন্নপনজাপু। লৈকাই মীকপচৎ। য়িনলুম তননা লা। মাংকোন সাইনোমনাম্মা। কোনলোই তয়নাসেম। সঙলেম মথল কৈনা তাউখঙ লাকপাকা। মমান কেকে থাঙমলোন। তমপা মোইরাং লৈমাকা। পুরিকলাই নাম্বা অথুপাসিংকা। মনোংয়াই রাম্বা কুকু লোনখঙতারিপাসিং। য়োইপু মঙাইরোই পুখনমাকা। য়াংকোইহুললে হায়তাপারা।

লাইরেল মৈতিংঙু না। তয়ম মরেমথি। চংগী কয়রেন থায়মা য়োইচানখিয়ে। লাংহৈ কুমওললাপাকা। মমান কেকে লয়মাপাকী। মোইরাং নোংকাথৌপু। মমান কেকে মোইরাং লৈমাকা। সংলৌ থৌরাং চাউ। প্রামহোন পুমনা তিননা। পোইরৈ মনিননাই। থাঙম মরাং হৌনা। নমু মীয়াম তিন। মুংঙাই মথৈ লৈতামা। কোরৌ নোংকা সকনা। তরা মথেল তয়না। চীংঙু মথোঙ থাতা কংলাপাকা। তরা লুকতংমননায়ে হায়তাপারা। লাইরেল লৈতিংঙু মুং।

---

লমলেন শগোলংন লমদমদা থুনংঙ মৈতৈ মীয়াম চঙহুমা শঙলেন নিঙথিবা মথোল নাইবদা মজোল মীক্ষম য়াওবা অমবু শাংগা মনেম ইবেম্মা থাঙমলোন কেমফা মোইরাং লৈমগা মোইরাং নিংথৌগী মচা অপীগকশিংগা অমদি মশ ওইবশিং নাম্বা মীয়োল থঙত্রিবা খিকলেম থোমহক্রিবশিংগা মঙাই ওইনা লোয়নবী কোক্লংগী ইবেম্মশিংগা লোয়নদা লৈহনখি।

লাইরেল মৈদিংঙু না মনেম ইবেম্মগীদমক মনাই অফবা থম্মা পীজুনা চান থক্লবা কোৎগে অচৌবা শারগা কৌয়াম থায়দ না কংশিনা থোজানখিখি। চহী কুমওন লাক্লবদা মমান ইবুংঙো কেগে মোইরাং নিংথৌ হুংনাং তেলহৈবগীদমক কুমওন ফিরোই কংনমবা মনেম ইবেম্মা মোইরাং লৈমগা লোয়ননা থৌরাং যাম্মা চাউনা শীন্দুনা ব্রাহ্মণ পুরমক তিলগা মৈতৈ অমদি নিংথৌ কোনগী মী পুরমকা লোয়ননা তিঙ্গদ না হুংশি হুংওন থোয়োকী ঈশৈ নোংমাই রাওনা অমদি মথেল মশীং য়াম্রবা য়েনশাংগী থৌরাং তৌবা লুক কত্তু না মীয়াম হৌনা চাখিরগে। অতুগী তুংদা মৈদিংঙু শু মৈতৈ পুরমকা কোক্লংগী মীয়ামগা লোক্লনা হুংঙাই য়াইখনা থুম্মা তুশিংনা

পোইরৈ মরাং থৌ। থাওম মনিম মাইমা শাকলাপাত্তা। থাকী মনিম মাইশানা। মত্তাইরেদ অথৌলিচা হেন্না। থরাম্ভ কোমন্তাই লোংপা। থামরম লানম্বী পুমনা হৌনা। থাংজম্ব জংকোয় কমপা মরাখংবী। থাকী মনিমমাই তুরুক তানা তাপানা। হুয়েল লামত্তারকলাপাত্তা। পোইরৈ মৈকৈ অথৌপা। হুয়েল লানংক্ষ খিপা পুমনাখাকা। হুয়েল লামসোকনারাপাত্তা। থামরন মনিঅনাইপাকা। হুয়েল লাংসোক থমথেংনারাপাকী। পোইরৈ মমিনমাইপাত্তি। লাংসোক মাইয়োক থাঙমত্তানা। পোইরৈ হুকচেননারে। থাওম লয়খোঙ কায়রাথরে। নমু মীয়াম খোমলাপাত্তা। থামরন লামম্বী পুমনামানা। হাওসি ঙমকা চিংনা। হুয়েল লামখিপা। মত্তনপুম সনা লইকোয়পুংবী। থামরন লয়কোয়কমপামা রাহংলকয়ে। কেকে মোইরাং লৈমাও। পুখিকলাইচা নপারীসিংগুং। অচাউ লেপকাত্তাখি। সাংহুং লমঙম-তারয়ে। কেকে নরয়পাকপু। মোইরাং নরমত্তমপু ঙাকঙমত্তরাকাখি। নিংথৌ সনা ইথোঙ থাত্তাপু ইনত্তালজালে। চায়মা রাহমলাপাপু

পাল্লকবা মত্তমদা ঐরা থামরন লাম্মীশংগী অকন অথৌ পুমমক হৌত্তুনা ঐবা নিংথৌ তোংদোইগী য়াথং মতুইমা তুরক লাম্মীশিং থাওনা মৈতৈ লৈবাক্তা চয়েল লান্দারকলে। অহৃমা লান্দারকপা অসিদা মৈতৈ লাম্মী অথৌবশিং মকাম্ব ফজ্রবা পুমমক অহুগা লোয়ননা চয়েল লানথোমরবদা থামরন লাম্মীগী অকনবা লাম্বেং ওইখিবনা মৈতৈ লাম্মী অয়াহদো মায়ঃয়াক যাবা ঙমদহুনা মৈতৈ অয়াবা লাজেমরে। পোইরৈ লৈবাক অসিগু লৈবাক কায়ক্ষে। মত্তম আমদা ঐবাগী লাম্মীশিংনা মৈতৈ অয়াম্বু থোমজবদা ঐবা থামরন লাম্মী পুমমক অহুনা মুচিংহুনা কোয়খি খিরকগ: ঐবা কোহংগী থামরন লয়কোয় ফবা নিংথৌনা হায়রকখি। হে কেগে মোইরাং লৈমরেন ওইবীও! নপাম্বী অমীকপশিং অসিম্ব পাখং মপুং কাম্বি মথোয় মুমলেপ তমহুনা মমামবা আয়য়োক থাঙমইহেগোই। কৈগে মরৈবাক থাজোই নরমপুং অহুবু তাকপম্ব ঙমইহেগোই। অত্তমা ঐবা ইরৈবাকন্ব চহজাসি হায়না হায়রকপা রাকমহ্ তাবদা তঙমকা থাঙমলোননা হায়রকখি। কেগে ইপাচা মোইরাং ইরেলপু হুংসিজবশিং মোইরাংগী অকন অথৌ থামব

লাক্তাক্তায়াপাকী। তমপা য়াঙমলোননা পাউমেললকয়ে। কেকে ইপাল। ঙাক্তোই ইয়েলল্লুসিংঙ। কেকে থুনকাংখে। মোইরাং লাইকাংথৌসিংঙ। পুরিকলাই ইপারী অখুপাসিংদুং। অচাউ লেপকাতারি। ইনোংয়াইদুং সাংসু লমঙমতারিয়ে। কেকে ইপুং-য়াইপু। মোইরাং তোংনায়াঙপু। য়াঙম লয়খোঙ কায়রে। ঙাক্তোই ইপুং লেপতারে। নোংপোক মপুংয়াইপু ইনতাললাসে। হায়না য়াহৌরকখিয়ে। তমপা মোইরাং লৈমানা অমরক পাউমেললকয়ে। ইমোম ইবাংলোন। মারা চুংকাপি ত্যা অহেনপী। নঙপু নোং-পোক লয়ময়োনতা। য়াঙনপা। ঔরা তোংতোই নিংথৌনা। ইমোম কোলোয় নম্বিং থা। মতুমিংথৌ সেনাপতি মসেমপাতা। ইমোম নঙপু পিয়ো হায়না। নিংথৌ সনা ময়াথংনা। হৈমা নয়ুকন। পামেল য়ুয়ারই হকলমপা য়ামুং কৈয়ে। নপল পনথৌ নিংথৌ। সাপী কেকে লয়মাপাতাদুং। নোংপোক লয়মাপানা। সনা য়াথং থোকনা। থামরন ইঙাইরেনতাঙাপু ওইরে। নমোম

---

লাইফমগী অঙষা পুয়মক! হপারী অপীকপা নৌনা মথোং কায়ক্লবশিং অসিদি তাইবং শারেপ য়োদয়ি নমু মপুং লেপচান্দ্রবা তাক্তনি অহুনা কেপে ঐগী ইগ্নমদম মোইরাং কংলা ফমান অসিঙ্গ লৈবাক কায়ধবনিনা তাক্তোই ইপুং তাক্লেলো। অহুনা নোংপোক অথাম্বা ঔরাগী লমদমদা চংশ্লদি হায়না বা হৌদোক্লকখি। অহুনা মোইরাং লৈমনা অমুকা হনা হায়রকখি। ইবেম্মা হমাগী ইমোম নিঙথৌবী তুঙ্গবিম্বা কোৌবী নঙবু নোংপোক লয়কোয় ফষা ঔরা তোংদোই নিংথৌনা মমাংটে নপাবুংনা লৈরিডেদা ইমোম নঙগী নমিংমকপু পরুহুনা নবুং সেনাপতি মশেষগী মকমদা ইমোম নঙবু নিংথৌ মাতোন্দা পিরু হায়হুনা তমবা অতৈ কনাদা থাক্লফরোই হায়না হায়ধিবা য়ারোলমু লৈথি। অতুগা নপাবুং পচ্ছো মোইরাং নিংথৌদু ঔরা নিংথৌ অসিনা মণামক্ল। ঔরা থামরন ঐগা তাইবি পেম্বি ইকু ইমাক ওইবছ মতাঙ্গনদি নমোম ইবেম্মা তুঙ্গবিম্বা কোবৗদি কোলোয় মিংলেন অসিনা হৌজকমক্তি অহেনবা ওইবি। হয়েং মানা চাউবক্লগা ইবাং শারেপ কাবক্লবা মতমদি নিংথৌ ঐতোন্দা পোয়দনা পীনবিয়ু হায়মা হায়নখিবা

ইরাংলোন তুংকাপিত্তা। অহেনবী অতুপু। কোলোয় মিংনা হেললে। হয়েং অচাউ লেপকারা। সাংস্থু লমঙম ঙমলাপাকা। নিংথৌ ঐঙোমতা য়োনতানা পিয়ো। হায়না রাহমলকপা রাপু। ঙমপা ঐনা নাঙাহৌয়ে। ইমোম চীংঙু নরাইপক। নারা থোয়থাঙমা। ইহু সিনয়োমজুংকী। থোইয়ম কোরৌ রায়েনপা। চীংঙু নোংঙমথোনপু লমচাইফত্তারাপাজরিঙৈনে নিংথৌ সনা মথোঙ থাতা। ইনত্তালশাসে হায়নাব হমলাপাকা। মমোম ইরাংলোনকী-ঙমকপু। পোৎলোই মসিঙস্থু। পোৎয়াঙ মতোললোম। অরোং অউন ঙমনা নোংঙমলাপাকা। নোংপোক লয়ময়ায়কী। নিংথৌ সনা মথোঙ থাতা রাইথুংথিরে।

কেকে পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। নমু থরায় মীংনাংথৌপা। হ্ংশী পহয় তাপাকী। নমু মীকনবা। থরায় মীয়োকথৌবীপু। অরাং কোরৌ নোংকাফপানে। কেকে ইরাং পুরিকলাই। ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈপাতি। চোয়নৌ সনা মিংহুনকিপু চূনপানে।

রায়োলছ ঙমফা নমা ঐংস্থ তাহৌই। ইমোম নঙ্গী নরাইবক অদুদি পলেম নমা ঐগী পাগমা শিয়োমজংদা লৈরিঙৈদগী হৌনা থোইয়ম নোংদম্বা মানা ঙমথিবা রায়েল থোদা অদুবু থেৎপা ঙমোইদৌবনি অদুনা ঔরা নিংথৌগী সনা নাক য়োনবা চৎলদি হায়না হায়ল্লগা মচা ইবেম্মা ইরাংলোন তুঙ্গবিত্তাগী লুহোং লুত্তিন থৌরমগীদমক অওং অউন পোৎলম চৈরম মপীং অমত্ত রাত্তন। থৌরাং তৌবা লোইবদুনা নোংপোক মায়কৈগী ঔরা থামরন নিংথৌগী নাক য়োনবা চত্তুনা ঔরা লৈবাক মোথরে।

কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোইমুংনাং তেলহৈবা কৌবা মোইরাং নিংথৌদি মী পুম্নমক্কী থম্মোয় ঈংহনবা, পুরিং ঙম অরা অনা কয়াম্থ কনবিবা অশোন অনা কয়াম্থ য়োকপি থাকপিবা ওইবনা কোরৌ অরাংদা লৈবা চীংঙু মাগী মপান্দা হিনগদবীমকি। কেগে পুরিক্লাই ঙাঙোই মুংনাং তেলহৈবা হায়না কোলোয় মিংথোনবদি মুংসোঙলবা সনাঙম কোলোয় মিংলেন অদি চুনবনি।

নঙ্গোল কেকে মোইরাং লৈমা। তাঙোই লয়মাশীতি। বাংঙমলোন চৌংলাই লৈমাবো তৌনা কৌএ। বাংঙমলোন চৌংলাই লৈমা সাকাপী। মপাম কাংলৈ পুংমায়োমতাকী বাঙমশীনা। কেকে মথুংয়াইকী তাঙোই ফলাং মৈতোংপাতা। মৈরা পোমচেনশীও তৌমা কৌএ। কেকে মোইরাং লৈমা। তাঙোই মৈরা পোন-চেনশীতি। মপাম কাংলৈ পুংমায়োনকী। লমলেন মতাইমা সায়ান পনটম থাতা। কোমলোয় তয়না স'না মপাম কাংলৈ পুংমায়োনপু। মিংয়েং সামখৈমানা। পুনসি হাইহৈ তাকনা পানফপী। বাঙম-লোন চৌংলাই লৈমাও তৌনা কৌয়ে।

নবেঙ্গৌ কেগে মোইরাং লৈমা তাঙোই লৈমরেন ওইবীগী কোলোয় মিংলেন্দি তমফা বাঙমলোন চৌংলাই লৈমা হায়না মিঙ্গৌই। তমফা বাঙমলোন চৌংলাই লৈমা শাফবীগী মপাম লমদমদি পোইরৈ কনা পুংময়ো-ঙগী হৌক্লা হাইনা মনিঙ তম্না হৌজরকপী নিংথৌগী মচা ইবেম্মা ওইবীনি। তমফা বাংঙমলোন মোইরাং লৈমনা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা মোইরাং সনা ফম্বালদা ফমদুনা লৈমরেম ওইরবা মতমদদি ফবাল মিংচন্দা তাঙোই মৈরা পোঞ্জেমী হায়না কোলোয়রৈ। মপাম লমদম কাংলৈপুংগী শায়াম (শয়াঙ) লমদমগী মথা ওইবা শগোলবনগী লমদমদা খঙলেন নিঙথিবা অমা শারগা লৈজদুনা মপাম্বুংগী সনাপুং মপাম কংলা লরবমদা ময়েংজরগা পুনশি হুংশাং তাক্লা পাজরকপী বাঙমলোন চৌংলাই লৈমা হায়না কোলোয় মিংল্লেম্লবীনি।

